# কুমাবা

( ১৯৭৯-১৯৮৫ )

শিক্ষা বিভাগকী খুথাংদা মণিপুর সরকারনা
পীবা শেলগী মতেংনা ফোংজবা

# কুম্মাবা

( ১৯৭৯-১৯৮৫ )

থোকচোম ফলেন্দ্র সিংহ

# কুম্বাবা

(১৯৭৯-১৯৮৫)

খোমজিনবা ১স্মুং অইবা :—
থোকচোম ফলেন্দ্র সিংহ

অফোংবা :—
শ্রীমতী রাজকুমারী স্নাহনবী দেবী
সগোলবন্দ মৈনো লৈরক
ইম্ফাল।




খুৎনম : অহানবা
১৯৮৮, জনুয়ারী
মশী: : ১০০০

মমল : লুপা ৬০/-



---

নম্ফম : তোকঙা প্রিন্টিং প্রেস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# রাহৈ অম'নিদং

'চৈথারোল কুম্বাবা' থেংনরুবদা, হৌজিক্কী খুনায় অসিদা অচৌবা অরাংপা ১ লৈরে হায়বা রাখল পোকখি। রাখল অসি-মক্না অসিগুম্বা মথলগী লাইরিক ১ ইনিংবগী ঈথিল পীখি।

কমদৌনা মচাক লাংথংকদগে হায়বা রাখল অসিদা মতম শাংনা খুম্বংনবা খনফম থোক্কনা লৈরকখি। মরুপ-মপাংশিংগা তান-তিক্না তৌরুবদা পাণ্ড চেশিংগী মতেং লৌবা য়াই হায়রবসি চপ য়ুংনা খনখি।

অহানবদা, মণিপুরনা ভারতা তিনখিবা মুমিংতগী হৌনা মচাক থিবা হৌখি। মহৈ য়ানবা ঙমখিদে।

মথংদা, মণিপুরনা ষ্টেটহুড ফংবা মুমিংতগী হৌনা মচাক লাংথংখি। অনৌবা সমাজ, সিমান্ত পত্রিকা অমস্তুং খোল্লাওনচিংবা থিখি। মতং মতং ওইহনা মপুম ফাজিনবা ঙমদনা চহি থরা অমুক নীংবা কায়না লৈক্নরে।

১৯৭৯দা তোকঙা পাও-চে ফোংবা হৌখিবগী অনৌবা রাখল ৯মুক ফাওরক্লনা চহি অসিদনী ফংবা পাও-চেশিং থিহনা লাইরিক অসি ফোংনবা থৌরাং তৌবা হৌখি।

ক্রন্নাবা (১৯৭৯-১৯৮৫) অসিমক মতীক চারে খন্না লাংখৎচবা অমসুং পুথোকচবা নত্তে। পামজক্লবা রাখল অহুখক্তুং থবক ওইনা উংনবা হোংনজবনি। অশোয়-অঙাম য়াওরম্লোই হায়বা ঙমদে। মহু পুম্নমক খ্বাই তরানা তাকপিরকপা খূদিংমক ইকোক নোন্না লৌ-জগনি। মথং খুংনমদা বানান্নচিংবা অরান-অঙই খিবিক চুমথোক্লবা আশা থমজরি।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোংনবদা সিমান্ত পত্রিকা, মণিপুর নিউজ, ভুইয়েন লানপাউ অমসুং পোকঙানচিংবা য়েংজখি। মতৌদমক শিংবদা রারগদবা লমন ১স্ত তোনশিজরবনি।

ইহুকেশন ডাইরেক্টরেটকী খুথাংদা শেলগী মতেং পীবিরকপা মণিপুর সরকারগী মফমদা শিংঙমন্নবা লমন তোনশিজরে।

থোইদোক্লা মতেং লৌজখিবা কো-ওপরেশন মন্ত্রি শ্রীথোনাওজম চাওবা সিংহ, শ্রীলালখোপাও কোম শ্রীথিয়াম চন্দ্রকান্ত সিংহ, শ্রীরাজকুমার রাজেন্দ্র সিংহ অমসুং শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহবু প্রাস অসিনা কাওবা ঙম্নরোই।

রাতা'নাথবা মরূপ-মপাংশিংগী মনুংদা শ্রীলৈহাওথাবম শরৎচন্দ্র শর্ম্মা, ডঃ রাজকুমার রঞ্জন সিংহ, শ্রীঅবিবম বালকৃষ্ণ শর্ম্মা, অমসুং শ্রীচোংথাম ইবুংঙোবী সিংহ অমসুং প্রুফ ককপনচিংবদা থরায় য়াওখিবা শ্রীক্ষুরাইলাংপম নীলচন্দ্র শর্ম্মা, শ্রীখুমন্থেম প্রেমানন্দ সিংহদা তৌবীমল থংবা উংচরি।

থোকচোম ফলেন্দ্র সিংহ

জনুয়ারী

তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ১৯৭৯ অহৌবা নুমিৎকী হরাও তয়াম্বা ফোংদোক্লবা পাওজেল পানৈ।

(খ) নেসনেল সেভিংস থাখায় থৌরম মণিপুরদা হৌখি।

(গ) অল মণিপুর প্রোগ্রেসিভ রাইটরস এণ্ড কলচরেল এসোসিয়েশনগী ১৫শুবা চহি মীফম পাওনা রোডতা লৈবা লোয়শঙদা পাংথোকখি।

(ঘ) অন্তরজাতিগী অঙাংগী চহি থৌরম লৈবাক শীনবদা পাংথোকপগুম মণিপুরদস্পু ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা পাংথোকপা হৌখি।

(ঙ) কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীসিঃরাজেশ্বর রাও ইম্ফালদা থুংলখি।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ সিঃ পীঃ আইঃ অমস্তুং সিঃ পীঃ আইঃ (এম) চুংশিন্নরগা ইম্ফালদা সভাসাত্রা অমা চৎখি। রারোল ১০ য়াওবা দাবী পরেং অমা সরকারদা পীশিনখি। শ্রীসিঃ রাজেস্বর রাওনা লুচিংখি হায়।

(খ) মণিপুর স্লাইং ক্লবকী ত্রেনি ৫না দাবী কয়া তান্দুনা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা শিন্দ্রিবা ফাওবা চরা হেনবা হৌখি। হৌখিবা দিসেম্বর ২৮ দগী ত্রেনিশিংনা রিল্লে হঙ্গর স্ত্রাইক চৎথরকখি।

তাং ৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ছাত্রশিংনা ওরিয়েন্টেল কলেজদা মৈ থারমই। বীঃ এসঃ সিঃ সেকেণ্ড ইয়ারগী কা চাকপা হৌরকপদা ফায়ার ব্রিগেদকী কাংবু থুংলদুনা মৈ কনখি। ছাত্র ৪

ফাখি হায়।

তাং ৪ শগোলশেল নুমিৎ: রাজ্য সরকারনা থাজবা পীথিবশিং থবক ওইনা পাংথোরক্কবদগী নিন্দা তৌহুন। ছাত্রশিংনা থৌবাল কলেজ মতম কক্কনা থিংজিনখি।

(খ) অল মণিপুর রিক্সো ড্রাইভর কংগ্রেসনা শীল্লগা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা রিক্সো ড্রাইভরশিংগী মীতিন অমা পাংথোকখি।

(গ) মণিপুর ফ্লাইং ক্লবকী শিদ্রিবা লাওবা চরা হেল্লিবা ত্রেনি ৪ পুলিসনা ফাখি। অংতাপ্পা ত্রেনি ৪ অমনা চরা হেনবা মথা চংথখি।

তাং ৫ ঈরাই নুমিৎ: মন্ত্রি মণ্ডলগী মথক্তা থাজদ্রে হায়বগী থাঙ্গৎপা রা (মোসন) মণিপুর বিধান সভাদা খন্নবা লোই। রা-থাঙ্গৎ অদু ভোংতা মায়থিখি।

(খ) কোরেঙ্গৈদা লিফ ইরিগেশন স্কিম অমা লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডাঃ লৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহনা হৌদোকখি। স্কিম অসিনা অকোয়বদা লৈবা লৌ পরি ২০০ রোমদা ঈশিং মরাং কায়না পীবা ঙমহনগনি হায়।

(গ) ১৯৭৮ইং ওক্টোবর ১২দা মণিপুর সরকারগী সেক্রেটরী ইডুকেশনগা গোভর্নমেন্ট প্রেস ইমপ্লোয়ীজ ইউনিয়নগা য়ানখিবশিং থবক ওইনা পাংথোক্কবদগী গোভর্নমেন্ট প্রেসতা কর্ম্মচারীশিংনা থবক লেপ্পা স্ত্রাইক চংথবা হৌখি।

(ঘ) অল মণিপুর সেকেণ্ডরী স্কুল নন-টিচিং ষ্টাফ

এসোসিয়েশন্না ইম্ফাল সহরদা দাবী কয়া ভানবা সভাযাত্রা চংখি। মী ৪৫০ রোমনা চংখিবা সভা-যাত্রা অদুদা 'ঐখোয়গী ইপোইন্টমেন্ট ওর্দর পীয়ু। স্কুল লৌশিনখ্রবদি, ঐখোয়স্থু লৌশিন-গদবনি' হায়না লাওখি।

(চ) ইম্ফাল তখেল নুমিং খুদিংগী চেনবা বস চেলহনবা হৌখি। মণিপুর ষ্টেট রোদ ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেশনগী বসনি হায়।

তাং ৬ থাংজ নুমিং : অল মণিপুর সেকেণ্ডরী স্কুল নন-টিচিং ষ্টাফ এসোসিয়েশন্না কোর্ট এরেষ্ট তৌনখি।

(খ) তেংনৌপল দিস্ত্রিক্কী মন্নুং চনবা খুবুং খুলেন্দা প্রাইমারী হেল্ঠ সব-সেন্টর অমা হাং-দোকখি।

(গ) সোপস এণ্ড ইষ্টাব্লিসমেন্ট এক্ট ১৯৭২ অসি মপুং ফানা খুদক্কা চংনহন্নবা মণিপুর সোপস এণ্ড ইষ্টাব্লিসমেন্ট ইমপ্লোয়ীজ এসোসিয়েশন্না তকশিনখি। মুখ্য মন্ত্রিদা চহিগী বোনস লুপা ৫০ পীবগী মহুৎতা চহিদা থা ১গী তলব বোনস পীনবা দাবী য়াওবা মেমোরেণ্ডম . পীশিনখি।

(ঘ) থাঙ্গ খুঞ্জাওগী প্রজাশিংদা কৈবুল লমজাও ফোরেষ্ট গার্দনা নোংমৈ কাপশিনখি হায়বা রাখোক থোকখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিং : তুলিহল এয়ার পোর্টতগী গঞ্জা য়াওবা অচৌবা উপু ৪ ফাখি। পোংশিং অসি কলকাতাদা লৈবা নাইয়েশন

অফিসারগী মিং ইবা ঠিকানাদা থারম্বনি হায়।

(খ) খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী লক্ষ্মী বাজারগী শঙ মথক্তা ইম্ফাল অর্বান কো-ওপরেটিভ বেঙ্কগী ব্রাঞ্চ ১ হাংনবা পোৎফম ফম্বীশিংগা য়ান্নবদগী সি: আর: পী: সি: ধারা ১৪৪গী অথিংবা থমখি।

(গ) ভেংনৌপল দিস্ট্রিক্ট স্পোর্ট মীট লোইশিনখি। মীট অসি থা অসিগী ৪দা হৌখি।

(ঘ) মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভানা শীল্লগা হিন্দী টিচরস ট্রেনিং কলেজদা ৮শুবা মণিপুর ফোক্ক লেকচর হৌখি।

(ঙ) জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাদেমী হোলদা ৭শুবা এক্সিভিশন ওফ বোই-সোই ইকেনবা, পেন্টিং স্কলপ্চর ইমব্রোইদরীগী থৌরম অমা লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডা: লৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহনা হৌদোকখি।

(চ) অল মণিপুর বার্কিং জর্নেলিষ্ট ইউনিয়নগী ৪শুবা কুমওন থৌরম প্রেস ক্লব ইম্ফালদা পাংথোকখি।

(ছ) উরিষা ইউনিভর্সিটি ওফ এগ্রিকলচর এণ্ড টেক্নোলোজিদগী এম: ভি: এস: সি (এনেশুমেন প্রদক্সন) পরিক্ষাদা মকোক ওইহনা ডা: অরাম্বম সুভাস সিংহ মাগী তকমান অমা ফংবগী পাও ফংখি।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: গোভর্নমেন্ট প্রেস ইমপ্লোয়ীজ এসোসিয়েশনগী রিলে হঙ্গর স্ত্রাইক চৎথবা হৌখি।

(খ) ককচিংদা লৈবা খা মণিপুর কলেজদা ছাত্র খরনা মৈ থাখি। সরকারনা ছাত্রশিংগী দাবী থওইদবা য়ানিংদবা ফোংখি হায়।

(গ) অপোকপা মীতৈ মরুপনা ইম্ফাল সহরগী মনুংদা সভাযাত্রা চৎখি। মপাল কাংজেবুংদা মীতিন অমস্থু পাংথোকখি।

তাং ৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: শ্রীচৌধুরী ব্রাহ্ম প্রকাস এমঃপীঃ না লুচিংবা পার্লিয়া-মেন্টরী জোইন্ট কমিতি ওন কো-ওপরেশনগী সদস্যা ৬না শাবা কাংবু ১ শিলংগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি।

(খ) লৈময়োন আর্ট সেন্টরনা শীল্লগা চৌংঙা মখাদা মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ নিংশিং নুমিৎ পাংথোকখি।

(গ) পান মণিপুর য়ুঠ লীগনা শীন্দুনা লাংথবা-লদা লৈবা মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মোংফমদা চহি ৭ খুস্তাকপা নিংশিং নুমিৎ থৌরম পাংথোকখি। অঙাংবা ফিরাল পায়বা নহারোল ১০০০ মুক্কা ইম্ফালদা সভাযাত্রা চৎখি।

(ঘ) থৌবাল লৈশাংথেম মনাক্কী খেকমন কৈথেল-দা খৎন-চৈনবা থোক্কুনা শ্রীচাওবা কৌবা দর্জি ১বু শ্রীতোম্বা কৌবা ১না থাংনা থিন্দুনা হাংখি। মপুরোইবা হাংপগী শ্রীতোম্বা সিংহ খুদক্কা শ্রীচাওবগী নুপীনা হাংখি।

তাং ১০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর হোকী এ-সোসিয়েশন্না শীল্লগা নেসনেল কেদেৎ কোর্পসকী

পেরেড তৌফম লম্পাক্তা ইন্টর অফিস লীগ কম নোক আউট হোকি টুর্ণামেন্ট হৌখি।

(খ) পেত্রিগ্রু কলেজ উগ্রূলগী অচৌবা শঙ ১ শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা উরেপ উয়ুং ভমখি।

(গ) চূড়াচান্দপুরদা উদ্যোগ মন্ত্রি শ্রীসলাম তোম্বী সিংহনা দিস্ত্রিক্ট ইন্দষ্ট্রিজ সেন্টর অমা হাংদোকখি।

(ঘ) মণিপুর পীপলস পার্টিনা একোগাড়ী সিস্বোল কেস ভস্বগী মরীদা অচৌবা সাইকল রেল্লি অমা ইম্ফালগী অকোয়বদা চংখি। পার্টি অসি ১৯৭৭ তা নাকপাক তানহুনা নাকপাক অমা জনতা পার্টিদা য়াওশিনখিবগা লোয়ননা সিম্বোল নৈত্রে হায়রবগী মায়োক্তা ভারতকী চীফ ইলেক্সন কমিশন্দা রাকংতুনা লাকখি হায়।

(চ) মোরে পুলিসকী ওঃ সিঃ মণিহার শর্ম্মা অমসুং কন্সটেবল কুমারনা গঞ্জা কেঃ জিঃ ৪৫ জীপ এমঃ এনঃ এসঃ ৮৪৪৩ দা পুহুনা চংলম্বদগী থৌবাল ১সুং য়াংজিং ২গী মরক্তা ফাখি হায়।

তাং ১১ শগোলশেল নুমিৎ: মণিপুরগী ইষ্ট দিস্ত্রিক্ট হেদ কাটর উখ্রুলদা উদ্যোগ মন্ত্রি শ্রীসলাম তোম্বী সিংহনা ইন্দস্ত্রিজ সেন্টর অমা হাংদোকখি।

(খ) মণিপুর বিধান সভানা ৪৫শুবা সংবিধান শেমদোকপগী বীল য়েটিফাইড তৌখি।

তাং ১২ ঈরাই নুমিৎ: শ্রীরাজকুমার রনবীর

সিংহ জনতাবু মণিপুর বিধান সভাগী অধ্যক্ষ ওইনা খনখি। ফম অসি ডাঃ লৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহনা মন্ত্রি ওইখিবদগী হাংহোবমি। অনৌবা অধ্যক্ষ খনবগী মীখলদা লম্বা পাখিবা কংগ্রেস (আই) মীরেপ কুঞ্জোনা ভোট ১২ থক ফংহুনা মায় থোখি। সিঃ পীঃ আইঃ সদস্যা ৪ ভোট পীবা লাকখিদে হায়।

(খ) ১৯৭৮-৭৯ দগী ওরিয়েন্টেল কলেজদা দিগ্রিগী সেন্টর হাংবা অমস্মুং ছাত্রশিংনা তরু-রকপা দাবাশিংদা থাজবা পীখি। সেক্রেটরি-য়েটতা ইডুকেশন সেক্রেটরিগা উনখি হায়।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ : অন্তরজাতিগী অঙাং-গী চহি পালনগী শরুক অমা ওইনা এরিয়ান থিয়েটর হোলদা সিম্পোজিয়ম অমা পাংথোকখি।

(খ) শ্রীয়ংমাসো শৈজানা লুচিংবা জনতা মন্ত্রি মণ্ডলদগী পঞ্চায়েৎ অমস্মুং রুরেল দিভেলোপ-মেন্ট মন্ত্রি শ্রীথাইরাকপম চাওবা সিংহনা ফম থাদোকপগী চে পীশিনখি।

তাং ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : হান্না রিভো-লুশনরী গোভর্নমেন্ট ওফ মণিপুরগী লুচিংবা অমা ওইরম্বা শ্রীওঃ সুধিকুমার সিংহ, মেম্বর ওইরম্বা শ্রীআরঃ কেঃ স্নায়াইমা সিংহ অমস্মুং শ্রীইন্দ্রকুমার সিংহ মশক থংদবা মীওই ৫ না শীংজমৈ ওক্রেম লৈকাইদা অয়ুক পুং ৯ তাবা অহুরাইদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

(খ) লাংথবাল মখা লৈকাইদা ইম্ফালদগী চংখিবা

ব্রাঙ্গোয় চেনবা বস এম:এনং এস: ১৪৭ অসি শুরুং চৎতুনা অতোংবা ১০ লোকখি।

(গ) মণিপুর গোভর্নমেন্ট ড্রাইভর এসোসিয়েশনগী ৯শুবা জেনরেল বোদি মীতিং কমতুনা দাবী ১১ ভান্নবা বারেপ লৌখি।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ধনমঞ্জুরী কলেজ ওফ সাইন্সকী ছাত্রশিংনা মতম কক্তনা স্ট্রাইক চংশিনরা হৌখি।

তাং ১৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : হান্নশুম ইম্ফাল দিমাপুর লম্বীদা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেশনগা ম্পুপর দিলক্স বস চেনবা হৌখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অচৌবা উকু ১ শেম্বদগী নাগামপান লম্বীদা গাড়ী রিক্রোনচিংবা চৎপা খুদক্তগী থিংবা হুকুম থোকখি।

তাং ১৮ শগোলশেন নুমিৎ : মণিপুরগী রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদ সিংহ ইম্ফালদা থুংলখি।

(খ) বিচার লোইদ্রিবা বন্দি ওইনা লৈরিবা শ্রীনাওরেম বীরেন অচৌবা রীজনেল মেডিকেল কলেজ হোসপীতালদগী অহিংদা চেনখি।

(গ) রাজ্যগী পঞ্চায়েৎ অমস্তুং রুরেল দিভেলোপমেন্ট মন্ত্রি শ্রীখ্বাইরাকপম চাওবা সিংহনা মন্ত্রি মণ্ডলদগী তোকচরগে হায়বা চেরোল রাজ্যপালনা অয়াবা পীখি।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ : শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহ

কেবিনেট মন্ত্রি ওইনা রাশক লৌখি।

(খ) রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদ কোহিমাগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ২০ থাংজ নুমিৎ: মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেশনগী খুদক্কুগী হৌনা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা ইম্ফাল তামৈ বস চেনবা হৌখি। হান্না চয়োল্স অমদা অক্তুল্লক চেল্লি হায়।

(খ) ইম্ফাল ইষ্টকী মনুং চনবা লংহুমদা অনৌবা কৈথেল অমা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাংদোকখি।

তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎ: মণিপুরনা মপুং ফাবা রাজ্য ওইবগী ৭শুবা কুমওন থৌরম রাজ্য শিনবা থুংনা পাংথোকখি। মরুওইবা থৌরম ইম্ফালগী বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা পাংথোকখি।

(খ) মণিপুরগী কোনুং অমনবা কংলাদা মীতৈ নেসনেল ফ্রন্টনা শীল্লগা পুয়া মৈ থাখিবা চহি ২৫০ শুবা কুমওন থৌরম পাংথোকখি। লৌউ-শিংউগী মন্ত্রি ডাঃ লৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহনা অথোইবা তাংবল লৌখি।

(গ) লোব ইন্টরপ্রাইজেসনা শীল্লগা অহানবা ওইনা নুপীশিংতগী লুনা লমজেল পাংথোকখি। থৌবালদগী থারক্লগা টিদিম রোদ এথলেটিক ইউনিয়ন প্লে-গ্রাউণ্ডদা লমথুংফম ওইখি। রাইঃ হরিপ্রিয়ারী দেবীনা মকোক তাখি হায়।

তাং ২২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাগী নিংথম মীফম লোইশিনখি। মীফম অসি

১৯৭৮ ইং ডিসেম্বর ২১ দগী ফম্বা হৌখি ।

(খ) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীনবা অল মণিপুর শুমাং লিলা ফেষ্টিভেল ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুংদা হৌখি । মুপী সংস্থান তরুক য়াওনা পুন্না সংস্থান ১৮ না শরুক য়াখি ।

তাং ২৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ১৯৭৮ সেপ্টেম্বর-ওক্টোবরদা অঙাং পোক্তনবা ওপরেশন তৌখ্রবা মীওইশিংগী চিঠিখেলা অমা ইম্ফাল অরবান রেলফিয়ার সেন্টরনা পাংথোকখি ।

(খ) নুমিৎ নিনিগী ওইবা নুপীশিংগী মীফম অমা তম্ফাম্না গার্লস হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলদা পাংথোকখি ।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর সরকারনা এদহোক, কেজুয়েল, মাষ্টর রোল অমসুং ৱার্ক চার্জ কর্ম্মচারী খুদিংমক মার্চ ৩১ ফাওবদা রেগু-লরাইজ তৌনবা ফিরেপ লৌখি । হুকুম অমা থোকখিবা পাও ফংনখি হায় ।

তাং ২৫ শগোলশেল নুমিৎ: ১৯৭৮ ইং নবেম্বরদা তৌখিবা জুনিয়ার বেসিক ট্রেনিং পরিক্ষাগী ফল লাওথোকখি ।

(খ) চুরাচান্দপুরগী তুবোংদা কিলোরাট ৮০০গী ডিজল পৱার হাওস অমা ভেটরিনরী মন্ত্রি শ্রীহাওখোলাল থাংজোমনা হাংদোকখি ।

(গ) মণিপুর ফ্লাইং ক্লবকী নুমিৎ ২৪ নি চুপ্পা চৎথয়কপা স্ত্রাইক কোল ওফ তৌখি । স্ত্রাইক অসিগী মরীদা ফাজিন্দুনা থমখিবা ছাত্র ১১

সরকারনা থাদোক্লনি হায়বা থাজবা পীখি।

(ঘ) খা মণিপুর কলেজদা ছাত্রশিংনা চৎথরক-পা স্ত্রাইক সসপেণ্ড তৌখি।

(ঙ) কৈশামথোংদা কিহন-খোহন ভৌরগা শেল লৌগনি হায়বা নহা ২ ফাখি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ: নেতাজী স্থভাসচন্দ্র বোসকী ৮২ শুবা মপোক নুমিৎ থৌরম লৈবাক শীনবা থুংনা পাংথোকখি। রাজ্য অসিদস্থু থৌরম অসি মোইরাংদা লৈবা আইঃ এনঃ এঃ মেমোরিয়েল হোলদা পাংখোকখি।

(খ) ৩০ শুবা গনতন্ত্র দিবস থৌরম লৈবাক শীনবা থুংনা পাংথোকখি। রাজ্য অসিদস্থূ থৌরম অসিগী অকুওইবা থৌরম ইম্ফালদা পাংথোকখি। দিস্ত্রিক্ট হেড কাটরশিংদস্থু পাংথোকখি।

(গ) শীংজমৈদা য়ুরেন্সম মনিমচা কৌবা অমা শিনাফংখি। মহাক শীংজমৈ চোংথাম লৈকাই-দা লৈবনি। জান্নুয়ারী ২৫ গী নুমিদাংদা ময়ুম মৈ থারমই হায়।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ: কংগ্রেস ভবন্দা রাজ-নিতি দল ৫গী অপুনবা মীফম অমা ফমখি। কংগ্রেস (আই), সিঃ পীঃ আইঃ, সিঃ পীঃ আই (এম) অমস্থুং এমঃ পীঃ পীঃ মীহুৎশিং য়াওখি। মণিপুরী লোলবু ষ্টেট লেঙ্গুয়েজ ওইহন্নবা ১স্থুং ভারত সংবিধানগী ৮শুবা সেড্যুলদা য়াওহন্নবা হায়রসিদা অপুনবা থোংজং চংশিন্নবা রারেপ লৌখি।

তাং ২৯ মিংথৌকাবা নুমিৎঃ উখ্রুলদা কিলো-রাট ৪০০ গী ডিজল পৱার হাওস ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাংদোকখি।

(খ) মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কমিতি (আই) না দাবা ২০ তান্দুনা ইম্ফালদা সভাযাত্রা চংখি।

তাং ৩০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর সরকারগী মেডিকেল দিপার্টমেন্টনা শীন্দুনা জিরিবামদা এন্টি লেপ্রোসী দে পাংথোকখি।

(খ) উরুপতা রাটর সপ্লাই স্কিম অমগী উরেপ উয়ুং, শেল-থুম মন্ত্রি মহম্মদ আলিম উদ্দিনা তমখি। স্কিম অসি লোইবদা খুঙ্গং ৪গী মীয়ামদা থকুবা ঈশিং ফংহনবা ঙমগনি হায়।

(গ) সিটিজন ভোলুন্টিয়ার ট্রেনিং সেন্টরনা উরুপতা লীক ইরিগেশন স্কিম ১গী উরেপ-উয়ুং তমখি।

(ঘ) রাজ্য অসিদা কেরোসিনগী অৱাংপা লৈরে হায়না সরকারনা লাওথোকখি।

(গ) নীংখা তম্নবগীদমক মথৱাই কথোকখ্রবা অথোবশিংগী মফমদা লৈবাক অসিনা শ্রাদ্ধাঞ্জলি কৎখি।

তাং ৩১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কৈলাম্পাৎতা লৈবা ইম্ফাল ডিজল পৱার হাওসতা কিলোৱাট ১৭৪৪ পুথোকপা ঙম্বা ইঞ্জিন ৬ থবক হৌখি।

ফেব্রুয়ারী তাং ১ শগোলশেল নুমিৎ : তাকয়েল, কংলা শঙ্গোম শঙ, তনখা ক্যাম্পগী ময়াং ইম্ফাল ১স্কুং উচিৱা মফম ৭ অসিদা লীফ ইরিগেশন স্কিম অমমম থম্নবা উরেপ উয়ুং তমখি।

(খ) মণিপুর এগ্রিকলচর কলেজ গোভর্নিং কাওন্সীলগী মথক্তা ছাত্রশিংনা দাবী ৫ তানবা রিলে হঙ্গর স্ত্রাইক চংথবা হৌখি।

তাং ২ ঈরাঙ্গৈ নুমিৎ: অল মণিপুর সেকেণ্ডরী স্কুল নন-টিচিং ষ্টাফ এসোসিয়েশন্না অমুক হন্না বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা মতম কক্তনা রিলে হঙ্গর স্ত্রাইক চংশিনখি।

(খ) লম্ফেলপাংতা অনৌবা কৈথেল শানবা শেল-থুম মন্ত্রি মহম্মদ আলিম উদ্দিনা উরেপ উয়ুং তমখি। কৈথেল অসি পোংফম ১০৪ লৈগনি। একর ১৫ গী পাক-চাওবনি হায়।

(গ) এমেটিয়র এথলেটিক এসোসিয়েশন ওফ মণিপুরনা নুমিৎ ছুম্নি চত্থরকপা ২শুবা এথলেটিক মীট ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা লোইশিনখি।

তাং ৩ থাংজ নুমিৎ: ইম্ফালদা কেরোসিন লিটর ১৮ চনবা টিন অমদা লুপা ৮০ দা কোংনা য়োন্নখি হায়।

(খ) ইম্ফালদগী চংখিবা পুলিসকী স্পিসিয়েল ষ্টাফনা মোরে অমস্তুং প্রেমনগরনচিংবা অকোয়-বা মকমশিংদা হুরান পোংয়োনগী মনুং চনবা কোঞ্চাক য়োন ২৫০ ফাখি। লুপা লাক্ষ ২ রোমগী পোংশিংনি হায়।

তাং ৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: ফেব্রুয়ারী ৫দা হৌগনি লাংলম্বা স্ত্রাইক অল মণিপুর সোপস এণ্ড ইষ্টাব্লিসমেন্ট এমপ্লোয়ীজ এসোসিয়েশন্না স্ত্রাইক মতম কক্তনা রৈথোকখি।

(খ) কোইরেঙ্গদা লীফ ইরিগেশন স্কিম অমা থবক হৌখি। লৌ পরি ২০০ দা ঈশিং মরাং কায়না ফংহন্দুনা চহিদা লৌয়োক ২রক লোকনি হায়।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লাংথবালদা রিভর লীফ ইরিগেশন স্কিম অমা লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডাঃ চন্দ্রমনি সিংহনা হাংদোকখি।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ডিঃ এমঃ কলেজগী শমথৈ মনুংদা শাগদবা মিনি-স্টাদিয়ম অমগী উরেপ উয়ুং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা তমখি। স্টডিয়ম অসি ফুট ১০০ শাংবা অমসূং ফুট ৬০ পাকনি হায়।

(খ) মমাং থাগী ১০ দা জীপ এমঃ এনঃ এসঃ ৮৪৪৩ দা পুরঙ্গছু গঙ্গা নংতে, আগরনি। ওঃ সিঃ মনিহার শর্ম্মাবু সসপেণ্ড তৌখি। মতুংদা ফারুবা আগরশিং অতুগী মরী লৈনবা চে-চাং পুথোরক্লে হায়।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ ভারতকী রাষ্ট্রপতি শ্রীনীলম সঞ্জীব রেদ্দি নোংমগী খোংচত্তা ইম্ফালদা থুংলখি। রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদ সিংহসু লোয়নরকখি।

(খ) নম্বোল কৈথেলদা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদা মী অমা শোকখি। মী ৬ ফাখি।

(খ) নুমিদাংদা ডিঃ এমঃ কলেজ ওফ (আর্টস) এণ্ড কর্ম্মসকী মপান থোকফম মশক থংহৌদবা থরনা মৈ থারমই হায়।

তাং ৮ শগোলশেল নুমিৎ : ভারতকী রাষ্ট্রপতি শ্রীনীলম সঞ্জীব রেড্ডি কোহিমাগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। রাষ্ট্রপতিনা পাওমীশিংগা উন্নহনখিদে হায়।

(খ) মণিপুরী লোলবু ভারত সংবীধানগী ৮শুবা সেড্যুলদা চনশিন্দুনা সংবিধান্না থংনবা অফিসিয়েল বীল অম্না মথংগী লোক সভা বক্তেং মীফমদা পুথোক্লবা রাজ্যগী রাজনিতি দল ৫ না মেমোরেণ্ডম অমা রাষ্ট্রপতিদা পীশিনখি।

তাং ৯ ঈরাই নুমিৎ : লম্ফেলপাংতা লৈবা মণিপুর ফ্রুইট এণ্ড প্রোসেসিং ফেক্টরীদা পাংথোকপা থৌরম অমদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা ফিহোম থাবা মী ২৫ দা লুপা ১,৫০০/ ১,৫০০ মনা ওইনা য়েন্থোকখি।

(খ) ভারত সরকারগী স্মোল সার্ভিস ইন্দষ্ট্রীজ সার্ভিস ইন্সটিট্যুট অমস্তুং মণিপুর সরকারগী ইন্দষ্ট্রীজ দিপার্টমেণ্টনা শীল্লগা তম্ফাম্না পার্সন হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলদা ইন্দষ্ট্রিয়েল মেনেজমেণ্ট ট্রেনিং কোর্স অমা উদ্যোগ মন্ত্রি শ্রীসলাম তোম্বী সিংহনা হৌদোকখি।

(গ) এদভোকেট শ্রীঅশোক সিংহনা থাঙ্গংলকপা কেসকী মতুং ইন্না ইন্না দি: এস: পী: হেদ কাটর শ্রীরোমেনকুমার সিংহ অমস্তুং থৌবাল ও: সি: অনিগী মথক্তা লৈরম্বা নম-বেলেবল রারেণ্ট অহ্ সেসন জর্জ্জ শ্রীএন: বুধচন্দ্র সিংহনা কক্খি। পুলিস অফিসার অনিনা শ্রীঅশোকপু নিয়মগী

য়াংমদা লোক অপতা ফাজিন্দুনা থমই অমম্ভুং নোংমৈ নয়গা কিহল্লি হায়না কেস থাক্ংখি হায়।
(ঘ) অয়াং আসাম ওইল কম্পেনীগী কা[illegible]-দগী মশক খংদবা খরনা নোংমৈ উংলগা লুপা ৩,০০০ লৌখি। মীওইশিং অহু একাগাড়ী তোং-লগা লাকখি। একাগাড়ী তোংলগা চংখি হায়।
তাং ১০ থাংজ নুমিৎ: ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুং মনাক অমম্ভুং ফ্রেণ্ডস টোকিজগী নোংপোক থংবদা 'লৈবা পুখ্রি' লনাই মীওইদা পীথোকখিবা থিজিনবা কমিশন অমা ছাত্রশিংগী জোইন্ট একশন কমিতিনা শেমখি।
তাং ১১ নোংমাইজিং নুমিৎ: ভারত সরকারগী গৃহ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীঐচ: এম: পটেল ইন্দিয়ান এয়ার ফোর্স্কী এরোপ্লেন অমনা চুরাচান্দপুরদা থুংলে। মতুংদা ইম্ফালদা থুংলখি।
(খ) থাঙ্গা সলাম লৈকাই ১মুং খোদাক নোংলৈ-খোংগী খুঙ্গাশিংদা লুপা ৫,০০০ গী কলেক্টিভ ফাইন পীনবা হুকুম থোকখি। কৈবুল লমজাও নেসনেল পার্ক মৈ থারুবগীনি হায়।
(গ) এগ্রিকলচর কলেজগী ছাত্রশিংনা মুখ্য মন্ত্রি বাঙ্গালোগী নোংচুপ থংবা থোঙ্গালদা দাবী তান্দুনা মতম কক্তনা চরা হেনবা হৌখি।
তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইন্টর অফিস হোকি টুর্নামেন্ট এন: সি: সি: পেরেদ গ্রাউণ্ডদা লোইশিনখি। ইম্ফাল ১মুং লম্ফেলপাংতা লৈবা রাজ্য সরকারগী লোয়শঙ পুমমক ছুটি তখায়

থাখি। মণিপুর পুলিসপু পাঙ্গল ৪-০দা খোইদুনা ইলেক্ট্রিসিটী দিপার্টমেন্টনা চেম্পিয়ন ওইখি।

(খ) নেসনেল স্টুদেন্টস ইউনিয়ন ওফ ইন্দিয়া (মণিপুর মশা) গী ষ্টেট লেভেল কনফরেন্স কংগ্রেস ভবন ইম্ফালদা হৌখি।

(গ) ভারত সরকারগী গৃহ মন্ত্রি শ্রীঐচঃ এমঃ পটেল ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : দাবী তান্দুনা শিত্রিবা ফাওবা চরা হেনবা মণিপুর এগ্রিকলচর কলেজগী ছাত্র ও পুলিসনা ফাখি। জেলদা থাজিনখি। অতোপ্পা ছাত্র ৩না চরা হেনখি।

তাং ১৫ শগোলশেল নুমিৎ : লো মন্ত্রি শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা ইম্ফাল সেন্ত্রেল জেল য়েংখি। ইন্সপেক্টর জেনরেল ওফ প্রিজন্স ১ম্নুং মরী লৈনবা অফিসারশিং লোয়নখি। হৌজিক জেল অসিদা পুন্না বন্দি ২৮৬ লৈ হায়।

(খ) খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা নুপী কৈথেলগী শক্তম কায়দনা থম্নবা অল মণিপুর নুপী মরূপ অমস্নুং খ্বাইরম্বন্দ নুপী মরূপনা কৌদুনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল লেপখি (হরতাল তৌখি)।

তাং ১৬ ইরাই নুমিৎ : অল মণিপুর ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন্না শীল্লগা আরঃ দিঃ এসঃ স্কুলদা ইতিহাসকী মীফম পাংথোকখি।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ : রাষ্ট্রিয় স্বয়ং সংঘগী মকোক শ্রীবাশা সাহেবজ দেওরাম ইম্ফালদা থুংলখি।

(খ) মণিপুর এগ্রিকলচর কলেজগী চরা হেনবা ছাত্র অহুমতুগী মনুংদা অমা পুলিসনা ফাখি। জেলদা থমখি। পুন্না জেলদা থমখিবা স্ত্রাইক তৌবা ছাত্র ৪ শুখি।

(গ) ইম্ফাল জিরিবাম লম্বীগী লাংজিংদা লৈবা পেট্রোল পম্পতগী মশক থংদবা মী খরনা লুপা ২,০০০ লাকখি হায়।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ: অল ইন্দিয়া সাইকল টুরিষ্ট শ্রীপ্রেম সাগর গ্লোভর ইম্ফালদা থুংলখি।

(খ) মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন ইম্ফালদা আর্টিষ্ট দে পাংথোকখি।

(গ) ইম্ফালগী কৈশাম্পাৎতা মুতুরা ম্যুজিয়ম হাংদোকখি। শ্রীমহারাজকুমার পৃয়বর্ত্ত সিংহনা অথোইবা ফম্ফম লৌখি।

(ঘ) খুন্দ্রাকপম ময়াই লৈকাইদা ঈশিংদা তাদুনা লৈরম্বী চহি ২ রোম শুরবী রোমা কৌবী, নুপীমচা অমা মঙোম্দগী থা ৬ তা হনবা' ধনবতি কৌবী অমনা লাওবদগী ময়ায়া কনখি।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: হৈঙাং কাংজৈবুং থোংগী উরেপ উয়ুং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা তমখি। ফুট ২০০ শাংবনি।

(খ) জবাহরলাল নেহরু মেমোরিয়েল ট্রষ্ট, নেসনেল কাওন্সিল ওফ ইডুকেশন রিশার্চ এণ্ড ট্রেনিং অমসুং মণিপুর সরকারগী ইডুকেশন দিপার্টমেন্টকা পুন্না শীল্লগা জোনষ্টোন হায়ার

সেকেণ্ডরী স্কুলদা ৩শুবা সাইন্স এক্সিভিশন হৌখি।

(গ) সগোলবন্দ তেরা লৌক্রাকপম লৈকাইদা অল মণিপুর ষ্টেট পঞ্চায়েৎ পরিষদনা শিনবা পঞ্চায়েৎ দে পাংথোকখি।

(ঘ) থাঙ্গাগী প্রজাশিংনা রিক্সে হঙ্গর স্ত্রাইক হৌখি। কৈবুল লমজাও নেসনেল পার্ক পিক-শিল্ল, কলেক্টীভ ফাইন পীকম থোক্তে হায়।

(ঙ) অল মণিপুর ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন্না শীল্লগা পাংথোকপা ইতিহাসকী মীফম লোইশিনখি। তম্বা লাইব্রিকশিংদা রাজা অসিগী মমিং 'মণিপু-র ১স্থং আষ্যগী চাদা নাওদানি' হায়বা মতাংদা শেমদোক্লগা তমহন্নবা রারেপ লৌখি হায়।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপূর এগ্রিকলচর কলেজগীদমক মণিপুর কলেজনা লুচিংবা ছাত্র কাংলুপ অমা কোর্ট এরেষ্ট তৌহনখি।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ নোংপোক জিলা-গী নাগালেণ্ডগা লোয়্নবদা লৈবা জসামী খুন্দা য়ুম ৯ তুয়া মৈ চাকখি। পুন্না লুপা লাক্ষ ১,৫০ রোমগী পোৎ-চৈ মাং-তাংহনখি।

(খ) এরিয়ান থিয়েটর হোলদা, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীল্লগা ৭শুবা অল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেল হৌখি।

(গ) মণিপুর পীপলস পার্টিগী অফিসতা অথিংবা লৈরম্বা য়াথং অম্র লৌথোকখি।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎ : মশক খংদবা

মীওই খরনা পোরোম্পাংতা লৈবাক পুবা গাড়ী অমা মৈ থাখি। কংলা থাঙ্গপাং ফুন্নবা লৈবাক হোনবা গাড়ীনি হায়।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ : থৌবাল কলেজ ছাত্রশিংনা অমুক থিংজিনখি।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নুমিদাং পুং ৮-১১দা শাংজমৈগী দুকান অমদগী লুপা ৫,০০০ মশক থংদবা মী ৪না লৌথি। নোংমৈনচিংবা উংখি হায়।

(খ) স্পোর্ট মুভমেন্ট কমিতিনা শিল্লগা স্পোর্টমেন ডে পাংথোকখি।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুরগী হীল দিস্ত্রিক্ট কাওন্সীল ৬কী চিয়্যারমেনশিংগী মীফম ইম্ফালদা পাংথোকখি। বজেট শন্নখি।

(খ) লম্ফেলপাংতা লৈবা দিপুটি কমিশনার অফিস ১স্যুং নিউ সেক্রেটরীয়েট, ওল্ড সেক্রেটরীয়েট্টা এগ্রিকলচর কলেজগা স্ত্রাইক শোগংপা ছাত্রছাত্রীশিংগী থোংজং অমা ওইনা ছাত্র ২০০ মুক্তা অফিসকী থোঙ্গালদা অথিংবা পীখি।

মার্চ তাং ১ শগোলশেন নুমিৎ : নুমিৎ তরানিগী ওইনা উখ্রুলদা পাংথোকপা কার্মরস ত্রেনিং কেম্প লোইশিনখি। ত্রেনি ৫৬না শরুক য়াখি।

তাং ২ ঈরাই নুমিৎ : লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডাঃ এলঃ চন্দ্রমনি সিংহ নই দিল্লিদগী ইম্ফালদা হল্লকখি। পাওমীশিংগী মীফম ১ পাংথোকখি। গীতা মৈ থাখি হাম্নবচু অরানবনি হায়।

তাং ৩ থাংজ নুমিৎ : সাইখোংদা টেংনৌপল সদর চীং-তম কৈথেল অমা হকশেল মন্ত্রি শ্রীডব্ল্যু র-দিংলেম্না হাংদোকখি।

(খ) এক্সত্রিমিষ্টনি হায়না চিংনবা মীওই ৫না পোরোম্পাংতা লৈবা ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলগী অফিসতা খুংলাই উংতুনা লুপা ৫০,০০০ রোম পুখি। স্কুল মাদরশিংগী তলব পীনবা শেল-ফমনি। এক্সত্রিমিষ্টশিংহু ৬ মুক শুই, মতুংদা পুলিসনা মী ২ ফাখি হায়।

(গ) গীতা, মহাভারত, রামায়নচিংবা মৈ থাখি হায়বগী মরীদা প্রতিবাদ সভা ফমবা মীয়ামদা পাওজেল পীবা চংপা কাংবুদা নুংনা থাখি। খুরাই মনাক্তনি হায়।

তাং ৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: তখেলদা ভেটেরি-নরী দিসপেন্সরী অমা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়াংমাসো শৈজানা উরেপ উযুং তমখি।

(খ) বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা সংস্থান কয়ানা পুনবা গীতা, মহাভারত অমসুং রামায়নচিংবা মৈ থাখি হায়বগী মরীদা প্রতিবাদ সভা অমা পাংথোকখি।

(গ) মুখ্য মন্ত্রিগী নোংচুপ থংবা থোঙ্গালদা দাবী কয়া তান্দুনা চরা হেল্লিবা মণিপুর এগ্রিকলচর কলেজ অমসুং থাঙ্গা প্রজাশিংগী শত পুলিসনা শিদোকখি।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : পঞ্চায়েৎ অমসুং রুরেল দিভেলোপমেন্ট মন্ত্রি ওইরম্বা খাইরাকপম

চাওবা সিংহ মণিপুর বিধান সভাগী সদস্য ওইবদগী তোক্লে হায়না লাওথোকখি ।

(খ) বর্মাগা জাইনবা মণিপুরগী মোরেদা কায়ার ব্রিগেদ সব ষ্টেসন অমা হাংদোকখি ।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ খুরাই কৈথেল নুপী মরুপনা লক্ষ্মী বাজার মথক্তা বেঙ্ক শাবা য়ারোই হায়না দাবী তৌদুনা রিলে হঙ্গর ষ্ট্রাইক চংথবা হৌখি ।

(খ) পাওনা বাজারদা সাইকল ফুরাল্লি হায়বা মহম্মদ অব্দুল জাবর কৌবা সঙ্গায় য়ুক্ষমদা লৈবা অমা ফাখি ।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ ইম্ফাল ইষ্টকী মনুং চনবা ইথমদা, থৌবাল ডুরেলগী মথক্তা শাগদবা থোং অমা পরার রাজ্য মন্ত্রি শ্রীকেঃএচ নিমাইচান্দ সিংহনা উরেপ উয়ুং তমখি । ফোরেষ্ট রাজ্য মন্ত্রি মহম্মদ আশ্রফ আলিনা সভাপতি ওইখি ।

(খ) সিটি য়ুথ রেলফিয়ার এসোসিয়েশন্না শীল্লগা ধনমঞ্জুরী কলেজ গ্রাউণ্ডদা ২শুবা শ্রীমতী উমা-রাও দেবী মেমোরিয়েল উইমেন লীগ কম নোক আউট ক্রিকেট টুর্নামেন্ট হৌখি । ফুদ এণ্ড সিভিল সপ্লাইজ মন্ত্রি শ্রীহাওখোলাল থাংজোমনা হৌদোকখি ।

(গ) লক্ষ্মী বাজারদা, ইম্ফাল অরবান কো-ওপরেটিভ বেঙ্ক পাওনা বাজার ব্রাঞ্চ অমা কো-ওপরেশন রাজ্য মন্ত্রি শ্রীদব্লিউঃ কোমোল সিংহনা

হাংদোকখি। ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল চিয়ারমেন শ্রীকে: ঐচ: চিত্রসেন সিংহনা সভাপতি ওইখি।

তাং ৮ শগোলশেন নুমিৎ: নম্বোল লাই-নিংথৌ খোরিফাবগী চৌংমায়দা পব্লিক থিয়েটর হোল ১ শানবা সিভিল সপ্লাইজ মন্ত্রি শ্রীহাও-খোলাল থাংজোম্না উরেপ উযুং তমখি।

(খ) এল্লাহাবাদতা পাংথোকপা ১২শুবা ভারত পুম্বগী লিলা মচা তান্নবদা য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈবা পাম্থোইবী নাট্য মন্দিরনা ৩শুবা মনা লৌরকখি হায়।

(গ) মোরেগী মুসলিম বস্তিদা লৈবা য়ুম ১দা মুসলিম মীওই ৩না মৈতৈ নুপী মপুরোইবা লৈবী অমা ঈজৎ মাংহনবগী থবক তৌবিখি। মী ৩ ফাখি হায়।

তাং ৯ ঈরাই নুমিৎ: কেন্দ্রগী শিক্ষা রাজ্য মন্ত্রি শ্রীমতী রেনুকা দেবী বড়কাতাকি ইম্ফালদা শুংলখি।

(খ) প্রটাপ টোকিজদা শৈশক লমজিংগী 'উমংগী মী' মণিপুরগী ইহান হানবা কলর ফিলম মণিপুর বিধান সভাগী ডিপুটি লিদর মহম্মদ অলিমুদ্দিন্না লাম্থোকখি।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ: কলচরেল ফোরুম মণিপুরগী ২০ শুবা চহি মীফম ষ্টেট ম্যুজিয়ম হোলদা হৌখি।

(খ) হিয়াংথাং পুলিস আউট পোষ্টতা পুলিস মশেল থুংথোক্নবদা কন্সটেবল মাইমু কৌবা ১

শাথীনা শোকখি। হিয়াংথাংগী প্রধান অমম্ভুং নহারোলশিং চেনশিন্দুনা অশোকপন্থু কনখি, অমুবশিং কাজিঙগা মথক থোংবা পুলিস অফি-সারদা শাও তাকখি। অয়ুক্তা চামিন থকমিন্নবা অমা চংলুবা হল্লকপদা থোকখিবনি হায।

তাং ১৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: লগাও শান-বা মী তানখায়বদা পুলিসনা নোংমৈ কাপখি। থরাইদা ৪শুবা আসাম রাইফলসগী রাইফলমেন অমা নোংমৈ মকুনা পান্দুনা শোকখি হায়।

· তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডাঃ এলঃ চন্দ্রমনি সিংহগী বঙলোদা হোলি ফেষ্টিভেল পাংথোকখি। আবের তৈনবা ১মুং থাবল চোংবনা মপুং ওইখি।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ: শগোলবন্দ তেরাদা নুমিৎ ২১নি চংথরকপা এদল্ট ইডুকেশন ১মুং কংস্রনেল লিট্যারেসী ত্রেনিং লোইশিনখি।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ: মণিপুর বি-ধান সভাগী অকোয়রা মকুওইবা মফম থরদা সিঃআরঃপীঃসিঃ ধারা ১৪৪ গী অথিংবা থমখি।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাগী বজেট মীফম হোখি। রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদ সিংহনা ভাষন পীখি।

(খ) বর্ষাগা তাইনবা ইষ্ট দিস্ত্রিক্ত (উখ্রুল) গী ডমথৈ লমদা মাইল ১০ রী অকোয়বদা সুমিদাং খুদিংগী কার্কিয়া থমখি। এন্টি সোসিয়েল ইলি-মেন্টশিংগী জৈল্লাং কনখংলকপা থিংনবনি হায়।

(গ) জোইন্ট স্টুদেন্টস এক্সন কমিতিনা মণিপুর বন্দ কৌখি। মপুং ফানা পাংথোকখি। মফম খরদা ঈরাং থোকখি। সিঃ আরঃ পীঃ গী গাড়ী অমা শোককখি। মণিপুর এগ্রিকলচর কলেজগী মতাংদা দাবী তকশিনখিবনি হায়।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফাল উখ্রুল চেনবা বস অমা এক্সিদেন্ট থোক্লুনা মী ৪০ শোককখি। খুদক্তা মী ৩ শিখি। ৬ শাথীনা শোকখি।

(খ) ইন্দিয়ান রেদ ক্রোস সোসাইটি মণিপুর ব্রাঞ্চকী অথুম্বা মীফম অমা রাজ ভবন্দা পাংথোকখি। রাজ্যপাল শ্রীএলঃপীঃ সিংহনা সভাপতি ওইখি।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাদা মুপীগি গ্যালরিদগী এগ্রিকলচর কলেজ ছাত্রী অনিনা চে চাইথরকখি। মথোয় অনিমক সেক্যুরিটিগী মীওইনা ফাখি।

(খ) নেসনেল সার্ভিস স্কিমগী মখাদা জিঃ পীঃ কলেজগী ছাত্রী ৪০ না পাংথোকপা কেম্প লোইশিনখি।

তা ২৪ থাংজ নুমিৎ: প্রেসকী মীওই কাংলুপ অমা কৈবুল লমজাওদা চৎতুনা য়েংখি।

(খ) উরিপোক্কী থাবল চোংফম অমদা, বীঃ এসঃ সিঃ এগ্রি তম্বা শ্রীমনিতোম্বা কৌবা অমা থাংনা থিন্দুনা শিখি।

(গ) চুরাচান্দপুরদগী মাইল ৬ রোম চৎলগা

লৈবা ডাইকং খুলদা ৬ শুবা জোমী নেসনেল কংগ্রেস এসেমব্লীগি মীফম হৌখি। শেল থুম মন্ত্রি মহম্মদ অলিমউদ্দিনা হৌদোকখি।

(গ) এলঃএমঃএসঃ লো কলেজ ছাত্রশিং স্ট্রাইক হৌখি। ক্লাস য়াওখিদে।

তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েশনগী ১৮ শুবা চহি মীফম নাওরেমথোংদা পাংথোকখি। পদ্মশ্রী চিঙ্গাংবম কালাচান্দ শাস্ত্রী, শ্রীখুলেম চন্দ্রসেখর সিংহ অমসুং থোকচোম ফলেন্দ্র সিংহবু মথংশিংনা প্রসিদেন্ট, জেনরেল সেক্রে-টরী অমসুং জোইন্ট সেক্রেটরী (এডমিনিষ্ট্রে-শন) খনখি।

(খ) কোন্থৌজমদা আইঃসিঃদিঃপীঃ সব-সেন্টর ১ শানবা আঙৈন মন্ত্রি শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা উরেপ উয়ুং তমখি।

(গ) ১০ শুবা অল ইন্দিয়া ম্যুজিক কনফরেন্স নুমিৎ নিনিগী ওইনা মহাত্মা গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা হৌখি। আঙৈন মন্ত্রি শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা হৌদোকখি। শ্রীদিজমনি দেব শর্মনা সভাপতি ওইখি।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মহা বারুনি তাখি। বারুনি চীং কাবা মুপী অমদা চেক তৌরুবদা পুলিসনা অশাবা নোংমৈ ১ কাখি। মণিপুর ষ্টেট স্কাউটনা চীং কাবশিংদা মতেং পাংখি।

(খ) মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোপোরেশনগী বসশিং খুদিংগী ইম্ফাল থালোন বস চেনবা হৌখি।

তাং ২৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: জোইন্ট ষ্টুদেন্টস এক্সন কমিতিনা শীল্লগা ইম্ফালদা সভাযাত্রা ১ চংখি। মখোযগী দাবী তাল্লহনা ধারা ১৪৪ গী অখিংবা হুকুম থুগায়খি। ছাত্র ছাত্রীশিং কাখি।

(খ) ভারতা লৈবা আমেরিকাগী রাষ্ট্রদূত নুমিৎ নিনিগী খোংচৎতা ইম্ফালদা থুংখি।

(গ) ডিভিজনেল ওর্গেনাইজর মণিপুরনা শীন্দুনা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী হোলদা ২শুবা লৈগী মেলা ১ হৌখি।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা মণিপুর বিধান সভাদা মথংগী একাদেমীক সেসন্দগী রাজ্য অসিদা এগ্রিকলচর অমসুং হোর্টিকলচর কলেজ ১ হাংলগনি হায়না লাওথোকখি।

(খ) পোরোম্পাংতা ৱাটর সপ্লাই স্কিম অমা শেল-থুম মন্ত্রি মহম্মদ অলিমউদ্দিন্না হাংদোকখি। ১৯৭৬ ইং জুলাইদা স্কিম অসি শাবা হৌখি, পুন্না লুপা লাক্ষ ২৬'০৩ চংখি। স্কিম অসি এল: আই: সি: না পীবা লোন অমসুং মণিপুর সরকারনা পী: ডি: এ: দা পীবা শেন্থংগী শেলক্ষমনা শাবনি হায়।

তাং ২৯ শগোলশেল নুমিৎ: শজিবুগী নোংমা

পানবা চৈরাওবা (চৈতৈ) পাংখোকনৈ।

তাং ৩১ থাংজ নুমিৎ : মণিপুরগী এক্স-সার্ভিসমেনশিংদা খুদোংচাবা পীনবা ইম্ফালদা মিলিটরী টুটে হৌখি। ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুংদা মপুং ওইবা থৌরম পাংখোকখি।

(খ) শীংজমৈ ওইনাম থিঙেল লৈকাইদা লৈবা ইবোচৌবা কৌবা অমা থাংনা য়ানবা অমম্বুং কাংজৈনা থোমদংতুনা হাংখি। শান্তি কৌবা ১ ফাখি হায়।

এপ্রিল তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ : এপ্রিল ফুল ওইখি।

(খ) ঈশিথেম্বী খুল ময়াদা লৈবা কোংবা মরু খুভমদা য়েক ৭ কী ফিরাল পাইহনখি। ইপানাং-ইপুনাংকী খুভম হজিন্নবা চৈরাং থৌনিবা হৌখি।

তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মার্চ ২৪ দা উবিপোক বাচম্পতি লৈকাইগী থাবল চোংবম অমদা শগোলশেম মনিতোম্বা কৌবা অমা হাংখিবা মরীদা কোম্মোজম ইবোমচা কৌবা অমা ফাখি উরিপোক্রুগানি হায়।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : পাম্রী পুরী চংনরম্বা লীচংকী মভুং ইন্না স্না কোম্নুং মীতৈ উমং লাই কস্টম লোযশঙনা শীল্লগা কোংবা লৈথোংফাংপা থৌরম পাংথোকখি।

তাং ৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : নুমিদাং পুং ৭ অহুম্রাইদা থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা মণিপুর

আর্মস কম্পেনিদা মশক খংদবা মীওই ৩ না নোংমৈ লোবা লাকখি। তুকাল্লারশিংনা মখোয়-বু ইন্থোক্লগা থোং লোনশিন্দুনা থাংখি, নোংমৈ মরু ২ কাপশিল্লমই, হেন্দগ্রেনেদ অমসু মপান্দা পোকখাযহল্লমই। নোংমৈ পুবা ভমখিদে হায।

(খ) মণিপুর বিধান সভাগী সিঃ পিঃ আইঃ সদস্যা ৪ শ্রীইরাবোৎ সিংহ, শ্রীযুগেশ্বর সিংহ, শ্রীপরিজাৎ অমসুং শ্রীঅচৌবা ফম থাদোকখি হায।

তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎ : থাঙ্গা পীপলস সর্ভাইবেল প্রোটেক্সন ফ্রন্টনা দাবী তক্লবা খোং-জং থা অনি মখায় চংশিনখিবগা লোযননা থাঙ্গা প্রজাশিংগী অরাবা য়েংশিন্নবা মণিপুর সরকারদা আপীল তৌখি।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ : নুংতিগী ফোংবা চেফোং ছুইম্নেন লানপাও নুংথিল পুং ৪ দগী থিংজিনখি। উনমশঙ ইউনাইটেদ প্রিন্টিং এণ্ড রবর ষ্টাম্প প্রেসকী মচাকশিং ফাগংখি হায়।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : অল পার্টিজ স্ত্রাগল কমিতি ফোর মণিপুরী লেঙ্গুয়েজগী মেম্বর ১৩০ রোম্না মণিপুর বিধান সভা মমাংদা সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ ধারা ১৪৪ পী অথিংবা থুগায়খি। কোর্ট এরেষ্ট তৌহনখি। কংগ্রেস, কংগ্রেস (আই) এমঃ পীঃ পীঃ, সিঃ পীঃ আই (এম) গী লুচিংবশিং য়াওখি।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কোর্ট এরেষ্ট

তৌহনবা অল পার্টিজ স্ত্রাগল কমিতি ফোর মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ গী মেম্বরশিং ফুখি। মী ১০ শোকখি। মণিপুর বিধান সভাগী শঙদা মুংনা থাখি। শিক্ষা রাজ্য মন্ত্রি শ্রীনিপামচাগী অীপুস্তু মুংনা থাখি হায়।

(খ) আশা তোংত্রা ফিলম্না পুথোকপা খুৎথাং লমজেল উসা সিনেমাদা প্রেমিয়ার সো উংখি।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভানা 'মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ বীল ১৯৭৯ পাস তৌখি।

(খ) ইম্ফাল আর্টস কলেজগী অহানবা প্রিন্সিপাল শ্রীহঞ্জবম শ্যামো শর্ম্মা নোঙ্গাখি।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ : চৈরাওবগী থোরম পাংথোকনৈ। নাওরেম থোইবা সিংহ ভেন্থাদা লৈবনা চৈ থাখি।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : অল মণিপুর জে.বীঃ স্কুল হেড মাষ্টরস এসোসিয়েশন শেমখি। মহাত্মা গান্ধী স্মারক জেঃ বীঃ স্কুলদা মীতিং ফমখি। শ্রীআরঃ কেঃ নোকুলমা সিংহ অমস্তুং শ্রীকেঃ ঐচঃ জয়চন্দ্র সিংহবু প্রসিদেন্ট অমস্তুং সেক্রেটরী খনখি।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : জিওলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিযানা কোয়না চৎতুনা মেলা উৎপা ষ্টেট ম্যুজিয়মদা তৌখি।

(খ) কাঞ্চিপুরদা লৈবা জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর মতম কক্তুনা খিংজিনখি। ছাত্রশিংনা

এপ্রিল ১২দগী ক্লাস বোয়কোট তৌহনা লাকখি।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ: ২শুবা মণিপুর রাইফলসতা থবক তৌবা মী অমা মশক খংহৌদবা খরনা পাওনা বাজারদা লৈবা ইম্ফাল হোটেল মপাদা মচিন তুম্বা পোংনা থিল্লম্বদগী শিখি হায়।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ: মণিপুরী লোলবু ৮শুবা সেড্যুলদা য়াওহন্নবা আন্দলোন তৌবা অল পার্টিজ স্ত্রাগল কমিতি ফোর মণিপুরী লেঙ্গুয়েজগী সত্যাগ্রহী ৩৪ জেলদগী থাদোকখি।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ: খোংজোম মনাক্তা লৈবা খেব চীংদা খোংজোম লাল নিংশিং থোরম পাংথোকখি।

তাং ২৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: থৌবাল কলেজ ছাত্রশিংনা পরিক্ষা বোয়কোট তৌখি। সসপেণ্ড ২ রক তৌরুবা প্রিন্সিপাল শ্রীএন: শামু সিংহ'লৌথোক্লুবা দাবী তৌখি। অথোরিটিনা কলেজ থিংজিনখি।

তাং ২৬ শগোলশেল নুমিৎ: খাইরম্বন্দ কেথেলদা লৈবা অরাং দুকানগী ধর্মশলা মমাংদা বী:এস:এফ: কী খামহুম্না লৈবা গাড়ী ১দা মীশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপশিল্লমই। জরান ৪ শিখি। রাইফল ১ পুখি হায়।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎ: বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা জৱাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি ছাত্রশিংনা পব্লিক মীটিং তৌখি। মখোয়গী দাবী মরম চাই হাইবা মীয়ামদা খংহন্দুনা লৈনখি হায়।

(খ) নোংপোক জিলাগী তুইনেম, ঙাইমুক, সাসক অমসুং হুড়ংনচিংবা খুলশিংদা লৈবা প্রজাশিংনা নুমিৎ মানবা মণ্ডাল অমা উখি। ইং ১৯৪১দসু তুইনেম অমসুং লম্বু খুল লোয়রবদা উখি হায়।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ: ওল্ড কছাড় রোড-তা থাঙ্গাল খুল কাওবা চেমবা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেসনগী বস ১ লাইবা খোংজাই খুল মনাক্তা লুট তৌখি। লু: ৪;০০০ রোমগী পোৎ পুখি হায়।

তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: কংলৈপাক থৌশিল কোনগী কাকৈথেল মশানা শীল্লগা কাকৈথেল মনাক্তা লৈবা শায়রবুং লম্পাক্তা (টিদিম রোড এথলেটীক ইউনিয়ন) কংলৈচা পুম্নমক্কী কংলৈ লীচৎ (স্নামহী লাইনিং) তা লাইমিং লোবা থৌরম পাংথোকখি।

(খ) মহাবলি লম্বী ময়াইদা বিনোদিনি দেবী কৌবী নুপী অমা শিনা ফংখি। মীহাৎপীনি চিংনবা নুপী অমা কাখি।

তাং ৩০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী মসজীদ রোডতা লৈবা হোটেল অমদা মী খরনা নুপা অমা থাংনা থিন্দংখি। ২ কাখি হায়।

(খ) মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজাগী বঙ্গলোগী নোংপোক থংবা থোঙ্গাল মপাদা হেণ্ডবোম অমা পোকখায়খি। অশোক অপন য়াওখিদে হায়।

মে তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মে ডে

থোৌরম পাংথোকখি। অদুম মণিপুর ৱাকিং জর্নে-লিষ্ট ইউনিয়ননা থাবুপরাদা লৈবা প্রেস ক্লবতা শিন্নীশিংগী সমস্যাশিং অমস্তুং মে·ডেগী থোৌদোক নিংশিংহুনা খন্ন-নৈনখি।

(খ) বিষ্ণুপুর ব্লোক লমখায়দা বস ১ খুংলাই পায়বা খরনা লুট তৌখি। লুপা লিশিং ৫রোমগী পোং পুখি। ড্রাইভর অমস্তুং পেসেঞ্জর খরা ফুরমই হায়।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: চৈরাপ কোর্টতা লৈবা সেসন জজ কোর্টতা মীনা ফিজৌ ফৌখি, শ্রীমতী বিনোদিনি দেবী কৌবী নুপী ১ শিহুনা লৈরম্বগী মরীদা ফাখিবী শ্রীমতী তোম্বী দেবী কোর্টতা পুথোকপা য়েংনবনি। পুলিস (নুপী) কন্সটেবল শ্রীমতী তোম্বী দেবী পুথোকপদা ঈরাং থোরকপা য়াবগী চেকশিনবা ওইনা মহাক পুথোকখিদে হায়।

তাং ৩ শগোলশেল নুমিৎ: ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুংদা খৃষ্টানশিংগী অচৌবা ৱেল্লি অমা পাংথোকখি। লোক সভাদা পুথোকখিবা ৱিলি-জস বীল প্রতিবাদ তৌখি।

(খ) পাওনা বাজারদা এমঃ এসঃ সিংহ এণ্ড সন্সগী খুদাং ঘড়ী শানবা ইউনিট অমা ইন্দষ্ট্রি মন্ত্রি শ্রীসলাম তোম্বী সিংহনা হাংদোকখি।

(গ) শ্রীএসঃ জ্ঞানেশ্বর সিংহ ডিঃ এমঃ কলেজ (আর্টস)কী ওজাদা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়না পীঃ এচঃ ডিগ্রি পীখিবা পাও ফংখি।

তাং ৪ ঈরাই নুমিৎ ঃ বিষ্ণুপুর সব-দিভিজনদা কোনবা মফম অয়াম্বদা শা যন তক্লুনা নাখি। পোংশংবম খুলদা শন ২০ হেন্না শিখি। চয়োল অমগী মনুংদা মশক খংদবা লাইচং ১ শন্দোরক-খিবনি হায়।

(খ) ব্রহ্মপুর নহাবম লম্পাক্তা অল পার্টিজ স্ত্রাগল কমিতিনা শিন্দুনা মীয়ামগী মীতিন অমা পাং-থোকখি। কংগ্রেস, সিঃ পীঃ আইঃ অমসুং এমঃ পীঃ চুংশিন্নবা স্ত্রাগল কমিতি অসিনা হায়খি, পা খরা অসিদা হাংন-শুনবা ঈরাং থোক্লিবা অসি জনতা পার্টিগী দায়ীত্বনি।

তাং ৫ থাংজ নুমিৎঃ নুমিদাং পুং ৮দা লমশাং পুলিস ষ্টেশন্দা নোংমৈ কাপ্পা মথোল তাখি। মরম খংনখিদে হায়।

তাং ৬ লৈংমাইজিং নুমিৎ ঃ রাজভবন, বাবু-পড়া অমসুং শঞ্জেনথোং অফিসার কাটর নংতবা অতে মফমশিংদা ইলেক্ট্রিক মমখি। মীওই কয়া না কেরোসিন থাও লৈবা চেন্নখি।

(খ) পেট্রোল পম্পশিংদা পেট্রোল লৈত্রে হায়দুনা মথোয়না পেট্রোল লিটর ১/২ দগী হেন্না পীখিদ্রে।

তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ ঃ হান্নগী প্রধান মন্ত্রি অমসুং কংগ্রেস ( আই ) প্রসিদেণ্ট শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধী ইমার্জেন্সী এক্সেস ইনক্কারী অথো-রিটি মমাংদা জবান পীনবা ইস্ফালদা থুংলখি।

(খ) তেংনৌপল দিষ্ট্রিক্টকী খীঙ্গুদা লৈবা ৫ শুবা মণিপুর রাইফলকী লাস নাইক নবচন্দ

য়ুরেম্বমদা লৈবা অসি হবিলদার বুদ্ধ কৌবা নম্বোলদা লৈবা অমনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি। রাহৌ থংখিদে হায়।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধিগা শঞ্জেনথোং মনাক্তা লৈবা সার্ক্যুইট হাওসতা পাওমাশিংগা উনখি। মতুংদা ইম্ফাল থাদোকখি। ইমার্জেন্সী এক্সেস ইনক্বারীদা ৬সি লাকখিদে হায়।

তাং ১০ শগোলশেল নুমিৎ: নন-গোভর্নমেন্ট কলেজশিংগী ষ্টীয়ারীং কমিতি প্রসিদেন্ট শ্রীকে: ঐচ: ইবোবী সিংহনা লুচিংবা কাংবু অমগা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীযংমাসো শৈজাগা উনখি। অতৈ কলেজগা থেন্নবা মীংয়েং থমদনবা তক্লখি।

(খ) রেজিষ্ট্রার ত্রেদ ইউনিয়ন্না রাজ্য অসিদা লৈবা ত্রেদ ইউনিয়ন ৪১ গী রেজিষ্ট্রেশন সার্টিফিকেট খুদক্তগী ককথংখি। মরম পাখিদে।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ: উখ্রুলদা ফোরেষ্টকী কাংবুনা য়ুম য়ুমদা চংলগা রোয়েলটি লৌখি। মরনাই শীজিন্নবা শেল তোনবদোনা থৌই হায়না প্রজাশিংনা পেন্দবা ফোংদোকখি হায়।

তাং ১২ থাংজ নুমিৎ: কেন্দ্রগী লৌউ-শিংউ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীভানু প্রটাপ সিংহ ইম্ফালদা থুংলখি। লোক্তাক লীফ ইরিগেশনগী অহানবা তাক্কক থবক হৌহনখি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ: লিলোং চীংজাও মনাক্তা থংন চৈনবা থোক্তুনা মহম্মদ নুর

জামন কৌবা ১ শাথীনা শোকখি। খাসলেণ্ডদা য়ুম তাবা ইমুং ৫ রোমগী মীশিং খংনরকপদগী থোকখিবনি হায়।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : বী: এস: এফ: কী ডাইরেক্টর জেনরেল ইম্ফালদা থুংলখিবগা লোয়না এণ্ড ওর্দরগী মরীদা মণিপুর সরকারগী অফিসিয়েলশিং না থম্নখি। রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদ সিংহগন্দু উন্নতুনা খন্ন-নৈনখি।

তাং ১৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: নুমিৎ ছুম্নি চথগদবা এগ্রো কোরেস্ট্রী সেমিনার রাজ্যপাল শ্রীএল: পী: সিংহনা জি: এম: হোলদা হৌদোকখি।

তাং ১৮ ইরাই নুমিৎ : খাইরম্বন্দ কৈথেলদা বসনচিংবা গাড়ী অচৌবা অয়ুক পুং ৮দগী নুমিদাং পুং ৮ ফাওবা চংবা থিংবা হৌখি।

তাং ২০ নোংমাইজিং নুমিৎ : ইম্ফাল আর্ট কলেজদা ৭শুবা আর্ট এক্সিভিশন হৌখি। নুমিৎ ৫ নিগী মেলানি হায়।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ফুদ কোর্পোরেশন ওফ ইন্দিয়া ইম্ফালদগী চেং ব্রানবগী মমল কুইন্টল অমদা লুপা ১৫৩.৮৫ চোইনা লৌবগী মমলনা লুপা ১৫৮.৮৫ দা কিলোগ্রাম ১গী মমলনা ১ ৫৯ দা লেপখি।

তাং ২৪ শগোলশেন নুমিৎ : বিষ্ণুপুরদা লাইনিংথৌ ময়াং ভন্না হরাওবদা য়ুক্না, শগোল কাংজৈ পানা খায়দোক্নুনা শান্নখি।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ: মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস

কমিতিনা মণিপুর পুম্বা ঈকং থোক্লবা লমনি লাওথোক্লুবা দাবী তৌখি।

(খ) লম্ফেলপাংতা লৈবা রীজনেল মেদিকেল কলেজ হোসপীতালদা ডাক্তরশিংনা অয়ুক পুং ৮ দগী পুং ২ থেবক শুখিদে। মে ২৩ নোংমাই মতুং পুং ১ পার্লিয়ামেন্টগী সেক্রেটরী শ্রী এমঃ ইবোতোম্বী সিংহনা ডাক্তর অমা নোংমৈ উংতুনা কিহনখি হায়বা মায়োক্না চংথখিবনি হায়।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : কংলা থাঙ্গপাং (পার্ক) তা হচিক লাংবা মী ময়াম নুমিদাং পুং ৭ কী মতুংদা তানখায়খি।

(খ) মিনি বস এমঃ এনঃ এসঃ ৮৬৫৪ ঈরোইশেম্বদা এক্সিদেন্ট থোকখি। মী ৭ শোকখি। য়ু লিটর ২০০ য়াওবা থেংনখি হায়।

(গ) খাঙবোক্তা খংনা-চৈনবা অমা থোকপদা লুহোংবা কুইত্রিবা ১গা নহা অনি শিখি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মোইরাং মল্টিপরপজ হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী ছাত্রশিংনা চংথরকপা হঙ্গর স্ত্রাইকা মরী লৈননা ৫ ফাখি। আন্দলোন। চংশিল্লবশিংদা নোংমৈ কাপ্লদা ৩ শোকখি খেলচন্দ্র কৌবা শিখি।

(খ) মোইরাং নোটিফাইদ এরিয়াদা সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ ১৪৪ গী অথিংবা থমখি।

তাং ২৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : অয়ুক ৬-২০ দা য়ুহারাহাখি।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : লো এণ্ড ওর্দর

নিংথিনা থয়বা অমস্তুং পোং চৈ মমল তাংবগী মায়োক্তা যুঠ কংগ্রেসনা 'ব্লেক দে' পাংথোকখি। মুখ্য মন্ত্রিনা মেমোরেণ্ডম লৌ য়াখিদে হায়।

(খ) ইম্ফালগী কালিমায় মাণ্ডবতা মণিপুর পুলিস এসোসিয়েশন কৌবা সংস্থান ১ শেমখি। ইন্সপেক্টর শ্রীআরঃ কেঃ মনিম্না সিংহনা সভাপতি ওইখি।

(গ) ইম্ফাল লৈঙাং চেনবা বস দিঃ ইঃ পীঃ ২৬৯৫ দগী তাংজেং মথক্তী লমহাং মপাদা খুংলাই পায়বশিংনা লুট তৌখি। লুপা ৬,০০০ পুখি।

তাং ৩১ শগোলশেল নুমিৎ: ভারতকী প্রেস কমিশন চিয়ারমেন শ্রী পিঃ কেঃ গোস্বামী ইম্ফালদা থুংলৈ।

জুন তাং ১ ইরাই নুমিৎ: তেংনৌপল মনাক্তা বীঃ আরঃ টীঃ এফঃ কী গাড়ী অমা এক্সিদেন্ট থোকখি।

তাং ২ থাংজ নুমিৎ: মণিপুর পুলিস এসোসিয়েশন্না থা অনিগী মতুংদা সার্ভিস রেগুলরাইজ তৌনবা অমস্তুং দাবীশিং পাথোক্লবা মেমোরেণ্ডম অমা মুখ্য মন্ত্রিদা পীশিনখি।

তাং ৩ নোংমাইজিং নুমিৎ: তাংজেং মথক লমহাং ১ গী মপাদা বসতগী লুট তৌখিবা মী ৩ ককচিংদা ফাখি। কস্ত্রিমেদ পীস্তোল ২ অমস্তুং থাংগা কোন্ননা স্না খরস্থ ফংখি।

তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর ঈকং থোকপা লমনি হায়না লাওথোকখি।

তাং ৭ শগোলশেল নুমিৎ: মোইরাংদা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পুনা ছাত্র হাংপা মায়োক্তা বীর

টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা নেসনেল ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন ওক ইন্দিয়ানা শীল্লগা প্রতিবাদ সভা পাংথোকখি।

তাং ৮ ইরাই নুমিৎ: অল মণিপুর উইমেন্স জোইন্ট এক্সন কমিতিনা জিঃ এমঃ হোলদা ব্লিজ খবর (বোম্বে) না 'মণিপুর ওক্তবী লাই জগোয় শাবীশিংগী লাই লৈবাকনি' হায়না ফোংখিবা মতাংদা প্রতিবাদ সভা ফমখি।

তাং ৯ থাংজ নুমিৎ: ২ শুবা ভারত পুম্বগী ডান্স অমস্তুং ম্যুজিক ফেস্টিভেল গুরু অতোম্বা ইন্সটীট্যুট ওক ডান্স ড্রামানা শীল্লগা জেঃ এনঃ মণিপুর ডান্স একাদেমীদা হৌখি।

(খ) লাঙ্গোল চীংগী মপ্রি পুখ্রিরোম থংবা ফোরেষ্ট দিপার্টমেন্টকী উচান পাম্বী মৈ চাকখি।

তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎ: খোদাক তুরেল-দা মনম নমথিরবা অশিবা হকচাং অমা ফংখি।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: অহানবা মণিপুর রাইফলসকী থা-নোংচুপ থংবা থোঙ্গাল মনাক্তা টিকেন কৌবা ১ নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংলমই। মহাক্তা লাকমিল্লবা অমা শোকখি। জরান খরগা থংনরকপদা নোংমৈ কাপখি হায়।

তাং ২২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ছাত্র নহা-রোলশিংনা কৌবা মণিপুর বন্দ পাংথোকখি। সহরগী গারিশিং স্কোর্টকা লোয়ননা চেনখি।

(ঘ) কোম্নুং ওমখৈদা লৈবা মণিপুর ষ্টেট পোলো কমিতিগী শঙলেন অসিদা মৈ থাদোক্লমই। লুপা ৬,০০০ রোমগী পোংচৈ চাকখি হায়।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ : তোকঙা নুতি চেফোং পুথোকপা হোই। শ্রীথোকচোম ফলেন্দ্র সিংহনা ইডিটর, প্রিন্টর অমস্তুং পব্লিসারনি। ইম্পারিয়েল প্রিন্টরস পাওনা বাজারদা উনম তৌরগা পুথোকপনি।

তাং ১৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : লম্ফেল পাংভা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা অফিসার হোষ্টেল ১ হাংদোকখি। ইউনিট ১০ লৈগদবা হোষ্টেল অসি ইউনিট ৪ তমক শাবা লোইশিনখি। লুপা লাক্ষ ৩ লিশিং ৭৮ চংই হায়।

(খ) সেড্যুল কাস্ট অমস্তুং সেড্যুল ট্রাইব অদরস এমেণ্ডমেন্ট বীল ১৯৭৮ গী ষ্টদি গ্রুপকী পার্লিয়ামেন্টরী জোইন্ট কমিতি ইম্ফালদা থুংলখি। রাজ্য সভা অমস্তুং লোক সভাগী সদস্য ৯ গী কমিতি অসি চিয়ারমেন শ্রীস্বরজ ভালনা লুচিংলকই। ইম্ফালদা থুংলবগা মোইরাংদা চৎলুই। আই:এন:এ: মেমোরিয়েল হোল অমস্তুং সেন্ড্রা টুরিষ্ট হোমনচিংবা য়েংখি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজিস্তু খুরুমই।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাগী কমিতি রুমদা সেড্যুল কাস্ট অমস্তুং সেড্যুল ট্রাইবকী মীহুৎশিংগা পার্লিয়ামেন্টকী জোইন্ট কমিতিগা উনখি। রাজ্যগী সেড্যুল কাষ্ট অমস্তুং সেড্যুল ট্রাইবকী কমিতি চিয়ারমেন অহুগা মেম্বরশিংস্তু উনখি। মতুংদা

সেক্রেটরীয়েট কনফরেন্স হোলদা সরকারগী অফিসিয়েলশিংস্সু উনৈ।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্দকী কর্ম্মচারীশিংনা থা অনি লেপ্পুরবা স্ত্রাইক চংশিনবা অমুক হোই। কর্ম্মচারীশিংনা থবক থাদোকখি।

(খ) মাওদা রিজনেল পোটেটো ফার্মগী রেষ্ট হাওস অমা শঙ্গাখি। মখেল খুলদা ইন্সপেক্সন বঙ্গলো অমা শঙ্গাখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা অনিমক পাংথোকলুই।

তাং ২০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : সেন্ত্র্যাল কাষ্ট অমস্থুং ত্রাইব অদরস এদমেণ্ডমেন্ট বীল ১৯৭৮গী পার্লিয়ামেন্টরী জোইন্ট কমিতি ইম্ফাল থাদোকখি। কমিতি অসিনা পাওমীশিংগা উনগনি হায়না তৌরম্বহ্নু উনরমদে।

তাং ২১ শগোলশেল নুমিৎ : ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল ইমপ্লোয়ীজ ইউনিয়ননা চৎথরকপা কর্ম্মচারীশিং স্ত্রাইক লোইশিনখি। কর্ম্মচারীশিংগী দাবী খরা পীথোকপা য়ানরে হায়বহ্নু পাওগী মীফম অমা পাংথোক্লুনা সংস্থান অসিনা লাওথোকখি।

(খ) কেন্দ্রগী লৌউ-শিংউ মন্ত্রালয়গী এদিশনেল সেক্রেটরী শ্রীএমঃ পিঃ মুখর্জিনা লুচিংবা মী ৬না শাবা ঈরাং য়েংশিনবা মীহুৎ কাংবু অমা ইম্ফালদা থুংলৈ।

(গ) খুরাই সোইবম লৈকাইদগী শ্রীআর: কে: টুলচন্দ্র অয়ুক অঙনবদা পুলিসনা ফাই। মহাকপু শিনা নত্রগা হিংনা ফাবা ঙম্বদা মণিপুর সরকারনা লুপা ২৫,০০০ পীনবা লাওথোকখ্রবনি।

তাং ২৩ থাংজ নুমিৎ: খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল মহারানী থোংয়াইদা রিক্সো থৌবা অমা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিগী কৈথেল ঙাকপা অমগা নিঙাই শংদানবদগী সি: আর: পি: এফ: না ফাখি।

(খ) নুমিদাংদা শেল-থুম মন্ত্রি মহম্মদ আলিমউদ্দিনগী পাওনা বাজারদা লৈবা শঙদা হাংবা হোটেল গীল গালদা পুলিসনা মিনিট ৩০ রোম চংনা থিজিন থোংচিনবা থবক চংথখি। চীংমী লৈশাবী অমগা পাঙল নুপী অনিগা ফাখি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: শেল-থুম মন্ত্রি মহম্মদ আলিমউদ্দিনগী অফিসিয়েল রেসিদেন্সদা অহিংদা মীশক খংহৌদবা মীওই খরনা নোংমৈ কাপশিল্লমই। ফত্ত-নুংদা থোকখিদে হায়।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: কেরলা, উরিষ্যা অমসুং দিল্লিদা চংথবগুম ইম্ফালদসু সি: আর: পী: এফ: কী জরানশিংনা দাবী ভানবা আন্দলোন চংথৈ। ইম্ফালদা লৈবা জরানশিংনা সভা-যাত্রা চংখি। ঙাক্ত-শেন্নবদা শীজিন্নবা সি: আর: পী: এফ: জরানশিং লৌথোকখি।

তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা কাং চিংই। কুম শোক ১৭৫৪

ইণ্ডেনগী নিনি পানবা থাংজ নুমিৎতা মণিপুরদা কাং চিংবা হৌদোকখি। মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ হাকথক্কী থাংজম উরবানা চৈথাবা কুমনি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী কিয়োংদা মী চা কয়ামরুম তিনখি।

(খ) পলেনদা লৈবা ৭৩শুবা বোর্দর সেক্যুরিটি ফোর্সকী হেদ কাটরদা থৌরম অমা পাংথোক্লুনা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা শেলগী মত্তেং য়েন্থোকখি। চহি অসিগী এপ্রিল ২৬তা ইম্ফাল গী ধর্ম্মশালা মনাক্তা মীশক খংদবা খরনা সব-ইন্সপেক্টর বচারাম সিংহ রায়, নাইক লাল বা-হাদুর গুরুং কন্সটেবল ফুল সিংহ যাদব ৪ অসি হাংখি। সব–ইন্সপেক্টর বচারামগী ইমুংদা লুপা ১০,০০০ অদুগা জরান ৩ গী ইমুং মনুংদা লুপা ৫,০০০/৫,০০০ পীখি।

(গ) মোংবাহনবা উমংদা চীংঙু মোংবা-হনবা অমম্ুং মশানৌ লৈমরোল হাওনুহল হাওনুখু অনি ঈরাং থৌনি পাংথোকখি। জুন ২৩ দগী হৌনা লাইফম অসিগী অকোয়বদা সিঃআরঃপীঃ সিঃধারা ১৪৪ গী অথিংবা থমখি। নুমিৎ ৫নি লৈখি।

তাং ২৮ শগোলশেল নুমিৎ: মোইরাং নো-টিফাইদ এরিয়াদা সিঃআরঃপিঃসিঃ ধারা ১৪৪গী অথিংবা থা ১গী ওইনা থমখি। মোইরাং মল্টি পরপোজ হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুল ছাত্রশিংগী ঈ-রাংগা মরী লৈননা য়াথং অসি লাওথোকখিবনি।

তাং ৩০ থাংজ নুমিৎ : মণিপুরগী খা জিলাগী হেদ ক্বাটর চুরাচান্দপুরদা ত্রাইবেল নংতবা মী-ওইশিংদা কিহনবা চে কয়া চাইথোরক্লে হায়ব-দগী মিপাই-থপাইনখি। মী চেনখৎনরকপা য়া-ওই হায়।

(খ) অরাং বি:ও:সি: মনাক কংলা থাঙ্গপাৎকী ফুঙ্জিল্লবা শরুক্তা সেন্ত্রেল পার্কিং ওইনা শীজি-ন্ননবা মণিপুর সরকারনা লাওথোকই। ইস্ফালদা থুংলবা অমস্থং লৈরিবা গাড়ীশিং মংগম অসিদা থাগদবনি। খ্বাইরম্বন্দগী পাওনা বাজার অমস্থং থাঙ্গাল বাজারদা অয়ুক পুং ৮ দগী নুমিদাং পুং ৮ ফাওবা অচৌবা গাড়ী চংবা য়াহন্দ্রে।

জুলাই তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: সরকারনা অথিং-বা থমগ্রবা প্রৌপাক্কী লুচিংবা শ্রীরাজকুমার টুলচন্দ্র সিংহ পুলিস কস্টদিদগী অহিং পুং ১১ অহুরাইদা নান্থোকখি হায়।

(খ) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী এরার্দশিং য়েন্থোকখি। জে: এন: মণিপুর ডান্স একাদেমী-দা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা এরার্দশিং য়েন্থোক্কনি হায়রবহু লাক্রুবদগী লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডা: লৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহনা য়েন্থোকখি। এল: রঞ্জনা দেবী কৃষ্ণ অভিসার, শ্রীজি: ইবো-তোন শর্ম্মা সঙ্কীর্ত্তন, শ্রীএল: নেত্রজিৎ সিংহ এক্টিং, শ্রীসি: ঐচ: নিমাই সিংহ এক্টিং, শ্রী তেনহাং পাইতে জগোই অমস্থং ম্যাজিক, শ্রীএল: তোম্বা মনোহরশাই অমস্থং শ্রীএল: লক্ষন সিংহ

বসন্ত রাসতা এরার্দ ফংই।

তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা কাংলেনগী থৌরম পাংথোকনৈ। শ্রীশ্রী গোবিন্দজিগী কাংলেন চিংই।

তাং ৬ ইরাই নুমিৎ : ইম্ফালগী পাওনা রোড অমসুং বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড শম্নফম লম্লোংদা টাটা গাড়ী অমনা থোমদংলম্বা বামোন লৈকাই মঙ্গে মখোংদা লৈবা নোংথোম্বম শেল্লুবো চহি ৬৫ শুরবা অসি লাইকন্নবা চুমদনা মিনিট ১৫ লৈরম্লগা জেনরেল হোসপিতালদা শি।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ : শোমদলদা এসঃদিঃওঃ অমসুং বিঃ দিঃ ওঃ লোয়শঙ অমা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাংদোকই।

তাং ১০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর বোদি বিল্ডিং এসোসিয়েশন অমসুং মণিপুর যোগ কলচরেল এসোসিয়েশন অনিনা শীনবা ফাষ্ট ওভর অল মণিপুর যোগ আশন কম্পিটিশন অমসুং মিষ্টর ইন্দিয়া ত্রায়েল সেলেক্সন কন্টেষ্ট ইং ১৯৭৯, গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা আঙ্গন মন্ত্রি শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা হৌদোকই।

(খ) মণিপুর সরকারগী ইদুকেশন ডাইরেক্টরেট লোয়শঙদা ডাইরেক্টরগী কাদা পর্দার মৈ থারমই। কা মনুংদা চেংচাং খরসু চাইথায়রমই। ধনমঞ্জুরি কলেজ ওফ সাইন্সকী প্রিন্সিপাল কাদা চৌক্রি মৈ থাবা অমসুং কলেজ অসিগী হোল অদুগা সাইন্স ব্লোক্তা অমাংঅতা থোকহল্লমই।

থোঁদোকশিং অসিদা চেন্নবা মীওইশিং মীশক খংবা ঙমহৌদে।

(গ) মণিপুর অরাং জিলাগী শীংদাদা খুঙ্গং ৫৮ কোনশিনবা কাংচুপ এদমিনিষ্ট্রেটিভ ইউনিট অমা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাংদোকই।

(ঘ) থাংনা থিন্দংলম্বদগী নুমিদাং চীংঙা মথা ফুরা মখোংদা মাইস্নাম লৈকাইদগী মাইস্নাম অচৌবা সিংহ কৌবা পাখং অমা শি।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎঃ অয়ুক পুং ৫-৩০ মিঃ মণিপুরগী মফম খরদা খা-অরাং চিংবা য়ুহারাই। কন্না হাখিবা নংতে। লৈপাক মহাম তাই হায়না লৌনৈ।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নোংয়াই মতুং পুং ২ গী অতুরাইদা পাওনা রোডকী হো-টেল গ্রাণ্ডকী কা ১দা চীংমী নহা অমা য়াম্ফংলগা হোটেল অসিগী মনিং থংবা নম্বুল তুরেল মনাক্কী ফত্ত-হোৌদি হৈদোকফম অমদা হুন্থরম্লে। থোঁ-দোক অসিদা চেন্নবা মীওইশিং তংদাংবা খংবা ঙম্লখিদে। মী অনিখক্তি ফাগংখি হায়।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর সরকা-রনা তম্পাক্কী লমদা অতাবা মমলদা চেং য়োন-ফম ৮ হাংদোকই।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রিগী নোংচুপ থংবা থোঙ্গাল মমাংদা জরাহরলাল নেহরু ইউ-নিভর্সিটি সেন্টর ইম্ফালগী ছাত্রশিংনা রিলে হঙ্গর স্ত্রাইক চংশিনবা হৌই। সেন্টর অসিগী

স্টুদেন্টস কাওন্সীল প্রসিদেন্ট শ্রীরতনকুমার থৌনাগা লোয়নননা ছাত্র ৬না শরুক য়াই। মতীক চাদবা শ্রীহুরাইবম রনবীর সিংহ লৌথোকউ ১স্নুং ফাখিবা ছাত্র থাদোকউ হায়বা দাবী তৌখি।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ: মোইরাং নোটিফাইদ এরিয়াদা সি:আর:পী:সি: ধারা ১৪৪ গী অথিংবা থমলিবহু লৌথোকখি।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎ: দিস্ত্রিক্ট হোসপীতাল মমাংগী নোংচুপ থংবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোডকী দুকান পরেংদা দুকান ৬ মৈ চাকই। নুমিদাংরাই পুং ৫-৩০ মি: দগী হৌনা চাকখিবা মৈদু মিনিট ৪৫ চংনা কনখি।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: শীংজমৈ শোগ্রাকপম লৈকাইদা লৈবা য়ুম অমদা মীওই খরনা লুট তৌখ্রে। স্না, ফক্লাং ঘড়ী, অমস্নুং অফংবা শেল পুখি হায়।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ: তেংনৌপল অমদি চকপীকারোংদা কিলোরাট ২০০/২০০ গী পরার হাওসকী শঙ শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা উরেপ-উয়ুং তমখি। রাজ্য মন্ত্রি (পরার) শ্রীকে: ঐচ: নিমাইচান্দ সিংহনা উরেপ উয়ুং তস্বা থৌরমদা সভাপতি ওই।

তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: অয়ুক পু ৬ তগী হৌনা জে: এন: ইউনিভর্সিটি সেন্টরগী ষ্টুদেন্টস কাওন্সীল প্রসিদেন্ট শ্রীরতনকুমার থৌনানা মতম কক্কনা চরা হেনবা হৌই। সেন্টর

অসিগী ছাত্রশিংনা তাল্লকপা দাবীগী মতাংদা খু'থাং চরা হেনবা মিনিট ৩০ চোম্থরগা লোই-শিনখি।

(খ) নুমিদাং পুং ১০গী অহুবাইদা পব্লিক ব্রাক্স দিপার্টমেন্টকী জীপ নং: ৪০৪৫ না উরিপোক চৈরাপ পঞ্চ্যায় মনাক্কী ইলেক্ট্রিক খুটি অমদা থৈশিনখি। মৈ চাক্কুনা ইম্ফালগী ফায়ার সার্ভিস কাংবুনা মৈ কনখি হায়।

(গ) ইম্ফাল রেষ্ট দিস্ত্রিক টু জনতা কর্ম্মীশিংগী ব্রার্কর্স কনফরেন্স অমদা জনতা (এস) শেম্নবা ব্রারেপ লৌখি। মসৌনা লিংপদোরিবা মণিপুর ষ্টেট জনতা (এস) অসিগী কনভেনর অকোইজম লানঙমনা ওই।

তাং ৩০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইমার্জেন্সী এক্সেস ইনক্বারী অথোরিটীগী চিয়ারমেন শ্রীবল-রাজ ত্রিখানা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজাদা কেস ৫৪ য়াওবা ভোল্যুম ১৪গী রিপোর্ট লানখৎলি।

তাং ৩১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: জরাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর ষ্টুদেন্টস কাউন্সীলগী দাবী তক্লহুনা শিন্দ্রিবা ফাওবা চরা হেনবা শ্রীরতনকুমার থৌনা ফাখি। শ্রীএমঃ দোলেন্দ্র অমস্বুং শ্রীকেঃ এনঃ চান্দনা মজুৎ শীলহৌই।

(খ) নুমিদাং পুং ৮-৩০দা নাগা মপাল নিত্যাই-নন্দ লৈরক মচিন্দা ইলেক্ট্রিক ট্রান্সফোর্মার মৈ চাকপা ফায়ার সার্ভিসকী কাংবুনা মিনিট ২৫ চংনা কনখি। লম্বী চৎপা মী চা কয়ানা ফিঙৌ

ফৌনা য়েংনখি হায়।

আগষ্ট তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : পাওলতাবীদা মণিপুর লেবর এণ্ড ইকোনোমীক ওর্গেনাই-জেশন্না শীনবা মীয়ামগী মীতিন অমা ফমখি। পরার রাজ্য মন্ত্রি শ্রীকেঃ ঐচঃ নিমাইচান্দ সিংহ-না ময়াই তাংবন লৌই।

(খ) ইম্ফাল সেন্ত্রেল জেলদা ফাদুনা লৈবা মী ২৮-না ত্রাইয়েল তৌদনা থম্বী হায়দুনা হঙ্গর স্ত্রাইক চংশিনবা হৌই।

তাং ২ শগোলশেল নুমিৎ : ইম্ফাল সেন্ত্রেল জেলদা হঙ্গর স্ত্রাইক চংথরকপা মীফাশিং মরক্তা খংহৌদনা লাও-খোংবা অমসুং থোং ফক্কায়বা থৌদোক থোক্কুনা জেল ঙাকপা সিঃ আরঃ পিঃ এফঃ জৱানশিংনা শুগ্রংদা নোংমৈ কাপই। ঈরাং নমথৈ।

তাং ৩ ঈরাই নুমিৎ : কৈশামথোংদা লৈবা হেদ পোষ্ট ওফিসতা ঙাক-শেনবা পুলিস অমা মরেংজুমদা থাংনা য়াল্লমই। থৌদোক অসিগী মরীদা শ্রীহঞ্জবম নন্দকুমার সিংহ কৈশামথোং লোংজম লৈরক অমসুং শ্রীসোইবম চাওবা সিংহ শীংজমৈ মখা সেনজম লৈকাই অনি ফাখি। মী অনি অসি খংনবদা খামদোকলুবদা থৌদোক অসি থোকখিবনি হায়।

(খ) জৱাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টরগী ছাত্রশিংনা চংথরকপা স্ত্রাইক নুমিৎ ৭ নি শুগ্রে। ফাজিনখিবা ছাত্র মশীং ৫ শুগ্রে।

(গ) অৱাং বিঃ ওঃ সিঃ মনাক্তা সাইকল ছুরানবা ১ ফাথি। খুৱাই শগোলশেনবা লৈকাইদা লৈবা ৱাংখৈলাকপম মনিহার সিংহ কৌই।

তাং ৪ থাংজ নুমিৎঃ থাঙ্গাল বাজারদা নোংমৈ উৎতুনা মী অমদগী লুপা ১২,০০০ লাকখি। বেঙ্কতগী কায়থোকলুবনি হায়।

(খ) কৈশাম্পাৎ মচৌন্দা নুপা অনিনা কাকৈথেল হৈনৌ খোংনেম্বীদগী শ্রীয়েংখোম শরৎ সিংহদা থাংনা য়াল্লমই।

(গ) চান্দেলদা ইন্টৱনেসনেল ইয়ার ওফ চাই-লসকা মরী লৈননা শ্রীমতি হংমিলা শৈজানা কম্পোর ১০০ য়েন্থোকখি। শ্রীমতি সোরোজিনী দেবী অমসুং ডাঃ সখিতোম্বী দেবী মহাক্কা লোয়নরুই।

তাং ৫ নোংমাইজিং নুমিৎঃ পাওনা বাজারদা লৈবা টুরিষ্ট হোষ্টেলগী মাঙ্গোলদা মীশক খংদবা খরনা শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহ উচেক্কোন খুনৌ নোংমৈনা কাপ্লমই। সিভিল হোসপীতালদা মহাক শি। শ্রীথিয়াম রাজেন সিংহ কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাই মপুক ১সুং মপাম্থোমদা শোকহল্লম্মই।

তাং ৬ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ মীতৈ ময়েক এক্সপর্টি কমিটিনা মীতৈ ময়েক ২৭ চৎননবা ৱারোল মুখ্য মন্ত্রিদা পীশিল্লি।

(খ) জেঃএনঃ ইউনিভর্সিটি সেন্টরগী ছাত্র অনি ফাজিনখি। ৭ শুথ্রে। অকোইজম ভোগেন্দ্র স্পোর্ট সেক্রেটরি মখা তানা চরা হেনবা হৌই।

(গ) নিত্যাইপাং চুথেক্তা বেন্ন নিউ চেকোন্দা লৈবা অসি গাড়ীনা তকই। মকোক্তা শোকখি।

তাং ৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নোংপোক জিলাগী স্না কৈথেলদা এদমিনিষ্ট্রেটিভ ইউনিট ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাংদোকখি। লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডাঃ লৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহনা সভাপতি ওই।

(খ) পাওনা বাজারদা লৈবা মোনোপোলিটান টেলরীং হাওসতা উপাক্তী থোং ফক্তায়রগা ফুরিং অমস্তুং খোংগ্রাও অতুবা য়াওনা পোং অহিংদা হুখি।

(গ) লিলোংদা এদমিনিস্ট্রেটিভ ইউনিট অমা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীযংমাসো শৈজানা হাংদোকখি। আঈন মন্ত্রি শ্রীযুম্নাম য়াইমা সিংহনা সভাপতি ওই।

তাং ৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ওইনামদা এদমিনিষ্ট্রেটিভ ইউনিট অমা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাংদোকখি। রাঙ্গোয়দা শেল-থুম মন্ত্রি শ্রীমহম্মদ আলিমউদ্দিন্না এদমিনিষ্ট্রেটিভ ইউনিট অমস্তু হাংখি। আঈন মন্ত্রি শ্রীযুম্নাম যাইমা সিংহ অমস্তুং রাজ্য শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীডব্লিউ নিপামচা সিংহনা সভাপতি ওই।

তাং ১০ ঈরাই নুমিৎ : আর্কলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিয়াগী ইষ্টর্ন সার্কল দিপুটি স্নুপারিন্টেন্দেন্ট শ্রীএলঃ এসঃ রাইল ইম্ফাল থাদোক খি। আগষ্ট তাং ৬ তা থুংলখি। শ্রীরাইলবু

মণিপুরগী কংলাদা লৈরিবা মপান থংবা অকোয়-বগী পল অমস্তুং থাক্সপাংনচিংবা য়েংশিন্নবা থারকপনি হায়।

তাং ১১ থাংজ নুমিৎ: শগোলমাংদা এসঃ দিঃ সিঃ আফিস অমা শেল থুম মন্ত্রি মহম্মদ আলিম উদ্দিন্না হাংদোকই।

(খ) মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা অরাং জিলাগী আইজল্যেণ্ডদা এদমিনিস্ট্রেটিভ ইউনিট অমা হাংদোকই।

(গ) মোইরাংখোম লোকলাওপুংদা লৈবা ঠিকাদার শ্রীচাওবা সিংহগী য়ুমদা নুংথিল পুং ১গী অহুরাইদা মীশক খংদবা খরনা লুট চংলকপদা পুলিস তাক্কুনা পোং-চৈ কলহৌই হায়।

(গ) নোংপোক জিলাগী ইন্টরনেসনেল বোর্দর মনাক্তা এক্সত্রিমিষ্টকী ঈরাং নমথনবা সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ ধারা ১৪৪ গী অথিংবা য়াথং থমখি। নুমিদাং খুদিংগী পুং ৬ তগী অয়ুক পুং ৬ ফাওবা থমখিবা অথিংবা অসি থা অনি ফাওবা চৎনগনি।

তাং ১৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুরগী মক্ষম কয়াদা অথৌবশিং নিংশিং নুমিৎ পাংথোকই। রাজ্যপাল শ্রীএলঃ পিঃ সিংহ অমস্তুং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজা অমদি লুচিংবা কয়ানা অথৌবশিংগী নিংশিং খুডমদা লৈ-শু কৎলৈ।

(খ) নুমিৎ ৫৪ নি শুথ্রবা সিঃ আরঃ পিঃ এফঃ কী স্ত্রাইক ইস্কালদস্তু লেপই।

তাং ১৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: রাজ্যপাল

শ্রীএল: পি: সিংহ ইম্ফাল থাদোকখি। মহাক্না ইম্ফালদা লৈরিঙেদা রাজ্যগী ফম্নাইবশিংগা উন-রমই।

(খ) নুমিৎ যুংবা মতুং পুংখায়দা মন্ত্রি পুখ্রি পি: দব্লিউ: দি: মপাদা ইম্ফাল লৈমখোং চেনবা বস এম: এন: এস: ৩৬৯৩ না তকপদগী কুমারী নিংথৌজম রুপোবতি দেবী চহি ১৮ শুববী অমা শি, হৈভাংদগীনি।

(গ) কোংবা মদন মোহনজী পুখ্রিদা চথবা অল মণিপুর ওপন রাটব পোলো টুর্নামেন্ট লোই-শিনখি। মণিপুর রাটর পোলো এসোসিয়েশন্না শীল্লগা নুমিৎ ৫নি চংথরকপনি। ইষ্টর্ন স্পোর্টিং ইউনিয়ন্না উইনর ওই।

(ঘ) লম্ফেল পাংতা হকশেল মন্ত্রি শ্রীডু়রদিং-লেন্না নর্স ট্রেনিং হোষ্টেল অমা শানবা উরেপ উম্থুং তমখি। ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্দকী চি-যারমেন শ্রীচিত্রসেন্না সভাপতি ওই।

তাং ১৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুরদস্থু ৩২ শুবা ভারত নিং-তম্বা নুমিৎ পাংথোকই।

(খ) লোকেল সেলফ গোভর্ণমেন্ট মন্ত্রি মহম্মদ আলিম উদ্দিন্না নাগা নালা ড্রেনেজ স্কিম হৌ-দোকপা থৌবমদা চীফ গ্যুয়েষ্ট ওই। শ্রীচিত্র-সেন্না সভাপতি ওই।

(গ) মণিপুর ডিফ এণ্ড মিউট এসোসিয়েশন্না লিংথংপা ডিফ এণ্ড মিউট স্কুল তাকয়েলদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাংদোকই।

(ঘ) কৈশামথোং দাকঘরদগী গঞ্জা উপু অমা ফাখি। গৌহাটিদা থানবা হোংনরম্বনি।

তাং ১৬ শগোলশেল নুমিৎ : নুমিদাং পুং ৮ রোম তাবদা জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টরগী হঙ্গর স্ট্রাইক তৌফম থুগাই। ফাজিন-খিবা ছাত্র ১২ শুগ্রে।

(খ) কোইরেঙ্গৈদা রাটর সপ্লাই স্কিম অমা শেল-থুম মন্ত্রি মহম্মদ আলিম উদ্দিন্না হাংদোকই। সদস্যা শ্রীরনবীর সিংহনা সভাপতি ওই। মী ২০,০০০ দা কান্নবা ফংহনগনি হায়।

তাং ১৮ থাংজ নুমিৎ : শেল-থুম মন্ত্রি মহম্মদ আলিম উদ্দিন্না পাংশোইদা এদমিনিষ্ট্রেটিভ ইউ-নিট অমা হাংদোকই। লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডাঃ চন্দ্রমনি সিংহনা সভাপতি ওই।

(খ) চুরাচান্দপুর সব-দিভিজনগী মনুং চনবা হৌভাক্তা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা শান্নপোৎ অমম্মুং কম্পলশিং য়েন্থোকই।

(গ) ফায়েংদা অল ইন্দিয়া ফেদরেসন ওফ ব্যুজিনেস প্রোফেসনেল এণ্ড সোসিয়েল রার্করস উইমেন ইষ্টর্ন রিজন্না শোইনায়রবা অণ্ডাংশিংদা কম্পল য়েন্থোকই।

তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিৎ : হিমালয়ান সেবা সংঘনা শীনবা মণিপুরগী খাদি এণ্ড ভি-লেজ ইন্দষ্ট্রিজগী মরমদা থন্ন-নৈনবা অমা ইম্ফাল-গী সারক্যুট হাওসতা পাংথোকই। উদ্যোগ মন্ত্রি শ্রীসলাম তোম্বী সিংহনা মীফম অসি হৌদোকই।

(খ) শীংজমৈ ৱাংমা ব্রহ্মপুর ভগ্যবতি লৈকাই আইদিয়েল বালৱাদি স্কুল লম্পাক্তা শ্রীনিংথৌজম অচৌ সিংহনা সভাপতি ওইদুনা মীয়ামগী ওইবা মীতিন অমা ফমই। শা-শন লোয়শঙনা সহর অসিদা শনগী মচিঞ্জাক অফবা ফংহন্নবা খোরাং পায়খৎফম থোক্লে হায়বা ৱারেপ লৌই।

তাং ২১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: জৱাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টরগী ছাত্রশিংনা হৌরিবা ঈৱাং য়েংশিন্নবা ইনক্বারী কমিতি ইম্ফালদা থুংলে। স্ট্রাইক চৎথরিবা ছাত্রশিং ফাজিনখিবা ১৩ শুখ্রে।

(খ) ক্বাকৈথেলদা লৈবা শ্রীলোংজম কুল্লবিধু সিংহ মুমিদাং পুং ৮-৩০ গী অতুৱাইদা খুৎলাই পায়বা মীশক খংদবা খরনা ফারগা থাদোক্লম্লে। মহাক্কী ময়ুমদগী লুপা ২০,০০০ সু লৌখি হায়।

(গ) শেল-থুম মন্ত্রি মহম্মদ আলিম উদ্দিন্না চিরাইদা ইম্ফাল তুরেল মথক্তা শাগদবা সসপেন্সন ব্রিজ উরেপ উয়ুং তমই। ৱাক্র্ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীআর: কে: থেকোনা সভাপতি ওই।

(ঘ) জে: এন: ইউ: সেন্টরগী ষ্টুদেন্ট এক্সন কমিতিনা মীতিন ফমদুনা নুমিৎ ১৩১ শুরবা হঙ্গর স্ট্রাইক নুংথিল পুং ৩দগী সসপেণ্ড তৌখ্রে।

তাং ২২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর ষ্টেট কাবাদি এসোসিয়েশন্না শীনবা ষ্টেট লেভেল কাবাদি চেম্পিয়নসিপ ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা হৌই। ক্লব ২৪গী শান্নরোই ৪২ য়াওই।

তাং ২৬ নোংমাইজিং নুমিৎঃ তোকঙা নুতি চেফোং মতম খরগী ওইনা লেপই।

সেপ্টেম্বর তাং ১৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ তোকঙা নুতি চেফোং অমুক ফোংবা হৌই। তোকঙা প্রিন্টিং প্রেস থবক হৌই।

(খ) মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা ঈরোইশেম্বদা মণিপুর এগ্রিকলচর কলেজ হাংদোকই। লৌউ-শিংউ মন্ত্রি ডাঃ চন্দ্রমনি সিংহনা সভাপতি ওই।

তাং ২০ শগোলশেন নুমিৎঃ অল মণিপুর প্রোগ্রেসিপ রাইটর এণ্ড কলচরেল এসোসিয়েশনগী ৯শুবা রাইটরস দে পাংথোকই। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা রাইটরস প্রেস কৌবা অমস্তু হাংদোক্লমই।

(খ) আগর ললোনবা খুৎপু অমা উংখৎনরকপদা পুলিসনা মী ৯ ফাগৎখি। আল্লগলিদগীনি।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎঃ নুমিদাংব্রাই পুং ৬ মিঃ ১ অহুরাইদা মোইরাংদা লৈবা পুলিসতা মীশক খংদবা খরনা নোংমৈনা কাপশিল্লম্বদা এঃ এসঃ আইঃ শ্রীঅমুতোম্বী, হেদ কন্সটেবল ২ হাৎখি। রাইফল ১৫ রোম পুখি হায়।

তাং ২৩ নোংমাইজিং নুমিৎঃ য়ুরেম্বমদা সোইবম ইঙোচা সিংহ কৌবা চহি ১৮ রোম শুরবা অমা লানসোনবী কৈথেলদা শিনা লৈরমই। মঙক্লা থাংফম থেংনৈ।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর ইন্দষ্ট্রি-য়েল কো-ওপরেটীভ বেঙ্ককী অনৌবা শঙ হৌংই।

তাং ২৯ থাংজ নুমিৎ : বড় নুমিৎকী থৌরম পাংথোক্লখি। হিযাংথাংদা মীনা ফিগৌ ফৌই।

(খ) মণিপুর ষ্টেট টাউন অমস্তুং কন্ত্রি প্লানিং বোর্দ নৌনা শেমই।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ: জননেতা হিজম ঈরাবতকী ৮৪শুবা মপোক নুমিৎ থৌরম এরিয়ান থিয়েটর হোলদা ঈরাবত বার্থ দে সেলেব্রে-সন কমিটিনা শীল্লগা পাংথোকই।

(খ) ব্রহ্মপুর অরিবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীঅরিবম অমুবী শর্ম্মগী য়ুমদা শ্রীঅরিবম ভারত শর্ম্মা কৌই হায়বা চহি ৩০ মুক্তা মীওই অমা নুমিদাংপুং ৯গী অহুবাইদা হাৎলমই। মহাক শেল লৌবা লাকপনি। মীহাৎপশিংহু মীশক খংনখিদে। নোংমৈনা কাপ্লম্বনি হায়।

ওক্টোবর তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মহত্মা গান্ধী এভেন্যুদা নির্মলা বাস স্কুল শঙ ফুদ এণ্ড সিভিল সপ্লাই মন্ত্রি শ্রীহাওখোলাল থাংজোমনা শঙ্গাই।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : গান্ধী জয়ন্তি থৌরম পাক শন্না পাংথোকই। মীওই ১,৭০০ রোমনা শরুক য়াহুনা নুমিৎ অসিগা মরী লৈননা এদল্ট ইদুকেসনগী ত্রেনিং ফংলকশিংনা ইম্ফাল সহরদা সভাযাত্রা চৎলি।

তাং ৪ শগোলশেল নুমিৎ: বিযেনপুরগী কো·

জেং লৈমগী থোং য়োরমদাইদা টাটা গাড়ী অমনা থোমদংপদা মী অনি শি।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ নুংথিল পুং ৬-৪৫ মিঃ চংপদা এফ:সি:আই:গী এসিষ্টেন্ট মেনেজর মহম্মদ রহমনা মচিন তুম্বা খুৎলাই অমনা থিল্ল-স্বদগী শি। মীহাৎপা মশক খংনখিদে।

তাং ৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ রাজ্য সরকার-গী লোয়শঙশিং ১স্নুং স্কুল কলেজশিংদা লোক নায়ক শ্রীজয় প্রকাশ নরায়ন লৈখিদবদা অৱাবা ফোংনৈ।

(খ) মণিপুর পুলিসকী এসিষ্টেন্ট ইন্সপেক্টর জেনরেল (ওপরেশন) গী পার্সোনেল এসিষ্টেন্ট শ্রীবীরেন্দ্রকুমার শর্ম্মা মীশক খংদবা মীওই অহুম্না চেক্কোন মপাদা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলমই। মহাক খুরাই সোইবম লৈকাইদগীনি। লোয়শঙ কারকপনি।

(গ) নুংথিল পুং ৫-৩০ দগী নোংয়াই মতুং পুং ৪-৩০ ফাওবা গ্রেটর ইম্ফালদা কার্ফিয়ু থমই। চিংনবা মী ২০০ মুক ফাই। খুদক্তা থাদোকই।

তাং ১০ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ ওক্টোবর ৮ নুংথিল পুং ৬-৪৫ মিঃ চংপদা শিখিবা এফঃ সিঃ আইঃ এসিষ্টেন্ট মেনেজর মহম্মদ রহমন কৈশাম্পাৎতা হাৎলম্বহু মৈতৈশিংনা মণিপুর থাদোকউ হায়না তাক্লিবা দাবীগা মরী লৈনদে। মণিপুরী নৎত-বশিংবু ঙাক-শেন্নবা থৌরাং লৌখংলে হায়না

মণিপুর সরকারনা হায়।

(খ) এফঃ সিঃ আইঃগী এসিষ্টেন্ট মেনেজর মহম্মদ রহমন শিখিবদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা আসামগী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীহজরিকাদা নুঙা-ইতবা ফোংবা পাওজেল থাই। মহাক্কী ইমুং মনুংদা পীনবা লুপা ১০,০০০কায়থোক্লে হায়খি।

(গ) এঃআইঃজিঃ গী স্টেনো শ্রীবীরেন্দ্রকুমার শর্মাগী নুপীদা চয়োল অসিদা লুপা ১০,০০০ ক্ষেতিপুরোন পীবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈ-জানা অয়াবা পী।

(ঘ) বর্ম্মদগী পুথোরকপা য়েট ১২,০০০ থক্কী শেল শীংজমৈ পুলিসনা ফাখি। মী ১স্তু ফারে।

তাং ১১ শগোলশেল নুমিৎ: লোগ নায়ক শ্রীজয় প্রকাশ নরায়নগী ৭৯ শুবা মপোক নুমিৎ থৌরম গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা পাংথোকই। লোক কমিতি মণিপুরনা শিনখি। আঈন মন্ত্রি শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহ অমস্তুং উদ্যোগ মন্ত্রি শ্রীসলাম তোম্বী সিংহনা অপোইবা মীথুংলেন অমস্তুং সভাপতি ওই।

(খ) পাওনা রোডতা ইডুকেশন ডাইরেক্টরেটকী জীপ ১ মফম চানা থাদে হায়রুনা এসঃ পীঃ আরঃ সিঃ গী নহারোলশিংনা ইন্থোকখি। মফম চাবা য়েংহনা থম্মুই।

(গ) এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্টকী কর্ম্মচারীশিংনা দাবী তানবা থবক লেপ্পা স্ত্রাইক চংশিনবা হৌই।

তাং ১২ ঈরাই নুমিৎ : চিনি চোইনা য়োনবদা মমল কিলোগ্রাম ১দা লুপা ৩ লেপই। মমল হেন্না য়োনবা ১স্মুং পৈশিনবশিং ফুদ এণ্ড সিভিল সপ্লাই দিপার্টমেন্টতা পাও পীনবা সরকারনা লাওথোকই। পৈশিনবা য়াবা চাংনা ইম্ফালদা কুইন্টল ৫০০ অমস্মুং অতৈ নকমদা কুইন্টল ২৫০ নি। খানশারী চিনিনা কুইন্টল ১০ কাওবা পৈশিনবা য়াই।

(খ) নুমিদাং পুং ৯.৩০ চংপদা শালুংক্মদা গৌরচন্দ্র কৌবা চহি ৩০ রোম শুরবা মীওই ১ নোংমৈনা কাপত্নুনা হাংলয়ে। মীহাংপশিং মশক খংহৌদে হায়।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীন্নগা জরাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী হোনদা নুমিৎ নিনি চংথগদবা হিজম অঙাংহল সিংহ মেমোরিয়েল লেকচর পাংথোকপা হৌই।

(খ) ইম্ফাল কলেজ ছাত্রশিং স্ত্রাইক চংশিনবা হৌই। মেগাজিন মতম চানা পুথোক্কে, ছাত্রগী মশীংস্থ শুনদে। ফি হাল্ল, হায়বা দাবী তৌই।

তাং ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : কখুলোং জুনিয়ার হায় স্কুলদা অল মণিপুরদা ইলিমেন্টরি স্কুল টিচরস এসোসিয়েশনগী অপুনবা মীফম ফমই। সরকারনা য়ানগ্রবা য়ারম ২০গী অমস্মুং নিয়োল চাক্কৌবা মমাংদা তলব পীথোকউ হায়না য়ারেপ লৌখি। থানাদা তলব য়েনবা তোকউ,

ইন্সপেক্টর অফিসশিংদা য়েল্লু হায়।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ২৯ শুবা সার চুরাচান্দ মেমোরিয়েল ফুটবোল টুর্নামেন্ট লোইশিল্লি। অল মণিপুর ফুটবোল এসোসিয়েসন্না শিনবা টুর্নামেন্ট অসিদা মণিপুর পুলিসনা য়ং ফিজিক্স ইউনিয়নবু ১-০ দা থোই।

(খ) সেকেণ্ড ড্রাইভরনা থৌরকপা বস এমঃ এনঃ এসঃ ৮৪৭৮ অসি খামগে তৌবদা, মমীং থংবা থোংনা একাগাড়ী তোংবা অমা শোকই। ইম্ফাল সিটি কন্ট্রোল পুলিসনা বসকা একাগাড়ী কাখি হায়।

(গ) গ্রেটর ইম্ফাল অমসুং ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল ওমথৈ মনুংদা থমখিবা কাফিয়্যু নুমিৎ খুদিংগী নুংথিল পুং ৬তগী অয়ুক পুং ৫ ফাওবা ওইহনখ্রে।

তাং ১৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : রাঙু লাইফমদা প্রাইমরি হেলথ সব-সেন্টর অমা মেডিকেল মন্ত্রি শ্রীগুরদিংলেননা হাংদোকই।

(খ) উখ্রুলগী তাংখুল হুন্দুংদা মীয়াম তিনবা মীতিন ১ পাংথোকখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজা য়াওরুই। কম্বলশিং য়েন্থোকখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : লম্লোং কৈথেলদা কারন তাবা নুপা অমা পুলিস রোং চংপা কাংবু অমনা শঙ্গীন্না থিনখি। চেনগে তৌবদা, মণিপুর রাইফলসকী রাইফলমেন অমনা নোংমৈ কাপখি হায়।

(খ) ইরৈপাক লৈশেম পার্টিনা মণিপুর বন্দ কৌখি। ইম্ফালদা থম্লিবা কাফিয়ু লৌথোক্লবা কৌখিবা বন্দনি। অয়ুক পুং ৯ দগী নুংথিল পুং ৬ ফাওবা চৎখিবা বন্দ মনুংদা কৈথেল কান-খিদে, চুকানশিং থোং লোনখি হায়।

(গ) গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা পাংথোকপা লোক দলগী কনভেন্সন্না শ্রীহেমাম নিলমনি সিংহবু প্রসিদেন্ট খল্লি। শ্রীএল: ইবোয়াইমা সিংহবু জেনরেল সেক্রেটরি খনখি।

(ঘ) চুরাচান্দপুরগী সিংমন জংশন্দা হেংলেপ লম্বী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাংদোকই। লুপা লাক্ষ ৩৫.৫৪ চংবা লম্বীনি। মতুংদা হেংলেপতা মীয়াম তিনবা মীতিন অমা পাং-থোকই হায়।

তাং ১৮ শগোলশেল নুমিৎ: রাইখোংদা এদমিনিষ্ট্রেটিভ ইউনিট অমা ফাইনান্স মন্ত্রি মহম্মদ আলিম উদ্দিন্না হাংদোকই।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ: বোম্বেদা পাংথোক্লদবা ২২শুবা নেসনেল জিমনাষ্টিক চেম্পিয়নসিপ য়াও-নবা অল মণিপুর জিমনাষ্টিক এসোসিয়েশনগী কাংবু ইম্ফাল থাদোকখি। শ্রীএস: উদয় সিংহনা লুচিংই।

(খ) ইম্ফাল ট্রেজরী মমাংদা ওটোরিক্সো অমগা বস অমগা থেঙ্গায়নৈ। ওটোরিক্সোদা তোংবা মী অহুম শোকই।

(গ) এক্সাইজ দিপার্টমেন্টকী অফিসার অহুম্না

কখুলোংদা লৈবা নহা ২গা য়ু খরুং অমগা ফাখি।

(ঘ) মণিপুর বিধান সভা কেন্দ্র পুন্নমক্তী ইলে-ক্টরেল রোল ফোংই। নবেম্বর ৩ ফাওবা অপতি তৌবা য়াগনি হায়।

তাং ২০ থাংজ নুমিৎ : ৪শুবা আসাম রাই-ফলসতা অশিবা হকচাং অমা ফংই। মশক খংথিদে।

তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎ : দ্বিপানিতা থৌরম পাংথোকনৈ।

(খ) খুরাই চিঙাখম লৈকাইদা শ্রীনোংয়াই কৌবা চহি ৩৪রোম শুরবা ১ থাংনা য়ান্দুনা হাংলমই। য়ুম্নাম সোভা কৌবা অমা হাংখি হায়বা মরীদা মহাক জেলদা লৈরুরবনি হায়।

(গ) মৈতৈ এক্সত্রিমিষ্টকী লিট্যরেচর ৮ অমস্তুং লোকেন মেদ রাইফল ৩ ফাখি।

তাং ২৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নিঙোল চাক্কৌবা পাংথোকই।

(খ) ফিসরী দিপার্টমেন্টনা নিঙোল চাক্কৌবগী ঙা য়োনখি। ঙা লৈবা লাকপশিংদা পেন্নখিদে হায়।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অল মণিপুর স্কুল টিচরস এসোসিয়েশন (জোন রান)গী রারেপ অমনা ইন্সপেক্টর ওফ স্কুল জোন রানগী মথাদা লৈবা ওঝাশিং থবক লেপ্পা স্ত্রাইক চৎশিনবা হৌই। ওঝাশিংগী দিঃ এঃ অমস্তুং এঃ দিঃ এঃ নচিংবা মতম চানা পীদে হায়বগীনি।

(খ) জোনষ্টোন স্কুল মনাক্কী পুলিস ষ্টেন ওমং-খৈ মস্থং চন্না যন অচৌবা অমা ময়াদা কোঙোল ওহুনা লৈখি। মীয়াম্না য়েংনখি।

তাং ২৫ শগোলশেল নুমিৎ: গ্রেটর ইম্ফাল ১স্থং ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল এরিয়াদা থম্বা কার্ফিয়্যু অহোংবা থরা লৈখি। নুমিদাং পুং ৭ তগী হৌ-রগা নোংয়াই ফাওবা লৈগনি হায়।

(খ) মণিপুরী জগোয় মরুপকী কলাকার ২২না শাবা কাংবু অমা অ:ত রাজ্যশিংদা সংস্কৃতি থৌ-রম উৎপা চংখি।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎ: ভারত বন্দগী শরুক অমা ওইনা ইম্ফালদস্থু বন্দ তৌই। সেলস টেক্স মুথৎলু হায়না অল ইন্দিয়া সেলস টেক্স সোলি-সন কমিতিনা কৌখিবা বন্দ অসিদা শরুক য়াহু-না হুকানশিং থোং থিংনৈ।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ: মণিপুরদা খুৎলাই পায়হুনা লালহৌবগী থবক চংথরিবা মীতৈ এক্স-ত্রিমিষ্ট হায়বা সংস্থান অমা ভারত সরকারনা আঈন্না য়াদবনি হায়না নোটিফিকেশন অমা থোকখিবা পাও ফংই।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎ: পার্লিয়া-মেন্টরী সেক্রেটরী শ্রীমোইরাংথেব ইবোতোম্বী সিংহগী গনমেন অমা ওক্টোবর ৫ দা শীংজমৈদা কাথি হায়বহু ফাখিবা লৈতে হায়না শেংদোকগ্রে। শালুংফমদা লৈবা মী অমনা লাইসেন্স য়াওদবা মোংমৈ সরেন্দর তৌনবা লাকখিবনি হায়।

তাং ৩১ হুমশকৈশা নুমিৎ : বার্ল্ড থিয়েটর দে জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী হোংলদা পাংথোকই। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা অহোইবা মীথুংলেন ওই।

নবেম্বর

তাং ১ শগোলশেল নুমিৎ : মুসলীম সমাজনা ইদুলজুহা থৌরম পাংথোকই। সরকারগী লোয়ংশঙ অমসুং স্কুল কলেজশিং ছুটি থাই।

তাং ২ ঈরাই নুমিৎ : ভারতকী ফিলম দিভিজনগী মীচং কাংবু ১ ইম্ফালদা থুংলে। রাজ্যগী চাওখৎ থৌরমগী মতাংদা দোকুমেন্টরী ফিলম লৌগনি। নুমিৎ ৪ লৈরবা য়াই হায়।

(খ) তাকয়েলদা লৈবা গোভর্নমেন্ট পোলিটেক্নিকতগী লুপা ৯,০০০ রোম পীবা ইলেক্ট্রিক মোটোর অনি মাংখি।

তাং ৩ থাংজ নুমিৎ : গ্রেটর ইম্ফাল অমসুং ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল এরিয়াদা থম্বা কার্ফিয়্যু নোংমগী ওইনা লৌথোকখি।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : সেকমাইদা লৈবা ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াদগী লুপা ১২,০০০ লুট তৌখি হায়।

(খ) উখরুল দিস্ত্রিক্ট হোসপীতালদা মেদিকেল ডাইরেক্টরেটকী মোবাইল ওফথালমিক ইউনিটনা শীন্নগা লেয়্না মীৎ ল্যায়েংবা কেম্প হৌই। নবেম্বর ১০ ফাওবা চংথগনি।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীনবা ৬ শুবা ফোক্স আর্টস

কেপ্রিজেল আওঙা লৌই। নবেম্বর ১০ ফাওবা লংথাপনি। রাইকেল মংহান ১১ না শরুক য়াই। অতৈ অগোয় ঈশৈগী মংহান ১৮ নম্বু কুপ্পে উৎনি হায়।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: আসামগী উদালগুরীদা পাংথোকপা গীরীধারী বায়ন মেমোরিয়েল বোলিবোল টুর্নামেন্টতা মণিপুর পুলিসনা টিম চেম্পিয়ন ওইবা পাও কইই। আসাম পুলিসকা অয়োম্বা শান্নখি। মণিপুর পুলিসকী টিম শ্রীকে: ঐচঃ খেলেন্দ্রনা লুচিংই। শ্রীরাইমা ক্ষেত্রিনা কোচচর ওই।

তাং ৯ ঈরাই নুমিৎ: বর্মাগী মদগী পুশিল্লকপা ত্রান্সিষ্টর, টেপ রেকোর্দর অমস্তুং কোসমেটিক মচিংবা খুইরম্বন্দ কৈথেলদা ফাগৎখি। লুপা লাক্ষ ১ য়োমগী পোংনি হায়।

(খ) লুপী য়ু ঙাওবী ৩ য়াওনা বাজারদা য়ু ঙাওবা ফাখি। চহি ১৮গী লেঙ্গা ঙাক্তনি। নংতবা লমচৎ চংনবা হোৎনরম্বা ২ ফাখি।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়াংমাসো শৈজানা চান্দেলদা টেংনৌপল দিষ্ট্রিক্টকী দিপুটি কমিশনার লোয়শঙ হোংই।

(খ) চান্দেলদা কিলোৱাট ২০০ অমস্তুং ২০০গী দিজেল ইঞ্জিন অনি পুন্না খিনবা পরার হাওস মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়াংমাসো শৈজনা শঙাখি।

(গ) মণিপুর পীপলস কমিটিনা শীনবা নুমিৎ লিনিগী ওইবা টুইজেল ফিডোলুশন্দা য়ুম্ফম ওইবা

সেমিনার অমা হাংদোকই। জিঃ পিঃ উইমেন কলেজদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজানা হাং-দোকখি।

তাং ১১ নোংমাইজিং নুমিৎ: মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীল্লগা এসঃ ললিত সিংহ মে-মোরিয়েল লেকচর জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীদা হৌই। হয়েং লোইশিনগনি। নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাগী ডাইরেক্টর শ্রীবিঃভিঃ কর্ণাথ, শ্রী ঐচঃ ইবুংঙোয়াইমা সিংহ ১সুং শ্রীইঃ নীলকান্ত সিংহ না ঙাংখি।

তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফাল ম্যুনিসি-পালিটিনা শীল্লগা পাংথোকখিবা জাতিগী লু-নানবা থৌরম ফল লাওথোকই। ইউনাইটেদ দিভেলোপিং যুঠ এসোসিয়েশন উরিপোক দে-রান লৈকাইনা জেনরেল ক্লিনলিনেষ্টা মপোক ওই। মনা লুপা ৫০০ ফংই।

(খ) খুয়াথোং হায় স্কুল ছাত্রশিংনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল ফাওরগা সভাযাত্রা অমা চংখি। নিউ সেক্রেটরীয়েট্টা চংলগা ইডুকেশন মন্ত্রিদা নবেম্বর ১৫ ফাওবদা মখোয়গী দাবীশিং পীথোকউ তক্লখি। দাবী পীদ্রবদি নবেম্বর ১৬ তগী খুৎথাং চরা হেনবা হৌগনি হায়। ছাত্রশিংনা হেদ মাস্টর লৌথোক্লবসু তক্লখি।

তাং ১৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: লম্ফেলগী য়ুম ভারাদা লৈবা ত্রাইবেল ছাত্র ৪ ওক্টোবর ১৬ তা সিঃ আরঃ পিঃ এফঃ কাংবু অমনা ইমুংদা

চংলক্লগা ওৎ-নৈখি। ফারবা মতুংদা ছাত্র ২ সিঃ আরঃপিঃ কেম্পতা থমখি, ২না লম্ফেল পুলিসতা থমখি হায়বা রাক্নোদা অল মণিপুর ট্রাইবেল ষ্টুদেন্টস ইউনিয়নগী প্রেসিদেন্ট শ্রীএসঃ বোস্কোগা লোয়ননা মেম্বর ৪ না ২৯ শুবা সিঃ আরঃ পিঃ এফঃ কী মথক্তা মণিপুর সরকারদা রাকংখি।

(খ) ইম্ফাল রেষ্টকী এসঃ দিঃ ওঃ শ্রীসিঃ বালগোপাল আইঃএঃএসঃ পু ওক্টোবর ১৬ কী লম্ফেলদা ছাত্র ফাখি হায়রা ঈরাং ইনকারী তৌনবা রাজ্য সরকারনা হুকুম পী। চয়োল অমদা রিপোর্ট লানখৎকদবনি হায়।

তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: অঙাংগী নুমিৎ মণিপুরদস্ু পাংথোকই।

(খ) অল ইন্দিয়া কো-ওপরেটিভ চয়োল হৌই। নবেম্বর ২০ ফাওবা এরিয়ান থিয়েটর হোলদা চংথগদবা থৌরম অসি মণিপুর ষ্টেট কো-ওপরেটিভ ইউনিয়ননা শীল্লাংবনি।

(গ) মণিপুর বিধান সভা মুথংতুনা রাষ্ট্রপতি সাসন থম্মা হৌই। অয়ুক্তগী লৌখিবনি। শান্তি রক্ষা অমসুং রাজনিতি মতাংদা রাজ্যপাল শ্রীএলঃপীঃ সিংহ নই দিল্লিদা চংলুবত্ব ইম্ফালদা থুংলৈ। মন্ত্রি মণ্ডলনা পায়রম্বা থবকশিং লৌশিনখি। চীফ সেক্রেটরি শ্রীএমঃদিঃ টিয়াগী ফম হন্থহল্লি। শ্রীমথুরবু চীফ সেক্রেটরী হাপই।

তাং ১৫ শগোলশেল নুমিৎ: শ্রীবলরাজ ত্রিখাবু এদভোকেট জেনরেল লৌথোকই।

(খ) ইম্ফালগী মপান কাংজেবুংদা এসোসিয়েসন ওফ ষ্টেট রোদ ত্রান্সপোর্ট আন্দরটেকিং ফুটবোল টুর্নামেন্ট হৌই ।

(গ) জনতা পার্টিগী এমঃ এলঃ এঃ শ্রীওম্পু কিপজেন অমসুং শ্রীইবোচা সিংহ কংগ্রেস(আই) দা য়াওখি হায় ।

তাং ১৬ ঈরাই নুমিৎ : অল মণিপুর কলেজ টিচরস এসোসিয়েশনদা থবক লেপ্পা স্ত্রাইক চংশিল্লি । মণিপুর সরকারনা কলেজ ৯ লৌশিনবা মতাংদা য়ানখিবা রাফমশিং থবক ওইনা পাংথোক্লে হায়বা মতাংদা চংশিনবনি হায় ।

(খ) কোংবদা লৈবা শ্রীএনঃ জিঃ বীরেন সিংহ ময়ুমদগী পুলিসনা ফাখি । সেকমাইদা লৈবা ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াদা লুট তৌখিবা মরীদা চিংনবা লৈবদগীনি হায় ।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফালদা এনঃসিঃসিঃ ত্রেনিং কেম্প হৌই । ৫৩০না শরুক য়াই । নুমিৎ ১২ নি চৎথগনি ।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : উকিল শ্রীইমো সিংহগী নোংমৈ মশক থংহৌদবা থরনা লৌখি হায় ।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: লম্ফেলদা লৈবা রীজনেল মেডিকেল কলেজ হোসপীতালগী ওপরেসন থিয়েটরদা ওপরেশন তৌনবা রাইটিং রুমদা মতম ভাইহনা লৈবা শ্রীইবোয়াইমা কৌবা ১ শিখি । ভরাং মশক থংদবা থরনা নোংমৈনা

কাপ্লম্বনি হায়।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নোংমৈ পায়বা মশক খংদবশিংনা লাইসেন্স পায়বা নোং· মৈশিং লৌরে হায়বা খংখিবগা সরকারনা লনাই লোইবা নোংমৈশিং পুলিস কষ্টদিদা থম্নবা লা-ওথোকই।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : সিভিল এদমি-নিস্ট্রেশনবু মতেং পাংনবা গ্রেটর ইম্ফালদা আসাম রাইফলসকী জৱানশিং শীজিন্নবা হোই। চীফ ডাইরেক্টর জেনরেল ওইবা লেফটিনেন্ট জে· নরেল শ্রীসুশিলকুমার ইম্ফালদা লাক্লুনা শান্তি রক্ষাগী মতাংদা মকোক থোংবা অফিসিয়েলশিং-গা উনখি হায়।

(খ) অকাম্পাৎ মোনগা· ·স্বীদা ভেটিরিনরী দিসপেন্সরী অমা হাংদোকই।

(ঘ) স্মোল ইন্দষ্ট্রিজ দিভেলোপমেন্ট ওর্গেনাইজে· শনগী তাকয়েলদা রার্কসোপ পাংথোকই।

(ঙ) সিঃ আরঃ পী এফঃ না খোংমন অমস্নুং অতৈ লমশিংদা য়ুম য়ুমদা চংহুনা লালহোবা অমস্নুং অরোনবা খুৎলাইনচিংবা থিগৎলি। মথং মথং চংথরকপনি হায়।

(চ) শ্রীঅরিবম খ্‌কেশ শর্ম্মা এসিষ্টেন্ট ইঞ্জিনি-য়ার মহাক্কী শগোলবন্দ মবুথো মপ্রি লৈকাইদা লৈবা য়ুমদা মশক খ·হোদবা থরনা নোংমৈনা কাপ্লুনা হাৎলমই।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎ : শ্রীয়ংমাসো শৈ·

জাগী মন্ত্রি মণ্ডলদা সিভিল সপ্লাইজ মন্ত্রি ওই-রম্বা শ্রীহাওখোলাল থাংজোম সেন্ত্রেল ব্যুরো ওফ ইনভেষ্টিগেসন্সনা ফাখি। মহাক্কা মন্ত্রি ওইরিঙৈদা জিল্লা মাংখিরমীনি হায়। জিল্লা বান্দল ১০,০০০ কলকতাদা য়োম্হোক্লম্লে হায়বা পাও ফংনৈ।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ : সিঃ বিঃ আইঃ না ফাবা শ্রীহাওখোলাল থাংজোম জামিন্দা থাদোকখি হায়।

(খ) লনাই মীওইশিংনা লোইবা নোংমৈ নমদুংনা লৌবা মীগী পাও পীবদা মনা লুপা ১০,০০০ পীনবা লাওথোকখি।

তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : ককরা নাওরেম লৈকাই লম্পাক্তা এক্সত্রিমিষ্টকী লিট্যরেচর, দিটোনেটর অমসুং কিউজ রায়ারশিং ফাগংখি হায়।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অল মণিপুর রিকোগনাইজ সেকেণ্ডরী স্কুল টিচরস এসোসিযেশন্না শীনবা ওজাশিংগী দাবী তক্লবা সভাযাত্রা অমা ইম্ফালদা চংখি। এদ-হোক্তা হাপ্পা ওজাশিং লৌথোক্লবা তক্লখি হায়।

(গ) হান্নগী এদভোকেট জেনরেল শ্রীরাজকুমার মনিস্না সিংহ অমুক হন্না ফম অসি থিম্দোকই। শ্রীবলারাজ ত্রিখাবু থংদরগা হাপ্পনি হায়।

তাং ৩০ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট স্পোর্টস কাওন্সীলনা শীল্লগা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী হোলদা স্পোর্টস সেমিনার

হৌই। দিসেম্বর ১ দগী পাংথোকনি হায়।

ডিসেম্বর

তাং ১ থাংজ নুমিৎঃ মমায় থুমজিল্লগা রিক্সো থৌবশিং এদিসনেল এসঃ পীঃ শ্রীদিং মিশ্রানা হাংদোকহল্লি।

(খ) মুসলমানশিংনা মহরমগী উৎসব পাংথোক-ই। মসজিতশিংদা চুরা তৌনৈ হায়।

(গ) মণিপুর সরকারনা নৌনা লৌশিনবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা কলেজ ৯ গী ছাত্রশিংনা দাবী পীথোকউ হায়না চরা হেনবা হৌই। ছাত্র ১০না শরুক য়াই।

তাং ২ নোংমাইজিং নুমিৎঃ মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শাল্লগা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীদা য়ারী লিবা সেমিনার হৌই।

তাং ৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ বীর টিকে-ন্দ্রজীৎ পার্কতা দাবী তক্লহনা চরা হেনবা ছাত্র-শিং পুলিসনা ফাজিনখি। মহুৎ শিনবশিংনা চরা হেন্নবা চংথখি হায়।

তাং ৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ জেলিয়াংরোং নাগা ইউনিয়ন্না লোক সভা অমসুং বিধান সভা মীখলদা মীরেপ থাদোক্লনবা অমসুং মীরেপ অমত্তবু শোগৎতনবা লাওথোকই।

(খ) ওল্ড সেক্রেটরিয়েট কনফরেন্স হোলদা রা-জ্যপালগী এদভাইজর শ্রীহরমন্দর সিংহনা পাও-মীশিংগা উনৈ। আন্দরগ্রাউণ্ড মুভমেন্টকী মতাংদা তাইশিন্নবা পীছ কাওন্সীল শেম্নবা

হৈনিংবা ফোংথি হায়।

(গ) প্রতাপ টোকিজগী টিকেৎ ককফম অমস্তুং বেলকোনি কাফমদা টিকেৎ ককপশিং খুংথোক্লে।

তাং ৪ শগোলশেল নুমিৎ: অল মণিপুর রিকোগনাইজ এণ্ড এদেদ স্কুল টিচরস এসোসিয়েশন্না মণিপুর বন্দ কৌই। দুকান থোং থিংউ লাওবা নহা ২ থক সিঃ আরঃ পি. এফঃ রোং চৎপা কাংবুনা থেংনহনা ফুখি হায়।

(খ) লম্ফেলপাংতা লৈবা ভিঃ ভিঃ এফঃ দিভিজনেল লাইব্রেরীদা সেন্ত্রেল গোভর্নমেন্ট ইমপ্লোইমেন্ট রেলফিয়ার কো-ওর্দিনেসন কমিতি ফমই।

তাং ৭ ঈরাই নুমিৎ: ইম্ফালগী ইন্দিয়ান এয়ার লাইন সিটি অফিসতগী লুপা ১০,০০০ মশক খংদবশিংনা খুৎলাই উৎলগা লৌখি হায।

তাং ৮ থাংজ নুমিৎ: গ্রেটর ইম্ফাল অমস্তুং ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল এরিয়াদা থম্বা কার্ফিয়ু লৌথোকখি। ওক্তোবর ৯দগী থম্লকপনি হায়।

তাং ১০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: স্কুল ১০০ গী ওজাশিংনা শরুক য়াবা অল মণিপুর রিকোগনাইজ অন-এদেদ স্কুল টিচরস এসোসিয়েশন্না শীনবা সভাযাত্রা অমা ইম্ফাল সহরদা চৎখি। ওজাগী দাবী থুনা পীথোকউ হায়।

তাং ১১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভা মীখলগী সিট ৬০ গী মীরেপশিংগী স্কটিনি লোই। আউটর পার্লিয়ামেন্টরী কন্সটি-

ট্যুয়েন্সীগি মীয়েপ চে পীখৎপা মতাংদা য়েৎনবা খোক্তুনা শ্রীপ্রোঙ্গোগী মীয়েপ চে লৌ মাখিদে হায়।

তাং ১২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাগী অধ্যক্ষ ওইরম্বা শ্রীরাজকুমার রনবীর সিংহ মহাক্কী কৈশামথোং লোংজম লৈরক্তা লৈবা য়ুমদা মশক খংহৌদবা নহা খরা লাক্লগা নোংমৈ কাপলমই। শ্রীরনবীর সিংহগী কোক্কী শরুক্তা নোংমৈ মরু ২ পানফম লৈ হায়।

তাং ১৩ শগোলশেল নুমিৎ: উরিপোক সো-রোবোন থিঙেলদা লৈবা ডাক্তর তোম্বা কৌবা অমা মহাক্কী ইঙ্খোলদা হৌবা উ অমদা থৌরী য়ান্দুনা শিরমই।

(খ) সেনাপতিদগী কিলোমিটর ৪৬ থাপ্পা থিংবা খুনৌদা প্রাইমারী হেলঠ সব-সেন্টর অমা হাং-দোকখি।

তাং ১৪ ঈরাই নুমিৎ: স্কুল ছাত্র-ছাত্রীশিংনা মায়োক্লুরিবা অরাৎপশিং পানবা দাবী তৌখি।

(খ) নোর্থ ইষ্টর্ন হেন্দিক্রাফট দিভেলোপমেন্ট কোপোরেশনগী মতেংগা লোয়ননা সংস্থানশিং-না চুংশিন্নরগা শীনবা খুৎনা শাবা ফিরোল ১স্থুং পোৎ-চৈ মেলা ইম্ফালগী মপান কাংজৈবুংদা রাজ্যপালগী এদভাইজর শ্রীপিঃ ঐচঃ ত্রিবেদীনা হাংদোকই। পোৎয়োনফম কা ১০০ লৈ।

তাং ১৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: মহারাজকু-মারী শ্রীমতী বিনোদিনী দেবী ‘বড় সাহেব ওংবী

স্নাতোস্নী" ইবগীদমক সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ পীনবা খনখি হায়বা পাও ফংই।

(খ) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীনবা শুমাং লিলা ৱার্কসোপ হৌই। নুমিৎ ১৫ নি চৎথগনি। শ্রীঅমুয়াইমা সিংহ মোইরাংনা দাই-রেক্টর ওই হায়।

(গ) ফ্রেণ্ডস টোকিজগী স্ক্রিন্দা 'পীঃ এলঃ এঃ জোইন্ট, সপোর্ট পীঃ এলঃ এঃ' হায়বা শ্লাইট কাপই হায়বা মরীদা মেনেজর য়াওনা মী ২ ফাখি হায়।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ইবিল তুরেল ৱাংমা লিতান থোং লাম্থোক্লগা ৱাখা লম্নীদা অশিবা হকচাং অমা ফংনখি। ইং এমং কুমার থাবা চেথাও অমা অশিবা হকচাংদা য়াওরমই।

(খ) সেনাপতিদা ফমুং ২০ লৈবা দিস্ত্রিক্ট হোস-পীতাল অমা ৱাজ্যপালগী এদভাইজর শ্রীপিঃ সীঃ ত্রিবেদীনা হাংদোকই।

(গ) ওঝাশিংনা স্ত্রাইক তৌখিবদা মহৈ তম্বা ফংদবা ছাত্রশিংনা ওঝা পীয়ু হাযবা হঙ্গর স্ত্রাইক লেপখি। নম্বোলদা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেসনগী বস মৈ থাখি হায।

তাং ১৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ব্লোক দি-ভেলোপমেন্ট অফিসকী গাড়ী এমঃ এনঃ এসঃ ৫১০৩ কোংবদা ছাত্র নহারোলশিংনা মৈ থারমই। উরিপোক নাওরেমথোং মনাকুস্নু গাড়ী অমা মৈ থানবা তৌরমই। মীশক খংহৌদে হায়।

(খ) অল মণিপুর ষ্টুদেন্স ইউনিয়ননা আপীল তৌখিবগী মতুং তাবা ওইনা কলেজ ৯গী ওঝা-শিংনা চৎথরকপা স্ট্রাইক লোইশিনখি। দিসেম্বর ২০দা কলেজ কাবা হৌগনি হায়।

তা ১৯ য়ুমশাকৈশা নুমিৎ ঃ কংলৈপাক ষ্টুডেন্টস প্রোগ্রেসিভ ওর্গেনাইজেশনন্না কলেজ ৯গী ওঝা-শিংনা চৎথরিবা স্ট্রাইক লোইশিল্ল। লাইরিক তমহল্ল। গাড়ী মৈ থাবা ছাত্রশিংগী দায়ীত্ব নৎতে হায়।

(খ) ইম্ফালদা লৈবা ইডুকেশন ডাইরেক্টরেট অফিস অহিংদা মৈ থারমই। শাথিনা চাকহৌদ্রে। মীওই ১৩ মুক্না মৈ থারম্বনি, মীশক খংহৌদে। ছাত্রগী ঈরাংগা মরী লৈননা থাবা ওইরমগদ্রা থাজনৈ হায়।

তাং ২০ শগোলশেল নুমিৎ ঃ ৪ শুবা আসাম রাইফলসকী ট্রাক শেন্দুনা লৈবা সিফাই কাংবু ১ সাইকল তোংবা ২না থেংজিল্লে হায়দুনা ফাখি। পাওনা বাজারদগী ফাখিবনি। য়ু ট্রাওবা অমস্তু থৌরি লিশাংনা মখুৎ তুংবুন্নরগা পুখি হায়।

(খ) ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা চৎথবা খুংশা হৈবগী মেলা লোইশিল্লি। নোর্থ ইষ্টর্ন হেন্দিক্রাফট এণ্ড হেণ্ডলুম দিভেলোপমেন্ট কোর্পোরেশনন্না শীল্লাংখি।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ ঃ সেগা লম্বী ভখেল লৈকাই মপাদা লৌরেম্বম য়াইমা কৌবা অমা শিনা ফংখি। মহাক্কী অশিবা মশাদা থাংক্ষম খরা

লৈরমই। মীহাৎপশিং মশক খংবা ঙমহৌদে। থ্যাইরম্বন্দ কৈথেলদা হুকান কম্বা মীওইনি হায়।
তাং ২৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: রাজ ভবন্দা সেনেসল এরার্দ ফংলবশিং ওকপগী থৌরম পাংথোকই। রাজ্যপাল শ্রীএলঃ পীঃ সিংহনা এরার্দ ফংবশিংদা থাগৎপা ফোংখি। এরার্দ ফংবশিংদি মহারাজকুমারী বিনোদিনি দেবী, কুমারী ওইনাম মধুবালা দেবীনি।
(খ) সাপম কোরা কৌবা অমা পুখাও লিতান পোকপীদা মশক খংহৌদবা থরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলমই। মহাকপম ইবোহনবীগি য়ুমদা মরুপ তিন্নবগী লৈরিঙৈদা হাৎলম্বনি হায়।
তাং ২৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: খৃষ্টান ধর্ম্মা চৎপশিংনা খৃষ্টমাসকী থৌরম পাংথোকনৈ।
তাং ২৭ শগোলশেল নুমিৎ: ইলেকশন কমিশন্না ১৯৮০ জনুয়ারী ৩ রাজ্য অসিদা মীখলগী ভোৎ থাদনবা নুমিৎতা লমজাওদা গাড়ীশিং চেনবা অথিংবা পীখি। মীরেপশিংনা শীজিন্নগদবা গাড়ীশিংস্তু হান্নিনা খংহনগদবনি হায়।
তাং ২৮ ঈরাই নুমিৎ: ময়াং ইম্ফাল কৈথেলদা মীখলগী রাথোক্তা মীরেপ ২ গী কর্ম্মীশিং খুৎথোকুখি। কংগ্রেস (ইউ) কর্ম্মী ২২ ফাজিনখি হায়।
তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ: শুমাং লিলা রার্কসোপ লোইশিনখি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীনবা রার্কসোপ অসি নুমিৎ ১৫নি

চংথরকখি।

(খ) থূরাই শনলাল থোং মনাক্তা অশিবা হকচাং অমা ফংনখি। মশক খংদবা থরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংলমই। মমিং লাইথাংবম জ্ঞানেশ্বর সিংহ কৌই হায়।

তাং ৩১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: লিলোংদা ৱাটর সপ্লাই স্কিম অমা ৱাজ্যপালগী এদভাইজর [illegible]পিঃ ঐচঃ ত্রিবেদীনা হাংদোকই।

— x —

১৯৮০
জনুয়ারী

তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ইংগ্রেজী চহি হৌবগী ছুটি ওই। সরকারগী অঙম-অখৌ অমসুং মরুপ-মপাং ওইবগী য়াইফ পাওজেলশিং থাদৈ।

(খ) কম্যুনিষ্ট নেতা থোকচোম বীর সিংহ কৈশাম্পাৎ থোকচোম লৈকাইদা লৈবা মহাক্কী য়ুমদা লৈখিদে। মশক খংহৌদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্লম্বনি হায়।

(গ) থোকচোম বীর সিংহনা লৈখিদবদা খংহৌদনা খ্বাইরম্বা কৈথেল বন্দ তৌই। ঈরৈপাক লৈশেম পার্টি, কংগ্রেস (ইউ), জনতা পার্টি, এম: পী: পী: অমসুং সি: পী: আই: না অরাবা ফোংবা পাওজেল থাদৈ।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর সরকারগী ড্রাইভরশিংনা দাবী পীয়ু নত্রবদি জনুয়ারী ৩গী মীখলদা থবক লেপকনি হায়বত্থু য়ানবা পুরকখি। সরকারনা ড্রাইভরশিংগী দাবী খনবা য়াখি হায়।

(খ) নহারোল এক্সট্রিমিষ্টশিংগা ৱারী শাবা হৌনবা সিটিজন পীছ কমিতি শেম্লে হায়না মণিপুর সরকারনা লাওথোকই। শ্রীমহারাজকুমার প্রিয়োবর্ত্ত সিংহনা চিয়ারমেন ওই। শ্রীএ: ব্রজকুমার শর্ম্মা মণিপুর কলচরেল ইন্টিগ্রেশন কনফরেন্স, শ্রীশৌগাইজম ইবোয়াইমা সিংহ মোরেল এণ্ড রিফোর্মেসন সেন্টর অমসুং চিংগুবম অকাবা মৈতৈ নেসনেল ফ্রন্টনা মেম্বরনি।

(গ) ফোরেষ্ট মন্ত্রি ওইরম্বা মহম্মদ আশ্রফ আলি

অন্দ্রো কেন্দ্রদা জনতা পার্টি মীরেপ ওই। য়াইরিপোক্তা লৈবা মহাক্কী য়ুমদা চংলকপা মী অমা ফাখি। নেপ্রম ইবোহল কৌই খোংমন্দগীনি। কপ্পিরেদ পীস্তোল অমগা মরু ৭ কা ফংখি হায়।

তাং ৩ শগোলশেন নুমিৎ: মণিপুর আউটর পার্লিয়ামেন্টরী কন্সটিট্যুয়েন্সী অসিগী মনুং চন্না লৈবা মণিপুর বিধান সভা কেন্দ্র ২৮ গী মীখল পাংথোকই। অপুনবা ভোটর ৪,৩৬,৮৯৩ নি। আউটর পার্লিয়ামেন্টরী কন্সটিট্যুয়েন্সীদা মীরেপ ৪ না লম্বা পানৈ।

মীরেপশিংগী মমিং ১। কংগ্রেস (আই) শ্রীগৌজাগীন ২। কংগ্রেস (ইউ) শ্রীশৈখোগেন ৩। জনতা পার্টি শ্রীকোলো কাইহো ১সূং ৪। ইন্দিপেন্দেন্ট শ্রীকেঃ প্রোঙ্গো কৌই। হান্না সংসদ সদস্য ওইরম্বা শ্রীপাওকাই হাওকিপ মীরেপ চেনৌথোকখি।

মণিপুর বিধান সভা মীথলদা মীরেপ মশীং কংগ্রেস (আই) ২৭, কংগ্রেস (ইউ) ১৫, জনতা পার্টি ২৫, এমঃপীঃপীঃ ১১, সিঃপীঃআইঃ ৮, কেঃএনঃএঃ ৭, জনতা পার্টি (এস) ১ অমসুং ইন্দিপেন্দেন্ট ৬৪ অপুনবা মশীং ১৫৮ নি।

তাং ৪ ঈরাই নুমিৎ: লমলাইদা মীতিং অমা য়াওরুবা শিজগুরুময়ুম বীর শর্ম্মা কৌবা অমা শিখি। মশাক খংদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্লম্বনি হায়।

তাং ৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইন্নর মণিপুর

পার্লিয়ামেন্টরী কন্সটিটুয়েন্সীদগী মীহুৎ অমা অমস্নং মণিপুর বিধান সভাগী মীহুৎ ৩২ খন্নবা অনিশুবা ভাঙ্করী ভোৎ থাদনৈ।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : অহিং পুং ১১ দা জনতা মীরেপ মহম্মদ আলিম উদ্দিনগী য়ুমদা মীশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপখি। মহম্মদ আলিম উদ্দিনগী পনমেন এলঃ চাওবা সিংহ অমস্নং মহম্মদ অবত্নল সলাম কৌবা লম-লাইদগী কী অমগা হাংলমই। মী ৪ শোকহৌ-রমই। মশক খংদবশিংনা শীজিন্নবা পাত্তী অমা হুন্দোক্লমই হায।

তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : আউটর মণিপুর পার্লিয়ামেন্টরী কন্সটিটুয়েন্সীদা কংগ্রেস (আই) মীরেপ শ্রীপৌজাগিন কাখি। মহাকী থ্বাইদগী নক্লবা লম্বা জনতা পার্টি মীরেপ শ্রীকোলো কাইহোনা ওই। ভোৎ ২২,০০০ হেনখি।

(খ) পাল মণিপুরী য়ুঠ লীগনা শীল্লগা চহি ৭ খুম্তাকপা নিংশিংবা থৌরম পাংথোকই। ইম্ফাল-দা সভাযাত্রা চংখি।

তাং ১০ শগোলশেল নুমিৎ : ইন্নর মণিপুর পার্লিয়ামেন্টরী কন্সটিটুয়েন্সীদা সিঃ পীঃ আইঃ মীরেপ শ্রীডাঙোম মহেন্দ্র সিংহ কাখি। কংগ্রেস (আই) মীরেপ শ্রীএনঃ বিনোয় সিংহদগী ভোৎ ১১,৯৪৬ হেনখি হায়।

শ্রীএনঃ তোম্বী সিংহ কংগ্রেস (ইউ) ৩৫, ৭০০, শ্রীমুতুম অমুতোম্বী সিংহ ইন্দিপেন্দেন্ট

৪৭,৭৮৩, মহম্মদ সলাম শৈখ ইন্দিপেন্দেন্ট ৩১, ৫৯৪, শ্রীরাজকুমার মধুর্জ্যজিৎ সিংহ এমঃপীঃপীঃ ৪৯, ২৭৭ অমস্তুং শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহ জনতা পার্টি ৪১,৩৫৫ কাহৌত্রে।

(খ) বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা অল মণিপুর শুমাং লিলা ফেস্টিভেল হৌই। মণিপুর ষ্টেট কলা এ-কাদেমীনা শৌল্লাংবনি।

(গ) মণিপুর বিধান সভা মীখলগী ফল লাও-থোকপা লোইশিল্লি।

মীখল অসিদা মায় পাক্লবশিংঃ ১। খুন্দ্রাক-পমঃ য়ুমলেম্বম কুল্লা সিঃপীঃ আইঃ (এম) ২২৭১, ২। হৈঙাংঃ রাইখোম জাগোর ইন্দিপেন্দেন্ট ৩৩৮৮, ৩। খুরাইঃ চান্দম মণিহার সিংহ এমঃ পীঃপীঃ ২৫৭৭, ৪। ক্ষেত্রিগাওঃ মহম্মদ মহমুদ্দিন কংগ্রেস (ইউ) ২৩৬১, ৫। থোংজুঃ ওইনাম তোম্বা ইন্দিপেন্দেন্ট ৩২৪১, ৬। কৈরাওঃ অবদুল মতালিপ ইন্দিপেন্দেন্ট ২৯৮৫, ৭। অন্দ্রোঃ লোইতোংবম অমুজাও কংগ্রেস (ইউ) ৬৯০৫, ৮। লমলাইঃ ফৈরোইজম পরিজাৎ সিঃ পীঃ আইঃ ৪১৯৭, ৯। থাংমৈবন্দঃ কোইজম রাধা-বীনোদ ইন্দিপেন্দেন্ট ২২৭৪, ১০। উরিপোকঃ পাওনম অচৌ সিংহ ইন্দিপেন্দেন্ট ২১৪০, ১১। শগোলবন্দঃ মোইরাংথেম কুমার এমঃ পীঃ পীঃ ১৮৬২, ১২। কৈশামথোংঃ লাইশ্রম মনাওবী এমঃপীঃপীঃ ১৯৯৮, ১৩। শীংজমৈঃ ইরেংবম তোম্পোক সিংহ কংগ্রেস (ইউ) ২৩০৯, ১৪। য়াইস্কুলঃ

রাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহ কংগ্রেস (আই) ৪৬০৯, ১৫। রাংথৈ: যুমখাম ঈরাবত জনতা পার্টি ৪০৫২, ১৬। সেকমাই: খাইরাকপম চাওবা জনতা পার্টি ৩৫৬৮, ১৭। লমশাং: ফুরিৎশাবম সাগোর ইন্দিপেন্দেন্ট ২৩২০, ১৮। কোন্থৌজম: হেনাম লোখোন কংগ্রেস (আই) ২৭১১, ১৯। পাৎশোয়: লৈশাংথেম চন্দ্রমণি সিংহ জনতা পার্টি ৩২২৫, ২০। লাংথবাল: ওক্রম জয় সিংহ জনতা পার্টি ৪০৬৩, ২১। নাওরিয়া পাখং লাকপা: রাহেংবম অঙৌ কংগ্রেস (ইউ), ৫৩২০, ২২। রাঙ্গোয়: চুংখাম রাজমুহন কংগ্রেস (আই) ৪৭৪৯, ২৩। ময়াং ইম্ফাল থুমুজম অমুতোম্বী কংগ্রেস (আই) ৪৫৬৯, ২৪। নম্বোল: থৌনাওজম চাওবা জনতা পার্টি ৪৬৭৮, ২৫। ওইনাম য়ুম্নাম য়াইমা সিংহ জনতা পার্টি ৪২২০, ২৬। বিশেনপুর: খুন্দ্রাকপম পুলিনকান্ত কংগ্রেস (ইউ) ২৩৩১, ২৭। মোইরাং: মাইরেনবম কোইরেং জনতা পার্টি ৫০৫২, ২৮। থাঙ্গা: হাওবীজম কাংজাম্বা ইন্দিপেন্দেন্ট ৩৭১১, ২৯। কুম্বী: খাঙেম্বম মনিমোহোন কংগ্রেস (আই) ২৬৫০, ৩০। লিলোং: মহম্মদ হেলাউদ্দিন খান কংগ্রেস (আই) ৭৬২৯, ৩১। থৌবাল: থৌদাম কৃষ্ণ এমঃ পীঃ পীঃ ৩৭০১, ৩২। রাংথেম: পঙ্গাম্বম মুনাল ইন্দিপেন্দেন্ট ২৯৯১, ৩৩। হৈরোক: মোইরাংথেম ইবোতোম্বী জনতা পার্টি ৪৯৩৬, ৩৪। রাংজিং তেন্থা: লাইশ্রম শরৎচন্দ্র

ইন্দিপেন্দেন্ট ৩২২১, ৩৫। খাঙবোক : থোক- চোম অচৌবা সিঃপিঃআইঃ ৩১৩৯, ৩৬। ব্রাব- গাইঃ অবহুল সলাম ইন্দিপেন্দেন্ট ১৬৩৪, ৩৭। ককচিংঃ ক্ষেত্রি ঈরাবত সিঃপীঃআইঃ ৪৩৬৫, ৩৮। হিয়াংলমঃ এলাংবম বাবুধন সিংহ সিঃ পীঃ আইঃ ৩৪৮৭, ৩৯। শুগ্নুঃ ময়াংলম্বম নীলা সিংহ সিঃপীঃ আইঃ ৩৮৫৬, ৪০। জিরিবামঃ থৌদাম দেবেন্দ্র সিংহ ইন্দিপেন্দেন্ট ৬৭৩১, ৪১। চান্দেলঃ সদখো- লাল কেঃএনঃএঃ ৬০৭৫, ৪২। টেংনৌপলঃ জাই- সন হাওকীপ কেঃএনঃএঃ ৫০৫৫, ৪৩। ফুংয়ারঃ রিশাং কৈশিং কংগ্রেস (আই) ৫৪৪০, ৪৪। উ- খ্রুলঃ য়ংমাসো শৈজা জনতা পার্টি ৬১৯১, ৪৫। চিঙ্গাইঃ এঃ সোমি জনতা পার্টি ৫৪৭২, ৪৬। সাইকুল : হোলখোলেট খোংসাই কংগ্রেস (ইউ) ২৪৫৫, ৪৭। কারোংঃ আরঃ ভিও ইন্দিপেন্দেন্ট ৬০৫৬, ৪৮। মাওঃ সোসো লোরহো কংগ্রেস (ইউ) ৬৮৯৭, ৪৯। তমুবীঃ এনঃ জিঃ লুকাং ইন্দিপে- ন্দেন্ট ৫২১৮, ৫০। কাংপোকপীঃ কেশোর থাপা কংগ্রেস (আই) ৫৩৫৩, ৫১। সাইতুঃ এলঃ এসঃ জোন ইন্দিপেন্দেন্ট ২৬১৫, ৫২। তাৈমঃ দিজো- নাং কংগ্রেস (আই)৫২১১, ৫৩। তমেংলোংঃ কেঃ জরিয়াং ইন্দিপেন্দেন্ট ৩৩১৮, ৫৪। নুংবা : গাইখাঙম ইন্দিপেন্দেন্ট ২৯০৫, ৫৫। টিপাইমুখঃ ডুরদিংলেন কংগ্রেস আই) ৩৮৭২, ৫৬। থা- লোন : কেঃ ফুংজাথাং কংগ্রেস (আই) ৫২৬৪, ৫৭। হেংলেপঃ হোলখোমাং ইন্দিপেন্দেন্ট ৩২৩৩,

৫৮। চুরাচান্দপুর: কে: ভুংঙ্গালিয়ান ইন্দিপেন্দেন্ট ৪৪৩১, ৫৯। সাইকোট ঙুলখোহাও ইন্দিপেন্দেন্ট ৩৭১৯, অমস্তুং ৬০। সিংহাট থাংখনলাল কংগ্রেস (আই) ৩৯০১ নি।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ: রাজ্যপাল শ্রীএল:পি: সিংহ ইম্ফালদা থুংলে। নুমিৎ হুম্নি ইম্ফালদা লৈবগা লোয়ননা রাজনির্তিগী ঈরাং যেংগনি হায়।

(খ) কেরোসিন অমস্তুং দিজল ফংদবনা ফুদ এণ্ড সিভিল সপ্লাইজ দিপার্টমেণ্টনা পার্মিট চংনবা হোই। পার্মিট চংদবা পিত্রোল লিটর ১দা লুপা ১২ যৌই হায।

তাং ১২ থাজং নুমিৎ: খ্বাইবস্বন্দ কৈথেলগী মফম খবদা গুক-শেনবা পুলিস লোথোক্লুনা ৪শুবা আসাম রাইফলসকী জবানশিংনা মহুৎ শীজিনখি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইমার্জেন্সী এক্সেস কমিত্তি অমস্তুং চাওবা ডেদ ইনক্বারী অথোরিটি ওইরিবা শ্রীবলরাজ ত্রিখা পুলিসনা কাজিনখি হায়।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: অনৌবা মন্ত্রি মণ্ডল শেম্নবা মীচং খোম্বা লোইশিনখিবগা লোয়নননা রাজ ভবন্দা কংগ্রেস (আই) শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহ মুখ্য মন্ত্রি ওইনা রাশক লোই। শ্রীঙুরদিংলেন ১স্তুং শ্রীরিশাং কৈশিং কেবিনেট মন্ত্রি ওইনা রাশকখি। রাশক লৌহনবগী

থবক অদু রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদনা পাংথোক-থি। কংগ্রেস (ইউ) কেঃএনঃএঃ ১স্মুং এমঃপীঃপীঃ না শৌগৎলি হায়।

(খ) মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহগা বঙ্গলোদা পাওমীশিংগা উনৈ। ফুমজিনখ্রবা কং-লা থাঙ্গাপাংকী অরাং থংবা শরুক অমুক হন্না তৌথোক্লনি হায়খি।

(গ) হান্নগী চীফ সেক্রেটরী শ্রীএলঃ বিঃ থাঙ্গা ফম অমুক হুঞ্জিনখি।

(ঘ) ইমার্জেন্সী এক্সেস ইনক্বারী অথোরিটিগী চিয়ারমেন শ্রীবলরাজ ত্রিখা চীফ জুদিসিয়েল মাজিস্ট্রেং শ্রীগৌরচান্দবী সিংহগী কোর্টতা পুথোকই। লুপা ২০০০ গী জামিন্দা থাদোকখি হায়।

তাং ১৭ শগোলশেল ন্নুমিৎ: কংলা থাঙ্গা-পাংকী ফুমজিল্ল্রবা অরাং থংবা শরুক তৌ-থোকপা হৌই।

(খ) মণিপুর বিধান সভাগী মীখলদা কারক্লবা সদস্যাশিং রাশক লৌই। শ্রীমাইরেনবম কোইরেং সিংহনা রাশক লৌহনখি। শ্রীকোইরেং সিংহ জনতা পার্টি চীফ হুপনি হায়।

(গ) ইমার্জেন্সী এক্সেস ইনক্বারী অথোরিটিগী চিয়ারমেন শ্রীবলরাজ ত্রিখা অমুক হন্না মণিপুর পুলিসনা ফাখি। মহাক্না থবক পায়বগী মতম ওক্টোবর ৩১দা লোইরবদু নবেম্বর ২৫ না লোই-গনি হায়না নমথাক তৌরমই হায়।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রিগী বঙ্গলো-দ', মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা ১৯৭৯ গী সোভিয়েট লেণ্ড এৱার্দ শ্রীসোটিন কুমারদা পীখি। "সোভিয়েট খুনাই" কৌবা লাইরিক ইৱগীদমক মহাক্না মনা লুপা ১,৫০০গা সার্টিফিকেট অমগা ফংখি।

(খ) মেদিকেল দিপার্টমেন্টকী মোবাইল বস ১ ইম্ফাল জিরিবাম লম্বীগি ওইনামলোংদা এক্সি-দেন্ট থোকই। অতোংবা ১৮ শোকখি। জিরি-বামদা কেম্প অমা পাংথোকপা চংখিবনি হায়।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফাল পোষ্ট অফিস মমাংদা এদিসনেল এসঃ পীঃ শ্রীদিঃ মিশ্রানা লুচিংবা পুলিস কাংবু অমনা মোরেদগী লাকপা বস ১ চেক তৌবদা মীরৈবাকী ফিরোলনচিংবা ফাগংখি।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুরনা ষ্টেট স্তর ফংবগী ৮শুবা কুমওন থৌরম ইম্ফালগী বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা পাংথোকই। অহানবা মণিপুর রাইফস লম্পাক্তা চীফ মিনিষ্টর ইলে-ভেন অমস্তুং চীফ সেক্রেটরী ইলেভেন টিম ২ খাযদোক্নুনা ফুটবোল শান্নখি চীফ মিনিষ্টর ইলেভেনগী টিম কেপ্টেন শেল-থুম মন্ত্রি শ্রীরি-শাং কৈশিং অমস্তুং চীফ সেক্রেটরী শ্রীএলঃ বিঃ থাঙ্গানা নাকল অমগী টিম কেপ্টেন ওই।

(খ) থাংমৈবন্দ কবুই খুলদা মকুবোক্সা লুপ্রাবী ওইছোরবী মমৌ নুপী ১ হাংখি। মকুবোকস্তু

মথন্তা থৌরী য়ান্নুনা শিখি হায়।

(গ) লমাংদোংদা হিন্দুগী লাই (মুর্তি) হুরানখিবা মী ৪ থাক্কাল খুলদা কাখি।

তাং ২৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ নুমিৎ ১৫ নিয়োমদং চৎনবা ওকপা নৎতনা পেট্রোল অমসুং দিজল থাও ষ্টোক্তা লৈত্রে হায়বদগী থাও পীবগী নিয়ম হোংদোক হোংজিন লৈখি। চৌংগী লমদা লৈবা পরার হাওস মুংখিল পুং ৩ দগী নুমিদাং পুং ১০ ফাওবা থবক শুখি। কৈথেলশিংদা নুংথিল পুং ৫ দগী মৈ পীবা লেপখি। ত্রকশিংদা দিজল পীবা ককথৎতুনা গাড়ী চেনবা মশীং হন্থখি।

তাং ২৪ শগোলশেন নুমিৎঃ অয়ুক পুং ১০-৩০ চৎপদা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী লম্বুল তুরেল অশিং মথক্তা মৈ চাকখি। থাওরেকশিংননি। মিনিট ৪৫ রোম মুৎপা ঙমখিদে হায়।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ : গনতন্ত্র দিবস থৌরম পাংথোকই। অহানবা মণিপুর রাইফলস পেরেদ গ্রাউণ্ডদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা মার্চ পাষ্ট কন্টিজেন্টশিংদা রা ঙাংখি, মুংথিলদা কোনুংগী ওপন এয়ার থিয়েটরদা মনামথুম শ্রীমতী শম্ভো দেবীনা য়েন্থোকই। কলেজ থাক্তা মহারাজ বুধচন্দ্র কলেজ, স্কুল থাক্তা বেবী কেংজিং ইংলিস স্কুল অমসুং সংস্থানগী কাংলুপ্তা চিলড্রেন্স হোমনা মকোক তাখি। ইরিগেশন এণ্ড ফ্লদ কন্ট্রোলনা থৌবাল মল্টিপরপোজ প্রোজেক্টকী টেবলোক পুথোকপদা মকোক তাখি।

(খ) ককয়াদা বস অমা এক্সিদেন্ট থোকই। মী ৪০ শোকই। ইম্ফাল অমস্মুং চান্দেল চেনবা বসনি।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইম্ফালদা রিক্সো পার্কিং থম্বীদে হায়বা রেলি অমা রিক্সো ড্রাইভরশিংনা চংখি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: কোংবা খোং য়োরমদাইদা লৌ খোয়নবা ইঞ্জিনগী গাড়ী অমা এক্সিদেন্ট থোকই। মী ২শি, থোঙাম রাজেন কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাই অমস্মুং ককচিং খুনৌদগী মোইরাংখোমদা লৈবা গৌরচানবী কৌই। অঙম তোংলকপদা অমা শোকই। ইঞ্জিন গাড়ী অসি খোংবালদা ভাশিল্লগা ননবনি হায়।

তাং ২৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: নোংপোক জিলাগী বর্মাগা তাইনবা ৱমথৈদা মাইল ১০ না কোনবা মফমশিংদা নুমিদাং পুং ৮তগী অয়ুক পুং ৬ কাওবা নুমিৎ ৩০নিগী ওইনা কার্ফিয়ু থমখি।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ভারতকী নিং-তম লান্দা পুক্সি কংগ্রেবশিং নিংশিংবা সাইরেন খোংই। অয়ুক পুং ১০-৫৯ দগী অয়ুক পুং ১১ কাওবা মিনিট অনি তুমিল্লা লৈখি।

ফেব্রুয়ারী

তাং ১ ঈরাই নুমিৎ: খুমন লম্পাক্তা শামরোয় অমস্মুং ছাত্র নহারোলশিংনা শরুক য়াবা সোসিয়েল সার্ভিস কেম্প মুখ্য মন্ত্রি শ্রীদোরেন্দ্র সিংহনা হাংদোকই। ফিজিকেল ইদুকেসন অমস্মুং স্পোর্ট ইনস্টিটুটকী শঙ শানবম্ভ উয়েপ উয়ুং

তমখি ।
তাং ৩ নোংমাইজিং নুমিৎঃ প্রটাপ টোকিজদা সিনেমা টিকেৎ কক্লবা অমদা, পরেং থুগায়রগা হোংচিল্লুবা অথিংবা পীরুবগী খংন-চৈনবা থোক্কনা কাখি ।
তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীল্লগা পাংথোকপা অল মণিপুর শুমাং লিলা ফেষ্টীভেল ফল লাওথোকই । টাইম ষ্টার আর্টিষ্ট ইউনিয়ন্না শান্নখিবা 'নোংমগী রাথোক' অমস্বুং ইম্ফাল যাত্রা এসোসিয়েশন্না শান্নবা 'চুরাঙ্থাবা' না মকোক মথং তাখি । নুপী কাংলুপ্তা মৈদিংঙু থাগেম্বা নুপী শুমাং লিলা মরুপনা শান্নবা 'খম্বানা কবো নৈকাই কোয়বা" না মকোক তাখি ।
তাং ৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : রাংজিং য়ৌবা বস অমা থান্নগা নিত্যাইপাৎ চুথেক মনাক্তা হেন্না তোংবা মী মথৈ কুমথহনখি । অহেনবা মীশিং অহু ময়ুম য়ৌনবা হোংনবদা উপাই লৈখিদে, ইম্ফাল থানাদা চংহনা মতেং নিখি । মতুংদা মুখ্য মন্ত্রিগী থৌ পুবা দিভেলোপমেন্ট মন্ত্রি শ্রীঙুরদিংলেনদা চংনরুই । মণিপুর ষ্টেট রোদ ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেশন্দা থৌরাং তৌনবা শীন্নবদা অঙম্বা অমতা থেংনত্রহনা তোকখি ।
তাং ৭ শগোলশেল নুমিৎ : সাইতোনগী মিনয়াং কৈথেলদা য়ুম ১স্বুং হুকান কয়া তমথীনা মৈ চাকখি । অয়াম্বা কনবা ঙমহৌদে ।

তাং ৮ ঈরাই নুমিৎ : কংলাদা আসাম রাই-ফলসকী মেলা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা হৌদোকই। মুমিৎ হুম্নি চংখগনি।

(খ) মণিপুর ষ্টেট ঈশৈ লিলা ফেষ্টিভেল অল মণিপুর শুমাং লিলা এসোসিয়েশন্না শীন্নগা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা হৌখি।

তাং ৯ থাংজ নুমিৎ : মণিপুরদা মীতোপ চংবা ইন্নর লাইন পার্মিট থম্নবা মীতৈ নেসনেল ফ্রন্টনা দাবী তৌখি। মুখ্য মন্ত্রিদা চেরোল অমা পী।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : অল মণিপুর শুমাং লিলা এসোসিয়েশন্না শীনবা ঈশৈ লিলা ফেষ্টিভেল ফল লাওথোই। রীজনেল ইচুকেটেং কলচরেল আর্টিষ্ট এসোসিয়েশন্না মকোক তাখি।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : লুহোংব-নচিংবা থৌরমগী নৎতনা গাড়ী লোইদবা মীদা পেট্রোল অমসুং দিজল থাও ফুদ এণ্ড সিভিল সপ্লাইজ দিপার্টমেন্টনা পার্মিট পীবা লেপখি। স্কুটর-মোটোর সাইকল লিটর ৩, জীপ ওটো রিক্সো লিটর ১০ অমসুং ত্রকনচিংবা লিটর ২০নি।

তাং ১৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : হৈরোক লিতান-পোকপী মনাক্তা চহি ২৫০ রোম শুরবা শেল ময়েক থরা ফংখি।

তাং ১৪ শগোলশেল নুমিৎ : পাওনা বাজা-রদা লৈবা দুকান অমা মৈ চাকখি। ফায়ার সার্ভিসকী কাংবুনা মৈ কনখি। শাথীনা অমাংবা থোকহৌদ্রে হায়।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রিগী লৈফমদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা পাও-মীশিংগা উনৈ। মণিপুরগী ওইবা রেজিমেন্ট অমা লিংনবা থৌরাং পুম্নমক লৌখংলগনি হায়।

(খ) সাইতোন মিনয়াং কৈরেথলদা মৈ চাক্তুনা অরাবা তারবশিংদা সিটিজেন ভোলুন্টিয়ার ট্রেনিং সেন্টরনা লুপা ৩,০০০ গী ফিবোল মতেং পী।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ : কংলাতোংবীদা মণি-পুর পুলিস 'অমস্তং সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ জবান কাংবু অমগা আঈন্না থিংগ্রবা প্রিপাক কাংবু অমগা নোংমৈ কাপ্নখি। প্রিপাকী মী ১ শিখি, সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ জবান অমা শোকখি। মতুংদা থিজিন হুমজিনবা থবক চৎথবদা, রাই-ফল ৫, ষ্টেনগন ১, নোংমৈ মক ১৯১, ঐচঃ ই: ১৬, গ্রেনেদ ২, চে-চাং ফিরোল অমস্তং জঙ্গল বুট ৮ ফাগংখি হায।

(খ) খোংমন মংজিন্দা য়ুম ১ মৈ চাকখি। ফাযার সাভিসকী কাংবুনা মৈ কনখি। শাথীনা অমাং-অতা থোকহৌদে হায।

তাং ১৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: বাসীখোংদা প্রাইমারী হেলঠ সব সেন্টর অমা হাংদোকপগা লোয়ননা শঙ শানবা শ্রীওঃ তোম্বা সিংহনা উরেপ উযুং তমখি।

(খ) নোংয়াইদগী হৌনা মার্চ ৩১ ফাওবা মণিপুর বিধান সভাগী মীকম নিংথিনা চৎথবা য়ানবা অকোয়বদা সিঃআরঃপীঃসিঃ ধারা ১৪৪গী

অখিংবা থমখি। খুচোংদবনচিংবা জেনফদবা থবক্তীদমক সেন্ত্রেল দিস্ট্রিক্টকী দিপুটী কমিশ-নারদা অয়াবা লৌগদবনি হায়।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ৩ শুবা মণিপুর বিধান সভা মীফম ফম্বা হৌই। রাজ্যপাল শ্রীএল: পী: সিংহনা বা ঙাংখি। শ্রীযুম্নাম য়াইমা সিংহ অধ্যক্ষ খনখি। অধ্যক্ষ খনবদা অতোপ্পা লম্বা অমতা চোংথোরকখিদে; লম্বা য়াওদনা অধ্যক্ষ খনবা হন্দক্কী অসিনা অহানবা ওইখি।

(খ) পাওনা বাজারদা লৈবা কোমেট কৌবা দুকান ১ ছুরানবা চংলম্বগী মরীদা ছুই থাদোক্তু-না ছুরানবা মী থিদোকখি।

তাং ২০ য়ুমশাকৈশা নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা লুচিংবা মন্ত্রি মণ্ডল রাজ্য মন্ত্রি ৫ হাপচিন্দুনা চাওথোকহনখি। রাশক লৌবগী থৌরম রাজ ভবন্দা পাংথোকই। মহম্মদ হেলাউদ্দিন খান, শ্রীহোলখোলেৎ খোং-সাই, শ্রীথোদাম দেবেন্দ্র সিংহ, শ্রীথোনাওজম চাওবা সিংহ অমস্তুং শ্রীটি: ঐচ: কৃষ্ণ সিংহ রাজ্যপাল শ্রীএল: পী: সিংহনা অরোনবা ঙাকপা থবক পায়বগী রাশক লৌহনখি।

(খ) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা শীনবা অল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেল মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন হোলদা হৌখি।

(গ) শুগ্নুদা লালহৌবা মীনি চিংনবা নহা ২ কপ্পিমেদ পীস্তোল ১গা মরু খরগা ফাখি।

তাং ২১ শগোলশেল নুমিৎ : ইম্ফালদা লৈবা গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা মণিপুর ত্রাইবেল উইমেন্স এসোসিয়েশনগী মীতিং ফমই। খাই রম্বন্দ কৈথেলদা ত্রাইবেলগী তোখায়বা কৈথেল অমা লিংনবা দাবী তৌখি। মতুংদা শেল-থুম মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংদা মেমোরেণ্ডম ১ পীশিনখি হায়।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎ : চুরাচান্দ হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলদা লৈবা ইলেক্সন অফিস মৈ থারমই। ছাত্রশিংনা স্কুলদা অফিস ওইশিনবা হোংদোক্রবা দাবী তক্লতুনা লাকখি হায়।

(খ) ইম্ফালগী মপান কাংজৈবুংদা অহানবা অল মণিপুর স্কাউট এণ্ড গাইদ মীট শেল-থুম মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হৌদোকখি। ফেব্রুয়ারী -৪ ফাওবা চৎথগনি। অল মণিপুর বোয়জ স্কাউট এণ্ড গার্লস গাইড এসোসিয়েশন্না শীল্লাংবনি।

(গ) ফেব্রুয়ারী ১ দগী থুমন লম্পাক্তা চৎথবা অহানবা কম্বাইন সোসিয়েল সার্ভিস কেম্প লোইশিনবা থৌরম পাংথোকই উংখিবা রৈম্মেশিংদা শ্রীরবিন্দ্র সিংহনা কিলো ১৪০গী অরুম্বা থাঙ্গৎপা, ঢাটা গাড়ীদগী মা ১না মহাক্কী থবাক্তা চোংথবা অমসুং শ্রীইবোচৌবা সিংহ উরিপোক পোলেম লৈকাইনা থবাক্তা নুংঙাও অহুম থম্নগা নুংথংনা থুগায়বা য়াওখি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : ইম্ফালগী বাবুপড়াদা লৈবা প্রেস ক্লবতা মুখ্য মন্ত্রি

শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহগা পাওমীশিংগা উনৈ। পাওমীশিংবু ঈকায়খুম্নবা উৎপা ওইনা মখোয় মখোয়গী মথক্তা লৈবা কেস পুম্নমক কক-থৎনবা হোৎনরে হায়।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: বমদিয়ার অমস্থং খুম্বোংদা প্রাইমারী হেলথ সেন্টর শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা উরেপ উযুং তমখি।

তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুংদা স্পোর্ট দে পাংথোকই। স্কুল কলেজশিং ছুটি তথায় থাখি। মণিপুর স্পোর্ট কাওন্সীলগা স্পোর্ট মুভমেন্ট কমিতিগা চুংশিন্ন-রগা পাংথোকপনি।

তাং ২৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ইম্ফাল ম্যুসিসি-পাল বোর্দকী অনৌবা প্রসিদেন্ট ওইনা কংগ্রেস (আই) গী শ্রীহুঞ্জবম কুঞ্জেশ্বর শর্মাবু খর্নখি।

(খ) কোংবা কৈথেলগী নোংচুপত লৈবা কোংবা থোং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা শঙ্গাখি। থোং অসি মিটর ৩২.৪০ শাংই অমস্থং মিটর ১০.৩৫ পাকই।

তাং ২৮ শগোলশেল নুমিৎ: মীতৈ নেসনেল ফ্রন্টনা য়াওশঙ শাবা, আবের তৈবা অমস্থং শেল খায়বা থিংবা থবক পায়খৎলে হায়না লাও-থোকখি।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা ভিক্টোরী সিনেমা হোল অমস্থং ফ্রেণ্ডস টোকিজ

অনি মরক্তা লৈবা তুকান মমাংদা ৪শুবা আসাম রাইফলসকী জৱান ৩ মশক খংদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্লমই। খুদক্তা ২ শিখি, ১না লাইকয়বা হোৎনবদা শিখি। ইম্ফাল সহর ডাক-শেনবা য়াওবনি। মতুংদা ফ্রেণ্ডস টোকিজগী একাগাড়ী থম্ফম মনাক্তা নহা ১ ফাখি, শিখিবা জৱান ৩ দগী মুনখিবা নোংমৈ অমা ফংখি হায়।

মার্চ তাং ১ থাংজ নুমিৎ: য়াওশঙ হৌই। শঙ মচা মচা শারগা মৈ থাবা অমসুং নাকা থেংবা চৎনখি।

তাং ২ নোংমাইজিং নুমিৎ: অয়ুক অঙনবা ফাওবা অঙাংশিংনা মরী-মতা চিথহৌবা য়ুম য়ুমদা নাকা থেংবা চৎনৈ। লৈশাবী মচাশিংনা ফি মুনবা অমসুং পাখং মচাশিংনা আবের ঙৈবা পাক-শন্না চৎখি।

তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: নুমিদাং ৭-৩০ অহুরাইদা ইম্ফালগী নিউ সেক্রেটরীয়েটতা লৈবা রুম ৩৮ মৈ চাকখি। খুদক্তা মাহৌ খংনখিদে। অমাং-অতা খরা থোকখি হায়।

(খ) মোরে টাউন মনাক্তা লৈবা পাঙন খুল অমদা বোর্দর সেক্যুরিটি ফোর্সকী জৱান অমা নোংমৈনা কাপ্লুনা হাৎলমই। মীহাৎপশিং মশক খংহৌদে হায়।

তাং ১০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: নুমিদাং পুং ১০-১০ অহুরাইদা হৈরোক পার্ট টু মনীং লৈকাই দা লৈবা খুন্দোংবম অচৌ সিংহ কৌবা পাখং ১

মনাক নরুপা লৌবুক্তা হাংলমই। মীশক খংদবা থবনা নোংমৈনা কাপ্লগা হাংকশ্লনি হায়।

তাং ১২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাগী কৈশামথোং কেন্দ্রদা মীখলগী ভোং থাদনৈ।

তাং ১৩ শগোলশেল নুমিৎ: কৈশামথোং কেন্দ্র মাখলগী ভোং মশীং খিবা হৌই। মণিপুব পীপলস পার্টি মীরেপ লাইশ্রম মনাওবা কারে হায়না লাওথোকখি। মহাক্কা মীরেপ ৯ গা লম্বা থেংনখি হায়।

(খ) অল মণিপুর ষ্টুদেট ইউনিয়নগী মীখল পাংথোকই। শ্রীএলঃ দিল্লিপ সিংহবু প্রসিদেন্ট খনখি।

তাং ১৫ থাংজ নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রিগী মৈফমদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহগা পাও-মীশিংগা উনখি। ইডুকেশন দিপার্টমেন্টকী প্রোজেক্ট অফিসার ৯ লৌথোকখিবা মুখ্য মন্ত্রি খংখিদে হায়।

তাং ১৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: ৮ শুবা ষ্টেট একিজিভিশন ওফ আর্টস শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীরিশাং ক শিংনা হৌদোকই। মণিপুর ষ্টেট কলা একা-দেমীনা শীনবনি। জরাহরাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী হোলদা মার্চ ২২ ফাওবা চথগনি

(খ) মণিপুর সরকারনা লাওথোকখিবা অমদা প্রিপাকী লুচিংবা থরগা রারী শানগ্রে। শান্তি পুরক্রবা অপাম্বা ফোংদোক্লগ্রে হায়।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাগী বজেট মীফম হৌই। কংগ্রেস ( আই ) এম: এল: এ: শ্রীঐচ: লোখোন সিংহ উপ-অধ্যক্ষ খনখি। মহাক্না লম্বা থেংনখিবা বিরোধী মীয়েপ সি: পি: আই: গী এম: এল: এ: শ্রীটি: ঐচ: অচৌবা সিংহদগী ভোৎ ২৪ হেনখি।

তাং ১৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফালদা ছাত্র-ছাত্রী কয়ানা মণিপুরদগী মীভোপ চংখো হায়না দাবী তৌবা সভাযাত্রা অমা পাক-চাওনা চংখি। এমস্তু অমম্ভুং এমস্কোকনা শীনখিবনি হায়।

(খ) থাও ফংদবনা মণিপুর ষ্টেট রোদ ট্রান্স-পোর্ট কোর্পোরেসনগী বস মশীং হন্থনা চেনবা য়ানিংদবা ফোংহনা চৎথবা মাও নাগা ষ্টুদেন্টস ইউনিয়নগী আন্দলোন লোইশিল্লি। সেপ্টেম্বর ২০দগী ইম্ফাল মাও এক্সপ্রেস বস ২ চেনবা য়ানখি হায়।

তাং ১৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অল ইন্দিয়া য়ুথ ফেদরেশন মণিপুর ষ্টেট কাওন্সীল অমসুং অল ইন্দিয়া ষ্টুদেন্টস ফেদরেশন অনিনা ১৯৪৯ সে-প্টেম্বর ২১গী মার্জর এগ্রিমেন্টগী আর্টিকল ৮গী ক্লোজ ৭ থবক পাংথোক্লবা সরকারদা তক্লখি।

তাং ২০ শগোলশেন নুমিৎ : মণিপুর সর-কারনা লাওথোকখিবা মতুং ইন্না মচি অনি পানবা কংল্লা শা, ষ্টেট এমব্লেম ওইনা চংনবা হৌখি।

(খ) রাহেংবম লৈকাইদা হুণ্ডোই তাওরগা চারুবা অঙাং ১ শি। অতেে অঙাং ৬না লম্ফেল পাংতা লৈবা রীজনেল মেদিকেল কলেজ হোস-পীতালদা লাইকয়খি।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ: মণিপুরদগী মীতোপ ভাম্থোকুবা ছাত্র-ছাত্রি কযানা সভাযাত্রা চৎখি। মার্চ ১৯ অমস্নুং ২০দস্থু নম্বোল অমস্নুং বিষেন-পুরদা সভাযাত্রা অমা চৎখি।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মোইরাংদা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা মণিপুবদগী মীতোপ তাম্থোক পা অচৌবা সভাযাত্রা চৎতুনা দাবীশিং লাওখি।

তাং ২৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ইম্ফালগী মযো-ন্দা লৈবা দিস্ত্রিক্ট হোসপীতালদা অঙাং উনবা নুপী ১ ঙাক শেন্না লৈবা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ কী জরান ১ মীশক খংহৌদবা ৬ মুক্রা হাংলম্রে, ২ শোকখি। অঙাং উনবগী লৈবা নুপীদু ২৯ শুবা সিঃ আরঃ পীঃএফঃ কম্মাদেণ্ড শ্রীমিশ্রাগী নুপীনি হায়।

(খ) নাওরেমথোংদা মণিপুর উমং লাই হরাওবা কম্বিতিনা শীনবা ৫শুবা মাইচৌশিং নিংশিং নুমিৎ পাংথোকখি।

তাং ২৭ শগোলশেল নুমিৎ: অল মণিপুর স্টুদেন্টস কো-ওর্দিনেটিং কমিতি অমস্নুং অল মণিপুর ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন অনি খুৎশয়না ছাত্র-শিংনা রিক্সো থৌবা অমস্নুং পাও-চে য়োনবা লেপ্তুনা চৎথরকই। অফংবা শেলনা মীতোপ

তাঙ্থোক্লবা আন্দলোন্দা শীজিন্নগনি। মুখিং নিনি শুথে হায়।

তাং ২৯ থাংজ নুমিৎ : কৈশাম্পাংতা রিক্সো থৌবা অমগা অতোংবগা ভারা হেন্না লৌই হায়-হুনা খোঞ্জাও থানৈ। ভাইথোক ভাইশিন রাওনা লুপা ৬ পীবা যাবা মফমদা লুপা ১০ হায়বগী রিক্সো থৌবহু ফুখি।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ : এমন্তু অমস্থুং শ্রমস্কোকনা মণিপুরদা বঙ্গলাদেশতগী মুসলিম ৫০ ০০০ ১স্থুং অরাকান চীংশাংলোমদগী মীজো ৪২.০০০ চংশিল্লকখি হায়না দাবী তৌখি।

তাং ৩১ নিংথৌকাবা নুমিং : ছাত্র-ছাত্রী চা কয়ানা ইম্ফালদা মীতোপ ভাঙ্থোক্লবা অচৌবা সভাযাত্রা চংখি। পোং চৈ মমল তাংখংপা থিংনবা ১৯৫১ দগী মীতোপ তাঙ্থোক্লবা লাওখি।

(খ) কৈশাম্পাংতা মশক থংদবা মী থন্না নোংমৈ কাপ্লবদা মী ১ পানখি, খুদক্তা শিখি। খাইরম্বন্দ কৈথেল কায়খি হায়।

এপ্রিল তাং ১ নৈপাকপোকপা নুমিৎ : সেন্ট্রেল দিস্ত্রিক্ত অমস্থুং সদর হীলসকী মচুং চন্না নৈবা স্কুল কলেজ ওম্নমক এপ্রিল ২দগী ১০ কাওবা থোং লোন্নবা সরকারনা হুকুম তৌখি।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ছাত্রশিংনা দাবী তক্লহুনা ইম্ফালদা নৈবা লোয়শঙশিং থোং লোনহনখি।

(খ) কৈশাম্পাংতা নৈবা ফুড কোর্পোরেশন

ওফ ইন্ডিয়াগী অফিসগী মশক থংহৌদবা থরনা শেল লাকখি। কর্ম্মচারীশিংগী তলব য়েন্নবা শেলকমনি হায়।

(গ) ময়াং ইম্ফালদা মখোয় মশেন নোংমৈ কাপ্পবদা নহা ২ শিখি। থরনা চেনখি হায়।

তাং ৩ শগোলশেল নুমিৎ: মণিপুরদগী মীতোপ তাম্মোক্লবা আন্দলোন কনশিনখি। এমন্স ১স্মং এমস্কোকগী খোংজং অসিনা অপনবা পীবা শুমদনবা সরকারগী, লোয়শঙ পুলিসনা থাক-শেনখি।

তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা ইউনাইটেদ বেঙ্ক ওফ ইন্ডিয়াদগী পুংলাই পায়বা থরনা লুপা লাক ১ হেনবা শেলকম লাকখি। গান্ধী এভিন্যুদা লৈবা ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্ডিয়াদা থমজিন্নবা গাড়ীদা পুরগা চংনবা তৌরমদ'ইদা থংহৌদনা লাকখিবনি। নোংমৈ ২ রক কাপখি। গাড়ীদা য়াওবা বেঙ্কগী গার্দ শিনা ফংখি হায়।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মাংখিবা নোংমাইথেম রাজেন্দ্র কৌবা হৈক্রুজম মনীং লৈকাইদা লৈবা মীওই ১, য়ুমলোন্নবা শ্রীসোরো-খায়বম মৈনো কৌবা ১গী চক্র পৈকম লৈমুংদা ফংখি।

তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: থাঙ্গাল বাজারদা শেল লাকপা নহা ১ ময়াম চংহনা ফুখি। মমিং মহম্মদ মনোজকুমার কৌই। টেলিপত্তিদগীনি হায়।

(খ) টিনসিদ রোডকী য়ারল পাংতা মঙ্গী কৌবা ১ শিনা ফংখি। কোংপাল হৈনৌবোন্দা লৈবা মীওইনি হায়।

তাং ১০ শগোলশেল নুমিৎ : নুমিদাং অকনবা নুংশিৎ শিংখি। উ-রা তেকখি, কংলা পাঙ্গপাং মনাক্তা হৌবা কৌবুলিয়া তেকপা য়াওখি।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ : এমসুগী মীহুৎকা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহগা য়ানখিবা মতুং ইন্না থিংজিল্লুরবা স্কুল অমসুং কলেজশিং হোং হাংখি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : চৈরাওবগী থৌরম পাংথোকখি। নুংথিলদা চীং কানখি।

(খ) লৌরেম্বম ইবোমচা রাহেংখুমনদা লৈবনা চৈথাখি।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মৈহৌ লাং-পোক কনবা নুমিৎ পালন তৌখি। ফায়ার সার্ভিসকী লোয়শঙনা শাল্লাংখি।

তাং ১৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর অফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ এক্ট চৎনবা হোৌখি। এক্ট অসি মণিপুর বিধান সভানা ১৯৭৯ সেপ্টেম্বর ২৪ দা বীল ওইনা পাস তৌখি।

(খ) লমলোং মরিং অমসুং কোরেং থেল মরিং খুল অনি থুংথোকখি। পুলিস চৎলুবদা জীপ মৈ থাখি। খুল্লা ২ গা পুলিস ১ শিখি হায়।

তাং ১৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : স্কুল অমসুং কলেজ রাজ্য সরকারনা থিংজিনখি। হায় স্কুল

লিভিং সার্টিফিকেট পরিক্ষা নিংথিনা চংথবা ঙসুবা এপ্রিল ৩০ ফাওবা থিংগনি হায়।
(খ) ছাত্রশিংনা মীতোপ তাস্নোক্লবা আন্দলোন মখা তানা চংশিনাখ। ক্যাকৈথেলদা এয়ার লাইনগী বস থাম্লগা মৈ থাখি। দাবী লাওবা ছাত্রশিং ফাজিনখি।
তাং ১৭ শগোলশেল ন্নুমিৎ : হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরিক্ষা হৌখি। ছাত্র-ছাত্রী-শিংদা রাহং চে মতম চানা ফংহনখিদে। অয়াম্বা ছাত্রশিংনা পরিক্ষা থানখিদে। নম্বোলদা রাহং চে পুবা গাড়ী ১ থাম্লগা মৈ থাখি। ভেবাদা লৈবা কেবোল গার্ল'স হায় স্কুলদা ফানশিং থুদেকপা অমস্তুং মৈ থাবনচিংবা তৌখি। রামলালপাল হায় স্কুল থোং ছো লোনশিন্দুনা থম্লমই হায়।
(খ) লিলাসিং খোংনাংখোং হায় স্কুলদা মেট্রিক পরিক্ষা থাবশিং ডাক-শেন্না লৈবা পুলিসনা নোংমৈ কাপখি। নোংখোম্বম সমবেন্দ্র কৌবা ছাত্র ১ শোকখি।
(গ) ইম্ফালদা দুকান থোং লোনখি। গাড়ীশিং চেনখিদে। সিনেমা লেপখি।
(ঘ) অথোংবদা নোংমৈনা পানখিবা নোংখোম্বম সমবেন্দ্র শি। নম্বোলদা পোৎশংবম প্রেমানন্দ কৌবা ছাত্র অমস্তু শিখি। ছাত্র ৭৮ ফাজিনখি।
তাং ১৮ ঈরাই ন্নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীআর: কে: দোরেন্দ্র সিংহ ফম থাদোক্লবা এমস্তু অমস্তুং এমস্কোকনা দাবী তৌখি। ছাত্র ২ হাৎপা

জুদিসিয়েল ইনক্বায়রী তৌ হায়।

(খ) নুমিদাং পোরোম্পাংডো লৈবা ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলগী লোয়শঙ মৈ চাকখি। চে-চাং খরা য়াওখি।

(গ) জিরিবামদা এস: দি: সি: শ্রীবিনোদচন্দ্র ক্বার্টরদা হল্লকপদা রোং চৎপা আয়: এস: সিংনা ফুখি। মীরৈবাক মচাগী আন্দোলন তৌবা ছাত্র-শিংম্নু শান্থখি হায়।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ: কৈদিঙ্গা থোং মৈ থারমই। চৌঙা মথা হায় স্কুল মৈ চাকখৎলকপদা কনখি।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: নুমিৎ ছুম্নিগী এমস্নু অমস্নুং এমস্কোকনা কৌবা মণিপুর বন্দ তৌখি। সরকারগী লোয়শঙশিং অহিংদা কাখি।

(খ) মীরৈবাক মচাগী আন্দোলন্দা কাজিনগ্রবা ছাত্রশিং থাদোকখি।

(গ) হৈঙাং থোংখোংদা শ্রীসেজম খোমদোন কৌবা ১ মশক খণ্ডবা খরনা নোংমৈনা কাপথুরমই। শ্রীমোইরাংথেম য়াইমা কৌবা অমনা শোকপদগী লাইকয়খি। মথোয় অনিমক অচানবীগেদগীনি হায়।

তাং ২৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: খেবচাংদা খোংজোম নুমিৎ পাংথোকখি। মুখ্য মন্ত্রী শ্রীআর: কে: দোরেন্দ্র সিংহনা লুচিংলুনা অথৌবশিংদা লৈশু কৎখি।

তাং ২৪ শগোলশেন নুমিৎ: ইম্ফালদা লৈবা

মাইনর ইরিগেসন, সিভিল সপ্লাই অমসুং ইলেক্ট্রিসিটি অফিসশিং মীরৈবাক মচা তান্থোক-পগী আন্দোলন চংশিনবশিংনা পিকেটিং তৌখি। ছাত্রশিংদা লাঠি চার্জ তৌখি। এমস্থ অমসুং এমস্কোকনা শাল্লগা বিষেনপুরদস্থ পিকেটিং তৌখি।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ: লাংজিং রাপোকপী মনাক্তা ঈশিং হোনবা গাডী শেন্নবা সিঃ আরঃ পীঃ জরানশিংগা জীপ তোংহুনা লাকপা মশক খংদবা খরগা নোংমৈ কাপ্লখি। হবিলদার ১ অমসুং জরান ২ শিখি। মীচম নুপী অমগা নুপা অমস্থ শিখি। মশক খংদবশিংত্থ জীপ হন্দোক্লগা চেনখি হায়।

(খ) মোইরাংদা লৈবা য়ুম্নাম অঙোগী য়ুমদা লুট চংলকপা মীওইশিংনা মচা নুপা পাম্না কোবা ১ হাংলমই।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী নুপী পোংফম ললোনফমদা পোংফম ফম্বী শ্রীমতী শ্যামা দেবী কাংঙবম লৈকাইদা লৈবা অমা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ জরান অমগী নোংমৈ মরুনা পানবদগী শিখি। কৈথেল কায়খি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা ঈরাং কনখংলকপা থিংনবা মুংখিল পুং ৪ দগী মতম কক্তনা কার্ফিয়ু থমখি।

মে তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা থমখিবা কার্ফিয়ু অযুক পুং ৮দগী মুংখিল

পুং ৪ কাওবা কোমথোকখি। তুকানশিং মপুং ফানা হাংখিদে। পোংকম ইভাক ভাকখি।

তাং ১৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ময়াংইম্ফাল অমস্তুং পোরোম্পাংনচিংবা মফমদা লৈবা সরকার-গী লোয়শঙশিং ছাত্রশিংনা পিকেটিং তৌখি।

তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মীয়েবাক মচা তান্থোক্লবা আন্দলোন্দা ফাজিনখিবা ছাত্রশিংনা জেলদা নুমিৎ তুম্নিগা ওইনা চরা হেনবা হৌখি।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ : সরকারনা লান্মী শী-জিন্নদুনা ওপরেশন চৎথবদা য়ানিংদবা ছাত্র নুপী মীয়াম্না কোনুং লম্পাক্লগী হোরগা ইম্ফালদা প্রোসেশন অমা চৎখি।

(খ) শেল-থুম মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা অল মণিপুর রিকোগনাইজ অন-এদেদ স্কুল টিচরস এসোসিয়েশনগী মীহুৎশিংগা উনখি। প্রাইভেং স্কুল রিকোগনাইজ তৌনবা অমস্তুং রিকোগনাইজ স্কুলশিং সরকারনা লৌশিন্নবা থন্নখি হায়।

(গ) খা জিলাগী বর্ম্মগা তাইনবা পাংদা নুংথিল পুং ৬ তগী অয়ুক পুং ৬ ফাওবা কাফিয়ু থ মখি।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : নুমিৎ ২০নি লেপলুরবা মতুংদা ইম্ফালদা লৈবা সিনেমা হোলশিং সিনেমা উৎপা হৌখি।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : বস ফংদবদগী মখোংনা ময়ুমদা হনখিবা শ্রীওইনাম ইবোহল কাম্বোংদা লৈবা অমগা নহা অমগা চঙাক্লে

উচেক্কোল মপাদা সীঃ আরঃ পীঃ এফঃ পার্সো-নেল অনিমা নোংমৈ মনীংনা কুপি হায়।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: উরিপোক অচোম লৈকাইদা ওপরেশন চৎখিবা লাম্মী খুৎপু অমনা নুমিদাং পুং ১০ দা শুল্লুংদা নোংমৈ রাউণ্ড ১০ রোম কাপখি। কাফিয়ু থুগায়দুনা চৎলম্বা মী ১ ফাখি।

(খ) চুরাচান্দপুরগী ইন্সপেক্সন বঙ্গলোদা তৌ-খিবা পাওগী সভা অমদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীআরঃ কেঃ দোরেন্দ্র সিংহনা চৌংগী লমদা হৌলস হাওস টেক্স লৌরোই হায়।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ: শমারন রাংজিংদা শ্রীলৈতাঙ্গেম ধকা অতোপ্পা মমিং অমনা বীরেন কোবা চহি ৪০ রোম শুরবা ওজা ওইবা অমা কৌথোকখ্রগা মশক খংদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্পুন হাৎলমই হায়।

(খ) ঈরোইশেম্বদা নুপী ৫০০ রোম তিন্দুনা ঈরোইশেম্বা মাইকৈ ঙাকপা নুপী কমিতি শেমখি। শান্তি রক্ষাগী সরকারনা লৌখৎলকপা থবক্তা মতেং পাংনবী লেপ্লখি। লাম্মীগী ওপরে-শন লেপ্লবা দাবী তৌখি।

(গ) জেলদা লৈবা ছাত্র-নহারোলশিংগী পোৎ-মাং চৈমাং থোকপদগী হায়না লৈরম্বা বন্দিশিংগা থুং-থোক্লখি হায়।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফাল সহর-দা অল মণিপুর রিকোগনাইজ অন-এদেদ স্কুল

টিচরস এসোসিয়েশনগী শীন্নগা মীয়েবাক মচা কায়নরসি হায়না প্রোসেসন অমা চংথি।

(খ) লাণ্গীগি ওপরেশন লেপহন্নবা নুপী মীয়ায়া ইম্ফালগী মফম খরদা সভাযাত্রা চংখি।

(গ) নুমিদাং পুং ৮,৩০ দা ইরিগেশন এন্দ ফ্লদ কন্ট্রোল দিপার্টমেন্ট (নম্বর টু )গী ট্র্যাক চংলুবা জীপ ১ মহারাণী থোং লান্নগা বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোদতা থৌরকপদা থাম্মু য়াদে হায়হুনা সেক্যুরিটিগী মীওইনা নোংমৈ কাপখি, বোদিদা পানখি। ৪শুবা আসাম রাইফল মনাক্তা ফাখি।

তাং ২০ শগোলশেল নুমিৎ : মন্ত্রি খরা নৌনা রাশক লৌহন্দুনা কংগ্রেস (অ ইঃ) গী চুংশিন্নবা মন্ত্রি মণ্ডল চা ওথোকহন্নবা মতম লেপ্লবগু খংহৌদনা য়ৈথোকখি।

তাং ৩১ থাংজ নুমিৎ : চীং-তম নুপীশিংনা ইম্ফাল সহরদা সভাযাত্রা চংখি। এমস্থ অমস্থং এমস্কোকনা চংশিনবা আন্দলোন শোগংডুনা চংখিবনি হায়।

জুন তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ : রাজ ভবন্দা অনৌবা কেবিনেট মন্ত্রি ৩ অমস্থং রাজ্য মন্ত্রি ৭ রাজ্যপাল শ্রীএলঃ পীঃ সিংহনা রাশক লৌহনখি।

(খ) উচিরাদা নোংমৈ কাপ্পবদা মী ৫ শিখি। অহুমগী মপক মমিং খুদক্তা থংবা ওমখি, চাওবা উচিরা, উদয় সিংহ অমস্থং পবিত্র সিংহ মখোয় অনি শমুংকমদগীনি। অতোপ্পা অনিনা জখত্ত ১সুং মুহিন্দ্রো কৌই। খুজাশিংনা থোমজিন্নকপদা

মী ৯ চেনখি। খুঞ্জাশিংদগী শেল লৌবা লাক-
পদা কাপ্পখিবনি হায়।
তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: উচিৱাদা নোংঙম
কাপ্পবদা খুঞ্জাশিংনা থৱায় পাম্মুদনা লাকশিন্নবা
হোংনখিবগীদমক রাজ্য সরকারনা লুপা ৩০,০০০
মনা পীগনি লাওথোকখি।
তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: অল ইন্দিয়া
মাররারী ফেদরেশন অমস্তুং পুর্ব আর প্রর্বে-
রিয়া মাররারী সম্মেলনগী মীহুৎনা মুখ্য মন্ত্রী
শ্রীআর: কে: দোবেন্দ্র হিংহগী উন্নখি। মণিপুরদা
লৈবা নন-মণিপুরীশিং য়ৈথায় হিনগায়বা লৈত্তনা
লৈহন্নবা ৱা খন্নখি হায়।
তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎ: উরিপোক অমস্তুং
শগোলবন্দ ফাওনবা রাজবাবু থোং মনাক্তা মী
২না থাংনা য়াল্লপ্পদগী কোইজম মাঙ্গোলজাও
কৌবা চহি ৩০ রোমগী মী ১ শিখি। আর: এম:
সিঃ মনাক্তা তুকান যম্মুরগা শঙ ইত্রোদা লৈবা
ময়ুমদা হল্লকপদা হাংলম্বনি হায়।
তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ: কৈবীদগী য়াইমা অমস্তুং
শামুচৌ কৌবা মী ২ য়াওনা প্রিপাক্কী মী ওই-
রমগত্রা চিংনবা মীওই ৫ লাম্মীনা ফাখি।
তাং ৭ থাংজ নুমিৎ: মণিপুর সরকারনা এক্স-
ত্রিমিষ্টশিংনা খুংলাইগা কোন্ননা ওভর গ্রাউণ্ডদা
থোরক্নুনা চংজরক্লবদি মনা পীগনি লাওথোকখি।
(খ) অন-লো ফুলনি লাওথোকপ্রবা পী:এল:এ:
১স্তুং প্রিপাক্কী পাও কোংবা চীফ সেক্রেটরীনা

থোকখি্বা চে অমনা থিংখি।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : শেল লাকপনি হায়বা ময়াং ইম্ফালদা লৈবা শগোলশেম ইবো-পীশক কৌবা ১ পাওনা বাজারদা ময়াম চংদুনা তাহংখি।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লম্ফেল পোষ্ট ওফিসতগী লুপা ৬,০০০ হেনবা শেলফম ভুখি হায়।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ : লম্ফেলদা লৈবা এন: জি: কলেজ মনাক্তা অশিবা ১ লৈরমই। মনাক্তা মুপী সাইকল ১ তারমই। মমিং ওইনাম স্নারৈ কৌই ল্যাংথবাল কুঞ্জবদা লৈবা মীওইনি হায়।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ : মীরৈবাক মচা মী-তোপ হুলহনগ্রো হায়বা আন্দোলন্দা রিঞ্জো য়াওনা ছাত্র অমস্তুং নহারোল কয়ানা ইম্ফালদা সভাযাত্রা চৎখি।

(খ) লালহৌবশিং সরকারদা চংজরকুবা 'নহা-রোলদা আপীল' হায়বা চেয়োল ১ হেলিকোপ্ট-রদগী চাইথখি।

(গ) ঈশিং ফংদবগী অরাবা কোক্লুবা নহারোল সংস্থানশিংনা লৈকাই লৈকাইদা ঈশিং য়েনখি। খুরাই অয়াং পল্লি য়ুঠ ডিভেলোপমেন্ট ওর্গেনাই-জেশনস্তু য়াওখি।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : তোকচা পাও-চেগী মপোক নুমিৎ লিংখিজনা থৌরম পাং-থোকখি। অথনবা চেফোং ১স্তু কোংই।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : থাঙ্গা মোইরাংথেম লৈকাইদা লৈবা শ্রীমোইরাংথেম ইবোহলগী য়ুম লুট লাক্লম্বা মীওই খরা তোংত্রম খুলদা শেল লৌবা চংলকপদা খুঞ্জাশিংগী মতেংগা লোয়নদা পুলিসনা ফাখি। মোটোর সাইকল ১দা পুম্না লাকমিন্নবা মীওই ৩নি হায়।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ : কুমলোদা কে: ঐচঃ ইবোচৌবা কৌবা ১ ভিক্টোরী সিনেমা মনাক্তা সাইকল হুরানবগী কারণা ময়াম চ'ফুনা ফুখি।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ : বামোন লৈকাইদা প্রিপাক্কী মীওইনি চিংনবা ৯ ফাখি। অমনা মোটোর তোংলগা লাকপনি হায়।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ : শীংজমৈ রাইখোম লৈকাইদা মহায়োল খুৎপু ২ নোংমৈ কাপ্পবদা শগোলশেম ব্রোজেন কৌবা ১ শিখি।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎ : উরিপোক খাইরাকশেলুং লৈরক মপাদা পুলিসনা খাম্মু য়াদবা স্কুটর ১ নাওরেম ফাইবোক থোং মনাক্কী তাকয়েল মপাদা গাড়ী হুন্দোক্লম্লগা মীশক খং হৌদবা ২ ন থোকখি, স্কুটর মৈ চাকখি হায়।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : কংগ্রেস (আই) গী এম: এল: এ: ১০, জনতা ২ অমসুং কংগ্রেস (ইউ:) গী ১ মশা মশাগী দল তোক্লুনা ইন্দিপেন্দেন্ট এম: এল: এ: ২গা মণিপুর নেসনেলিষ্ট দিমোক্রেটিক পার্টি কৌবা অনৌবা দল ১ শেমখি।

তাং ২৪ নৈপাকপোকপা নুমিৎ : জুন ২৩দা এরোপ্লেন কায়বদা থংহৌদনা লৈখিত্রবা শ্রীসঞ্জয় গান্ধিগী মফমদা অরাবা ফোংহনা সরকারগী লোয়শঙশিং ছুটি ওইখি।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা জল যুগ হিন্দু হোটেলদা মশক থংদবা থন্না কপ-প্লেটনচিংবা থুগায়-খোকায় তৌখি। থবক তৌবা মী ফুদংলমই হায়।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎ : উরিপোক্কী নহারোল প্রোহিবিসন কমিতিনা চহি ৫ হেন্না য়ু য়োল্লকপা নুপা ১ ফারগা ফাইবোক থোংদগী অচোম লৈ-কাই ফাওবা পুথনা খোঙ্গোয়নখি। ধুলোপন-চিংবা য়ৈখি। মীনা লম্বী নাক য়েংতা ফিভৌ ফৌনা য়েংনখি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ : হীল এরিয়া কমিতি চিয়ারমেন শ্রীকেঃ হুরিয়াং জুন ২৭ তা কোহিমা-দা লৈখিদে। মহাক্না লৈখিদবদা মণিপুর সর-কারগী লোয়শঙশিং ছুটি ওইখি।

তাং ৩০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: কোংবা লাইশ্রম লৈকাইদা লৈরবা নামৈরাকপম থোইবা কৌবা চহি ৪৫ রোম শুরবা অমা রাংথৈ য়োংলান লৈরক মচীন্দা মশক থংদরা ২ না নোংমৈনা কাপ্পনা হাংখি হায়।

(খ) অরাং জিলাগী খোংলান অকুৎপদা প্রাই-মারী হেলঠ সব-সেন্টর ১ হকশেল মন্ত্রি শ্রীসো-সোলোরহোনা হাংদোকখি।

জুলাই তাং ১ নৈপাকপোকপা নুমিৎ: মণিপুর এসেম্ব্লী সেক্রেটরীয়েটকী কম্পাউণ্ডদা পুরকপদা ড্রাইরিবা গাড়ী হায়রজেক্ট তৌহনা কর্মচারীশিংদা য়েন্নবা তশবকী শেল য়াওনা লুপা ৯৮,০০০ রোম মশক থংদবা ২/৩ না নোংমৈ উৎলগা লাকখি।

(খ) কাকৈথেল গার্লস হায় স্কুল ১স্মুং শীংজমৈ হায় স্কুলদা মথংশিংনা লুপা ১৩,৪০০ ১স্মুং ২,৮০০ মশক থংহৌদবা থরনা নোংমৈ উৎলগা লৌখি হায়।

(গ) মোইরাং পুরেনগী চীং মথাদা আসাম রাইফল অমস্মুং সি: আর: পী: ফোর্স অনিনা ছাত্র থরা থংচিল্লগা ফাখি। নিংথৌজম ইনাওবী কৌবা ছাত্র ১ বেনেট চার্জ তৌখি। লমলোং কৈথেলদা লৈবা বোজেন কৌবা ছাত্র ১স্মু শোকখি হায়।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: জুলাই ১দা মণিপুর এসেম্ব্লী সেক্রেটরীয়েটতগী শেল লাকখিবগী মরীদা সেকুরিটিগী মীওই ২, পীওন ১ ১স্মুং ড্রাইভর ১ সসপেণ্ড তৌখি। এসিষ্টেন্ট কেসিয়ার অমস্মুং গেট পান্নবা চৌকিদার থবক লৌথোকখি হায়।

তাং ৩ শগোলশেন নুমিৎ: ইম্ফাল জিরিবাম লম্বীগি কাইমাই খুল মনাক্তা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেসনগী গাড়ী ১ গুরুং চংখি। মী ৫ শিখি।

তাং ৫ থাংজা নুমিৎ : নোংপোক জিলাগী মাও-কোংতা মেলেরিয়া শন্দোরক্লুনা মুম ২০ রোমদা মী সাখি। সেক্যুরিটিগী মেদিকেল টিমনা লায়েংখি। মণিপুর অমস্তুং নাগালেণ্ডগী জি: ও: সী: মেজর জেনরেল টি: ভেনুগোপাল ফিভম য়েংশিনবা চংখি।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : হেন্দার লৈরক্তা শ্রীমোইরাংথেম বোরাজাও অমস্তুং শ্রীময়েংবম অমুমা কৌবা ২ পী: এল: এ: মেম্বরনি হায়বা মীওই ২গা ফাখি। পুলিসনা পীস্তোল ৩ অমস্তুং হেণ্ড গ্রেনেদ খরা ফংখি হায়।

(খ) নুমিদাং পুং ৭ অহুবাইদা লম্ফেলদা লৈবা জেনরেল হোসপীতালদা সেক্যুরিটি পার্সনেল-শিংদগী নোংমৈ ৬ লাকখি। পুলিসনা খোঙ্গুল লিবদা ব্লেং ফায়ার তৌখি। উরিপোক খাইদেম লৈকাই মপান্দা মী চ্যেক তৌখি। লাকখিবা নোংমৈ ৬ অমস্তুং স্কুটর ১ ফংখি। নোংমৈ কাপ্ল-বদা শিজগুরুময়ুম বসন্ত কৌবা উরিপোক অহল্লেম লৈকাইদা লৈবা শিখি। হৈঙাংদগী গুলাপী সিংহ কৌবা মণিপুর রাইফলসকী জবান ১মু শিখি, ১ শোকখি হায়।

তাং ১২ থাংজা নুমিৎ : শীংজমৈ ময়েংবম লৈ-কাইদা লৈবা লৈস্রাম জয়চন্দ্র সিংহ কৌবা চহি ২৩ মুকী নহা ১ শীংজমৈ খোঙাম লৈকাইদা শিনা ফংখি।

(খ) নুমিদাং পুং ১১ অহুবাইদা সিভিল সপ্লাই

রাজ্য মন্ত্রি শ্রীযুমথাম ইরাবোৎ সিংহগী লৈকমদা ড্রাইভর এল: রঘুমণি কৌবা খুরাই খোদাম লৈকাইদা লৈবা ১ নোংমৈনা পান্দুনা শিখি।

তাং১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ভম্পাকী মকম কয়াদা কাং চিংখি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী কি-য়োংদা ভক্ত-বৈষ্ণব কয়া তিনখি।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ: কৈরাও খুনৌ চীং-খোংদা নুপা ২ নুপী ২ অরোনবা থবক চথরিবিগুদা খুল্লাশিংনা ফাখি। বিধুমুখি দেবী ওইনাম নাও-রেম লৈকাই অমম্নুং থোইবী দেবী রাবগাই বাজার মখোয় অনিমক মরু কোকথোক্লুনা মীয়াম তিনফমদা ফৌরগা খুঙ্গোয়নখি। অদ্রোদা লৈবা মহম্মদ সলিমউদ্দিন ময়াম্মা ফুবদা শিখি। নাম্বোক্লুনা চেনখিবা নুপা ১মা ইবোহল সিংহ কৌই রাংথৈ,কোংবদগীনি হায়।

(থ) তাকয়েল মনাক্তা সেক্যুরিটিগা মশক খণ্ডবা নহা খরগা নোংমৈ কাপ্পবদা নন্দয়াইমা কৌবা লুরাংশংবমদা লৈবা ১ শি। আর: কে: দোলেন, হরাইবম লৈরক, তোম্বা তাবুংখোক, এম: জয়-কুমার সিংহ মালোম ১ম্নুং পী: সুরজচন্দ্র লাইফম খুনৌদা লৈবা ৪ খুৎলাইগা কোয়না কাখি হায়।

তাং ২০ নোংমাইজিং নুমিৎ: কোঞ্চোজম ১ম্নুং বমদিয়ারদা লৈবা প্রিপাকী কেম্প অনিদা লৈরম্না মী ৬ কা নোংমৈ ২ মরু ২৬ ১ম্নুং অতৈ চে-চাং য়াওনা কাখি।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: পোরোম্পাংতা

লৈবা ইন্টিগ্রেটেদ কেটল দিভেলোপমেন্ট প্রোজেক্টকী সব-সেন্টর ১ ভেটিরিনরী মন্ত্রী শ্রীটিঃ ঐচঃ কৃষ্ণ সিংহনা হাংদোকখি।

(খ) নুমিদাং পুং ৭ অহুরাইদা লাঙথেলদা থুঞ্জাশিংগা খুংথোক্লবদা এক্সট্রিমিষ্টকী মী ৪ হাংখি। হেণ্ড গ্রেনেদ ৩৬, রিভোলবর ২ মরু খরা ফংখি হায়।

তাং ২২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: কাংলেনগী থোরম পাংথোক্লখি। কাং চিংখি।

(খ) তাকয়েল মনাক থম্নাম কৈথেলদা জুলাই ১৯ গী নুংথিলদা নোংমৈ কাপ্লখিবা থোদোক্তা এক্সট্রিমিষ্টশিংনা শাঁজিল্লবা জীপ এমঃ এনঃ পীঃ ২৭৬ কী মরীদা শ্রীরাজকুমার রনবীর সিংহ এক্সপ্লিকর ফাখি হায়।

(গ) লৈমরামদা লৈবা শ্রীশামুলাইলাংপম রাজো শর্ম্মাগী লাইশঙদা লাংপা জগন্নাথকী মূর্ত্তি মী ৫/৬ না চংলক্লগা শীংজংনা থায়দোক্লমই হায়।

তাং ২৩ মুমশকৈশা নুমিৎ: । মণিপুর সরকারনা জুলাই ২১ গী থোদোক্তা মরী লৈননা লাঙথেল খুঞ্জাশিংদা লুপা ৩০,০০০ পীগনি লাওথোকখি।

(খ) পার্লিয়ামেন্টরী সেক্রেটরী ওইনা শ্রীলুইকাংঙ্গং শ্রীপীঃ অচৌ সিংহ রাশক লৌখি।

তাং ২৪ শগোলশেন নুমিৎ: শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্বোক সিংহগী গনমেন অমদগী নোংমৈ ১ মীশক থংদবা থরনা লৌখি। যুমনাম

থাম্নগা লাকখি হায়।

আগ্রই তাং ১ ঈরাই নুমিৎ: সিঃ আরঃ পীঃ এক: কী হাজাম মপা মচা ২ কৈথেলদগী হল্লকপদা ফুরুবা এঃ নবমনি সিংহ ইরোইশেম্বা অমস্তুং টিঃ ঐচঃ তোম্বী সিংহ ভাকযেল্ল ফাখি।

তাং ২ থাংজ নুমিৎ: পাওনা বাজারদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগি আর্টষ্ট ষ্টোল ১ শিন্না রাজ্য মন্ত্রি, শ্রীখোদাম দেবেন্দ্র সিংহনা হাংদোকখি।

(খ) কে: কেঃ রিজার্ভ এরিয়াদগী ইনক্রোচরশিং তাম্থোক্লবা, ইনর লাইন পার্মিট সিষ্টেম চৎনবা অমস্তুং মীতোপ খল্লোকপা থবক চৎথদবগী মায়োক্তা প্রোটেস রেলি চৎখি। এমস্তু অমস্তুং এমস্কোকনা সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ ধারা ১৪৪ গী অথিংবা থুগায়খি।

তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: বাংথৈ কোনুংগী ইখোলদা লৈরবা মোটোর ভেহিকল দিপার্টমেন্টতকী মুশক থংদুনা মনী ওনা মোংমৈ উৎলগা লুপা ২,১৯২.০০ লৌখি। টেক্সকী কারকপা শেলকমল্লি হায়।

(খ) কৈশাম্থাং খোঙ্গচোম লৈকাইদা লৈবা হান্না ভুয়োপ মন্ত্রি ওইরম্বা শ্রীলখান তোম্বা সিংহগী যুমদগী বাইকল ১ খুমাই পায়রবা থরনা লৌখি হায়।

(গ) কাকৈথেল আইশম লৈকাইদা প্রিশাকী কেম্প থুগায়খি। লৈরম্বা মীশিং চেনখি। চেং চাং খরা কংখি হায়।

তাং ৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: রীজনেল মেদিকেল কলেজ হোসপীতালগী অরাং থংবা মনাক্তা পোকপা কুইন্ত্রিবা মুপী মচা ১ ছুন্দোক্লম্বা ময়াম চংহুনা য়েংবখি।

(খ) গান্ধী এভিন্যুদা লৈবা জলাল প্রোভিজ-নেল ষ্টোরদা মশক খংদবা মী ৫ না লুপা ৫,০০০ থক লাকখি হায়।

তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎ: য়ারল পাংবী বাকনী চীংখোংদা সোরাম লৈবা চহি ১৪ গী মমান্নবা অমগা শিনা ফংখি। শিরমিবা নহা ২ খোংমলদগীনি হায়।

(খ) খোংমন্দা লৈবী শ্রীমতী সৌগ্রাকপম মো-মোন দেবীগি মথোল অনি শাবা যুম ১ তুম্না মৈ চাকখি। অউবশিংনা য়েংহুনা লৈখি।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: জোপি খুলদা লৈবা হেমখোপাও হাওকিপকী মচানুপী শ্রীমতী সোন্নেং হাওকিপ ঈজং মাংহল্লগা হাংখি। হনুবী অমগা মযুমদা হল্লকপদা বস ফংদহুনা লোক্তাক প্রোজেক্টকী গাড়ী অমদা নিংথৌখোংদগী তোংখি হায়।

(খ) মুংথিল পুং ৬-৩০ অহুরাইদা ইম্ফাল সেন্ত্রেল জেলদগী আঈন্না থিংপ্রবা সংস্থানশিংগী কাহুনা লৈবা মী ৯ চেনখি। অথেংবদা নাওরেম অপাবী, মোইরাংথেম লোকেন সিংহ অমসুং নি-ঙোম্বম অপাবী সিংহ জেলগী কর্ম্মাচারী ৩ পুলিসনা ফাজিনখি।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ফৈদাপুং খৌজিক্কী বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা অথৌবশিংগী নিংশিং থৌরম পাংথোকখি।

তাং ১৪ শগোলশেল নুমিৎ: চৌংমৈরোং পুখ্রিদা চহি ৫গী অঙাং ১ ঈরাক্লবদা কন্নবা হোংনবদা চহি ৯ শুরবী ভিঃ মোলেম্মি কৌবী ১ ঈশিংদা লুপখি। অমুম্বৈ কৌবী চহি ৫০ শুরবী চৌংমৈরোংদা লৈবী ১না অঙাং ২মক কনখি।

তাং ২০ মুমশকৈশা নুমিৎ: পোরোম্পাৎকী ইম্ফাল মোর্নিং হায় স্কুলদা পাংথোকপা থৌরম ১দা এফঃ সিঃ এসঃ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাইঃ ইরাবোৎ সিংহনা রা ঙাংলিঙৈদা মহাক্কী গনমেন্দগী মী খরনা নমথুনা নোংমৈ মুনখি হায়।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎ: শগোলবন্দ সনাম লৈকাইদা লৈবা স্পোর্ট রাজ্য মন্ত্রি শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহগী ময়ুমদা মশক খংদবা খরনা রিভোলবর ১ লৌখি।

তাং ২৩ থাংজ নুমিৎ: নোংঙাল্লমদাইদা লৈমপোকপমদা লুট চংলকপা ২ থুঙাশিংনা ফুবদগী শি।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফাল টাউন কন্ট্রোলদা পোষ্টিং লৈবা এঃ এসঃ আইঃ শ্রীএচঃ বুদ্ধি সিংহ কৌবা ১ লম্বীদা থংলগা মশক খংদবা ৪/৫ না মহাক্কী সার্ভিস রিভোলবর মুনখি হায়।

(খ) রাংখৈ অয়াং পল্লিদা লৈবা কৈশাম ইবোচৌবী সিংহগী য়ুমদা চংলক্লগা মশক খংদবা খরনা

নোংমৈ বেরেল ১ লৌখি।

তাং ২৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: হঙ্গর ম চর্স দেগী ২৫রক শুবা কুমওন খোৌরম পাংখোকখি। এমস্নুনা শাল্লগা নুমিদাংদা মৈরা পাযহনা সভাযাত্রা চংখি, কালিঘাই মপাদা পুলিসনা শুন্দ্রংদা নোংমৈ কাপখি।

(খ) নুমিৎ অসিদা বন্দ লৈ হাবনা শন্দোক্লম্মদগী কৈথেল কাখিদে। দুকান থোং খিংনখি হায়।

(গ) ইম্ফাল দিষ্ট্রিক্ট হোসপীতালগা হিদাক-লাং-থক থম্ফম শঙ মৈ চাকখি। লুপা লাক্ষ কয়াগী হিদাক মাং তাকখি।

তাং ২৮ শগোলশেল নুমিৎ: ইম্ফাল সহরগী মরু ওইবা লম্বীশিংদা এমস্নুনা শাল্লগা সভাযাত্রা চংখি। ফাখিবা ছাত্র থাদোক্লবা দাবী তৌখি।

(খ) হাওবম মরক কৈশাম লৈকাইদা লৈবা শ্রীকেশাম ধানি সিংহ কৌবা চহি ২০ গী নহা ১ মফম অহুদা লৈবা পোংফম ১দা মশক থংদবা থরনা নোংমৈনা কাপখি।

(গ) মুখ্য মন্ত্রিগী লোয়শঙদা শেল থুম মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা পাওমীশিংগা উন্নবদা হায়, রিকোগনাইজ তৌরবা জে: বী: অমম্পুং এল পী স্কুল ৫৩১ তাঙ্কক নাইনা সরকারনা লৌশিনবা গৃহ মন্ত্রালয়না অয়াবা পীরক্লে।

(ঘ) মোইরাংখোমদা লৈবা সিংহ এণ্ড কো: থাউ য়োনফমদগী নোংমৈ পায়বা থরনা লুপা ৬,১৫০ লৌখি। মথোয় ৪ মুক শুই হায়।

(ঙ) নুমিদাংদ, হৈগ্রাং মখা লৈকাইদা লৈবা মহম্মদ মনাব আলি, মহম্মদ হুসেন চৌধুরী অমম্নুং কাইরং অবাং লৈকাইদা লৈবা পীঃ মেরা-তোম্বীদগী দবল বেরেল ১/১ অতুগা মহম্মদ মহীর উদ্দিনদগী সিঙ্গল বেরেল্ ১ মশক খংদবশিংনা লৌখি।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ : চুরাচান্দপুরদা পার্টনর-শিপ-মিশন সোসাইটিনা লুপা লাক্ষ ৩ লিশিং ৩০ চংনা মীয়ামদা ঈশিং পীনবা থৌরাং শেম-শাবা লোইহ্নুনা লৌড-শিংউ মপ্নি শ্রীগুরুদিংলেন্না শঙ্গাখি।

তাং ৩১ নোংমাইজিং নুমিৎ : ইম্ফালগী মসজিদ রোডতা লৈবা এমঃ দিঃ হোটেলদগী মশক খংদবা খরনা নোংমৈ উৎলগা লুপা ৫,০০০ লৌখি।

(খ) কাকৈথেল হাওরাচানবী মনাক্তা আঙ্গন্না থিংগ্রবা সংস্থান খরগী খুৎলাই পাযবশিং থিবদা পুলিসনা শুন্দ্রংদা নোংমৈ কাপখি। নুপী ৩গা নুপা খরা ফাজিনখি।

সেপ্টেম্বর তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট কো-ওপরেটিভ বেঙ্কতা থমজিন্নবা পুরকপা মনিক-চান্দ ভাছরাজগী মুনিমদগী লমখাংদা থৎলগা নোংমৈ পায়বা ২না লুপা ৭,০০০ মুনখি হায়।

(খ) ১৯৫১ বেজ ইয়ার ওইরগা মীতোপ তান্থোক্ক-বা দাবীগি অনৌবা খোংজং ওইনা রাজ্য সর-কারগী গাড়ী মৈথাবা চংখরকখি। পোরোম্পাংতা

ড্রাইবেল রেলফিয়ার দিপার্টমেন্টকী এমঃ এনঃ জিঃ ৫১০, সেরিকলচর দিপার্টমেন্টকী এমঃ এনঃ এস: ২০১০ অমশুং বিজয় গোবিন্দদা জীপ এমঃ এনঃ জিঃ ৫৫২ কারুম-কারুম তৌনা মৈ চাকখি।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফালদা লৈবা দিস্ট্রিক্ট হোসপীতালগী লুপা ৮০,০০০ যাওরমগয়া থাজবা যোংকী উপু ১ থাংখি। আঈরন চেষ্ট পুখিবা এম্বুলেন্স গাডীচু লুরাংশং-বম মনাক্তা পুলিসনা থেংনখি।

নুমিদাং পুং ৮-৪৫ অহুরাইদা ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেন্টকী মৈ শেন্না চৎপা জীপ ১ পীশুম থোং লাম্ফোরকপদা নোংমৈ কাপ্লকপা ১দা ড্রাইভরদা পানখি। কনানা কাপ্পা নোংমৈনো হায়বা শংখিদে হায়।

(গ) নুমিদাং পুং ৯-২০ অহুরাইদা শঙ্গেনথোংদা লৈবা ফোরেষ্ট অফিস মৈ থারমই। চৌক্রিনচিংবা মৈ চাকখি।

তাং ৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: গেটর ইম্ফালগী তোঙান তোঙানবা মফমদা নহারোল ৩২ পুলিসনা ফাখি।

তাং ৪ শগোলশেল নুমিৎ: চাংমৈরোংদা লৈবা হাওবম অরুন সিংহ কৌবা ১ স্কুটর তোংচুশা লাকপা মশক খংদবা ২না নোংমৈনা কাপথুরমই হায়।

তাং ৫ ঈরাই নুমিৎ: কৈশামথোং থোংথোং

অডুস্সদা টুরিস্ট টেক্সি থাবা এম: এন: জি: ৬৬৮ থাল্লগা মৈ থারমই। পোরোম্পাংতা ভেটিরিনরী দিপার্টমেন্টকী এম: এন: জি: ৬৮৬স্মু মৈ চাকখি।

(খ) বিষ্ণুপুরদা হেগুলুম এক্সটেশন সেন্টর অমা ঙ্গপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হাংদোকখি।

(গ) ওজাশিংগী নুমিৎ পাক শন্না পাংথোকখি। মপুং ওইবা থৌরম জে: এন: ডান্স একাদেমী হোলদা পাংথোক্লুনা ওজাশিংদা পীবা শেলগী মনা য়েন্থোকখি।

(ঘ) নুমিদাং পুং ১১-৩০ তাবদা পাঙ্গদা লৈবা সৈনিক স্কুলদগী নোংমৈ ৫৩ লৌখি। অৗপ ১দা লাকপা মশক খংদবা ৮ মুকনা লৌখিবনি। সন্ত্রিমু ফুদংলমই হায।

(ঙ) গান্ধি এভিন্যুদা লৈবা ইম্ফাল টুরিষ্ট হোটেলগী রুম নম্বর ২২ শুবদগী নোংমৈ পাযবা থরনা লুপা ১,৪০০,০০ লাকখি হায়।

তাং ৬ থাংজ নুমিৎ: উষা সিনেমাগী টিকেৎ যোনফমদা নগা ২থকনা নোংমৈ মতোন্দা লুপা ..০১,০০ লৌখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: অশাবা সার্টিফিকেট য়োনবা মী ৩ ডাসেপ্পম নিমাই, থাঙেম্বম ইবোবোং অমস্মুং থৌদাম কুঞ্জালাল জেলদা থাজিনখি।

(খ) লম্ফেলদা লৈবা রীজনেল মেদিকেল কলেজ হোস্পীতালদা অশিবা হকচাং ১ মীওই থরনা

থমজিল্লমই। খুদাংদা কে: ঐচ: আইং এস: হায়না থারমই হায়।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : কংলাগী পাথংবা শুকংদা ৩ংশুবা লাইনিং চাকশেনবা থোংম পাংথোকখি।

(খ) থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা মাসের্স অম্রিক সিং অমস্তুং কারগার সিংহদগী খুৎলাই পায়বা থরনা কিহল্লগা লুপা ১৪,০০০ রোম লৌখি।

(গ) খুয়াথোংদা লৈবা ইরিগেসন এণ্ড ফ্লদ কন্ট্রোলগী আইরন চেষ্ট ফক্কায়হনা অয়াওবা লুপা ৫০০ রোম লৌখিবা থংহোদে হায।

তাং ৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : শীংজমৈদা ইউনাইটেদ বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়া চাকপা য়াওবা ৩০ শুবা সি: আর: পী: এফ: পার্সোনেল অঙম মশক থংদবা মহা ২না নোংমৈনা কাপ্লমই হায়।

(খ) পাওমাতাদা প্রাইমারী হেলঠ সব সেন্টর ১ হকশেল মন্ত্রি শ্রীসোসোলোরহোনা হাংদোকখি। খুঙ্গং ১৮ গী মী ৩০,০০০দা কান্নবা ফংগনি হায।

তাং ১০ মমশকৈশা নুমিৎ: লম্ফেলপাংডা পুরকপা এক্সাইজ দিপার্টমেন্টকী লুপা ৩,৩২৫ লম্বীদা গাড়ী থাম্লগা লাকখি।

তাং ১১ শগোলশেল নুমিৎ : থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা পী: এস: জৈন কৌবা দুকান ১দগী মীওই ৪মা নোংমৈ মতোম্দা লুপা ৫,০০০ লৌখি। কাহৌদে হায়।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা চহিগী মনা মথুম য়েন্থোকখি। শ্রীকে: ঐচ: য়াইমা সিংহ ১স্মুং শ্রীএল: ইবুঙোহল অপাবী ফোলো পীখি।

(খ) নহারুপ পাঙ্গোং মখোংদা লৈবা শ্রীখোং-বাস্তাবম পঞ্চি সিংহগী য়ুমদা মীওই খরনা কিহল্লগা লুপা ৮,০০০ রোমগী পোং ১স্মুং শেল লৌখি।

তাং ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : ভিক্টোরী সিনেমাগী টিকেং থাফমদা ফুরিং থাও চপ্লম্বা মহম্মদ অলিম খান কৌবা থৌবাল লৈশাংথেমদা লৈবা ১ ফাখি।

(খ) কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা লৈবা এদ-ভোকেৎ শ্রীঅহন্থেম নীলমণি সিংহগী য়ুমদা দবল বেরেল ১ মশক খংদবা নহা ৪না লৌখি হায়।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : বস ভোংলগা লাকপা থৌবালগী ইন্সপেক্টর ওক স্কুল অফিসতা হেড ক্লার্ক ওইবা ১দগী মুসলিম ২না লুপা ৪,০০০গা খুদাং ঘড়ীগা মুনখি। উসোইপোকপী র ইথৌ চীংজিন্দা কুমথহোই হায়

তাং ১৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল ৱার্ড ২০গী মীয়ামদা য়েন্থোক্লবা চিনি বেগ ১৫ লম্বুলেগুদা লৈবা শ্রীচোংচোং কৌবা অমগী ময়ুমদগী কাখি। য়েন্নবা চিনি য়োন্থোক্লম্বদা শীজিন্নবা জীপ এম: এন: এস:

৪৩১৪ গা শ্রীলাইশ্রম তোম্বী ১স্নুং শ্রীঅরুনকুমার ২গা ফাগংখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: পাওনা বাজারগী ভারাদা লৈবা শ্রীমতী দিগী নেপালীগী মহুমদা ছো ককায়রগা লুপা ২,৬০০ হুখি।

তাং ১৮ শগোলশেল নুমিৎ: টুরিষ্ট লোকদা ভারা তৌহনা লৈবা শ্রীগুপ্ত রাম গোপাল কৌবা ১দগী জীপ তোংহনা লাকপা নহা ৬থক্না লুপা ১,৬০০ লাকখি হায়।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ: মোরেদগী হায়গং-লকপা বস ১ রাংজিংদা চ্যেক তৌবদা লুপা ২০,০০০ মুক্কী মীরবাক্কী চুরুট ফিবোল ফাখি।

(খ) কংলা তোংবাদা আর্মীগী ইঞ্জিনিয়ারীং কাংবু ১না নোংমৈশিং নাকল ১দা থম্লগা সর্ভেগী থবক চংথরিঙৈদা মশক খংদবা খরনা নোংমে ০ লাকখি। সুবেদার ১ হাংলমই হায়।

তাং ২০ থাংজ নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা রাইটর বিল্ডিংদা রাইটরশিংবু ইকায খুম্নবা নুমিৎ পাংথোকখি।

তাং ২২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুদা লৌমীশিংগী নুমিৎ পাং-থোকখি। ১৯৭৮ সেপ্টেম্বর ২১দা এম: ডি: ইউ: হোলদা তৌবা মীফম ১ য়াওবা লাকপা মীয়াম্না থিংলম্না পুলিস কাংবুগা খুংথোক্লখি। থৌদোক অহু নিংশিংখি হায়।

(খ) নোংয়াই মতুংদা মোংশাঙ্গৈদা লৈবা এস:

এস: বি: হেড কাটরদা নহারোল ২০ মুক চংলক্লুনা মিনিট ৪৫ মুক নোংমৈ কাপ্লখি। মঙ্গী অমসুং চাওবা কৌবা জরান অনী শিখি। ধনেশ্বর কৌবা জরান ১ শোকখি। নিংথৌজম চাওবা কৌবা রাংবলদা লৈবা ১ হাংখি। নোংমৈ ৮ মকুগা কোম্লনা পুখি হায়।

তাং ২৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা টেলিগ্রাফ অফিস্তা মশক থংদবা খরনা নোংমৈ মতোম্দা লুপা লিশিং ১ রোম লৌখি।

(খ) হরিয়ানাদা পাংথোকখিবা নেসনেল আর্চরী কম্পিটিসন্দা মণিপুরগী শাম্নরোই ১৬কী টিমনা স্নাগী তকমান ১ য়াওনা তকমান ৩ লৌরকখিবা পাও ইম্ফাল য়ৌরকখি।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মালোম তেরাখাদা ইন্টেনসিপ কেটল দিভেলোপমেন্ট সবসেন্টর ১ ভেটিরিনরী মন্ত্রি শ্রীকৃষ্ণ সিংহনা হাংদোকখি।

তাং ঈরাই ২৬ নুমিৎ: কোংবা কৈথেল অমসুং থম্বালখোং তাবা লম্বীগী পাওন খুল্লক্তা লৈবা মহম্মদ সিয়াজ আলি কৌবা ১ কমুংদগী ওন্থহনা শিখি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ: অরাং থংবা কংলা খাক্পাংকা মায়োক্লনা লৈবা ইন্দিয়ান ওইল কম্পেনীদগী মীশক থংদবা ৪মুক্তা লুপা ৬০,০০০ লাকখি।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : হাওবম মরক লৌরেম্বম লৈকাইদা লৈবা য়ুম ১দা শেল লৌবা লাকপা তখেলম্বম দেবেন কৌবা লাইশ্রম লৈকাই তোমাল মথোং মনাক্তা লৈবা নহা ১ নোংমৈগা কোন্ননা ময়াম চংহ্নুনা ফাখি। ২ নাম্থোকখি হায।

তাং ৩০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : জননেতা হিজম ইরাবোতকী ৮৫ শুবা মপোক নুমিৎ পাংথোকখি। হান্না লাওথোকখিবা মতুং ইন্না রাজ্য সরকারগী লোয়শঙশিং জেনরেল হোলিডে ওইখি।

অক্টোবর তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : জেলিযা রোং ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন্না জেলিয়াংরোং তাবা মকমশিংদা সভাযাত্রা চংতুনা দিমাপুর ডে পাংথোকখি।

(খ) ইম্ফাল ইষ্ট অডোম লৈকাইদা লুপা ১,৬৫,৪১৮ চংবা ৱাটর সপ্লাই স্কিম ১ এগ্রিকলচর মন্ত্রি শ্রীচুরদিংলেন্না শঙ্গাখি।

(গ) খুরাই লুমলোং কৈথেল মনাক্তা সেক্যুরিটিগী পেত্রোলিং পার্টি ১না নোংমৈ কাপ্পদা চেক দিঃ ইঃ দিঃ ১৭৪৭ জোংবা ২ শিখি। সুভাষচন্দ্র উচেক্কোন অমস্তুং পীশুম মনীংদা লৈবা য়ুম্নাম ইনাওবী কৌই হায়।

তাং ২ শগোলশেল নুমিৎ : গান্ধী জয়ন্তী থৌরম পাংথোকখি।

(খ) চান্দেলদা ফমুং ৩০ লৈবা দিষ্ট্রিক্ট হোসপীতাল ১ হাংখি।

তাং ৩ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা

মীফম হৌখি। লুপা ১৩ ২৬ ২০ কী সপ্লিমেন্টরী ডিমাণ্ড পুখোকখি।

তাং ৪ থাংজ নুমিৎ : আগষ্ট ৫দা শিলোংদা মেঘালয় পুলিসনা ফাখিবা পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর শ্রীব হেংবম ধীরেন রাবগাই, শ্রীলালমনি শর্ম্মা শ্রীথোকচোম বামেশ ইম্ফালদা পুরকখি।

(খ) হাওবং শাবলদা লৈবা ইম্ফাল রেষ্ট রান রোক্কী বিঃ দিঃ ওঃ শ্রীআরঃ কেঃ রঘুবীর নোংমৈ মতোন্দা মশক খংদবা থরনা পুথি হায়।

তাং ৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ঈশিং ঈচাও মায়োক্নরকপদগী এমঃ এলঃ এঃ শিংনা কেন্দ্র-শিংনা হাকথেংননা য়েংশিনবা ভুম্বা মণিপুর বিধান সভা মীফম মতম কক্নুনা হৈথোকখি।

তাং ৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ঈশিং ঈচাওনা শোক্নবা ইমুং মনুংশিং থ দোরক্নবা ক্নম্পাক্কী মহে তম্ফমশঙশিং ছুটি থাখি।

তাং ৯ শগোলশেন নুমিৎ : হিযাংথাংদা ঈশিং ঈচাওনা অরাবা তারবশিংদা মতেং পাংনবা ভোলুন্টিয়ার পুবা ব্রক এমঃ এনঃ এসঃ ৬০২৯ না অঙ্গাং ১ তকপদগী শিখি।

(খ) নহাক্নপ খোংশাংবী ঈরিন ভুরেলদা তাও-থরকপা অশিবা হকচাং ১ ময়াম চংহুনা যেংনখি।

(গ) অক্টোবর ৮ অমস্তুং ৯দা উগ্রুলগী বর্ম্মাগা তাইনবদা লৈবা চীক্নখুলদা টেক্স খোমগংপা অমস্তুং চীঙ্গাক থায়বা পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর ৭ আর্মীনা হাংখি। আর্মীগী জরান ১ম্নু শিখি।

সিঙ্গল বেরেল ৬ দবল বেরেল ২ নোংমৈ মরু ৪০০ অমস্থুং হেণ্ড গ্রেনেদ ১১ ফাখি হায।

তাং ১০ ঈরাই নুমিৎ: হৈরাঙ্গোই থোং মনাক্তা লৈবা নাওরিয়া পাখং লাকপা কজ্ঞুমর কো ওপরেটিভ সোসাইটিদগী মশক খংদবা নহা৷ তনা লুপা ৬,০০০ রোম লৌখি হায়।

তাং ১১ থাংজ নুমিৎ: মাকলং ভুরেলদা থোং অহাইবী লাল্লিবৈদা চহি ১৮ বোমগী লৈশাবা মচা ২ ঈশিংদা তাখি। ১ শিনা ফংখি। (খ) শীংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা লৈবা শ্রীথে কচোম বীরেন সিংহগী যুমদা নাংমৈ পাযবা নহা ৩ চংশক্লুনা লুপা ১০,০০০ লৌখি। যুম শ্রীবীরেন মখোং মখুং পুল্লগা মচীন্দা নিং নম্লগা থম্মই হায।

তাং ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ: মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোট কোর্পোরেসনগী হেড অফিসগী মশক খংদবা থরনা নমহুনা লুপা ৫০২ ৭২ লৌখি।

তাং ১৬ শগোলশেন নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা হরাইনচিংবা যোনবা দুকান দগী লুপা ৪,০০০ লাকখি। মশক খংদবশিংহ্ন ফানবা পুলিসনা থৎচিল্লগা ফাখি। চিংনবা চিংথাম নন্দকিশ্বর অমস্থুং লোংজম যুজস্তা চেক্কোনদা লৈবা অমা ফাখি।

তাং ১৮ থাংজ নুমিৎ: হৈরোক কেন্দ্রগী মনুং চন্না লৈবা সলানথোং ফানকাংগী চৌকিদার

শ্রীমাইবম তোম্বী সিংহ জে: কে: আর্মীগি খুংপু ১না স্থবদা শিখি হায়।

তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: লৈমারাম খুল্লাওদা আর্মী জরান ১ মীশক থংহৌদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংলমই হায়।

(খ) মণিপুর কলেজগী বেঞ্চ অমসুং ডেস্কনচিংবা মৈ থাদোক্লমই। অরাং খংবা কা মৈ চাকখি।

তাং ২০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা প্রেমসুখ গ্যানচান্দগী ষ্টেসনরী দুকান মৈ চাকখি। কৈথেলদা ঈরাং খোক্লুনা মী কায়নখি।

তাং ২১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: থিয়েটর ডে পাংথোকখি। থিয়েটর সেক্টর মণিপুরনা শীল্লগা মপুং ওইবা থৌরম এম: ডি: ইউ: হোলদা পাংথোকখি। লক্ষেল য়াওনা ইম্ফালদা লৈবা লোয়শঙশিং ছুটি তথায় থাখি।

(খ) নোংমৈপুঙ মনাক্কী লমদাপুংদা মহাপ্রভু অমসুং জগনাথকী মূর্তি য়াওনা লাইগী মূর্তি মৈ থারমই হায়।

(গ কাংপোকপীদা মিশন হোসপীতাল ১গী বিল্ডিং শানবা উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উমুং তমখি।

(ঘ) ১৯৫১দা মুক্কম ওইরগা মীয়ৈপাক মচা খন্দোকপা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীআর: কে: দোরেন্দ্র অমসুং এমস্ অমসুং এমস্কোকী মীহুৎশিং য়ানখি। ওক্টোবর ১০ কাওবদা খন্দোকপা হৌগনি। তাস্থোকপগী মতাংদি লেপ্পখিদে হায়।

তাং ২৩ শগোলশেল নুমিৎঃ মসজিদ রোদকা কাখুলোংগা তাইনবা অরাংদা লৈবা হরাই চেংরাইনচিংবা যোনবা দুকান ১ নোংমৈ পাযবা ৪না লুট চংলমই। লুপা ৬,০০০ রোম লৌখি হায়।

তাং ২৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : মযাং ইম্ফাল, উচিরা, অমস্তুং সেকমাইজিন্নচিংবা ঈশিং ঈ-চাওনা শোকহল্লবা মফমশিংদা নেসনেল পীপলস স্কুল ছাত্রশিংনা সোসিয়েল সার্ভিস তৌখি।

তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা কলকাতা হার্দ রায়াব ষ্টোবদগী মশক খংদবা অতুমলোয়া লুপা ৩৫০০ লৌখি।

(খ) প্রধান মন্ত্রিদা মীরৈপাক মচাগী মতাংদা মেমোরেণ্ডম পীননবা এমস্তু অমস্তুং এমস্কোক্কী মেম্বর ৭না শাবা মীহুৎ কাংবু ১ নই দিল্লিগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ২৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ লমলোং কৈথেলদা চেক তৌবদা নিঙোম্বম টিকেন কৌবা লমলোং থৌদাম লৈকাইদা লৈবা ১ চে চাং থরগা কোম্বনা ফাখি।

(খ) ইম্ফালগী আলু গল্লিদা লৈবা দুকান ১ মৈ চাকখি। শাথীনা অমাং-অতা থোকখিদে হায়।

তাং ৩০ শগোলশেল নুমিৎঃ হৈংরোক্তা শ্রীথোংবম ইবোয়াইমা সিংহ কৌবা পীঃ এলঃ এঃ মেম্বরনি থাজবা ১ ফাখি। রিভোলবর ১গা মরু ৬ ফংখি হায়।

তাং ৩১ ঈরাই ন্যুমিৎ : জে: এন: মণিপুর ডান্স একাদেমীদা নেসনেল সেভিং ওর্গেনাইজেসন্না শীল্লগা রান্ড' থি ্রফট দে পাংথোকখি।

(খ) ন্যুমিৎ নিনিদা কৈশামথোং কেন্দ্রদা এক্সত্রিংমিষ্টকী নহা ১০ ফাখি।

নবেম্বর তাং ২ নোংমাইজিং ন্যুমিৎ : কোংবা কৈথেল মপাদা লৈবা নোংথোম্বম গুনমণী কৌবা নহা ১ময়ুম মনাক্তা মশক থংদব, থরনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি।

(খ) মণিপুরদা অহানবা ওইনা ডা: ই: কুলধজা সিংহনা কলকাতা ইউনিভর্সিটিদগী দিপ্লোমা ইন কার্দিওলোজি পাস তৌবা ইম্ফালদা থংনৈ।

তাং 8 লৈপাকপোক্পা ন্যুমিৎ : শগুস্নংদা লৈবা ইম্ফাল ইষ্ট ব্লোক অফিস্তগী তলব য়েনবা হৌগ্রবা মতুংদা নোংমৈ পায়বা ৩ চংলক্লগা লুপা ৬,০০০ লাকখি হায়।

(খ) কেন্দ্র সরকারগী শেল থুম মন্ত্রি শ্রীআর: ভেনকাস্ত রামন পুং থরগী ওইনা ইম্ফালদা থুংলখি।

(গ) কোদোমপোকপী মমাং লৈকাইদা লৈবা শ্রীকে: ইবোতোম্বী সিংহগী য়ুমদা তোয় পিস্টোল উংলগা শেল লৌবা লাকপা। ক্যিম্নাংথাংদা লৈবা জুইরেম মাজাওবা কৌবা ১ খুঙ্গাশিং চংহুনা ফাখি।

তাং ৬ শগোলশেল ন্যুমিৎ : থাংমৈবন্দ রাকসিলাল লৈরক্কা শ্রীমতী নিংথেমচা ওংবী উমাবতি দেবী কৌবী ১ ইডুকেসন দিপার্টমেন্টকী জীপ

এম: এন: জি: ৫০৪না তকপদগী শিখি।

তাং ৭ ঈরাই নুমিৎ: মণিপুর সরকারগী কর্মচারীশিংনা এদিসনেল দিয়ারনেস এলাওয়েন্স অমস্মুং অতৈ দাবীশিং তকুহনা পেন দাউন স্ত্রাইক চংশিনখি। অল মণিপুর ত্রেদ ইউনিয়ন কাওন্সীল অমস্মুং অল মণিপুর গোভর্ণমেন্ট ইমপ্লোইজ ওর্গেনাইজেসনগী লমজিং মখাদা চংশিনখিবনি হায়।

(খ) অঙাংশিংনা মৈকাপ্পী শান্নবদগী কাংজাবী নৈরক্কা নৈবা শ্রীচিংশুবম কুমারগী য়ুম মৈ চাকখি। য়ুম্নাম লৈকাইদস্মু ব্রাইঃ মঙ্গোল দেবীগী য়ুম মৈ চাকখি।

তাং ৮ থাংজ নুমিৎ: খুরাই থাংজম লৈকাইদা লৈবা শ্রীথৌদাম অমুবা সিংহগী য়ুমদা মরুপ তিন্নবগী লুপা ৬,০০০ হেনবা শেলফম নোংমৈ পায়বা ৩না লৌখি হায়।

ফিসরী দিপার্টমেন্টনা শাল্লগা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা ঙাগী মেলা পাংথোকখি। থ্বাইরম্মক্ত কৈথেলদা ঙা কে:জি: ১দা লুপা ৩০ যৌখি।

তাং ৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: য়ুমথোং শিন্না নিঙোল চাকৌবা পাংথোকখি। রিক্সো ভারা লুপা ৫ শৌখি। বসশিং মীনা থুরক হাংখিদে হায়।

তাং ১০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর সরকারগী কর্মচারী মীহুৎশিংগা মুখ্য মন্ত্রিগা

ফম্মিন্নহুনা য়ানবা পুরকপদগী পেন দাউন স্ত্রাইক লেপখি।

(খ) পাওনা বাজারদা লৈবা জীবন ওপটিকেল কোনর অমস্তং সন ফ্লোরারনা ভারা তৌহুনা লৈবা তুকান মৈ চাকখি। লুপা ৬০,০০০ রোমগী পোং ভাঙ্গায় ওনখি হায়।

তাং ১১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : থাংমৈবন্দ অমস্তুং ব্রহ্মপুরগী মফমশিংদা আমীনা ওপরেসন তৌখি। সরকারনা লাওথোকখিবা মতুং ইন্না ইম্ফালগী গুমখৈদা ইন্সার্জেন্সী খরা চংশিনখি হায়বদগী খিজিনখিবনি। মীওই ২৮ ফাখি হায়।

তাং ১২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : সঙাইপ্রো গুদাউগু মনাক্তা অশিবা হকচাং ১ থেংনখি। চাংঙামখা মাইবম লৈকাইদা লৈবা অতোম্বা রামো কোই হায়।

(খ) মণিপুর মাউন্টেনিয়ারীং এণ্ড ট্রেক্কিং এসোসিযেসন্না শীল্লগা নুপী ৭০ য়াওবা মীওই ৩৫০ গী কম্বাইন সিরোই এক্সপিদিশন টিম বীঃ টিঃ পার্কতগী খোংশানখি।

তাং ১৪ ঈরাই নুমিৎ : রাজ্য অসিদস্লু অঙাংগী নুমিৎ পাংথোকখি। ইম্ফালগী মপাল কাংজৈ বুংদা মপুং ওইবা থৌরম চংথখি।

তাং ১৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : প্রিপাক্তী শ্রীরাইখোম তয়াই অতোপ্পা মমিংনা কৃষ্ণচন্দ্র মজুমদা তুমহুনা লৈরিঙেদা ফাখি। শিনা নত্রগা হিংনা ফাবা ওম্বা মীদা সরকারনা মনা লুপা ৫০০০

পীগনি লাওথোকখ্রবনি হায়।

(খ) সরকারগী জয়াবা য়াওদনা পেট্রোল, ডিজল অমস্থুং কেরোসিন্নচিংবা য়োনবা থিংখি।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নম্বুল মপান নিঙোম লৈরক মপাদা মীশক খংদবা তনা হৈনৌ-খোংনেম্বী কোঞ্জেং লৈকাইদা লৈবা শ্রীইরেংবম কুঞ্জো সিংহ কৌবা চহি ৩০ মুক শুরবা ১ নোং-মৈনা কাপ্লমই। লাইকন্নবা নংদনা শিখি হায়।

(খ) উখ্রুলগী লিতান মনাক্তা আমীগী শক্তিমান ১ এক্সিদেন্ট ৎথেক্লুনা জরান ৫ শাথীনা শোকখি। ৭না খ্রাওবি-বাওবি শোকখি। অশোক-পশিং ল ইকন্নখি।

তাং ১৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : চিংঙামথা ইরোম লৈকাইদা শ্রীখ্মকান্ত কৌবা চহি ১৮ রোমগী নহা ১ মীশক খংদবা খবনা নোংমৈনা কাপ্লমই হায়।

(খ) মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ সিংহনা ফম থাদোকপা রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদ সিংহনা অয়াবা পীখি। অতোপ্পা থৌবাং অমা তৌদ্রিবা ফাওবা থবক য়েংশিন্নবস্থ শীন্নখি হায়।

তাং ২১ ঈরাই নুমিৎ : পীশুম থোং মনাক্তা পোং চংপা আমীগী কাংবু মদা মীশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপ্লমই। জরান ১ শোকখি। হন্দুনা নোংমৈ কাপ্লবদা মী ৩ শিখি, মখোয়শিং অহুদি শ্রীমণিহার, শ্রীওইনাম নাতুম অমস্থুং শ্রীসলাম সমোরেন্দ্র কৌই। পীশুম নিঙোম লৈরক অমস্থুং ওইনাম লৈকাইদা চিংনবা মীওইশিং

থিগৎখি হায়।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ : শ্রীআর: কে: দোরেন্দ্র সিংহগী মঙ্গৎতা মুখ্য মন্ত্রি ওন্নবা তঙ্কুবা নই দিল্লিদা খুং শেমহন্না পায়শিন্নখি। উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমস্থং লোউ-শিংউ মন্ত্রি শ্রীগুরদিংলেন, কংগ্রেস (ইউ) গী মঙ্গৎ শানবা ওইনা শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহ অমস্থং মচেৎ তাবা এম: পি: পী: গী মঙ্গৎ ওইনা লোউ-শিংউ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীকৃষ্ণ সিংহনি হায়।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লোইতাং খুনৌদা লুপা লাক্ষ ৮ হেন্না চংবা মণিপুর স্পোর্টস্ মৌল মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার দোরেন্দ্র সিংহনা শঙ্গাথি।

তাং ২৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মোনথাং লম্বাদা থোকপা থৌদোক অমদা মী ৩ শোকখি, ২না খুদক্তা শিখি। অশিবা শ্রীরঞ্জিৎ সিংহ অমস্থং শ্রীমাইবম অচৌবা সিংহ কৌই। শ্রীইরোম বীরেন সিংহ কৌবা ১ লাইকন্নখি। নোংমৈ মরু পানফম লৈরমই হায়।

তাং ২৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কবো য়াক-চিংদা লুপা লাক্ষ ৭৫০ হেন্না চংগদবা চিনিগী কারখানা ১ শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীআর: কে: দোরেন্দ্র সিংহনা উরেপ উয়ুং তমখি।

(খ) ইম্ফালদা থুংলগিবা অল ইন্দিয়া কংগ্রেস কমিতি (আই) জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীসত্য

নরায়ন রাওনা পাওমীশিংগা উন্নখি। শ্রীআর: কে: দোরেন্দ্র সিংহগী মচ্ছৎতা অনৌবা লুচিংবা ওইনা শ্রীরিশাং কৈশিংবু শল্লে হায়খি।

(খ) তখেল লম্বীগি নিংথৌবুং খুল মনাক্তা সাইকল তোংবা ২ নোংমৈ কাপ্লবদা ১ শিখি।

তাং ২৭ শগোলশেল নুমিৎ: বাজ ভবন্দা পাংথোকপা চিংলেম্লবা থৌরম ১দা শ্রীরিশাং কৈশিংবু মুখ্য মন্ত্রি ওইনা রাজ্যপাল শ্রীএস: পী: সিংহনা রাশক লৌহনখি। অনৌবা মন্ত্রি মণ্ডল অাসদা শ্রীডু, বদিংলেন অমসুং শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহ কেবিনেট মন্ত্রি ওইনা রাশক লৌবা যাওখি। শ্রীকৃষ্ণ সিংহনা রাজ্য মন্ত্রি ওইবা রাশক লৌহনখি।

তাং ২৮ ঈরাই নুমিৎ: লম্ফোইথোংনাংখোংদা মেকানাইজ দাইযিং হাউস ১গী শঙ শানবা উরেপ উযুং তমগে তৌরম্বা তোকখি। অকোয়-বদা লৈবা খুঞ্জাশিংনা অথিংবা পীখি হায।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ: চাংঙা মথক য়াওনা শীংজমৈ অমসুং লাংথবালদা আমীনা কোম্বীং ওপরেসন তৌখি। হাওবম মরক কৈশাম লৈকাইদা লৈবা শ্রীলাইশ্রম রঘুমনী ফাখি।

ডিসেম্বর তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: জিরিবামদা লৈবা পী: দব্লিউ: দিপার্টমেন্টগী এক্সিক্যুটিভ ইঞ্জি-নিয়ার অফিস্তা নোংমৈ পায়বা মী ২ চংলক্লগা লুপা ৫৮,০০০ রোম লৌখি হায।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: এমসু অমসুং

এমস্কোকনা কৌবা জিরিবাম বণ্ড পাংথোকখি। হুকান অমস্থং অতৈ ললোন-ইতিক তৌবশিং লেপখি।

তাং 8 শগোলশেল নুমিৎ: থাংমৈবন্দ লিলাসিং খোংনাংখোংদা লৈবা স্কুটর রার্কসোপ ১দা রাংজিংদগী শীংজমৈদা হোংগৎলক্লুনা লৈবা শ্রীনিংথৌজম নবচন্দ্র কৌবা ১ মশক খংদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্লমই হায়।

তাং ৫ ঈরাই নুমিৎ: চীংমৈরোং সণ্ডাকফম কৈথেল মনাক্তা লৈবা কোমজাও ১দা ত্রক এম: এম: পী: ২১৪৪ এক্সিদেন্ট থোকখি। সিংবুং খুলেন্দা লৈবা নচলা মাও কৌবা ১ শি। রাই-তোন্দগী শ্রীজয়ধন শোকখি।

(খ) য়াইঙংপোকপীদা লৈবা সেন্ত্রেল চিলড্রেন্স হোমদা আর্মী ডাক্তর কাংবু ১না অঙাং ১৪০দা লায়না ডাকথোক্লবা হীদাক কাপথোকখি। চৌঙাক য়েঙ্থোকখি।

(গ) কোংবা ঈয়োং মনাক্তা লৈবা লৌবুক ১দা শীংজমৈ ওক্রম লৈকাইদগী শ্রীনাঙম রাজেন মচাদা কিবুল নম্লগা মখুং পুল্লগা শিনা লৈরমই হায়।

(ঘ) শীংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাইদা নোংমৈনা শোক-হল্লবা শ্রীরাজকুমার জয়কুমার কৌবা ১ শিখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: হৈরোক্তা সিং আরঃ পী: এক: না লালহৌবা নহারোল থিগৎ-পদা, ১১ খুৎলাইগা কোন্নবা চংজখি। ষ্টেনগন ১

রাইফল ২, পীস্তোল ১গা মরু ১৩৭ গা লোইন-রকখি হায়।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ১৯৬৭তা রাজ্য অসিদা লাকখিবা সিঃ আরঃ পীঃ এক্ংগী আইঃ জিঃ পীঃ শ্রীটিঃ এলঃ আয়ারগা পাওমীশিংগা উনখি। ওক্টোবর অমসুং নবেম্বরদা লালহৌবা নহারোল ৮০ খুংলাইগা কোম্বনা ফাখি হায়।

(খ) অল মণিপুর হেলঠ এণ্ড ইন্টাব্লিসমেন্ট ইমপ্লোয়ী এসোসিয়েশনগা কৌবা দুকান অমসুং হোটেলশিংগী পুং ১২গী বণ্ড পাংথোকখি।

তাং ৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নাগা মপাল শিংজুবুং লৈরক্তা মশক থংদবা খরনা চোংথাম ভুষন কৌবা ১ হাংখি।

তাং ১১ শগোলশেল নুমিৎ : প্লান্নিং কমিসনগী খন্ন-নৈনবা য়াওরুবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা পাওমীশিংগা উনখি। ৬শুবা চহি ৫ থৌরাংগী-দমক লুপা ক্রোর ২৪০ পীবা য়াররে হায়খি।

(খ) বাসিখোংদা পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর শ্রীনাওরেম রাজেন অচৌবা অমসুং মতেং পাংবা শ্রীএসঃ মঙ্গী সিংহ অমসুং শ্রীঅরিমচা সিংহ আমীনা ফাখি। শ্রীরাজেন অচৌবা ফাবদা লুপা ২৫,০০০ অমসুং শিনা ফংবদা লুপা ২০,০০০ মনা পীগনি লাওথোকখ্রবনি হায়।

তাং ১২ ঈরাই নুমিৎ : ১৯৩৯ ডিসেম্বর ১২দা থোকখিবা নুপী লাল নিংশিংবা নুপী নুমিৎ পাংথোকখি। মপুং ওইবা থৌরম ইম্ফালগী

মপাল কাংজৈবুংদা চংথখি। মুপী লাল য়াওখিবা শ্রীমতী রজনী দেবীনা ইবা 'মুপী লাল' কৌবা লাইরিক ১সুং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা মীয়ামদা লাস্তোকখি।

(খ) ১বা মণিপুর রাইফলসগী জরান্নি হায়বা ভারত চিংগুবম কৌবা ১ রাইফুল পুলিস লেগুদা মশক খংদবা থরনা নোংমৈনা কাপ্লমই হায়।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাগী উপ অধ্যক্ষ শ্রীঐচঃ লোখোন সিংহ উপ অধ্যক্ষ গুইনা লৈবনা প্রজাদা কান্নবা পীবা ওমক্রে হায়না ফম থাদোকখি।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ কংগ্রেস (আই)না লুচিংবা চুংশিন্নবা সরকারদা মন্ত্রি ১০ হাপ-চিন্দুনা মন্ত্রি মণ্ডল চাওথোকহনখি। হান্নগী থারগা ১৪ গুখ। কেবিনেট ৭ অমসুং রাজ্য মন্ত্রি ৭ নি।

(খ) ঈশিং ঈচাওনা অরাবা তারবশিংদা মতেং পাংনবা মুখ্য মন্ত্রিগী বিলিফ ফণ্ডদা দান তৌন-রকপা লুপা ৪,৯৮,৫৬৭৯ নি হায়।

(গ)ময়াং ইম্ফালদা আর্মীনা পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর ১ ফাখি। লৈন্নুংদা ফুট ৫ লুনা দম্বুর মচেংনা য়োমশিল্লগা লোংলম্বা রাইফল ৩৮ ফাগংখি হায়।

(ঘ) মীতোপ ভাস্তোকপগী খোংজংদা ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুংদা শিদ্রিবা ফাওবা চরা হেনবা এমস্কোক প্রসিদেন্ট শ্রীদব্লিউঃ দেবেন ফাখি।

শ্রীএল: বোরাজাও অমস্তুং শ্রীএ: বিহারীনা মহুৎ শিন্দুনা চরা হেনখি।

তাং ১৮ শগোলশেল নুমিৎ: চনম পুখ্রি মপালদা মী ১ তাম্নরকপা ২ না হেণ্ড গ্রেনেদ লংবদা পোকখায়রখি। অশোক-অপন য়াওখিদে হায়।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ: ইম্ফালগী কুকি হোলদা কুকি ইন্দিপেদেন্ট আর মেমোরিয়েল কমিতিনা শীল্লগা ৬৫ শুবা খোংজাই লাল নিংশিং নুমিৎ পাংথোকখি। ১৯১৭কী ডিসেম্বরদা বৃটিশশিংনা কুলি ওইনা শীজিন্নবা মায়োক্তা কুকিশিংনা লাল থেংনখিবদু নিংশিংখি হায়।

তাং ২২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: এমস্তু অমস্তুং এমস্কোকনা শীনবা মীতোপ তান্থোকপা খোংজংদা শিন্দ্রিবা ফাওবা চরা হেনবা হৌখি।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎ: লনাই বস য়াওনা মী পুবা গাড়ীশিংগী বন্দ মায় পাক্লা চৎথখি। গুদস এণ্ড পেসেঞ্জর টেক্স অমস্তুং খাও মরাং কায়না ফংহন্নবা দাবী তকশিনখি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ: চুরাচান্দ হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলগী সাইন্স ব্লোক মৈ চাকখি। লুপা ৮০,০০০ রোমগী পোৎ মাং তাকখি। ছাত্রনা প্রাক্তিকেল তৌনবা পোৎচং গুদবদগী ঈরাং থোরকখিবদা মৈ থাখিবা ওইরমগনি হায়।

(খ) মোংয়াইদা জীপ ১ পোরোম্পাৎতা আর্মীনা খাল্লগা চেক তৌবদা খুৎলাই থরা ফাখি।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : মী পুখা ১স্পুং পোং পুবগী ভাম্না হেন্না লৌবগী মায়োক্তা অল মণিপুর ট্রান্সপোর্ট কো-ওপরেটিভ সোসাইটিনা কৌবা গাড়ী চেনবা লেপ্পা স্ট্রাইক নুমিৎ অনি শুখি।

তাং ৩০ ঈৈলপাকপোকপা নুমিৎ : ধনমঞ্জুরী কলেজদা সাইন্স ষ্টুদেন্টস ইউনিয়নগী ফাইনান্স সেক্রেটরী শ্রীদব্লিউ: ব্রজবিহারী সিংহ মশক খংদবা অনা সাইকল তোংতুনা লাক্লগা কলেজ বিল্ডিংগী খা থংবা থোরোই হোৌবা মনাক্তা নোংমৈনা কাপ্লগদা শিখি।

(খ) সিভিল সপ্লাই রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাইঃ ইরাবোৎনা পাওমীশিংগা উনখি। পোং ময়াল য়ানশিনবা ফাগংখি। দিজল থাও লিটর ১০,০০০ কেরোশিন লিটর ৩০০ অমস্তুং পেট্রোল লিটর ২৬৫ ফাখি। ইম্ফাল টাউন কন্ট্রোলগী এঃ এসঃ আইঃ অনি শ্রীএচঃ ইবোহল অমস্তুং শ্রীএসঃ দোরেন সিংহদা মথৌদা পুক্লিং চংবগী লুপা ১০০ ১০০ মনা পীখি হায়।

(গ) লাংথবাল অক্সাং লৈকাইদা লৈবা শ্রীসনসম তেন্দেন কৌবা ১ মোংশাক্কে ইক্লুংবম লৈকাইদা মী থরনা রাকোক্লা থোমহুনা হাংখি।

তাং ৩১ মুমশকৈশা নুমিৎ : অরাংথবা কংলা থাঙ্গপাৎকী মনাক থুয়াথোং থংবদা শ্রীগুইনাম ইবোমচা কৌবা ১ মশক খংদবা ২মুক্লা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি। মহাক শীংজবৈ ক্ষেত্রি লৈকাইদগীনি হায়।

জনুয়ারী

তাং ১ শগোলশেল নুমিৎ : ১৯৮১ হৌবা নুমিৎকী হরাওবা ফোংদোক্লখি, মরুপ মপাং য়াইফ-পাওজেল থানখি।

(খ) তেন্থা খোংবান্দা লৈবা শ্রীমোইরাংথেম নিংথৌ কৌবা ১গী য়ুমদা কন্ত্রিমেদ পীস্তোল পায়বা শ্রীথোকচোম ইবোমচা কৌবা নঙা ১ শুট লাকপদা থুঙ্গাশিংনা ফাখি। তেন্থাদা লৈবনি হায।

(গ) নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈবক্লা লৈবা শ্রী-লাইমযুম জয় শর্ম্মা কৌবা ১ লৌক্রাকপম লৈকাইদা মশক থংদবা থরনা নোংমৈ কাপশিল্লমই হায়।

তাং ৩ থাংজ নুমিৎ : আমীগী জীপ ১না থ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা 'অনৌবা চহিগী পাওজেল' হায়বা চে ১ চাইথোকখি। কা-হেনবা নিত্তি চংপশিংনা হিংসা থাদোক্লুনা জাতিগী ঈচেলদা তিন্নবা আপীল তৌখি।

তাং ৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: নাওরেমথোং এনঃ জিঃ কলেজ মনাক্লা লৈবা য়ুম ১দা শ্রীপীঃ রাধেশ্যাম কৌবা চহি ৪০রোম শুরবা অমা সাইকল তোংবা ২না নোংমৈনা কাপ্লমই। মরু ২ পানখি হায়।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : পীশুমদা চহি ৬০রোম শুরবা শ্রীহৈস্নাম শামু কৌবা ১ মশক থংদবা থরনা নোংমৈনা কাপ্লমই।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কংগ্রেস (আই), কংগ্রেস (ইউ)অমস্তুং এমঃপীঃপীঃ (জি) চুংশিন্নবা মন্ত্রি মণ্ডলদা এমঃ পীঃ পীঃ (জি) গী রাজ্য মন্ত্রি

শ্রীকৃষ্ণ সিংহ অমস্তুং এম: এল· এ: শ্রীএম: কুমার সিংহ কংগ্রেস (আই) দা য়াওশিনখি। কংগ্রেস (আই) অমস্তুং কংগ্রেস (ইউ) অনি চুংশিন্নবা মন্ত্রি মণ্ডল ওইখি।

তাং ৮ শগোলশেল নুমিৎ: হুন্দুংদা মিনি সিমেন্ট ফেক্টরী শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উযুং তমখি।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা উসা সিনেমা মমাংদা টিকেৎ ইন্নবা ময়াম তক-থোরকপদা তাওবুংখোক্না লৈবা শ্রীওক্রম মংলেম-জাও কৌবা ১গা পুলিসকা ইন্দোক-ইনশিন তৌখি, পুলিস কন্সটেবল অহুনা পায়বা রাইফল কাপথোক-খিবা থংহৌদে। লাইবিকয়েংবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীসংলাকপম তেজমনি শর্ম্মা অমস্তুং হৈগ্রাংদা লৈবা শ্রীথাংজম বীর কৌবা অনি শোকখি। ময়াম কায়হুনা চেন্নবদা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল ইতাক-তাংকখি হায়।

(খ) অরাং এ: ও: সি: মনাক্না নৌনা শাগংলিবা সিনেমা হোলদা লেকপা মী ২ শিনা লৈরম্ই। শ্রীযুগোলচন্দ্র সিংহ রাজু অমস্তুং বীরেন থাংজ-বোকনি।

তাং ১১ নোংমাইজিং নুমিৎ: তেংনৌপল দিস্ট্রিক্টকী লিরা·চনিংদা থুমিৎ হুম্নি চৎখাদবা ২৪ শুবা মোনশোংনাগা ষ্টুদেন্টস কনফরেন্স মেদিকেল মন্ত্রি শ্রীসোংসোলোরকোনা হৌদোকখি।

তাং ১৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মোইরাংখোম

শৌগাইজম লৈরক মপাদা চীংঙামখা চোংথাম লৈকাইদা লৈবা লাইশ্রম ইমোচা কৌবা শ্রীশেলুংবা কৌবা ১গী মচা, সাইকল তোবা থরনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি।

তাং ১৫ শগোলশেল নুমিৎ: শগোলমাংদা লৈবা নাতুম চীংদা মশক খংদবা থরগা সিঃ আর. পীঃ এফঃ জবান কাংবু ১না নোংমৈ কাপ্লবদা জবান ৩ অমসুং মীচম ৭ শিখি।

(খ) মুখ্য মন্ত্রী শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা মন্ত্রি মণ্ডলদা কেবিনেট ২ ১সুং রাজ্য মন্ত্রি ৪ হাপকৎ-তনা চাওথোকহনখি।

তাং ১৬ ঈরাই নুমিৎ: অরাং তুকান কণ্টুরী থোং মনাক্তা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ জবান ১না নোংমৈ কাপ্লদা মণিপুর পুলিসকী কনসটেবল মহম্মদ অয়াজ উদ্দিন মথবাক্তা পানখি।

(খ) পেট্রোল ফংবা ঙমদবনা সেক্রেটরিয়েট ফুদ এণ্ড সিভিল সপ্লাইজ দিপার্টমেন্টনা পামিট পীবগী থবক পায়শিনখি। হান্না পীখিবা পামিটশিং ককথংখি।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ: ককচিংদা পীপলস ম্যুজিয়ম, আর্টস এণ্ড কলচর রাজ্য মন্ত্রি শ্রীহোল-খোলেন্ট খোংজাইনা হাংদোকখি। ককচীং নিং-থৌশিংনা শেংলঙ্বা ফি, থাং-তা ১সুং চফুনচিংবা থমই হায়।

(খ) মুখ্য মন্ত্রিগা অল মণিপুর কলেজ ষ্টুদেন্টস ইউনিয়নগী মীহুৎকা যানবা পুরক্কবা স্ট্রাইক

লেপ্পা অমস্তুং দাবী পীথোক্কবা য়ানখি।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ভেটরিনরী মন্ত্রি মহম্মদ হেলান উদ্দিন খান, রাজ্য মন্ত্রি শ্রীকৃষ্ণ সিংহ অমস্তুং এম: এল: এ: শ্রীএম: ইবোতোম্বী সিংহগী লৈফম অকোযদা বাবুপড়াগী কাটর খরদা আর্মীনা কোম্বিং ওপরেসন তৌখি হায়।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফালগী ডি: এম: কলেজ কম্পাউণ্ডদা লৈবা ইন্ডুকেশন ডাইরেক্টরেটতা লৈবা হিন্দীগী দিপুটি ডাইরেক্টর কা অফিস লোইরবা মতুংদা মৈ চাকখি। মরু ওইবা ফাইল খরা, অতৈ চে-চা' মৈ চাকখি। লিক্তি অহাংবা খরা লৈরমই হায়।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুরনা মপুং ফাবা স্টেট ওইখিবা নুমিৎ নিংশিংখি। ৯শুবা কুমওন অসিগা মরী লৈননা মুগা মন্ত্রি শ্রিরিশাং কৈশিংনা মীয়ামদা পাওজেল পীখি।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎ: শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা মন্ত্রিশিংনা পুগদবা থবকশিং নৌনা হোংদোক-হোংজিন তৌখি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ: ভুলিহল এরোপ্লেন তাফমদা লৈবা পুলিসনা পার্সেল থানবা তৌরম্বা গঞ্জা কিলোগ্রাম ৬৭ ফাখি।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ: ডা: দেবেন ফাকবগী মরীদা ডাক্তরশিংনা চৎথরকপা স্ট্রাইক সসপেণ্ড তৌখি।

তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : নুমিদাং পুং ১১ দা তাখোকপল্লিদা লৈবা নিঙোম্বম বোঙ্কু কৌবা চহি ২৫ শুরবা ১ মশক খংদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

(খ) লাইরেন কাবীদা মশক খংদবা খরনা শ্রীএমঃ মঙ্গীগি য়ুমদা লুট তৌখি। নোংমৈ ২রক কাপখি। লুপা ৬০০ পুখি হায়।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : রাজ্য অসিদসু ৩২ শুবা গনতন্ত্র নুমিৎ পালন তৌখি। মপুং ওইবা থৌরম কংলাগী নোংচুপ থংবা থোঙ্গাল মনাক্তা কন্টিজেন্ট ১০০ হেনবনা শরুক য়াহুনা পাংথোকখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা কন্টিজেন্টশিংনা পীবা সলামী ওকখি। আর্মীগি হেলিকোপ্টরনা নোংথক্তগী চে চাইথখি।

(খ) কান্তো খুলেন ঈফুং মপান্দা মমাল্লবা খরগা লমচাক চামিল্লহুনা লৈবা বিজয় কৌবা ১ মশক খংদবা ৫ মুক্তা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি। মহাক কান্তোদা লৈবী মেমচাগী য়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈবনি। অশেংবা লৈকম্না শীংজমৈনি হায়।

তাং ২৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : গনতন্ত্র নুমিৎকী মকোক মথং তাবশিংদা শ্রীমতী খতিংলা কৈশিংনা মনা য়েন্থোকখি। গেট শাবদা ইরিগেশন এণ্ড ফ্লদ কন্ট্রোল দিপার্টমেন্ট অমসুং ইন্দষ্ট্রিজ দিপার্টমেন্টনা ১বা ১সুং ২শুবা ওইখি।

(খ) লিলাম্বো লম্পাক্তা মচা ২ লৈবী শ্রীমতী বীনো দেবী ময়ুমদগী কৌথোক্লগা মশক খংদবা

খরনা নোংমৈনা কাপ্লমই হায়।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : লমশাংদা নরান কৌবা পাখং ১ মীশক খংদবা সাইকল তোংবা খরনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি।

(খ) পুং ১০দা কাকৈথেল হৈনৌখোংনেম্বীদা নোংমৈনা কাপ্লম্বা কোজেংবম বাদল জেনরেল হোসপীতালদা শিখি।

তাং ৩০ ঈরাই নুমিৎ : ইম্ফালগী বীঃ টিঃ রোডতা জুবার মকোন ১ খুগায়নবা হোৎনবদা পুলিসনা নোংমৈ কাপখি, তোপ খোংনাংখোং মুসলিম খুলদা লৈবা মহম্মদ অচৌ মিয়া শিখি, অতৈ ৩ শোকখি হায়।

ফেব্রুয়ারী তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ : পুলিসনা নোংমৈ কাপ্লদা জনুয়ারী ১০ অমসুং ৩০দা শিখ্রবা শ্রীএম ব্রজমনি শর্মা খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাই অমসুং মহম্মদ অচৌ মিয়া খেত্রি বেঙ্গুনদা মণিপুর সরকারনা শেলগী মতেং লুপা লিশিং ১০'১০ পীনবা লাওথোকখি।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : থাঙ্গাল বাজার মচিন্দা চহি ৫৩ শুরবা মীওই ১ মশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপ্তুনা হাংখি। তেরাদা লৈবা শ্রীআর: কে. মাতোম্বা কৌবা মহা ১ শোকহল্লমই। শিখ্রবা অহুনা চীংঙা মথাদা লৈবা নিংথৌজম কোমোন সিংহ কৌই হায়।

তাং ৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কেন্দ্র সরকারগী কম্যুনিকেশন মন্ত্রি শ্রীসিঃ এসঃ স্টিফেন নুমিৎ

নিনি থোংচং লোইদুনা ইম্ফাল থাদোকখি। ট্রেদ ইউনিয়নগী লুচিংবশিং ১ম্সুং কংগ্রেস (আই) লুচিংবশিং উনখি।

(খ) এম: এল. এ. অনি শ্রীআর ভিও অমসুং শ্রী সরং সিংহ পার্লিয়ামেন্টরী সেক্রেটরী হাপখি।

(খ) মাও মনাক্তা ইম্ফালদগী চংখিবা আর্মি গাড়ী ১পা ত্রক ৩পা থোমদংনবদা জরান ৭ শোকখি। ত্রক্কীদি মী শোকখিদে হায।

তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎ : থুযাথোংদা লৈবা হরাইনচিংবা য়োনবা শ্রীঅমুতোম্বীগি দুকান্দা নোংমৈ পায়বা মীওই থরনা লুপা ৫,০০ রোম কিহল্লগা লৌখি।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ : লম্ফেল পোষ্ট অফিসতা মশক খংদবা সাইকল তোংলগা লাকপা থরনা লুপা ১৮,০০ লাকখি।

(খ) মুংথিল পুং ২ অনুরাইদা থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা শ্রীমহাবীর প্রসাদ ক্ষেত্রিগী দুকান্দা নোংমৈ পায়বা ৬না লুপা ৪,০০০ লৌখি।

(গ) মীংশোপ তাম্থোক্লবা আন্দলোন চংশিন্দুনা শিত্রিবা চরা হেনবা ছাত্র ৫০ ফাজিনবদগী থা-দোকখি।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফালগী ধর্ম্মশলা মমাংদা ময়ুম পানগ্রবী শ্রীমতী সমিনা বেগম ওক্তবী লমচং চংলি কায়দুনা মবুং এস: কে: নিয়ালা অলি কৌবা ১না ময়ুমদা পুনবা তৌবদা জরান থরনা অখিংবা পীখি। পুলিসকা ডংথেন-

বদা ঈরাং থোকখি। মী কায়থুনা চেন্নখি হায়।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ: থাঙ্গাল বাজা-রগী নাগা মপললাগী শমুবা কষ্টুরী মনাক্তা লুপা ৩,৯৭,০০০ চংবা শাগদবা থোংগী উরেপ-উয়ুং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা তমখি।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: শীংজমৈ থোঙাম লৈকাইদা শ্রীইবোতোম্বী সিংহ কৌবা পাখং ১ মশাক থংদবা নহা অনিনা মকোক্তা নোংমৈ কাপ-শিল্লমই হায়।

(খ) রাংখৈ থাংজম লৈকাইদা কাঙবম ওকেন্দ্র কৌবা নহা ১ লৱাই লেম্ফুদা মশক থংদবা অমনা নোংমৈ কাপ্পদগী শোক্লুনা লাইকল্লখি।

তাং ১০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা লুপা লাক্ষ ৬০ রোম চংবা মিনি ষ্টেদিয়ম ১ শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উয়ুং তমখি।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ঈরোইশেম্বা মংহিদেল লম্পাক্তা ঈরোইশেম্বা লৌরেম্বম লৈ-কাইদা লৈবা নিংথৌজম নরেন্দ্র থাংনা য়াম্থংলগা কুন্দোক্লমই। আর: এম: সী: হোসপীতালদা লাইকল্লবদা শিখি।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ: মুংথিল পুং ২-৩০ অহুম্রাইদা শজেনখোংদা লৈবা ভেটরিনরী অফিস্তগী মশক থংদবা মল্লনা লুপা ১৩,৮০৭·০০ লৌখি।

(খ) পাংশোইদা লৈবা কে: নিলোগী থাও

য়োনফমদগী খুংলাই পায়বা থরনা শেল লাকখি।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ : শগোলমাং অমস্তুং পুখাও লম্বীগী মরক্তা বন্দি পুত্নুনা লাকপা পুলিস গাড়ী ১ মশক খংদবা থরনা আক্রমন তৌবদা এঃ এসঃ আইঃ শ্রীএনঃ জীঃ ব্রজমনী অমস্তুং কন্স-টেবল ২ শাথীনা শোকখি। সাইকুলদগী কাং-পোকপীদা রিমাণ্ড তৌনবা পুরকপা বন্দিনি হায়।

(খ) মণিপুর হেণ্ডলুম এণ্ড হেণ্ডিক্রাফ দিভে-লোপমেন্ট কোর্পোরেসন থাব। গঞ্জা কিলো গ্রাম ৭,২১০ কাংপোকপীদা এক্সাইজনা ফাখি। বোম্বেদা পুবা ফি মরক্তা য়েপলম্বনি হায়।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ : হাওবম মরক কৈশাম লৈকাইদা লৈবা শ্রী কৈশাম জয়চন্দ্র সিংহ কৌবা নহা ১ তাকয়েলদা লৈবা ওরিয়েন্টেল কলেজ থোঙ্গাল মপাদা লেপ্লীগুদা সাইকল ৩াংবা ২খক্তা নোংমৈ কাপশিন্দুনা হাংখি।

তাং ১৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : এলঃ এমঃ এসঃ লো কলেজ এপ্রিল ১ দগী রাজ্য সরকারনা লৌশিনবা রাজ্যপালনা অয়াবা পীখি।

(খ) ঘরীদা লৈরিক মেমোরিয়েল নর্সিং হোম শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উয়ুং তমখি।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ইম্ফালদা থুংলদুনা লৈবা মেঘালয়গী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীবিঃ বিঃ লিংদোগা রাজ ভাবন্দা পাওমীশিংগা উনখি। মীতোপ তাম্হোকপগী রাফম অসি মণিপুরতগী

নংতে, ভারতকী ষ্টেট পুন্নমক্তা থোক্কিবা সমসানি হায়খি। মতুংদা নুমিৎ নিনি খোংচৎ লোইদুনা ইম্ফাল থাদোকখি।

(খ) ৱাংখৈ তোকপম লৈকাইদা লৈবা শ্রীমোইৱাংথেম ধীরেন সিংহ চহি ২৭ মুক শুরবা ১ না মহাক্কী মীরোনবী মুপী শ্রীমতী সুবদনি দেবীবু মকোক অমম্বুং মমায়দা শীংজংনা যান্দুনা হাংখি। মতুংদা ময়াম্না ফুবদগী শ্রীধীরেনস্থ শিখি।

(গ) হাওবম মরক কৈশাম লৈকাইদা শ্রীকোংখাম মোচা সিংহ কৌবা নহা ৯ মশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপশিন্দুনা হাংখি।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুব বিধান সভা সপ্লিমেন্টরী বজেট মীফম হৌখি। রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদনা ভাষন পীব্রিদ্রৈদা এম: এল: এ: শ্রীও: জয়: অমসুং ডা: চন্দ্রমনি সিংহনা ফেব্রুয়ারী ১২ দা কৌখিবা মীফম মতম য়ৈথোরকপগী মরম হংখি। পাওখুমদা পেন্দবা ফোংদুনা বিরোধীশিং রার্ক আউট তৌখি।

(খ) নিউ চেক্কোনদা মশক খংদবা অনিনা শ্রীতোম্বা কৌবা ১ নোংমৈনা কাপ্লমই হায়।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ : ফেব্রুয়ারী ১৩দা এমপ্ত্ব অমসুং এমস্কোকী মমিংদা শেল খায় হায়না ফানবা তৌবদা চেনখিবা শ্রীচিঙ্গাংবম বসন্ত সিংহ পুলিসতা সরেন্দর তৌখি।

(খ) পীশুম নিঙোম লৈরক্তা লৈবা য়ুম ১দা মশক খংদবা ১৫ চংলক্লগা লুপা ৩০,০০০ মুক্কী সা

অমসুং ফিরোল পুথি ।

(গ) লাংথবাল কুন্নদগী হুৰাল্লম্বা ইলেক্ট্রিক রায়ার ত্রক মপোং ১ ফাখি মৌদি ফাহৌদে হায় ।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ : মেজর জেনরেল শ্রীভেনুগোপাল (মাইক সেক্টর) গা পাওমী শিংগা উনখি । কাউন্টর ইন্স'জে ন্সী মুভমেন্ট চথরক-পদগী ভারত লান্মীনা চিংনবা মী ৬৪০, পীস্তোল ৩, রাইফল ১২, এম: এল: আর: ১ অমসুং এল: এম: জী: ২ ফাগংলে হায় ।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাদা শ্রীখ্বাইরাকপম চাওবা এম: এল: এ: না থাঙ্গৎলকপা শ্রীরিশাং কৈশিং মাস্ত্র মণ্ডল থাজদবা মোসন অধ্যক্ষ শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা ফেব্রুয়ারী ২৭ তা থম্নবা লাওথোকখি । মন্ত্রি শ্রীআই: দি: দিজোংনাং অমসুং পার্লিয়ামেন্টরী সেক্রেটরী শ্রীআর: ভিও য়াওনা এম: এল: এ: ১০ কংগ্রেস (আই) দগী চোংথোকখি ।

(খ) কংগ্রেস (আই) দগী চোংথোরকপা এম:এল: এ: ১০ থারগা পীপলস দিমোক্রেটিক ফ্রন্টকী মেম্বর ৩০ শুখি ।

(গ) ইম্ফালগী হেদ পোষ্ট অফিস সেভিংস বেঙ্কতগী লুপা ৩৭,০০০ নমথাক তৌহনা লোথোক্লম্বা মহম্মদ আশ্রফ আলি ফাখি ।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রিগী থৌসু পুৰা এগ্রিকলচর মন্ত্রি শ্রীও ব্রদিংলেন্না পাওমীশিং গা রহাকী অফিসতা উনখি । মণিপুর বিধান

সভ দা কংগ্রেস (আই) না খ্বাইদগী মশাং য়াম্বা দল ওইরে হায়।

(খ) মণিপুর বিধান সভাগী ওপোজিশন রুমদা পাংথোকখিবা পাওগী সভা ১ দা শ্রীখ্বাইরাকপম চাওবা সিংহনা হাযখি শ্রীরিশাং কৈশিং মন্ত্রি মণ্ডল মাইনোরিটি তাবে। ফেব্রুয়ারী ২৭ তা নমহনা রিজাইন তৌহনগনি।

তাং ২৬ শগোলশেন নুমিৎ : রাজনিতিগী ঈরাং যেংশিন্নবা কংগ্রেস (আই) জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীমতী রাজেন্দ্রকুমারী ভাসপাই অমসুং শ্রীআর. কে. দোরেন্দ্র সিংহ ইম্ফালদা লুৎলৈ।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎ : নুমিৎ ৯৩ নি শুববা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা মন্ত্রি মণ্ডল কম থাদোকপগী চে রাজ্যপালদা পীখি। অনৌবা মন্ত্রি মণ্ডল ১ লাক্কবা ফাওবা কিয়ার টেকর ওইনা থবক পুনবা শীনখি।

(খ) মণিপুর বিধান সভাদা শ্রীরিশাং কৈশিংবু থাজদবা মোসন খন্নগনি তৌরম্বু মহাক্না রিজাইন তৌখিবদগী খন্নখিদ্রে হায়।

(গ) অকাম্পাংতা শ্রীময়াংলম্বম জগদিশ কৌবা শাংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবা ১ মশক থংদবা নহা ৪ মুক্না নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ : নুমিদাংদা মণিপুরদা রাষ্ট্রপতি সাসন চলাইখি।

(খ) ট্রাফিক পুলিসকী কন্সটেবল মহম্মদ অজিজুল হক কৌবা ১দগী মশক খংদবা খরনা থাং

উৎলগা ঘড়ী লাকখি।

মার্চ তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ : কুম্বী কাংজৈবুং মপান্দা কেরোম শান্নবদা থংনবক্তুনা শ্রীকেঃ ঐচঃ সরৎ সিংহ ১স্থং শ্রী ডর্ব্লউঃ কোমোল সিংহ কৌবা ২ শিখি।

তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ফোইজিং অমস্থং থৌবাল কিয়াম অনিগী মরক্তা লৈবা অঙৌবা খোংদা মুসলীমগা মৈতৈগা খুংথোক্ল বদ শ্রী থিয়াম মুক্তা সিংহ কৌবা চহি ৬৭ শুববা ১ শি। মী ৪ শোকখি।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: অঙৌবা খোংগী বাথোক্তা চহি ৬৭ শুববা শ্রীথিয়াম অমুবা সিংহ কৌবা ১স্থ শিখি। মী ১০ ফাখি।

তাং ৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ঈবোইশেম্না চীঙ্গোলদা লৈবা লুরাংলি থোং মনাক্তা খোই-রেনশিংনা পাইথোবক্তুনা লম্বীদা চংপা মপা মচা অনি শিখি। লমশাং মনাক ফাওবা মী চংপা যাখিদে হায়।

তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎ: মন্ত্রি পুখ্রি পোষ্ট অফিসতগী পুংকপা লুপা ১৫,০০০ মশাক খংদবা ৪না দিঃ এমঃ কলেজ মমাংদা লাকখি।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ : পী. দিং এফকী লুচিংবা অমস্থং এমঃ এলঃ এঃশিং শিলোংদা রাজ্যপাল শ্রীএলঃ পীঃ সিংহ উনরুনবা ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : শ্রীজিঃ সিঃ ভাবেজা রাজ্যপালগী এদভাইজর ওইনা

ইম্ফালদা থুংলখি।

(খ ইম্ফাল ট্রেজরী অফিস মনাক্তা ওইল টেঙ্কর এম: এন: এস: ২.৭ না মী অনি থোমদংলগা রাজভাবন মমাংদা লৈবা খোংবান্দা শুজিনখি।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : খুরাই হৈক্রু-মখোংদা লৈবা মহম্মদ ইসলাম উদ্দিন কৌবা চহি ১৮ মুক শুরবা ১না সেক্রেটরীয়েট মমাংদা সাইকল লাক্লম্বদগী ফাখি। মার্চ ৮দা মহাক লুহোংখি. লুহোংবদা পুরুবা শেল শিংনবা সাই-কল লাকপনি হায়।

(খ) ইম্ফাল উখ্রুল লম্বীগি নমথীবী লোক্নী থোং মনাক্তা মী ১০না ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী বস এম: এন: এস: ৯০৪৩ থামখি। ড্রাইভর ফুখি, পেসেঞ্জর ১দগী লুপা ১৫,০০০ মুনখি হায়।

(গ) গৌহাটিদা ফাখিবা প্রিপাক্নী শ্রীমাহপাক শর্ম্মা অমসুং শ্রীসোমচন্দ্র শর্ম্মা এরোপ্লেন্না ইম্ফালদা পুরকখি।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অল মণিপুর ট্রান্সপোর্ট কো-ওপরেটিভ সোসাইটি এসোসি-যেসন্না অয়ুক পুং ৬তগী পুং ১২ চুপ্পা মণিপুর বন্দ কৌখি। রিক্সো অমসুং গাড়ীশিং চেন-খিদে। দুকানশিং থোং থিংখি। পেসেঞ্জর এণ্ড গুদস টেক্স লৌথোক্লবা দাবী তৌখি।

(খ) কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা লৈবা ৬শুবা মণিপুর রাইফলসকী এসিষ্টেন্ট কমান্দেন্ট শ্রীএলাংবম ধনঞ্জয় সিংহ লৌবা লাকপা স্কোর্ট

পার্টি ১দগী মশক খংদবা ৫থক্লা রাইফল ও লাকখি।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ: অল মণিপুর ট্রান্সপোর্ট কো-ওপরেটিভ সোসাইটি এসে সিয়ে-শন্না গাড়ী লেপ্পা অমসুং বন্দ কৌবা গোংজং নুমিৎ ১৮নি শু থবগা লোয়ননা যানবা পুরকখি। পেসেঞ্জর এণ্ড গুদস টেক্স এক্ট বিভাইস তৌবা সরকারনা যাখি হায।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ: ইম্ফালগী কংগ্রেস ভাবন্দা কৌখিবা পাউগী সভা ১দা শ্রীরিশাং কেশিংনা হায, কুইরগা কংগ্রেস (আই) ফিভম ফরাল্ল। মরা চেৎপা সরকার ১ শেমগনি।

তাং ১৫ থাংজ নুমিৎ: শাংজমে কৈথেল মনা ক্লী বস পার্কিংদা ফমহনা লৈরিবদা পী০ এল: এ০ লুচিংবা শ্রীনাওবেম রাজেন চৌবগা থংনবা মযাঙ্গা শিইবুঙোবী মশক থংদবা খবনা নোংমনা কাপ্পু না হাংখি।

(খ) উখ্রুল কৈথেলদা শ্রীকাসিম অমসুং শ্রীনোওভাল কৌবা ১ মশক খংদবা খবনা নোং-মৈনা কাপ্পুনা হাংখি। শ্রীভারিয়াল সিমরে অমসুং শ্রীঅপিং কৌবা অনিনা শোকহনখি হায।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ: জিরিবাম ব্লক-কী লুপা ৫৫,০০০ মথোং খংহনখিদবা মহাংদা প্রজানা মবাল লৈবা অফিসিযেল ফানবা সর-কারদা হকশিনখি।

তাং ১৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: অযুক পু ৯.৩০

অহুরাইদা ককবা নাষৈরাকপম লৈকাইগী সাই-রেম লৈরক্লা আর্মী কাংবু ১গা মশক খংদবা নহারোল খরগা নোংমৈ কাপ্লবদা কৃষ্ণচন্দ্র কোবা ১ শিথি। মহাক নিঙোম থোংজাওদগীনি। ২ নাম্থোকখি হায়।

(খ) ধনমঞ্জুরী কলেজ কেম্পাস্তা লৈবা ইহুকেশন ডাইরেক্টরেটতা মশক খংদবা নহা ৫/৬না কেসি-য়ারদা নোংমৈ নল্লগা লুপা ৭৯,৬০০ লৌখি।

(গ) রাইখোং পুলিস স্টেসন্দা মশক খংদবা খরনা রাইফল ১২ পিস্তোল ২ অমস্তুং মরু খরা লৌখি।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: কেন্দ্র সরকারগী প্লান্নিং মন্ত্রি শ্রীনরায়ন দত্ত টিরারী ইম্ফালদা থুংলবগা রাজ ভাবন্দা কমিশনার অমস্তুং সেক্রে-টরীশিংগী মীটিন ১ কৌখি।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ: প্লান্নিং মন্ত্রি শ্রীনরায়ন দত্ত টিরারী ইটানগরগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। তুলিহল এরোপ্লেন তাফমদা কংগ্রেস (আই) প্রসিদেন্ট শ্রীয়াইশ্রম ললিত সিংহ, শ্রীরিশাং কৈশিং অমস্তুং স্পিকর শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা থিন্দোকবিবগা লোয়ননা রারী শানখি হায়।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ: য়াঁওশঙ মৈ থাখি। লৈকাই কৈরকাইদা নাকাথেংবা চংখি।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎ: থাংমৈবন্দ মুচি খুলগী খোংবান ১দা থাংমৈবন্দ য়ুম্নাম

লৈকাইদা লৈবা শ্রীঙাসেপম তোম্বী সিংহ কৌবা ১ শিনা ফংখি। শ্রীঅমু কবুই অমস্তুং মহাকী ইমুং পুলিসনা ফাখি হায়।

তাং ২৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : সেন্ত্রেল বোর্ড ওফ ৱার্কর্স ইডুকেশন অমস্তুং লেবর দিপার্টমেন্টনা শীনবা নুমিৎ ৫নি চৎথপদবা রুরেল ৱার্করস ইডুকেশন কেম্প ধর্ম্মশলাদা অধ্যক্ষ শ্রীরাইঃ য়াইমা সিংহনা হৌদোকখি।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাগী ওপোজিসন রুমদা পীঃ দিঃ এফঃ তা চোংশিনখিবা এমঃ এলঃ এঃ ১১ য়াওনা শ্রীখ্বাই-রাকপম চাওবা সিংহগা পাওমীশিংগা উনখি। এমঃ এলঃ এঃ মশীং য়াম্না লৈবা কাংবুবু সরকারর শেমহন্দবা হায়বসি গণতন্ত্রগী চৎনরোল শিংন-বনি হায়খি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ : নুপা কৈথেলদা লৈবা শ্রীয়েনখোম থম্বালঅঙৌ সিংহগী তুকান্দা মশক খংদবা ৭ মুক লাক্লগা লুপা ৩,০০০ লৌখি।

(খ) ষ্টুদেন্টস কাওন্সীলনা রীজনেল কলেজদা স্ত্রাইক চংশিনখি। লায়েংবদা রাংপা খুংলাই পী-নবা অমস্তুং বেন্দেজনচিংবা পীনবা দাবী তৌখি।

তাং ৩১ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ চীংমৈরোং-দা লৈবা মাইনর ইরিগেশন এণ্ড ইনভেষ্টমেন্ট দিপার্টমেন্টতগী লুপা ১০,৬৯৬.১৫ য়োংকী উপু ফক্তায়রগা হুখি। অহিংদা চৌকিদার লৈখিদে। খুংমান্নরা হুখিবরা খিগংখি হায়।

এপ্রেল

তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর নৌনা লিংবা মণিপুর ইউ-নিভর্সিটীদা পুনশিনখি। অধ্যক্ষ শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা চীফ গুয়েস্ট ওইরগা পাংথোকপা থৌরম ১দা পোষ্ট গ্রেজুয়েট হাংখি।

তাং ২ শগোলশেল নুমিৎ : রাজ্য অসিদা ঈশিং ঈচাওনা শোকহনবা অমম্থং মরী মথোং থিজিনবা লাক্লম্বা কেন্দ্র সরকারগী সেন্ট্রেল ৱাটর কমিশনগী চীফ ইঞ্জিনিয়ার শ্রীএনঃ কেঃ শর্মানা লুচিংবা কাংবু ইম্ফাল থাদোকখি। চয়োল ১ রোম লৈরমই হায়।

তাং ৩ ঈরাই নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা বোম্বে সাইকল স্টোরদা খুৎলাই পায়বা ৫না লুপা ৪,০০০ অমম্থং সাইকল ২ লৌখি হায়।

তাং ৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : পীপলস দিমো-ক্রেটিক ফ্রন্টনা শীল্লগা এমঃ এলঃ এঃ ৩১ লৈহনা মপুংফাবা মেজোরিটি লৈরবা ফাওবা সরকার শেমহন্দবা অমম্থং এসেমব্লী সসপেণ্ড তৌখিবা রাষ্ট্রপতি শাসন থমজিনখিবা মায়োক্তা সভাযাত্রা চংখি।

(খ) রাষ্ট্রপতি সাসন লৌথোক্নবা এমঃ এলঃ এঃ চোংহন্দবা দাবী তৌহনা অল মণিপুর সোসিয়েল রিফোর্মেশন এণ্ড দিভেলোপমেন্ট সমাজনা শী-ল্লগা নুপী ডাক্তগী রেল্লি ১ চংখি।

(গ) শজিবু নোংম পানবা মীতৈ চৈরাওবা পাং-থোকখি। দোলাইথাবী চীংদা লৈবা চীঙু

পাঙ্গলবা খুন্ডমদা ঐরাং থৌনি পাংথোকখি।

তাং ৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়া, সিঃ পীঃ আই (এম), কংগ্রেস (ইউ) জনতা পার্টি অমসুং মণিপুর পীপলস পার্টিনা শীল্লগা ইম্ফাল সহরদা রাস্ত্রপতি সাসন য়ানিংদবা সভাযাত্রা চংখি। মতুংদা ইম্ফাল মপাল কাংজেবুংদা অচৌবা মীতিন ১স্থ তৌখি।

(খ) উখ্রুল টাউন্দা মশক খংদবা খরনা মী ২ নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : রাংথৈ থাংজম লৈকাইদা লৈবা শ্রীলৈশাংথেম সুরজ কৌবা ১ মহাক্কী কোম্থোংদা নোংমৈনা কাপথুরম্বত্থু লাইকম্বা ওয়দনা আরঃ এমঃসীঃ হোসপীতালদা শি। ওরাং নোংমৈনা কাপথুরগনি হায়।

(খ) কোমুং লম্পাক্তা লৈবা এঃ আইঃ আরঃ ইম্ফালদা গ্রেদ ফ্লোর ওইবা মহম্মদ জোনোন কৌবা ১ মশক খংদবা খরনা কাখি।

তাং ৯ শগোলশেল নুমিৎ : শ্রীলালন প্রসাদ সিংহ মহাক্কী রাজ্যপাল ওইবগী থবক থাদোক্রমদাইদা অরোয়বা ওইনা মণিপুরদা লাক্লম্বা খোংচৎ লোইশিনখিবগা লোয়ননা ইম্ফাল থাদোকখি।

(খ) নুমিদাং পুং ৭ অহুমাইদা কৈশামথোংদা পুলিসকা খুংলাই পায়বা খরগা নোংমৈ কাপ্নখি। শগোলবন্দ নেত্রা মেজর লৈকাইদা লৈবা শ্রীঐচঃ জয়চন্দ্র অমসুং মোইরাংময়ুম লৈরক্তা লৈবা

শ্রীজয়বী কৌবা নহা ২ হাংখি। ৬ ফাখি। সিঙ্গল যেন্নেল ২, রিভোলবর ৪ অমস্তুং হেণ্ডগ্রেনেং খন্না ফাগংখি হায়।

তাং ১১ থাংজ নুমিৎঃ থৌবাল পোষ্ট অফিস্তগী মশক খংদবা খন্ননা লুপা ১০,০০০ লাকখি।

(খ) থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা ফুলচান্দ রাজ-কুমারগী লশিং য়োনবা দুকান্দা খুংলাই পায়বা খন্ননা লুপা ৭,০০০ লৌখি। নোংমৈন্দু কাপ্লমই হায়।

(গ) লম্ফোইখোংনাংখোং ১স্থুং শামুশং রেসনীং এজেন্ট শ্রীহাওবম চাওরেন চিনি কুইন্টল ৩ লোম লোম্না য়েম্ফোক্লমই হায়না লৈকাই নহারোলশিংনা ফাখি।

তাং ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ : মুখিদাং পুং ৯ ৩০ অহুম্নাইদা শীংজমৈ কৈথেন্দা দুকান ২৭ ছুম্ন মৈ চাকখি।

(খ) ৱাংখৈ কোনুং মনাক্তা লৈবা শ্রীভৈগ্য সিংহগী সো মীল নোংয়াই মতুং পুং ১-৩০ তাবদা মৈ চাকখি।

(গ) প্রধান মন্ত্রি শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধী অথম্নবা হেলিকোপ্টর ১না অৱাং খুলদা চংখি। মফম অদুদা জারহরলাল ভাবন শঙ্গাখি।

তাং ১৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুরগী য়ুমথোং অন্নাঙ্গদা চৈয়াওবা থৌরম পাংথোকখি।

(খ) কোইজম পীবা (শন্দংথোং) কোঞ্জেং লৈকাইদা লৈবনা চৈ থাখি হায়।

তাং ১৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : থাও লৈবদা পার্মিট চৎনবগী ককথংখি। হান্নগুম্না থাও লৈবা য়াহনখি।

তাং ১৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কংগ্রেস (ইউ) দা এম: এল: এ: ১১ তিনশিল্লক্লুনা ১২ শুখি। এ: আই: সি: সি: (ইউ) প্রেসিদেন্ট শ্রীদি: দেবরাজ অর্জ ই ম্ফালদা থুংলখি।

তাং ১৬ শগোলশেন নুমিৎ: রাজ্যপালগী এদভাইজর শ্রীজি: টি: ভাবেজাগা মহাক্কী লোয়-শঙদা অহানবা ওইনা পাওমাশিংগা উনখি। এদহোক কর্মচারী ৫০০০ রোম নিয়ম চুম্না দি: পি: সি: তৌরগা খন্দোক খঞ্জন তৌরগনি হায়।

তাং ১৭ ঈরাই নুমিৎ : ইম্ফালগী কংগ্রেস ভাবন্দা কংগ্রেস (ইউ) প্রেসিদেন্ট শ্রীদি: দেবরাজ অর্জগা পাওমাশিংগা উনখি। আমীনা লাল-হোবা নমথবা ওয়েংাই সমাজ অমসুং রাজ-নিতিগী মাইকৈদগী সোলুসন পুরক্কদবনি হায়খি।

(খ) ইম্ফালদা জৈন কাংবুনা মহাবীর মপোক নুমিৎ নিংশিংখি। সভাযাত্রা ১ম্ম চৎখিবগা লোয়ননা ঙ্কানশিং থোং থিংখ।

তাং ২২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : শীংজমৈ থোক-চোম লৈকাইদা হুইদ্রোম দোলেন্দ্র কৌবা চীংঙা মখোংদা লৈবা পাখং ১ নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

(খ) নিংথৌমথোংজাওদা লৈবা শ্রীকামেশ্বর

কৌবা ১ খোংমন ব.সিখোংদা মীওই খরনা হাংতোল্লমই হায়।

তাং ২৩ শগোলশেল নুমিৎ: মণিপুরদা ইচান হানবা ওইনা নহারোলশিংবু লাম্মী লৌনবা নুমিৎ হুম্নিগী রিক্রুইটমেন্ট রেলি ১৪শুবা আসাম রাইফলস প্লে গ্রাউণ্ডদা জিঃওঃ সিঃ মেজর জেনরেল সিঃ ভেনুগোপালনা হৌদোকখি। নহা ৪০০০ হেন্না লাকখি।

(খ) খেবা চীংদা খোংজোম নুমিৎ পা'থোকখি। অধ্যক্ষ শ্রীরাইঃ য়াইমা সিংহ অমসুং এদভাইজর (রাজ্যপাল) শ্রীভাবেজানা লুচিংল্লনা তর্পন কৎখি।

তাং ২৪ ঈরাই নুমিৎ: মসজীদ রোডতা লৈবা ষ্টেন্দর হোটেলদা মেনেজর মৌলুবী অলাউদ্দিন কৌবা ১ মশক খংদবা ৬মুক্তা নোংমৈনা কাপথু-রম্লগা শেল সৌখি। কন্ট্রিমেদ পীস্তোল ১গা মরু মতাগা মী ১ ফাহৌই হায়।

(খ) নোংয়াই মতুং পুং ১ দা পাওনা বাজারদা লৈবা শ্রীহিদংময়ুম রামেশ্বর শর্ম্মাগী হোটেল মৈ চাকখি। ফায়ার ব্রিগেদনা মতম চানা কনখি।

(গ) নুমিদাং পুং ৯-৩০ অতুরাইদা এদিসনেল এসঃ পীঃ ইম্ফাল শ্রীঅহন্থেম রোমেনকুমার সিংহ স্কোর্ট গাড়ী ২গা লোয়নন৷ চংলিনেদা এলাংবম লৈকাই স্কুল মপাদা মশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মিনিট ১০ রোম নোংমৈ কাপ্লবদা কন্সটেবল ২ য়াওনা শোকখি হায়।

তাং ২৫ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফাল তুরেলদা ইকজবা কুমখিবা ৪শুবা আসাম রাইফলসকী জৱান মাম বাহাদুর শিনা ফংখি।

(খ) নুংথিল পুং ৫ অহুৱাইদা পাক শন্না মুহারাখি।

(গ) কোংবা নান্দৈবম লৈকাইদা আর্মীগি রোং চৎপা গাড়ী ১ বোম পোকথায়হনা জৱান ১১ শোকখি। গাড়ী ২ চৎপা মমাং থংবা গাড়ীগি মখাদা পোকথায়খিবনি। জৱানশিংনা নোংমৈ কাপ্পদা মী ৭৮ শোকখি হায়।

তাং ২৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : শঙ্কেনথোং মমাং রাংথৈ লৈকাই অমম্বুং কোংবা ফাওবা অযুক অঙনবদগী কার্ফিয়ু থমখি। এক্সত্রিমিষ্টশিং থিগংখি।

(খ) থৱাই অঙোম লৈকাইদা লৈবা শ্রীলৌশংবম কুন্না সিংহগী য়ুমদা অচিং-অকোম থিবা চংলকপা মী থরগী মনুংদা তোপ খেৱা কৈথেল মনাক্তা লৈবা য়ুম্নাম শয়ং কৌবা মহা ১ কাখি। ময়াম চংহনা রাহকখি।

তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : থাঙ্গাল বাজারদা থংমনা লৈবা দুকান ৮ মৈ চাকখি। অগ্রবাল ষ্টোর কৌবা দুকান ১দগী হৌরকপা মৈনি। অযুক পুং ৬ ৩০ দা চাকপা হৌখি। নুংথিল পুং ২ ফানিং তাম্মান্না মৈ মুৎপা ঙমখি হায়।

(খ) ত্রেটর ইম্ফালদা নুমিদাং পুং ৬তগী অযুক পুং ৪ ফাওবা মতম কক্তনা কার্ফিয়ু থমখি।

(গ) লালদেঙ্গাগী গ্রেটর মীজোরাম য়ানিংদবা কোংহুনা ভারতীয় জনতা পার্টিনা ইম্ফালদা প্রোটেষ্ট রেল্লি ১ চৎখি।

(ঘ) জিংবাম য়োক্নী শেল মাংখিবা মতাংদা বিঃ দিঃ ওঃ শ্রীঅঙক্ষেম অক্ষয়কুমার পুলিসনা ফাখি।

তাং ২৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ শগোলবন্দ মৈনো থোং মপাদা পেট্রোলিং কাংবু ১মা শ্রীকাওবা কৌবা নহা ১ মথোংদা নোংমৈনা কাপশিল্লগা ফাখি হায়।

তাং ২৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ পুংদোংবমগী লবুক রাটর সপ্লাই স্কিম মনাক্তা কেঃ সিঃ পীঃ মেম্বরনি চিংনবা শ্রীমণিহার মমায়বা ২গা চৎলিংদা নোংমৈনা কাপশিল্লগা হাৎখি।

তাং ৩০ শগোলশেল নুমিৎঃ হুলালেন্দা লৈবা মনিংলাগী য়ুম ভারাদা তুমহুনা লৈরিংদা খোংবম রাজেন কৌবা নহা ১ মী থরনা হাৎখি। মহাক শীংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবনি হায়।

(খ) পাওনা বাজারদা লৈবা বর্মা রাটস কোঃগী য়ুমথক্তা বোম ২ পোকখাইখি। মী শোকহোদে। থাইরম্বন্দা মী শমজি থায়হুনা চেনখি হায়।

মে তাং ১ ঈরাই নুমিৎঃ শান্তি রক্ষাগী ফিভম ফগৎলে হায়হুনা গ্রেটর ইম্ফালদা থমখিবা কাফিয়ু লোথোকখি।

(খ) শ্রীআরঃ থখিং অমম্বুং শ্রীমহারাজকুমার প্রিয়বর্ত সিংহবু রাজ্যপালগী এদভাইজর হাপখি।

(গ) মে-ডে থৌরম পাংথোকখি। ঐ সরকারগী

লোয়শঙশিং ছুটি ওইখি।

(ঘ) নুমিদাং পুং ৭ খরা কেনবদা থৌদা ভাবোক লৈকাইদা ১। ওজা ইন্দ্রদম মঙ্গী সিংহ কৈশামথোং মোইরাংনিংথৌ লৈরক ২। ড্রামাষ্টিক যুগিন্দ্রো পেখিয়া হুহেল লৈকাই ৩। ড্রামাষ্টিক এসঃ ইনাওবী সিংহ খুবাল্লা (থৌদা ভাবোক লৈকাইদা লৈবা) ১সুং ইলেক্ট্রিসিয়ান এনঃ মেঘচন্দ্র সিংহ ককরাদা লৈবা মীওই ৪ পুলিসনা নো মৈ কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : শ্রীকোঙ্গাই-লাংপম ইবোমচা শর্ম্মা উরিপোক সোরবোন থিঙেলদা লৈবা মযুমদা শীং থায়রিঙৈদা কোথোক গ্রুগা মশক খংহৌদবা মী খরনা নোংমৈন কাপ্পনা হাংখি। লৈখিদ্রবা শ্রীইবোমচা শর্মা বোর্দ ওফ সেকেণ্ডরী ইডুকেশন্দা এসিষ্টেট সেক্রেটরী ওই হায়।

তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : তুলিহল এয়ার-পোর্টতা শিলচর চংকদবা শ্রীচউংবম শান্তি সিংহ গঙ্গা কো: জিঃ ৩০গা ফাখি।

তাং ৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : পীঃ দিঃ এফঃ ন কৌবা পুং ২৪গী মণিপুর বন্দ পাং-থোকখি। থৌদা ভাবোক লৈকাইদা মী ৪ হাংখিবা মীহাং প্রতিবাদ তৌখি।

তাং ৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : হেংনৌপল দিষ্ট্রিক্টকী মোংয়াং, বোয়াং অমসুং য়াঙৌতো-মচিংবা মফমদা কলেরানা মী ৪ শিখি। পলেন

মনাক্ত্রা লৈবা লমদান খুনৌদা ১ শিখি। মুমিং ৫ ৬ নি মযুমদা মী কয়া নাখি।

(খ) ইম্ফাল সহরগী মফম খরদা সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ ধারা ১৪৪ চলাইখি। মতম কক্তুনা চংনগনি হায়।

(গ) নম্বোল লাইতোঞ্জম খুলদা লৈবা শ্রীশিজ-গুরুময়ুম মাইপাক শর্ম্মগী য়ুমদা শগোল তোংবা খরা লাক্লগা লাইশঙ মাঙুব অমসুং য়ুম মৈ থাখি।

(ঘ) নম্বোল থখোং খুলদা লৈব. শ্রীহিদংময়ুম গৌরচন্দ্র শর্ম্মগী লাইশঙ অমসুং য়ুম তুম্না মৈ চাকখি।

তাং ৭ শগোলশেল নুমিৎ : এনঃ জিঃ কলেজ প্রিন্সিপাল কাদা য়োংকী উপু ফক্তায়রগা পীঃ ইউঃ সেকেণ্ড ইংবারগী ক্লাংচে মৈ থারমই হায়।

তাং ৮ ঈরাই নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা মণিপুর হোলসেল কো-ওপরেটিভ সোসাই-টিদগী অশক থংদবা খরনা লুপা ৩,০০০ লাকখি।

(খ) য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইদা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদা পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর ২ শ্রীসোমোরজিৎ য়াইস্কুল অমসুং শ্রীইবোচৌবা চিংঙাকখা শিখি।

তাং ১০ মোংমাইজিং নুমিৎ : মেজর খুল এলঃ পীঃ ক্লবদা ওল ইন্দিয়া মন্টীপপর্জ লেজুয়েজ ড্রামা কম্পিটিসনদা প্রসিদেন্ট এবার্ড

ফংবা 'গেসোপোং' শাম্নরুবা ফুলিং কলচরেল ওর্গেনাইজেসনগী কাংবু ওকখি।

(খ) খাগেমপল্লি পম্বক্কা লৈবা শ্রীপীঃ কুল্লচন্দ্র সিংহগী য়ুমদা চাক চান্নবা য়াওকব' মী ১০লোম ওবা অমস্তুং ফায়বা তৌহনা ডাক্তর খানাদা লাইকন্নখি।

(গ) হয়াও লোক্তা মী ৩ শিনা ফংখি। লভান্থেম নিমাই মোরে ইখোল, শগোলশেম লুখোই অমস্তু' কোন্সম ইবোহল শয়োহেনবী শম্নিংহনবনি হায়।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : খুরাই চাইথেন থোংখোংদ মণিগুল কৌবা হৈক্রুমখোংদা লৈবা মুসলীম ১ মশক খংদবা ৩/৪ না নো'মৈ কাপ্ত না হাৎখি।

(খ) কোংবা কৈথেলদা দুকান ফম্বা শ্রীকৈশাম খোইবা কৌবা ১দগী মশক খংদবা খরনা নোংমৈ উৎলগা লুপা ৫,০০০ লৌখি।

(গ) লম্ফেল আরঃ এমঃ সীঃ মনাক্তা লৈবা ফার্মাসী ১দগী নোংমৈ পায়বা খরনা লুপা ৬.০০০ লৌখি।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : হৈরাঙ্গোইথোং কঞ্জুময় কো-ওপরেটিভ সোসাইটি দুকান্দা নোংমৈ পায়বশিংনা লুপা ৬,৫১৭ লাকখি হায়।

তাং ১৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : উখ্রুল টাউন্দা লৈবা দুকান্দার ১ সিফাইনা চংলরুগা ফুরম্বগী মায়োক্তা উখ্রুল বন্দ তৌখি।

(খ) খ্বাইরবন্দ কৈথেলগী জৈন মন্দির মনাক্তা মরু-মরাং য়োনবা দুকান :দা পোংশক ১ পোথায়খি। মুতিয়া ১ শোকখি কৈথেল কায়খি হায়।

(গ) মণিপুর সরকারনা কর্ম্মচারীশিংদা এদিসনেল দিয়ারনেস এল্লাওয়েন্স ২ সেপ্টেম্বর ৯, ১৯৮০ অমসুং ডিসেম্বর ৯, ১৯৮০দগী লাকথুংতুনা পীনবা হুকুম তৌখি।

তাং ১৪ শগোলশেল নুমিৎ: চান্দেলদা লুপা লাক্ক ২'৩ চংবা ওটোনোমস ডিস্ট্রিক্ট কাওন্সীল কমপ্লেক্স রাজ্যপালগী এদভাইজর শ্রীজি: সি: ভাবেজানা শঙ্গাখি।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ: পাওনা বাজারদা শ্রীঅশিনিকুমার কৌবা ১ মী ধরনা থাংনা য়ান্দুনা হাংখি। উরিপোক তৌরাংবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীবিধুমচা সিংহগী মচানি হায়।

(খ) পাওনা রোডতা মসজিদ য়োভকা কাওনবা লম্বীদা মণিপুর রাইফলসকী জবান ১না শোয়তুনা নোংমৈ কাপথোকখিবদা শ্রীজগৎ প্রসাদ যাদব কৌবা ১দা পানখি। প্রটাপ টকিজদা টিকেৎ ইরবদগী থোকখিবা থৌদোক অসিদা শ্রীলাইশ্রম যোগেন্দ্র কৌবা ১ কাখি।

(গ) লম্ফেল স্যুইপর কোলোনিদা কাজপাংসাই কৌবা তাংখুল ১ মী ধরনা নোংমৈনা কাপ্লুনা হাংখি। প্রোপর উগ্রুলদা লৈবনি। চহি ৫৩ রোম শুরে হায়।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ : বাকণী চৎখোংদা এল: সেমা নাগা কৌবা ভিমাপুরদগী কারবার তৌবা লাকপা মী ১ থা:না থিন্দনা হাংখি। মশক ৼ:দবা থরনা লুপা ১৬,৯০০ মুনখি।

(খ) মার্চ ৩১ অমস্নুং এপ্রিল ১ লোয়বা অহিংদা অরাং এঃ ওঃ সিং দা লৈবা মাইনর হরিগেসন অফিস্তগী লুপা ১০,৬৬৫'১৫ লাকখিবা মী ২ ফাখি। কংবাইদা লৈবা অওন কোম অমস্নুং উচান তম্পাক্তা লৈবা য়াংখোপ কৌই হায।

তাং ১৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : এম: এল: এঃ চোংপাক চোংশিন শোগংপা তৌতুনা মণিপুরদা নৌনা মীথল তৌনবা পী: দি: এফ: না কেন্দ্র সরকারদা তকশিনখি। শ্রীয়ংমাসো শৈজা নই দিল্লিদা পাইশিনখি।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : উচেক্কোন খুনৌদা লৈবা শ্রীতখেল্লম্বম দিল্লিপ কৌবা নহা ১ কোংব ক্ষেত্রি লৈকাই লম্বীদা খুজাশিংনা শেম-দোক্লব ।পীস্তোল ১গা কোয়না ফাখি।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : হৈঙাং মখা লৈকাইদা অনি থংনবদা শ্রীপাঙম্বম ইঙোচা কৌবা ১ লোংনা থিন্দুনা হাংখি।

(খ) মণিপুর বিধান সভাদা পা: দি: এফ: তা লৈবা এম: এল: এ: ৫ চোংশিল্লক্লনা কংগ্রেস (আই) এম: এল এ: ৩৩ শুরে হায়না লাওথোকখি।

তাং ২১ শগোলশেল নুমিৎ : আর্মীগি ইউনিফোর্ম মচুগী ফুরিৎ খোংগ্রাও অমস্নুং

গাড়ীদা চোরোফোন মচু শীঙ্জিন্নবা রাজ্য সরকারনা য়াহনখিদ্রে হায।

(খ) ৫শুবা সিঃ আরঃ পীঃ একঃ কাংবু ১না চীংথৈ খুলদা লৈবা পীঃ এলঃ এঃ কেম্প থুগাইখি। রাইফল ৪, মরু ৬ অমসুং বেরেল ১ য়াওন অতৈ খুৎলাই থরা ফাগৎখি হায়।

তাং ২২ ঈবাই নুমিৎ : কৈরাওদা লৈবা অবহল সতব কোৌবা ১গী যুমদা মশক খংদবা খরনা লুপা ১৪,২০০ লুট তৌখি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : পুখাওগী প্রধান শ্রীসাইখোম ব্রজগোপাল সিংহ ময়ুমগী কোম্বোংদা মশক খংদবা খরনা ময়াদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা হাংলমই হায়।

(খ) চংজরক্লবা লাগহৌবা নহাবোল ১৬০ এগ্রিকলচরেল অমসুং কো ওপরেটীভ সোসাইটিনচিংবা মওংদা শীন্নহনা খুদোংচাবা পীরে হায়না সরকারনা লাওথোকখি।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ ভারতীয জনতা পার্টি কর্মীশিংনা পুং ২৪ চৎথগদবা সত্যগ্রহ হৌখি। মণিপুরদা শান্তি রক্ষাগী ফিভম ফংচিন্নক্রবা অমসুং পোৎ চৈ তাংলকপা মায়োক্না চংশিনখিবানি হায়।

তাং ২৬লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ভারত সরকারগী কর্ম্মস মন্ত্রি প্রনাব মুখর্জি কংগ্রেস (আই) ওবজার্ভর ওইনা অনৌবা মন্ত্রি মণ্ডল শেম্নবা মতাংদা রাজনিতি ফিভম য়েংশিনবা লাকখি।

(খ) লম্বোই খুলদা আমীনা নোংমৈ কাপ্পদা কেঃ সিঃ পীঃ মেম্বর ২ শ্রীএমঃ লুখে ই শগোলমাং শ্রীসিঃ ঐচঃ চাওলেন লম্বোই খুল শিখি।

(গ) ইম্ফাল উখ্রুল লম্বীগি নমথী খোং মপাদা বস থংলগা লুপা ৭০,০০০ লুট তৌখি।

তাং ২৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কেন্দ্র সরকারগী কর্ম্মস মন্ত্রি শ্রীপ্রনাব মুখর্জিগা রাজ্য ভাবন্দা পাওনীশিংগা উনখি। মণিপুরদা চা অমসুং কোফি থাবগী পাইলোট প্রোজেক্ট ২ পায়থংনবা খন্নরগনি হায়।

(খ) ইম্ফালদা য়ুঠ ফেদরেশন ওফ ইন্দিয়ানা শীল্লগা টেক্স বুক ফংদবগী মায়োক্তা প্রতিবাদ রেলি চংখি।

(গ) হৈরোক পার্ট রান ভোরাংবম লৈকাইদা খোংবম নক্লগা আরঃ কেঃ ইবোযাইমা কৌবা মহা ১ মী খরনা মকোক্তা থাংনা খায়রগা হাংখি হায়।

তাং ২৮ শগোলশেন নুমিৎ : এমঃ এলঃ এঃ শ্রীমৃনালনা মহাকী সহি শারগা শীজিন্নরমই হায়না পীঃ দিঃ এফঃ লুচিংবা শ্রীথাইরাকপম চাওবা সিংহগী মথক্তা পুলিস কেস ১ থাক্কংখি। মহাক এমঃ পীঃ পীঃ তোকখিবগা লোয়ননা পীঃ দিঃ এফঃ তা মাওরে। কংগ্রেস (আই) মেম্বর ওইরে হায়খি।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ : বস এমঃ এনঃ এসঃ ১৬৬ খোংজোম সগোইখোং লমদাংদা খুদোংথীবা

বা থোক্কু না মী ১০ শোকখি। অশোকপা ভুমক খোবাল প্রাইমারী হেল্‌থ সেন্টরনা লাইকন্নখি।
তাং ৩০ থাংজ নুমিৎঃ নুংবা পুলিসকী এ· সিঃ শ্রীদরিউ হুহার সিংহ তমেংলোং চৎপা লম্বীদা নুংনা নন্দুনা শি।
তাং ৩১ নোংমাইজিং নুমিৎঃ শগোলবন্দ মৈনো থোং অহাইবী মনাক্কী থোংনাংদা য়াম্লম্বা পীঃ এলঃ এ. ষ্টার লৌশরুবদা পাঙন ১ বোম পোকখায়রক্লনা শোকখি। পুলিসনা নেকলুবা মীনি হায়।

জুন

তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফাল সেক্রেটরীয়েট মমাংদা এলঃ তোম্বী রাচর সপ্লাইদা থবক তৌবা এসঃ সভাজিৎ অমম্ভং মোইরাংথেম নব সিংহ পুলিসনা ফাখি। মরম তাকখিদে হায়।
তাং ২ নৈপাকপোকপা নুমিৎ: এদভাইজর (রাজ্যপাল) শ্রী আর: খথিংগা সেক্রেটরীয়েটতা লৈবা অফিস্তা পাওমীশিংগা উনখি।
তাং ৪ শগোলশেন নুমিৎঃ গৃহ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীযোগেন্দ্র মকৱানা নুমিৎ নিনি খোংচৎতা ইম্ফালদা থুংলৈ। লোক্তাক প্রোজেক্ট য়েংশিনখি। রাজনিতি লুচিংবশিংগা রা থন্নখি।
তাং ৫ ঈরাই নুমিৎঃ গৃহ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীযোগেন্দ্র মকৱানাগা পাওমীশিংগা ভুলিহল এরোপ্লেন তাফমদ উনখি। মণিপুরদা কংগ্রেস (আই) সরকার অাবুবা মতমগী মতুংদা শেমহল্লগনি হায়খি। মতুংদা নই দিল্লিগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি।

(খ) লম্ফেলদা লৈবা অ'রঃ এমঃ ফিঃ মনিংগী থবক শুবশিং লৈফমদা (শত) মৈ চাকখি। কেরোসিন্দগী হৌরকপা মৈনি হায়।

তাং ৬ থাংজ নুমিৎ : ইথাই বে'রজ ঈশিংনা মৌখৎতুনা সেকমাইজিন, ময়াং ইম্ফালনচিংবা মফমদা লৌ পারি লিশিং ১০ হেন্না ঈশিং থুম্বী থুঙ্গাশিংনা সরকাবদা রাকংখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : মোইরাং কুমাম লৈকাইদা চহি ৭ কী নুপী মচা ১ মীরোলবগী চপ চাবা ফিভম উংলক্লে হায়না মাইবা মাইবী কৌনখি। মী কয়ানা যেংবা লাকখি।

'খ নোংমৈ শারগা চাযেং তৌবদা মতৌকগন্দা পানবা শাংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাইদা শ্রীবাইঃ সমরেন্দ্র ফাখি। পীঃ এলঃ এঃ গী নোংমৈ শাবনি হায়।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : অল মণিপুব মেনেজিং ডাইরেক্টর (কো-ওপরেটিভ)প্রোগ্রেসিভ এসোসিয়েশন্না দাবী তকবা ইম্ফাল বাজাব বন্দ পাংথোকখি। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল শীংজমৈনচিংবদা দুকান থোং থিংখি, মী ইতাক তাকখি।

তাং ১০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অনৌবা মন্ত্রি মণ্ডল শেমবা কংগ্রেস (আই) অমসুং পীঃ দিঃ এফঃ না রাজ্যপালদা তকশিনখি, য়াখিদে হায়।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : তোকঙা নুতি চেক্ষোংগী মপোক নুমিৎ নিংশিংখি। অদুগা চেকোং পুথোক্লুনা নিংশিং থৌরম ১সু পাওনা

রাজারদা লৈবা লোযশঙ্কদা পাংথোকখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ভারতকী খোংলান্নীগী মকোক জেনরেল কে: ভি. কৃষ্ণরাও নোংমগী খোংচংতা ইম্ফালদা থুংখি।

তাং ১৮ শগোলশেল নুমিৎ: রাজ্যপাল শ্রীলালন প্রসাদ সিংহ ইম্ফালদা থুংখি। শ্রীখাই-রাকপম চাওবা সিংহনা শৌগৎপা পী: দি: এফ: এম: এল: এ: মশীং উংনবা খংহনখি। শ্রীচাওবা সিংহনা এসেমব্লীদা উংকে হায়খি

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ : ককবা লিলান্দো লম্পাক্তা লৈবা ইলেক্ট্রিক দিপার্টমেন্টতা থবক তৌবা শ্রীরাই: মোহেন্দ্র সিংহ কৌবা ১ ফমুংদা হিপলিডৈদা মশক খংদবা মীওক ৫/৬না নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি।

(ঘ) কংগ্রেস (আই গী শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিং-বা মন্ত্রি মণ্ডল রাশক লৌখি। কেবিনেট ৮ অমসুং ষ্টেট মন্ত্রি ১ য়াওনা রাজ ভাবন্দা রাশক লৌবগী থৌরম পাংথোকখি।

(গ) লম্ফেলপাংতা লৈবা রীজনেল মেদিকেল হোসপীতাল স্নুপরিন্টেন্দেন্ট কাদা মশক খংদবা মী ৫ চংলক্লগা লুপা ১০,০০০ লৌখ হায়।

(গ, বর্ম্মা মোটোর এজেন্সীগি প্রোপ্রাইটরদা চুরী উৎলগা শেল লৌনবা হোংনবম্বা নহা ৩ ফাখি। মমিং খুমন্থেম স্নুরেশ খুয়াথোং, মুতুম বিজয় থাংমৈবন্দ অমসুং থাংজম ইমো খুযাথোং কৌই হায়।

(খ) পুলোংবমদা আঙ্গৈল্লা থিংগ্রবা সংস্থানশিংগী মরী লৈনবা চে-চাং নল্লম্নগী মরীদা শ্রীকেঃএসঃ ঐচঃ জিলা সিংহ অমস্তুং শ্রীরঘুমনি সিংহ মেচিনগা কোম্নবা ফাখি।

তাং ২০ থাংজ নুমিৎ: থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা মাখন লালগী ,হুরাই মক-মরাংনচিংবা য়োনবা ডুকান ১দা নোংমৈ উৎলগা মী ৪ খক্লা লুপা ৯০০ লৌখি হায়।

(খ) ভুলিহল এরোপ্লেন ভাকমদা পুলিসনা লুপা ৩,১৭৮ মুক্কী মীয়েবাক্কী পোৎ-চ ফাখি।

তাং ২২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রি শ্রী রিশাং কৈশিংগী মন্ত্রি মণ্ডলদা শ্রীভু রদিংলেন ১স্থং শ্রীআইঃ তোম্পোক সিংহ দিপুটি চিফ মিনিষ্টর ওইনবা চিংখাযনখি। কেম্প তৌবা হৌনে হায়।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: কোবুদা ফিবোই শোনবা য়াওবা চৎখিবা শগোলবন্দ লৌশ্রাম লৈবক্কা লেবা শ্রীচোংথাম বাজেন সিংহ শিনা ফংখি!

তাং ২৫ শগোলশেন নুমিৎ: অহানবা মণিপুর রাইফলসকী নাইক তেগ বাহাদুর কোবা ১ ফমুংদা মথন্তা নোংমৈ কাপশিন্দুনা শিখি। নুপী ২ লোনবা নুপানি হায।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎ: সেক্তাদা সেক্যুরিটিগী কাংবু ১গা কেঃ সি. পীঃ থরগা নোংমৈ কাপ্নখি। মী ১ রাইফল ১ অমস্তুং মরু ৫৩ ফাখি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ: শগোলবন্দ লাংজিং

অচৌবদা লৈবা সিঃআরঃপী' এফঃ গাড়ী ১ পাংশোটপী উকু মপাদা হান্না ফুম্নগা বোম অমা পোকথায়দুনা অমাং অম্তা থোকখি। জৱান ২ শোকখি। খিজিনবদা কেঃ কুল্লা, এমঃ ধীজেন, পিঃ তোলডৌ অমস্থং এনঃ বীরেন কৌবা লাংজিং অচৌবদা লৈবা মী ৪ ফাখি।

(খ) থাঙ্গাল বাজারগী এসেমব্লী রোডতা লৈবা দুকান ৭ অমস্থং কার দব্লিউঃএমঃইঃ ১৯৪৩ তুম্না মৈ চাকখি। মঙ্গীলাল জৈন কৌবা ১গী দুকান্দগী মৈ হৌরকপনি হায়।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎঃ ইম্ফাল ডিমাপুর চেনবা মণিপুর ষ্টেট রোদ ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেসনগী বস মাও ফাওবা চেনখি। ডিমাপুরদগী নাগালেণ্ড বসতা পুরকপা পেসেঞ্জর অমুক মাওদগী পুরক্লুনা চেনবা হৌখি। মরমদি জুন ২৬ অমস্থং ২৭তা ডিমাপুরদা লৈবা এমঃএসঃ আরঃ টিঃ সিঃগী য়ুম ১অস্থং গাড়ী মৈ থাথিবা ঈরাংদগীনি হায়।

(খ) হৈঙাং মখা লৈকাইদা লৈবী শ্রীমতী কাংজম ইবেমহল দেবী চাক থোংনবা ঈকজবা চংখিবদা ঈবাক্লুদুনা শি। মহাক মীরোল্লে হায়।

তাং ২৯ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ খুরাইরমন্দ কৈথেল চেংদাইফমদা অপাবা শেল লুপা ১০০ চংপী ১গা মী ৩ ফাখি। লাঙ্গোল চীংদা লৈবা লোংজম কোমলা সিংহ, ডাটৈলুং কবুই অমস্থং পাটৈলুং কৌউ হায়।

তাং ৩০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: গৌহাটিদা মাক সিট লৌবা চৎলুবা শ্রীইমো ১মুং শ্রীমেঘচন্দ্র কৌবা ছাত্র অমি ডিমাপুরদা ফুরকপদগী য়ামাং তেক্লগা ইম্ফালদা শুংখি।

জুলাই

তাং ২ শগোলশেল নুমিৎ: ময়াংখাং তুরেল লান্থোক্লবা হোৎনবদা সজা কৌবা ১ ঈরাক্লহুনা শিখি।

তাং ৩ ঈরাই নুমিৎ: নাওরেম থোংদা পাং-থোকপা দিবেটিং কম্পিটিশন ১দ, চিফ গুয়েষ্ট ওইবা পরার মন্ত্রি শ্রীকোইজম রাধাবিনোদকী স্কোর্ট কাংবুগা মশক খংদবা থরগা নোংমৈ মুন্নখি। মী ৫ শোকখি।

(খ) লমাম্বুং পুখ্রিদা পীঃ এলঃ এঃগী বেলুন ২ তাওহুনা লৈরমই। পুলিসনা লৌখংখি।

তাং ৫ নোংমাইজিং নুমিৎ: জুলাই ৩ দা নাওরেমথোংদা নোংমৈ মুন্নবগী ঈরাংদা শোকখিবা উরিপোক তখেল্লম্বম লৈকাইদা লৈবা পোৎশংবম রাজমনি সিংহগী মচা অঙাং ১ অ্যারঃ এমঃ সীঃ হোসপীতালদা শি। নম্বুল তুরেল মপান্দা ফুমজিল্লুরবা মতুংদা পুলিসনা পোষ্ট মোর্টেম তৌনবা লৌবা লাকখি। মাজিস্ত্রেৎ য়ৌনখি, মতুংদা লৌথোকখিদে হায়।

তাং ৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাবু এনিমেটেদ সসপেন্সন থম্লকখিবহু লোই-শিনখিবগা লোয়ননা মীফম ফম্বা হৌখি।

(খ) কংগ্রেস (আই) মীরেপ শ্রীরাহেংবম অঙৌ

সিংহবু মণিপুর বিধান সভাগী উপ অধ্যক্ষ খনখি মহাক্না ভোং ৪৩ অহুগা লম্বা পাখিবা সিঃ পীঃ আইঃগী শ্রীক্ষেত্রি ঈরাবোৎনা। ভোং ১৪ ফংখি সদস্যা ২ লাকখিদে হায় ।

(গ) তেকচমদা পীঃ এলঃএঃ লুচিংবা শ্রীনাম্নৈ-রাকপম বাশেশ্বর সিংহগা লোয়নননা। শ্রীশরৎ ওকে সসি জম্মু এণ্ড কাশ্মীর রাইফলসনা ফাখি। হান্না নুংথিল ৫-৩০ দা নোংমৈ কাপ্লখি, পীঃ এলঃ এঃ গী কবিচন্দ্র, রাজেনমচা, ইন্দ্রজিৎ, খোগেন, শান্তি, বীরমঙ্গল অমস্তুং ইনাও শিখি। এসঃ এলঃ আরঃ ৩, পীস্তোল ৭, স্টেন কারবাইন ১ অমস্তুং অতৈ পোৎ খরা ফাগংখি ।

তাং ৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাদা এমঃ এলঃএঃ শ্রীচান্দম মণিহার সিংহনা পৃথৎপা সোর্ট ডুরেশন দিসকসন খল্লবদা মেম্বরশিং মরক্তা শাওনখি। শ্রীওঃ জয় অমস্তুং শ্রীকোইজম রাধাবিনোদ অরায়-অথুম তৌনখি। শ্রীজাগোর সিংহনা মাইক্রোফোন থুদেকখি। শ্রীওঃ জয়না সেন্দল থাক্সংখি। অধ্যক্ষ শ্রীরাইঃ য়াইমা সিংহনা নুংথিল মীফম লোইস্লিডেদা মথং নুমিংকী অয়ুক পুং ১১ ফাওবা মীফম রৈথোকখি।

(ঘ) বাংগড়ু নোংমাইথোংদা লৈবা শ্রীসোরো-খায়বম শামুগী য়ুমদা অশাবা পীস্তোল পায়রগা শেল লৌনবা তৌরম্বা হৈরোক্তা লৈবা শ্রীথোক-চোম তোম্বা সিংহ খুঞ্জাশিংনা হাংখি ।

তাং ৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অল মণিপুর ত্রেদ

ইউনিয়ন অমস্তুং এসোসিয়েসনগী স্ত্রাগল কমিতিনা কৌবা থবক লেপ্পা স্ত্রাইক হৌখি। দুকান অমস্তুং সিনেমা হোল থবক লেপখি।

(খ) মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা প্রজাদা জৌবা আপীল হেলিকোপ্টরনা চাইথখি। সরকারনা শান্তি পুরক্নবা হোংনবদা সহযোগ পীনবা আপীল তৌখি।

(গ) ইম্ফালদা লৈবা ত্রাইবেল গার্লস হোষ্টেলগী চৌকিদার শ্রীডুলখোলাম কুকি লুপা ৯৫,৯০০গী অশাবা লুপা ১০০ চৎপী মথাম ফাগৎখি। শেল নম্নবা ব্লোক থকস্তু ফাবদা য়াওখি।

(ঘ) বোমদিয়ারদা লৈবা শ্রীঅসেম নিথেমজাও সিংহগী য়ুমদা লো লৈ লৌবা লাকপশিংনা লুপা ৪০০ লৌখি। স্নাতুলা ১ খুদাং ঘড়ী ১, রেদিও ১ থকস্তু পুখি হায়।

তাং ৯ শগোলশেন নুমিৎ : জুলাই ৮দা মনিবিধান সভাদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা মণিপুরগী পাও-চেশিংনা অরানবা পাও ঙাক্না ফোংই হায়খিবা মায়োক্না, লাল্লে হায়জন্ত্রিবা কাওবা পাও চেশিংনা মীক্ষম (এসেমব্লী) বোইকোট তৌনবা ফিরেপ লৌখি।

(খ) উখ্রুলদা লৈবা শ্রীথাংখোপাউ কুকি ইম্ফালগী জোমী ভিলাদা লৈবা মনা :দা হাংতোক্লগা হুন্দোক্লমই। মখোয়গী অমস্তুং মকোক্না থোমদংপগী মফম লৈ, হায়।

(গ) ইম্ফালদগী ভিমাপুর য়ৌবা এম: এস:

আরঃ টিঃ সিংগী লেপ্পুরবা বস চেনবা হৌখি ।

তাং ১০ ঈরাই নুমিৎ : উরিপোক চৈরাপভা য়ুংবা ফিরাল চৈখোক মতোম্দা থেৎলম্বা পী· এলঃ এঃ সিম্বোল সেক্যুরিটি কাংবুনা কাপথরগা লৌ-থোখি ।

(খ) রাংথৈ পুপ্রস্বম লৈরক্লা লৈবা রেসনীং এজেন্ট শ্রীরাজকুমার কালাম্বা সিংহগী দুকান শগুন তৌখি। পোৎ-চৈ হুপ্রগা মৈ থাদোক্লমই। লুপা ৭৫,০০০ রোমগী পোৎ-চৈ তুম্না চাকখি হায়।

তাং ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ : য়াইরিপোক বিষ্ণুনহাদা আর্মীগি ত্রক ২ বোম পোকখায়হনা অমাং-অতা নংখি। জরান ২ শি। হান্না ফুম্নম্বা বোম ৩ পোকখায়খি, ৩না ফংখি। বোম পোক-খায়থিবগা মশক খংদবা থরনা নোংমৈ কাপশিল্ল-কখি, মতুংদা মশক খংদবশিংহ ত্রক ১ দা নাম্মোক-খি। নোংমৈ থরা লৌথি হায়।

(খ) ইরিনবুং কৈথেল মনাক্কী থোং বোম পোক-খায়হন্দুনা গাড়ী লানবা য়াহনখিদে। নোংচুপ থংবা নাকলদা থীনা শোকখি। মীশক খংহৌদে। সেক্যুরিটি কাংবুনা থিগৎখি।

তাং ১৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : খুম্বোংদা ৫ ত্তবা মণিপুর রাইকলসকী গাড়ী ১ বোম পোকখায়হনা অশোক অপন নংখি।

(খ) কংলা পার্ককী জিঃ এমঃ হোল মনাক্লা স্কুটর এমঃ এনঃ এসঃ ২০৯২ কা ত্রক ১গা থোমদংনবদা

স্কুটর লৌবা য়াদে। তোংলকপা শ্রীদিনেসকুমার মহেশ্বরী কৌবা ১ শি। শ্রীরোংলা ফাউট কৌবা ১না লাইকল্লখি। ত্রক মশক থংহৌদে হায়।

(গ) ইম্ফাল জিরিবাম লম্বীদা মবুথোং গাড়ী লাননবা য়াদবদগী লম্বী অসিদা গাড়ীচেনবা লেপখি।

(ঘ) তমেংলোংদগী বীল কাযথোকলুরগা হল্লকপা জিরিবাম পাংচাওদা লৈবা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম বীরেন কৌবা ১দগী মহাক্না থুয়াথোং য়োরকপদা মশক থংদবা মী ওনা লুপা ১৮,৩২০ লাকখি।

তাং ১৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : লিলোং মনাক্কী উশোয়পোকপীদা আর্মীনা তান্নরকপা অণ্ডাওবা ১ চেনশিল্লকপদা কল্লবা হোংনকুবা এক্সাইর্জ বীট অফিসকী অফিসার ১ নোংমৈনা পানখি।

(খ) কোংবা মদন মুকোজি মনাক্না লৈবা মীরেপুংদা হৈবী ১ পানখি। হৈবী অসি লুপী লাল মতুংদা ৫ পানবদা জপান লাল থোকখি। মতুংদা ১ পানখি, মহারাজ শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র োঙ্গাখি।

তাং ১৬ শগোলশেল নুমিৎ : মোর্টবুংদা মণিপুর ষ্টেট রোদ ত্রান্সপোর্ট কোপোরেশনগী সুপর দিলক্স এমঃ এনঃ পীঃ ৪৬৯ অমসুং প্রাইভেং ত্রক এমঃ এনঃএসঃ ১২১৩ নোংমৈ পায়বা ৪খক্না থায়গা লুপা ১১,৩৬০ অমসুং লুপা ৮,০৪২ গী পোং লুট তৌখি।

তাং ১৭ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুর তম্পাক্কী শরুক অয়াম্বদা লৌবুক লৈক্রক চংপগী বাকং লাকুখি।

পুখ্রি অমস্থুং তুরেল ঈশিং লিকিখি।

তাং ১৮ থাংজ নুমিৎ: বর্মা শুগ্ন রোডতা গাড়ী চেনবা লেপ্পা আন্দলোন তৌখি। জুলাই ১৪ উশোয় পোকপী থোং মনাক্তা জরানশিংনা পেসেঞ্জর অমস্থুং ড্রাইভরনচিংবা তাথি তাওইনা তৌখিবা মায়োক্তা অল মণিপুর রোড ট্রান্সপোর্ট ড্রাইভর এণ্ড মোটোর ৱার্কর্স ইউনিয়ন্না চংশিনবা থোংজংনি হায়।

তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: ৱাংখৈ তোকপম লৈরক্তা লৈবা য়ুম ১দা জুৱার শান্নরিঙৈদা মী ২ ৩ চংলক্লগা নোংমৈ উৎতুনা লুপা ২০,০০০ লৌখি।

তাং ২০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: শজেনথোংদা লৈবা কাটরদা এগ্রিকলচর এদভাইজর শ্রীএস: ভৌমিক মশক খংহৌদবা ২ চংলক্লগা অযুক পুং ৭ ঝৱা হেনবদা নোংমৈনা কাপশিল্লমই। আর:এম: সী: হোসপীতাল য়োবদা শি।

(খ) মৈনো থোংগা ফাওনবা উরিপোক লম্বীদা পী: এল: এ: গী প্রোপেগন্দা তৌবা ফুট ২ ৱাংবা ফম্বাক ১গা স্ট র ১গা লৈরমই। পুলিসনা পেট্রোল হৈজিল্লগা মে থাবদা মিনিট ১৫/১৫ কান্নবা বোম ২ পোকখায়খি।

(গ) লম্ফেলগী স্না কৈথেলদা ৱাচেংকী ফক্রোং শাবা খুঙ্গামযুম মুনাল কৌবা ১দগী লুপা ৬০০ অমস্থুং লুপা ১,৫০০ গী স্না খুৎলাই পায়বা ৫না লৌখি হায়।

তাং ২১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: এগ্রিকলচর এদভাইজর শ্রীএস: ভৌমিক্কী অশিবা হকচাং এরোপ্লেন্না কলকত্তাদা পুখি। রাজ্য সরকারনা লুপা ২৫,০০০ অমস্থুং মহাক্কী পেন্সন ফংবগী মতম শুদ্রিবা ফাওবা শ্রীমতী ভৌমিকতা মপুরোইবনা ফংলগনা তলব পীগনি লাওথোকখি।
(খ) খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা য়ু ভাওরগী নেমী মিজো কৌবী মুপী ১ ফাখি। চুড়াচন্দপুরদগীনি হায়।
তাং ২৩ শগোলশেল নুমিৎ: চৌংমৈরোং থোংনাং অনি কারক্তা পুলিসগী গাড়ী ১গা এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্টকী গাড়ী ১গা থেংজিন্নবদা ড্রাইভর এলররুং হলুং অনাল শি।
তাং ২৪ ঈরাই নুমিৎ: হৈরাঙ্গোয়থোংদা শীংজমৈ পী: এস: কা ও: সি: শ্রীচাওবা সিংহ চিংখাম লৈকাইদা লৈবা ময়ুমদা থিল্লরগা হল্লকপা জীপ এম: এন: পী: ৪০০ বোম পোকখায়রবনা অমাং-অশা থোকখি। মীদি শোকহৌদে হায়।
তাং ২৫ থাংজ নুমিৎ: ইম্ফালদা লৈবা পী: দব্লিউ: দিপার্টমেন্টকী চীফ ইঞ্জিনিয়ার অফিসতা আইদেন্টিটি কার্ট পায়দবা মী ৩০০ রোম পুলিসনা ফাজিনখি।
(খ) সেন্ট্রেল দিস্ট্রিক্টকী এদিসনেল এস: পী: শ্রীধ্রুব মিশ্রাদা রাষ্ট্রপতিগী পুলিস মেদল পীবগী পাও ইম্ফালদা ফংখি।
তাং ২৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: এগ্রিকলচর এদভাইজর শ্রীএস: ভৌমিক হাংথিবা মরীদা

শজেনখোংদা লৈবা হোর্টিকলচর ডাইরেক্টর শ্রীগুইতে পুলিসনা ফাখি। শ্রীটি. ঐচঃ নিমাই সিংহ অমস্থুং শ্রীএনঃ ইমো সিংহস্থু ফাখি হায়।

(খ) লাইরেনকাবীদা লঙ্গীদা চংলিঙৈদা শ্রীমঙ্গী কৌবা ১ মশক খংদবা খরনা মপুক্তা নোংমৈ কাপশিল্লমই হায়।

তাং ৩০ শগোলশেল নুমিৎ: খোংনাং ফৈদেকপীদা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদা শোকখিবা শ্রীলৈশাংথেম তোম্বা আরঃএমঃ সীঃ হোসপীতালদা শিখি।

আগষ্ট তাং ১ থাংজ নুমিৎ: গৌহাটি হায় কোটকী দিপুটি রেজিষ্ট্রার শ্রীগৌরচান্দবী সিংহগী শগোলবন্দ থাংজম লৈরক্তা লৈবা য়ুমদা শেল লৌবা লাকপা নহা ২ মাইস্নাম মোমো পীশুম ওইনাম লৈকাই অমস্থুং লৌশস্নম তোম্বা কৈশামথোং ফাখি।

তাং ৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: লম্ফেল রিজার্ভ লাইনদা লৈবা কাটর ১দা শ্রীগৌরমোহোন ১স্থুং মহাক্কী মুপী শ্রীমতী মনোরোমা দেবী ইলেক্ট্রিকনা চিংহুনা শি।

(খ) ইম্ফাল জিরিবাম বস পুলিসনা ডাক-শেন্না চেনখি। জেলিয়াংরোং ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন্না দাবী তানবা বন্দ কৌখিবদগীনি হায়।

(গ) বিষ্ণুপুর এসঃ দিঃ ওঃ অফিসতগী নহা ৩না লুপা ৮,০০০ লাকখি। মখোয়না মুনখিবা স্কুটর নম্বোলদা পুলিসনা ফাখি হায়।

(ঘ) নম্বোল কৈথেলদা ত্রক ১ থাম্লগা নোংমৈ মতোন্দা লুপা ৫,০০০ লাকখি।

তাং ৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ কোদোমপোকপীদা ভেটিরিনরি মন্ত্রি শ্রীথৌনাওজম চাওবা সিংহনা ডিসপেন্সরী ১ হাংদোকখি।

(খ) লমশাং পুলিস স্টেসন্দা মশক খংদবা ১০ মুক্তা খুদুম চনশিল্লগা ইম্ফাল রেষ্ট রান কম্যু-নিতি দিভেলোপমেন্ট ব্লোকী শেল হাপ্লা য়োংকী উপু অমস্তুং ফী তোঙান তোঙানবা কেসকা মরী লৈনবা ফাইল খরা পুখি হায়।

তাং ৭ ঈরাই নুমিৎ: থাবৈশোয়দা লৈবী সমসদ বেগম কৌবী নুপী ১ চাইরেন থোং-খোংদা খামতুনা লৈরম্বা জীপ ১ দা হাপকৎলগা ফানবা হোৎনবদা থেংনহৌবশিংনা নুংহুমন থাবদগী জীপকী ড্রাইভর ফাগৌই। নুপীদু কল-হৌই হায়।

তাং ৯ নোংমাইজিং নুমিৎ : নেসনেল সেক্যু-রিটি এক্টকী মখাদা ফাদুনা লৈবা বন্দি ১২ ইম্ফাল সেন্ত্রেল জেলদগী নাম্থোক্তুনা চেনখি। মখোয়না জেলর শ্রীবীরমনী সিংহবু নোংমৈ নম্লগা পুখি। রাংখৈ অয়াং পল্লিদা থাদোক্লমই। রাং-খৈদগী হায়জেক্ট তৌখিবা স্কুটর এঃ ডিঃ এলঃ ৮৮৯৯ কোংবা খোবী লম্পাক্তা হন্দোক্লমই হায়।

তাং ১০ নিংথৌকাবা নুমিৎ : থাংমৈবন্দ লৌরুংপুরেল লৈকাইদা লৈবা শ্রীরাংখৈলাকপম বীরচন্দ্রগী য়ুমদা মরুপ তিম্নবগী পুনখৎপা লুপা

৭,০০০ মশক খংদবা খরনা নোংমৈ মতোন্দা লাকখি।

(খ) উংলৌ মখা লৈকাইদা লৈবা লোইতাম থোক্‌ইবা সিংহ ময়ুমদা হনখিবা লক্ষ্মীগী চঙাংগৈদা মাল গাড়ী ১না তকপদগী শিখি।

(গ) সিংদা খুলদা লৈবা থাইতাম লালগাংতে ময়ুমদা হাংলমই হায়।

তাং ১১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: হান্না লুপা ৩০০০ গী জামিন পীকবা হোর্টিকলচর ডাই-রেক্টর শ্রীগুইতে চীফ জুদিসিয়েল মাজিস্ট্রেটনা আগষ্ট ১৩ অয়ুক পুং ১১ ফাওবগী ওইনা পুলিস কষ্টদিদা থম্নবা অয়াবা পীখি।

(খ) ঈরোইশেম্বদা লৈবা এগ্রিকলচর অফিসগী মশক খংহৌদবা খরনা লুপা ১০,০০০ লাকখি।

তাং ১২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: রাজ ভাবন্দা পাংথোকপা থৌরম :দা শ্রীএসঃ এমঃ ঐচঃ বর্নী মণিপুরগী রাজ্যপাল ওইনা ৱাশক লৌখি। গৌহাটি হায় কোর্টকী এক্টিং চীফ জষ্টিস দিঃ পাথকনা ৱাশক লৌহনখি।

(খ) পাওনা বাজারদা লৈবা উপু দুকান পরেংদগী মীরৈবাক্কী ফিরোম্নচিংবা লুপা ৫,০০,০০০ রোমগী পোংচৈ কষ্টম পুলিসনা ফাগংখি।

তাং ১৩ শগোলশেন নুমিৎ: বীর টিকেন্দ্র-জিৎ, থাঙ্গাল জেনরেল অমসুং অথোবশিং নিংশিং থৌরম পাক-শন্না পাংথোকখি।

তাং ১৪ ঈরাই নুমিৎ: লো অমসুং পরার

মন্ত্রি শ্রীকোইজম রাধাবিনোদকা পাওমীশিংগা লো' মন্ত্রিগী অফিসতা উনখি। তমেংলোং কেন্দ্রগী চৈরক মীখল নবেম্বরদা পাংথোকপা ইলেক্সন কমিশন্না য়াবক্লে। মণিপুরগী ভোটরশিংদা আইডেণ্টিটি কার্দ পীনবা তৌবাং হৌরে হায়।

তাং ১৫ থাংজ ন্নুমিৎ: ৩৪শুবা নিং-তম নুমিৎ মণিপুরদস্থ পাক শন্না পাংথোকখি।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা ন্নুমিৎ : টিদিম রোডকী লৈমজম লৈকাইদা বোম পোকখায়খি। পুলিসনা খিজিনবদা মী থরা ফাগৎখি।

তাং ১৮ লৈপাকপোকপা ন্নুমিৎ : লম্ফেল-পাংতা লৈবা দিস্ত্রিক্ট ইন্দস্ট্রিয়েল সেণ্টরদা নোংমৈ পায়বা মীওই ৩বনা লুপা ১৮,০০০ লাকখি।

(খ) শাংজমৈ কৈথেলদা লৈবা টিঃ কেঃ ইলেক্ট্রি-কেল ষ্টোর মৈ চাকখি। শ্রীগুরুমযুম থম্বালজাও কৌবা ১ শোকখি।

(গ) সিনেমা হোলদা চাবা „অমসুং' কারন তাবা মী ৪১ ইম্ফাল টাউন কন্ট্রোলনা ফাখি।

তাং ১৯ য়ুমশকৈশা ন্নুমিৎ : আগষ্ট ১৮দা ইম্ফাল তুরেন্দা লুপখিবা কুমারী গিতা চক্রবর্ত্তিগী অশিবা হকচাং শঞ্জেনথোংগী খা থংবদা ফংখি।

(খ) ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসনগী খা থংবা ওল্ড সে-ক্রেটরিয়েটকা তাইনবা লম্বী মচিন্দা বোম ১ পোকখাইখি। কোংবা উচেক্কোন্দা লৈবা কন্স-টেবল শ্রীশগোলশেম রাজেন কৌবা ১ শোকখি।

তাং ২০ শগোলশেল ন্নুমিৎ: কোংবা উচেক্কোন্দা

তাং ২০ শগোলশেল নুমিৎঃ কোংবা উচেকোন্দা লৈবা শ্রীপাণ্ডস্নম প্রিতম কৌবা নহা ১ চীংঙা মথা নাইমৈরাকপম লৈকাইদা মশক খংদবা খরনা হাংখি।

(খ) মোরে চেনবা বস এম: এন: পীঃ ৮৬৭৫ পলেন মনাক্কী চনম খুলদা গুরুং চংতুনা মী ১৭ শি। থীনা শোকপা ৩৯ ল্লাইকম্নখি। ফুট ৪০ লুম্বা মফমদা ওন্থবনি হায়।

(গ) হৈরাঙ্গোইথোং মাইবম লৈকাইদা লৈবা লৈখিদ্রবা মঙ্গীগী যুমদা রেফ তৌবদা প্রিপাক্কী মীওই ৯ ফাখি। হান্না মিনিট ২০ রোম পুলিসকা নোংমৈ কাপ্নখি হায়।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎঃ শঙাইপরৌদা লৈবা ফুড কোর্পোরেশন ওফ ইন্দিয়াগী গোদাউন্ড ঙাক-শেন্না লৈবা হোম গার্দকী মীওইনা চেং কুইন্টল ৭ হুরগা য়োল্লম্নগী ফাখি। হোমগার্দ অনি, সনাম নিংথেম্নী হৈথাই, থোদাম অবুং সিংহ অমম্লুং হৈথাম গৌরিমচা য়াইরিপোকনি হায়।

তাং ২৩ নোংমাইজিং নুমিৎঃ কৃষ্ণ জন্মগী থৌরম পাংথোক্নখি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী অগ্রহদা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী কয়া তিনখি।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ আগষ্ট ১দা থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা এম: কে: ব্রেদিংদা শগুন জৌখিরা মহম্মদ ইবোমচা মিয়া ফাখি। রেডিও ২ ফাখি, অতৈ:পেমং ফংখিদে। মহাক মিনুথোং

হুট্টদগীনি হায়।

(খ) মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোপোরেশনগী ইম্ফাল চকপীকারোং বস চেনবা হৌথি।

(গ) উৎনৌদা ভেটিরিনরী দিসপেন্সরী ১ ভেটিরিনরী মন্ত্রি শ্রীথোনাওজম চাওবা সিংহনা হাংদোকখি।

তাং ২৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: কোংবা ধোবী লম্পাক্তা থম্লম্বা পীঃ এলঃ এ. ষ্টার ১ পুলিসনা পুখ্রবা মতুংদা চংলুবা অঙাং ৩ নোংমাইথেম নোনি, মুতুম নবদিপ অমস্থুং যাইথেংবম ইবাও বোম পোকখায়দুনা শোকখি।

তাং ২৬ মুমশকৈশা নুমিৎ: পাঙ্গৈ পুলিস ট্রেনিং সেন্টরদগী ইম্ফাল তম্না লাকপা জীপ: খুরাই হৈক্রুমথোং যৌবকপদা ফুম্লম্বা বোম পোকখায়খি। অশোকপা যাওখিদে। খুদক্তা নাওরেম নিমাই অমস্থুং কোন্সম খেলেন্দ্র কৌবা ২ থক ফাখি হায়।

(খ) মোইরাং খুনৌদা লৈবা শ্রীমতী মুতুম্বা দেবী অঙাং উনবদা শিথিবগী অষ্টি থোকখি। মপুরোইবা শ্রীলাইশ্রম ভৈগ্য সিংহ অষ্টি লাকপা মী ময়াম্না চরাং চরাং তৌরিদুদা য়েনথাদা মথন্তা ইন্দ্রিন কৌটা ১ থক্লগা শিখি।

তাং ২৭ শগোলশেন নুমিৎ: ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুংগী মনীং থংবদা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালগী মথোল ৩ লৈগদবা দুকান শঙ শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উয়ুং তমখি।

তাং ২৮ ঈরাই নুমিৎ: লম্ফেলদা লৈবা এগ্রিকলচর মেগনাইজ ফার্মদা থাংমৈবন্দ পোলেম লৈকাইদা লৈবা অরিবম ইবোপিশক শম্মা শিনা ফংখি।

(খ) শামুরোদা লুপা লাক্ষ ৫.২৫ চংনা শাবা রাটর সপ্লাই স্কিম ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং-না থবক হৌহনখি।

তাং ২৯ থাংজ নুমিৎ: হরিযানা বিধান সভাগী সেন্ত্রাল ত্রাইব কমিটিগী চিযারমেন কেপ্টেন মা-ঙোরামনা লুচিংবা মীহুৎ ১৮ অমা স্টদি টুর লোইহনা ইম্ফাল থাদোকখি।

(খ) জিঃ এমঃ হোলদা হাইপৌ জাদোম্নংনা ।।দবা ৫০ শুবা বুমগুন পাংথোকখি।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ: শগোলবন্দ মাংমযুম লৈকাইদা লৈবা শ্রীআরঃ কে. ইন্দমনি-স্না কোবা ১গী যুমদা ,স্না মুহোর ৩৫ অমস্নুং শেলগং লুপা ৩,০০০ নোংমৈ পাযবা ৫/৬না লুট তৌখি হায়।

তাং ৩১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রি শ্রীবি-শাং কৈশিংনা লুচিংবা মাঙ্গ মণ্ডল চাওথোক্তনি লাওথোকলুবা যৈথোকখি। মুখ্য মন্ত্রি কোক চিক্রুনা নাখি এমঃ এলঃ এঃ শিংগা উনবা মতম পৌখিদে হায়।

সেপ্টেম্বর

তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: লোক্তাক প্রোজেক্টকা কিলোমিটর ৬ থাপ্নবা লুখ্রাবী যুম-ফমদা বোম পোকখায়হনা ত্রক এমঃ এনঃ পীঃ

৮৬১ ত্রক ১দা তোংলকপা সিঃ আরঃ পীঃ পার্সোনেল ৬ অমস্মুং ড্রাইভর ২ শি।

(খ) মিন্নুথোংদা নৌনা শাগংপা সিনেমা হোলগী মথক্তুগী তাহুনা বাহাদুর শর্ম্মা কৌবা নেপালী ১ শি।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : শগোলবন্দ ইভূহুম লৈকাই চো মীল মনাক্তা পীঃ এলঃ এঃ নি চিংনবা থরনা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ কী স্কুল বস শেন্নবা জীপ ১ দা বোম লংশিনখি। জরানশিংনা বোমহু মখাদা কাওথবদা কায়খি, জরান ১ লম্বী চংলম্না থব্না শোকখি। সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ জরানশিংনা নোংমৈ কাপ্পদা মী ১০ বোম শোকখি। থাই-বঙ্গন্দ কৈথেল কাযখি।

তাং ৩ শগোলশেন নুমিৎ : লাইফম খুনৌগা কৈবক্তা তাইনবা লংদাইবুংদা মহম্মদ জলান কৌবা নশা ১ শিনা ফংখি। নোংমৈ পানফম লৈবমই হায।

তাং ৪ ঈরাই নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা মন্ত্রি মণ্ডলদা কেবিনেট ৬ অমস্মুং রাজ্য মন্ত্রি ৫ হাপচিন্দুনা চাওথোক-হনখি। রাশক লৌবগী থবক রাজভাবন্দা রাজ্য-পাল শ্রীএসঃ এমঃ ঐচঃ বর্নীনা, পাংথোকখি। কেবিনেটতা ১। শ্রীইরেংবম তোম্পোক ২। শ্রীসো-সো লোরহো ৩। শ্রীয়ুংখাম ঈরাবোৎ ৪। শ্রীটিঃ ঐচঃ কৃষ্ণসিংহ ৫। শ্রীআইঃ ডিঃ দিজুনাং ১স্মুং ৬। মহম্মদ মুহমউদ্দিন সাহনি। রাজ্য মন্ত্রিদা

১। শ্রীহাওখোলেট খোংসাই ২। শ্রীসিঃ ঐচঃ রাজমুহোন ৩। শ্রীকেঃ ভুংজলিয়াম ৪। শ্রীকুরিং-শাবম সাগোর সিংহ অমস্তুং শ্রীঐচঃ কাংজাম্বনি।

তাং ৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : শঙ্গেনথোংদা অন্দ্রো চেনবা এমঃ এসঃ আরঃ টিঃ সিঃ বস ১গী মথক্তা হাপ্পা পোং হুরম্বা রাইঃ মোতিলাল উরি-ংপোক্তা লৈববু ময়াম চংহুনা য়ৈখি।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ইষ্টর্ন কম্মাণ্ডগী জিঃ ওঃ সিঃ চীফ লেফ্টনেন্ট জেনরেল শ্রীএঃএমঃ ভাইদা ইম্ফালদা লাকখি। আর্মী অমসুং পুলিসকী মকোক থোংবশিংগা শান্তি-রক্ষাগী মতাংদা ব্রারী শানখগা লোয়ননা য়েংশিল্লমগনি হায়।

তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : সাইকল তোংবা ৭ থক্তা হনমজ্‌রী কলেজ কম্পাউণ্ডদা লৈবা ইডু-কেশন ইঞ্জিনিয়ারীং সেনগী কেসিয়ার শ্রীএলঃ নোদিয়াচান্দদগী লুপা ১১,৮২১ লাকখি। পৈশা ৬০ খক্তি থাক্লমই হায়।

তাং ১০ শগোলশেন নুমিৎ : রিক্সো তোং-হুনা লাকমিন্নবা অুপী ১দগী লুপা ৪০০ লাকপা মহম্মদ কিয়াম উদ্দিন কৌবা ১ খাইরম্বন্দ কৈথেল-দা ময়াম চংহুনা ফুখি।

(খ) ঈরোইশেম্বদা প্রাইমারী হেলঠ সব-সেন্টর ১ এমঃ এলঃ এঃ শ্রীপীঃ অচৌ সিংহনা হাংদোকখি।

(গ) উরুপ মখা লৈকাইদা লৈবা মহম্মদ অবদুল হৈগি য়ুমদা লুট চংলকপা নহা ৫ কম্ভিমেন্দ

পীস্তোল ১গা অঙাংনা শান্নবা নোংমৈ মচা ৩ গা খুঞ্জাশিংনা ফাখি।

(ঘ) ২০শুবা আসাম রাইফলসকী কেপ্টেন শর্মাবু দণ্ডি পীনবা দাবী তকুহনা উগ্রবাদদা দুকানশিং বণ্ড তৌখি।

তাং ১২ থাংজ নুমিৎ: উরিপোক্কা শগোলবন্দ-গা শমুবা রাজবাবুথোংময়াইদা নহা ১ নোংমৈনা কাপ্লগা নম্বুল তুরেলদা হুন্থরমই। মমিংনা শীংজমৈ থোঙাম লৈকাইদা লৈবা নোংমৈকাপম ইবোমচা কৌই হায়।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ: ময়াং ইম্ফাল হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুল মৈ চাকখি। কা ২ তুম্না চাকপদা পোং চৈ ময়াম ১ য়াওখি হায়।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: কৈশাম্প্যাং পরার হাওসতা ঙাক-শেন্না লৈবা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ তা মশক খংহৌদবা থরনা লংশিল্লস্বা হেণ্ড গ্রেনেদ ১ পোকখায়খি।

তাং ১৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: শীংজমৈদা লৈবা ইম্ফাল অর্বান কো-ওপরেটিভ বেঙ্কতা ঙাক-শেন্না লৈবা রাজস্থান আর্মী কনস্টীবুলরীগী পার্সোনেলশিং য়েংশিনবা লাকপা এসঃ আইঃ প্রভু কৌবা ১দা মশক খংদবা নহা ৩ না নোংমৈ কাপশিল্লমই। নাইন এমঃ এমঃ মক্ক ১০ হানবা রিভোলবর ১ মুনখি হায়।

তাং ১৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: উদ্যোগ মন্ত্রি শ্রীহোলখোমাং হাওকীপকা পাওমীশিংগা

সেক্রেটরীয়েটতা উমখি। ৬শুবা চহি ৫ থৌরাং মঙ্গুংদা উদ্যোগ চাওখৎহন্নবা ১স্নুং প্লানিংগীদমক লুপা ক্রোর ৪৩ খরচ তৌগনি হায়খি।

তাং ১৭ শগোলশেল নুমিৎ: কোংবা উচে-ক্কোন অমস্নুং কিয়ামগৈদা আর্মীনা ওপরেশন চৎখি। শুঙ্গুংদা নোংমৈ কাপখি। মী ৩০ ফাখি।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ: ওল্ড সেক্রেটরীয়েট বিল্ডিং মনাক্তা আর্মীগি সেনিয়ার অফিসার ১ স্কোর্টি তৌদুনা লাকপা কাংবু ১না নোংমৈ রাউণ্ড ৪/৫ কাপখি, পুলিসনা শোয়বদগীনি হায়।

(খ) চুরাচান্দপুরদা হরিনরায়ন কৌবা নুপা ১গা মেমচা কৌবী নুপী ১গা য়ুম্নু তোম্বী দেবীগা মখোয় অহুম ময়াম্না মী তিনবা মফমশিংদা পুন্থ-না খোঙ্গোয়নখি। নুপানা ছুকশমদা তিন অদুগা নুপীনা শেগায়রবা য়াংকোক শিবীখি। ওক্কবা-ওক্কবীনি লাওহনখি।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ: থোং নম্বোনবী অমস্নুং মহারানী থোং মনাক্কী নোনা শেমগৎপা থোং মনাক্তা লেপ্লুনা লৈবা মণিপুর রাইফলসকী জরান ১ নোংমৈনা কাপ্লমই। রিক্সো টায়ার পোকথায়বগী য়েংনরিঙৈদা কাপ্লম্বনি। অশোকপা জরান শ্রীতোম্বা লাইকম্মখি হায়।

(খ) য়াংখৈ থাংজম লৈকাইদা লৈবা প্রিপাক্কী সুরেন্দর তৌদুনা লৈবা শ্রীলৈশাংথেম রামেশ্বর কৌবা ১ অয়াংপল্লিদা মশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপশিল্লমদুনা শোকখি।

(গ) কাংপোকপীদগী অমেংলোং চংখিবা ত্রক এম: এন: এস: ৪৩২৫ গুকং চংভূনা এন: ইবোমচা কৌবা ১ শি।

তাং ২০ নোংমাইজিং নুমিৎ : উয়ুমপোক্তা লৈবা শ্রীসিং ঐচ: ইবোমচা কৌবা ১গী য়ুমদা শ্রীও: মুনাল কৌবা লম্পোই খুলদা লৈবা নহা ১ নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি।

তাং ২২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা বঙ্গলো অফিস্তা পাওমীশিংগা উনখি। এদহোক কর্ম্মচারী ৬০০০ রিগুলরাইজ তৌনবা থবক পায়খংলে। মন্ত্রিশিংগী কোদ ওফ কন্দক শেমদোক্লগনি হায়।

(খ) আর: এম: সা: দা লায়েংবা পুকবা ক্রিমিনেল বন্দি শ্রীঐচ: রাজেন ললাম্বম খোংদা নাম্বোক্কুনা চেনখি।

তাং ২৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ভেটিরিনরী ডাইরেক্টর শ্রীবি: এন: কাকাচীগী গনমেন শ্রীচন্দ্রকুমারদগী মশক খংদবা খরনা শক্তেনথোংদা লৈবা অফিস্তা নোংমৈ মুন্নবা হোৎনরমই হায়।

তাং ২৪ শগোলশেল নুমিৎ : কেন্দ্র সরকারগী ইন্দষ্ট্রিজ দিপুটী মিনিষ্টর শ্রীপী: সংমা ইম্ফালদা থুংলে। পোরোম্পাৎ অমম্বুং তাকয়েলদা চংতুনা ইন্দষ্ট্রিয়েল সেন্টরশিং য়েংখি।

তাং ২৫ ঈরাই নুমিৎ : খুয়াথোংদা লৈবা পী: দব্লিউ: দি: অমম্বুং আই:এক:সি: দিপার্টমেন্টকী অফিস্তা আইদেন্টিটি কার্দ স্নাওদবা খন্দোকখি।

থন্দোকখি। মহৌশাগুম মী তিনবা হন্থখি।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ : মুঙ্গোয়দা পী: এল: এ: নি চিংনবা মশক থংহৌদবা থয়না পুলিসকী জীপ ১দা নোংমৈনা কাপশিনখি। হেদ কন্স-টেবল শ্রীশ্যামকিশ্বর মকোক্তা নোংমৈ পান্দুনা শিখি। শ্রীইবোবী কৌবা ১ না শোকখি। নোংমৈ ১ পূখি হায়।

(খ) কোংবা উচেক্কোন খুনৌদা থোংদা লেপ্তুনা লৈবা ক্ষেত্রিময়ুম কেনেদি কৌবা অঙাং ১ স্তুরেলদা তাখি। তংখল্লম্বম গীতচন্দ্র কৌবা অঙাং ১না কনখি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ইম্ফাল সেন্ত্রেল জেলদা নায়কপা আন্দর ত্রাইবেল বন্দি ১ ইম্ফাল দিস্ত্রিক্ত হোসপীতালদা পুখৎপদা মখুৎ পুন্না শিখি। মীহাৎপা অমস্তুং হুয়ানবগী ময়ী লৈননা ফাখিবা বন্দিদু সিত্তা খুন্দগীনি মমিংনা আথা (চাগোথাং) কৌই হায়।

তাং ২৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : অহানবা মণিপুর রাইফলস কম্পাউণ্ডদা লৈবা স্নামহী লাইশঙদা লাইনিংথৌ ইমা লৈমরেন মেরা মেন-খোংশেম্বা ঈনাৎ থৌরম মুখ্য মন্ত্রি রিশাং কৈশিংনা হৌদোকখি।

(খ) য়ু ঙাঙবা সেক্যুরিটিগী মীওই ৪মুক্না পোংশোৎতুনা চাগে য়াদবগী মায়োক্তা উংখৎনবা থোক্কুনা ককরা কৈথেল কায়খি।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ইম্ফালগী মপাল

কাংজৈবুংদা সিঃ পীঃ আইঃ মণিপুর ষ্টেট কাও-ন্সীলনা শীল্লগা জননেতা ঈরাবোৎকী ৮৬ শুবা মপোক কুমওন থৌরম পাংথোকখি। এমঃ ডিঃ ইউঃ হোলদা ঈরাবোৎ বার্থ দে সেলেব্রেশন কল্কি-তিনা শীল্লগা নিংশিং থৌরম চংথখি।

ওক্টোবর তাং ১ শগোলশেল নুমিৎঃ নাওরেমথোং তখেল্লম্বম লৈকাই এনঃ জিঃ কলেজ চংকম লম্বী-দা মশক খংদবা খরনা চীংডা মথোংদা লৈবা শ্রীচোংথাম বেদমনি সিংহ নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। মহাক্কা লোয়নরকপা দেবেন গোগো (আসামী) আরঃ এমঃ সীঃ হোসপীতালদা শিখি।

(খ) নিউ সেক্রেটরীযেটকী ফেজ টু শানব মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উযুং তমখি।

(গ) পীঃ দিঃ এফঃ লুচিংবা শ্রীথাইরাকপম চাওবা সিংহগা রাজ্যপাল শ্রীএসঃ এমঃ ঐচঃ বর্নীগা উনখি। কংগ্রেস (আই) মন্ত্রি মণ্ডল ফম থাদোক-হন্নবা ত্তক্লখি হায।

(ঘ) লম্ফেল হাউসিং কোলোনী শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উযুং তমখি। যুম ৮৯ শাগনি হায়।

তাং ২ ঈরাই নুমিৎ : ককরা লমদাইবুংদা আর্মীনা ফাগ্রগা মফম থংখিদবা শ্রীলোকেন ,স্থং শ্রীপ্রেমজিৎকী মরমদা খন্নবা মীতিং তৌখি। মী ৩০০০ রোম তিনখি। এমঃ এলঃ এঃ শ্রীওঃ জয় অমস্থং ডাঃ এলঃ চন্দ্রমনি সিংহ মীতিং য়াওখি। মখোয় ২ ফংবা ডুমদ্রবদি সরকানা দায়ীত্ব

লৌনবা দাবী তকশিনখি ।

(খ) রাজ্য অসিদসু গান্ধী জয়ন্তি থৌরম পাক-শন্না পা'থোকখি ।

তা'ং ৩ থাংজ নুমিৎ: য়ুরেম্বম অরাং লৈকাই স্কুলদা ওজা ওইমিন্নবা শ্রীউদোয় অমসুং শ্রীপ্রেম অনিগী মরক্তা প্রেমনা উদোয়গী মুপী চেনখি। মুপী অদুনা লাক্লগা উদোয়দা অমাংবা চফুনা থাখি হায় ।

তাং ৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইম্ফালগী হাফিস হট্টাদা সরকারনা সিল তৌবা গোদাউণ্ড ১ অহিংদা ফকতংলগা পোৎ পুথোক্লবা হোৎনরিবৈদা ফাখি। চেং বেগ ৩৫০ অমসুং চিনি বেগ ৫৮ লোন্না পৈ-শিল্লমই হায় ।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: শ্রীএল: শরৎচন্দ্র সিংহ এম: এল: এ. মুখ্য মন্ত্রি বঙ্গলো অফিস্তা পার্লিয়ামেন্টরী সেক্রেটরী ওইনা রাশক লৌখি ।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: পৌশুম ওই-নাম লৈকাইদা লৈবা শ্রীকৈথেল্লাকপম জয়কুমার সিংহ বর নুমিৎকী হিয়াংথাং লাইরেম্বী থুরুম্বা চৎপদা লাংথবাল ফুরামখোংদা গাডীনা তক্নুনা শি ।

(খ) লাঙথেলদা পাম্থোইবী ঈরাং থৌগন তৌ-ফমদগী নহা ৩ থক্লা কৌথোকপ্রগা পুয়াম নীলধজ কৌবা ১গা মনাও-মুপা তম্ফা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : শলুংফম য়াম্বেমদা প্রাইমারী হেলঠ সব-সেন্টর ১ ষ্টেট প্লান্নিং ভাইস চিযারমেন শ্রীএমঃ ইবোতোম্বী সিংহনা হাংদোকখি।

তাং ৮ শগোলশেন নুমিৎ : য়ুম্নাম হুইদ্রোমদা আইঃ সিঃ দিঃ পীঃগী সব-সেন্টর ১ উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরে'বম তোম্প্োক সিংহনা হাংদোকখি।

তাং ৯ ঈরাই নুমিৎ : শীংজমে রাইখোম লৈকাইদা লৈবা সনাবম দিজেন কোবা নহা ১ মযুমদগী ফুটবোল শান্নবা থোকখিবদা মশক থংদবা খরনা নোংমৈ মক ১৫ কাপশিল্লমতুনা হাংখি।

(খ) প্রিপাক্কী লৈখিদ্রবা মীওইশিংগী মোংফম চখক্কা থেংলম্বা ফেষ্টুন পুলিসনা খোমগংখি।

হায়।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ : উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্প্োক সিংহগা অফিস্তা পাওমীশিংগা উনখি। মণিপুর সরকার অসি কেন্দ্র সরকারগী মপান তাংতুনা হিংবনি। লুপা ক্রোর ১৯৬৯ গী শেলফম পুথতুনা লৈবে হায়খি।

তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: সাইকলনা দর্জিলিং ফাওবা চৎলুবা শ্রীঅরাম্বম বেদিশ, শ্রীসোবেনশংবম রোবিনকুমার অমস্থুং শ্রীহুইরেম চিত্তরঞ্জন ইম্ফালদা থুংলৈ।

(খ) লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীগীতচন্দ্র কোবা নহা ১ শলানথোং ইম্ফাল তুরেলদা ঈরোইবদা ঈরাক্লতুনা লৈরিক্লেদা সিটি কন্ত্রোল পুলিসকী

য়োং চংপা কাংবুনা থেংনহ্নুনা লাইকল্লবদা হিং-হৌরে হায়।

তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা কলাকার ১১ দা পীবা এরার্দ ১স্মুং মনা রাজ্যপাল শ্রীএস: এম: ঐচ: বর্নীনা য়ে-ন্থোকখি। জে: এন: মণিপুর ডান্স একাদেমী হোলদা পাংথোকখিবা থৌরমদা মহারাজকুমার প্রিয়োবর্ত সিংহ অমস্তুং শ্রীনিংথৌখোংজম খেল-চন্দ্র সিংহদা ফেলো পীখি।

(খ) থৌবাল রাংবল লম্পোই খুলদা লৈবা শ্রীহুই-দ্রোম মংলেমগী য়ুমদা লুট চংনবা হোংনরম্বা ২ পাঙম্বম অমুত্তোম্বী অমস্তুং ইবোপিশক হৈঙাং খুঞ্জাশিংনা ফারগা ফুবদা শিখি।

তাং ১৫ শগোলশেল নুমিৎ : ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলদা লৈবা বন্দি ৫ ইবোমচা (প্রিপাক) মোং-শাঙ্গে, য়ামখোংলুন কুকি (ক্রিমিনেল) চুরাচান্দ-পুর এ: কে: ব্রজলালা (মাদর কেস) খোংজোম, রাজেন (মাদ'র কেস) ঈরোইশেম্বা, পী: ঐচ: রাজমণি (মাদ'র কেস) লৈমখোং নান্থোক্লুনা চেনখি। ৫না ফাহৌই হায়।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ : শঞ্জেনথোংগী নোংচুপ থংবদগী থোং লান্নবা অঙম্বা হাইগংলকপদা ফেট কার ১গা থেংজিন্নবদা রিক্সো তোংলকপা মমা মচা অনি শোকখি, মচানুপী চক্তি ৮ মুক শুরবী কমিলা মরিং শি। তেংনৌপলগী এম: এল: এ: শুইরম্বা শ্রীরোংমনগী মচানি হায়।

(খ) কিয়াম ওইনাম লৈকাইদা মহম্মদ অবদুল কৌবা ১ মশক খংদবা খরনা ময়ুমদগী কৌথোক্লগা নোংমৈ কাপশিল্লমই। লম্ফেলগী ডাক্তরখানাদা লাইকল্লখি।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ: এম্বেসেদর কার এম: এন: এস ৪৪৫২ তোংদুনা লাকপা মশক খংহৌদবা মী ৫ মুক্লা চনম পুখ্রি মপান্দা সোইবম শামু কৌবা শাংজমৈ থোঙাম লৈকাইদা লৈবা নহা ১ নোংমৈ কাপ্লমই হায়।

(খ) অহানবা ষ্টেট লেভেল ভেটরন বাল্ডিং কম্পিটিসন ইম্ফাল মপান কাংজৈবুংদা পাং-থোকখি। নুপা ৭০ অমস্থুং নুপা ১৭ শরুক য়াবদা উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহ, এফ: সি: এস: মন্ত্রি শ্রীরাই: ঈরাবোৎ সিংহ, স্পোর্ট মন্ত্রি মহম্মদ মহামুদ্দিন সাহ য়াওখি।

(গ) ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলদা চেকপল চোংলগা বন্দি চেনগে তৌবদা সি: আর: পী: এফ: না নোংমৈ কাপখি। বন্দি ১৩ শোকখি।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফাল ডিমাপুর লম্বীগি পাড়ীশিং কাংপোকপীদা থিংখি। নুংথিল পুং ১দা পুলিসনা ডাক্লগা বস ২৩ চেনবা হৌখি। রাহৌদি ওক্টোবর ১৮দা পুলিসকী মীওই ১না কাংপোকপীদা লৈবী নুপী ১ কোইবদা উংখৎ-নবা থোকপদা খুৎথোক্লখি হায়।

(খ) পী: এল: এ: গী থবক্তা মতেং পাংই

( য়াওই ) হায়রুনা পীঃ দব্লিউঃ দিঃ (বিল্ডিং প্রোজেক্ট দিভিজন বান) এক্সিক্যাইটীভ ইঞ্জিনিয়ার শ্রীএমঃ বীরেন্দ্র সিংহ ময়ুমদদগী আমীনা ফারগা পুলিসতা শীন্নখি।

(গ) হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই অমস্তুং চীংঙামখা মাইস্নাম লৈকাই মপা নম্বুল তুরেল রাংম-রাংমদা লৈনরগা মশক খংদবা থরা নোংমৈ কাপ্লখি। লম্বী চংপী কুমারী ইবেমচা দেবী কৌবী ১ শোকখি।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ ইম্ফাল নিউ মার্কেৎতা সঙ্গাই য়ুম্ফমদা লৈবা মহম্মদ কাসিমমিয়া কৌবা নুপামচা ১ ওইল টেঙ্কর গাডী এমঃ এনঃ এসঃ ৭৩১ না তক্লুনা শি।

(খ) জৈন মন্দিব মনাক্তা লৈবা রামনিবাস শ্রীনিবাস কৌবা ১না টাটা এমঃ এনঃ এসঃ ১২৪৮ দা পালম ওইলটিন ১৫০ পুনবা হোংনরম্বা মাও গেটতা এফঃ সিঃ এসঃ মন্ত্রি শ্রীরাইঃ ঈরাবোংনা ফাখি।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ কেন্দ্র সরকারগী ইনফোমেশন এণ্ড ব্রোদকাস্টিং মন্ত্রি শ্রীবসন্ত সাথে নুমিৎ নিনি খোঙচৎতা ইম্ফালদা থুংখি। রাজ ভাবন্দা রাজ্যপাল, মুখ্য মন্ত্রিগা উনহুনা রা থন্নখি।

(খ) নম্বোল ফোইজিং মখা লৈকাইদা লৈবা থুমুকচম মিথু দেবী ময়ুমগী ইখোলদা হৌবা হৈনৌ ১দা থৌরী য়ান্দুনা শিখি।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা পীঃ আইঃ বীঃ হোলদা মীতিং ফমদুনা অল ইন্দিয়া স্মোল নিউজ পেপরস ইডিটরস কনফরেন্স মণিপুর ব্রাঞ্চ শেমখি। মতমগী ইডিটর শ্রীএমঃ মিঠাইবু এফঃ সিঃ এসঃ মন্ত্রি শ্রীরাইঃ ঈরাবোৎ সিংহনা ফুরম্বা কন্দেম তৌখি।

(খ) অকাশবানী ইম্ফালদা পাংথোকপা পাওগী সভা ১দা কেন্দ্র সরকারগী ইনফোর্মেশন এণ্ড ব্রোদকাষ্টিং মন্ত্রি শ্রীবসন্ত সাথেনা হায়, মণিপুরদা বিবিদ ভারতীগী প্রোগ্রাম লৈরগনি। কিলোরাট ১০গী অনৌবা চেনেল ১ হাংলগনি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ: কাক্তাদা মহম্মদ সাবুদ্দিন কৌবা নহা ১ পাওনা রোডতগী রাজ-ভাবন তাবা খুংনিংথেক্তা মকোক কায়দুনা শিনা ফংখি।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ: অন্দ্রো কাংজৈবুং লৈকাইদা এক্সাইজনা যু ফাবা চৎপদা মশক খংদবা ৪না হেণ্ড গ্রেনেদ লংশিন্দুনা পোকথায়-হনখি। কন্সটেবল শ্রীনবকুমার সিংহ অমস্তুং ইবোবী সিংহ শোক্তুনা থৌবাল হোসপীতালদা লাইকন্নখি।

(খ) খোংমিদোক্তা লৈবা মহম্মদ সিকন্দরগী মচা চহি ২ রোম শুরবা ১ ইপুম তুরেলদা শিনা ফংখি। ওক্টোবর ২৩ নুমিদাংদা ইমুং মনুং খংদ-বদগী মপানা পুরগা থোকখিবা অভাংনি হায়।

তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎ: নাতুম চীং

মনাক্কা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ না চেক তৌনবা খাম্বদা মী ২ তোংবা স্কুটর ১ নাম্থোক্লবা হোংলখি। শ্রীবিহারী কৌবা নহা ১ শোকখি, মহাক্কা লাকমিন্নবন্থু নাম্থোকখি।

(খ) নাওরেমথোং তখেল্লম্বম লৈকাইগী কাংবুনা লম্বীদা পীঃ এলঃ এঃ গী ষ্টার লৌথোক্লবা তৌরুবদা বোম পোকখায়রক্কুনা ৬শুবা এমঃ আরঃ গী কমান্দার জিং বাহাদুর অমস্তুং জরান ২ শ্রীকুমারজিং ১স্নুং মঙ্গোলজাও শোকখি। লম্বী চংপী কুমারী যুম্নাম বেনি দেবী ১স্নুং য়েনখোম চান্দণি দেবী শোক্কুনা আরঃ এমঃ সীঃ হোসপীতালদা পুখৎখি।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: সেগা রোডতা জীপ এমঃ এনঃ এসঃ ৮৪০৬ কা লমব্রেতা বীঃ আরঃ ভিঃ ৬৭৫৩ গা থেঙ্গায়নবদা তখেল্লম্ম ইবোচৌবী কোবা নহা ১ শি। মতুংদা ময়াম চংহুনা জীপ মৈ থাখি।

(খ) মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লাওথোকখিবা ১দা লোক্তাক প্রোজেক্টকী শুরুং হুংপা পুমলোই লোইরে হায়।

তাং ২৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা বাটা কম্পেনীদগী মুপী খোংগুপ হুরম্বা, থৌবাল খেকমন্দা লৈবা থোংডাম গুলাপ সিংহ ফাখি।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: টাইগর কেম্পতা লৈবা থাংজম বুধচন্দ্র কৌবা কেঃ সিঃ পীঃ নি

চিংনবা মীওই ১ লম্হোইখুল মমাং লৌবুক্তী খোংবালোক লৌকোন্দা শিনা ফংখি।

তাং ২৯ শগোলশেল নুমিৎ: শগোলবন্দ লুক্রাম লৈরক্পা নোংমৈ পায়বা ৩ খক্পা দিব্রালী থুগায়নবা হোৎনবদা নোংমৈ কাপখি। শোকপা য়াওখিদে হায়।

তাং ৩০ ঈরাই নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রিগী অফিসভা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা পাওমীশিংগা উনখি। রাজ্য অসিদা লৈরিবা ড্রাইবেল নংতবা চৌং অমস্তুং তমদা লৈবা মীওই কাংলুপশিং সেন্ট্রাল ড্রাইবগী মনুং চলহনবা হোৎনবদা সরকারনা ৱারেপ লৌরে হায়খি।

(খ) গুনু সিফাই মনাক্তা বস ১ এক্সিদেন্ট থোক্কুনা ড্রাইভর শ্রীহেমাম কুঞ্জে শি। নুপী ২ শোকখি।

(গ) আর: এম: সিঃ গী লুপা লাক্ষ ৮ লিশিং ৪৩ চংবা এডমিনিষ্ট্রেটিভ ব্লোক মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি।

(ঘ) জিরিবাম সব-ডিভিজন হেদ ক্বাটরদা লৈবা হোটেল ১দা খুৎলাইগা কোম্নন এক্সত্রিমিষ্ট ৪ ফাখি। থিঙুজম মুহিন্দ্রো থোংজু, লাইরেঞ্জম লেম্বা শওম্বুং, ফন্দোম বীরমঙ্গল চিঙ্গোংলৈ মখোং অমস্তুং খাইদেম মদনকুমার নামৈরাকপম লৈকাইনি হায়।

তাং ৩১ থাংজা নুমিৎ: ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেন্টকী এসঃ ইঃ (টেক্নিকেল) শ্রীরাইঃ মঙ্গীবাবু

সিংহ অফিসুগী আমীনা পুথি। পীঃ এলঃ এঃ গা মরী লৈনৈ হায়দুনা রাহংনবা পুথিবনি হায়।

নবেম্বর তাং ১ নেংমাইজিং নুমিৎ: হুইয়েন লানপাউ ইডিটর শ্রীসলাম ভারতভুষন অমসুং মতম ইডিটর শ্রীমৈরম মিঠাই অনি ফাখিবদু এমঃ পীঃ পীঃ (পার্লিয়ামেন্টরী উইং) না কন্দেম তৌখি। ইডিটর ২ জেলদা চরা হেনবা নিনি চনখি।

তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা বিহারী অমসুং এসঃ মুহোন সিংহনা কম্বা দুকান ২মৈ চাকখি। পুং ১ মথায় চংনা ফায়ার সার্ভিসনা মৈ মুথংখি।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ অল মণিপুর সেকেণ্ডরী টিচরস এসোসিয়েশনগী ওজাশিংনা দাবী তাল্লদুনা অমুবা বেজ থেংলগা ক্লাস লৌবা হৌখি।

(খ) ইম্ফালগী নিউ নম্বুলেণ্ডদা ৫ণ্ডবা মণিপুর রাইফলসকী কমান্দেন্ট শ্রীটিঃ কিপজেন লৌবা লাকপা স্কোট পাটি ১ হনখিবদা মশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মী ৩ শি, ২ শোকখি। মিস নামরৈহি কিপজেন বেঙ্গলী হায় স্কুল ছাত্রী, লন্স নাইক কোইরেং অমসুং রাইফলমেন কিম বাহাদুর শিখি। রাইফল ২, ষ্টেনগন ১ অমসুং মরু খরা পুথি হায়।

(গ) জিরিবাম পুলিস ষ্টেসন্দা পীঃ এলঃ এ মেম্বর খরগা মিনিট ৩০ রোম নোংমৈ কাপ্পখি। ওক্টোবর ২০দা কাখিবা মেম্বর ৪গী মরক্তগী ১ না

চেন্নবা হোৎনবদা নোংমৈ কাপখিবনি হায় ।

তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎ : হৈগোং মমাং লৈকাইদা লৈবা শ্রীপাওনম শান্তা, বাবু ১স্নুং শামুঙো মচীন মনাও ৩ গী য়ুম মৈ চাকখি । চাকশঙ মাং-তাকখি ।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা মণিপুর হোলশেল কো-ওপরেটিভ সোসাইটিদা নোংমৈ পায়বা ৩ চংলক্লগা লুপা লাক্ষ ২ গী নকয়াদা লৌখি ।

(খ) জিরিবাম পী: দব্লিউ: দি: অফিসকী থবক তৌদনা লুপা লাক্ষ ৪০ অকাশ বীল লৌথোক্লস্নগী চে-চাং ময়াম কৌশৎপদগী পুরকপা লম্নীগি ক্ষোটিরান য়োরমদাইদা লুট কৌখি ।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ : কৈশামথোং থাংজম লৈরক্তা লৈবা রাইখোম কামদার মমিং ১না তোম্বা কৌবা ১ ময়ুমদগী থোর্কখিবদা মশক খংহৌদবা খরনা লোংনা থিল্লগা হাংখি ।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : শামুশংদা লৈবা শ্রীতখেল্লম্বম জয়ন্তকুমার সিংহ লমলোং মখা লৈকাইদা লৈবা শ্রীনোংমাইথেম গোসাইগী মচানুপী বিনা দেবীগা লুহোংবা চৎপদা কৈন্যা লৈরমদবদগী নবেম্বর ৭ তা লুহোংদনা হল্লকখি । কৈন্যাবু পোকপা শ্রীগোসাই ফাখি ।

(খ) থাঙ্গাল বাজারদা উপু দুকান ফক্লাং ফক্লায়রগা হুরানবা চংলম্বা, চুরাচান্দপুর ডিয়াংদা লৈবা জাংখুথাং ফাখি ।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : কংগ্রেস (আই) গী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা মন্ত্রি মণ্ডলদা পোর্টফোলিওগী উংথায়নবা হেক্তিনখি। লৌউ-শিংউ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীঐচঃ কাংজাম্বা ফম থাদোক্লবা চে লানখৎখি।

তাং ১০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : থাংমৈবন্দ কলেজ গেট ময়াদা লৈবা পৱার মন্ত্রি শ্রীকোইজম রাধাবিনোদকী ময়াম্বা শ্রীব্রজগোপালগী বোন্দেদ রাযার হাওসতা মশক খংদবা ৩৪ চংলক্লগা নোংমৈ উংতুনা লুপা ৫,৬০৯ অমস্তুং সহি তৌড্রিবা বেঙ্ক দ্রাফ লুপা ৩,০০০ লৌখি।

(খ) নম্বুল মপান্দা লৈবা শ্রীইবোতোনগী য়ুমদা মশক খংদবা থৱা চংলক্লুনা লুপা ৫০,০০০ লৌখি হায়।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: তাওবুংখোক ১স্নুং ইম্ফাল রেষ্ট বানগী মমুংদা লৈবা শা-শনদা লাইচৎ ১ শন্দোগ্লক্লুনা মুমিৎ ৭মুক্কী মমুং অসিদা শন ১০ নাকুনা শিখি।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ: কেন্দ্র সরকারগী গৃহ রাজ্য মন্ত্রি শ্রীযোগেন্দ্র মকৱানানা চিন্নারমেন ওইদুনা কেন্দ্র সেক্রেটরীয়েট কনফরেন্স হোলদা অৱাং নোংপোক লমদমগী শেল-থুম ফিভম ফগৎহন্নবা কমিতি মীকম ফমখি। লুপা ক্রোর ৫১ চংবা ইম্ফাল শীলচর অমস্তুং বদরপুর লম্বা শেম্নগনি হায়।

(খ) নম্বাসী য়ৌনা চংকদবা লম্বীগি ভারিয়ান্দা

গাড়ী ১ থাম্বদা হেক্সোক্লুনা থৌখিবদগী সেক্যুরিটিগী কাংবুনা মোংমৈ কাপখি। নম্বুল মপান অহন্থেম লৈকাইদা লৈবা ওজা অহন্থেম মণিবাবু সিংহ নোংমৈনা পান্দুনা শি। মুপী ১ য়াওনা ৩ শোকখি।

(গ) কোরেঙ্গৈদা লৈবা কুমার ক্ষেত্রি মন্ত্রি পুখ্রি মনাক্তা টাটা এম: এন: এস: ৮৯২৩ না তক্লুনা শি।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ: জবাহরলাল নেহরুগী মপোক নুমিৎ 'অঙাংগী নুমিৎ' হায়না রাজ্য অসিদস্থু পাক-শন্না পাংথোকখি।

(খ) মণিপুর মাউন্টেনিয়ারীং এণ্ড ট্রেকিং এসোসিয়েশনগা শীন্নগা মুপীমচা অমস্থুং মুপামচা ৩২০ শকক য়াবা সিরোই এক্সপিদিশন বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতগী খোংশানখি।

তাং ১৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: অল নাগা ষ্টুদেন্ট এসোসিয়েশনগা নোনে, লম্লাংগেট, তামেং অমস্থুং কাংপোকপীনচিংবা মফমদা ট্রক গাড়ী চংবা ১সুং থোকখিবা অনিমক্তা থিংখি। দিস্ট্রিক্ট রি-ওর্গেনাইজেশন তৌনবা দাবী তকশিনখি।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: খুরাই চিঙ্গাংবম লৈকাইদা লৈবা মোংথোঙ্গম বীরেন্দ্র সিংহ কৌবা ১ লমগী বাহৌদা শ্রীঅহোংশাংবম মংলেম কৌবা ১গা থৎনবদা শিখি।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: লাংথবাল কুরা মথোংদা শ্রীথোদাম অমু সিংহ, অমস্থুং মধুগী

য়ুম ২, চাকশঙ অমম্বুং শঙ্গোল মৈ চাকখি। চাকশঙগা শঙ্গোলগা কনবা ঙমহৌদে হায়।

(খ) অল মণিপুর গোভর্ণমেন্ট ড্রাইভর এসোসিয়েশনগী দাবী তক্লহনা থবক লেপ্পা স্ট্রাইক চংশিনখি। সরকারগী অয়াম্বা গাড়ী গেরেজদা তাহনা লৈখি।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ: কম্বাইগু তেং-নৌপল এক্সপিদিশনগী টিমনা চান্দেল অমম্বুং তেংনৌপল মরক্তা লৈবা লাইমতোন চিংজাও কাখি।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ: ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা টিম ৩২না শরুক য়াহনা ৩০ শুবা সিঃ সিঃ মীট লৌখি।

(খ) থাংমৈবন্দ লিলাশিং খোংনাংখোংদা মহম্মদ শ্রীকাজির কোবা নহা ১ থাংনা থিন্দুনা হাৎলমই হায়।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ: নিউ লম্বুলেণ্ডদা লৈবী শ্রীমতী এসঃ জোসীলা দেবী আরঃএমঃ সীঃ হোসপীতালদা অঙাং ৩ পোকখি। ২ শিখি।

(খ) লুহোংবা চংল্লুবা হল্লকপদা মিনুংথোংগী অঙম্বা কাখৎপদা থরো-মালো ওন্দুনা কার তোংলকপা নুপী ১ শিখি। খুরাইদা লৈবা ডাক্তর য়াইমাগী মুপীনি হায়।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎ: দিষ্ট্রীক্ট নৌনা শেমদোক্লবা দাবী তৌবা অল নাগা ষ্টুডেন্টস ওর্গেনাইজেশনগা মণিপুর বন্দ তৌখি। সিনেমা

লেপখি। চুকানশিং থোং লোনখি। গাভৌশিং থিংখি।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : কাংপোকপীদা সরকারগী অফিসনচিংবা থুগায় খোকাব তৌবশিংদা পুলিসনা নোংমৈ কাপখি। সদর হীল দিস্ট্রিক্ট শেম্বা খোংজং অহুদা সাইকাং কুকি কৌবা ১ শি। ৫ থীনা শোকখি।

তাং ২৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা রিলে হঙ্গর স্ত্রাইক তৌহুনা লাকপা সরকারনা এপ্রুভ তৌহৌদহুনা এপোইন্টমেন্ট ফংত্রবা ইলিমেন্টরী স্কুল ওজাশিং অমস্তুং চৌকিদারশিংনা কৌবা মণিপুর বন্দ অশোয়-অভাম য়াওদনা পাংথোকখি।

(খ) পীঃ এলঃ এঃ গী বেলুন ১স্তুং ফিরালনচিংবদা হাপ্পা বোম শাবা ভুইত্রোম লৈকাইদা লৈবা শ্রীইবোম বেসন অমস্তুং হোদাম লৈরক্তা; লৈবা শ্রীঅসেম নোঙাঙ্গাওগা লোয়ননা শ্রীট ঐচঃ এসস্ত কৌবা নাওরেম লৈকাইদ। লৈবা ১ ফাখি।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রিগী অফিস্তা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা পাওমীশিংগা উনখি। কংগ্রেস (ইউ) বু কংগ্রেস ( আই ) দা পুনশিন্দুনা কংগ্রেসকী এমঃ এলঃ এঃ ৩৯ শুরে হায়খি।

(খ) মন্ত্রি পুত্রিদা লৈবা কৃষন প্রসাদকী যুম মৈ চাকখি। লুপা ১৫,০০০ গী পোৎ মাং-তাকখি।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎ: অল মণিপুর ইলিমেন্টরী

স্কুল টিচরস এন্দ চৌকিদার এসোসিয়েশনগী থৌরঙ টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা দাবী তান্দুনা শিন্দ্রবা ফাওবা চরা হেনবা স্ত্রাইক চংশিনখি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ: লম্ফেলপাংতা লৈবা ইন্দস্ট্রিজ ডাইরেক্টরেট অফিসতা মশক থংদবা তনা কেসিয়ারদা নোংমৈ কাপশিল্লগা লুপা ১,১৮,৯৪৯,০০ লৌখি। কেসিয়ার শ্রীলাইরেনময়ুম মেঘা সিংহ কক্লুংদগীনি। অরঃ এমঃ সিং দা শিখি।

(খ) ইন্দস্ট্রিজ ডাইরেক্টরেটকী কেসিয়ার লাইরেনময়ুম মেঘাগী ইমুং মনুংদা সরকারনা এক্স-গ্রেসিয়া লুপা ২৫,০০০ পীগনি লাওথোকখি।

তা ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: তমেংলোং কেন্দ্রগী মবক্কী মীহুল পাংথোকখি। ভোটর ১২.৫৭২ না পোলিং ষ্টেসন ২৭তা ভোট থাদখি।

তাং ৩০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: সদর হীলসু রেঙ্গিনুং দিষ্ট্রিক্ট ওফ্ফোক্রবা দাবী তৌদুনা চৌংগি লম্বদা ক্লীক নেসনেল এসেম্লীনা কৌবা বন্দ পাংথোকখি গাড়ী চেনখিদে। লোম্নশঙ অয়াম্বদা মী ইত্তাক তাকখি হায়।

ডিসেম্বর তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: তমেংলোং কেন্দ্র মরক্কী মীহুলদা ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ জঙমলুং কাখি। লম্বা তৌখিবা মীরেপ ৩ না ফংনখিবা ভোট অশাংশ্রীনিংথন শাম্মৈ কংগ্রেস (আই) ৩২৩৯, শ্রীজঙমলুং ইন্দিপেন্দেন্ট ৩৬৫৪ শ্রীকেনম্লোং ইন্দিপেন্দেন্ট ৩১১৮ নি। কেং হুরিয়াংনা

কোহিমা খোংচৎ ১দা লৈখিদবা মতুংদা মহুৎ শীঞ্জিন্নবা মীখল অসি পাংথোকখিবনি হায়।

(খ) তেরা কৈথেল পুলিস ও: পী: দা মশক খংদবা থরনা বোম লংশিল্লকই হায়রনা সিং আর: পী: এক: না নোংমৈ কাপ্পদা ডিপুটি কমিশনার (সেন্ট্রেল) অফিস্তা কেরানী ওইবা শ্রীদোনেশ্বর সিংহ ক্বাকৈথেল কোংজেং লৈকাইদা লৈবা শিখি।

তাং ৩ শগোলশেল নুমিৎ: লগাও খাওবা মফম খি থিরুনা তকথায়খি। মী ২৮ ফাগৎখি।

তাং ৫ থাংজ নুমিৎ: অরাং এ: ও: সিং, শীংজমৈ, কোংবা, তেরা কৈথেল, নাওরেমথোং ১স্মং ক্বাকৈথেলনচিংবা মফমদা নুমিৎ তাবগা মী খুস্তাক-লানসি। নুমিৎ ২/৩ দা নোংমৈ মখোল তাবা লেপ্তুবদগীনি হায়।

তাং ৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: ব্রাংখৈ লাইশ্রম লৈকাইদা চিরোম বসন্ত অমস্মং চিরোম স্নাতোম্বা কৌবা নহা অনি কন্ত্রিমেদ পীস্তোল ১গা মরু থরগা ফাখি।

(খ) এ: আই: আর: ইম্ফালদা মশক খংদবা থরনা বোম লংশিল্লকখি হায়না সিং আর: পী: এক: না নোংমৈ কাপ্পদা ব্রাংখৈ অঙোম লৈকাইদা লৈবী শ্রীমতী কিয়াম ওংবী তম্পাক লৈমা দেবী ময়ুমদা মচা খোম পীথক্কুনা হিপ্লিজৈদা নোংমৈনা পাপ্পুনা শি।

তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: নিপা কৈথেলদা লৈবা শ্রীরাহেংবম ইকোমচা সিংহগী মুমগা

কোম্নানা দুকান ২ য়াওনা মৈ চাকখি। মুপী ২গা মুপা ১গা শোকখি। ইমা প্রিন্টিং প্রেসকী মেছিন মৈ চাকপদা য়াওখি। লুপা লাক্ষ ২রোমগী পোং কনবা ঙমহৌদে হায়।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ওল্ড সেক্রে-টরীয়েট কনফরেন্স হে'লদা পব্লিক সার্ভিস কমিশনশিংগী চিয়ারমেন অমস্তুং মেম্বরশিংগী অঙানবা রীজনেল কনফরেন্স রাজ্যপাল শ্রীএম: এস: ঐচ: বর্নীনা লৌথোকখি।

(খ) প্রাইমারী থাক্তগী কলেজ থাক ফাওবদা লৈবা ওজাশিংনা স্ত্রাইক চংশিনখিবা মরমদা মহৈ তম্বদা অপনবা পীবা, ছাত্র-ছাত্রী চা কয়ানা অশাওবগা লোয়ননা অফিস থুগায়খি। খুয়া-থোংদা লৈবা পী: ডব্লিউ: দি: অফিস্তা কর্ম্মচারী হোইদোক্লুনা তান্থোকখিবগা লোয়ননা মুংনা থাখি।

(গ) চীংমৈরোং খোংনাং ২ কারক অদুযাইদা লৈবা অরেং তাংখুলগী লৈরক্তা নিংথৌজম জিলা মশক থংদবা থরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

(ঘ) কেন্দ্র সরকারগী কম্যুনিকেশন রাজ্য মন্ত্রি শ্রীকে: ওরাউননা লৈথিদবা জাতিগী ফিরাল তম্মায় চিংথখি।

তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: নেসনেল সেক্যু-রিটি এক্ট মখাদা ফারুবা ছইয়েন লালপাউ ইডিটর শ্রীএস: ভারতভুষন থাদোকখি।

(খ) লমলাই খুনৌদা লৈবী শ্রীমতী ফোনিলানা

মমুমগী লম্বী ওন্নরে, থাম্মু হায়বদা য়াদবদগী এমঃ এনঃ এসঃ ৩৯২০ দগী চোংথবদা গাডী অনি-মক্লা তকখি।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ: সাইতোন মখাই লৈকাইদা লৈবা শ্রীকাঙ্গোবম পিশক সিংহগী য়ুমদা লুপা ১০,০০০ লৌবা লাকপা ৯ লুপা ১,১০০ পীরগা থোকখিবদা ড্রাইরিভেদা খুঙ্গাশিংনা তান্ন-হুনা ফুবদা শিখি। পীস্তোল ১গা মরু ৫গা ফাখি হায়।

তাং ১২ থাংজ নুমিৎ: ১৯০৯ নুপী লাল নিংশিং নুমিৎ পাক-শন্না পাংথোকখি।

(খ) নেসনেল সেক্যুরিটি এক্টকী মখাদা ফাক্লবা মতম ইডিটর শ্রীমৈনম মিঠাই থাদোকখি।

(গ) মদ্রাজদা পাংথোকখিবা মিনি নেসনেল গেমসতা মণিপুরগী টিমদা য়াওখিবা শ্রীসিঃ ঠচঃ মণিবাবুনা পোইন্ট ৮ ফংহুনা ইন্দিভিজুয়েল চেম্পিয়ন ওইরকপগী পাও ইম্ফালদা ফংখি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইম্ফাল মুনি-সিপাল এরিয়াদা প্রোসেশন্নচিংবা চৎপা অথিংবা থমখি। হাপ্তা ৬ রোম চংনগনি হায়।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: কাঙ্গিপুরদা লৈবা কেম্পতা হল্লকপা আর্মী গাডী ১ থোংজুদা কুম্নস্না বোম পোকথারখি। জবান ২ শোকখি।

(খ) অল মণিপুর সেকেণ্ডরী স্কুল টিচরস এসো-সিয়েশন্না দাবী ১২ ত্তক্লবা সভাযাত্রা ইম্ফালদা চংখি। বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা মীতিং ১স্ন

তৌখি।

তাং ১৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর ইউ-নিভর্সিটিদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাস রাজ্যপাল এম: এস: ঐচ: বনীনা হাংদোকখি।

তাং ১৭ শগোলশেল নুমিৎ: শগোলবন্দ মোই-রাং হনুবদা লম্বীদা আর্মিনা চিংনবা নহারোল থরগা খোংথোক্লখি জরান ১গা নহা ১গা শি। নহাঞ্ছ খোমদাম শান্তি কৌই হায়।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ: খুরাই লাইরেন লৈকাইদা সেক্যুরিটী মোবাইল কাংবু ১ না থাম্মু-য়াদবা স্কুটর ১ ভায়রনা নোংমৈ কাপখি। অশোকপা য়াওখি। মখোয়গী ভাহৌবা তুপী ১ খুলহোই হায়।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ: প্রিপাকনি হায়বা মীওই ৩ কস্ত্রিমেদ পীস্তোল ২ গা মরু থরগা লোয়ননা সরকারদা চংজখি।

তাং ২০ নোংমাইজিং নুমিৎ: খ্বাইরম্বন্দ কৈ-থেল পুরানা বাজারদা শীংজমৈ চোংথাম লৈকাইদা লৈবা খোকচোম প্রলহাদা কৌবা ১ ফনেক লাক-পগী কাখি।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: পাঙ্গৈ মমাং বাইতোন্দা লৈবা পোংশংবম কলাচান্দগী য়ুম মৈ চাকখি। লুপা ১০,০০০ রোমগী পোং মাং-ভাকখি। অঙাংনা থাও থায়বদা মৈ হৌরকপনি হায়।

তাং ২৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ইম্ফাল টুরিষ্ট

লোজ মনাক্তা ভারাদা লৈবা প্রেমদাশ কোবা ১ থাংনা খিন্দুনা হাংখি হায়।

তাং ২৫ ঈরাই নুমিৎ: খুষ্টমাসকী থৌরম রাজ্য অসিদম্মু পাক-শন্না পাংথোকখি। চচ'শিংদা লাইনিং লাইশোন চৎথখি।

(খ) কোংখোজমদা খুৎশুমল পীদে হায়দুনা ঠিকাদার ১ য়ুরেম্বমদা লৈবা নবদিপ ১স্মং কুমার মীওই ৬না ফুখি।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ: অহানবা মণিপুর রাইফলসনা মণিপুর রাইফল জরান খরা লৌ-নবা চাংয়েংদা মীচুং শীল্লম্বা মহম্মদ ইশ্লামুদ্দিন য়াইরিপোক, মৈস্নাম লুখোই চরাংপাং অমস্মুং য়ুম্নাম জপান ময়াং লাংজিং ফাখি।

(খ) মণিপুরদা থবক থিবা মুপী ৩,৯৩০ য়াওনা মীওই ১,১৫,৫৪৬ শুই হায়।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: থোং নম্বোনবী অমস্মুং কৈশাম্প্যাংথোং মথক্তা চেনবা নম্বুল তুরেল ঈশিং মথক্তা তাশিনবা থাওথি ময়াম মৈ কৌরক্তুনা চাকখি।

(খ, ককচিং কৈথেলদা দুকান ১০ মৈনা তুম্না চাকখি লুপা লাক্ষ ৩০ গী মথক্তা মাং-তাকখি। থৌবাল ফায়ার সার্ভিসতা পাও মতম চানা কংখিদে হায়।

তাং ২৮ নিংথোকাবা নুমিৎ: য়াইরিপোক মালোমদা লৈবা কৈশাম নবকুমার কোবা আন্দর ট্রাইয়েল বন্দি ৯ ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলদা থৌরী য়ান্দুনা শি।

(খ) কোংবা কৈথেলদা মরু-মন্নাং য়োনবা শ্রীমৃত্যুঞ্জয় ধনঞ্জয়গী তুকান্দা মশক থংলবা ১০ মুক লাক্লগা লুপা ১০,০০০ মুক লৌখি হায়।

তাং ২৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: শীংজমৈ পুলিস ষ্টেসন্দা অপান লান্দা শীজিন্নবা বোম ১ লংশিল্লরই হায়।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: শীংজমৈ ময়েং লৈকাইদা মী ৪ গাড়ী তক্লুনা শাথীনা শোকখি। থৈগল তেকপা মাওখি। মীশ এম: এন: এস: ৭-০৮ কাখি।

তাং ৩১ শগোলশেন নুমিৎ: কাঞ্চিপুরদা লৈবা ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়া ব্রাঞ্চতগী মশক থংদবা ৫ চংলক্লগা ষ্ট্রোং রুমদা থম্না সিংগল বেরেল নোংমৈ ১ লৌখি।

জনুয়ারী

তাং ১ ঈরাই নুমিৎ : ১৯৮২ হৌবা নুমিৎকী য়াইফ-পাওজেল থানখি।

(খ) ঈশিং তাংহনা জীপ অমসুং গাড়ীনা থাপ্না ঈশিং লৌকুরগা লৈকাই লৈকাইদা য়েনবা চয়োল ১ ফাখি।

তাং ২ লাংজ নুমিৎ: ককচিং কৈথেলদা লৈবা ইন্দ্রনি হোলদা নোংমৈ পায়বা ৬ খক্লা লুপা ১৮০০০ থৱা হেনবা শেলফম লৌখি। মশক খংদবশিং অহনা ভোংখিবা কার এন: এল: কে: ৮৭০৯ তেরা পিশকতা শন ১ তরুম্নগা নিঙোল খোংদা লোংনা তাহনা লৈরম্বা থেংনখি।

তাং ৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : নম্বুল তুরেলগী ঈশোক শনলানফমদা তাহনা লৈরম্বা অশিবা হকচাং ১ আর: এম: সী: গি মোর্গস্তা মমিং মথা খংদনা লৈখি।

তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইহুকেশন দিপার্ট-মেন্টকী জোইন্ট সেক্রেটরী শ্রীঐচ: সরতকী সহি শারগা ট্রেজরী অফিস্তগী লুপা ৬০,০০০ রোম লৌথোক্লবা ভৌরম্বা দব্লিউ বীরেন থৌবাল কি-যাম সিফাই অমসুং লোরেম্বম বীরেন খোংমন পণ্ডিং লৈকাই ফাখি।

তাং ৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ককচীংদা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেশনগী বস এম: এন: এস: ৮০৩৯ মশক খংহৌদবশিংনা মৈ থারমই হায়।

তাং ৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: থৌবাল কৈথেলদা

নোংমৈ কাপ্পরবদা শ্রীরাকন্দ্রেম বিহারী কৌবা চহি ৬০ রোম শুরবা ১ থোংমিংতা নোংমৈ মরু ১ পানখি।

তাং ৮ ঈরাই নুমিৎ: ঈশোকতা প্রাইমারী হেল্‌থ সব-সেন্টর ১ আইঃ এফঃ সীঃ মপ্রি শ্রীথৌ-নাওজম চাওবা সিংহনা হাংদোকখি।

(খ) সঙ্গাইপ্রো গোদাউগুদা থবক তৌবা চৌঙা মথা চনম পুথ্রি মপান্দা লৈবা শ্রীথোইদিংজম ভুনেশ্বর সিংহনা শ্রীমতী তম্পাক দেবী ঈজং মাং-হল্লগা থেংনবদগী সঙ্গাইপ্রো নহারোল ক্লবনা ফাখি।

তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎ: কঙভাইদা আরঃ এঃ সিঃ ( আর্মী ) গা কাংবু ১গা নোংমৈ কাপ্প-বদা জরান ২ অমস্তুং নহারোল এক্সট্রিমিষ্ট ১ শি। রাইফল ২ পুথি হায়।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলদগী নিউ লেটিন্দগী ফুট ৪০ শাংবা শুরুং ১ ভুংলগা বন্দি ২০ চেনখি। সি আরঃ পীঃ এফঃ না নোংমৈ রাউণ্ড ৫০ হেন্না কাপখি। অহানবা মণি-পুর রাইফলসকী হবিলদার শ্রীভুলাই প্রসাদ কৌবা মকৈগন্দা পানখি।

(খ) অল মণিপুর পঞ্চায়েট পরিষদকী অসহযোগ আন্দোলনগী শরুক ১ ওইনা পঞ্চায়েট বিভাগকী অফিসশিংদা বন্দ তৌখি। থৌবাল এস. দিঃ ওঃ অফিসকী অকোয়বদা সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ ধারা ১৪৪ গী অথিংবা থমখি।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : খুঙ্গংগী লমশিংদা অল মণিপুর পঞ্চায়েট পরিষদনা কৌবা বন্দ মপুং ফানা পাংথোকখি।

(খ) কেন্দ্রগী গৃহ মন্ত্রি শ্রীগ্যান জৈল সিংহ ইম্ফালদা থুংখি।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ : অফিসশিংদা পিকেটিং তৌবা অল মণিপুর পঞ্চায়েট পরিষদকী মেম্বর ১৬ ফাখি।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ : হাওবম মরক অঙোম লৈকাইদা মশক খংদবা ১ নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি। শিখিবদু অথেংবদা ক্ষেত্রিময়ুম দেবেন কৌই। শীংজমৈ ময়েংবম লৈকাইদগীনি হায়না খংখি।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : অল নাগা ষ্টুদেন্টস এসোসিয়েশন্না শীল্লগা মীওই ১৫০০না পন্দোন্দা পুল্লগা রেলি চংখি। তেংনৌপল দিস্ত্রিক্ট শেম্বদা নোংপোক অরাং অমস্থুং নোংচুপ্পা নাগানা খুন্দাহুনা লৈরিবা মকমশিং য়াওহন্দনবা রাজ্য-পালদা মেমোরেণ্ডম পীখি।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : বিরোধী-শিংগা নকুবা ত্রেদ ইউনিয়নশিংনা কৌবা ভারত পুম্বগী বন্দ মণিপুরদসু পাংথোকখি। বন্দ শো-গৎতুনা ঈরাং থোকহনবা মী ৬ ফাখি।

তাং ২০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : নহারুপ লিটান মখোংদা ইরিল মপান্দা লৈবা খোদাম দোরেন্দ্র মশক খংদবা থরমা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ২১ শগোলশেল নুমিৎ: পীশুম নিঙোম লৈরক্তা লৈবা শ্রীএস: এচ: বসন্ত কোবা নহা শিরবা মতুংদা পুলিসতা শীন্নরক্লুনা পোৎ-লোইখি। আমীনা কাগ্রবা মতুংদা চেনগে তৌই হায়রুনা নোংমৈনা কাপ্পদা শিখিবনি হায়।

(খ) মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংবগী .•শুবা নিংশিং থৌরম পাংথোকখি।

(গ) মোইরাং রুরেল হোসপীতাল মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি।

তাং ২৩ থাংজ নুমিৎ: শ্রীহরাইবম কুমার অমশুং শ্রীপাওনম বসন্ত অনি আমীনা ফারগা হাংখি হায়না মণিপুর বার এসোসিয়েশন্না জুদি-সিয়েল ইনক্কারী দাবী তৌখি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: আমীনা ফারগা মী হাংলে, মীয়ামদা ওংলে হায়না নুপী ময়াম্না মুখ্য মন্ত্রিগী থোঙ্গালদা রাকৎনবা তিন্দুনা লৈখি।

তা ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: সেকমাই বেরেজ প্রোজেক্টকী অহানবা তাঙ্কক্কা শরুক লোইশিন্দুনা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা থবক হৌহনখি। ১৯৮২-৮৩ গী ওইনা লম হেক্টর লিশিং ১দা ঈশিং ফংহনগনি হায়।

(খ) লুকেরদা লৈবা য়ুম ১ দা শেল লৌবা লাকপা মী ৫ দা য়ুম্বগী মচা নুপা শ্রীয়াইমা সিংহনা নোংমৈ কাপ্পদা লুটর ২ শি। রাইফল ২, মোটোর সাইকল ১ নোংমৈ মরু থরা ফংখি। শিখিবা ২ছ চিংমৈরোং পুথ্রি অচৌবদা লৈবা থাংজম নব

সিংহ অমস্তুং থোংজু সাপম লৈকাইদা লৈবা কোইজম লালা কৌই হাগ।

(গ) মফম ৬ তা গাড়ী মৈ থাখি। লমলোংদা ফিসরী দিপার্টমেন্টকী এম: এন: এস: ৮১১০, ক্ষেত্রেল লৈকাইদা ইডুকেশন রাজ্য মন্ত্রিগি এম: এন: জি: ৮৮৮, থাংমৈবন্দ মুতুম লৈরক মপাদা ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেন্টকী জীপ ১, উরিপোক্তা এডিসনেল ডিস্ত্রিক্ট মাজিষ্ট্রেটকী জীপ ১, শগোল-বন্দ মোইরাং লৈরক্তা হোর্টিকলচর দিপার্ট-মেন্টকী এম: এন: এস: ৫৫০১, কৈশাম্পাংতা এম: এস: আর: টি: সি: গী এম: এন: এস: ৮৯৮৫ নি।

(ঘ) ককরা নাওরেম লৈকাইদা নাওরেম মুহিন্দ্রো কৌবা নহা ১ আমীনা পুনবা তৌরিবৈদা মুপা মীয়ামনা মুলহৌই হায়।

তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মণিপুরদসু ৩২শুবা গণতন্ত্র দিবসকী থৌরম পাংথোকখি। মপুং ওইনা থৌরম ১বা মণিপুর রাইফলসতা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা চীফ গেষ্ট ওইদুনা পাংথোকখি।

(খ) কৈনৌদা হেলথ প্রাইমারী সব-সেন্টর ১ অধ্যক্ষ শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহনা হাংদোকখি।

তাং ২৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: রাংথৈ কৈথেল অশাংবীদা লৈবা রাহেংবম নন্দলালা কৌবা চহি ২১ রোম শুরবা ১ য়ুমগী শুমাংদা থৌরী য়ান্দুনা শিখি।

(খ) খোংমন পণ্ডিং লৈকাইদা এক্সপ্লিমিষ্টনি চিংনবা মীওই ফাবা লাকপা আর্মী গাড়ী ১২ সুপী ৫০০ রেনবনা পুং ৩ লোম থংতুনা থমখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমস্তুং উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহ লাকখি। মাইক শীজিন্নতুনা সুপীশিংগা রা চাংনবদা য়ানবা পুরক্তুনা পুয়াম অঙৌ সিংহ ১স্তুং থোকচোম ইবোমচা কৌবা ২ ব্রিগেদিয়ার ১দা শীন্নখি হায়।

তাং ২৮ শগোলশেল নুমিৎ: হৈনৌ খোংনেম্বী, মাকোম ভুলিয়াইমা অমস্তুং নিঙোম্বমদা প্রাইমারী হেলথ সব-সেন্টর ১/১ হাংখি।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ: অল মণিপুর সেকেণ্ডরী স্কুল টিচরস এসোসিয়েশন্না আন্দলোন তৌতুনা ইম্ফাল সহরদা সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ ধারা ১৪৪ থুগায়রুবগী ওজা ৫৮ ফাখি।

তাং ৩১ নোংমাইজিং নুমিৎ: মিনুথোং হুট্রাদা নেপালী সুপীগি য়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈবা মহম্মদ কোরোবা য়ু ফাবা লাকপা পুলিসকা ক্রন্নবদা নোংমৈ কাপথোকখিতুনা শোকখি।

ফেব্রুয়ারী তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাগী বজেট মীফম হৌখি। রাজ্যপাল শ্রীসয়েদ মুজাফর হুসেন বর্নীমা মিনিট ৪৫ ভাযন পীখি।

(খ) চীংমৈরোংদা লৈবা ডোনবোস্কো স্কুলদা নোংমৈ পায়বা ২ চংলকপা কেড্রিক অমস্তুং টোগোরীদগী ফুরিৎ থাও শংবা লুপা ২২১ লৌখি।

(গ) থাংলোনগী লাইজাং ফাইদা মণিপুর ষ্টেট

রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেশনগী বস এম: এন: পী: ৬৮০ এক্সিডেন্ট থোক্লুনা মী ৬ শি। ২৪ শোকখি।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: খুবাথোং মনাক্তা লৈবা পব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়রবাগী অফিস্তগী মশক খংদবা ২না নোংমৈ উংলগা লুপা ১৪,৯০০ লৌখি হায়।

(খ) লাইরেন শজিক খুলদা আর্মীনা পী: এল:এ: ৫ পোৎ খরগা কাখি।

তাং ৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: লোক্তাক প্রোজেক্টকী এন:পী:সি:সি: অফিস্তা চংলক্লগা মশক খংদবা খরনা নোংমৈ উংজুনা লুপা ৪,৩৪০ লৌখি।

(খ) এমস্তুনা দাবী তক্লুহুনা ইম্ফাল অমসু অকোয়বদা লৈবা অফিসশিংদা পিকেটিং তৌখি। জেলদা কাজিমগ্রবা ছাত্র ২ চরা হেনবা হৌখি।

তাং ৪ শগোলশেল নুমিৎ: শাংজমৈ নামৈরাকপম লৈকাইদা পেট্রোলিং চৎপা আমিগা এক্সট্রিমিষ্ট কাংবু ১গা নোংমৈ কাপ্নবদা পী: এল:এ: মেম্বর শ্রীটী: ঐচ: মুাংক্রো শিখি। জরান ১সু শি হায়।

(খ) যুম্নাম পাৎলৌদ। লাইশ্রম জয় সিংহ মশক খংদবা ২না লোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি। হৈক্লুজম স্নাজাওবা কৌবা ১ শোকখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: কেন্দ্রগী টুরিজম এণ্ড সিভিল এভিয়েশন মন্ত্রি শ্রীএ: পী: শর্মা ইম্ফালদা থুংখি।

তাং ১০ মুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাদা ঠিকাদার ১৩না ঠিকাগী থবক শুনবা লুপা ৮২,৯,২২১ লৌখোকপ্রগা থবক শুরমদে হায়না রাজ্য রাজ্য মন্ত্রি শ্রীসাগোর সিংহনা হায়খি।

তাং ১১ শগোলশেন নুমিৎ: ভারত ১মুং বর্ম্ম অনি তাইনবদা লৈবা মোলচাম বম্মদা তিলহন-খিবা য়ানিংদবা মেখোরেগুম ১ কেন্দ্র সরকারদা পীখি হায়না মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা মণিপুর বিধান সভাদা হায়খি।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ: তেরা কৈথেলদা লৈবা নোংমাইথেম চন্দ্রকুমার কৌবা ১দা লুহোংনবা থা-জগ্রবা লাইশ্রম চন্দ্রকলা দেবীগী মপুক্লিং ওন্নবা চিং পীবা চংলুবদা চোংথাম ইবোহল, কাকৈথেল অমস্থং লোংজম ভগৎ ফাখি।

তাং ১৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: পুনদোং সেক্তাদা বিধু কৌবা ১ শুঙ্গোয়দা শিনা ফংখি।

(খ) নোনে যৌরমদাইদা উপাক থম্না হাপ্লা ত্রক এম: এন: পী: ৪৪০৭ এক্সিদেন্ট থোক্লুনা মী ৩ শি। ৮ শোকখি।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ: ইম্ফাল উখ্রুল লম্বীগি লিটান যৌথ্রিহৈ মমথীবি লোক হায়গৎলক-পদা ২১শুবা শিখ রেজিমেন্টকী গাড়ী ওদা এম্বুস তৌদুনা সিফাই ২১ হাৎখি। ৫ শোকখি। থাচম ১ শিখি। লম্বী বন্দ তৌখি। গাড়ী ১তা চংহনখিদে হায়।

তাং ২০ থাংজ নুমিৎ : চরোই খুলেন অমম্বুং তোকপা খুনৌদা প্রাইমারী স্কুলঠ সব ২ উদ্যোগ মন্ত্রি শ্রীহোলখোমাং হাওকিপ অমসুং হকশেল রাজ্য মন্ত্রি শ্রীঐচঃ লোখোন সিংহনা হাংথি।

তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎ : ঈরোইশেম্বদা মেকনাইজ দাই হাওস শানবা ফেব্রুযারী ২০দা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উবেপ উযুং তম্লস্বা উযুং. মাংখি।

তাং ২২ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ গণতন্ত্র শিংনবা মন্ত্রি অমম্বুং এমঃ এলঃ এঃ রিজাইন তৌ হাযনা লাওখিবা অল মণিপুর পঞ্চাযেট পরিষদকী মেম্বরশিংনা মণিপুর বিধান সভাগী থোঙ্গালদা ঘেরাও তৌখি।

(খ) মেডিকেল ডাইরেক্টোরেটনা লুপা কোটি ১ লাক্ষ ১১ হেনবা শেলক্ষম ১ উপাই কয়া তৌহুনা শাক্তম্নথোক্লস্বা রাথোক মণিপুর বিধান সভাদা রিপোট ১ পীরগা লোইনখি। বিরোধীনা পাকো-ই চেগপ ১দা লুপা ১৯০ পীহুনা লৈবা য়ানিংদবা ফোংখি হায়।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ খৌবুম লমথাইদা থোকচোম তোম্বা কৌবা ১দগী নোংমৈ পায়বা ৫না লুপা ১০,০০০ লাকখি।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎঃ ইডুকেশন ডাইরেক্টো-রেটকী অফিস্তা নহারোল ২০ লাক্লগা পেট্রোল চাইশিন্দুনা মৈ থাখি। কা ৪ মৈ চাকখি। কাইল

অমসুং ফানিচরশিং কনবা ঙমহৌদে হায়।

(খ) ৱাংখেমদা চিংথাম কেশো কৌবা ১ মখুং নাম্ম মখোং নাম্ম অমসুং মঙক কক্তুনা হাংখি। মীহাংপদু লাইশ্রম তোম্বা কৌই। চহি ২০ মুক শুরে। মপা মখুৱা অমসুং মচিন মনাওদা থাংনা যাল্লম্গী লমন খুমখিবনি হায়।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলস ইম্ফাল ৱেষ্ট ৱান অফিস শুংথিল পুং ২-১৫ অদুগ্রাইদা মৈ চাকখি। শরৌ শীন্নবা খরনা থাদোক্লগনি হায়।

(খ) যুরেম্বমদা কে: ভি: ১৩২গী পরার সব-ষ্টেসন ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হাংদোকখি।

(গ) কষ্টুরী গেরেজ মনীংদা হোটেল কমচুনা লৈবা কদাং শুলদগী রোমিও কৌবা ১ থাংনা থিল্লগা হাংলমই হায়।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : চাংমৈরোং ডোনবোস্কো স্কুল মনাক্তা লৈবা লমহাংদা য়ুম্লাম শক্তিমান কৌবা মী ১ মঙক লেন্থংলগা শিনা ছুন্দোক্লম্বা থেংনখি।

মার্চ তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাদা এম:এল:এ: ৫ শ্রীও: জয়, শ্রীচান্দম মণিহার, শ্রীঅচৌবা, শ্রীঙুলখোহাও অমসুং ডা: এল চন্দ্রমনিনা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগী মন্ত্রি মণ্ডল থাজদবা মোসন লানথংখি। মেম্বর ১৭ না শোগংখি।

তাং ৫ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাদা

মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং মন্ত্রি মণ্ডল থাজদবা মোসন ভোইস ভোংতা মাথথীবা পীখি। মতুংদা অধ্যক্ষ শ্রীরাইঃ য়াইমা সিংহনা নুমিৎ ৩৩ নি চথরকপা মীফম মতম কক্ননা য়ৈখোক্লে হায়না লাওখোকখি।

তাং ৬ থাংজ নুমিৎ: নিউ চেক্কোন্দা পেত্রো-লিং চৎপা কম্মান্দো কাংবু ১দা মশক খংদবা ৫মুক্রা নোংমৈ কাপশিল্লকপদগী হন্দুনা নোংমৈ কাপ্লখি। শ্রীমতী ভাইজানেম চোংলোই নোংমৈনা পানখি।

(খ) হৈরাঙ্গোয়খোং গার্লস হায় স্কুলগী হেড মাষ্টরগী কা যাওনা কা ৬ তুম্নামৈ চাকখি। লুপা ৬০,০০০ রোমগী অমাং-অতা থোকখি হায়।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ থাংমৈবন্দ লৌরুং-পুবেল লৈকাইদা লৈবা নিঙোম্বম ইবোবীগি মচানুপী সোরজুবালা মার্চ ৬তা ময়ুমদগী ফাখিবত্ত লাঙ্গোল চীংশাংদা লৈবা মণ্ডারককানবীদা হাৎ-তোক্লগা লংশেল্লম্বা অচৎ-অওক্না থেংনখি।

তাং ১২ ঈরাই নুমিৎঃ শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক নেপ্রা মেজর পুখ্রি মপালগী খাবল চোং-ফমদা থাংনা থিনবদগী নেপ্রা মেজর লৈকাইদা লৈবা য়ুম্নাম পূর্নচন্দ্র সিংহ শি। রাহেংবম মুহোন কোবা রাহেংবম লৈকাইদা লৈবা ১ শোকখি।

(খ) হৈরাঙ্গোয়খোংদা য়াংলেম মুহিন্দ্রো য়াংলেম লাকপা সিংহ অমস্তুং অহৈবম রঞ্জিৎ সিংহগী য়ুম, শঙ্গোন ১স্তুং চুকান মৈ চাকখি। মৈবুল পায়বা য়াংলেম নবচন্দ্র হৈরাঙ্গোয়খোং য়াংলেম লৈকাইদা

লৈবা নহা ১ ফাখি।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ : মালোম ১স্নুং মৈত্রমদা য়াওশঙগী কোইবা জীপ এম: এন: এন' ৫০৮৯ এক্সিদেন্ট থোক্লুনা খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈ-কাইদা লৈবা লাইশ্রম কমান্দেন সিংহ চহি ১৩ রোম শুরবা শ্রীবিধুগী মচা ১ শি।

(খ) হিয়াংথাং নরানকোঞ্জিন্দা গাডী তোংহুনা লৈশাবীদা লামহুনা অাবের তৈনবা হোংনবদা নিংথৌজম দিগবিজয় সিংহ চহি ৭০ মুক শুরবা লিলোং চজিংদা লৈবা শি।

তাং ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : মেদিকেল ডাইরেক্টরেটকী লুপা লাক্ষ ৩৩ লিশিং ৭২ চনি যাঙ্গৈ লান্না শাজিন্নথোক্লম্বগী রাথোক্তা হান্না ডি· পুটি সেক্রেটরী মেদিকেল পুরস্থ শ্রীথোকচোম স্নুরজিৎ সিংহ ফাখি। মমাংদা কর্মচারী ১৯ ফাখি হায়।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ইলেক্ট্রিসিটি, ডাক্তর-নর্স, অমস্নুং পী: ঐচ: ই: দিপার্টমেন্টশিং য়াওবা অল মণিপুর গোভর্নমেন্ট ইমপ্লোযীজ ওর্গেনাইজেশন অমস্নুং অল মণিপুর ত্রেদ ইউনি-যন কাওন্সীলনা দাবী তানবা আন্দলোন'হৌখি। লোয়শঙশিং থবক লেপখি।

(খ) শীংজমৈ ওক্রম লৈকাইদা অহানবা মণিপুর রাইফলসকী কম্যান্দো পার্টি ১না রোং চংলিঙৈদা হান্না লুম্নম্বা মশক খংদবা ৪ ৫ না নোংমৈ কাপ-শিল্লকখি। হন্দুনা নোংমৈ কাপ্পবদা মশক খংদবা

খুৎপুগী শীংজমৈ ওইনাম থিঙেলদা লৈবা নিঙো-ম্বম শান্ত সিংহ শি। জবান এনঃ অমুখোই কৌবা ১ মরেংজুমদা পানখি।

(গ) কোংবা উচেক্কোন্দা লৈবা শ্রীনোংমাইথেম স্মাইল সিংহগী য়ুমগা চাকশঙগা শমুবা কাদা অখাক অরাও (ব্রজ) তাখি। চুম ১ শিনা লৈরমই হায়।

তাং ১৮ শগোলশেল নুমিৎ: রিক্সো থৌবা লাংদম মঙ্গী কৌবা ১ থাংমৈবন্দ পুখ্রি অচৌবা মনীংদা মশক খংদবা থরনা ওইথংবা মথুৎ ককখৎ খি হায়।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ: ককরা খাইদেম লৈকাই ফৌওইবী লাইমাংদা মশক খংদবা থরনা বোম ফুমুবা তৌবদা য়োং চৎপা মৈরা পায়বী ইমা ইবেলশিংনা থেংনহৌদুনা তোকহনখি হায়।

তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎ: নই দিল্লিদা চৎলুবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং ইম্ফালদা শংলৈ। মুখ্য মন্ত্রিগী অফিস্তা পাওমীশিংগা উনখি। রেকোর্দ কত্তবা অফিসারশিং মফম থাংদোক-থাংজিন তৌগনি হায়খি।

তাং ২২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: চকপীকারোং পুলিসতা লৈবা কন্সটেবল শ্রীএঃ মঙ্গোল সিংহ মী থরনা অফিসকী মনীংলোমদা চংলক্লগা নোং-মৈ কপশিল্লমই হায়।

তাং ২৫ শগোলশেল নুমিৎ: ইম্ফালগী রাজ ভাবন মনাক্তা লৈবা সোসিয়েল রেলফেয়ার

এদভাইজরী বোর্ড অফিস্তা থা ৯ গী তলব পী-
থোকুবা তরুক্নুনা কর্মচারীশিংনা মুন্নচিংবদা
থাখি। অকায়-অতোয় থোকখি।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎ: শজিবু নোংমা পানবা
মৈতৈ চৈরাও পাংথোকখি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ: পাওনা বাজারদা
দিয়্যুটি তাবা ৫শুবা মণিপুর রাইফলসকী জবান
শ্রীরাজেন হিয়াংথাং অমসুং শ্রীকুবের লমলাই
৭কোবা ২দগী মশক থংহৌদবা মহারোল ৩ মুক্না
নোংমৈ উৎলগা রাইফল ২ মরু ১৪ লাকখি
হায়।

তাং ৩০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: লাইকম
খুনৌ অরাং লৈকাইদা এক্সাইজ দিপার্টমেন্টকী
যু ফাবা চংপা কাংবু ফুদংলগা অফাবা যু মুল-
হৌবা য়াওবা হাওবম নীলচন্দ্র সিংহ চহি ৫০
রোম শুরবা ১ ফাখি।

(খ) নম্বোল সানোয় কলেজগী সাইকল সেট
স্ত্রাইকা মরী লৈননা মৈ থাখি। এম: এস: আর:
টী:সি: গী বস ১ মুংনা থাহুনা মীংশেল থুগায়খি।
তাং ৩১ যুমশকৈশা নুমিৎ: শীংজমৈ কৈথেলদা
লৈবা যুম্নাম মাঙ্গোলজাও অমসুং শ্রীম্নাতোম্বা
২না কম্বা দুকান্দা শগুন চংলমহুনা লুপা ২৬,০০০
রোমগী শেল অমসুং পোং হুখি।

এপ্রিল তাং ১ শম্বোলশেল নুমিৎ: মণিপুরদা কোংবা
পাও-চেগী মমল পৈশা ২০ দগী পৈশা ৩০ দা
হেনগংখি। হোক্করনা মমল হেনগংখিবা খবরশিং

পুখিদে ।'

তাং ২ ঈরাই নুমিৎ : হে ম সেক্রেটরী শ্রীডি: এল: বোরানা খোকখিবা চে :দা থাংমৈবন্দ লৌকুং পুরেল লৈকাইদা লৈবা সরজুবালা মার্চ 'তা হাংলগা হুন্দোক্লম্বা মতাংদা মী ৪ মশক খংলে। লাইরেনময়ুম পুঙৌ কারে। থাংমৈবন্দ সিনাম লৈকাইদা লৈবা সবনাস (চোথে), নারেংবম মাঙ্গোল শীংজুথুং লৈরক ১স্নুং ভাংবম বিশোরজিৎ থাংমৈবন্দ লৌকুং পুরেল লৈকাই ফাবা নত্রগা লিখুন পীবা ভস্বদা লুপা লিশিং ৫/৫ মনা পীনি লাওখোকখি।

তাং ৩ থাংজ নুমিৎ : লৈমখোংগী মঙোই পাংতা লৈবা ওস্তবা মণিপুর রাইফলসকী কম্পাউণ্ডদা হবিলদার শেম বাহাদুর কৌবা :না নোংমৈ কাপ্পা অমস্নুং হেণ্ডগ্রেনেদনচিংবা অকং অকংবা লংবদগী জবান ২ সিটেল বাহাদুর ১স্নুং গোপাল বাহাদুর শোকখি।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ইম্ফালদা লৈবা টুরিজম ডাইরেক্টরেট অফিসতা থোংনাও ফক্কারগা সাইকল, পর্দার কি অমস্নুং সাপোন্নচিংবা পোং চখি।

তা ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : কৈশামথোংদা লৈবা হেড পোস্ট অফিস্তা দাগ পুবা লাকপা মোরে ক্যাম্বার ব্রিগেদতা থবক তৌবা মহম্মদ জলিন কৌবা ১দগী নোংমৈ পায়বা ৩ না লুপা লিশিং ৭ রোম লাকখি হায়।

তাং ৭ যুমশকৈশা নুমিৎ: লম্বোইখোংনাংখোংদা

পুলিসনা চিংনবা মী ফানবা তাম্নবদা নোংমৈ রাউণ্ড ১৩ কাপখি। খিংনাম ইবোমচা; সিনাম বিহারী অমসুং ইবোয়াইমা কোবা নহা ৩ ফাখি। শগোল তোংবুনা লাকপা ২ ন'ম্হোকখি হায়।

তাং ৯ ঈরাই নুমিৎ: মিমুথোং হট্রাদা নুপী ময়ুমগা নুপা ময়ুমগা খুংথোক্না খংনবদা নুপী ময়ুমগী মী শিখি। নুপী ময়ুমদা উতুপ পায়হুনা লাকপা মহম্মদ ইশুগ আলি অমসুং মচানুপা বাবু থাংনা য়াল্লকখি। নুপা ময়ুমগী মী ৩ ফাখি।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ: জিরিবামদা ত্রক এঃ এসঃ সিঃ ৪২৭১ দা লোৎলগা নাগেশ্বরনচিংবা মমল য়াম্বা উ পুনবা হোংনরম্বা নহারোলশিংনা ফাখি।

তাং ১১ নোংমাইজিং নুমিৎ: নিউঃ লম্বু-লেগুগী লম্লোং ৩ ফাংবদা ইহাং কাইরোংদা লৈবা থাংথোপাও সিংশিং কোবা চহি ৬০ রোম শুরবা ১ সাইকল তোংবা মশক খংদবা ৪ থক্না নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি। হায়া কুকি সেসনেল এসেমব্লীগি প্রসিদেন্ট ওইরমই হায়।

(খ) ঈশৈ হৈবা বীরমণি হৈসনাম্বা পাওনা বাজারদা পুলিস পেকেটনা নোংমৈ কাপ্পদা শিখি।

তাং ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ: মাইবম লৈকাই ওইনাম লৈরক্তা মৈরা পায়রবী নুপী কাংবু ১ দম্বুর থন্দুনা লৈরিভৈদা ত্রক এমঃ এনঃ এসঃ ৬৪৪৭ না হোৎচিল্লকুনা তকপদা চীংতামথা

বোক্সো স্কুল মনাক্তা হুন্দোক্লম্বনি হায়।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : 'এপ্রিল ১৩ কোদোমপোকপীদা আর্মীগা পীঃ এলঃ এঃ গা নোংমৈ কাপ্নখিবা মকমদা পাওমী কাংবু ১ চংতুনা য়েংখি। শ্রীসোরোকখাইবম বীর কৌবা অমগা য়ুমদা লৈরিরৈক্তদা নোংমৈ কাপ্নখি। মতুংদা শ্রীকাংজম ইবোতোম্বীগি য়ুমদা থুপখি। আর্মীনা মৈ থাখি। য়ুম ৫ কৌবোং ৪০০ য়োম তুম্না চাক-খি হায়না খুঙ্গাশিংনা তমখি হায়।

(খ) লম্ফেলপাংতা অফিসার ক্লব রাজ্যপল শ্রীএসঃ এমঃ ঐচ বর্নীনা শঙ্গাখি।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : এপ্রিল ১দগী হৌনা ওঝাশিংনা স্ত্রাইক চংথরকপদগী ফিভম লুশিনখিবগা লোয়ননা ছাত্রশিংনা মণিপুর ইউ-নিভর্সিটি থিংজিনখি।

(খ) মণিপুর পুলিসকী ব্রেন তৌরবা রানি কৌ-বা হুই শি। তলব লুপা ১০০০ য়োম চাখি।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎঃ অরাং এঃ ওঃ সীঃ মনাক্তা খুংলিংতুনা লগাও শানবা কাংবু থুগায়-খি। অথাওবা নিংথৌজম দিল্লিপ সোইবম লৈ-কাই ১ম্নুং নোংথোম্বম বীরেন তোপ থোংনাংথোং লুপা ১৪৭ কা কোমনা ফাখি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ : খেবা চৌংদা খোংজোম নুমিৎ পাংথোকখি। এপ্রিল ২৫দা খোংজোম নু-মিৎ ওইগদবনি য়েংনবা মেন থাবা হুমদনা লৈখি।

(খ) থৌবালদা গাড়ী মৈ থাম্বা আরঃ কেঃ

মেঘচন্দ্র লিলোংদা ফাখি। অচং-অওক্লা মৈ মুংখি।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ : এক: সিঃ এসঃ মন্ত্রি শ্রীরাইঃ ঈরাবোং সিংহনা থুয়াথোংদা লৈবা আসাম বেঙ্গল কেরিয়ার্সকী গোদাউগুদা চংতুনা অরোনবা অমুল স্প্রে টিন ২৭৬০ ফাখি।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ক্বাক্তাগী মুসলীমনা নয়া তাবা মফমদা এক্সট্রিমিষ্টশিং লৈরে হায়না কোম্বীং ওপরেশন তৌবদা আর্মীনা নোংমৈ কাপখি। মী ২ শিখি। মহম্মদ টায়েব আলি (২৭) অমস্থং মহম্মদ নাসির আলি কৌই হায়।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মিনুথোংদা .তাখিবা উঙ্গম তাংখুল মরু খুলদা লৈবা ইম্ফাল তুরেলদা ঈরাক্লুহনা শি।

তাং ৩০ ঈবাই নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং য়াওনা বাবুপাবাদা লৈবা প্রেস ক্লবতা মীট দি প্রেস পাংথোকখি। এক্সট্রিমিষ্ট ১২৮গী মনুংদা ১৮না মণিপুরগী জেলদা ৫৫না মপানগী জেলদা লৈ। ৫৫ থাদোকখ্রে হায়।

মে তাং ১ থাংজ নুমিৎ : লাংমৈদোং ১স্থং লফুপাং তেরাদা নোংলৈ নুংশিংনা লান্দাখি। সাপম য়াইমা কৌবা ১ শি। য়ুম ৬০ খুদেকখি। মী ৫ হেন্না শোকখি।

(খ) অল মণিপুর মেদিকেল অফিসারস এসোসিয়েশন্না শিজ রার্কস স্ট্রাইক হৌখি। তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা লৈবা লাংমৈশিং ... ৬৭২ ।।

লায়েংবা লেপখি ।

তাং ২ নোংমাইজিং নুমিৎ : মীরৈবাক্তগী পুশিল্লকপা ফিরোল অমস্থুং অতৈ পোংশিং কষ্টম অমস্থুং পুলিসনা থিগংপদা লুপা ২২.৭৫৪,০০ রোমগী পোং ফাগংখি ।

তাং ৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : টেক্সবুক ফংদবগী মায়োক্তা ছাত্র-ছাত্রী ২০০০ হেনবনা ইম্ফালদা সভাযাত্রা চংখি । শিক্ষা মন্ত্রিদা রারম ৬ য়াওবা মেমোরেণ্ডম ১ জনতা বিদ্যরথি মোচ'না পীখি ।

(খ) মাইবম লোকপা চৌংথক্তা মহম্মদ অবদুল রসখাল কোবা কৈরাও অরাংদা লৈবা ১ মমিং কোংথোক্লগা মথোং অমস্থং মথুং থুদেক্তুনা হুন্দোক্লমই হায় ।

তাং ৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : লো পরি ৬০০ লোমদা কান্নবা পীগদবা মিটর ৫৩০ শাংবা অমস্থুং মিটর ১৭'১১ রাংবা খোপুম দামগী ইরিগেশন কেনেল মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি ।

তাং ৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : লাঙ্গাল চীংদা লৈবা তরুং খুলদা মশক থংদবা ৪/৫ না নহা ১ নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি ।

(খ) জিরিবাম ব্লোক্তী প্রমুখ শ্রীরাজকুমার মঙ্গোল সিংহ এমঃ পীঃ পীঃ (জিরিবাম) প্রসিদেন্ট শ্রীব্রজামনি সিংহদা চৈ-থাংলুবগী কাখি । কোর্টনা জামিন পীখি ।

তাং ৬ শগোলশেল নুমিৎ : চুরাচান্দপুরদা

লৈবা য়াজাখান পাইতে কৌবা ১ পী: দব্লিউ: ডি
গী ইম্ফাল ইষ্ট সার্কলগী এসিস্টেন্ট ইঞ্জিনিয়ার
শারম্বগী ইম্ফাল টুরিষ্ট লোজদা কাখি।

তাং ৮ থাংজ নুমিৎ: ককচিংদা মুপী ময়াম্না
ডিস্ট্রিক্ট হেদ ক্লার্ক ওইনবা ভকুখি।

তাং ১০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: নুমিৎ ১০ নি
শুথবা ডাক্তরশিংগী স্ট্রাইক মনুংদা লায়েংবিনবা
লৈতবদগী মী ৫ শিখি।

(গ) খোংজোম লান এপ্রিল ২৩ নত্রগা ২৫ দা
ওইগনি য়েংনরকপা মতাংদা শেমখিবা কমিটি
রিপোর্ট সরকারদা লানখৎখি। চিয়ারনে শ্রীরাই:
য়াইমা সিংহনা পীখৎখিবা রিপোর্ট অমদা খোং-
জোম লান অসি এপ্রিল ২৩ দা নিংশিংগদবনি
হায়।

তাং ১১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: কেন্দ্রগী গৃহ
রাজ্য মন্ত্রি শ্রীএন: আর: লাস্কর ইম্ফালদা থুংলে।

(খ) লুরাংশংবমদা লৈবা কুমারী কজবী মমিং
১না ইন্দুবালা দেবীগা মৌপম্বাগা সেক্যুরিটিদা
পাও লান্না পীশিন্দুনা খুল ওৎ-নৈহল্লি হায়রবগী
মরীদা খুঞ্জাশিংনা কারগা মরু কোকথোক্লুনা
খোঙ্গোয়নখি।

তাং ১৩ শগোলশেল নুমিৎ: নিউ সেক্রেটরী-
য়েটতা লৈবা ট্রাইবেল রেলফেয়ার মন্ত্রি শ্রীআই:
দি: দিজুনাংনা কৌবা পাওগী সভা য়াওবা চৎপা
পাওমীশিং সন্ত্রিনা ইস্থোকখি।

(খ) থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা য়াজস্থান হোটেলদা

নোংমৈ পায়বা থরনা লুপা ২৫০ লৌখি হায়
তাং ১৪ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুরদা তোঙানব হায় কোর্ট ১ লিংনবা নই দিল্লিদা চৎখিবা মণিপুর বার এসোসিয়েশনগী মীছুং কাংবু ১ না লো মন্ত্রি শ্রীজগনাথ কৌশলনা উনখি। প্রধান মন্ত্রিদা মেমোরেণ্ডম পীখিবা পাও থুংলে।
তাং ১৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : মেদিকেল অফিসারশিংনা চৎথরকপা স্ত্রাইক মনুংদা লায়েংবীদবদগী মী ৪ শিখি। ডাক্তর ২১ ফাখি।
তাং ১৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : লাংথবাল লেপ্পা লৈবা শ্রীসাপম বীরমনি সিংহগী য়ুমদা কেরোসিন থায়বদা মৈ হৌরক্লুনা চহি ১ মথায় গুরবী ইবেনি মমিং ১না সন্ধ্যারাণী শি।
(খ) থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা ওম প্রকাশ আগরবাল ফোরেন লিকর য়োনফমদা মশক খংদবা ৩/৪ লাক্লগা নোংমৈ উংতুনা লুপা ১০০০ লাকখি হায়।
তাং ১৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : সরকারগা য়ানবা পুরক্লুনা ডাক্তরশিংগী স্ত্রাইক লেপখি। ফাখিবা ডাক্তরশিং স্বার্থ য়াওদনা থাদোক্কনি হায়।
তাং ২০ শগোলশেল নুমিৎ : নোংপোক সেকমাইদা ময়াম্না শেল থায়নরগা শাবা প্রাইমারী হেলঠ সব-সেন্টরগী শঙ হকশেল মন্ত্রি শ্রীকৃষ্ণ সিংহনা শঙ্গাখি। লুপা ২০,০০০ রোম চংখি হায়।
(খ) ইডুকেশন দিপার্টমেন্টকী মখাদা লৈবা চৌকিদার ৭০ রোম্না থবক লেপ্পা স্ত্রাইক হৌখি।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ : থা ১৭/১৮গী তলব পীথোক্লবা দাবী তৌবা অরাংপা কয়া য়াওবা চেরোল ১ ইদুকেশন ডাইরেক্টরেটতা স্কুল চৌকিদারশিংনা পীখি। অফিস ঘেরাও তৌখি। চৌকিদার ৮৩ ফাখি। ১৮ না জেলদা থমখি।

(খ) থৌনাওজম লৈকাইদা পেবম ইবোহলগী মচা চহি ৫ রোম শুরবা ১ ঈরাক্লবদগী খোমজ্রাম পিতেশ্বরী কৌবী লৈশাবী মচা ১না কনখি।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : খুন্দ্রাকপমদা মোগ ১স্নুং নেচর কিওর হোসপীতাল ১ হকশেল রাজ্য মন্ত্রি শ্রীএচঃ লোখোন সিংহনা হাংখি।

তা ২৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : নম্বোল লাইরেঙ্গম দা য়ুম ৪ মৈ চাকখি। কোংখাম ইবোচৌবা, নাতুম অমস্নুং য়াইমা মখোয়গী য়ুমনি। লুপা ৬০,০০০ রোমগী পোং মাং তাকখি হায়।

তাং ২৭ শগোলশেল নুমিৎ : খুরাই সোইবম লৈকাইদা নোংমৈ পায়বা ৪ না ইমুংদা চংলক্লগা থাঙেনবম থোইবা কৌবা নহা ১ নোংমৈনা কাপশিল্লমই হায়।

তাং ২৮ ঈরাই নুমিৎ : সাইকুল সিনাম কোনচীংদা নোংমৈনা পানবা অশিবা ২ থেংনখি।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ : কাকৈথেলদা লৈবা থোকচোম চন্দ্রকুমার সিংহ কৌবা চহি ২৬ রোম শুরবা ১না পাওনা বাজারদা লৈবা শান্তি হোটেলগী বেঞ্চ মথক্তা মফি লৌখোক্লগা মপান থোকউবগী ফাখি।

তাং ৩১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : কৈশাম্পাংতা লৈবা এস: এস: আই: অফিসতা মশক খংদবা খরনা চংলক্লগা নোংমৈ উংলগা লুপা ১৩,৩০৬ লৌখি ।

(খ) ক্বাকৈথেলদা চুরাচান্দপুর চেনবা বস এম: এন: এস: ৪৫৩৫ চেক তৌবদা মী ৪ পীস্তোল ২ মরূ ১৫ গা ফাখি ।

(গ) শুগ্নু খোংবান লম্বী মনাক্তা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্লদা কোংখাম থো ইথোই কৌবা ১ মকৈগন্দা পানখি ।

জুন তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : কাঞ্চিপুরদা লৈবা মণিপুর ইউনিভর্সিটীগীদা "লব য়েন্নবা লুপা ৩,৬০৭ থক কেসিয়ারনা পুরকপদা মশক খংহৌদবা খরনা লাকখি ।

তাং ৪ ঈরাই নুমিৎ : এসেমব্লী রোডতা লৈবা ওলসো হোটেল মনাক্তা স্কুটর এম:এন:পী: ৫১৫০ মশক খংদবা এনা নোংমৈ মতোন্দা লৌখি ।

তাং ৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : খুমন লম্পাক্তা কাংশঙ শানবা স্পোর্ট মন্ত্রি মহম্মদ মহম্মুদ্দিন্না উরেপ উয়ুং ভমখি ।

(খ) তোপ মোইরাং কম্পুদা লক্ষ্মী বাজার পরার মন্ত্রি শ্রীকোইজম রাধাবিনোদনা শঙ্গাখি ।

তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: শগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা লৈবা সেন্ত্রেল দিভিজনেল ফোরেস্ট অফিসতা চৌকিদার ওইবা বারুণী চীংখোং মনাক্তা লৈবা শঞ্জেনবম একাজাও কৌবা ১

অফিস মনুংদা শিনা ফংখি। ইলেক্ট্রিক্কা চিংবনি হায়।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: য়াইরিপোক কৈথেলদা দুকান ৫ মৈ চাকখি। লন-থুম কয়া কনবা ঙমহোদে। অহিংদা চাকখিবনি হায়।

তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: কৈবী তরেৎ খুল মনাক্তা মশক খংদবা মহারোল কাংলুপ ২ নোংমৈ কাপ্পখি। আর্মীনা লোংউপ তান্দুনা ফানবা ভৌ-খি। মহা ২ খুংলাইগা কোন্ননা কাখি হায়।

(খ) মোইরাং কৈথেলদা লৈবা প্রেম হোটেলদা চাক লৈত্রা হংবা চংলকপা মণিপুর রাইফলসকী জরান খরগা উংথংনবদা হেমাম শ্যাম অমসুং কুমাম জয় কৌবা ২ কাখি। মোইরাং বাঁট মমাং-দা ফুবা ময়াম য়েংনখি। আর্মী কেম্পতা ময়াম্না হাযকববদগী মেজর শ্রীআরঃ সিঃ গুরুং লাক্নুনা ফিভম যেংশিনখি হায়।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ: উরিপোক্তা লৈবা চৈ-রাপ্পা রিমাণ্ড তৌনবা পুথোকপা আন্দর ব্রাইয়েল পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর ২ চেনবদগী সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ না নোংমৈ কাপ্পদা লোংজম রাজেন কৌবা রাঙ্গোয় লোংজম লৈকাইদা লৈবা ১ শি। ঈরোই-শেম্বা তাকয়েল থোংবান পুংসুবম লৈকাইদা পুংসুবম রাজেন শোকখি হায়।

(খ) মসজিৎ রোডতা দুকান ফক্তায়রম্বা থাংজম নন্দা কৌবা থাংমৈবন্দ খুয়াথোংদা লৈবা ১ কারগা পুলিসতা শীন্নখি।

তাং ১৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : তোকচা নুতি চেফোং ফোংবা হৌখিবা নুমিৎ নিংশিং থৌরম পাওনা বাজারদা লৈবা লোয়শঙদা পাংথোকখি। হোকরশিংদা ছাটিন অমম্মুং খাও ১/১ খুদোল তমখি।

তাং ১৭ শগোলশেল নুমিৎঃ কথলোংগী অরাংথংবা দুকান :দগী খুংলাক্ট পাম্বা ৪ মূক লাক্লগা লুপা ২,০০০ রোম লৌখি হায়।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ : থৌবাল তুরেল কাইহুনা থৌবাল খেকমন, লৈশাংথেম ঈশিং চাওখি। ময়াং ইম্ফাল কোমলাখোংদা ইম্ফাল তুরেল ফুট ৫০ পাক্লা কায়খি।

(খ) নোং লেপ্তনা চুবদগী জিরি লম্বীগী নুং দলান মনাক্তা শ্লিপ তাখি।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ : তুলিহল এরোপ্লেন তাফমদা কছার উধরবন্দা লৈবা গুরিপদ বানীক কৌবা নহা ১না' পুনবা তৌরম্মা গঞ্জা কেঃ জিঃ ৩১ ফাখ।

(খ) অল মণিপুর গোভর্নমেন্ট চৌকিদার এসোসিয়েশনগা সরকারগা য়ানবা পুরক্তুনা স্ট্রাইক লেপখি। দাবী পীবা য়ানখি।

তাং ২০ নোংমাইজিং নুমিৎঃ ময়াং ইম্ফাল মাইগেদা তুরেল পাত্তুনা লৌ হেক্টর ২০০ ১মুং যুম ৪০০ হেম্না ঈশিং থুমখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রী রিশাং কৈশিংনা অফিসিয়েলশিংগা লোয়ননা য়েংবা চৎখি।

তাং ২২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : লাংজিংদা লৈবা কেঃ লিলো সিংহগী থাও য়োনকমদা নোং-ৈম পাম্নবশিংনা লুপা ১,৫০০ রোম লৌখি হায়।

তাং ২৪ শগোলশেল নুমিৎ : পীঃ দব্লিউঃ দিঃ সাউথ দিভিজন পুবা এক্সিক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ার শ্রীদব্লিউঃ বাবুধন সিংহ মহাক্কী নোইরাংখোমদা লৈবা যুমদা মশক খংহৌদবা ৭ চংলক্লগা নোংমৈ-না কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ° পাওনা বাজারদা লৈবা মণিপুর ষ্টেট হেণ্ডলুম হাওসকী কেসিয়াবগী কাদা মশক খংদবা মরা চংলক্লগা লুপা ১০০০ রোম লৌখি হায়।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎঃ কোংবা কৈথেল-দা থাম্মু য়াদবা স্কুটর দিঃইঃ এসঃ ৮০১৯ কোই-তান তাম্নহুনা পুলিস কম্ম ন্দোনা নোংমৈ কাপ্পদা রাংজম য়াইস্কুল সিংহ কোবা কোংবা উচেক্কোন মনীং লৌমানবীদা লৈবা স্কুটর থৌবহু শি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লোক্তাক দিষ্ট্রিক শেমবা অমম্তুং মোইবা দা হেড ধাটর ওইনবা লোক্তা- দিস্ত্রিক্ত দিমাগু কমিতিনা সর-কারদা তকশিনখি।

তাং ২৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ মোইরাংখোম লোকলাওবুং মনাক্তা হৈরোক্তা লৈবা শ্রীএমঃ ইবোতোম্বী সিংহ এমঃ এলঃ এঃ গী জীপ এমঃ এনঃ জিঃ ৯৫৪ এক্সিদেন্ট থোক্লুনা ড্রাইভর যাম্বেম দিনচন্দ্র সিংহ চীংগা মথা নাম্মৈরাকপম

লৈকাই শিখি। ৭ শোকখি।

জুলাই তাং ২ ঈরাই নুমিৎ: তুলিহল এরোপ্লেন তাফমদা মীয়েবাক্তা শাবা ফাউন্টেল পেন য়াওবা লুপা ৭,৩২০ গী পোৎ পুনবা হোংনরম্বা মহম্মদ নাহোর পিতচাই ফাখি।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মেদিকেল দিপার্ট-মেন্টকী স্কাণ্ডলদা চেংগী হায়বা শ্রীজি: মণি শর্ম্মা চাংৈমরোং খোংনাং ২ কারক্তা মোটোর সাইকল তোংবা ২ লাক্লগা নোংমৈ কাপশিল্লমই হায়।

(খ) শাংজমৈ নাওরেম লৈকাইদা লৈবা অথুবা লৈরক ১দা স্কুটর তোংবা ৩ না তান্নরগা সাইকল তোংবা ২ গা মনুংদা ১ শ্রীহৈক্রুজম নাওবী সিংহ শাংজমৈ চিরোম লৈকাইদা লৈববু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: রাংখৈ অঙোম লৈকাইদা লৈবী চহি ৬৫ রোম শুরবী মনাও শিজ দেবী ঈশিংদা তাহ্নুনা শি।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: পাঙুম ওইনাম লৈকাইদা লৈবা শ্রীএম: ইবোমচা শর্ম্মা মণিপুরী মচাগী অহানবা ওইনা কুরুক্ষেত্র ইউনিভর্সিটি-দগী এম: এ: সংস্কৃত সেকেণ্ড ক্লাসদা পাস তৌবা পাও ফংখি।

তাং ৯ ঈরাই নুমিৎ: চাংঙামখা হায় স্কুল মনাক্তী পুখ্রি অচৌবদা চহি ৪ রোম শুবা নিঙোম্বম সোমোরজিৎ কৌবা অঙাং ১ তাহ্নুনা শি।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ: বিহারগী বনারস

জেলদা নেসনেল সেক্যুরিটি এক্টকী মথাদা ফাহনা থম্মু্বা বন্দি ৬ ইম্ফালদা পুরকখি।

তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইন্ফকেশন সেক্রেটরী রাজকুমার রোবিন্দ্র সিংহ থাংমৈবন্দা লৈবা ময়ুমগী মাঙ্গোলদা মশক থংহৌদবা ৩না নোংমৈনা কাপ্পূনা হাংখি। মণিপুর সরকারগী লোয়শঙ ছুটি তঙ্খাব থাখি।

(খ) পোরোম্পাৎতা পুলিসনা গাড়ী চেক তৌবদা গঞ্জা বেগ ৭ ফাখি।

তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: খুরাই থিঙ্গোম লৈকাইদা নোংমৈনা কাপ্লগদগী মাইবম য়াজাওবা সিংহ কৌবা নহা ১ শোকখি। ময়ুমদগী কৌথোক্লগা ২ মুক্কা কাপ্লম্বনি হায়।

তাং ১৫ শগোলশেন নুমিৎ: লাংথবাল লৌশিপাৎতা শক্তিমান এমঃ এনঃ পীঃ ৩৫৭১ তোংবা ১ মথক্তগী ওন্থহনা শিংনা অমুক ননবদগী রাংজিংদা লৈবা ডাঙোম কোকতাং কৌবা নহা ১ শি।

(খ) নহাবম অরাং লৈকাইদা লৈবা পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর রাইথোম ইবোহলবী লোংখি হায়রুনা তোপ খুনৌ খুজাশিংদা কলেক্টিভ ফাইন লুপা ৭,০০০ তৌমবা সরকারনা হুকুম তৌখি।

তাং ১৬ ঈরাই নুমিৎ: থাংমৈবন্দ গুরুকুলগী অরাং থংবা লম্বীদা সাইকল ২দা লাকপা নহা ও সোরাইশম চান্দ (নদিয়াচান্দ) মোংশাঙ্গৈ, য়ুম্নাম নীলমনি সিংহ উয়ুমপোক অমসুং

সোরাইশম সিংহ কৈরাও পুলিসনা থাম্মু
য়াদবদগী নোংমৈনা কাপ্পদা শিখি। কেঃ সিঃ পীঃ
মেম্বরনি হায়।

(খ) লম্ফেল মোর্গগী অৱাংদা লৈবা সাইন্টিস
রিছার্চ তৌবা শ্রীকাংজম স্নাজাওগী কাটরদা
মশক খংদবা ৪মুক লাক্লগা স্না তুলা ৩৬ মথাই
অমস্নুং লুপা ২০,০০০ লৌখি হায়।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ : মালোম ভুলিহলদা
লৈবা শ্রীচবুংবম দেবেন্দ্র সিংহগী য়ুম মৈ
চাকখি।

(খ) সাইকলদা মী ২ তোংবা মণিপুর সরকারগী
মাইগৈদগী এসঃ পীঃ ( সেন্ত্রেল ) না থিংখি।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ থাঙ্গাল বাজারদা
লৈবা মহাবীর ষ্টোরদা শেল লোবা লাকপা মী
৩ ফানবা হোৎনবদা পুলিসনা নোংমৈ কাপখি।
জিঃ লগাবুং কোম্বোজম অমস্নুং সাইরেম শামু-
ঙৌ খুরাইদা লৈবা ২ নোংমৈনা পানখি।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎ : কছাড় জিরি-
ঘাটতা মণিপুর সরকারগী চেংয়েন কেঃ জিঃ ৩০৬
লোম্না য়োল্লম্বা শ্রীরত্নপাল ফাখি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ : লৈমখোংদগী কিলো-
মিটর ১০ থাপ্পা লৈবা মকম ১ দা লৈবা প্রিপা-
কী কেম্প ১ আর্মীনা খুত্থম চনশিনখি। হেণ্ড
গ্রেনেদ ১, রাইফল ২ অমস্নুং অতৈ চে-চাং ফা-
গৎখি। কেম্প তৌহুনা লৈবা অরাম্বা মীশিংদি
নাম্থোকখিহুনা ফাহৌদে হায়।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : খ। ১৩ শুরবা শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা মন্ত্রি মণ্ডলদগী মন্ত্রি ৩ পরার মন্ত্রি শ্রীকোইজম রাধাবিনোদ মেদিকেল রাজ্য মন্ত্রি শ্রীঐচ: লোখোন অমস্তুং পরার রাজ্য মন্ত্রি শ্রীহোলখোলেট খোংসাই কম তোক্লবা হায় কম্মাগুনা পাওতাক পীখি।

তাং ২৯ শগোলশেল নুমিৎ : নোংমগী খোংচংতা আর্মী চীফ জেনরেল কে: ভি: কৃষ্ণরাও ইম্ফালদা থুংলৈ।

(খ) পুং ২৪ গী মনুংদা কম থাদোক্লবা কায়বা ইন্দবা পরার মন্ত্রি শ্রীরাধাবিনোদ পরার রাজ্য মন্ত্রি শ্রীহোলখোলেট খোংসাই অমসুং মেদিকেল রাজ্য মন্ত্রি শ্রীঐচ: লোখোন মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগী পাওতাক মতুং ইন্না রাজ্যপাল শ্রীএস: এম: ঐচ: বর্নীনা দিসমিস তৌখি।

(গ) ঈরোইশেম্বদা টাটা এম: এন: এস: ৭৮৭৭ না তকপদগী ঈরোইশেম্বদা লৈবী খাঙেনবম মতৌলৈবী দেবী শিখি।

আগষ্ট তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং শ্রীকৈশিংগা পাওমীশিংগা বঙ্গালো অফিসতা উনখি। রাষ্ট্রপতি সাসন লৈরিঙৈদা সি:বি:আই: দা শীন্নরম্বা রেপসিদ অমসুং পালম ওইল হুরান্দুনা য়োল্লম্বা কেস লৌথোক্লে। অহুগা মন্ত্রি ৩ লৌথোকখিবা মহাকী মন্ত্রি মণ্ডলদা মরা চেংনবা অমসুং অমোংপা লৈতনবা, হেন্না ফগংনবা তৌবনি হায়খি।

(খ) মণিপুর রাইফলসকী ডাক্তর থানাদা লাংঙেংদুনা লৈবা প্রিপাক্কী খোমদ্রাম শান্তি সিংহ কাকৈথেল হেগুকফ হুক্তোক্লগা নাম্বোক্তুনা চেনখি হায়।

(গ)মোইরাংগী কোবিলবোনদা ভিংবা ইলেক্ট্রিক তারা কক্লিংদা মী ৩ থোকচোম তোতোবী থোইজুমান, ওইনাম মৈনো উপোকপী অমসুং ওইনাম ইবোমচা ফারগা ময়াম্না খুঙ্গোয়নখি। মতুংদা পুলিসতা শীন্নখি।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ: কংগ্রেস (আই) প্রসিদেন্ট শ্রীলাইশোম ললিত সিংহ মযুমদা নোংমৈ পায়বা ২না হাংনবা তৌখি। প্রিপাক্কী সরেন্দর তৌদুনা লৈবা বামোন লৈকাইদা লৈবা ঙাঙোম হিটলর কৈশামথোং হেড পোষ্ট অফিস মপাদা ফাখি। পুলিসকী নোংমৈনা পান্দুনা শিখি।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ: নম্বোল থা জিরিদা লৈবা শ্রীমেঘজিৎকী য়ুমদা ফারগা নাম্বোক্তুনা চেনখিবা প্রিপাক মেম্বর শ্রীখোমদ্রাম শান্তি ফানবা থিবদা ফংখিদে। রাপলদা নোংমৈ কাপশিনবদা শ্রীশান্তি পান্দুনা শি হায়।

তাং ১০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: কাকৈথেল মোইরাং পুরেল লৈরক্কা ২শুবা মণিপুর রাইফসকা নোংমৈ কাপ্নবদা পী: এল:এ: মেম্বর ২কাকৈথেল মোইরাং পুরেলদা লৈবা ও: টিকেন অমসুং এম: শান্তি শিখি। জরান ধনু বাহাদুর কৌবা ১ শিখি হায়।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : উরিপোক অচোম লৈকাইদা লৈবা হিদংময়ুম শরৎ শর্মা ময়ুমদা মশক খংদবা ৩ লাক্লগা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ : অথৌবশিং নিংশিং নুমিৎ পাক-শন্না পাংথোকখি। বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমস্বুং থাঙ্গাল জেনরেলগী ফোটোদা লৈ-গু কংখি।

(খ) ঈরোইশেম্বদা লৈবা অয়েকপম জুগোল সিংহ মফম অদুদা লৈবা পান দূকান ১দা লেপ্পু-না লৈরিঙৈদা খাংনা থিল্লম্বদগী শি। লৈকাই ১তদা লৈমিন্নবা খাঙেম্বম নবচন্দ্র সিংহ পুলিসনা ফাখি হায়।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ : চকপী তুরেল অমস্বুং ইম্ফাল তুরেল শন্নকম ঈরোংদা ঈশিং পাথো-ক্লুনা শেন্নৌ কৈথেল অমস্বুং অকোয়বদা লৈবা য়ুমশিং থুমখি।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : মণিপুরদস্থু ৩৫শুবা নিংতম নুমিৎ মপুং কাদা পাংথোকখি। এস: পী: (সেন্ত্রেল) শ্রীথাংজম করুনাময়, দিপুটি কম্মান্দেন্ট শ্রী জয়কুমার ১স্থুং ইন্সপেক্টর শ্রীসূর্য্য বাহাদুরদা প্রেসিদেন্ট মেদল ফোর মেরিটরিয়স পীখি।

তাং ১৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : শগোলবন্দ য়েংখোম লৈমজা প্রিশাক, মেম্বর লাঙ্গোলজম লোকেল তোংব্রম লৈকাইদা সেক্যুরিটিনা নোংমৈ

কাপ্পদা শি। ফাম্নবা এক্সট্রিমিস্ট নাম্বোকপদা চেন্নবা মণিপুর রাইফলসকী জরান থাংজম ইবোহল তেরাদা কাখি।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : আঙৈন্না য়াদে হায়না লাওথোকখ্রবা লালহোবা সংস্থান-শিংগা সরকারগী কর্ম্মচারীশিংগা মরী লৈনরে হায়বা চিংনবা লৈরকপদগী পুলিসনা থিগৎপা থবক চৎথরি হায়না রাজ্য সরকারনা লাওথোখি। প্রিপাকী শ্রীথোমজ্রাম শান্তি চেলহনখিবদা কৌ-ভুনবা য়াওই হায়না মণিপুর রাইফর্লসকী জরান শ্রীমোইরাংথেম মংলেম সিংহ কারে হায়না লাও-থোকপা অহুদা হায়।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ : বামোন কম্পুদা চিংনবা মী ফানবা থিবা থবক চৎথবদা নোংমৈ কাপ্পকপদগী পুলিসকা মশক খংদবশিংগা নোংমৈ কাপ্পখি। বামোন কম্পুমক্তা লৈবা ইরেংবম মোবী কৌবা নহা ১ পুলিসকী নোংমৈনা পান্দু-না শি।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফালগী মপাল কাং-জৈবুংদা ইয়েক মরু শানবা থৌরাংবা কাংলুপনা শীনবা ময়েক মরু চৎপা। নুমিৎকী থৌরম মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হৌদোকখি। য়ানহুনা লৌথংলবা মীতৈ ময়েক ২৭ কী মতাংদা য়েৎন-হুনা লৈবগী মতম নংত্রে হায়খি।

(খ) ভেটিরিনরী মন্ত্রি মহম্মদ হৈলাল উদ্দিন খানগী মন্ত্রিনা মন্ত্রি উনবা লাকপা ফুবগী মায়োক্তা

মুখ্য মন্ত্রিদা য়াকংখি।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নুমিৎ ২/৩গী নোং লেপ্তনা চুবদগী খোইহুম খরুংপাংনচিংবা ঈশিং পাথোকখি। থৌবাল তুরেল ককচিং তুরেল ঈশিং হাদোকখি। খা-মণিপুর কলেজ পরিক্ষা য়ৈথোকখি।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অল মণিপুর ৱাকিং জর্নেলিষ্ট ইউনিয়ন্না শীল্লগা প্রেসকী নীং তম্বা শিংনরকপগী মায়োক্তা রা চাংদবা রেল্লি ১ চংখি। মতুংদা রাজ্যপাল শ্রীবর্নিগা উনদুনা মেমোরেণ্ডম ১ পীখি।

তাং ২৬ শগোলশেন নুমিৎ : মন্ত্রি পুখ্রিদা লৈবা নম্বূথিং কৈশিংগী য়ুমদা শেল পীয়ু লাকপা মীওই ২ রোং চৎপা ২শুবা মণিপুর রাইফলসকা কাংবুগা থেংনদুনা নোংমৈ কাপ্লবদা কফাংলুই কৌবা সিকিপুং ভিলেজদা লৈবা ১ শিখি। স্থইরাইপাম কৌবা থয়াই ভিলেজদা লৈবা তাংখুল ১ ফাখি।

(খ) কৈশাম্পাৎ থোকচোম লৈকাইদা লৈবা পীপলস জেঃ বিঃ স্কুলদা অল মণিপুর রিকোগনাইজ অন-এদেদ স্কুল টিচরস এসোসিয়েশনগী দাবী তক্লবা রিলে হঙ্গর স্ট্রাইক হৌখি।

(গ) লমশাংদা এসঃ দিঃ সিঃ অফিস ১ হাংদোকপদা উপ-মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা হায়, লমাই মীওইশিংনা আঙ্গনগী রাংমদা লম খোপচিল্লোইদবনি।

(ঘ) নিপা কৈথেলদা দুকান ফম্বা থিয়াম নব-কুমার কৌবা ১ দগী মশক খংদবা ৩না নোংমৈ মতোলদা লুপা ২,০০০ লৌথি হায় ।

তাং. ২৮ থাংজ নুমিৎ : কৈবী হৈকক মপালগী নালা ১দা লাইশ্রম রোবিন্দ্রো কৌবা চহি ২০মুকী নহা ১ শিনা ফংথি । আঙৈন্না থিংগ্রবা কে সিঃ পীঃ হাযবা সংস্থান ১গী সরকারদা সরেন্দর তৌ-দুনা লৈবনি হায় ।

(খ) অল মণিপুর এান্সপোর্ট কো-ওপরেটিভ সোসাইটি এসোসিয়েশনন্না দাবী তান্দুনা নোংমগী ওইবা তোকন স্ট্রাইক চংশিনখি । লনাই গাড়ীশিং লেপখি ।

(গ; নইদিল্লিদা চৎলুবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং থুংলে । সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ মশাং হেন্না থারকুবা অমস্তুং চেং কুইন্টল ৪০০০ পীরকুবা তকুরম্লে হায ।

তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ : ককচিং কৈ-থেলদা লৈবা য়েংথোম তোম্বগী স্না লুপ্পা দুকান অহিংদা খুংলাই পায়বা ৩না মাল-চাং ওম্না লুট তৌথি ।

তাং ৩০ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ককচিংদা ডিস্ট্রিক্ট হেড কাটর থম্নবা অমস্তুং লোক্তাক ডিস্ট্রিক্ট তানবা কাংবুগী মীওই ৪৯ অমস্তুং ২১ মণিপুর বিধান সভা অকোয়বদা সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ ধারা ১৪৪ থুগায়রুবগী ফাখি ।

(খ) মণিপুর বিধান সভা মীফম হৌখি ।

তাং ৩১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগী মন্ত্রি মণ্ডল থাজদবা মোসন ১ এম: এল: এ: শ্রীমনিহার অমসুং শ্রীঅচৌবনা পুখৎখি। সাসকা বিরোধীগা পুং ২-৩০/পুং ২-৫০ য়েংনখি। মতুংদা ভোইস ভোংনা থাজদবগী মোসন মায়থীবা পীখি।

(খ) রাংথৈ তোকপম লৈকাইদা সাইকল তোংবা ৬গা ১বা মণিপুর রাইফলসকী কম্যান্দো কাংবু ১ গা নোংমৈ কাপ্পবদা পী: এল: এ: মেম্বরনি হায়বা খোংমন ওক্রম চুথেক্কা লৈবা শ্রীনোদিয়া সিংহগী মচা ওক্রম নিত্যাই (১৮) খুদক্কা শিখি। মীওই ২ খক্তি নাম্থোকখি হায়।

(গ) শেঙ্গা-থুমজগী মায়োক্কা এন্টি করপসন স্ত্রাগল কমিতিনা শীনবা ছাত্র-ছাত্রী চা কয়াগী দিমোন্সত্রেশন ১ ইম্ফালদা চৎখি।

সেপ্টেম্বর তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : উখ্রুল হেড কাটরদা লৈবা শ্রীহাওরাই তাংখুলগী য়ুম মনাক্তা অহিং কোইশিল্লগা নোংমৈ কাপ্পবদা শ্রীমুইভানা লুচিংবা নেসনেল সোসিয়েলিষ্ট কাওন্সীল ওফ নাগালেণ্ডগী থুংলাই পায়বা ২ আর্মীনা হাৎখি। ৩ নাম্থোকখি। ওটোমেটিক রাইফল ২ নোংমৈ মরু ১৭০ ফংখি হায়।

(খ) ইমপ্লোইমেন্ট এক্সচেঞ্জ অফিসার শ্রীপাসোং সিংহ অমসুং হোটেল নটরাজকী মেনেজর শ্রীগুরদিপ অনিনা শীল্লগা নই দিল্লীদা নুপী মচা

২৪ অমস্তুং মুপামচা ১১ রোল্লিং স্কোচিংগী ট্রেনিং তৌহনগনি হায়না পুথ্রগা দশা তাহনা লৈবগী রাফম মণিপুর বিধান সভাদা এমঃ এলঃ এঃ শ্রীওঃ জয় সিংহনা পুখংখি।

তাং ২ শগোলশেল নুমিৎ :মণিপুর বিধান সভাগী চংথখিবা মীফম লোইরগা থোরকপদা অধ্যাক্ষ শ্রীযুম্নাম য়াইমা সিংহগা উপ-মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহগা মিনিট ৫ মুক কন্না লাওনরকপদগী নাকল লেপ্পহনা য়েংনখি। চাওরবা কুম্মৈ ১ ওইখি।

(খ) শজেনথোং মনাক্তা পব্লিক হেলঠ ইঞ্জিন্নি-য়ারীং দিপার্টমেন্টকী ৱাটর টেঙ্কর এমঃ এনঃ জিঃ ৪৮৪ না রিক্সো তোংলকপা ২ তকপদগী শিখি। মমিংনা লোংজম রোবী সিংহ (১০) অমস্তুং হরাইবম অলোটা দেবী (৯) কৌই। কোং-বা কৈথেলদগানি হায়।

তাং ৩ ঈরাই নুমিৎ : নিউ কছাড রোডকী নোনে মনাক্তা এক্সত্রিমিষ্ট মীওই ২০ মুক্তা ৫ গুবা মণিপুর রাইফলসগী কাংবু ১দা এম্বুস তৌখি। রাইফল ৩, পিস্তোল ১, মেগজিন ৪ অমস্তুং ষ্টেনগন ২ লৌখি হায়।

তাং ৪ থাংজ নুমিৎ: নোনে অমস্তুং তুপুন খুলদা কোম্বীং ওপরেশন তৌখি। এক্সত্রিমিষ্টকা লোংমৈ কাপ্পবদা জবান ১ শিখি।

তাং ৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : আরঃ এমঃ সীঃ হোসপীতালদা ডাক্তরশিংনা থবক লেপ্পা

স্ত্রাইক চংশিনখি। সেপ্টেম্বর ৬ কী মুমিদাংদা দিয়ুটি তাবা ডাক্তর নারেম মোরা ( মিজো ) সেক্যুরিটিগী কাংবু ১ না ফারগা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা হুন্দোক্লম্বা লীচৎ য়ানিংদবা ফোংখি।

(খ) ইরিলবুং হায় স্কুল কেম্পসতা মশক থংদবা সাইকল তোংবা ৩ থক্লা ওজা শ্রীএলাংবম পাওনা সিংহ ( ৫৫ ) কৌবা ১ নোংমৈ কাপশিল্লমহনা লাইকন্নখি। গুলি ৩ পানখি হায়।

তাং ৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অল মণিপুর রিকোগনাইজ অন এদেদ স্কুল টিচরস এসোসিয়েশন্না কৌবা পুং ১২গী মণিপুর বন্দ পাংথোকখি।

(খ) সাইকুলগা থৌবালগা তাইনবা খুলদা মৈ'ত মচা ১ ফুরকখিবগী মরীদা মপাও কুকি কৌবা ১ সেকমাই বেরেজদা থবক শুবা মীওই ৪০ মুক্লা ফুবদগী শিখি।

তাং ৯ শগোলশেল নুমিৎ : থাঙ্গাল বাজারদা সাইকল হুরানবা লাইশ্রম স্যামো নৈফমনা খাঙবোক, মহাকপু ময়াম চংহনা মরু কোকথোক্লগা খোঙ্গোয়নখি।

তাং ১১ থাংজ নুমিৎ : উখ্রুল দিস্ত্রিক্ট হেড কাটরদা মণিপুরগী মন্ত্রি মণ্ডল মীতিং ফমখি। মন্ত্রি অমস্তুং অফিসারশিং গাড়ী ৫০ মুক্লা চংখি। মথৌ থওইদবা অফিসার ৩ সসপেণ্ড তৌখি।

তাং ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ : লোকচাওদগী মোরে রোমদা কিলোমিটর ৫ থাপ্লা মফমদা পেসেঞ্জর ৫৫ তোংবা বস এমঃ এনঃ পীঃ ১১৯৬

গজ ২০০ লুনা লোকখাদা ওন্থখি। মী ১০ শিখি। অতৈনা শোকখি।

(খ) খুরাই চিঙ্গাংবম লৈকাইদা লৈবা ওইনাম ব্রোজেন্দ্রো (৩৪) কৌবা ১ মশক থংহৌদবা মী ১ না লম্ফেল কাটর ২৪ মনাক্তা থাংনা থিল্লগা হাংতোক্লমই হায়।

লোক্তাক দিস্ত্রিক্ট তান্দুনা লুপী মীয়াম্না মোইরাংদা সভা যাত্রা চংখি।

তাং ১৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : খাইথোং অনৌবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শপ্পাখি। লুপা লাক্ষ ২৬ চংনা শাবা থোং অসি ১৯৭৬ ওক্টোবর থাদা উরেপ উয়ুং তমখি।

(খ) আই: এফ: সি: দিপার্টমেন্টকী এস: ই: শ্রীচোংথাম জিবন সিংহ শীংজমৈ চোংথাম লৈকাইদা লৈবা ময়ুমদা মশক থংহৌদবা ৪ মুক্লা নোংমৈ কাপশিল্লমই হায়।

তাং ১৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : থৌবাল হাওখা সোরারেন মনাক্তা লম্বীগি মতাইদা হৌবা থোংনাং ১দা বস এম: এন: এস: ৫৮৫৯ না থেংজিল্লুহুনা মী ২৩ শোকখি।

(খ) সাপর মৈনাদা প্রাইমারী হেল্ট সব-সেন্টর ১ হীল এরিয়ার কমিত্তি চিয়ারমেন শ্রীএল: এস: জোনবা হাংদোকখি।

তাং ১৮ থাংজ নুমিৎ : পী: দব্লিউ: দি: গী বিল্ডিং প্রোজেক্ট নম্বর টু এং ইং ওইবা ওইনাম ব্রোজেন্দ্রো কৌবা ১ হাংখিবা মরীদা ফাগ্রবা

ললাম্বুং মখোংদা লৈবা মারোংবম শ্যামকচ্ছাই পুলিস কষ্টডিদা মথম্তা ভুকশমদা লিক্লি মচেংনা লেস্থংতুনা শিনবা হোংনরম্বদগী আরঃ এমঃ সীঃ হোসপীতালদা লাইকয়খি।

তাং ২২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : লমশাং কৈথেলদা চাকশ্রম ইবোমচা কৌবা চহি ২৩ রোম শুরবা ১ মীওই থরনা হাংখি। মকোকুগী মখোরীদা নোংমৈ মরু কাওদোককম লৈরমই হায়।

তাং ২৩ শগোলশেল নুমিৎ : লৈত্রাম মথা লৈকাইদা খোয়না চিক্লুনা নিংথৌজম অঙৌ কৌ-বা চহি ২৮ রোম শুরবা শিখি।

তাং ২৪ ঈরাই নুমিৎ : ডাক্তরশিংনা স্ত্রাইক চংথরিঙৈ মরক্তা নস'শিংনা ইম্ফাল দিস্ত্রিক্ট হোসপীতাল মেডিকেল ডাইরেক্টরেট অমস্তুং টিঃ বিঃ ক্লিনিকনচিংবা ঘেরাও তৌখি।

তাং ২৫ থাংজ নুমিৎ : উখ্রুল দিস্ত্রিক্ট মেডি-কেল অফিসারদগী মশক খংহোদবা ৪ না নোংমৈ ঊৎলগা লুপা ৯৩,০০০ লাকখি হায়।

(খ) বেরি মুথথা ১ হুরগা ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্ট মেন্টকী চীফ ইঞ্জিনিয়ার অফিস কম্পাউণ্ডদা চেনশিনখিবা শগোলবন্দা লৈবা আরঃ কেঃ মঙ্গীয়া ফাখি।

তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নিঙোম থোং-জাওদা রোং চংপা পুলিস কাংবু ১ না নোংমৈ কাপ্পদা মুতুম জুগোল মমিং ১না তাংদেন (৩৬) কৌবা ১ ঙ্গশিংদা চোংথখি। মাযোন লৈকাইদা

লৈবনি। খাস্বদা লেপ্পু য়াদে হায়রুনা নোংমৈ কাপখিবনি। মীছুম খরস্তু চোইবা মীওইনি হায়

(খ) ষ্টুদেন্ট নর্সসনা স্ত্রাইক চংশিনবদা পুলিসকা ইন্ন-খোংনা তৌখি। সিঃ ঐচঃ ইন্দু কৌবী ১ শোকখি।

তাং ২৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: সাইকল তোংলগা লাকপা নোংমৈ পায়বা অনিখক্তা নোংমাইথেম কুঞ্জেশ্বর কৌবা শঙ্খে বস পার্কিংগা থংননা লৈবা হোটেল ১ দা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি। ময়ুমনা ৱাংখৈদগীনি হায়।

তাং ২৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: সেপ্টেম্বর ২৭ তা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদা ঈশিংদা চোংথখিবা মুতুম জুগোলগী অশিবা হকচাং ঈরম সিফাইদা ফংখি। মহাক্কী ইমুং মন্নুংদা সরকারনা লুপা ১০,০০০ এক্স-গ্রেসিয়া পীনবা লাওথোকখি।

তাং ৩০ শগোলশেল নুমিৎ: রীজনেল মেডিকেল কলেজ প্রিন্সিপাল শ্রীজিঃ পীঃ শর্মানা মচানুপী গীতাঞ্জলী নারোন্দা এমঃ বী বীঃ এসঃ দা মমিং চল্লস্বগী রাথোক মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা ডাক্তরশিংগা উনবদা য়েংশিন্নবা হায়খি।

(খ) নোংয়াইদা মশক থংদবা ৪মুক্তা তাৈমদা লৈবা ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়া ব্রাঞ্চতগী লুপা ৪৬, ২৯৬.০০ লুট তৌখি। জীপ এমঃ এনঃ পীঃ ১৫৬৭ তা লাকখি হায়।

(গ) শীংজমৈ কৈথেলদা দুকান ৬ মৈ চাকখি। লুপা ৫৩,০০০ রোমগী পোৎ-চৈ মাংখি হায়।

ওক্টোবর

তাং ১ ঈরাই নুমিৎ : দাবী তানবা শান্নরোয়শিংনা 'কু' পুরগা সভাযাত্রা ১ ইম্ফালদা চৎখি। পুলিসনা মুল্লগা থুদেকখি হায়।

তাং ২ থাংজ নুমিৎ : সেপ্টেম্বর ২৯ দা ককচিং ইকথেল মনাক্কী থোংদা চোংথখিবা ইবোমচা ( ২০ ; ) ইকচাং কৈরক দামদা ফংখি।

(খ) বামোন লৈকাইদা প্রীপাক্কী লুচিংবা ১ নি হায়বা শ্রীআর: কে: রোমেন সিং আর: পী: এফ: না ফাখি।

(গ) গান্ধী জয়ন্তি পালন রাজ্য অসিদম্ব পাকশন্না পাংথোকখি। লম তু শিং শেংখি।

তাং ৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : খুরাই কোংপালদা শ্রীমতী সাইখোম অচোবী দেবী য়োংপাক্লা য়ানবদগী শিখি। মচা নুপা সাইখোম রামো সিংহ (৪২) না যানবনি। মতৈমা শ্রীমতী বিনাসখি দেবীনা খিনা শোকখি হায়।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : হৈরাঙ্গোয়থোং চিংখাম লৈকাইদা পেট্রোলিং কাংবু ১ দা থংহৌদনা নোংমৈ কাপ্লকপদা সিফাই ১ শিখি। মমিংনা মাইবম থোইবা সিংহ (৩০) কৌই। শন্দ্রোক্তগীনি হায়।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : কখুলোংদা চিনি বেগ ২৭ মথায় লুপা ১০,০০০ রোমগী পোং রাইরী অমস্তুং ইকেন খুলদা য়েঙ্খোকুবা পুথ্রগা নাইস্থৈহনা য়োন্নবা হোৎনরম্বদগী পুলিসকী মীওই ৮ না ফাখি। এফ: সি: এস: মন্ত্রিনা

পুলিস ৮ অহূদা লুপা ৫০/৫০ মনা পীনি লাও-থোকখি।

(খ) লম্লাং গেটতা বস চেক তৌরিঙৈদা মশক খংহৌদবা খরনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। ২১ শুবা শিখ রেজিমেন্টকী জেঃ ওঃ সিঃ ১ শোকখি।

তাং ১৪ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুরদা জপানিজ এন্সেফলাইটিস লাইনা শন্দোক্লে হায়না মেডিকেল ডাইরেক্টরেটনা চেকশিন থোরাং লাওথোকখি।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ : জেলিযাংরোং ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন্না শীল্লগা ইম্ফালদা রেল্লি চংখি। জাতুম্নং অমস্তুং রানী গাইদেলুবু ইকায়বা পী হায়না ডাঃ বিঃ বিঃ ঘোসনা ইবা 'হিষ্ট্রি' ওফ নাগালেণ্ড লাইরিক মৈ থাখি।

(খ) খোংজোম লান নিংশিং নুমিৎকী চহ্রেৎনবা মতাংদা মণিপুর সরকারনা নুমিৎ অসি এপ্রিল ২৩ দা ওইগনি হায়না লাওথোকখি। অখং-অকৈ থরনদি এপ্রিল ২৫ দা তকুখি।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ : ঈকং মায়োক্কুরবা থা-থংবা মণিপুরগী শরুক্তা আর্মীনা মতেং পাংখি। থা ২ দা চেং অমস্তুং চিংদি কেঃ জিঃ ১৩/১৩ য়ে-থোকখি।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : উসা সিনেমা হোলগী বুকিং অফিস্তগী মশক খংদবা মীওই ৫ না নোংমৈ উৎলগা লুপা ১,৮০০ লৌখি নোংমৈ মচা পায় হায়।

তাং ১৯ লৈপাক্‌পোকপা নুমিৎ : লশাঙ্গ্‌ং মখোংদা সেক্যুরিটিগী কাংবু ১ না নোংমৈ কাপ্ল-বদা পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর গাম্ভীর সিংহ (২৬) থাংমৈবন্দ ডিঃ এমঃ কলেজ গেট মনাক্তা লৈবা শ্রীএনঃ ইবোবি সিংহগী মচা শিখি।

(খ) অল মণিপুর রিকোগনাইজ অন-এদেদ স্কুল ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ননা মখোযবু লাইরিক তম-হল্লু, মখোয়গী ওজাশিংনা চথরিবা স্ত্রাইক য়ানবা পুরক্কবা দাবী তৌদুনা পৃং ১২ গী মণিপুর বন্দ পাংথোকখি।

(গ) অরাঃ এঃ ওঃ সাং গী কাউন্টরদা নোংমৈ উংলগা লুপা ৯০ রোম ল্মাকখি হায।

(ঘ) উচিরা লমথাইদা ত্রক এমঃ এনঃ এসঃ ৩০৮২ এক্সিদেন্ট থোক্লুনা ১শি, ৪ শোকখি।

তাং ২০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : গান্ধী এভেন্যুদা লৈবা বেদি ইলেক্ট্রিকেল হোলদ কৌবা দুকান মপু পীঃ এসঃ বেদি (৫০) মশক খংদবা খরনা নোংমৈ কাপশিল্লমদুনা শোকখি।

তাং ২১ শগোলশেন নুমিৎ : প্রীপাক্তী লুচিংবা ১নি হায়বা ক্রুমলোদা লৈবা লাংপোকপম অহোং-জাও মমিং ৯না হোংবা (২৪) পুলিসকী কাংবু ১ না লোইতাং খুনৌদা নোংমৈনা কাপ্পদা শিখি।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎ : শগোলবন্দ লুক্রাম কক্তা লৈবা নামৈরাকপম থম্বালজাওবী মচা নুপী কুমারী কুসুম হু চাদুনা শি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : লোইতাং

খুনৌদা লৈবা মপা মচা মাইমোম চুরা (৫০) অমসুং মচা নুপা চুরামনি সিংহ মী থরনা কৌথোক্লগা নোংমৈ কাপশিল্লমই। চুরাসিং চুরা মনিনা শোকখি হায়।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: টীপাইমুখকী ওমথৈ মনাক্তা মীক্তো নেসনেল ফ্রণ্টকী মীওইশিংনি চিংনবা থরনা দিঃ এসঃ পীঃ ১ য়াওনা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ কন্সটেবল ৫ হাংথি রাইফল ৫, পীস্তোল ১ মরু লৌখি হায়।

তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: কেন্দ্র সরকারগী ইনর্জি মন্ত্রি শ্রীবীক্রম মহাজন ইম্ফালদা থুংলৈ। লোক্তাক প্রোজেক্ট য়েংখি।

তাং ২৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: নাওরেমথোং কৈথেলদা পুজা লোইশিনবা থৌরম ১দা লাকখিবা স্পোর্ট মন্ত্রি মহম্মদ মহমুদ্দিনবু বোয়কোট তৌরুবা ৪ ফারগা য়ুঠ এণ্ড এণ্টি করপসন স্ত্রাগল কমিতিগী ফাখিবা ভোলুন্টিয়ার ২৫ শুখি।

তাং ২৮ শগোলশেন নুমিৎ: আরঃ এমঃ সিঃ প্রিন্সিপাল শ্রীজিঃ পীঃ শর্ম্মনা মচানুপী গীতাঞ্জলীবু এমঃ বীঃ বীঃ এসঃ তমহল্লম্বগী রাথোক্তা মেডিকেল ছাত্রশিংনা আন্দলোন হৌরক্লুনা আরঃ এমঃ সীঃ অমসুং ইম্ফাল দিস্ত্রিক্ট হোসপীতাল থোং থিংখি।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ: য়ুন্নাম লৈকাইদা মণিপুর পুলিসকী কম্মান্দো কাংবু ১ না শ্রীখাইদেম মাইমু কৌবা চহি ১৮ রোম শুরবা ৯ নোংমৈ

কাপ্পদা শি। শ্রীখাইদেম বিহারীগি মচানি হায়।

তাং ৩১ নোংমাইজিং নুমিৎ : অমরুষ্টাগী ফাজিনখিবা আন্দলোন কারী ]৩৭ শুখি।

নভেম্বর

তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : শাংজমৈ সাপম লৈকাইদা লৈবা ওইনাম বিজয় সিংহ (১৮) হাও-বম মরক লোৌরেম্বম লৈকাইদা হাংতোক্লগা হুজ্জেক্লম্বা ফংখি।

তাং ৬ থাংজ নুমিৎ : জেলিয়াংরোং ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন্না জেলিয়ারোংশিংগী হোম লেণ্ড ১ শেম্নবা কেন্দ্র সরকারদা দাবী তৌখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : অরাং এঃ ওঃ সীঃ গী কাউন্টরদা মশক খংদবা খরনা নোংমৈ ডংলগা লুপা ১১,৩৬১.১৩ লাকখি।

(খ) নহারুপকী লিটান থোং মনাক্তা নোংমাই-থেম লোকেল কৌবা চহি ২৫ মুক শুরবা ৯ মযুম-দগী কৌথোকখ্রগা মীওই ১না পোৎফমদগী থাংনা থিন্দুনা হাৎখি।

(গ) ইম্ফালদা টেলিভিজন প্রোগ্রাম শন্দোকপা হৌখি।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নহারোল ১০ মুক সাইকল তোংদুনা লাক্লগা ডিঃ এমঃ কলেজ কেম্পস্তা লৈবা ইডুকেসন ডাইরেক্টরেটতা নুংনা নোং চুহনখি। মরম খংখিদে, কোন্না খংলক্কানি হায়রম্লগা পুলিস থোমজিল্লাক্লুইদা নাম্থোকখি হায়।

তাং ৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ডিঃ এমঃ

কলেজ কেম্পসতা অহোংশাংবম ইনাও সিংহ (২১) কৌবা থাংমৈবন্দ লৌরুং পুরেল লৈকাই-দা লৈবী ১ না লৈকাই ১তদা লৈমিন্নবী ছাত্রী কুমারী ময়েংবম রুপবতি দেবীদা থাংনা থিনখি হায়।

তাং ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : রাজ্য অসিদগী অঙাংগী নুমিৎ পাংথোকখি। মপুং ওইবা পোৎরম ইম্ফালগী মণ্ডল কাংজেবুংদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমসুং শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীথৌদাম দেবেন্দ্র সিংহনা মথংশিংনা চীফ জুয়েষ্ট অমসুং সভা-পতি ওইরগা চংখি।

তাং ১৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : শেল লান্না শাজিন্নরম্বা লনাই মীওই ২ রাওনা কর্ম্মচারী ২০ ফারে হায়না সরকারনা লাওথোকখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : নিঙোল চাকৌবা চৎখিবা নুপী লৌরুনবা থাখিবা কার এম: এন: পী: ২৫৫৪ লমশাং ফুমলৌ য়ৌত্রিঙৈদা নোংমৈ পায়বা থরনা হায়জেক্ত তৌখি হায়।

তাং ১৯ ঈরাই নুামৎ : হৈঙাং অরাং লৈকাইদা লৈবা শ্রীসনসম কুল্লা কৌবা ১গী য়ুমদা লুপা লিশিং ৩০ পীয়ু লাকপা মী ৪ শ্রীকুল্লাগী নুপীনা লাওব-দগী চেনখি। শেমদোক্লবা ষ্টেনগন ১ মুলহৌই হায়।

তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎ: ডি:এম: কলেজ কেম্পসতা রাহং ১ দগী শাঙগংনচুনা হাওসীগি প্রাইজ ওইনবা স্কুটর ১, সাইকল ৪ অমসুং অতৈ

পোৎ মৈ থাখি। টিকেৎ করুবশিংনা মৈ থাখিবা অমুগা টেলিভিজন ১ থক্তি য়াওহৌদে হায়।

তাং ২৪য়ুমশকৈশা নুমিৎ : সিভিল রাইট তানবা খোংজংদা কৌবা পুং ৪৮ গী মণিপুর বন্দ হৌখি। য়ুঠ এণ্ড ষ্টুদেন্টস এন্টি করপসন স্ত্রাগল কমিতিনা নভেম্বর ২৫ ফাওবা কৌবা বন্দনি হায়।

(খ) লুপা ২০০ খুল্লে হায়না তোকশ্রা পাও-চেনা ফোংখি। শেলবু শ্রীইবোয়াইমা লাইথাংবমনা মহাক্কী তাহৌবনি হায়না লৌরখিবগা লোয়নননা শেল খুনবা তোকশ্রা পাও-চেগী রন্নর শ্রীইবোম-চাদা লুপা ৫০ পীখি।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎ : লিলোং হাওরৈবী কলেজ প্রিন্সিপাল মহম্মদ অবদুল খোয়াথোং পীঃ দব্লিউঃ দিঃ মনাক্তা মণিপুর স্পেনিং মীল কোপেরেশনগী টাটা এমঃ এনঃ জিঃ ১০১৪ না তক্লুনা শিখি।

(খ) শগোলবন্দ মোইরাংময়ুম লৈরক য়োৗরম-দাইদা তমেংলোং চেনবা বস এমঃ এনঃ পীঃ ৩৭৮১না তকপদগী রাহেংবম ইবোপিশক (৪০) কৌবা ১ শি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফালদা ফোংবা পাও চেশিংগী লোয়শঙদা সেক্যুরিটিগী মীওইশিংনা চংলক্লগা রেদ তৌববু প্রতিবাদ তৌদুনা তোকশ্রা পাও-চে অমসুং অতৈ চেকোংশিং ইডিটরিয়েল ইখিদে।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : নুমিৎ ছুম্লিগী

খোংচংত্তা ল্লাক্লম্বা ইন্দিয়ান ভেটিরিনরী কাওন্সীল্ বীল ১৯৮১ গী জোইন্ট কমিটি চিয়ারমেন শ্রীসুকুলনা লুচিংবা এমঃ পীঃ ১৫ ইম্ফাল থাদোকখি।

(খ) থাংমৈবন্দ মুক্তি খুলদা মংলেম কবুই অমসুং কিনবুং কবুইগী য়ুম মৈ চাকখি। নুমিদাং পুং ১১-০৫ দা থোকখিবনি। মিনিট ৫০ মুক লৈরগা থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা কৈলাশপুরি হোটেল অমসুং মহাদেব প্রসাদকী বিল্ডিংদা ফম্বা দুকান ১৭ রোম মৈ চাকখি। ফাযার সার্ভিসনা পুং ৮ চংনা মুথংনবা হোৎনখি। লুপা লাক্ষ ৭ লিশিং ৮ হেন্না মাং-তাকখি।

তাং ২৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: উখ্রুল জিলাগী বর্ম্মগা তাইনবা চমথৈ পরিংদা নুমিদাং পুং ৬ তগী অয়ুক পুং ৩ ফাওবা কর্ফিয়ু থমখি।

ডিসেম্বর তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: কাঞ্চিপুরদা লুপা লাক্ষ ৬০ চংগদবা মণিপুর ইউনিভার্সিটিগী লাইব্রেরী শানবা শঙ রাজ্যপাল শ্রীএসঃ এমঃ ঐচঃ বর্নিনা উরেপ উয়ুং তমখি।

তাং ৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: খোয়াথোং পী দব্লিউঃ অফিস মমাংদা শ্রীএভিল পাউল কৌবা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্টকী কন্দক্টর ১ দগী লুপা ৭২০ লাকখি হায়।

তাং ৯ শগোলশেন নুমিৎ: থেঙ্গু চীং মনাক্ত। সরকারদা চংজরক্লবা লালহৌবা নহারোলশিংবু অনৌবা পুন্সি পীনবা গান্ধী পীছ কেম্প মুখ্য

মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হাংদোকখি। সরকারদা চংজরক্রবশিংবু অনৌবা পুন্সি পীবদা লুপা ১৯,৯০, ০৪৯.০০ খরচ তৌখি হায়।

(খ) লম্ফেলদা লৈবা শঙ্কর টোকিজ মনাক্তা শেল লাকপা উখ্রুল সংসত্তগী সামসোন ফাখি।

(গ) থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা জগমল অজিং কুমারগী চে য়োনফম ছুকান মৈ চাকখি।

(ঘ) থাও পুবা টাটা এমঃ এনঃ পীঃ ১১৬৬ অরাং এঃ ওঃ সিঃ মনাক্কী কৌবিলিয়াদা রৈশিন-বদা নীলমনি (কছাড়) কৌবা সেকেণ্ড ড্রাইভর ১ শি।

তাং ১০ ঈরাই নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগী মন্ত্রি মণ্ডলদা মন্ত্রি ৪ রাজ ভবন্দা রাজ্য-পাল শ্রীএসঃ এমঃ ঐচঃ বর্নিনা রাশক লৌহনখি। কেবিনেটতা শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ, ষ্টেট মন্ত্রিদা শ্রীপাওনম অচৌ সিংহ, শ্রীএলঃ অমুজাও অমস্তুং শ্রীসংখো লালনি হায়।

তাং ১১ পাংজ নুমিৎ: ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিংদা পুলিসনা থিগৎতুনা মথোং তক্কবা লাইরিক মথল ৮ হেল্লা মশীং ১০০০ গী মথক্তা ফাখি।

তাং ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইম্ফালগী জোনষ্টোন হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুলদা মুপী লাল নিংশিং নুমিৎ পাংথোকখি। লৈখিদ্রবী ফ্রিদম ফাইটরশিংদা লৈ-শু কৎখি।

(খ) অল মণিপুর পোলোগ্রাউণ্ড প্রেজভেশন

কয়িক্তিনা শীন্নগা মপাল কাংজৈবুংদা পব্লিক মী-তিং তৌদুনা মহৌশাগুম ইম্ফালগী মপাল কাং-জৈবুংদা হাংবা থম্নবা দাবী তৌখি।

তাং ১৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ: রার্ক রাজ্য মন্ত্রি শ্রীকুরিংশাবম সাগোর সিংহ মন্ত্রি মণ্ডলদগী কম থাদোকপা চে পীখি।

তাং ১৬ শগোলশেল নুমিৎ: খাঙ্গাল বাজার-দা লৈবা মনিকচান্দ চন্দানমলগী দুকান মমুংদা লৈবা গোদাউণ্ড মৈ চাকখি।

তাং ১৭ ঈরাই নুমিৎ: ইম্ফাল আরবান কো-ওপরেটিভ বেঙ্কতগী লৌথোক্লগা পুরকপা লুপা ১৩,৪৬০.০০ শীংজমৈ মপ্নেংবম লৈকাই মপাদা স্কুটর তোংবা মীওই ২ থক্না নোংমৈ উংলগা লাকখি। শ্রীলাইশ্রম কেসো কৌবা ১না পুরকপা শেলনি হায়।

তাং ২১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফাল টে-লিফোন এক্সচেঞ্জদা দিয়ুটি তৌদুনা লৈবা টেক্নি-সিয়ান অমা ১১ শুবা মণিপুর রাইফলসকী কাংবু ১না হাংকে তৌখি হায়না টেলিফোন এক্সচেঞ্জদা লৈবা কর্ম্মচারীশিং স্ত্রাইক হৌদুনা থবক লেপখি।

তাং ২৪ ঈরাই নুমিৎ: খুমন লম্পাক শান্নবুং মপাদা সি: আর: পী: এফ: কী গাড়ী এম: এল: পী: ১১৭৭ না তক্লুনা খুরাই লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা লৈবা বেবেলা কৌবী লুপীমচা ১ শি।

(খ) খাইরম্বন্দ কৈথেল নিউ মার্কেটতা হাওকি লাকলুবা সিনাম নবচন্দ্র কৌবা কৈশাম্পাংতা

লৈবা মীওই ১ কাখি। শ্রীমতী হজবম ওংবী ইবেচা দেবীগি পোৎকমদগী লাকপনি হায়।

তাং ২৫ থাংজ নুমিৎ : উরিপোক খুমন্থেম লৈকাই মপাদা স্কুটর তোংবা কাকৈথেল সেগা রোডতা লৈবা ড্রইভ্রোম রঞ্জিৎ কৌবা ১ গাড়ী ১না থেংথুরম্বদগী শিখি।

তাং ২৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ১৯৩৯ নুপী লালদা য়াওখিবা মীওই ৮দা পুন্সি চুপ্পা পেন্সন পীনবা সরকারনা লাওথোকখি। মখোয়শিংদি শ্রীমতী অয়েকপম রাজনী দেবী তেরা, শ্রীমতী শমজেৎশাফম স্নাতোম্বী দেবী ব্রহ্মাপুর, শ্রীমতী লাইশ্রম লৈবাকলৈ দেবী নাওরিয়া পাখং লাকপা শ্রীমতী পেবম চমু দেবী সোরবোন থিঙেল, শ্রীমতী মনোহরময়ুম ইন্দুমুখি দেবী শিংজবুং লৈরক, শ্রীমতী চিঙাখম ইবেমহল দেবী উরিপোক দেরান লৈকাই হাজরিময়ুম চাওনুহল দেবী রাংখৈনি।

তাং ৩১ ঈরাই নুমিৎ : ককচিং কৈথেল মমাংদা লৈবা মুনাল কৌবা ১গী য়ুমদা নোংমৈ পায়বা খরনা শেল লৌখি।

জনুয়ারী

তাং ১ থাংজ নুমিৎ : ১৯৮৩ কোবা নুমিৎ-কী নুঙাই পাওজেল থানখি। পাও-চেশিংনা মীয়ামদা য়াইফ পাওজেল পীখি।

তাং ২ নোংমাইজিং নুমিৎ : চুটিদা লৈবা পুলিসকী কম্যান্দো কন্সটেবল মহম্মদ ইস্লাম উদ্দিন লিলোং তুরেল অহনবীদা লৈবা ময়ুম মনাক্তা মীওই থরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। অশিবা হকচাংতু লৈরোন চনখি।

তাং ৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : টেলিফোন এক্সচেঞ্জদা দিয়ুটি তাবা ইরাবস্তবু ডিসেম্বর ২০ দা ২শুবা এমঃ আরঃ কম্যাদেন্টনা কুরম্বগী মায়োক্তা মণিপুরদা লৈবা টেলিফোন এক্সচেঞ্জ পুম্নমক্তা স্ট্রাইক তৌদুনা থবক লেপখি।

(খ) ইম্ফালদা খা অরাং ইনবা য়ুহারাখি।

তাং ৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ইম্ফালগী বাবু-পড়াদা মিনিষ্টর অমস্তুং এমঃ এলঃ এঃ শ্লেট মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং শপ্থখি। মন্ত্রি ৪ অমস্তুং এমঃ এল্ঃ এঃ ৯ লৈবা য়াবা শপথনি হায়।

(খ) থুরাই নিংথৌবুং লৈকাইদা সেক্যুরিটি কাং-থুনা নোংমৈ কাপ্পদা থাইদেম ব্রজলাল কৌবা মোংইরাং কম্পুদা লৈবা ১ শিখি।

তাং ৭ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুর পীপলস পার্টিগী জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীঅকোইজম নীলকমল সিংহ, এক্স-মেজর(অর্মী) ময়ুমদা হল্লকপা লম্বীদা ঙানপ্পী থোং য়োরমদাইদা মশক থংহৌদবা থরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংলমই হায়।

তাং ১৩ শগোলশেল নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা পাওর্মাশিংগা অফিসতা উনখি। শ্রীরিশাং কৈশিংনা হায়, ১৯৮৩-৮৪ দা মণিপুরগী বজেট লুপা ক্রোর ৫১ ওইরগনি।

তাং ১৪ ঈরাই নুমিৎ : খা-কংলৈপাক ষ্টেট ডিগাণ্ড কমিতি কৌবা সংস্থান ১ না অনৌবা রাজ্য ১ শেম্নবা রাষ্ট্রপতি শ্রীজ্ঞ্যানী জৈল সিংহদা মেমোরেণ্ডম পীখি হায়।

তাং ১৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : পব্লিক হেল্‌ঠ ইঞ্জিনিয়ারীং মন্ত্রি শ্রীসোসো লোরহোগী বঙ্গলাদা পাওমীশিংগা উনবা ১দা হায়, মণিপুরদা ঈশিংগী অরাবা নংবা খুল ১২৮০ গী মনুংদা খুল ৩১২ খক্তং ঈশিং পীরি। ইম্ফালদা নোংমগী ঈশিং গেলোন মিলিয়ন ১১.৭০ দরকার ওইবদা গে-লোন মিলিয়ন ৫.২০ তমক পীরি।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লোইতোংবম মনিহার (২৪) কৌবা তখেল লৈকাইদা লৈবা ১ ময়ুমগী কোম্থোংদা মী ৩না নোংমৈনা কাপ্লমই হায়।

তাং ২০ শগোলশেল নুমিৎ : অরাং এঃ ওঃ সিঃ দা পুলিসকী মোবাইল গাড়ীনা তক্লুনা বেঙ্গা-মিন গাংমৈ কৌবা ছাত্র ১ শি। তমেংলোংদগী হুলালেণ্ডদা লৈবনি, হায়।

(খ) মণিপুরদা মেডিকেল সার্ভিস পেরেলাইজ তৌখি। ডাক্তরশিংনা থবক থাদোক্লে হায়। মখোয়বু থিহনা ফাগংখি।

(গ) চশাং-কামজোংদা লুপা ৪,৩৫,০০০ চংবা থুঙ্গং ৪০ দা ঈশিং কংহম্নবা রাটর সপ্লাইজ স্কিম মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি।

তাং ২১ ঈরাই নুমিৎ : সংস্থানশিংনা ষ্টেটহুদ ডে থৌরম পাংথোক্লখি।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ : লোইতাং খূনৌদা লৈবা য়ুম খরদা লুট লাকপশিং নো'মৈ হুদোক্লম্ল-গা চেনখি। পুলিসনা থিগংপদা মী খরা ফাখি

তাং ২৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : রাইথৌদা বস এমঃ এনঃ পীঃ ৩০৬ অমস্তুং জীপ এমঃ এনঃ এসঃ ৬৩৪৫ গা থোম্নবদা দাউজলান হাণ্ডকিপ কৌবা নহা ১ শিখি।

তাং ২৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ৩৪ শুবা গনতন্ত্র দিবস পালুন পাংথোকখি। সংস্কৃতি থৌরম চথখি।

তাং ২৭ শগোলশেল নুমিৎ : লম্বোই খুলদা লম একর ৭৯.৪৫ খক মীওই ৭১ দা উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা যেন্থোকখি।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ : জন্নুয়ারী ২৯ দা মীজো লালহৌবা চংজফম পী হায়না। আর্মী-না ফাখিবা চুরাচান্দপুরদা লৈবা থাংভল্লা মপান থোক্লি হায়রগা চেম্নবা হোংনৈ হায়ত্নুনা নোংমৈ কাপ্লদা শিখি।

তাং ৩১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ইম্ফালগী বীঃ টিঃ রোডতা শাবা তুকান ৫২ উপ-মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবমতোম্পোক সিংহনা শঙ্গাখি।

ফেব্রুয়ারী

তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ বাংখৈ অয়াং পল্লিদা ২৯ তুবা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ গী ডাক থিনবা চংপা মোটোর সাইকল তোংবা ২ দা নোংথৈ কাপ্লকপদগী কোংবা সিঃ আরঃ পীঃ আউট পোষ্ট য়েংবমলাইদা মনীংদা তোংবা শ্রীরঞ্জিৎ কৌবা কন্সটেবল ১ শি। নোংমৈ পায়বা হাওফি ইনবা ৩ ফাহোদে হায়।

তাং ৩ শগোলশেল নুমিৎঃ হান্না মুখ্য মন্ত্রি ওইরম্বা মহম্মদ আলিম উদ্দিন মহাক্কী লিলোংদা লৈবা য়ুমদা অয়ুক পুং ৭-৩০ দা লৈখিদে। লুংথিল দা রাজ্যগী ঈক্কায় খুম্নবগা লোয়ননা লিলোংদা লৈরোন চনখি।

তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ—য়ুম্নাম লৈকাই-দা লৈবা পুলিস ট্রেনিংগী প্রিন্সিপাল শ্রীকরাম সত্যবর্ত্তগী য়ুমদা ডাক-শেন্না লৈবা অহানবা মণিপুর রাইফলসকী গার্ড হেরোজিৎনা নোংমৈ কাপ্পদা জরান দেবেন কৌবা ১ শোকখি।

তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ তাকয়েলদা লৈবা আইঃ টিঃ আইঃ গী হোষ্টেলদা ছাত্র ইবোয়াইমা কৌবা ১ কাপ্পি। ডিটোনেটর খরস্থ কংখি হায়।

তাং ১০ শগোলশেল নুমিৎ : লোরেম্বম অমস্থং হৈঙাংদা ভেটরিনরী এনিমেল হজবে-ন্দরী ডিপার্টমেন্টনা শীন্নগা আইঃ সিঃ সিঃ পীঃ সব-সেন্টর ১/১ হাংখি।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : জিরিবামগী বাবুপড়াদা লৈবা হুকার ১৬ মুক কম্বা শঙ ৫/৬

মৈ চাক্কুনা পুমতুম তুমখি। ময়ুম লৈবা ইমুং-শিং লৈকম লৈনখিদে হায়।

তাং ১৭ শগোলশেল নুমিৎ : এমঃ এসঃ এঃদা ফাক্কবা ডাক্তর ১৪ গৌহাটি হায় কোর্টনা থা-দোক্কবা য়াথং পীখি। ডাক্তরশিংনা নুমিৎ ১৭ নি স্ত্রাইক চংথরকপা মনুংদা অনাবা ৭ শিখি হায়।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ : লাংজিং অচৌবদা লৈবা শ্রীশৌগ্রাকপম ইন্দ্রজিৎ সিংহগী য়ুমদা শেল লৌবা লাকপা নহা ২ ফাখি। লোই-তোংবম বিনে (১৭) অমসুং লোইতোংবম রামে-শ্বর সিংহ কৌই। রামেশ্বর তাবুংথোক ময়াই লৈকাইদগীনি। নুমিদাং পুং ৮-২০ না লাংয়েং শঙদা শিখি।

তাং ২০ নোংমাইজিং নুমিৎ: কোরৌ অমসুং বামোন কম্পুদা য়ুম অনি মথংশিংনা নেপ্রম পিশক অমসুং কুঞ্জময়ুম য়াইমাগী য়ুম মৈ চাক্কু-না লুপা ৪৫,০০০ মাং-তাকখি।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ৬স্সুবা মণিপুর বিধান সভাগী মীফম হৌখি। রাজ্যপাল শ্রীবনিনা ভাষন পীখি। লোইরকপদা জাতিগী ঈশৈ শকখি, এমঃ এলঃ এঃ শ্রী ওঃ জয় সিংহনা লেপথংলি-লেপথংতে হায়না চাইহাক ঈরাং লাংখি।

(খ) ইম্ফাল পোষ্ট অফিস মনাকী গোলাইদা মণিপুর রাইফলসকী জবান ৬ থৌরিবা গাড়ীদগী

ওন্থখি। অশোক-অপন য়াওখি।

তাং ২২ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ নুমিৎ ৩৩নি চংথরকপা অল মণিপুর মেডিকেল অফিসারস এসোসিয়েশনগী স্ত্রাইক লোইশিনখি।

(খ) কৈশাম্পাৎ পরার হাওস মনাক্তা লৈবা শ্রীমতি ওইনাম রাধে দেবীগী উপু তুকান শগুন চংনবা হোংনরম্মদা খংনরক্কুনা মনাক্তা লৈবা পীঃ ঐচঃ ইঃ মন্ত্রি শ্রীসোসোলোরহোগী সন্ত্রিনা নোংমৈ কাপখি। হৈরাঙ্গোয়থোং মাইবম লৈকাইদা লৈবা খোংনাং সিংহ (১৮) নোংমৈ পান্দুনা আরঃ এমঃ সীঃ দা লাইকম্নখি, কনবা ঙমহৌদে। শমজেংশাবম কুলচন্দ্র সিংহ অমস্থুং থোবাল লৈশাংথেমদা লৈবা মহম্মদ তামজির মিয়া ফাখি হায়।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎঃ মোইরাংখোম কৈথেলদা য়াইস্কুল দিভেলোপমেন্ট কমিতিনা শীনবা ষ্টোল ১৫ হাংবা হেন্দিক্রোককী মেলা উপ-মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা হৌদোকখি।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : থাংজম খুনৌ-দা লম একর ১৭/৯৪ মী ২৭ দা উপ-মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা যেন্থোকখি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীফম মার্চ ৯ ফাওবা যৈথোকখি। ১৯৮২-৮৩গী সপ্লিমেন্টরী বজেটকী এপ্রোপ্রিয়েশন বীল পাস তৌখিবা মতুংদা অধ্যক্ষ শ্রীয়ুম্নাম য়াই-মা সিংহনা মিনিট ৪০ চংনা মণিপুর ফাইনান্স

ডিপার্টমেন্টগী এসেমব্লী সেক্রেটরীয়েটকা নৈনবা চয়েংনমা মরী, শেংদোক্নুনা কায়থোকপ্রবা শেল পীরক্কে হায়খি। ফাইনান্স মিনিষ্টর শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা এসেমব্লী সেক্রে-টরীয়েটনা কায়খিবা শেলকয়া আগর ললোনবদা শীজিন্নৈ হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ডাংখি।

(খ) হৈরোইংদা লৈবা য়ুম থরদা শেল খায়বা মী ৮ খুৎলাইগা কোয়না ফাখি। মখোযনা অহানবদা চীংমৈরোংদা লৈবা শ্রীপোমৌ কোবা ১ পী য়ুমদা লুপা ১৫০ লোখি হায়।

মার্চ তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : কবোরাক-চীংদা স্যুগর ফেক্টরী লিংদনবা নুপী মীয়াম্না আন্দোলন চংশিনখি। নুপী মীচুংশিংনা রা জ্যপাল শ্রীবর্নিগী উনহনবা মেমোরেণ্ডম পীখি।

তাং ৩ শগোলশেল নুমিৎ : আর: এম: সী: কম্পাউণ্ডদা প্রিন্সিপাল য়াবা ছাত্রশিংগা আন্দ-লোন তৌরিবা ছাত্রশিংগা খুংথোক্নবা, লাক-শিন্নবা পুলিস ১০০০ রোয়্না ডাক শেনখি। ডা: জাতিশ্বর অমসুং ছাত্র ৫ ফাখি।

তাং ৪ ঈরাই নুমিৎ : নোংয়াই মতুং পুং ১-৪৭ অহুবাইদা য়াইস্কুলদা লৈবা দুকান কা ৭ লৈবা শঙ ১ তুয়া মৈ চাকখি। অডাং ২ কনবা ঙম-হৌদে। শ্রীআর: কে: অঙোম্বাগী ভারা শানবা শঙনি। মোমবত্তিদগী হৌবা মৈ অহুদা শিখিবা অঙাং ২ মক শ্রীতখেল্লম্বম ইবোমচাগী মচা নুপানি হায়।

তাং ৫ থাংজ নুমিৎ : উংলো হৈবী মখোংদা ইম্ফাল চুরাচান্দপুর চেনবা বস এম: এন পী: ৭৮৬৮ ইলেক্ট্রিক খুটী ১ দা খায়শিন্দুন এক্সি-দেন্ট থোকখি। মী ৫ শোকখি।

(খ) ফিসরী রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাজমোহোন সিংহগী যুম্নাম ছুইদ্রোমদা লৈবা য়ুমদা নোংমৈনচিংবা পাম্বা নহা খরনা মা মোহর ২০ অমস্তুং লুপা ১৫০০ গা লৌখি হায়।

তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাগী যৈথোকলুবা মীফম ফম্বা হোখি। এন: এস: এক্তা কাজিনবা মীওই ১৮৭ শুই হায়রবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হায়খি।

তাং ১০ শগোলশেল নুমিৎ : ওরিয়েন্টেল কলেজ ছাত্রশিংনা স্ত্রাইক তৌহুনা মখোয়গী দা-বীগী মতাংদা হংলুবদা করেম কথাইনরকখি হায়না ইদুকেশন ডাইরেক্টরেট (ইউ) গী কা থৈ থাখি হায়।

(খ) পরার মন্ত্রি শ্রীরাধাবিনোদ কোইজমগী লম্ফেলদা লৈবা ৰাট্টরদা মৈ হৌরত্তুনা তেনরা ১ অমস্তুং উচেক খরা শিখি।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ : কৈশামথোং লাইশোম লৈরক মপাদা ত্রক এম: এন: এস: ৮২১৪ না মমিং মথা থংদবা তেকপদা শি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : হাওসোই-চীংদা নৌনা শাবা কনা লৈজত্রবা অঙাংশিং লৈনবা য়ুম পব্লিসিটি মন্ত্রি শ্রীএম: ইবোতোম্বী

সিংহনা শঙ্গাখি।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীফমদা সরকারনা তৌখিবা থবকশিংগী রিপোর্ট পীয়ু য়াদে হায়না বিরোধীগি এমঃ এলঃ এঃ শ্রীয়ংমাসো সৈজা অমস্তুং মহম্মদ অবদুল সলাম নত্তবশিং ৱার্ক আউট তৌখি।

(খ) ইন্দষ্ট্রিজ দিপার্টমেন্টনা শীল্লগা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা ষ্টোল ৪০০ হাংবা হেগুলুম অমস্তুং হেন্দিক্রাফ মেলা হৌখি।

তাং ১৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : তাকয়েল পাংতা লৈবা আইঃ টিঃ আইঃ কম্পাউণ্ডদা তৌবা সোসিয়েল সার্ভিস য়াওবা ত্রেনি শ্রীপীঃ কিরানি মীতৈ খাগেমপল্লিদা লৈবা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পনা শোকখি। শ্রীথোঙ্গাম কেরানি কৌবা ১ খিবদা ওন্ননা নোংমৈ কাপ্পনি হায়।

তাং ১৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কামজোংদা এসঃ দিঃ ওঃ অফিসকী এলঃ দিঃ সিঃ শ্রী পীঃ সোলোমোন কৌবা ১গী কাটরদা থম্বা ষ্টাফকী তলব য়েন্নবা লুপা ১০,০০০ মশক খংহৌদবা তনা নোংমৈ উৎলগা লৌথি।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ : নোংমদা রেডিও ১০ পুখোকপা ঙম্বা মণিপুর ইলেক্ট্রোনিক্স মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা তাকয়েল পাংতা শঙ্গাখি।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা ছাত্রশিংনা চৎথরকপা ষ্ট্রাইক কনশিনখি মার্চ ২৫দা হৌগদবা পরিক্ষাগী এমিদ কার্দ

খোমজিন্নগা মৈ থাখি।

(খ) শীংজমৈদা উনা দলান ১ শাবা, শ্রীরাজকুমার স্নামচা সিংহনা ভুকান কম্বা শঙ্ক ১ মৈ চাকখি।

তাং ২৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাদা এম: এল: এ: চোংথোক চোংশিন থিংনবা তৌসি হায়বা শ্রীচান্দম মণিহার সিংহনা পুখৎপা লনাই ওইবা রারেপ কলিংগী শ্রীউর দিংলেন অমস্তুং শ্রীইবোতোম্বী সিংহনা য়েংখি। মতুংদা ভোইস ভোংনা রারেপ অদু মায়থীবা পীখি হায।

তাং ২৫ ঈরাই নুমিৎ: মণিপুর সরকারগী কর্ম্মচারী সংস্থান অল মণিপুর গোভর্নমেন্ট ইমপ্লোইজ ফেদরেশন্না শীল্লগা নোংমগী থবক শুদবা স্ত্রাইক তৌখি। মণিপুব সার্ভিসেস (রিভিজন ওফ পে) রুল ১৯৮২ শেমদোক্লবা কেজুয়েল ১স্তুং মাষ্টররোলশিং খুৎশুমন হেনগৎনবা দাবী তৌখি।

(খ) নুংবাদা বসনা তকপনি হায, হাংতোক্লগা ইন্থরম্বনি হায় ভৌহুনা ছাত্র ১ শিখি। খুঞ্জাশিং হৌরক্লনা ঈরাং থোকখি।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ: প্রিপাক্কী ফাইনান্স মন্ত্রিনি হায়বা শ্রীনিমাই সিংহ য়াওনা এক্সট্রিমিষ্ট ৬ জঙ্গল শু, ষ্টেনগন ১ অমস্তুং চে-চাং খরগা ফারে হায়না রাজ্য সরকারনা ল্লাওথোকখি।

তাং ২৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: খুরাই

সলান থোং মনাক্তা থাবল চোংফম মুন্নবদা থাবল চোংনিংবশিংগা স্পোর্ট পাম্বা মীওইশিংগা খুংথোক্লখি। পুলিসনা চাক-শেন্না থমখি হায।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : চারিয়ান লম্বীগি লাইরেনপাৎ মনাক্তা ত্রক এম: এন: এস: ৯৩৪৩ না এক্সিদেন্ট থোক্লনা মখোংনা চৎলম্বা শ্রীমতী কাংবম তোম্বী দেবী অমস্তুং মশুল্লপী থা ৬ তা চাইরিবা ১ গা শিখি। মখোয় ২ মক লৎহুমদগীনি। অশোকপা ৬ লাইকল্লখি হায।

তাং ৩১ শগোলশেন নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীবি-শাং কৈশিংনা লুচিংবা কংগ্রেস (আই) মন্ত্রি মণ্ডল থাজদবা মোসন ১ এম: এল: এ: সব্বশ্রী এম: কুমার সিংহ অমস্তুং চুলথোহাওনা পুখৎখি। ভোৎ লৌনবদা থাজদবা মোসন মায়থীখ। মতুংদা মণিপুর বিধান সভা মীফম লোইশিল্লে অমস্তুং মতম কক্লনা য়ৈথোক্লে হাযনা অধ্যক্ষ শ্রীযুম্নাম য়াইমা সিংহনা লাওথোকখি।

এপ্রিল তাং ২ থাংজ নুমিৎ : কোদোমপোকপী লম-খায়দা নোংমৈ পায়বা মীওই ২ মুই। স্কুটর এম: এন: এস: ৮৫৩ মুনখি হায়।

তাং ৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : শগোলবন্দ বিজয় গোবিন্দগী থাবল চোংফম ১ দা থাংনা য়ানবদগী লাইশ্রম বিশ্ব সিংহ কৌবা নহা ১ শিখি

তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী কেম্পসতা আন্দোলন হৌহ্নবা ভাইস চাঞ্চেলর ডা: রাধোগী মুর্ত্তি শারগা মৈ

থাম্বা অমস্যুং এদমিনিস্ট্রেটিভ স্টাফ পিকেটিং তৌবা ছাত্র ৬ ফাখি

(খ) অকনবা নোংলৈ ন্নংশিংনা অহিংদা ইম্ফাল সহরদা য়ৈথায় থিনগায়বা পীখি। লম্ফেলদ লৈবা বোর্দর রোড টাক্স ফোর্সকী শগু ১ মথক হুমদোকখি। কে: গোপাল কৌবা থবক শুবা মী ১ শি। অতৈ মফমদা য়ুমথক হুমদোকপা অমসুং উ তুবনচিংবা থোদোক থোকখি।

তাং ৭ শগোলশেল ন্নুমিৎ: নোর্থ ইস্টর্ন রীজনেল ইলেক্ট্রিসিটি বোর্দকী ১৪শুবা মীফম ইম্ফাল সেক্রেটরীয়েট কনফরেন্স হোলদা হৌখি। রাজ্য ৫ অমস্যুং ইউনিয়ন টেরিতোরী ২ গী মী হুৎ ২৮ না শরুক য়াখি।

তাং ৮ ঈরাই ন্নুমিৎ: কেন্দ্র সরকারগী প্লান্নিং কমিশন মেম্বর প্রোঃ এমঃ জিঃ কে: মেননা মহাক্কী কাংবুগা ইম্ফালদা থুংলে। মাও পোটেটো ফার্মনচিংবা য়েংখি।

(খ) রাহেংখুমল ময়াই লৈকাইদা য়ুম্নাম অঙৌ সিংহ কৌবা চহি ৪০ মুকী ক্লেঙ্গা ১ মশক থংহৌদবা খয়না নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি। থা খরগী মমাংদা লুপা লিশিং ১২ লুট তৌখিবগী মরীদা শিগ্রবা শ্রীঅঙৌগী ময়াম্বা শ্রীজিলা সিংহনা পুলিসতা পাও পীরুবগী মহাকপু থিবা লাকপদা মশক থংদবশিং অদুনা নোংমৈ কাপ্লম্বনি হায়।

তাং ১০ নোংগাইজিং ন্নুমিৎ: বারুনী কাবা

চৎনবা মীয়াম্না গৌরনরদা কুক কুক ইন্নখি।
অথেংবা ফাওবা চৌঙ্গোয় ঈরুপনখি।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর ইউ-নিভর্সিটিগী ওজা ৩ তোংবা মিনিবস এম: এন: জি: ১০০৯ ছাত্র ১ না হায়জেক্ট তৌখি। ওজা-শিংহু একাদেমীক কাওন্সীল মীতিং য়াওবা লাকখিবনি। ভাইস চাঞ্চেলর ডা: টি: রাথোনা থোদোক অহু মুত্তাইতবা ফোংখি।

(খ) সেকমাইজিন্দা লৈবা মহম্মদ অবতুল হৈ পুলিসনা ফারগা কোর্টতা পুথোকপদা রাম্বরক্কুনা লাইকন্নখি, কনবা ঙমহৌদে হায।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফালদা লৈবা ইম্ফাল টৌকিজ মপাদা সাইকল তোংবা ২ না শ্রীথাংজলাল কোবা ৯দগী নোংমৈ উৎলগা লুপা ৬৫০ লৌখি।

(খ) ককচিং বাটা শু কম্পেনীগী ব্রাঞ্চ মেনেজর শ্রীহুইদ্রোম শ্যামকুমার কোবা ১ না পুরকপা লুপা ১৮.০০০ এসেমব্লী রোডতা মীশক খংহৌদবা ৩ না লাকখি।

তাং ১৪ শগোলশেল নুমিৎ: মৈহৌ লাংপোক থোক্কনবা নুমিৎ পালন তৌখি। মৈহৌ লাংপোক থোক্কনবা অমম্বুং চেকশিন থৌরাং কয়া মীয়ামদা শন্দোকখি।

(খ) চৈরাওবা নুমিৎকী থৌরম মপুং ফানা খুম খুদিংদা পাংথোকখি। মুংথিলদা চৈরাও চৌং অমম্বুং মনাক নকপদা লৈবা চৌং কানখি।

লৌরীয়াম তুলসিং মোইবুং খুনৌদা লৈবনা চৈথাখি।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ: শওম্বুং বেরেজনা কোন-বা মফম লিলোং অমম্বুং হাওরেবীদা ঈশিং ঈচাও থোক্লুনা য়ুম কয়া থুমখি।

(খ) খুরাই থৌদাম লৈকাইদা মথোল ২ লোংবা বিল্ডিং ১ য়াওনা মৈ চাকখি। য়ুম ৪ থকম্ব তমথীনা শোকখি। শঙ্গোলদগী মৈ হৌরকপনি। শ্রীথৌনাওজম কুলচলগী শো মীলনি হায়।

তাং ১৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: হৈরাঙ্গোয থোং মনাক্তা নম্বুল তুরেলদা তাওথরকপা অশিবা হকচাং ১ থুনগংখি।

(খ) নুমিদাং পুং ৮-৪৫ অদুরাইদা তদুবীদা সেক্যুরিটিগী মীওইশিংনা নোংমৈ কাপ্লদা ছাত্র ২ শি।

(গ) লুম্ফু তৌবদা মাইবম মুহিন্দ্রো হৈনৌ-থোংনেম্বীদা লৈবা অমা ক্লাকৈথেল মথা ইম্ফাল কলেজ য়োরমদাইদা শিখি। কোঞ্জেং লৈকাইদা লৈবা খোংবানতাবম দামুদোর কোবা ১ শোকখি।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: নঙ্গোল কেন্দ্রগী মণুং চনবা লম খরদা মেরা খোং ঈশিং পাথোরক্লুনা ঈশিং ঈচাও থোকখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমম্বুং আইঃ এফঃ সিঃ মন্ত্রি শ্রীথৌনাওজম চাওবা সিংহনা ফিভম য়েংশিনবা চংখি।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: অরাং

জিলাগী কোইদে খুল অমসুং তঙ্খৈদা আমীনা নাগা লালহৌবা থিজিনখি। মমাংগী নুমিৎকা লোম্নবা অহিংদা নোংমৈ কাপ্পবদা মী ৩ শিখি, ১ না নাম্থোকখি হায।

তাং ২০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : লিলোং কৈথেল-দা মণিপুর পুলিসকী নাইক মহম্মদ বাবু মিয়া ফাজুর রহমন কৌবা চুটিদা লৈবা ১ মীশক খংদবা ৩না নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি। ময়াম্না ফুবদা অফাবা মী ৯ লাইকম্নবা পুরকপদা লম্বীদা শিখি। মমিং তখেল্লবম অশোককুমার (তেকপাল) কৌই ক্বাকৈথেল তখেল লৈকাইদা লৈবনি হায।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎ : ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্দকী প্রসিদেন্ট মীখলদা বীঃ জেঃ পীঃ মী-রেপ শ্রীরাজকুমার দোলানম্না সিংহবু ভোৎ ৯ হেল্লগা কংগ্রেস (আই) গী শ্রীইরোম বীর সিংহ না কাখি।

(খ) ক্বাকৈথেলদা স্কুল হল্লকপা অঙাং মমিংনা নোংথোম্বম রোমেন কৌবা কোজেং লৈকাই হৈ-রাঙ্গোযখোংদা লৈবা অসি মিনি বস ১না থোমহনা শি।

তাং ২৩ থাংজ নুমিৎ : খোংজোম নুমিৎ পালন তৌখি। মপুং ওইবা থৌরম খেবচীংদা পাংথোক্কুনা মরৈবাক নীংবশিংগী খুভমদা লৈ-ক্ত কংখি।

(খ) খোংজোম নুমিৎকা মরী লৈননা স্ত্রাইকী

মতাংদা ফাজিনবা ছাত্র ৭৮ থাদোকখি।

(গ)কৌক্রুদা মী চা কয়ামরুম্না লাই খুরুম্বা চৎনখি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : তখেল লরাই-দগী লৌরেন কোবা লৌকোন্দা লৈবা লৌতাংশঙ ১ দা লুপা ১০ চৎপী জালি নোট নক্ষম ওই-রম্বা থুগায়খি। মীদি ফাহৌদে হায়।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : বিষ্ণুপুরদা অথাক অরাঙ তাহুনা উ ১ থায়দৎগ্রে শ মৈ চাকখি।

(খ) ইম্ফালদা ভগাবন মহাবীর জয়ন্তি পালন তৌখি। লম্বীদা সভাযাত্রা চৎখি।

তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর ইউনিভর্সিটি অমসুং কলেজশিংদা ছাত্রশিংনা ক্লাস বোযকোট তৌখি। ইউনিভর্সিটি ছাত্রশিংনা চথরকপা স্ট্রাইকী খোংজং অতুদা অথোরিটিনা মণিপুর ইউনিভর্সিটিবু কালেন ছুটি ওইনা থিংজিনখি।

তাং ২৭ সুমশকৈশা নুমিৎ: বিহারগী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীজগনাথ মিশ্রা নুমিৎ নিনিগী খোংচৎতা ইম্ফালদা শুংলৈ। লালহৌবদা য়াওরুবশিংদগী কাগং-লকপা খুৎলাইশিং য়েংখি।

তাং ২৮ শগোলশেন নুমিৎ : শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগি মাণ্ডবকী নোংপোক্তা লুপা লাক্ষ ৫ রোম চংগদবা ধর্মশলা ১ শানবা উপ-মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেং-বম তোম্পোক সিংহনা উয়েপ উযুং তমখি। যাত্রা হুনবগী পুজাদা শ্রীবিষ্ণু চক্র লেংথোকখি।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং ইন্টুনবা লাঞ্জং তৌরুবশিং খৎতোকপা হৌখি। ত্রাইবেল রেলফেয়ার মন্ত্রি শ্রীআই: দি: দিজুনাং অমস্থং এম: এল: এ: ৩ য়াওনা হীল এরিয়াজ কমিতি চিয়ারমেন শ্রীএল: এস: জোন কংগ্রেস (আই) দগী খৎতোকখি।

(খ) বোর্দ ওফ সেকেণ্ডরী ইডুকেশন মণিপুরনা লৌবা হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরিক্ষাদা মীহুৎ শীল্লস্বা অনি উরুপতা লৈবা মহম্মদ অবদুল কলাম অমস্থং অবদুল করিম ফাখি। নত্তবা পাস্ব শাঁজিন্নরম্বা ছাত্র ১৪ তাম্লোকখি।

তাং ৩০ থাংজ নুমিং : ললাম্বুংগী পুঙ মখোং দা পোকপদা ভাইরিবা অঙাং ১ শিনা নুংথিল পোবোপ্পা হুন্দোক্লম্বা থেংনখি।

(খ) পী: এল: এ: গী অচংবা মেম্বর শ্রীএম: জাহুমনি সিংহ আর্মীনা ফারে হাযনা পী: আই: বি: (দিফেস উইং) না লাওথোকখি।

মে তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা মণিপুর ইন্ডষ্ট্রিয়েল কো-ওপরেটিভ বেঙ্কগী চৌকিদার শ্রীচক্রবাহাদুর কৌবা ৯ গী চাজেনবী নুপী থাও হৈজিল্লগা শিখি।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ওল্ড সেক্রেটরীয়েট কনফরেন্স হোলদা এদমিনিষ্ট্রেটিভ কনফরেন্স মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হৌদোকখি।

তাং ৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কংগ্রেস (আই)গী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা মন্ত্রি মণ্ডলদা

মন্ত্রি ৫ হেনগংখি। রাজ ভবন্দা রাজ্যপাল শ্রীএস: এম: ঐচ বর্নিনা রাশক লৌহনখিবা মন্ত্রি-শিং অদুদি কেবিনেট ৩ ডা: এল: চন্দ্রমনি সিংহ শ্রীকোইজম রাধাবিনোদ সিংহ অমস্তুং শ্রী:বে: ঐচ: পুলিনকান্ত সিংহনি। রাজ্য মন্ত্রি ২ না শ্রীগাইখাঙম অমস্তুং শ্রীটি: ফুংজাথাংনি। হান্না রাক্ল রাজ্য মন্ত্রি ওইরম্বা শ্রীদব্লিউ : সাগোর সিংহ রাশক লৌ য়াখিদে হায়।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট কো-ওপ-রেটিভ বেঙ্কতগী কায়থোকলুরগা পুরকপা লুপা ২৮,২৮৫ রোম ও: কে: হোটেলদা চাক চারিঙৈদা মশক খংহৌদবা ১ না শ্রীযুরেম্নম বীরমঙ্গল কৌবা যুরেম্নমদা লৈবা ১দগী লাকখি।

(খ) মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী সিন্দিকেট মীতিংদা শ্লোগান লাওশিল্লুবা স্ত্রাইক হৌবা ছাত্র ৫৩ ফাখি।

(গ) চৌংঙাদা লৈবা আর্মী কেম্পতগী থোরকপা জীপ ১ চৌংথোংদা বোম পোকখায়দুনা জৱান ৯ শি। জীপ মাং-তাকখি। হান্না ফুল্লম্বা বোমনি হায়।

(ঘ) ঈরোইশেম্বদা লৈবা মণিপুর এগ্রিকলচর কলেজ প্রিন্সিপালগী অফিস কা মৈ চাকখি। মীনা থারম্বনি হায়।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : মণিপুর ইউ-নিভর্সিটিগী কার ১ স্ত্রাইকরশিংনা মৈ থাখি।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ককচিং কৈথেলদা

ৱেরি য়োনবা চৎখিবা গাড়ী ১ থাম্বদুনা লৈরি-ৱৈদা নোংমৈ পায়বা মীওই অহুমনা লুপা ৩০,৯৬০ লৌখি হায়।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ : আর্মী অমসুং ৫শুবা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃনা শীংজমৈদা লৈবা য়ুম ১দগী পীঃ এলঃ এঃ মেম্বর ৬ কা হেণ্ডগ্রেনেদ ৩ য়াওনা অতৈ অতোপ্পা খুংলাই খরগা ফাখি।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ : রেভিন্যু দিপার্ট-মেন্টকী লমশাং এসঃ দিঃ সিঃ অফিসতা লৈবা জিলাদার ৩ অশাবা রসিদ বুকনা টেক্স খোমগৎ-লম্বগী মরীদা ফাখি।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ : রাইখু অমসুং খজিং চারুবদা লাইওং খংদবা লাইচৎ ১ না পাঙ্গৈদা লৈবা সোরাইসম তোবা কোবা ১ য়াওনা মী ৫ আরঃ এমঃ সীঃ দা লাইকন্নখি।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : সলুংফমদা খুঞ্জাশিংনা শাবা এলঃ পীঃ স্কুল শঙ্গাখি সলুংফম-দা লৈবা শ্রীশরাংখেম কুবের কোবা ১ না কৎপা লমনি হায়।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : বীর টিকে-ন্দ্রজিৎ রোডতা তমেংলোং ওটোনোমস দিস্ত্রিক্ট কাওন্সীল মেম্বর শ্রীজিঃ পৌচালু মশক খংদবা ১ না থাংনা থিনখি।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : সেকমাইজিন অমসুং রাবগাই লোম্নবা মফমদা রোং চৎপা পুলিস কাংবু ১দা নোংমৈ কাপশিল্লক্লুনা ড্রাইভর

অমসুং কন্সটেবল ১ শোকখি হায়।

তাং ১৯ শগোলশেন নুমিৎ: মণিপুর নুপী থুনাযনা শীল্লগা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা নুপীশিংগী ঈজৎ কনবা নুমিৎ পাংথোকখি। ত্রাইবেল রেলফেয়ার ডাইরেক্টরেটতা এসিষ্টেন্ট ডাইরেক্টর শ্রীদিঃ এস. দিখাংহেনা বিছাচ' এসিষ্টেন্ট কুমারী প্রোমিলা দেবী পুত্রগা থা। ২ হেন্না লোংশিবা থৌওং নিন্দা তৌখি হায।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ: তৌসেম এসঃ দিঃ ওঃ অফিস মী থরনা মৈ থাখি হায়।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ: নুংবাগী লোংপী খুলদা চেং যোনশিবগী সরকারদা বাগদবা' লুপা ৪,৫৮৩ নুমিদাং মীশক খংহৌদবা থরনা নোংমৈ উৎলগা লৌখি। এসঃ দি. সিঃ অমসুং ষ্টাফ থরা ধমকা তৌহনা কিহনখি হায়।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ যোগ এণ্ড নেচর কিয়োর এসোসিয়েশনা লিংখৎপা মহৌশা লায়েংগী হোসপীটাল ১ খুন্দ্রাকপমদা শঙ্গাখি।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: বর্গ কিলোমিটর ৪০৫ মীশিংনা ২.৩১,৭৮১ (১৯৮১ মীকোক থিবা) থুল ১৩৭ অমসুং এসেমব্লী কেন্দ্র ১০ লৈবা থৌবালদা হেড কাটর ওইবা থৌবাল দিস্ত্রিক্ট রাজ্যপাল শ্রীএসঃ এমঃ ঐচঃ বার্নিনা হাংদোকখি।

(খ) বিষ্ণুপুরগী এসঃ দিঃ ও, অফিসতা বিষ্ণুপুর জিলা মুখ্য শ্রীরি কৈশিংনা হাংদোকখি।

(গ) কষ্টুরী মনিংগী থোংদা থারমী তাংখুল

কৌবা ঠিকাদার ১ মশক থংহৌদবা ২ না নোংমৈ কাপশিল্লমই। চোংশিন্দুনা উকু ১দা থুপহৌবদগী হিংহৌই হায।

তাং ২৬ শগোলশেন নুমিৎ: নিঙাই শংদানবদা হৈঙ্গাং ময়াই লৈকাইদা লৈবা থোবচোম রাজোবী সিংহ কৌবা নপা ১ থাংজৌনা থাংফম ৭ থোক্লা যান্দুনা হাংখি।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎ: খা অমস্তং নোংচুপ জিলাদা ঈকংনা অচৌবা নংলবাশিংদা ভানৌনা নোংমগী চানবা চেং হরাই লেম্না য়েন্থোকখি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ: মণিপুর ইউনিভার্সিটিগী ভাইস চান্সেলর ডা. বাংথা লোংহোল্লুবা পুং ১২ গী চাত্রশিংনা কৌবা মণিপুর বন্দ পাংহোকখি। চাত্রশিংনা মে ২৭ কী নুমিদাং পুং ১০ দগী পীপলস কংশিংযু থমখি।

তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: কেঙ্গাল টোকিজ মমাংদা থাংনা ফিল্লগা উনপোক তৌবাংবম লৈকাইদা লৈবা তৌবাংবম সুধীরবী শিখি।

তাং ৩১ লেপাকপোকপা নুমিৎ: মণিপুর ইউনিভার্সিটিগী চাত্রশিংনা স্ট্রাইক তৌবা নুমিৎ ৭৮ শুংখ। বাংথো লৌথোকউ হায়বা দাবী তকশিন্দুনা ওল্দ সেক্রেটেরীয়েট ঘেরাও তৌখি।

জুন

তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ষ্টেট অর্কিওলোজি দিপার্টমেন্টকী সুপরিন্টেন্দেন্ট শ্রী ও: কুমারনা লমজিংবা কাংবু ংনা থিজিনবদা চকপিকারোং সব-দিভিজন্দা লৈবা শজি তম্পাক্কী খুমন

লৈরম্বা মীওইশিংগী লৈফম ১ থেংনখি।

তাং ২ শগোলশেল নুমিৎঃ খাগেমপলি পন্থক্তা লৈবা লাইশ্রম ললিত সিংহ অতোপ্পগা নোংমৈ কাপ্লবদা শিখি।

তাং ৩ ঈরাই নুমিৎ ঃ মোইরাংগী ঈশিং থেনবীদা রিক্সো থোবা পাথোই মিয়া শিনা ফংখি। মযুমদগী বিক্সো শেম্বা জুন ১ দা থোকখিবনি। মোইরাংদা লৈবা মান কৌবা ১ ফাখি হায়।

তাং ৪ থাংজ নুমিৎ ঃ সেকমাইজিন থোং ময়াদা নহা ১ মশক খংহৌদবা ২না তোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ ঃ ইম্ফাল উখ্রুল লম্বীগী নিউ হেবন মনাক্তা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোপোরেশনগী বস ১ গুরুং চংতুনা মী ৪ শি। ১৫ না থীনা শোকখি।

তাং ৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ লোরেম্বম লৈকাইদা প্রাইমারী হেল্‌ঠ সব সেন্টর ১ হকশেল মন্ত্রি শ্রীরাধাবিনোদনা হাংখি।

তাং ৯ শগোলশেল নুমিৎ ঃ কছাডগী মী ১ জিরিবামদা ফুরিংথাও চপ্পা ১ ফাকবগী মরীদা কাংলুপ মশেল খুংথোক্লহনা ইম্ফাল দিষ্ট্রিক্টকী ডিপুটি কমিশনার অমসুং পুলিস কাংবু ১ থোমজিনখি।

(খ) নাচৌদা প্রাইমারী হেল্‌ঠ সব সেন্টর ১ হাংখি।

তাং ১০ ঈরাই নুমিৎঃ মীতোয়ামগী উপ

রাজ্যপাল শ্রীডিঃ আরঃ কোহলি ইম্ফালদা থুংলখি।
আমীগি মকোক থো'বশিংগা রারী শানখি।

তাং ১১ থাংজ নুমিৎ : রাঙ্গোয়দা লৈবা ২শুবা মণিপুর রাইফলসকী পোষ্ট ১দগী করবাইন ষ্টেন-গন ১ মরু থম্না য়াওবা মেগজিন ১ অহিংদা লাকখি হায়।

তাং ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ : কবোরাকচী-দা শুগর ফেক্টরী থম্বা য়ারোই হায়না মুপা মী-য়াম্না কবোরাকচীংদা লৈবা ফেক্টরী শানবা পোৎ পৈফম শগ্ডৈ থাখি। মুপা ৩০ ফাখি।

(খ) ককরা নাওরেম লৈকাইদা তান্নরকপা মী ১ নাম্থোখিদনবা লামী কাংবু ১না নোংমৈ কাপখি। মতুংদা ফাখি, পীঃ এলঃ এঃ মেম্বরনি হায়।

(গ) নোংপোক জিলাগী চালফুং অমস্তুং অরাং জিলাগী মরাম মনাক্তা লামীনা থি-জুম্বদা নাগা লালহৌবগী লোৎফম ২ ফংখি। লাইদ মেছিন-গন ১, রাইফল ৪, পিস্তোল ২ অমস্তুং মরুনচিংবা থুংলাইশিং ফাগংখি।

তাং ১৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : তেরা থিং-বাইজম লৈরক্তা হাম্না প্রিপাক য়াওরম্লগা সরকারদা চংজরক্লবা শ্রীকেঃ এসঃ ঐচঃ শরৎকুমার সাইকল তোংবা মশক খংদবা ৩না নোংমৈনা কাপশিল্লমই। শিহৌদে হায়।

তাং ১৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : তোকডা মুতি চে-ক্ষোংগী ৫শুবা মপোক নুমিৎ পাংথোকখি। হোকর শ্রীইবোবী মীতৈদা থবক ফবগীদমক

সাইকল ১ অমস্তুং অতৈ পোং হোকরশিংদা খুদোলপোংশিং পীখি ।

(খ) কংলৈপাক মেসমেল ফ্রন্ট কৌবা অনৌবা রাজনিতি দল ১ ইম্ফালগী জিঃ এমঃ হোলদা ক্ময়খিবা পোলিটিকেল কনভেন্সন ১ না শেমখি । এমঃ এলঃ এঃ শ্রীওঃ তোম্ববু প্রসিদেন্ট খনখি ।

তাং ১৬ শগোলশেন নুমিৎ : চীফ ওফ আর্মী স্টাফ জেনরেল কেঃ ভিঃ কৃষ্ণ রাও ইম্ফালদা খুংলখি । শান্তি রক্ষাগী মতাংদা অরাংবা থাক্কী অফিসিয়েলশিংগা রারী শানখি ।

তাং ১৭ ঈরাই নুমিৎ : নোংপোক জিলাদা লৈবা মরাই খুঙ্গংদা ডাইসেন্ত্রিনা নাতুনা ১১ শি । চয়োল ১গী মনুংদা মী কয়া খোংহামতুনা লাখি হায় ।

তাং ১৮ থাংজ নুমিৎঃ থাঙ্গ খুঙ্গাওদা হৈস্নাম তোম্পোক কৌবা চহি ৫০ রোম শুরবা ১ মরাই-বক্তা থাংনা যাল্লগা হাংতোক্লগা হুন্দোক্লমই হায় ।

তাং ২১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : আর্মীনা ইম্ফালদা থি-হুন্না থবক চথবদা নুপী ১ যাওনা পীঃ এলঃ এঃ অমসুং প্রিপাক ৪ ফাখি । খুংলাই খরগী চে-চাং খরগম্ম কংখি । নুপীদু কুমারী বীমোলা দেবী কৌই হায় ।

(খ) কসোম খুলেন্দা রাইস সপ্লাই স্কিম ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি ।

তাং ২২ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ কোলেরানা অদ্রোই

মনাক্তা লৈবা খুল শরদা পাক্তুরুনা শন্দোরকখি।
শন্দংলেন মরীন খুন্দা লৈবা নুপী মচা ১ শিখি।
তাং ২৩ শগোলশেন্ নুমিৎ ঃ থাঙ্গাল বাজার-
দা লৈবা হোটেল ১দা মৈতৈ নুপী ১ ঈজং মাং-
হন্নবা হোৎনরম্বা মী দগি পীনবা লৈশাংথেম
লৈকাই যুঠ ক্লবনা সবকারদা হাবক্তখি।

তাং ২৪ ঈবাই নুমিৎ : কাংপোকপী সেন্টরদা
বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী ইডুকেশন মণিপুরনা
লৌরগা পাংথোকখিবা এচঃ এসঃ এলঃ সিঃ
পরিক্ষাগী ভুগোল অমসুং ইতিহাস সবজেক্ট
ইম্ফালদা অমুক হন্না পরিক্ষা লৌখি। চে মুনবা
ছাত্র ৭ অমসুং থাবা ৮৪ থুগাযবা ছাত্রা ২০০
ফাখি।

তাং ২৫ থাংজ নুমিৎ ঃ ইম্ফালগী যুম্নাম লৈ-
কাইদা স্কুটর ডিঃ আইঃ এফঃ ৪১৪৬ তোংবা
চীংঙা মথক ময়েংবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীথোক-
চোম ধজানা পোকপা প্রফুল্লধা সিংহ থাংনা থিন্দু-
না হাংখি।

তাং ২৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : বোড ওফ
সেকেণ্ডরী ইডুকেশন মণিপুরনা লৌবা এচঃ এসঃ
এলঃ সিঃ পরিক্ষা ১৯৮২ দা মকোক মথং তাবদা
ইহান হানবা ওইনা পীবা এরাদ শিক্ষা মন্ত্রি
শ্রীথৌদাম দেবেন্দ্র সিংহনা জোনষ্টোন হায়ার
সেকেণ্ডরী স্কুলদা পাংথোকপা থৌরম ১ দা
য়েঙ্কোকখি। শ্রীপীটর মাও অমসুং কুমারী
শান্তিবালা দেবী এরার্দ ফংথি। কোঞ্জেংবম

গৌরো সিংহ অমস্তুং অমুস্না দেবী মেমোরিয়েল কমিতিনা দান তৌবনি হায়।

তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: অৱাং জিলাগী সেনাপতিদা লুপা লাক্ষ ৪০ চংনা মিনি সেক্রেটরীয়েট অমস্তুং সার্কুইট হাওস শানবা উবেপ উয়ুং তমখি।

তাং ২৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: সলাম খুল মনাক্তা লৈবা মাকলংথোংদা বস ১ ত্রক ১গা থেনবদা তুৱেলদা তাশিন্দুনা মী ২৪ শোকখি।

তাং ৩০ শগোলশেল নুমিৎ: কাংপোকপী লাম্থোক্লগা লৈবা থোং ১ লাল্লবা মতুংদা মণিপুর ষ্টেট রোড ত্রান্সপোর্ট কোপোরেশনগী বস এমঃ এনঃ এস. ৫০৫৭ তুৱেলদা তাশিন্দুনা মী ৪ শি। ৩৬ শোকখি।

(খ) ককচিং খুনৌদা লৈবা খুমুকচম লৈখচন্দ্র কৌবা ১গী যুমদা মাওই ৩০লাক্লগা লুপা ৩,০০০ লৌখি। ম্নাদি লৌখিদে হায়।

জুলাই

তাং ১ ঈরাই নুমিৎ: ইন্দিযান আর্মীনা জন ২৩ দা থুগায়খিবা নাগা লালহৌবশিংগী মপাও কৈথেল মানবীদা লৈরম্বা কেম্প পাওমীশিংনা যেংখি। চাইনানা শাবা এমঃ ২০গী ওটোমেটিক রাইফল ১, পীস্তোল ১, যাওনা অতৈ মরুনচিংবা ফাগৎখি। টেক্স খোমগৎপগী রসিদ খরসু ফংখি হায়।

তাং ২ থাংজ নুমিৎ: নোংচুপ জিলাদা চাক তাংবা থোক্লুনা খুল কযা অৱাবা নংখি।

লুচিংবশিংগা শিক্ষা রাজ্য মন্ত্রি শ্রীগাইখাঙমগা মীভিন তৌখি ।

তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ছুইনিং খুলদা লৈবা চুংখূলে তাংখুল (৪৮) নাগা লালহৌবনা ফাত্তনা পুখিববু লৈরেম খুলদা শিন্না ফংখি ।

তাং ৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : পাইটে ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন্না কৌবা খা জিলা বন্দ পাংথোকখি । ডিস্ট্রিক্ট হেড কাটর ওইরিবা চুরাচান্দপুরগী মফিং ওন্নবা দাবী তৌখি ।

(খ) হোর্টিকলচর দিপার্টমেন্টতা থবক তৌবা অনাম কৌবা ১ ফুংয়ারদা মীওই থন্ননা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি ।

তাং ৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : আসাম বিধান সভাগী কমিতি ওন সেন্ট্রাল কাস্টকী মীছুৎ কাংবু ১ ইম্ফালদা থুংলৈ ।

(খ) কৈরাও মথা লৈকাইদা লৈবা হৈখাম রাজমনি সিংহগী য়ুমদা লুট লাকপা কৈরাওদা লৈবা শগোলশেম বুধ সিংহ কৌবা নহা ১ লোংনা থিন্দংতুনা কাখি । মহাক্কা লাকমিন্নবা অতৈ চেনখি হায় ।

তাং ৭ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী কার এমঃ এন: জিঃ ৭৩৯ য়াইস্কুল চীঙাখম লৈরক্না মফিং মথা খংহৌদবা মী ১০ মুক্কা মৈ থারমই হায় ।

তাং ৮ ঈরাই নুমিৎ : সঙাইত্রোদা লৈবা ফুড কোপোরেশন ওফ ইন্দিয়াগী পুকৈ ঙাকপা হোম

গার্দ ফুখি। নহা ৬ ক্সাখি।

তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎ: মুংবাদগী অজেন য়োংমৈ কৌবী মুপী ৯ মন্ত্রি পুখ্রিদা লৈবা য়াংপাও কৌবা ১না ফানবা কোয়চিং চিংখোংপা তৌবদা অচৎ-অওক কয়ানা নিপা কৈথেলদা য়েংনখি।

(খ) অন্দ্রো খুন্দ্রাও কৈথেলদা শমজেংশাবম তেবচন্দ্র (১৯) কৌবা ১ অন্দ্রো মচেনপাংতা লৈবা ১ থাংনা য়াম্থংলগা হাংখি।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: কাংশচিংখি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী আগ্রহদা ভক্ত-বৈষ্ণব কয়ানা জগৎবন্ধুগী দর্শন তৌখি।

(খ) কালাপহার মনাক্তী উগী থোং অহিংদা মৈ থারমই। মীশক খংহৌদে। তুম্না চাকখি।

তাং ১৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মেত্রিক পরিক্ষাগী সবজেক্ট অনি পরিক্ষা হল্লি হাংমহুনা ছাত্রশিংনা মদর হাউস বন্দ তৌখি।

(খ) উসা সিনেমাগী এম্যুজমেন্ট টেক্সকী ইম্ফাল টেজরীদা চলান বক্কুবা পুবা লুপা ১৭.০৫২.০০ মীশক খংদবা হরনা লম্বীদা মুনখি।

(খ) আর: এম: সী হোসপীতালদা লাইকন্নহুনা লৈবা তখেল্লম্বম দরেন্দ্র (২২) কৌবা শগোলবন্দ খোনাওজম লৈকাইদা লৈবা ১ [মনাও মুপা শ্রী সরত (১৮) কৌবা ১না থাংনা হিন্দুনা হাংখি। জুন ১৮ দা নিংথাই শন্দাম্নবা ১ দগী শোক্কুনা লাইকন্নহুনা লৈবনি হায়।

(গ) মোলচামদা লৈবা বি:এস:এফ: কী জৱান জিং সিংহ কোবা ১ লরাই লেম্ফুদা থাংনা থিল্লগা হাংখি। মীহাৎপশিং বম্মদা চেনর্শিনখি হায়।

তাং ১৪ শগোলশেল নুমিৎ: কাংপোকপা কৈথেলদা লুপা ১০০ চৎপী অশাবা ২১ থক্কা পেঙ্গো কিপজেন কোবা ১ ফাখি।

(খ) নুমিদাং পুং ১১-৩০ দা লিলোং কৈথেল মখাদা ২শুবা মণিপুর রাইফলসকী জৱান ১না কাঙ্কা নোংমৈ মরু ১ থক্নুনা মোটোর সাইকল তোংহনা লাকপা ৩ পান্দুনা শিখি। মমিং লিলোং হাউরৈবীদা লৈবা মহম্মদ ইসলাম উদিন লিলোং চজিংদা লৈবা মাইবম দেবনন্দ সিংহ অমম্থুং লিলোং হাওরৈবী ময়াই লৈকাইদা লৈবা সেরাম থঙ্গাল সিংহ কোই।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ: জুলাই ১৪ লিলোং কৈথেলদা মী হাংখিবা মতাংদা রাইফলমেন শ্রীতোম্বা ফাখি। নুপী মীয়াম্না লিলোং পুলিস ষ্টেশন্দা ওমশিনখি, মীহাৎপা দণ্ড তৌ হায়

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ: মণিপুর ষ্টেট কো-ওপরেটিভ বেঙ্ককী বিসনুপুর ব্রাঞ্চনা অরুপ্পা স্না বন্ধান লৌরম্বগী মরীদা কর্ম্মচারী ৭ সসপেণ্ড তৌখিবা রাথোক চাওথোকখি।

(খ) অয়াং পল্লিগী লৌবুক ২দা মশানা থৌবা ট্রেক্তর এম: এন: এস: ৮৩১ না নন্দুনা অশেম রাধামনি কোবা (৩৫) লমদেং খুনৌদা লৈবা

১ শিখি।

তাং ১৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : নুমিৎ ছুম্নিগী উখ্রুল খোংচৎ লোইহুনা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং ইম্ফালদা হল্লকখি। খোংচৎ অদুদা দিস্ত্রিক্ট জেল অমসুং সার্ক্যুইট হাওস শানবা উরেপ উযুং তমখি, খৃষ্টান হায স্কুল বিল্ডিং শঙ্গাখি।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : প্রিপাকী কম্মান্দর ইন চীফ ব্রাংলেন হাযরগা থংনবা শ্রীসোরাইসম ইবোমচা সিংহ তেরা সয়াংদা যাখি। শ্রীম্নাতোম্বী কৌবা ১স্নু ফামিংখি হায।

(খ) হিযাংলম অমসুং রাবগাযনচিংবা মফমদা পুলিসনা থি-ভুম্না থরক চৎথবদা খোইহুম লমজাওদা নোংমৈ কাপ্পখি, রাঙ্গোয ম্নাজাও কৌবা ১ শিখি।

(গ) রাইথৌদা পুলিসকী এস: পী: শ্রীআই: চন্দ্রজিৎনা তোংবা জীপ ১গা বসকা থোমদংনবদা অশোক-অপন যাওখি, জীপনা থরা হেন্না শোকখি হায।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : খা জিলাদা চাক তাংবা থোক্কুনা ছাত্র-নহারোলশিং ঈরাং হৌরকখি। নোর্থ ইষ্ট ষ্টুদেণ্টস ফেদরেশন কৌবা সংস্থান ১ শেমদুনা পোৎ-তাংবা থিংনবা খোংজং চংশিনখি।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎ: প্রিপাকী লিখফ্লেট নম্লমই হাযবগী মরীদা ওসো প্রেস অমসুং ওইনাম

শ্যামনন্দ সিংহ কৌবা থাংমৈবন্দ মাইস্নাম লৈ-কাইদা লৈবা ১ ফাখি।

তাং ২৩ থাংজ নুমিৎঃ বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড-তা লৈবা খি ষ্টার হোটেলদা লেকমিন্নরম্না থোকচোম কুমার (২৮) মোইরাং, মেমী মিজো, রেনু ভাকৈ, সাংপুইমায অমস্তুং কৈরোইজম কিরন দেবী ফাখি। এম্বেসেদর হোটেলদা লেক-মিন্নবা নুপী ২ থাংকিং পাইতে, জুইর মার ফাখি, নুপা নাম্থোকখি হায।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : নো·চুবগী চাং হেনগংতুনা তুরেলশিং অযাম্বা ঈমায চোনখি। ম ·পুর সরকারনা ঈশিং ঈচাও থোরকপদা ভাক-পোক্লবা চেকশিন থৌরাং লৌথংি।

তাং ২৫ নিংথোকাবা নুমিৎ : লোক্তাক প্রো-জেক্টী শাবা লোইরবা টর্নেল ১ ফুট ৫০ শা·না নিংথাযখি। মনাক নক্লা খুন্দাবা কবুই ২ শিখি।

তাং ২৭ যুমশকৈশা নুমিৎ : ইম্ফল ম্যুনিসি-পাল বোডকী মীফমদা পাও-চেগী মীক্তংশিং যাওহনসি হায়বা যাদবগী বিরোধী কমিশনার-শিং রার্ক আউট তৌখি।

তাং ২৮ শগোলশেন নুমিৎ ঃ মোইরাংখোমদা লৈবা সিঃ ভিঃ টিঃ সিঃ দা মশক থংদবা থরা চং-লক্লগা লুপা ৯,৩০০০ ৪৭ নো·মৈ মতে·ন্দা লৌ-খি হায।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎঃ খাবৈশোযদা সেকু্যরিটি পার্সোনেল থরগা মীওই থরগা খু·থোক্লবদা

পার্সোনেল ২ শোকখি। পুলিসনা ঈরাং নম-থখি হায়।

তাং ৩০ থাংজ নুমিৎ: মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী খুংথাং চরা হেন্দুনা স্নাইক তৌবা ছাত্র থৌদাম তোম্বী সিংহ তুশিনবদগী ডাক্তর খাদা লাইকন্নখি।

তাং ৩১ নোংমাইজিং নুমিৎ: লোক্তাক প্রোজেক্টী শুকং নিংথায়বা লেপখিদে। অকায়বা টনেল য়েংশিন্নবা নই দিল্লিদগী টিম ১ পুংলখি।

আগষ্ট তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: নোর্থ ইষ্টর্ন কাওন্সীল লিংখিবা ১১শুবা চহি নিংশিংনা সেমিনার ১ ইম্ফালদা পাংথোকখি।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: নোর্থ দিষ্ট্রিক্ট ওটোনোমস কাওন্সীলগী ১০ শুবা কুমওন থৌরমদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হায়খি, আঈন্না য়াথ্রবা সংস্থানশিং মপুং ফানা লাকশিল্লে।

তাং ৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: লোক্তাক প্রোজেক্টী শুকং নিংথাযবা ফুট ৯০০ য়ৌখি। লৈমতাক্তী চৈংমায় শাথীনা নিংথায়রকপদগী ফিভম শাথীবা হেনখি হায়।

(খ) রাঙ্গোয় ময়াই লৈকাইদা প্রিপাক্তা পুলিসকা নোংমৈ কাপ্নবদা এক্সট্রিমিষ্টকী রাঙ্গোয অরাং লৈকাইদা লৈবা কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র অমসুং সেকমাইজিন খুম্নৌদা লৈবা লৈশাংথেম মোমোন সিংহ শি। পুলিসকী লেন্স নাইক মরিংচুন শোকখি হায়।

তাং ৪ শগোলশেল নুমিৎ: উগ্রুল লম্বীগি

লম্লাং গেটতা নাগা হোষ্টাইল খরনা শ্রীকে: পিঃ নিউ কৌবা ঠিকাদারা ১ নোংমৈ কাপ্লমহ্না লাই-কল্লখি।

তাং ৫ ঈরাই নুমিৎ : লমন্লোংদা লৈবা ইলে-ক্ট্রিসিটী সব-দিভিজন অফিসতা কর্ম্মচারীশিংগী তলব য়েন্নবা লুপা ১০৩,৮৩৫.০০ মশক খংহৌ-দবা নোংমৈ পাযবা খরনা লৌখি।

তাং ৬ থাংজ নুমিৎ : বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড-তা দুকান ফমজিনবা উপু দুকানশিং তকথোকখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : চীংগী জিলা-শিংদা চাক তাংদুনা চন্না হেল্লবা প্রজা কযাগী-দমক অরাবা ফোংদুনা জেলিয়াংরোং ষ্টুদেণ্টস ইউনিয়ন্না চন্না হেনবা খোরম পাংথোকখি।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ক্ষেত্রিগাও অরাং লৈকাইদা লৈবা মহম্মদ খোস্তোন মিয়া (৩৪) জেলদা থাজিনখি। আগষ্ট ৮তা মাঙোন্দগী লুপা ১৭৩৫ নোংমৈ উংলগা শেল লাকখি হায়না রাকংখি হায়।

(খ) থাংমৈবন্দ নাগা মপান্দা চেল্লুবা লুপা ১ লুহোংনবা লুহোংকম য়োরকপদা লুপা মশানা য়া-দ্রে হায়বদগী শ্রীআর: কে: ইন্দ্রজিৎ সিংহ কৌবা বড লুহোংদনা হনখি হায়।

তাং ৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : বীর টিকে-ন্দ্রজীৎ পার্কতা চন্না হেন্দুনা দাবী তাল্লহ্নদনী ফাজিনখ্রবা মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী ছাত্র ৩ জেলদা চন্না হেনখি।

তাং ১০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মযাং ইম্ফালদা কেঃ ডি. ৩০গী পরার হাওস ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাথি।

(খ) শঙ্জেনথোং মনাক্তা লুপা লক্ষ ১৩ চংবা ষ্টেট গেষ্ট হাওসকী ২শুবা তাঙ্কক্তা বিল্ডিং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাথি।

তাং ১২ ঈ·রাই নুমিৎ : মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী ছাত্রশিং না কৌবা খ্বাইরম্বন্দ বৈথেল বন্দ পাংথোকখি। থংনবা অহিংদা মযুম মযুমদা থিগৎতুনা ছাত্র ২০ ফাগংখি।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ : মরৈবাক নীংবগী নুমিৎ সরকাব অমসুং লনাই সংস্থান কয়ানা শীন্নগা পাংথোকখি। অযুক্তা প্রভাৎ ফেরী চংখি, নুংথিল পুং ৩-৩০ দা কংলাদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমসুং অধ্যক্ষ শ্রীরাইঃ য়াইমা সিংহনা লুচিংদুনা অথোবশিংগী থুভমদা লৈ-শুকংথি। বীর টীকেন্দ্রজিৎ পাকত। মপুং ওইবা থোবম পাংথোকখি।

তাং ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : লমশাং কৈথেলদা লৈবা শ্রীক্ষেত্রিমযুম চন্দ্রহাসকী চুকান্দা শেল লৌবা লাকপা ককত্রা শেলুংব' লৈবক্তা লৈবা শ্রীথিযাম ঙৌবা (২০) নোংমেগা কোন্ননা ফাখি। শ্রীমতী লৈপাকলৈ দেবী চন্দ্রহাসকী নুপীনা নারোম্দা চংলক্লগা নোংমৈ কম্থতুনা হৈ-শিংনা ফাখিবনি হায।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ৩৬ শুবা ভারত

নিংতম্বা মুমিং পালন তৌখি। ইম্ফালদা পাংথোকপা মপুং ওইবা থৌরমদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রী বিশাং কৈশিংনা মীওই ১৩ দা এৱার্দ যেন্থোকখি। মপুন্সি চুপ্পা ফাদোক তারবা মা ৩ থাদোকখি।

(খ) মুখ্য মন্ত্রি শ্রী রিশাং কৈশিংগী যেংথংবা পান্থোম ওই হায়বা শ্রী ংরমি উংগুল কৈথেলদা হোটেল ১দা চা থক্কুনা লৈরিবৈদা মাশক থংহো-দবা থরনা নোংমৈনা কাপ্পনা হাংখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিং : তমেংলোং খোংশাং লম্বীগী অকোয়বদা তাবা খুলশিংদা থি ৎস্বা চংথকুনা মী ২ জেট রাইফল ১, ওটোমেটিক রাইফল ২, এল: এম: জি ১ অমসুং মবশিং ফাখি।

তাং ১৮ শগোলশেন নুমিং এমস্নুনা শীল্লগা মীযামদা চেং ফংহল্লু হায়বা দাবী তৌদুনা ইম্ফাল সহরদা রেল্লি চংখি। বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা মীতিং তৌখি।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিং : টিপাইমুখ লম্বীদা শক্তিমান এম: এন: পী: ১৭৪৫ এক্সিদেন্ট থোক্কুনা মোইরাংদা লৈবা যুম্নাম ইংবোপিশক শি। পেসেঞ্জর ৩ শাথৌনা শোকখি হায।

তাং ২১ নোংগাইজিং নুমিং : নোংয়াই মতুংদা শওম্বুংদা লৈবা শ্রী সনাসম টাটা সিংহগী হোরায খাযফমদা লুট চংলকপা সনাসম ইনাও (১৬) অমসুং নবকুমার সিংহ (২০) মচিন-মনাও অনি খুঞ্জাশিংনা কারগা ফুগায়খি। টোয় পীস্তোল অমসুং অরুপ্পা স্না ফংখি। শওম্বুংদা

লৈবনি হায়।

তাং ২২ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ফ্রেণ্ডস টোকি-জদা লুপা ২০,০০০ লৌবা লাকপা ২ শ্রীথোকচোম বাবু (১৮) মাইবম লৈকাই অমসুং শ্রীলাইক্রাক-পম লোকেন (২১) ককরা ফাখি। মতুংদা য়ুং লিবরেশন ওর্গেনাইজেশনগী কম্যান্দর ইন চীফ ককরা শৌগ্রাকপম লৈকাইদা লৈবা শৌগ্রাকপম জয় সিংহ য়াওনা মী ৪ ফাগৎখি হায়।

তাং ২৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : সংস্কৃত দিবস পালন তৌখি। জোনস্টোন হায়ার সেকে-ণ্ডরী স্কুলদা তৌখিবা পালন অসিদা অধ্যক্ষ শ্রীযুম্না-ম য়াইমা সিংহনা মীওই ৫দা মনা য়েন্থোকখি।

(খ) আগস্ট ১৫ অমসুং ১৬তা তমেংলোংদা লৈবা খোংঙারোং অমসুং সেমপাং খুলদা ফাগৎপা ফে-দরেল গোভর্ণমেণ্ট ওফ নাগালেণ্ডগী খুৎলাইশিং পাওমীশিং য়েংহনখি, জপানিজ রাইফল ১ য়াওনা নোংমৈ ১৪ উংখি।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎ : লোক্তাক প্রোজেক্ট লাইমনাই খুলদা লৈবা রামপ্রসাদ কৌবা ১গী য়ুমদা লুট চংলকপা মীওই ৩গা ফুগায়নবদা য়ুমু-গী ময়াম্বা রদম বাহাদুর শোকখি। মখোয়না ছুন্দোক্লম্বা নোংমৈ ১ টোর্চ লাইট ১ অমসুং রেন কোট ১ ফংখি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ : এমসুমা শীনবা চাক জায়নশিংগী থৌরম পাংথোকখি। ছাত্র-ছাত্রী-শিংনা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা পুল্লগা পীতম

চীং মচাদা তিনখি।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎ: চেং মমল তাংবা হেনগংখি, কিলো ১দা লুপা ৪.৫০ অমসুং লুপা ৫ য়ৌখি। ছাত্র-নহারোলশিংনা চেং পৈশিনবা থিগংখি।

তাং ২৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ম্বাই: কে: কলেজ ছাত্রশিংনা মখোয়গী দাবী তক্লুহনা কৌবা থৌবাল দিস্ত্রিক্টবিন্দ পাংথোকখি।

তাং ৩০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: শীংজমৈ নাওরেম লৈকাই মপাদা বস এম: এন: এস: ৭৭১৭না তক্লুনা য়ুম্লাম শরৎ (২৫) শীংজমৈ থোঙাম লৈকাইদা লৈবা শি।

(খ) সুংথিল পুং ৪-১০ দা য়ুহারাখি। লৈপাকপোকপা নুমিৎতা হাবা ওইবনা লৈপাক্কী অরাবা হেনগনি হায়।

তাং ৩১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মহারানী থোং মপান্দা কম্বদগী নম্বুল তুরেলদা তাখিবা নিংথৌজম য়াইমা (৫৩) ললাম্বুংদা লৈবা পীগুম মনাক্তা শিনা ফংখি।

সেপ্টেম্বর তাং ১ শগোলশেল্‌ নুমিৎ: কৃষ্ণ জন্মা নুমিৎকী থৌরম পাংথোকখি। পুলিসনা চেকশিন থৌরাং লৌখৎপদা য়ু ঙাওবা ৭৭ অমসুং য়ু লিক্লি ১২৬ ফাগংখি।

তাং ২ ঈরাই নুমিৎ: চেং মমল তাংবা অমসুং তুকাল্মারনা তৌবা ঠক ম্বানিংদবা কোংহনা ছাত্র-নহারোলশিংনা গোদাউণ্ডশিং চেক তৌবা মথা

চখখি। মীপুম খুদিংমক্তা চেংয়েন ফংহন্নবা সরকারদা তক্লখি হায়।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ওজাগী নুমিৎ পালন তৌখি। অহানবা রাজকুমারী স্নংতোম্বী এরার্দ রাজ্যপাল শ্রীসৈদ মুজাফর হুসেন বর্নীনা ওজা ৫দা য়েন্থোকখি। ইডুকেশন ডাইরেক্টরেটনা শীল্লগা জোনষ্টোন স্কুলদা ওজাগী নুমিৎ পাংথো-কুনা ওজা ১০দা লুপা ৫০০/৫০০ ১স্থুং লৈখিদ্রবা ওজা ১৭ কী ইমুংদা লুপা ৬০০/৬০০ পীখি। পোথারবা ওজা ২০ দা কম্বল য়েন্থোকখি।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : কংলাদা ৩৭ লকংগুবা লাইনিং ডাকশেন খৌরম পাংথোকখি। অধ্যক্ষশ্রীযুম্নাম ম্বাইমা সিংহনা পাখংবা য়েকপা ফিরাল পাইহনখি।

(খ) সেনাপতিগী কোইদে খুলদা লৈবা এসঃ ডুজি (৩০) অমস্তুং থাশি (২৫) এনঃ এসঃ সিঃ এনঃনি হায়বা মশক খংহৌদবা ৩না নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ৭ যুমশকৈশা নুমিৎ : লম্ফেলদা শাগৎ-পদা ডাইরিবা মুসিফ কোর্টকী শঙদা অশিবা হকচাং ১ থেংনখি। ঈরোইশেম্বদা লৈবা যাত্রা সিংহ কৌই চহি ৬০ রোমগী লেঙ্গানি হায়।

তাং ৮ শগোলশেন নুমিৎ : কোরেঙ্গৈদা লৈবা পান ডুকান কম্বা যুম ১দা শ্রীরঞ্জিৎ ক্ষেত্রিগী মুপী-দা পোৎ লৈবা চংলক্লগা নত্তবা মীংয়েং য়েংই হায়-বগী রাহৌদা ফুগায়নখি। বীঃএসঃএফঃকী জরান

টিঃ আরঃ তামং (২৭) কাহোই হায় ।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎঃ ইম্ফালগী জিঃ ওঃ সিঃ (এম সেক্টর) দা কাগৎপা লুপা ১,৭০,০০০ গী জালি নোটশিং পাওমীশিংদা য়েংহনখি । জালি নোট শাবনি হায়বা মী ৭ মমিং মথা খংহনখি ১। অথাংনিঙ চেকোন, নবচন্দ্র সিংহ কাকৈথেল, মধুমঙ্গোল সিংহ খুরাই, রাজেন সিংহ কাকৈথেল যাদুমনি সিংহ নম্বোল, ঐচঃ কৃষ্ণমোহোন সিংহ এলাংবম লৈকাই অমস্তুং এলঃ চাওবা সিংহ এলাংবম লৈকাই কোই হায় ।

তাং ১১ নোংমাইজিং নুমিৎঃ সিভিল সপ্লাইজ মন্ত্রি মহম্মদ মহম্মুদিনগী কেন্দ্রদা চরা হেন্নবা য়াকাইরোল থোংচৎনা থেংনখি । অল ইন্দিয়া য়ুঠ ফেদরেশনগা শীল্লগা নুমিৎ ২৩ নিংগীদমক আগষ্ট ২০দগী চৎখিবা য়াকাইরোল থোংচৎনি হায় ।

তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ ডাইরেক্টরেট ওফ ইনফোমেশন এণ্ড পব্লিক রিলেশন্সগী দিল্লীদা লৈবা ইনফোমেশন সেন্টরদা পীঃ আরঃ ওঃ ওইবা শ্রীথিয়াম প্রেমকুমার সিংহ চীফ জুদিসিয়েল মাজিস্ট্রেটনা লুপা ২,৫০০গী সিওরিটী বোন্দা জামিন পীখি । সেপ্টেম্বর ৭তা মহাক্কা ইম্ফালদা থুংলবগা ভেজিলেন্সনা কাখি ।

তাং ১৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ ঃ টিদিম রোডতা লৈবা মতাদা উগী থোং ১ মৈ থারমদুনা লোবা য়াহনখিদে হায় ।

তাং ১৫ শগোলশেল নুমিৎ ঃ এনঃ এসঃ সিঃ এন পী বর্ম্মদা লৈবা হেড কাটরদা আর্ম অমস্তং এম্যুনিশনগী ইন চার্জনি হায়বা ১ নিউ কছার রোডতা লৈবা লুকেরদগী ফাখি। শ্রীতেম্বনা লুচিংবা পীঃ এলঃ এঃ নুপামচা ৬৬ অমস্তং নুপী মচা ২০ চাইনাদা ট্রেনিং তৌবা চংগ্রে হায়বা মাঙোন্দগী পুলিসনা খংবা ঙমখি হায়।

(খ) ইম্ফাল ডিমাপুর লম্বীগি কাংপোকপীদগী কিলোমিটয ৪০ মুক চংলগা লৈবা মফমদা চীং নিংথাযহনা লম্বী থিংখি।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ ঃ তেন্থা খুঙ্গাওদা লৈবা যুম ২দগী মাংখিবা শন ৫ খোঙ্গুল লিবদা সঙ্গায় যুম্ফমদা লৈবা মহম্মদ বাসেগী যুমদা ষনবী ১ মঙক্তা থাংনা লেলিঙৈদা যনবু শ্রীমাইবম ইবো-চা অমস্তং শ্রীমোইরাংথেম ঈরাবোংনা থেংনখি।

(খ) লোইতাং খুনৌদা লৈবা স্পাইনিং মীল ঙ'ক-শেনবা ংশুবা মণিপুর রাইফলসকী জরান ১ মথৌ লোইহনা ওবজাভেশন পোষ্টতগী কুম-রকপদা কৈরাক্কগী ওন্থহনা শি, পলেন্দ্রা লৈবা ভুমেশ্বর সিংহ কৌই।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ ঃ ডিমাপুরগী মঙ্গোলচান্দ মেঘরাজগী গোদাউন্দগী পুরক্কদবা পাইপশিং ত্রক এমঃ এনঃ পীঃ ৫৯৪৫না গোহাটি-দা পুত্রগা গৌহাটিগী আর্টলক পাইপ ফেক্টরীদা য়োনশিন্নবা তৌরিঙৈদা ফাখি। মণিপুর পুলিসকী টিম ১ চংখি। পীঃ এইচঃ ইঃ

দিপার্টমেন্টকী পাইপনি হায়।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নুরাংশবম মপাদা ব্রক ১ না স্কুটর এম: এন: পী: ১৭৮২ তোংলকপা ভুংখোহাও কুকি থোম্বদগী শি, চুরাচান্দপুর সোনপুট খুলদা লৈবনি। অথোবা মাংখুলেন কুকি শোকখি ব্রক এম: এন: এস: ৯৬৮৮ গী ড্রাইভর নাম্বোকখি।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মোর্দন কলেজগী ছাত্র ২ কেঃ এস: ঐচঃ রঞ্জিৎ অমসুং এনঃ রতনকুমার সিংহ আই: জি: আর: না ফাখি। একস্ত্রিমিষ্টনি হায়না পাও পীশিল্লি হায়, পরিক্ষাগী চেচাং পুখিবা অমসুং মৈ থাববচিংবা তৌবা মতাংদা ফাখিবনি হায় তংদাংবা খংনখিদে।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ : উরিপোক, নাগামপাল লম্বোইখোংনাংখোং অমসুং নিউ চেক্কোন যাওনা মফম থরদা টোতি ঈশিং থকলুবদগী আর: এমঃ সী: অমসুং ইম্ফাল দিস্ত্রিক্ট হোসপীতালদা মী ৩০ লাইকয়খি। মী কয়া অমসু লাক্লখি হায়'

(খ) সেপ্টেম্বর ২১ দা নাগা লালহৌবনি হায়বা থরনা ফাখিবা কেঃ দেবিৎ (২৯) কৌবা উগ্রুল কচাইদা লৈবা ১ কয়াই স্কুইনিং শমুবা লম্বীদা শিনা কংখি।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা মু য়োনবা হুকান ১দা মশক থংহৌদবা ২ চংলক্লপা লুপা ১০০০ লৌখি।

(খ) ফয়েং অরাং লৈকাইদা লৈবা শ্রীমতী

লৈচোবম নিঙোল অমুবী দেবীনা মপুরোয়বা লৈত্রিঙৈদা লুপা ১২,০০০ রোমগী শ্মা পুপ্রে হায়না শ্রীনিংথৌজম চন্দ্র সিংহনা পুলিস্তা রাকংখি।
তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : পুলিস খল্লবা মীওইশিংনা থবক কাহল্লু হায়না দাবী তৌবা খোংজং চংশিনখি। মহম্মদ সযেদ লিলোং, ওইনাম বীরেন্দ্র ওইনাম অমস্থং নিংথৌজম মহেন্দ্র থাঙবোক কাখি।
(খ) ইষ্টর্ন কম্যাণ্ডগী জিঃ ওঃ সিঃ লেফটিনেন্ট জেনরেল শ্রীকেঃ চিমন সিংহ নোংমগী খোংচংতা ইম্ফালদা থুংলে। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা উনখি। আর্মী অফিসারশিংগা রা খম্নখি।
তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীফম হৌখি ৫শুবা এসিয়াদ কপগীদমক খল্লবা মণিপুরগী নুপী ৫ য়াওহৌদবগীদমক এমঃ এলঃ এঃ শ্রীওঃ জয় সিংহনা খন্নবা পুখৎখি।
তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীফম চথরিঙৈদা বিরোধী এমঃ এলঃ এঃ শিং মপান থোকখি। মোরেদা লৈবা আগর মহল ২ শ্রীজেঃ হাওকিপ কৌবা ফোরেষ্ট মন্ত্রি শ্রীচুর-দিং লেনগা নকুবা মীওই ১দা নিলাম তৌদবা পাথোক্লমই কায়না এমঃ এলঃ এঃ শ্রীচান্দম মণিহার সিংহনা পুখৎলকপা রাফমদা উপ অধ্যক্ষ শ্রীরাহেংবম অঙৌ সিংহগী রুলিং পেন্দবা ফোংখিবনি হায়।
(খ) লম্লোংদা লৈবা খোংনাং থাবা প্রেস্তা পীঃ

এল: এ: গী চে-চাং অমসুং 'রাউণ্ড' কৌবা চেকোং নম্লমই হায়বগী মরীদা মণিপুরী অমসুং ইংলিস ময়েক ফাগংখি। মেনেজর শ্রীএল: ধনবীর সিংহ অমসুং হেড কম্পোজিটর শ্রীটি: ঐচ: যাত্রা সিংহ ফাখি হায়।

তাং ২৯ শগোলশেল নুমিৎ : চুরাচান্দপুরদা লৈবা হেমখাইনা পোকপা শ্রীপাওখোলাল গাংতে (৩৫)না খবক হাপকনি হায়তুনা লুপী ৪/৫ দগী লুপা ১৫০০ অমসুং ২০০০ লৌরম্বগী ফাখি।

তাং ৩০ ঈরাই নুমিৎ : এম: এল: এ: অহুম শ্রীয়ংমাসো শৈজা, শ্রীএম: কোইরেং অমসুং শ্রীও: জয় সিংহনা সহি তৌরগা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা মন্ত্রি মণ্ডলদা থাজবা লৈত্রে হায়না মণিপুর বিধান সভাদা মোসন থাঙ্গংখি।

অক্টোবর তাং ১ থাংজ নুমিৎ : আলুগলিদা লৈবা চনম মন্টু কৌবা দুকান ১দা শেল লৌবা লাকপা মীওই ২ কন্ত্রিমেদ পীস্তোল ১গা রাউণ্ড ১গী মরু-গা হুজেক্রুম্লগা চেনখি।

তাং ২ নোংমাইজিং নুমিৎ : গান্ধী জয়ন্তীগি থৌরম পাক শন্না পাংথোকখি। ইম্ফাল সহরদা লু-নানবা তান্নখি।

(খ) লুপা লাক্ষ ১৫ রোম চংবা ইন্দোর স্টদিয়ম ডি: এম: কলেজ মনাক্তা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি।

তাং ৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লম্ফেলগী স্না কৈথেলদা থাংমৈবন্দ পোলেম লৈকাইদা লৈবা

শ্রীরাজকুমার থম্বোম্বা সিংহনা পোকপা শ্রীধীরেন সিংহ মশক খংহৌদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলমই হায।

(খ) মণিপুর বিধান সভাদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমসুং মহাক্কী মন্ত্রি মণ্ডল থাজদ্রে হায়না থাঙ্গৎলকপা মোসন ভোইস ভোৎনা মায়থীবা পীখি।

(গ) রাইথৌ থোংদা বেরী কম্পেনীগি জীপ জি: এম: কে: ২০৭৫ থাম্লগা মীশক খংহৌদবা খরনা অযাওবা শেলশিং লুট তৌখি।

তাং ৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : খুরাই হৈক্রুম-খোংদা শ্রীলাইরিকয়েংবম মনিহুহোন কৌবা ১ না মচা নুপা শ্রীশামুঙৌ (১৫ দা মহাদেবগী অশাবা ত্রিশুলনা থিনখি। লাইনিংলাইশোন কিয়রক্রুবদগী উংখৎনরকখি হায।

তাং ৬ শগোলশেল নুমিৎ : গোভর্নমেন্ট পোলিটেক্নিকী কাজিনখিবা স্ত্রাইকর ১১২ জেলদা চরা হেনবা হৌখি।

তাং ৭ ঈরাই নুমিৎ : শীংজামৈ কৈথেলদা দুকান ফম্বা কবাম নোংজান সিংহ (৮৬) য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈবা, মীশক খংহৌদবা খরনা নোং-মৈনা কাপ্পুনা হাৎখিহায।

তাং ৮ থাংজ নুমিৎ : শীংজমৈ কৈথেলদা লৈবা দুকানশিং থোং থিংডুনা শ্রীনোংজান হাৎ-খিবা মতাংদা লুপ্তাইতবা ফোংখি।

(খ) মোইরাংগী রুরেল হোসপীতালগী এম:

ও: ইন-চার্জ ডাঃ রামেশ্বর সিংহ মীওই খরনা ফুরমই হায়।

তাং ১১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: লম্ফেল পাংতা লৈবা গ্রীফ কেম্পতা চৌকিদার ভিঃ ভাস্কর পিল্লাইনা মহাক্কী নুপা লুকামানি দেবী মখোয়গী চরম মেৎতুনা হাংখি হায়।

তাং ১২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ইম্ফাল রেস্টকী লৌবুক অয়াম্বদা তীল তাহুনা ফৌ চিকথৎপা অমম্লুং মহাম তাবা কম্লবা লৌমীশিংনা সরকারদা রাকংখি।

তাং ১৪ ঈরাই নুমিৎ: হিয়াংথাং লাইরেম্বীগি খুডমদা বর নুমিৎকী লাই থুরুম্লখি। মী চা কয়ামরুম তিনখি।

তাং ১৫ থাংজ নুমিৎ: সভাইপ্রোদা বুখি লৌশিং শোথহৌরবশিংবু মহৈ মশীং পীরবা সিঃ ঐচঃ ইবোহল ইন্সটিট্যুট ওফ মেন্টেল্লি রিটার্দেদ পার্সন্স রাজ্যপাল শ্রীএসঃ এমঃ ঐচঃ বানিনা শঙ্গাখি।

তাং ১৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: পলেন্দগী কিলোমিটর ১৬ থাপ্পা সিনামদা মোরে চেনবা বস ১ মিটর ১০০ রোম লুবা লোকথাদা ওন্থতুনা মী ৪০ শোকখি, মী ১৪ শিখি। বস এমঃ এনঃ পীঃ ৮৪৮৭ অসি মোরে তম্না থোখিবনি হায়।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফালদা পাংথোকপা ৬শুবা জুনিয়ার অমস্লুং ৪শুবা সব-যুনিয়ার বোয়জ এণ্ড গার্লস নেসনেল

আচ'গী চেম্পিয়নসিপ লোইশিনখি। মণিপুরনা মাচ' পাইতা মকোক ওইখি।

তাং ১৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: নোং লেপ্পু-না চুরদগী তুরেলশিং ঈশিং চাওখি, নিংথো-খোংদা ঈচাও খোক্নুনা অরাবা মায়োক্নরমগদ-বহু আমীনা অচৌবা পল ১ থিংহুনা খুঙ্গাশিংগী পুন্সি কনখি।

তাং ১৯ মমশকৈশা নুমিৎ: মোরেদা লৈবা লুখোইজম জো কৌবা ১ মযুমদা লুপা ৬,৭০০কী লুপা ১০০ চংপী জালি নোটশিং থম্নরগী ফাখি।

(খ) গঞ্জা কেঃ জিঃ ৭৭ থোম স্যাইৎ কেপ্তা হাপ্লগা পুনবা জৌরম্বা শ্রীজুগিন্দ্রো কাথুলোংদা লৈবা ১ তুলিহল এরোপ্লেন তাফমদা ফাখি।

তাং ২০ শগোলশেন নুমিৎ: ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেন্টকী এক্সিকুাটিভ ইঞ্জিনিয়ার শ্রীদেবদত্ত কৌবা ১ মীশক মীচু থংহৌদবা থরনা গারীগা কোম্রনা হায়জেক্ট তৌনবা হোৎনবদা থংহৌদনা গারী বেরা জৌরকপদগী নোংমৈ পাম্রবশিংহু চেনখি হায়।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ: চে° অমস্থং অতৈ পোংকী মমল অযৌবা ফ°ন। ভাংখি। প্রজা কাংবুশিংনা সরকারদা কৌরে লোক্নবা মতমদা ওইরক্লিবা ফিভম অসি য়েংশিন্নবা তক্নখি হায়।

তাং ২৩ নোংমাইজিং নুমিৎ: আসামদা মীতোপ থম্মোকপগী মণিপুরদা থোমজিল্লকপা থিংনবা চেক পোষ্টশিং মীংশিং নাশিংনা

লৈহনখি হায়।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ইম্ফালগী তোঙান তোঙানবা মফমদা থিজিনবদা আর্মীনা পীঃ এলঃ এঃ অমস্তুং গ্রিপাকী মীওই ১২ ফাগংখি। আর্মীনা ফাবা মীশিং ২২০ শুখি চায়না পীঃ আইঃ বীঃ ( ডিফেন্স উইং )না লাওথোকখি।

তাং ২৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : পোরোম্পাৎ ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবা শ্রীবাংথেম ইবোহল কোবা ১গী য়ুমদা শেল লৌবা লাকপা মীশক থংহৌদবা ৪ সাইকল হুজেল্লমগা স্কুটর ১ লাক্লগা চেনখি। শেল লৌথিদে হায়।

তাং ২৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপান্দা লৈবা শ্রীথোঙ্গাত্তাবম কৃষ্ণমোহন শর্ম্মাগী মচা পীঃ এলঃ এঃগী মেম্বর ১নি হায়বা শ্রীব্রজমনি শর্ম্মা খুমন লম্পাক্তা পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদা শিখি।

(খ) শ্রীশ্রীগোবিন্দজী মাণ্ডবতা ভারত পুম্বগী ওইনা পাংথোক্লিবা একত্মতা যজ্ঞগী থৌরম পাংথোকখি।

তাং ২৮ ঈরাই নুমিৎ : খুমন লম্পাকী চিলড্রেন্স পার্কতা মুজিয়ম অমসুং দোল হাউস শানবা ইডুকেশন মন্ত্রি শ্রীথৌদাম দেবেন্দ্র সিংহনা উরেপ উয়ুং তমখি।

তাং ২৯ থাংজ নুমিৎ : জেলিয়াংরোং পীপল্স কনভেন্সনা অনৌবা ষ্টেট ১ শেম্বা প্রধান মন্ত্রি শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধীদা মেমোরেণ্ডম ১ পীখিবগী

পাও ইম্ফালদা য়েৌরকখি।

(খ) নাগা লালহৌবা ৩ খুংলাইগা লোয়ননা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংদা চংজকম লৌগি। মখোয়না বোল্ড এক্সন রাইফল চাইনানা শাবা ১, সিঙ্গল বেরেল ১, অমস্থুং থাইলেগুনা শাবা রাইফল ১ লোয়নরকখি নোংমৈ মরু ২০ থকস্থু লোয়নরকখি হায়।

(গ) থেকমন্দা কম্যুনিতি হোল ১ শানবা পব্লিসিটি মন্ত্রি শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বীনা উরেপ উখুং তমখি।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ: বামোন লৈ-কাই খোংমন মংজিন্দা লৈবা শ্রীমঙ্গী সিংহগী মচা মুতুম সবিত্রি সিংহ মমিং ১না ইলাবস্ত চৌংডারেল মনাক্তা আর্মীগা নোংমৈ কাপ্লবা ১দা শোকখি। ১৯৮২ জনুয়ারী ১১দা ইম্ফাল সে-ন্ত্রেল জেলদগী নাস্থোকখিবা অমস্থুং মরকাবনা লুপা ৫,০০০ মনা পীনি লাওথোকপ্রবনি হায়।

তাং ৩১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ওক্টোবর ৭তা পীঃ ইউঃ তম্বা ছাত্র শ্রীময়াংলম্বম তোম্বী কৌবা ১ হাংতোক্লগা জন্দোক্লম্বগী মরীদা ককচিং খুনৌ অমস্থুং অকোয়বদা লৈবা খুলশিংগী খুল্লাশিংনা মীহাংপা দণ্ডি তৌনবা সরকারদা তকুখি।

নবেম্বর তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্দকী প্রসিদেন্ট শ্রীআইঃ বীর সিংহ মাইনোরিটি তারে, কম থাদোকউ হায়না বীঃ জেঃ পীঃ না দাবী তৌখি। ভাইস প্রসিদেন্ট

মীখলদা ইন্দিপেদেন্ট মীরেপ ১ মায়পাকখিবনা মাইনোরিটি শেংলে হায়।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ ঃ মণিপুর পীপলস পার্টি প্রেসিদেন্ট লাইশ্রম মনাওবী অমসুং জেনরেল সেক্রেটরী শ্রীনোংথোম্বম শরৎ সিংহগা মেম্বর ১গা ঈজৎ শোকহল্লি হায়না শ্রীএঃ কেঃ লানঙমনা রাকৎপদগী চীফ জুদিসিয়েল মাজিস্ট্রেট কোর্টতা (সেন্ত্রেল) কাখি হায়।

তাং ৩ শগোলশেল নুমিৎ ঃ ছুটি লৌবগী মতাংদা ইউঃ দিঃ সিঃ ওইবা শ্রীমতী হেমাবতি দেবীগা উংথৎনবা থোক্কুনা পব্লিসিটি দিপার্টমেন্টকী হেড ক্লার্ক শ্রীবীরমঙ্গোল সিংহ পুলিসনা ফাখি হায়।

তাং ৪ ঈরাই নুমিৎঃ দ্বিপানিতাগী থৌরম পাংথোক্লখি। কৈথেলশিংদা মৈ থানখি, খ্বাইরক্পা কৈথেলদা কুম্মৈ য়েংবা লাকপা মীনা নুমিদাং অথেংবা ফাওবা কুক কুক ইরখি। য়ুমশিংদা থাওমৈ থাম্মৈ।

(খ) মমাং নুমিৎকা লোয়নবা অহিংদা প্রিপাকী কম্যান্দর ইন-চীফ ওই হায়বা শ্রীলবঙ্গো (চাওবা সু কৌবা) অমসুং ফাইনান্স সেক্রেটরীনি হায়বা কুমারী লাংকোন দেবী পাঙ্গে মনাক্তা সিঃ আরঃ পীঃ না ফাখি।

তাং ৫ থাংজ নুমিৎ ঃ নোংপোক সেকমাইদা লৈবা শ্রীমতী থাম্বেম্বম ওংবী মঙ্গী দেবী (৬০) অমসুং মচা মুপা শ্রীবৈকুল সিংহ ময়ুমদা মীওই

থয়া থাংনা য়াম্লুনা হাংখি। মচানুপী বিনোদিনি দেবী কৌবা ১ না থাংনা খিল্লমই হায়।

তাং ৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: নিঙোলশিংবু মপামদা চাক্কোড়না নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎ মপুং ফাহনখি। লাইমবম, জীপ-কার খুরক হাংদনা চেনখি। ইম্ফালদা রিক্সো ভারা লুপা ৫দগী তানা পীগে য়ানদে।

তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: আর: এম: সী: মনাক অমস্তুং শীংজমৈ কোংবনচিংবা মফমদা পাক শন্না লগাও শানবা পুলিসনা তানথায়খি হায়।

(খ) ওক্টোবর ১দা লুট তৌখিবগা লোয়ননা তামৈগী ষ্টেট বেঙ্ক ব্রাঞ্চ থোং হাংদ্রে হায়না একাউন্ট হাংড়না শেল থমলুবশিংনা নুংশা থিবগা লোয়ননা অথোরিটিদা রাকংখি।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: তাখেল লাই হরাওবুংদা মীওই ২না থাংনা য়াল্লম্বা খুরাই শাঙ্জোর লৈকাইদা লৈবা অহৈবম থম্লো আর: এম: সী হোসপীতালদা লাইকন্নরয়গা শিখি।

তাং ১০ শগোলশেল নুমিৎ: সিংহাংতা লৈবা ভি: ভি: এফ: কেম্প্তা সেক্সন লিদর ওইবা থামথাং মথন্তা নোংমৈ কাপশিন্দুনা শিখি।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ: উপোকপী খুলদা খুজা নহারোলশিংনা ফো হুরানবা ২ কাখি। মখোয় অনিহু পুজা সিংহ অমস্তুং ওমোর সিংহ কৌই, ইথাইদগীনি। ইলেক্ট্রিক রায়ার ক্লকপদসু মমিং লৈবা মীওইনি হায়।

তাং ১২ থাংজ নুমিৎ : নুমিদাংদা রিক্সো থৌ-বশিংনা লৌনিংবা ভারা লৌবগী রাথোক ইম্ফাল সহরদা চৎথোক-চৎশিন তৌবশিংনা শাওনখি। কৈশাম্পাং পরার হাওস মনাক্তা রিক্সো ড্রাইভর ১ কুপাইখি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : হান্নগী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীয়ংমাসো শৈজা অমস্তুং পীঃ এলঃ পীঃ সদস্য ৩ মণিপুর পীপলস পার্টিদা য়াওখি হায়।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ভারতকী অতৈ মফমদা পাংথোকপগুম মণিপুরদস্মু অঙাংগী নুমিৎ পালন তৌখি। ভারতকী ওইনা অঙাং ১৯ এরার্দ পীনবা খনগৎপদা মণিপুরদগী থাংজম জয়শঙ্কর য়াওখি।

তাং ১৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : চীফ ওফ আর্মী ষ্টাফ জেনরেল এ: এসঃ ভাইদ্য অকানবা ওইনা নুমিৎ নিনি খোংচৎতা ইম্ফালদা থুংলে। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমস্তুং অরাংবা থাকী কম্মাইবশিংগা রারা শানখি।

তাং ১৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুরগী প্রজা ১৬,০০০ রোমদা আর্মী ডাক্তরশিংনা লায়েংখি। একস্ত্রিমিষ্ট ১২০০দগী হেনবা লাকশিনবা ঙক্লে হায়।

তাং ১৭ শগোলশেল নুমিৎ : খোংজোমদা ত্রক এমঃ এনঃ এসঃ ৮৫৫৭ কা জীপ এমঃ এনঃ এসঃ ৪৯২৬ কা থেংজিন্নবদা জীপ্তা তোংবা ২ রাজিগী অমস্তুং ভনভাক কৌবা চুরাচান্দপুরকা

লৈবা শিখি। ১০মা শোকখি।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ : শক্তেনথোং অফিসার কোলোনীদা লৈবা ক্বাটরদা সেরিকলচর ডাই-রেক্টর শ্রীকৃষ্ণ মুত্তি হার্দ ফেল ওইদুনা শি।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ : নোনা শাবা খোবাল থোং অমস্তুং লিলোং থোং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমস্তুং উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম-পোক সিংচনা শঙ্গাখি।

(খ) থুপী ১ চেল্লবদগী থায়দোক্লবদা ভাইরি-বা উচিরা মযাই লৈকাইদা লৈবা শ্রীবিনয কোবা ১ অহিং মযুমদা ভুমহনা লৈরিবেদা মী-ওই ৪ বোম্বা চংলক্লগা নোংমৈ কাপশিল্লমই হায়।

তাং ২০ নোংমাইজিং নুমিৎ : ল্বংবাদা গারী এক্সিদেন্ট থোক্লুনা এদেম রোংমৈ অমস্তুং ফৈরে-ঙাও যাইস্কুলদা লৈবা মী ২ শোকখি।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মোইরাং ম্যুনি-সিপাল বোর্দকী কমিশনার ৭ অমস্তুং নোমিনী ২ রাশক লৌনবা তোবদা অথিংবা পী চাযহনা লোক্তাক ইউনাইটে দিমোক্রেটিক ফ্রন্টকী কমি-সনার ৭ অমস্তুং মীচম ১১ কাখি।

তাং ২২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : পাওগী সভা ১দা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হায়, আর: কে: রোবিন্দ্রো অমস্তুং ইঞ্জিনিয়ার থাবুধন স্যাও-নামী ১০ হাংপা পোইরৈ লিবরেশন ফ্রন্টকী মেম্বর ৩ সরকারদা সরেন্দর তোরক্লুনা জেলদা লৈরে। বিশ্বকুমার সিংহ, এন: নীলমনি সিংহ

অমসুং ঐচঃ রাজেন (রাজো) কৌই হায়।

তাং ২৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কোইরেঙ্গদা ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেণ্টনা রায়রগা শীজিন্নবা জীপ এমঃ এনঃ পীঃ ১৯০৫ গা শক্তিমান এমঃ এনঃ পীঃ ২২৫ গা থেংগায়নবদা লাইমেন ওইবা থোকচোম ইবোহল সিংহ কোইরেঙ্গদা লৈবা শিখি। ২না শাথীন। শোকখি।

তাং ২৪ শগোলশেন নুমিৎ : শিখোংদা প্রাইমারী হেল্থ সব সেণ্টর ১ হাংদোকখি।

(খ) উখ্রুলগী নিউ হেবণ্ড মনাক্ত' নুং হোনবা বীঃ আরঃ এফঃকী গারী দব্লিউঃ ই ৫৮৭৫২ ফুট ৫০ লুবা মফমদা ওন্থড়না মী ৩ শি। ৩না শোকখি।

তাং ২৫ ঈরাই নুমিৎ : কারোং বরাক থোং, সেনাপতি থোং শানবা উরেপ উয়ুং তমখি। নৌনা উরেপ উয়ুং তমখিবা থোং ৪ শুখি হায়।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ: নিউ কছার রোডকী কোটিরান্দা লৈবা অদিম কন্নুই অমসুং মিস আংবোন লম্ফেলগী মেলেরিয়া অফিস মনাক্তী হোটেল ১দা ওক্তবা ওক্তবা লমচং চংলমই হায়দুনা ফাখি। থা কৈথেলমানবীদা লৈবা কিলিংস্কোরগী মচা কিরন কৌবা ১সু য়াওখি হায়।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : মাংগ্রবা অংদুন কৌবা কুন্সী তুইনেমদা লৈবা ১ তেংনৌপলদা লৈপাক তৌথোক্লুনা থিবদা শিনা ফংখি।

তাং ২৮ নিংথোকাবা নুমিৎ : নবেম্বর ২৩দা মশক থংদবা থরনা রাবগাইদা ফুরুকপা হিয়াংলম

অরাং নৈকাইদগী ইঃ কুলচন্দ্র কৌবা ১ লায়েংশঙুদা শিখি।

তাং ২৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ ঃ তমেংলোংদা দিস্ত্রিক্ট টিঃ বিঃ কন্ত্রোল সেন্টর ১ হাংখি।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ ঃ উখ্রুল দিস্ত্রিক্টী ভারত অমস্তুং বম্ম তাইনবদা লৈবা শরুকাশিংথা অনিগী অথিংবা হুকুম শাংদোকখি।

ডিসেম্বর

তাং ১ শগোলশেল নুমিৎ ঃ ইম্ফালদা পৈশা অচোইবা ফংনদবা, পেন্দবা কয়া লাক্লুখি। অচোইবগী মচুংতা চেক্লেংতা ইরগা পীবা য়াওখি হায়।

তাং ২ ঈরাই নুমিৎ ঃ টেক্সেসন ইন্সপেক্টর শ্রীগাইনিঙমনা লুপা ৪২,০০০ লান্না শীজিন্নরম্বা অমস্তুং টিঃ আরঃ ৫ রিসিপ্ট, ত্রেজরী রুল ৫ শাজিন্নম্বগী মরালদা ফাখি।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ ঃ পেসেঞ্জর ভারা হেনগৎনা লৌবগী মায়োক্তা বিষ্ণুপুর ডিস্ত্রিক্ট এণ্টি প্রাইস রাইজ কমিতিনা বস ভারা হন্থনবা আন্দলোন তৌখি। টিদিম রোডতা চেনবা বস লেপখি।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ ঃ বীঃ জেঃপিঃ না পোংফৌ মমল তাংবা, গারী ভারা হেন্না লৌবা অমস্তুং মৈ চৈশিং ফংদবগী মায়োক্তা মেমোরেণ্ডম ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংদা পীখি। পার্টি প্রসিদেন্ট শ্রীএলঃ রঘুমনি শর্ম্মনা মুখ্য মন্ত্রিগী খোঙ্গালদা পুং ২৪ চরা হেনবা লোইশিনখি।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : টিদিম রোডতা বস ভারা কেনগৎপগী মায়োক্তা আন্দলোন লুচিংবা ৫ কাখি। জেলদা থাজিনখি হায়।

তাং ৮ শগোলশেল নুমিৎ : ডিসেম্বর ৭কী নুমিদাংদা ওইনামলোংদা কাইমায় খুঞ্জাশিংনা শিংনরকখি। ঘটনা অসি কুকি অমম্মুং জেলিয়াং-রোং মরক্তা ঈরাং থোরক্লবা বার্ত্তন তৌবনি হায়৮ না কুকি ষ্টুদেন্টস ওর্গেনাইজেশননা লাওথোকখি।

তাং ৯ ঈরাই নুমিৎ : কৈকোন অমম্মুং অচান-বিগৈদা প্রাইমারী হেলট সব-সেন্টর ১/১ হাংখি।

তাং ১১ নোংমাইজিং নুমিৎ : ডিরিপোক্তা লৈবা শ্রীয়ুরেম্বম গ্যানেন্দ্র সিংহনা যন মাংখিবগী রাকৎলুবদা পুলিসনা ওল্ড লম্বুলেগুদা থিজিন-খি, এসঃ থাংজোম কৌবা ১গী ময়ুমদা মশা য়াওদবা যন মকোক ৫ ফংখি। যন হাৎপগী মরীদা চিংনবা মীওই ৮ কাখি হায়।

(খ) থৌবাল কৈথেলদা অশাবা শেল লুপা ১০০ চৎপী ১না ৬ৗ লৈনবা তৌরম্বা হোজো অনোর কৌবা কাপ্রমভিলেজদা লৈবা ১ কাখি।

তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নুপী লাল নুমিৎ নিংশিং থৌরম রাজ্য সরকারনা শীল্লগা পাংথোকখি।

তাং ১৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ মণিপুরগী মক্কম ১দগী ১দা অয়াবা লোদনা ফো-চেং পুথোক-পুশিন তৌবা থিংবনা পোংকী মমল হেনগৎকদে হায়না সরকারদা পেন্দবা কোংনরকখি হায়।

তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: তোকচা পাও-চেদা ডিসেম্বর ১৩ দা ফোংখিবা পাও ১গী মতাংদা য়ুঠ কংগ্রেসকী মীওইনি হায়বা খরনা ইডিটর শ্রীথোকচোম কলেন্দ্র সিংকী পুক্সিদা কিহল্লম্বা, অল মণিপুর ৱাকিং জর্নেলিষ্ট ইউনিয়ন্না নিন্দা তৌখি।

তাং ১৫ শগোলশেল নুমিৎ : তুযাং ৱাইচৌদা প্রাইমারী হেলঠ সেন্টর ১ হাংখি।

তাং ১৬ ঈরাই নুমিৎ : শগোলমাং এলাকাদা খাজনা খোম্না অমম্বুং নাম্না শেংদোকপা রেভিন্যু কেম্প হৌখি। মথং মথং চখ্যগনি লাওথোকখি।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ : নম্বোল থোং মনাক্তা বস ভারা হেনগৎপগী মায়োক্তা পেসেঞ্জর তোংবা বস এম: এন: পী: ২৭২৬ মৈ থাখি, মী ২ থীনা শোকখি।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ: টিদিম রোডত বস ভাবা হেনগৎপগী গাড়ী মৈ থাবা মাযোক্তা বস চেনবা লেপখি।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা রামদাস খেবা কৌবা ফি য়োনবা দুকান ১ দা মশক থংবা খরনা নোংমৈ উংলগা লুপা ১৩০০ লৌখি হায়।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : শিলোংদগী থুংলবা এসি.ছ ট কলেক্টর ( কষ্টম ) শ্রীদি: দি° ইঃ টিনা লুচিংবা কষ্টমগী মী ২৭ অমম্বুং পুলিসকী ৮০ গা লোয়ননা ইম্ফালদা লৈবা দুকান ৩২ দা

আঈমা য়াদবা মীরৈবাকী পোংশিং থিখি। লুপা ৭,৯৮,০৬৬.৭০ গী পোং ফাখি।

(খ) অরাং এঃ ওঃ সীঃ দা লৈবা দিল্লিপনা ফম্বা হরাইনচিংবা য়োনবা হুকান ১দগী নোংমৈ পায়-বা খরনা লুপা ১,৫০০ লৌখি।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎ ঃ টিদিম রোড়তা বস চেনবা লেপলুবা স্কোর্টকা, লোয়ননা অমুক চেনবা হৌখি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ ঃ ইন্টর্ভিয়ু চথরিবৈদা লম্ফেলদা লৈবা ফিসরী ডাইরেক্টরেট অফিস মুং-না নোং চুহনখি। পুলিস কৌহুনা ঈরাং লাক-শিনখি হায়।

(খ) উখ্রুল দিস্ত্রিক্টী লিটান্দা কেঃ ভিঃ ৩৩ গী পয়ার সব-ষ্টেশন ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হাংদোকখি। মথৌ থংবা ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্ট-মেন্টকী অফিসার খরদা এদভান্স ইনক্রিমেন্ট পীনবা লাওথোকখি।

তা ২৪ থাংজ নুমিৎ ঃ ডিসেম্বর ১৯ দা গৌ-হাটিদা পাংথোকপা অহানবা নোর্থ ইষ্টর্ন ইউ-নিভর্সিটি স্পোর্টস কম কলচরেল মীটতা মণিপুর ইউনিভর্সিটিনা স্নাগী মেদল ২৮ লুপাগী মেদল ৩১ অমস্তুং কোরিগী মেদল ১২ লৌরকুনা ওভর অলটিম চেম্পিয়ন ওইরকখি হায়।

তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎ ঃ খৃষ্টমাসকী থৌরম চীং অমস্তুং তম্পাকী চচশিংদা পাংথোকখি। খুদোলপোংশিং ১গা ১গা পীনখি।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নোং লেপ্তুনা চুমদগী ইম্ফাল সহর অমম্বং থুঙ্গংদা তু-খোংনচিংবা ঈশিং হাগংখি। মঙ্-মরোং পাম্বী কয়া ঈশিং থুমখি হায়।

তাং ৩০ ঈরাই নুমিৎ : ইষ্ট ইন্দিয়া ট্রান্সপোর্ট এজেন্সীগি থুয়াথোংদা লৈবা গোদাউণ্ড মৈ চাকখি। চাওরাক্লা লুপা ৪০,০০০ রোমগী পোং উং ওনখি।

(খ) নম্বোল উংলৌ হৈবী মখোংদা লৈবা হিদংময়ুম ইবোপিশক্কী মাণ্ডব মৈ চাকখি। লুপা ২৩,৫৫০ মুক্কী পোং মাংখি।

তাং ৩১ থাংজ নুমিৎ : মোইরাং থোং শাবা লোইশিনবা চুমদবা ঠিকাদার লৌথোক্লবা মোইরাং থোং কন্সট্রক্সন দিমাগু এণ্ড এক্সন কমিত্তিনা তক্লখি। মরাল লৈবশিং এক্সন লৌরবদি আঙ্গনগী মতেং লৌহুনা রায়কনি হায়।

জনুয়ারী

তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ : ১৯৮৪ হৌবগী মুঙাই পাওজেল থানখি।

তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লং ফংদবনা ফিশাবীশিং থবক লেপখি। ব্লাকং লাক্লখি। মণিপুর দিভেলোপমেণ্ট সোসাইটিনা লংযোনফম ৩ হাংনবা লাওথোকখি।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মহৈ তম্বীদনা পরিক্ষা লৌই হায়দুনা ঈরোযশেমদা লৈবা মণিপুর এগ্রিকলচর কলেজগী ছাত্রশিংনা পরিক্ষা থাখিদে। ছাত্রশিংনা থেংপা পোষ্টর প্রিন্সিপালনা পিওন থাদুনা শেংতোকহনখি।

তাং ৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কবোরাকচিংদা চিনি অমস্নুং যু শুংফম নম্ফূদা শানবা হোংনবা থিংলুবা মী ৩০ ফাখি।

তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎ : মপুরোযবা আর্মীনা ফাগ্ররগা মাংহনগ্রবা, থা ৪ মীবোল্লবী লুইথুকলা পিক্লিবা মচা ৩গা মুখ্য মন্ত্রিগী বাঙ্গলা থোঙ্গালদা মতম কক্কুনা চরা হেনবা হৌখি।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ : হিংলেপ পীঃ এসঃ কী মনুং চন্না লৈবা মহেন খুলদা পুলিসনা মযুমদা ফাবা লাকপা ১ নাম্বোক্কুনা চেনগে তৌবদা নোংমৈনা কাপখি। সৈগিন হাওকিপ (১৭) আরঃ এমঃ সীঃ হোসপীতালদা পুখৎতুনা লাইকন্নখি হায়।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ : লৌ-শিং লোক্লবা মতমদা চেং কিলো ১দা লুপা ৪ য়ৌখি। ব্লাকং কয়া লাকখি।

শ্রী: জে: পী: না সরকারগা ললোন ইত্তিক তৌব-
শিংগা লৌতুনতুনা তাংবনি। শম অককমল লুপা
২দা হেনগংখি হায়।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : কেন্দ্র সরকারগী
গৃহ রাজ্য মন্ত্রি শ্রী পী: ভেনকতা সুবাইয়া নুমিৎ
নিনি খোংচৎত' ইম্ফালদা থুংলৈ।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : রীজনেল মেদি-
কেল কলেজগী কেজুয়েলিটিদা মথৌ তাবা ডাক্তর
১ রেভিন্যু কমিসনারগী গনমেন্না কিহল্লমই হায়-
তুনা ডাক্তরশিং লায়েং লেপ্পা স্ত্রাইক চংশিনখি।
(খ) আই: টি: রোডকী তামৈ য়োরমদাইদা
ত্রক এম: এন: এস: ৯৫৭৭ এক্সিদেন্ট থোক্লুনা
মী ২ শিখি। ৬ শোকখি।

তাং ১০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : কবোরাক-
চিংদা চিনি ফেক্টরী অমসুং য়ু শুংফম লিংদনবা
আন্দলোন তৌবা লৈশাবী অমসুং নুপী ২৩ ফা-
তুনা পুন্না নুপী আন্দলোনকারী ৬২ শুখি।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: খুরাই হৈনৌমখোং
কৈথেলদা প্রাইমারী হেলঠ সব-সেন্টর ১ হাংখি।

তাং ১২ শগোলশেন নুমিৎ : মথং মথং চৎথ-
রকপা রেভিন্যু কেম্পনা বিষ্ণুপুর জিলাদা
অতোনবা খাজনা লুপা ৯০,৩১৯ য়োম খোমগংখি
কেস ১৫৫৬ লোইশিনখ।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ : নুমিৎ ৫নি শুরবা
মণিপুর এগ্রিকলচরেল কলেজশিংগী স্ত্রাইক
ফেট্টুন পায়রুনা পিকেটিংনচিংবা খোজং চখ্রখি।

তাং ১৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: থৌবাল অশাম-দা লৈবা শ্রীহেরামোৎ কৌবা ১গী য়ুমদা খুৎলাই পায়বা ৬'৭ মুক চংলক্লগা লুপা ২,৬০০ অমস্তুং স্না য়াওনা লৌখি।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ছৌপোকপী দা এস: দি: ও: (ককচিং) না তোংবা এম: এন: এস: ৭১৩৪ মীশক মীচু থংদবা থৱনা মৈ থাখি। (খ) ভোটর লিষ্ট ইথৎপদা য়াদবা ফোংছুন' চান্দেলদা ইউনাইটেদ মরিং নাগা এসেমব্লী ১স্থু' মরিং নাগা ষ্টুদেন্টস ইউনিযন্না কৌবা বন্দ চৎখি-গনি হায়না মেমোরেণ্ডম পীখি।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : গান্ধী এভিন্যু রোড অমস্তুং কংলা পার্ক তাবা লম্বী শম্বা লম্নোং মনাক্তা সাইকল তোংবা শ্রীনামৈরাকপম তোম্বী সিংহ লৌউ-শিংউ মন্ত্রি শ্রীডু বদিংলেনগী জীপ (দব্লিউ বি: জে: ৫০১) না তক্লগা চেন্দুনা পুখি। মহাক খুদক্তা শি। নুতিগী ইংগ্রাজিদা ফোংবা 'ফ্রোন্টিয়ার ক্রোনিকলগী' ইডিটর শ্রীতোম্বী খুরাইদগীনি। মহাক্তা সাইকল তোংমিনৱকপা মচা নুপা ১ থৱা শোকখি।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ : কংলা পার্ককী অৱাং থংবা ইম্ফাল ডিমাপুর লম্বীদা থংনা থংননা টাটা ত্রক ১গা মোটোর সাইকল ১গা থেঙ্গায়নখি। স্কুটর .এম: এন: এস: ১৫৮৩ মথক্তা শীংছুনা ড্রাইভর রোয়েল জোজো কৌবা হুলালেঙদা লৈবা শি। অতোংবা ১ শোকখি।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ : মণিপুরনা মপুং ফাবা ষ্টেটহুদ ফংখিবা নুমিৎ নিংশিংখি। সংস্থানশিংনা লনাই থম্ম নৈনবা পাংথোকখি ।

(খ) য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈবা শ্রীনিলমনিস্না (তোম্বীস্না)গী য়ুমদা নুমিদাং পুং ৬-৪৫ অহুরাইদা নোংমৈ পায়বা ১০ মুক্না খ'হৌদনা চংলক্লগা স্না তুলা ১০, শেলগং লুপা ৩০,০০০ অমস্তুং টেপকা কোম্নবা রেডিও ১ লৌখি হায়।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎঃ থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা ৫টা অকংবা য়োনবা শ্রীরামদেব রায়গী হুকান্দা শেল লৌবা লাকপা ২না নোংমৈ কাপ্লমহুনা মপাম্বোমদা পানখি।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : শেল লাকপা তোয়না থোরকপদা মীফা-মীপুন চথনবা হাওফি ইনবা মীওইশিং চেক তৌখি। চিংনবা মী ১০ মুক ফাগৎখি হায়।

তাং ২৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : বস অমস্তুং মিনি বস ভাড়া হেনগৎপগী মায়োক্তা মী ৫০০ মুক্না শরুক য়াবা সাইকল রেল্লি ১ রাইবগাইদগী লাক্লুনা মুখ্য মন্ত্রিগী লৈকম ফাওবা চংখি।

তাং ২৬ শগোলশেল নুমিৎ : ৩৪ শুবা গনতন্ত্র দিবস থৌরম মণিপুরদসু পাংথোকখি। ইম্ফালগী কংলাদা পাংথোকপা থৌরমদা সংস্থান ১৭০ না পীবা সলামী রাজ্যপাল শ্রীএসঃ এমঃ ঐচঃ বর্নিনা ওকখি। মতম শুগ্রিবা ফাদোক ৪ থাদোকখি।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎঃ স্রাইক্লা চুমথাং নমথীবিগুম

শৌ-শাখি। গোভর্ণমেন্ট ম্যুজিক কলেজ ছাত্র-
শিংনা প্রিন্সিপাল লৌথোক্লবা তক্লখি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ: ভোকপা চীং অমম্ভুং অকোয়বদা লৈবা খুল্ল ৮ রোমগী প্রজাশিংনা মীতিং তৌদুনা সরকারনা শক খংবিদবা অমম্ভুং লৌ-ইশ্বোল সর্ভে তৌদবগী মতাংদা তকশিনখি।

তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: নুমিৎ ১৫ নিরোম শুরবা নর্সশিংনা স্ত্রাইক তৌরকপদা মচা খোম ইল্লিবী য়াওনা ২৩ ফাখি। নর্সশিংনা অনাবা সেবা তৌবা তোকখি।

তাং ৩০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: খুমন লম্পাক্কী মায়োক্লবদা লৈবা মশাগী ময়ুমদা অয়ুক পুং ১০-৩০ দা হান্না মুখ্য মন্ত্রি ওইরম্বা শ্রীয়ংমাসো শৈজা নোংমৈ পায়বা নহা ২না নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি।

তাং ৩১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: এমঃ এসঃ (বোটানি) তম্লিবী লৈহাওথাবম প্রিয়োবতি দেবী মীমাং থোক্লা রান্নী শাবা হঙ্গোয়বা লমচং চংতুনা অঙাং নুপী ১ পোক্লম্বগী খোংঙ্গোয়নখি। মতুংদা চেকশিন্নবনি হায়না উদয়পুর মণিপুরী ষ্টুদেন্টস এসোসিয়েশন্না ইম্ফালদা লাওথোকখি।

ফেব্রুয়ারী তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: হান্না মুখ্য মন্ত্রি ওইরম্বা মণিপুর পীপলস পার্টিগী ভাইস প্রসিদেন্ট শ্রীয়ংমাসো শৈজাগী অশিবা হকচাং মহাক্কী পোকফম উখ্রুলদা লৈবা তাংরৈদা ষ্টেট ওর্নরগা লোয়ননা মৈরোন চনখি।

তাং ৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : হান্না মুখ্য মন্ত্রি ওইরম্বা শ্রীয়ংমাসো শৈজা হাংখিবা মরীদা ওরিয়েন্টেল কলেজদা তম্বা উগ্রুলগী চাফুং চাংথা খুন্দা লৈবা শ্রীদেবীদ অর্মীবা কাখি।

তাং ৯ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুর দিভেলোপমেন্ট সোসাইটিগী মেনেজিং ডাইরেক্টর অমসুং কমিশনার শ্রীবিঃ আরঃ বাস্থগী গনমেন শ্রীএনঃ ইবোতোন সিংহ (৩২) মীশক থংদবা থরনা উরিপোক্তা লৈবা সোসাইটিগী লোয়শঙ মনাক্তা ক্ষুদংলগা নোংমৈ মুনখি হায়।

তাং ১০ ঈরাই নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি, মন্ত্রিশিং অমসুং অরাংবা থাক্কী মন্ত্রিশিং উনবদা হাওক্তি নচিংবা ফি ইনবা থিংখি।

তাং ১১ থাংজ নুমিৎ : কৈথেল অমসুং লম্বীদা যু ডাওরগা কারন তৌবা মী ২৪ফাখি।

তাং ১৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : পোং-চৈ মমল তাংবা অমসুং শেল-থুমগী রায়োং চাদবা কন্না থেংননবা ওপোজিশন পার্টিশিং চুংশিন্নরগা অহানবা ওইনা সাইকল রেল্লি চংথি।

তাং ১৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : শ্রীপুলিনকান্তনা রেভিন্যু মন্ত্রি ওইরকপদগী পারগা রেভিন্যু কেম্প ৪৩ পাংথোক্লুনা লৌরুংশঙগী থবক ফগৎহল্লে হায়না পাওগী সভা ১দা হায়খি। লম লৈজদবা মীওই ১০৩দা লমশিং য়েন্থোকখি হায়।

তাং ১৫ যুমশকৈশা নুমিৎ : উরিপোক লাই-

খুরেম্বী মনাক্তা লাইতোক্তম নাওবী মমিং ১না জ্ঞানেশ্বর কৌবা নহা ১ শক্তেনবম খুলদা লৈবা কোম্ভোক্তম রাজেশ্বর কৌবা ১না থাংনা থিল্লম্বদগী শি। মথোয় ২ খুল ১তদা লৈমিন্নবনি শ্রীইবোমচাগী মচা রাজেশ্বর মম্নায়া ফুবদা লাইকমখি।

তাং ১৭ ঈরাই নুমিৎ: ইম্ফালগী কালিমায় মপাদা লুনা তোংলগা চংলিজেদা নুপী পুলিস কন্সটেবল কুমারী সিনাম বিনো দেবী (২২) আমী জীপ ১না থেথুংরমদুনা শি। কাসিফাইদা লৈবা শ্রীইবোমচাগী মচা নুপীনি হায়।

তাং ১৮ থাংজ নুমিৎ: কেন্দ্রগী ইনভাইরোনমেন্ট দিপুটি মিনিষ্টর শ্রীদ্বিগবীজয় সিংহ অরাং নোংপোক লমদমগী থোংচংতা ইম্ফালদা থুংলৈ।

তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: অল মণিপুর গোভর্ণমেন্ট এদেদ ইলিমেন্টরী স্কুল টিচরস এসোসিয়েশন অমসুং অল মণিপুর এদেদ সেকেণ্ডরী স্কুলস টিচরস এসোসিয়েশন্না দাবী তানবা আন্দলোন পুশিনখি। দাবী পাথোক্লবা নোহৌননা তকশিনখি।

তাং ২১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: এম: এল: এ: শ্রীচান্দম মনিহার সিংহগী গনমেন শ্রীমধুমঙ্গল সিংহ অমসুং শ্রীআর: কে: স্নাতোম্বা সিংহ অনিদগী মীশক থংহৌদবা ১০ মুক্তা নোংমৈ মুনখি। মীতৈ নেসনেল ফ্রন্টনা শীনবা মীফম য়াওবা চংপদা শ্রীমনিহার সিংহ য়াওনা পোরোম্পাৎ লম্বীদা থংলগা মুনখিবনি হায়।

(খ) চীংমৈরোংদা লৈবা অরাং তাংখুল কৌবা ১গী মথক মখা শাবা য়ুম মৈ চাকখি। ভারা শান্দুনা হুকান কমহনবা য়ুমনি লুপা লিশিং ৭০ রোমগী অমাং-অতা থোকখি হায়।

(গ) য়ুরেম্বমদা পী: ঐচ: ই: দিপার্টমেন্টকী পিক অপ ভান এম: এন: জি: ৮৩৩গা ত্রক এম: এন: এসঃ ৪৯৫৭ গা খেঙ্গায়নবদা খোংমন মংজিন্দা লৈবা শামুরাইলাংপম রুপচন্দ্র (উপাইবী) কৌবা পিক অপ ভান থৌবা ড্রাইভর শি।

তাং ২৩ শগোলশেল নুমিৎ : পোরোম্পাংতা মীতৈ নেসনেল ফ্রন্টনা শীল্লগা নুমিৎ ৭নি কমখিবা মীকম্না মণিপুরবু হাও মীতৈ কংলৈপাক হায়না মমিং হোংনবা রারেপ লৌখি।

তাং ২৪ ঈরাই নুমিৎ : নিত্যাইপাৎ চুথেক্তা ইম্ফাল পলেন চেনবা বস এমঃ এন: এসঃ ৪১৯৮ পেসেঞ্জর থাক্লরগা হল্লকপদা চাকা পাইথোক্লনা দশা তাখি। লম্বী চৎপশিংনা য়েংনখি।

তাং ২৫ থাংজ নুমিৎ : উয়ান অমম্বুং সেলুংকমদা ক্লব ৩গী শঙ দিভেলোপমেন্ট মন্ত্রি শ্রীএম: ইবোতোম্বী সিংহনা শঙ্গাখি।

তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীকম হৌখি। স্পিকারগী রুলিং পেন্দবা ফোংহনা ওপোজিশন মেম্বরশিং মপান থোকখি। শ্রীয়ংমাসো শৈজা কাংখিবহু লো এগু ওর্দরনা থোকহনবা থৌদো নত্তে হায়না রাজ্যপাল শ্রীসৈয়দ মুজফর হুসেন বর্নিনা মীকম হৌদোকপদা

হায়খি।

(খ) এদেদ ইলিমেন্টরী স্কুল ওজাশিংনা মন্ত্রিগী থোঙ্গালদা থরনা তৌখি। ওজা ১ রোম ফাখি।

তাং ২৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ডিঃ এম কলেজ মমাংদা লৈবা প্রেস ১দগী সাইকল তোংব ৩ লাক্লগা নোংমৈ উৎতুনা লুপা ২৬,০০০ লৌখি

(গ) শগোলবন্দ থাংজম লৈরক্তা লৈবা শ্রীকুলাগী য়ুমদা মৈ চাকুনা লুপা ১৫,০০০ মুক্কী অমাং অতা থোকখি।

তাং ২৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাদা প্রাইভেৎ মেম্বরস রিজোলুশন ওইনা শ্রীওঃ জয় সিংহ এমঃ এলঃ এঃনা পুখৎপা মণিপুরী লোলবু ৮শুবা সেড্যুলদা যাওহন্নবা তকশিন্বা রাষ্কেণ পাস তৌখি।

মার্চ

তাং ১ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুর হেণ্ডলুম এণ্ড হেন্দিক্রাফ দিভেলোপমেন্ট কোপে'রেশন্দা থবক তৌবা কর্মচারীশিং তবল পীদে হাযনা আন্দলোন হৌখি। থবক ০তা শুখিদে।

(খ) উখ্রুলদা লৈবা ৬শুবা মণিপুর রাইফলসকী এসিষ্টেন্ট কমান্দেন্ট শ্রীলুঙাইরুং কবুইনা দিয়্যুটি নিংথিনা তৌদবা জবান ৩ ফুবদা নত্তনা থাম্মুবা জমাদ্দার ১ দা থীনা তৌবদগী জরানশিংনা মহাকপু পুল্লগা ফুখি। হোসপীতালদা শিখি হায।

তাং ২ ঈরাই নুমিৎ : তুলালেগুদা লৈবা মণিপুর

পেবেষ্টেরিয়ান মীশন হাওসতগী উনা শাবা হেণ্ড গ্রেনেট উৎলগা লুপা ২৬,০০০ লৌথিবা ৪ কাখি। থাঙ্গদা লৈবা নহা ভাক্তনি হায়।

তাং ৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : পাঃ দিঃ এঃদা পোৎ তমখিবগী শেল পীথোক্কে হয়না সপ্লাই-য়ারশিংনা মস্তিদা রাকৎখি।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : স্ত্রাইক চথরিবা এনঃ জিঃ কলেজগী ওজা অমসুং নন-টিচিং ষ্টাফকী মেম্বর ২৯ অমুগা ছাত্র ৬ কাখি।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ইম্ফাল তয়া থোরকপা বস এমঃ এনঃ এসঃ ৬৪২২ মোর্দবুংগী অওম্বা কাথৎলকপদা মনীং হন্দুনা অকুৎপদা তাশিনখি। পেসেঞ্জর ৫৫গী মনুংদা ২৫ শোকখি।

(খ) ঘন্ত্রি পুথ্রিন্দা বস এমঃ এনঃ এসঃ ২৬২১ ইম্ফাল লৈমথোং চেনবা বস অসিনা মনোজ প্রসাদ কৌবা অঙাং ১ তক্লুমা শি। ড্রাইভর লৌরিয়াম তোনজাও সিংহ খুকখুল অরাং লৈ-কাইদা লৈবা পুলিস্তা চংজখি।

(গ) মণিপুর বিধান সভাগী মীকম মতম কক্তুনা য়ৈথোকখি।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : তেরা উরক লম্লো-ক্লৈগী অবুলোক তুরেল চাওথৎলক্তুনা অকোয়-বদা লৈবা লৌ কয়া ঈশিং হাজিনখি। মমাং চহিদা লৌ পরি ৫০ মুক থুমখি হায়।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ : অল মণিপুর মসক্রম গোরাস এসোসিয়েশনগা সংস্থান অসিগী প্রেসিদেন্ট

শ্রীদিনেসচন্দ্রবু মাগী বীজয়গোবিন্দগীদা লৈবা মযুমদা মাচ' ৪দা হাংকে তৌরম্নে হায়।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ: মখা লৈকাইদা লৈবা হৈথাম ললিতো কৌবা চহি ২৮ শুরবা ১ থাংনা মমিৎ-মমায় থংদনা মান্দুনা হাংখি। মীহাংপশিং থংহৌদে হায়।

তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ওজা মুপী অমস্তুং মুপা কয়ানা ঈম্ফাল সহরদা এদেদ ইলিমেন্টিরী স্কুলশিংগী অরাংপা ওজা হাপ্পবা সভাযাত্রা চংখি।

(খ) লিলোং চজিং অরাং লৈকাইদা লৈবা শ্রীমুতুম সুরেস অমস্তুং শ্রীজয়গী যুম ২ অমস্তুং শঙ্গোয় ১ মৈ চাকখি। লুপা লিশিং ১৫ রোমগী পোং মাং-তাখি। হায়।

তাং ১৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: নুমিদাং পুং ১০-৪০ অহুরাইদা শীংজমৈ রা'মদা লৈবা ক্ষেত্রি লৈকাইদা চিংনবা মী চংশিনখিবা কানবা ইন্সপেক্টর শ্রীকেঃ চাওবনা লুচিংবা পুলিস কাংবু ১ না রেদ তৌখি। নোংমৈ কাপ্পখি, মশক খংহৌদবা নহা ৩/৪ অহু অমস্বদা নাথৈহুনা নাম্থোকখি হায়।

তাং ১৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: শীংজমৈ রাংমা ক্ষেত্রি লৈকাইদা খিজিনবদা ক্ষেত্রিময়ুম রোমে মমিং ইনাওতোম্বা কৌবা ১ ময়ুমদগী পোইন্ট থ্রি টুগী পিস্তোল, ১ পোইন্ট থ্রি আইটকী নোংমৈ তোক্লিং ২ অমস্তুং নোংমৈ মরু ৩ ফাগংখি।

(খ) হৈরাঙ্গোয়থোংদা লৈবা সিঃ আরঃ পীঃএফঃ কেম্প ময়াদা লৈরম্বা ভরান্দগী এসঃ এলঃ আরঃ থৃংলাই ও মুনখি। খুং থোক্লখি। নোংমৈ কাপ্পদা ১ শিখি, জরান ১ হাংখি। ধনপতি মেমোরিয়েল ভোলিবোল টুর্নামেন্টকী হৈরাঙ্গোয়থোং গ্রাউ- ণ্ডদা ভোলি শান্নবা মী য়াওনা ১২রোম নোংমৈন পান্দুনা শি। ২৭ রোম শোকখি হায়।

তাং ১৫ শগোলশেল নুমিৎ : পাঙন সিফাইদা লৈবা শ্রীলাইব সিংহনা ময়াং ইম্ফালদা সিনেমা য়েংলুরগা হল্লকপদা ইম্ফাল তুরেলদা তাওথরকপা অঙাং ১ ময়াম্না খুল্লগা মঙোন্দা শীন্নখি। লৈ- ক্রাকপমদা লৈবা লৈশাবী ১না পোক্লগা হুন্দোক্ল- ম্বনি হায়।

তাং ১৬ ঈরাই নুমিৎ : খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা য়াওশঙগী কৈথেল কারকপা শ্রীমতী পাঙম্বম ওং- বী ইনাকখুনবী দেবী অমম্বুং মচামুপী শান্তি- বালা দেবী সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ কী জরান ১গী নোংমৈদগী কাপথোরকপা নোংমৈনা পান্দুনা শোকখি।

(খ) মার্চ ১৪ গী হৈরাঙ্গোয়থোং ঘটনাদা শোক্তুনা লাইকম্নখিবা ধনবতি দেবী শি। মোং- শাঙ্গৈদা লৈবা শ্রীসোইবম নবকুমারগী মচানি হায়।

(গ) শীংজমৈ চনম পুখ্রি মপান্দা লৈবা শ্রীসাংপম চন্দ্র সিংগী মচা শ্রীবীরজিৎকী অশিবা হকচাং লাঙ্গোল কবুই খুল তরুংদা হুদোক্লম্বা পাও ফংখি।

কায় ১দা পুরক্লগা হুন্দোক্লম্বনি হায়।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ : য়াওশঙ তৌখিবগা লোয়ননা লৈকাই লৈকাইদা য়াওশঙ মৈ থাখি।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : ২৫ শুবা সিঃ আরঃ পিঃ এফঃ কী শ্রীজোহার কৌবা ১ থাংনা থিন্দৎলগা থাংমৈবন্দ খোমত্রাম শেলুং লৈকাইদা হুন্দোক্রমই হায।

(খ) প্রটাপ টোকিজগী বুকিং কাউন্টরদা থুং-লাই পায়বা ৪না নোংমৈ উৎলগা লুপা ১,০০০ লৌখি।

(গ) সেক্রেটরীয়েট অমস্তুং টেলিগ্রাফ অফিসকা থংনবদা লৈবা ত্রাইবেল রেলকেয়ার দিপার্টমেন্ট-কী অফিস মৈ চাকখি।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : লাম্মীগী মকোকশিংনা মণিপুরদা শান্তি রক্ষাগী ফিভম য়েংশিনবা লেপখিদে। খোং লাম্মীপি শুমথং লেফটিনেন্ট জেনরেল জিঃ এসঃ রবাত ইম্ফালদা থুংলে।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : উখ্রুল জিলাগী চীংঙাইদা য়ুম ৬০ মৈ চাকখি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ : কেন্দ্রগী কম্যুনিকে-শন রাজ্য মন্ত্রি শ্রীভিঃ এনঃ গদগীল নোংমগী খোংচৎতা ইম্ফালদা থুংখি।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ : চুরাচান্দপুর বাযোল মাপুবকী এরিয়াদা য়ুম ১৭ তুয়া মৈ চাকখি। লুপা ৫,৭৭,৮৬০ কী অমাং অতা থোকখি।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: পোরোম্পাৎ মোদ'ন কলেজগী অরাংদা য়ুম ১ তুম্না মৈ চাকপদা শ্রীলোংজম ইবোহলগী মচা নুপা চহি ৭ রোমদা শাইরিবা ১ য়াওখি।

(খ) ইম্ফাল কলেজদা চথবা পরিক্ষাদা নোট তৌবা ছাত্র কারুবগী ওজা ১ ফুদংখি হায়।

তাং ২৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: প্রজাগা সরকারগা পুন্না শামিন্নবা য়ুঠ হোল ১ সাইকোট্টা শঙ্গাখি।

তাং ২৯ শগোলশেন নুমিৎ: রাজ্য সভাগী সদস্য ১ খন্নবা মীখলদা মণিপুর বিধান সভাগী সদস্য ৫৯না ভোৎ থাদনখি। সি: পী: আই: মীয়েপ শ্রীথোকচোম অচৌবা সিংহনা ভোৎ ১৫ ফংদুনা মায়থিখি। কংগ্রেস (আই) মীয়েপ শ্রীরাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহনা ভোৎ ৪৩ ফংদুনা কাখি।

তাং ৩০ ঈরাই নুমিৎ: নম্বুল মপান এলাংবম লৈকাইদা লৈবা লাইরেম্বা পুংজাও লাকপা ময়াম্না মায়োকফা হায়না থংনবা লাইকোন্দা চৌবা রা পাম্বীগী মনাদা খোইহিগুম্না অথুম্বা ১ তাবা থেংনৈ। অখং-অহৈশিংনা নৈনখি।

তাং ৩১ থাংজ নুমিৎ. পুখ্রি অমম্বুং ভুরেল ঊশিংদা তীন মচা মরুম কোত্তুনা মীয়ামদা মিপাইবা পোকখি। সরকারদা-রাকংনখি হায়।

এপ্রিল তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ: কংলাগী শিদাপুঙ হায়না থংনবা মফমদা হৌবা হৈনৌ পাম্বী মনাদা খোইহিগুম্না মহী লাংবা পোৎ অপ অপ

ভাখি। মুমিংকী মঙালনা ৱৈৱদা ইৱং লংখি।

তাং ২ মিংথোকাবা নুমিৎ: সিংহাত্তা য়ুম ৪৫ মৈ চাকখি।

(খ) লম্ফেলপাংতা লৈবা রীজনেল মেডিকেল কলেজগী গেরেজ মৈ চাকখি।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: শীংজমৈ চনম পুঞ্জি মপান অহৈবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীইরোম কালাগী সঙ্গোয় কাংমৈ থুবদা মৈ চাক্লুনা অমাং-অতা নংখি।

তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎ: থবক পীয়ু নপ্রগা জেল পীয়ু হায়বা আন্দলোন চংশিনবা য়ুঠ এণ্ড ষ্টুদেন্টস ফেদরেশনগী মেম্বর ১৪৬ ফাখি। সে-ক্রেটরীয়েট পিকেটিং তৌখি।

(খ) লাংমৈদোং অমস্তুং পলেম্নচিংবা মকমদা নোংলৈ নুংশিং শিংখি। য়ুম অমস্তুং উ-রা কয়া থুদেকখি হায়।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ: এদেদ সেকেণ্ডরী স্কুল ওজা অমস্তুং নন-টিচিং ষ্টাফনা স্ট্রাইক হৌবদা ওজা মুপী ২১ য়াওনা ৪০ ফাখি।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ: ইম্ফাল চুরাচান্দপুর চেন-বা বস ১ থংনা-চৈনবা থোক্লুনা লাইন বসশিং চেনবা লেপখি।

তাং ৮ মোংমাইজিং নুমিৎ: চান্দেল ওটো-নোমস ডিষ্ট্রিক্ট কাওন্সীলগী মীহুল ময়াওরুবা ইল্লকপা অফিসিয়েল অমস্তুং পুঞ্জিস ২৬ তোংবা বস ১ থুদেংথাদীদা এক্সিদেন্ট থোক্লুনা ২ ফিভম

লুনা শোকখি।

তাং ১০ লৈপ্লাকপোকপা নুমিৎ : রাঙ্গোয়-দা লৈবা কোম্মো গ্রাউণ্ডদা খৌরম য়াওবা চৎপা কিসরীত ৰাজ্য মন্ত্রি শ্রীচুংথাম রাজমোহন সিংনগী শনমেন ২ কিম বাহাদুর অমসুং গঙ্গা বাহাদুর (২শুবা মণিপুর রাইফলসকী জৱান) হাংখি।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : খোংজোমগী খেব-চীং চীংখোঙদা টুরিষ্ট হোম ১ লুপা লাক্ষ ৮ লিশিং ৪ চংনা শানবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উয়ুং তমখি।

তাং ১২ শগোলশেন নুমিৎ : খোংহাম্পাৎ লম-খায়দা আর্মীগি শক্তিমান ১না লুনা খৌবা সেরাম গুলাপ সিংহ থোমগায়দুনা শি।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ : য়ুম য়ুমদা চৈরাওবা খৌরম পাংথোকখি। অরাং পোৎশংবমদা লৈবা ওইনাম ইবোহলনা চৈ থাখি।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ : মার্চ ১৪দা কৈরাঙ্গোয়-থোংদা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ না নোংমৈ কাপ্পদা মীশি-মীশোক থোকহনখিবা মায়োক্তা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা সংস্থান ৫৭ না চুংশিন্নরগা পত্রিক মীতিং তৌখি। সভাযাত্রা চৎখি।

(খ) ভারতকী চীফ ওফ আর্মী ষ্টাফ জেনরেল এঃ এসঃ বাইদ্যা নুমিৎ ৬নি খোংচৎতা ইম্ফালদা থুংলে। মণিপুরদা লৈবা আর্মীগি মকোক থোংবা অফিসারশিংগা শান্তি রক্ষাগী মরমদা বা থমখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগসু উনখি হায়।

(গ) মৈপোক লাংপোক কনবা নুমিৎ মণিপুরদস্থু পালন তৌখি।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : থরাই তাংখুলদা লালহৌবা য়াওবা ৬, নোংমৈ ৫ অমস্থুং হেগু বোম্বচিংবা ফাগংলি হায়না আমীনা লাওথোকখি।

তাং ১৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মাও গেট মনাক্তা হান্না ফেদরেল গোভর্ণমেণ্ট ওফ নাগালেণ্ডগী লালহৌবা কোলোনেল শ্রীঅথিস্থু লম্বীদা হাংখি।

(খ) ভারত, বঙ্গালাদেশ অমস্থুং বর্মাগী শেল শাবা নুপী ৯ য়াওবা মী ১০ মপোৎ-মীচৈগা কোম্বনা ফারে হায়না আমীনা হায়।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর রাইফলসকী জোঙ্গা এম: এন: এস: ৮০৫৫ না চেকোন্দা লৈবা ইরোম বিলাতিগী তুকান অমস্থুং ওটোরিক্সো এম: এন: পী: ১০৭৩ দা থোম্বখি। জোঙ্গা দ্রাইভর ফুগে তৌবদা থামদোক্তুনা চংখি। মতুংদা জৱান কাংবু ১ লাক্তুনা মী ১২ ফুখি। আনন্দ সিংহ একাদেমীগি ওজা ১ য়াওখি। নুপী মীয়াম্না মুখ্য মন্ত্রিদা রাকংখি হায়।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অরাং নোংপোক লমদমদা ওটোনোমী পায়ু, হৈরাঙ্গোয়থোং মীহাং জুদিসিয়েল ইনকারী তৌ হায়না শ্রীও: তোম্বনা লূচিংবা কে: এন: ইউ: মেম্বরশিংনা মপাল কাংজৈবুংদা খুথাং চয়া হেনবা হৌখি।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ : ঈশিং তাংবা

খোক্কুনা খুঞ্জাশিংনা মুখ্য মন্ত্রিদা ঈশিং ফংহল্লু হায়। খিনুঙ্গৈদা লুপা লাক ১ লিশিং ৬০ চংবা পুথ্রি হোংখি।

(খ) সংসদতা বোর্দর রোড তাক্স ফোস'কী গারী ৩ খায়গা মকম খংদবা খরনা লুপা ৪,০০০ মুনখি হায়।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ : তমেংলোং জিলাদা স্কুল শঙ ১০ নোংলৈ মুংশিংনা থুদেকখিবা মুমিং ১০নি হৌখি। শঙ লৈতদনা মহৈ মশিং তম্বা লেপহল্লে, শঙ শাবিনবা ছাত্রশিংনা তক্লখি।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎ : নাগামপাল কংজাবী লৈরক্কী দুকান ১গী মমাংদা লাইফ্রাকপম ইন্দ্রকুমার কৌবা ১ মোর্ফিন কাপ্পদা শিনা ফংখি। পান দুকান মৈ থাখি হায়।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : 'খেবচীংদা খোংজোম নুমিৎ হান্নগুম পাংথোকখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমমুং মীওই কয়ানা খেব চীং কুমথরগা খোংজোম তুরেলদা তর্পন কংখি।

(খ) থাঙ্গাল বাজার, খুয়াথোং অমসুং গান্ধী এভিন্যু শম্নকমদা লৈবা পোং-চৈ থম্ফম অমসুং দুকান ৪ মৈ চাকখি। লুপা ৫০,০০০ রোমগী অমাং-অতা খোকহনখি। পটনা গ্র্যান ষ্টোরদগী হৌবা মৈনি হায়।

(গ) মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পো-রেশনগী বস এম: এন: পী: ৩৭৮১ থৌবাল তাং-জেং খোংনাংখোংদা চৈংচেপ্পা য়ৈশিন্দুনা মী ৫

শোকখি।

(ঘ) খুরাই চীঙাংবম লৈকাইদা লৈবা তখেল-চংবম ইনাওমচা কৌবা পাখং ১ কৌক্রু মনাক্তা শিনা ফংখি।

তাং ২৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ঈশিং তাং-বগী মতেং ওইনবা পাক শন্না ঈশিং য়েনবা হৌখি।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : বোর্দ ওফ সেকে-ণ্ডরী ইডুকেশন মণিপুরনা লৌবা এচ: এস: এল: সি: পরিক্ষা লোইশিনখি। মহুৎ শীনবা ৪ য়াওনা ছাত্র ৫৮২ তান্থোকখি।

তাং ২৬ শগোলশেন নুমিৎ. রাজ্য মন্ত্রি শ্রীচুং-খাম রাজমোহন সংবিধানগী আর্টিকল ১৬৪ ক্লোজ (১)দা পীবা শক্তি মতু' ইন্না রাজ্যপাল শ্রীসয়ীদ মুজফর হুসেন বর্নীনা লৌথোকখি। আই: এফ: সী: রাজ্য মন্ত্রি শ্রীসাটখোলালনা মন্ত্রি তোক্কে হায়বা অয়াবা পীখি।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎ : চেং মমল কে: জি: ১দা লুপা ৫ হেনখি। চেং হোংহম্নবা মীয়াম্না সর-কারদা তক্লখি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল অফিস মনাক্তা লৈবা ইম্ফাল ট্যুব এণ্ড টাযার হাওসতা থংহোদনা মৈ হোরক্লনা লুপা ১০,০০০ রোমগী পোং চাকখি।

তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ : আর: এম: সী: হোসপীতালগী মীরেনশঙদা মশক মমিং থংদবা

অশিবা হকচাং ১ লৈরম্বহ্ সাইতোন্দা লৈবা এলঃ গোপাল কোই হায়বা খংখি।

তাং ৩০ নিংথৌকাবা নুমিংৎ লো কলেজ ছাত্রী লাইশ্রম সোবারতি দেবী চিংই হায়বা মী ৭ ফাখি।

(খ) তুলালেগু মনাক নাগারামদা ক্ষেত্রিগাওদা লৈবা মহম্মদ অবদুল হক চহি ৮০ শুরবা ১ শিনা লৈরম্বা থেংনখি।

মে তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ পৃথিবীপি অতৈ মফমদা তৌনবগুম ইম্ফালদসু মে ডে পালন তৌখি।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ ঃ নোংয়াই মতুং পুং ১-৪৫ দা গৌহাটি হায কোর্টকী অফিসতা দিয়্যাটি তাবা সম্প্রি ১দা নোংমৈ কাপশীল্লবদা হন্দুনা নোং-মৈ কাপ্পখি। মীশক খংদবশিং নাম্নোকখি হায়।

তাং ৩ শগোলশেন নুমিৎঃ দুর্গা প্রসাদ কৌবা নেপালী ১গী মুপী কাংপোকপীদা লৈবা মযুমগী মনীংদা হৌবা হৈনৌ পাম্বী ১দা থৌরী য়ান্দুনা শিখি।

তাং ৫ থাংজ নুমিৎ ঃ ইম্ফালদা থুংলগনি তৌ-রম্বা কেন্দ্রগী প্লানিং মন্ত্রি শ্রীএসঃ বীঃ চবন লাক-খিদে। উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইবেংবম তোম্পোক সিংহ অমসুং মকোক থোংবা অফিসিয়েলশিংনা তুলিহন এরোপ্লেন তাফমদা তাইখি। নই দিল্লি-দা চংলুবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং হল্লকপদা ওকপা ওইনা থোকখি।

তাং ৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : মুমিদাং পুং ৯ দা মিনিত ১ মথায় চুপ্পা খা-অরাংদা হৌরগঃ নোংপোক নোংচুপ্পা মুহারাখি।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ক্লাস আইট অমসুং টেন্দা মণিপুরী লোল কম্পলসরী সবজেক্ট ওইগনি হায়বা সরকারগী ফিরেপ য়াদবা ত্রাইবেল ছাত্র-ছাত্রী ৫০০ রোম্না ইম্ফালদা রেল্লি চৎখি।

তাং ১০ শগোলশেল নুমিৎ: কোদোমপোকপী হরাওবুংদা চহি ৪০ রোম শুবা সোরোখাইবম কোমোল কৌবা ১ সাইকল তোংবা ১না নোংমৈ না চেকশমদা কাপ্পুনা হাংখি।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ: টেক্স বুক কংদবা অমসুং মীংজল শেল য়াংখৎপগী মায়োক্তা স্কুলশিংদা ছাত্রশিংনা ক্লাস বোয়কোট তৌখি।

(খ) ইম্ফাল কুম্বী চেনবা বস এম: এন: এস: ৮৮৭১ গা বাঙ্গোয় প্রাইমারী হেলথ সেন্টরগী নম্বর ফংজ্রিবা জীপ ১গা মাইবম লোকপা চীং মনাক্তা থেঙ্গায়নখি। ডাক্তর কবিরচন্দ্র অমসুং ড্রাইভর শ্রীমনি শোকখি।

তাং ১২ থাংজ নুমিৎ : উখ্রুলদা চৎলুবা পাও-মী কাংবু ইম্ফালদা হল্লকখি। খুল ৪গী প্রজা ১৩,০০০ দা থকুবা ঈশিং পীনবা ইলেক্ট্রিক ফং-ঙ্গবা থৌরাংশিং য়েংলকখি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : ঈশিং কংদবা হেনগৎলক্লুনা সরকার অমসুং লনাই সংস্থান-শিংনা ঈশিং য়েনবা তাইনবদা ইমুং ১/১ দা

মী ২/৩ থোক্নুনা মুংশা কৌনখি ।

তাং ১৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : শামুরৌদা লুপা ক্রোর ৪ লাক ৬২ রোম চংবা ইম্ফাল বে-রেজ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি ।

তাং ১৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : উখ্রুল জিলাগী মমুং চনবা খেব খুলদা এনঃ এসঃ সিঃ এনঃ লাল-হৌবা য়াওবা শ্রীকাপংখুই আর্মীনা ফারে হায়না লাওথোকখি ।

তাং ১৭ শগোলশেল নুমিৎ : চীংঙা মথক্তা চহি ১৩ গী নহা ১গা থম্নম্বা থাও কোনবা গাডী এমঃ এনঃ এস· ৫৫৯১ মা·খি হায । বাংখৈ রাজাকুম্ব হায় স্কুল মনাক্তা ফংখি হায় ।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ : লম্লোং কৈথেল ময়াদা ইম্ফাল সেন্ত্রেল জেলদা রাদ'র ওইবা শ্রীহেলিপ সিংহ অরাং কোংপাল থোংখোংদা লৈবা অসি মীশক খংহৌদবা ১ মুক্তা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি ।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ : নোং চুখি । ঈশিং ফংদবগী রারবা ইমুং কয়া হরাও মাথোই কানখি ।

তাং ২০ নোংমাইজিং নুমিৎ: পার্লিয়ামেন্টকী অফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ কমিতিগী ২শুবা সব কমি-তি মেম্বরশিং ইম্ফালদা থুংলৈ । হিন্দিবু করম হায়না শীজিন্নবগে হায়বা য়েংশিনবা হৌখি ।

(খ) উখ্রুল এসঃ দিঃ ওঃ অফিসকী এমঃ এনঃ এসঃ ৯১৬২না অরাং এঃ ওঃ সিঃ মনাক্তা থোম-হুনা থাংগৈবন্দ পোলেম লৈকাইদা লৈবা চিংজাথম

বীমোল সিংহ খুদক্তা শি।

(গ) লুপা ৭০০০ মনা পীনি লাওথোকপ্রবা নিঙোম থোংজাও লিলান্দো লম্পাক্তা লৈবা খাঙেম্বম রাজেন মমিং ১না পাকপা কাখি ।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : বিহারগী এম: এল: এ: ১২ ইম্ফালদা থুংখি। সংসদগী লেঙ্গুয়েজ কমিতি মেম্বরশিং হনখি।

তাং ২২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : লাইমতোন চীংদগী ব্রক এম: এন: পী: ১১৯৬ লোকখাদা ওস্থহুনা মী ৬ শোকখি।

তাং ২৪ শগোলশেল নুমিৎ : ইম্ফাল সহর মশাক ফজনা থমুবা থবক লৌখৎতুনা পাকথন ১ য়াওনা শঙ ১২ তকথোকখি।

(খ) চান্দেল য়ৌরমদাইদা লৈবা সারৈ খুলদা বস এম: এন: এস: ৫৪২৪ এক্সিদেন্ট থোক্তুনা মী ৮ শোকখি।

তাং ২৫ ঈরাই নুমিৎ : পোৎ-চৈ মমল অমম্পুং চেং তাংবগী মায়োক্তা মথা তানা চেং য়েনখি।

তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ: থৌবালদা অহানবা ওইনা সব ক্রেজরী ১ উপ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা হাংখি।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: থৌবাল দিসপেন্সরী হোসপীতাল মনাক্তা অথোকপদগী পেসেঞ্জর পুরগা থৌরকপা বস ১না তক্তুনা মুপী ১ শিখি।

(খ) সটনা সিন্দিকেট বেঙ্ককী ব্রাঞ্চ মেনেজর শ্রীকৈরোইজম কুঞ্জবিহারী সিংহনা থবক হাপ্লবা

লুপা ৫৫,৪৩২ থোমজিনখি হায়বা মরাল শিরক্ত্নবা কাখি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : পোং চৈ মমল তাংবগী মায়োক্তা মণিপুর পীপলস পার্টি, সিঃ পীঃ আইঃ অমসুং জনতা পার্টিনা চুংশিন্নবগা সভাযত্রা চংখি। পব্লিক মীতিং ১স্থ বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা পাংথোকখি।

(খ) কৈখু খুলদা লৈবা অসিমুল হেগকী য়ুমদা মী ৩ লাক্লগা লুপা লিশিং ২০ পীনবা হায়রবদা খুঙ্গাশিং হোচিল্লক্তুনা শান্থখি। ২ চেনখি ১ আরঃ এমঃ সী হোসপীতালদা শি।

তাং ২৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : চান্দেল দিস্ত্রিক্ট টিচরস এসোসিয়েশননা দিস্ত্রিক্ট কাওন্সীল অফিস বন্দ তৌখি। থা ৩গী অতোনবা তলব পীথোক্লবা অমসুং অতৈ দাবী ৬ পীনবা তক্লখি। গার্ড়ীশিং লেপহনখি হায়।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কাংচুপ রোডকী মোইরাংথোং ময়াদা লমকোইবা লাকপা বস এমঃ এনঃ পীঃ ৫২৭৯না রিক্সো নম্বর ৪০১১দা থোন্নমতুনা রিক্সো ড্রাইভর মহম্মদ আজিম (৩৮) শি। কছারদা লৈবা মহম্মদ নাসীমুদ্দিনগী মাচানি হায়।

(খ) য়াইস্কুল জন্মস্থানদা শ্রীআরঃ কেঃ ইবো মনাও ৩না থাংনা য়ানবদা শিখি।

তাং ৩১ শগোলশেল নুমিৎ : অয়ুক পুং ৩-৩০দা নম্বোল থোং মশক থংহৌদবা খরনা মৈ থাখি।

(খ) সয়কাবনা লুপা ৭,০০০ পীনি লাওথোকপ্রবা

পী: এল: এ: মেম্বর শ্রীনোংমাইথেম রনবীর সিংহ কৈশাম্পাংতা লৈব্বা ময়ুমদগী আমীনা কারে হায়না লাওথোকখি।

জুন তাং ১ ঈরাই নুমিৎ: রামলাল পাল হাই স্কুলদা মশক খংদবা থরঅা ভলব য়েল্লিঙৈদা চং-লক্লগা লুপা ৩৬৪৫ লাকখি।

(খ) মাইরিপোকী খোইরোম অভাবুং কৈথেল এল: এস: জি: মন্ত্রি শ্রীথৌদাম দেবেন্দ্র সিংহনা শঙ্গাখি।

(গ) নোংদাদা লম কোইবা বস ১দগী কর্কচিং-দা লৈবা শ্রীয়েস্রেশ্বম ইবোমচা কৌবা ১ তাহনা আর: এম: সী: হোসপীতালদা পুথংপদা শি।

তাং ২ থাংজ নুমিৎ: নাগামপাল কোশংবম লৈকাইদা লৈবা ওইনাম ইবোতোম্বী সিংহ কৌবা চহি ৪৭ রোম শুরবা ১ উরিপোক সোরবোন থি-ঙেল লৈরক মচীন্দা সাইকলদগী লেকথরক্লুনা শি।

(খ) তেখেল খুল মনাকী লবুক্তা খুন্দ্রাকপম সি-তোল শিনা কখি।

তাং ৩ নোংমাইজিং নুমিৎ: হৈয়াঙ্গোয়থোং মাইবম লৈকাইদা শ্রীভগৎ বাহাদুর কৌবা ১দগী লুপা ৭৭০ মশক খংহৌদবা ২না মুনখি হায়।

তাং ৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মণিপুর ষ্টেট সোসিয়েল রেলফেয়ার এদভাইজরী বোর্ড অ-ফিস্তা পাওমীশিংগা উনবা ১দা মচা লৈমগী মীহুংশিংনা তেরা উরক্তা লুপী মচা ২ মহম্মদ অনন্দুর গাম্নী ড্রাইভরনা লুচিংবা মী থরনা মার্চ

১০দা নমহুনা পাংদোংখিবা একান লৌদে হায়না নিন্দা তৌখি।

তাং ৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: নিত্যাইপাং চুখেক্তা মক এম: এন: এস: ৭০৯১ না থোমদংলম্বা পাঁইজদা লৈবা শ্রীমতী সখি দেবী শি।

তাং ৭ শগোলশেন নুমিৎ: লোক্তাক প্রোজেক্টকী শিল্পীশিংনা স্ট্রাইক তৌবদা অমাং-অতা থোরক্লন-বা থমখিবা অথিংবা হুকুম ডিসেম্বর ৮ কাওবা শাংদোকখি।

তাং ৯ থাংজ নুমিৎ: ঈশিং ফংবা রাবগী সমস্যা থোক্লুনা ইমুং কয়া থা-রাই শংখিদে।

(খ) তায়খোং খুলদা লৈবা খুন্দ্রাকপম শ্যাম কিশ্বরনী য়ুমদা মী ৫ মুক চংলক্লগা লুপা ৩,০০০ খায়নবা তৌবদা লাও-খোংবা থোবক্লুনা খুজ্ঞাশিং হোংচিল্লকখি। মশক থংহৌদবশিংনা নোংমৈ কাপ্লদা মী ২ শোকখি হায়।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: রাজ্যপাল ওইরম্বা শ্রীএস: এম: ঐচ: বর্নী থবক পোংথাবহুনা ইম্ফাল থাদোকখি। ১৯৮১ আগষ্ট ১২ দা রাজ্যপাল ওইনা রাশক লৌখি।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: জেনরেল কে: ভি. কৃষ্ণরাও মণিপুরগী রাজ্যপাল ওইনা রাজভবন্দা গৌহাটি হায় কোর্টগী চীফ জষ্টিস শ্রীটি: ঐস: মিসরানা রাশক লৌহনখি।

তাং ১৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: নোং চুহনা থক্লবা ঈশিং ফংবদগী অরাবা কোকখি। খুল্লক লৈরক্তা

নোংগী ঈশিং তুংখি।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ : তোকপা নুতি চেক্কোংগী মপো'ক নুমিৎ থৌরম পাংথোক্রূনা অখন্নবা চেফোং ১ পুথোকখি। হোক্কর অমসুং থবক ফবা শিন্মীশিংদা পীব' খুদোল পোং অমসুং শেলগী মনা পব্লিসিটি মন্ত্রি শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহনা যেন্থোকখি। শ্রীতোংব্রম পিশক সিংহ অমসুং শ্রী তয়েঙ্গম মনিহার সিংহদা সাইকল ১'১ পীখি।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ: কালেন চুটি কাবগা ছাত্র শিংনা পরিক্ষা তৌদনব' স্কুল অংগোরিটি অমসুং সরকারদা তক্লখি। লাইরিক ফংদবা ছা'ত্রশিং পরিক্ষা য়াওরোই হায়।

তাং ১৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : নোং চরগী চাং লেপ্পবনা লৈনুংদা পুবা রায়াব ঈশং চংহনা টেলিফোন ১০০ হেন্না য়াংদে।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লৈমায়মদা অধ্যক্ষ শ্রীরাহেংবম কভোনা প্রাইমারী হেলথ সব সেন্টর ৯ হাংখি।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়া চুরাচান্দপুর ব্রাঞ্চতগী খুংলাই পাররবা ৭ মুক্তা লুপা লাক্ষ ৪.৩২ লৌখি। গার্দ ১ শোকখি হায়।

তাং ২০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীফম হৌখি।

(খ) চকপীকারোংনা কোনবা খুল ২০ রোমদা

লৈবা শা-শন হীদাক কাপথোক্নুনা যুম-শাদা নাবা লাইচৎ থিংখি হায়।

তাং ২১ শগোলশেল নুমিৎ : ককচিংগী সেক-মাই তুরেল মথক্তা শাবা সেকমাই বেরেজ ঈশিং পাথোক্নুনা অকোয়বদা লৈবা যুম অমস্তুং ইঙ্কোল ঈশিং থুমখি। ইমুং মনুংশিং লাঞ্জেনখি হায়।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎ : আঈন কায়বা পোংযোন চৈয়োন তৌবা নুপী '৪০ ইম্ফাল এরিয়াদগী ফাখি।

তাং ২৩ থাংজ নুমিৎ : পুয়েল পাংতগী তুরেল অচৌবা তানা চেস্থরকপা ঈশিং মরীল নোং-মাইখোং কায়হনা চাইরেল, লুংঙ, অমস্তুং তাং-জেংনচিংবা মফমদা ঈশিং ঈচাও নংখি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: সেকমাই বেরেজ ঈশিং পাথোকপা অমস্তুং নোংমাইখোং কায়বদা পুন্না লৌ পরি ১৫০০ হেন্না অমাং-অতা মায়োক্নু-খি হায়।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : আসাম অমস্তুং ত্রিপুরাগী ইম্ফালদা লাক্নুনা লৈবা ছাত্রশিংগা কংগ্রেস (আই) প্রসিদেন্ট শ্রীএল: ললিতকা উনখি। বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী লোলগী মতাংদা বিষ্ণুপ্রিয়াগী যিরেপ হোংদোকহন্নবা ছাত্রশিংনা হায়।

(খ) মাংখিবা চেং কুইন্টল ১০০০ থিগৎনবা অমস্তুং এম: আর: পোষ্ট থম্নবা জিরিবামদা ছাত্রশিংনা বন্দ কৌখি।

(গ) আলুগলিদা লৈবা আর: এল: দাসকী হুকান্দা

শেল লৌবা লাকপা মী ৩/৪ শেল পুদনা চেনখি।
মখোয়গী মরক্তা ১দগী নোংমৈ মুলহৌই হায়।
তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : খোয়াথোং-
দা লৈবা মণিপুর এজেন্সী হাওসতা থবক তৌবা
শ্রীরামপনি গুপ্ত কৌবা ১না বেঙ্ক ওফ বরোদাদা
থমজিন্নবা পুরকপা লুপা ২৬৫০০ সাইকল তোং-
বা অনিনা থাঙ্গাল বাজারদা থাম্লগা মুনখি।
খ) জিরিবামগী কাসিমপুর কৈথেলদা দুকান
লম্বা মহম্মদ স্বুনা মিয়া সেক্যুরিটিনা ফারগা পু-
লসতা শীন্নরকখি। নোংমৈ ১গা কোম্না মরু
০ ফংখি হায়।
তাং ২৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : জুলাই ২ ফাওবা
চথগদবা হেণ্ডলুম এণ্ড হেন্দিক্রাফ্টকী মেলা জিঃ
এমঃ হোলদা সংস্থান ১০ না শরুক য়াহুন হৌখি।
কাংগী কুম্মৈগা মরা লৈননা শীনবনি হায়।
তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ : এপ্রিল ১৮ দা খুরাই
লম্লোং কৈথেলদা কোন্সম লৈকাইগী বাবুধন্না পো-
কপা কুমারী নিঙোম্থম কুঞ্জরানী দেবী চহি ১৬
শুরবী ১ থৌরী য়ান্দুনা শিগে তৌরমই হায়বদগী
আরঃ এমঃ সীঃ হেসপীতালদা লাইকপ্পরকপত্থ শি।
তাং ৩০ থাংজ নুমিৎঃ নাগা লালহৌবা লুচিং-
বা ১ লেকফম চাফম পীদুনা মতেং পাংই হায়বা
চান্দেল দিস্ত্রিক্টকী স্নংখ্যাদা লৈবা শ্রীকোনো অ-
'নাল আর্মীনা ফারগা পুলিসতা শীন্নখি।

জুলাই

তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎঃ শ্রীশ্রীগোবিন্দজী-
উগী আগ্রহ অমস্থুং অতৈ মন্দিরশিংদা কাংগী

থৌরম পাংথে'কখি। কাং চিংখি।

তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ· ঈশিং ঈচাও থেং-ননবা রাজ্যগী থাক্তা মেম্বর ২৮ লৈবা ক'মটি ১ চিফ সেক্রেটরীনা চিয়ারমেন ওইরগা শেমখি।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নোং চুবগী চাং হেনগংতুনা চৗংগী লমদা পোংকী মমল বাং-খংখি। লুপা ১দা ১ হেনখি।

তাং ৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : তোটি ঈশিং ক্রদে হায়দুনা য়া লাযেংবা লেপখি।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ : লৈমখোংদা লৈবা আর্মী জৱান ১ মথন্তা নো'মৈ কাপশিঞ্জদুনা শিখি।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ: ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়া চুরাচান্দপুর ব্রাঞ্চতগী জুন ১৯দা লুপা লাক্ষ ৪ ৩২ লুট তৌবদা চেয়বা মী ৭ ফাখি। লুপা ২৩ ২০০০ অমুক হন্না ফংখি হায়।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : ঈশিং ঈচাওনা মাংহন-তাহনবা শেলফম লুপা ১,৯৯৮৫,০০০ য়ৌখি।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নাগামপাল গঙ্গা লাইব্রেরীদা লাইশ্রম মক্টু থৌরী য়ান্দুনা শিখি : মহাক উরিপোক য়াম্বেম লৈকাইদা লৈবনি হায়।

(খ) লুপা ৮,৯০০ গী ১০০ চৎপী অশাবা পায়বা জামলেন তোনসিং অমগুং খুবালদা চুরাচান্দপুর পুলিসনা ফাখি।

তাং ১০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : উপু হুকান অমগুং এনক্রোচরনা ইম্ফাল সহরদা খুরক

হাংদনা লম্বী চিনবা হেনলে হায়বা অথোরিটিদা ছাত্র নহারোলশিংনা তকুখি।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : আসামদা ঈশিং ঈচাও থোক্লগা মণিপুরদা পোংকী মমল হেনগংখি। তিলহৌনচিংবা পোং কংনখিদে হায়।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ : রিক্সো থৌবশিংনা খুদৈনা মায়থুম শাজিন্নরগা রিক্সো থৌবা কাকাহুনা লৌথোকহনখি হায়।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীফম চংথৈবদা ভেজিটর গেলরীদগী মণিপুরগী মমিং ওনগদবনি লাওবা য়াইস্কুল চীঙাথম নৈরক্তা নৈবা থোকচোম য়াঙগা চীন মেন্দুনা থাংদোকখি। সুংথিল মীফমদা সভা মমাংদা পুথোকখি।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ : চেং মাংখিবা থিগংনবা অমসুং মীকোপ থিংনবা জিল্লিবামদা ছাত্রশিংনা চখবা আন্দলোন মখা শাংথখি। অফিসশিং পিকেটিং তৌখি : জুলাই ১৬ তগী পুং ৩৬-বন্দ লাওথোকখি।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : লম্ফেলদা লৈবা ভিঃ ভিঃ এফঃ কী কাটর ১দা মশক খংদবা মীওই ৪মুক্তা নোংমৈ কাপশিল্লমই। ডিভিজনেল অফিসার এসঃ কেঃ শর্মা শোকহৌদে। মশক খংহৌদবা ৪ সাইকল হুগোক্লগা চেনখি হায়।

তাং ১৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : এমঃ এলঃ এঃ ও শ্রীওঃ জয় সিংহ, শ্রীচান্দম মনিহার সিংহ ১সুং

শ্রীচাওবা সিংহদা কিহনবা চিঠি থারক্লে হায়না মণিপুর বিধান সভাদা রাহং ১ লাকখি।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : স্কুলশিংদা কি লৌবা হন্নবা অমসুং সেক্যুরিটিগী মীওইনা ফুই হায়হনা অল ইন্দিয়া ষ্টুদেন্টস ফেদরেশন্না খ্বাই-রম্বন্দ কৈথেল হরতাল তৌখি।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাদা মণিপুর এসেন্সিয়েল সার্ভিসেস মেন্টেনেন্স বীল ১৯৮৪ গী মতাংদা য়েংনখি। ওপোজিশনন এম: এল: এ: শিং মপান থোকখি।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ : ডি: এম: কলেজ কেম্প-সতা লৈবা ইডুকেশন ডাইরেক্টরেটতা মেমোরেণ্ডম পীবা লাকপা ছাত্র ছাত্রী ৮০ ফাখি।

(খ) খুরাইদা থোরী য়ানগে তৌরমই হায়রবী মরীদা শিখিবা কুমারী কুঞ্জারানী দেবীগি মীশি ইনক্কারী তৌনবা মেমোরেণ্ডম পীবা লাকপা মুপী ৫২ চাজেনবী ১ অমসুং হনুবী ১ য়াওনা ফাজিনখি হায়।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ : টিপাইমুখতা মেলেন্ত্রি-য়ানা পাক্কুক্লা নাবা চেনগংডুনা মী ১ শি হায়।

(খ) মণিপুরদা অহানবা ওইনা মণিপুর ইলে-ক্ট্রোনিকনা পুথোকপা পোথোক মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরি-শাং কৈশিংনা শঙ্গাখি।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎ: চীংঙা মথা ফুরা মখোংদা কার এম: এন: এস: ৬৫১২ না চহী ৭৮ শুরবী শ্রীমতী থিয়াম নুংশিবৈ দেবী থেঙ্গায়খি।

মহাক মরাং ইম্ফালদগী হোংলকপনি। লাইকরখি হায়।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : খবক শুত্রিউঙদা শেল পীথোক্নুনা প্রজা রাইল্লে হায়না জুলাই ২২ দা মীতিং ফম্নগা মোইজিং রাংবা তাবদা লৈবা প্রজাশিংনা সরকারদা মরাল লৈবা রারক্নবা হায়জখি।

তাং ২৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : খাবম লমখাইদা শেল লৌবা লাকপা নহা ১০ মুক্তা থুকউ শেন্নহনা লৈবা পুলিস কাংবু ১গা নোংমৈ কাপ্লখি। কোম্থ অহলল্লুপ্পা লৈবা শ্রীলাইফ্রাকপম মনিগী যুমদা লুপা ৭০,০০০ থম্লম্নবা মশক খংদবশিংনা খংহল্লকপদগী পুলিসনা শেন্নখিবনি হায়।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীফমদা মণিপুর রাইফল পুলিস ফোর্স অমসুং মণিপুর পঞ্চায়েটি রাজ (৪শুবা এমেন্দমেন্ট) বীল পাস তৌখি। অধ্যক্ষ শ্রীরাহেংবম অঙৌ সিংহনা মতম কক্নুনা রৈথোকখি।

(খ) ঙাইথোং খুনৌদা লৈবা লাইশ্রম খেলেম্বগী যুমদা নুমিদাং পুং ১১-৩০ অহুবাইদা লুট লাকপা ২ চেনখি। ২ না খুঙ্গাশিংনা ফুদেকপদা শিখি।

তাং ২৬ শগোলশেল নুমিৎ : থৌবাল বিষ্ণুপুর অমসুং ভমেংলোংদা চেং-য়েন চাক্নবা মী নানখি। ভমেংলোংদা মী ১০০ রোম থোং হাম্বা অমসুং পুক য়েক্নুনা লাইকরখি হায়।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎ : মন্ত্রি পুত্রিদা ব্রক এমঃ

এনঃ পীঃ ৮৬২ না তক্কুনা লাইকম খুনৌদা লৈবা কুমারী অবুজম স্নুবধনি দেবী শি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ: ব্লক এমঃ এনঃ পীঃ ২০০১ মুংবীদা এক্সিদেন্ট থোক্কুনা ড্রাইভর বীরবাবু শিখি। সেকেণ্ড ড্রাইভর য়াওনা মী ৩ শোকখি।

তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইম্ফাল সহর শেমগৎনবা হুৎকোদগী ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্দনা লুপা ২,১৩,৭৪,০০০ পুনবা য়ানখি। মীতিংদা ওপোজিশন কমিশনার অমস্তুং ভাইস প্রসিদেন্ট শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ মপান থোকখি।

তাং ৩১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ছাত্রশিংনা জিরিবামদা চংশিনবা স্রাইকী ফল ওইনা মপান থোক্না শু-নোম্বশিংদা অচৌবা অপনবা পীখি।

আগষ্ট তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: কৈকাও থোংশাংগী অথুইতা সন্ত্রিনা নোংমৈ কাপ্পদা এঃ এসঃ আইঃ ১গা সিফোই ১গা শিখি।

তাং ২ শগোলশেন নুমিৎ: বিষ্ণুপুরদা লৈবা নেসনেল হায়ড্রো প্রোজেক্টকী ইন্সপেক্সন বঙ্গলোদা ইন্দস্ট্রি মন্ত্রি শ্রীহোখোলমাংনা মণিপুরদা - কবোকংদগী চে পুথোক্লবা কারখানা লিংলগনি হায়না লাওথোকখি।

তাং ৩ ঈরাই নুমিৎ: চকপীকারোংগী এসঃ দিঃ ওঃ অফিস্তা মশক খংদবা ২ মুক লাক্লগা নোংমৈ উৎতুনা লুপা ১৭,০০০ লৌখি হায়।

তাং ৪ থাংজ নুমিৎ: য়ুনচিংবা ময়াই কাবা

পোং পীজিন্নবা থিংনবা ইম্মা ইবেগশিংনা মথা ভাবা থবক তৌথংখি। থাংমৈবন্দা মুপী ১গা মুপা খোঙ্গোয়নখি।

তাং ৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: আর্মীনা এম: এল: এ: শ্রীকৃষ্ণ সিংহগী কাটরদগী জুলাই ২৮দা পুখিবা তখেল্লম্বম ইবুঙো পুখোরকুবা মুপী মী-য়াম্না তকুখি। য়াইবিপোক্তা লৈবা আর্মী কে-ম্পতা মুপীশিংনা থিরুই হায়।

তাং ৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: এমম্মনা মী-তোপ তাম্বোক্কুবা নুমিৎ নিনিগী ব্রেক ডে হৌখি।

তাং ৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: লক্ষেলগী শঙ্কর টোকিজ মনাক্তা থাহুনা থম্বা দিলক্স বস এম: এল: পী: ৩০৭২ মীওই খরনা হায়জেক্ট তৌখি।

(খ) চীফ ওফ এয়ার ষ্টাফ শ্রীদিলবগ ইম্ফালদা থুংলৈ। রাজ্যপাল জেনরেল কে: ভি: কৃষ্ণ অমশুং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা মথং মথং উনহুনা রারী শাখি।

তাং ৯ শগোলশেল নুমিৎ: পী: দব্লিউ: দিপার্ট-মেন্টকী এদিসনেল চীফ ইঞ্জিনিয়ার (টু) অমশুং এস: ই: প্লানিং এণ্ড ডিজাইন সার্কলগী মথক্তা বিল্ডিং প্রোজেক্ট দিভিজন এণ্ড রার্কর এসোসি-য়েশন্না য়ানখিবা ভাক্কে হায়দুনা কেস থাঙ্গংখি হায়।

তাং ১০ ঈরাই নুমিৎ: কাংপোকপীদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা কম্যুনিষ্ট হোল ১ শঙ্গাখি।

তাং ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ : চান্দেল হেড কাটরদা লৈবা ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়া ডাকপা ৭ শুবা মণিপুর রাইফলসগী জবান পিথুল অনাল কৌবা ১না নোংমৈ কাপ্লদা ল্যান্স নাইক রাথি-রাম শিখি ।

তাং ১৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : অথৌবশিং নিংশিং নুমিৎ পাংথোকখি। বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা মপুং ওইবা থৌরম পাংথোক্তুনা বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনরেলনচিংবা অথৌবশিংদা লৈ-শু কৎখি ।

তাং ১৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ অরাং নোং-পোক রীজনেল পোলিটিকেল পার্টিশিংগী কনফ-রেন্সনা লেপ্পখিবা মতুং ইম্না মণিপুর পীপলস পার্টিনা কৌবা মণিপুর বন্দ চৎথখি।

তাং ১৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ভারতকী ৩৭ শুবা নিং-তম নুমিৎকী থৌরম পাংথোকখি। মপুং ওই-বা থৌরম ১বা মণিপুর রাইফলসকী গ্রাউণ্ডদা চথখি। থৌরম অতুদা ফায়ার সার্ভিসকী ষ্টেসন অফিসার • শ্রীনামৈরাকপম মনি অমসুং ষ্টাফ অফিসার (সিভিল ডিফেন্স) শ্রীমোইরাংথেম সোমোকান্তদা মেদল ১/১ পীখি ।

(খ) নম্বোল থোং অমসুং নাগা তুরেল মথক্তা শাবা হুকান থোং মথং মথং ওইনা উপ-মুখ্য মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা শঙ্গাখি।

তাং ১৬ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুরদা ইন্নর লাইন পার্মিট চৎনহন্নবা অমসুং চেং থৈদোকপা

ফানবা ছাত্রশিংগী থোংজং নুমিৎ ৫৯ শুখি ।
আগষ্ট ১৫ বোয়কোট তৌরুবা ছাত্র ২ গা মী ৮ ফাখি, থাদোয়ক্তে হায় ।
তাং ১৭ ঈরাই নুমিৎ : ইঞ্জিন পানবা কাংখোং ২ গী গারী ডুকানশিংনা শেন্দোং চাওনা লৈরগা য়োনবা থিংনবা এজেন্ট চে-চাং য়াওদবা গারী রেজিষ্ট্রেশন তৌবা য়াহনখিদে হায় ।
তাং ১৮ থাংজ নুমিৎ : অল মণিপুর উইমেন্স সোসিয়েল রিফোমে'শন এণ্ড দিভেলোপমেন্ট সমাজগী কোমুং গেট্টা লৈবা অফিস্তগী প্রেসিদেন্ট শ্রীমতী চাওবী দেবী ফাখিবদু আগষ্ট ১৭ তা জেলদা থাজিনখি । মেম্বরশিংনা জেলদা চংডুনা উনখি হায় ।
তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিৎ : জিরিবামদা স্ত্রাইক তৌবা ছাত্র ফাজিনখিবা মশিং ১১ য়ৌখি ।
শিজিবা ফাওবা চরা হেনবা লেপখিদে ।
তাং ২১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : অল ইন্দিয়া ষ্টুদেন্টস ফেদরেশনগা চংশিনবা আন্দলোন নুমিৎ ৫নি শুখি । বিষ্ণুপুরদা দিপুটি কমিশনার অমস্নং ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলদা রারী শানবা লাকপা ছাত্র-শিংদা পুলিসনা লাঠি চার্জ তৌখি । ২২ শোক-খি । ৩৫০ ফারগা থাপ্পা ছন্দোকখি ।
তাং ২২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : তুলিহল এরো-প্লেন ভাকমদা শিলচরদা থানবা তৌরম্বা গজা কেঃ জিঃ ৩১ ফাখি । বুক তৌরম্বনা থাঙ্গাল বা-জারদা লৈবা এসঃ পাল অমস্নং কংগদৌরিবন ।

পীঃ পাল আশ্রম রোড শিলচরনি হায় ।

তাং ২৩ শগোলশেল নুমিৎ : ইম্ফাল টুরিষ্ট লোজ মনাক্তা লৈবা ক্বাটর ১দা তারাগী পোলাং-খোক্তা অচোংপা ফি ফৌরুবা ১ শি। শ্রীমতী স্মাতোম্বী দেবী কোই, খোমদোন কৌবা ১গী মুপীনি হায়।

তাং ২৪ ঈরাই নুমিংঃ নোংদা থ্লদা ফোংনা য়ু য়োনবা অমম্ভুং য়ু য়োন্দবা য়াওদ্রে হায়না সিঃ আরঃ পীঃবু রোং চৎহন্নবা সরকারদা থুগ্জা-শিংনা হায়জখি।

তাং ২৫ থাংজ নুমিৎ : চেং-য়েন্দা অকেংবা য়াওহনা ময়া তেক্লখি। সরকারদা অফবা চেং পীনবা থাঙ্গা প্রজা অয়াম্বনা তক্লখি হায়।

তাং ২৬ নোংমাইজিং নুমিৎঃ কাইরংদা লৈবা পোৎফম ১ হুমহনা ইউনাইটেদ লিবরেশন ফ্রন্ট-কী এক্সট্রিমিষ্ট ৫ কম্মান্দার ইন চীফনি হায়বা শ্রীবিনোয় য়াওনা ফাখি। থুংলাই ১২ ফংখি হায়।

তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : গ ভীনা ঈশিং য়েনবা মথা চথখি। ক্বাকৈথেলদা ঈশিং য়েনবা গারী চংলুবদা লম্বী নাকল ১ কমথখি হায়।

তাং ২৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নোঙা কোইরেংদা কম্যুনিতি হোল ১ হৌল এরিয়াক্ত কমিতি চিয়ারমেন শ্রীএলঃ এসঃ জোন্না শঙ্গাথি।

তাং ২৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ৱাইথৌ যৌরম-দাইদা লৈবা তাংজেংদা বস অনি এমঃ এনঃ পীঃ ৭৭৯২ অমসুং এমঃ এনঃ পীঃ ৮৪৮৭ থেঙ্গায়নবদা

মী ১৬ শোকখি।

(খ) হাওরং শাবলদা বাইও গ্যাস প্লাণ্ট ১ দিভেলোপমেণ্ট মন্ত্রি শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহনা হাংদোকখি।

তাং ৩০ শগোলশেল নুমিৎ: তামৈদা চেং-য়েন ফংহল্লে হায়না খুঙ্গা কয়ানা লাওখি।

তাং ৩১ ঈরাই নুমিৎ: জিওলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিয়াগী টিম লাকুনা মণিপুরদা শুনু নুং অমসুং থুমখোঙশিং য়েংখি। তে'নৌপল এরি-য়াদা ক্রোমিনিয়ম থোকপা মফমশিং থিখি হায়।

সেপ্টেম্বর তাং ১ থাংজ নুমিৎ: জুন ২৮ দা খুজমা মনাক্তা অসাম রাইফলসকী গারী ১দা আক্রমন তৌবদা য়াওবা নাগা লালহৌবা য়াওবা প্রাই-ভেৎ জোন ফারে হায়না আর্মীনা লাওথোকখি।

তাং ২ নোংমাইজিং নুমিৎ: হৈরোক অমসুং রাংজিং তেম্বানচিংবা মফমদা রাংজিং ভুরেল ঈশিং পাথোকুনা খুঙ্গাশিং অরাবা তাখি। ইঙ্খোলশিং থুমখি হায়।

তাং ৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ: চকপীকারোংগী এসঃ দিঃ ওঃ অফিস্তা নোংমৈ পায়বা ২না লুপা ৭৭,০০০ লৌখি।

তাং ৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: নেসনেল সো-সিয়েলিষ্ট কাওন্সীল ওফ নাগালেণ্ডগী লালহৌবা কেপ্টেন ১ য়াওনা মীওই ৬ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংদা সরেণ্ডর তৌখি। চিনা অমসুং থাই-লেণ্ডদা শাবা নোংমৈ ২ অমসুং মরু ৩২

ল্োইনরকখি ।

তাং ৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ভারতকী অতৈ মফমশিংদা তৌনবগুম ওজাগী মুমিৎ পালন তৌখি। রাষ্ট্রপতি ওইরম্বা লৈখিদ্রবা ডাঃ রাধা কৃষ্ণনবু নিংশিংখিবগা লোয়ননা ওজাশিংদা ইকায় খুম্নবা উৎখি।

(খ) চকপিকারোং এসঃ দিঃ ওঃ অফিসতা লুপা ১৭,০০০ লুট তৌখিবা নাগা লালহৌবশিংগী লেপটিনেন্টনি হায়বা শ্রীজোসেফ শুগ্দা লৈবা আর্মীনা ফাখি।

তাং ৬ শগোলশেল নুমিৎ: রাংজিং তেম্বাদা খুঙ্গাশিং ঈশিং চাওবদগী য়ুম হোংনখি। নোং-পোক সেকমাইদা তুরেল নিক-নিক লাওবা পা-থৎনখি হায়।

তাং ৭ ঈরাই নুমিৎ: থাইরম্বন্দ কৈথেলদা যন কুনবা মশীং হেনগৎখি। পারী থৈনবদা খুদোং-থীবা থোক্লুনা নুপী ১ নুপা ১ শোকখি।

তাং ৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: মণিপুর ইউনি-ভর্সিটিনা লৌবা ১৯৮২ গী বীঃ এঃ পরিক্ষা ফল আগষ্ট ২৮ দা লাওথোকপদা ফেল ওইবা রোল নম্বর ৩৩৭৫ মার্ক সিট্রা পাস তৌরমই। লিলোং হাওরৈবী কলেজনা মরম থিগৎখি।

তাং ১০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মিনুথোংদা নোমা খুল তাবা নম্বুল্লোং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমস্তুং এমঃ এলঃ এঃ শ্রীরাই ইরাবোতনা য়েংশিনখি। খুঙ্গাশিংনা মখোয়না খুন্দাবা লম

এলোটমেন্ট পীনবা দাবী তৌখি।

তাং ১১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: শামুরৌ কয়াম ময়াদা লাইশ্রম বীরেন কৌবা ১ মশক থংদবা খরনা থাংনা মকোক্তা য়ানখি।

তাং ১২ মুমশকৈশা নুমিৎ: থাংমৈবন্দ রাথম লৈরক্তা লৈবা সোরাইস্ম ইনাওচা মমিং ১না মার্জিৎ নুমিদাং পুং ১০ হেল্লকপদা মী থরা লাক্লগা কৌথোকশ্রগা মকোক্তা নোংমৈ কাপশিন্দুনা হাংখি।

তাং ১৪ ঈরাই নুমিৎ: সালাম থোং অমস্তুং মাল্লং তুরেলদা শাবা থোং ফণ্ডবদা খম থেংখি। মী তাহুনা শোকখি। গাড়ী লানবা য়াদবা ১০ নি হৌখি হায়।

তাং ১৫ থাংজ নুমিৎ: শাংজমৈ কৈথেলদা লৈবা দুকান ৬ রোম অহিংদা থোং অমস্তুং ফক্লাং ফক্কায়রগা লুট চংলমই। লুপা ১১,০০০ মুক্তা পোৎ মাংখি হায়।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: কলেজ এদলেকচররশিংনা চংশিনখিবা স্ট্রাইক শোগৎপা ওইনা অমস্তুং মহৈ তম্বীদনা পরিক্ষা লৌবা য়ারোই হায়না ছাত্রশিংনা পরিক্ষা হৈবা নুমিংতা বোয়কোট তৌখি।

তাং ১৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: আসাম ১স্তুং নোংচুপ বেঙ্গলদা ঈশিং চাওহনা মণিপুরগা শম্নবা মরু ওইবা লম্বীশিং অথিংবা লৈখি। পোৎ পুরকপা রাংখি।

তাং ১৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মোরে মোর্নিং কৈথেলদা বম্ম অমস্তুং মীরৈপাক্কী মমল য়াম্বা নুং, লুপা ১,৪১, ৭৮০ গী কইয়া ফাখি।

তাং ২০ শগোলশেন নুমিৎ : লোদা তীল তাডুনা অমাং অতা চাওনা থোকখি। খুন্দ্রাকপম, শগোলমাং অমস্তুং অতৈ মকমশিংদা লৌমীশিং হাকার লাওখি।

তাং ২১ ঈরাই নুমিৎ : ত্রেরা কৈথেল, শীংজমৈ অমস্তুং কাকৈথেলনচিংবদা নম্বর য়াওদবা গারী ৯ ফাখি। চেক কয়া তৌখি।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ : খুরাইদা লৈবা লৈশাবী তোম্বী এন্দ্রিন থকলুবদগী রান্থতুনা আরঃএ সীঃদা লাইকন্নবদা কনবা ঙমহৌদে।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : পার্লিয়ামেন্টকী অফিসিয়েল লেঙ্গোয়জ কমিতিগী কনভেনর শ্রীচিরঞ্জিলাল শর্মানা লুচিংডুনা নুমিৎ হুম্নি খোংচংতা লাক্লম্বা টিম ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ২৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : কেরলা এগ্রিকলচর ইউনিভর্সিটিগী ইম্ফালদা লাক্লম্বা ষ্টুদি টিম হনখি।

(খ) খোপুমগী এমঃ দিঃ সিঃ হাওসতা থুংডুনা লৈবা শিক্ষা রাজ্য মন্ত্রি শ্রীগাইখাঙমগী গনমেন শ্রীইবোচৌ সিংহনা নোংমৈ কাপ্পদা পিয়োন শ্রীরাজেন কৌবা ১ শোকখি। শ্রীইবোচৌ মথন্তা নোংমৈ কাপশিঞ্জডুনা শিগে তৌখি।

তাং ২৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : চীংদা লৈবা

স্কুলশিংগী ওজা ময়াম স্ত্রাইক মখা চথখি। শিক্ষা মন্ত্রিনা পীবা য়ারোল য়াখিদে।

তাং ২৭ শগোলশেন নুমিৎ : সোসিয়েল য়েল-কেয়ার আর্টস এণ্ড কলচর দিপার্টমেন্টকী প্রজেক্ট তৌখিবা জিপ এম: এনঃ জিঃ ৮৩২ সঙাই-পাংতা কংখি।

তাং ২৮ ঈরাই নুমিৎ : কাক্চিংপুরদা লৈবা ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াদা লুট তৌরশিংনা স্ট্রাং রুম থুগায়খি শেল পুবা নংত্রিঙৈদা থেংনহৌদ্রনা চেন-খি হায়।

তাং ২৯ থাংজ নুমিৎ : মণিপুর ফিলম দিভে-লোপমেন্ট কাউন্সীলনা পীরবা অহানবা মণিপুর ষ্টেট ফিলম ফেষ্টীভেলদা শ্রীকে: ইবোহল শর্ম্মনা পুথোকপা 'ইমাগী নিংথেমনা' ফিচর ফিলমদা খ্বাই-দগী ফবা ওইত্নুনা মনা লুপা ১৫,০০০ লাওথোকখি।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ : শগোলবন্দ বীজয় গোবিন্দ লৈরক অমসুং উরিপোক শমুবদা নৌনা শাবা থোং শঙ্গাত্রিঙৈদা খা থংবা শরুক নিংথায়খি।

অক্টোবর তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : একাগারীন ভারত কোইরুনবা শীংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবা শ্রীপুখ্রম্বম খোগেন সিংহ (২৪) অমসুং শীং-জমৈ নাওরেম লৈকাইদা লৈবা শ্রীনাওরেম খেলেন সিংহ (২৫) ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: গান্ধী জয়ন্তি থৌরম পাংথোক্লুনা ইম্ফাল অমসুং অতৈ মফমদা

লু-ন'নবা তানখি।

(খ) বর লুমিংকী লাইথুরুম্বা লাকপশিংনা হি-য়াংথাং লাইরেম্বীগী মশাইগোন্দা রুক রুক ইন্নখি। দুর্গা পূজা অমম্বুং পান্থোইবী ঈরাংকমশিং অ-থেনপোং কংনখি।

তাং ৪ শগোলশেল নুমিং : উখ্রুল ওটোনো-মস দিস্ত্রিক্ট কাওন্সীলগী মেম্বর শ্রীএসঃ আর্থর মশক থংদবা ২না নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

(খ) চৌংমৈরোং রোংমৈ ভিলদা লৈবা শ্রীলাল-সিঙ্গাগী মচা চহি ৮শুবা বোবি ফিন কৌবা ১ মশক থংদবা খরনা অচাপোং পীজরগা হ্না থংখি। মতুংদা মঙ্গি পুখ্রিদা থাদোক্লমই হায়।

তাং ৫ ঈরাই নুমিং : রাংখৈ কোক্সম লৈকাই-দা মশক থংদবা ৩গা পুলিসগা নোংমৈ কাপ্পবদা ১ শিখি। ২ নাম্থোকখি। শিখিবচু রাংখৈ পুখ্রম্বম লৈরক্পা লৈবা থোদাম মহেন্দ্রনি হায়।

তাং ৬ থাংজ নুমিং : ঈশিং ঈচাওনা থিংলুবা গৌহাটি শিলিগুরী লম্বী ফাওনখি। ইম্ফালদা পোং-চৈ মমল হঙ্গরক্কে হায়না ছাত্র মহারোল-শিংনা নিন্দা তৌনরকখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিং : নোর্থ ইষ্টর্ন কাওন্সীলদা কেন্দ্র সরকারনা লুপা লাক্ষ ১৫ পী-রকপদা মণিপুরনা লুপা লাক্ষ ২৩ ফংগনি হায়না ইম্ফালদা পাও থোরকখি।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিং : কেন্দ্র সরকারগী গৃহ মন্ত্রি শ্রীপীঃ ভিঃ নরসিমহ রাও ইম্ফালদা

থুংলৈ।

(খ) অল মণিপুর সিকোণ্ডারাইজ অন-এদেদ স্কুল টিচরস এসোসিয়েশনগী দাবী তক্নবা মণিপুর বন্দ পাংথোকখি। বস অমসুং রুনাই গারীশিং চেনখিদে। তুকান অমস্তুং কৈথেল লেপখি।

তাং ৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: গৃহ মন্ত্রি শ্রীপী: ভি: নরসিমহ রাওনা লোক্তাক প্রোজেক্ট যেংখি। উখ্রূল জিলাদা চৎলুরগা ইম্ফালগী বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা মীয়াম তিনবা মীতিন ২দা রা ভাংখি।

তাং ১০ মায়শাংকৈশা নুমিৎ: গৃহ মন্ত্রি শ্রীপী: ভি: নরসিমহ রাও ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ১২ ঈরাই নুমিৎ: কিয়ামগৈ পল অহনবীদা কুটর ১গা পব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়রিং দিপার্টমেন্টকী জীপ এম: এন: এস: ৬৭৬০ কা থৈনবদা কোমদা তাশিন্দুনা জীপ তোংবা এসিষ্টেন্ট ইঞ্জিনিয়ার থিংবাইজম খোমদোন লাইকপবা ওমদনা শি। ৫ শোংকখি।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ: থূবাইদা ল্যালহৌবনি চিংনবা মীওই শরা কানবা তান্নবদা পুলিসনা নোংমৈ কাপখি। কোংপাল লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবা শ্রীহিজম ইবোচাগী শঙ্গোম্দা পুনবা শন ২দা পান্দ্রনা নোংমৈ তোক্লিং ২ ফংখি।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ: লৈমপোকপমদা মীতিন য়াওহনা লৈবা শ্রীমতী কোম্নী দেবীকৌবা ১ নোংমৈ মক্ল ১না মনমগন্দা পানখি।

নোংমৈ মখোল তাবদা অকোয়বদা তিনবা মুশী ময়াম হৌরকপদা সেক্যুরিটিগী মীওইশিং চেন্নখি হায়।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: অরাং এঃওঃসীঃ মনাক্ত পলম তাংখুল কোবা ১ থংলগা মশক খংদবা থরনা লুপা ১,৬৩০ মুনখি।

তাং ১৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: লাংথবাল মন্ত্রিখোংদা চহি ১৬ শুরবী কুমারী তোম্বী দেবী কাংজম অমুনা পোকপা থোরি য়ান্দুনা শিখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: অরাং এঃ ওঃ সীঃ দা থাও হোনবা গাড়ী এমঃ এনঃ এসঃ ২১৭৫ না তকপদা হরিনরায়ন, য়ুম্নাম স্মুজিতা দেবী খুরাই অহোংজম লৈকাই শি।

(খ) চীংঙারেন্দা জীপ ১না তক্লুনা নিংথৌজম য়াইস্কুলগী মচা চহি ২৬ শুরবী কুমারী ইনাওবী শি।

(গ) খুরাই কোন্সম লৈকাইদা লৈবা এমঃ এলঃ এঃ শ্রীচান্দম মনিহার সিংহগী য়ুমদা মশক খংদবা থরনা নোংয়াই মতুং পুং ২-০৬দা নোংমৈনা কাপশিল্লমই হায়।

তাং ১৮ শগোলশেল নুমিৎ: কৈশাম্পাৎতা লৈবা ইরিগেশন এণ্ড ফ্লদ কন্ট্রোল অফিসগী নোংমৈ পায়বা থরনা তলব য়েন্নবা শেলফম লুপা ৬০,০০০ লৌখি। অফিসনদি লৌখিদে হায়।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ: শঞ্জেনথোংদা লৈবা ষ্টেট গেষ্ট হাওসতা অয়াং নোংপোক ভারতকী

রীজনেল পার্টি ১১ না শরুক য়াবা ওগুবা কনফ-রেন্স লোইশিনখি। আগষ্ট ১৪ বু নোর্থ ইষ্টর্ন সোলিদরিটি হায়না খংনগনি হায়।

তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎ : লগাও শানবা মশীং হেনগৎলকখি। অৱাং এ ও: সিঃ দা মী ৪ ফাখি।

তাং ২২ · নিংথৌকাবা নুমিৎঃ নিঙোল চাকৌ-বগী কৈথেল কারকপা মীনা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল চিনখি। ফুরিংখাও চপ্লা নহা ১ ফাখি। ইঞ্জিন শানবা গারী চংবা থিংখি।

তাং ২৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : শীঃ দব্লিউঃ দিঃ শী এক্সিক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ার শ্রীএসঃ ইবোযাই-মাগী যুমদা কার তোংবা মী ৩/৪ লাক্লগা ব্রার্ক ওর্দর শীনবা ধমকা তৌরম্বা ফাহৌদে।

(খ) তত্থবী চকুমৈদা প্রীফকী শিল্পী বলদেব ফুদংলমহনা শি।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ দ্বিপানিতাগী থৌ-রম পাংথোকখি। দুকান অমম্বুং য়ুমশিংদা মৈ থানখি।

(খ) লগাও শানবদা উংথংনব মী ১০ ফাখি। ইম্ফাল অমম্বুং লম্ফেলপাৎতা লগাও থাওবা অমম্বুং শেল থাবশিং তকথোকখি।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎ : নিঙোলশিংবু মচিন-মৌপা অমম্বুং মরী মতাশিংনা চাক কৌনখি। ডা কেঃ জিঃ দা লুপা ৫০ য়ৌথিবহু লুপা ২০/২৫ দা হোংদোরকখি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ : লগাও শানবা ১০ লম্ফেলদগী ফাখি।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : কোনৌ লোক্তুনা লৌশান কারবস্থ চেংগী মমল হস্থদবা প্রজা কাংলুপশিংনা পেন্দবা ফোংখি।

তাং ২৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : এদেদ স্কুল ৫৩২গী ওজাশিংনা অমুবা বেজ থেংতুনা দাবী তক্লবা আন্দলোন চংশিনখি।

তাং ৩০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : চে-চাং শুদবা অমস্তুং নম্বর থাদবা কাংখোং ২গী ইঞ্জিন পানবা গারী ১০০ রোম ইম্ফালগী লম্বীশিংদা চেক তৌবদা ফাখি।

তাং ৩১ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ নই দিল্লিদা লৈবা প্রধান মন্ত্রিগী লৈফমদা প্রধান মন্ত্রি শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধী সেক্যুরিটি গার্দনা নোংমৈনা কাপ্তুনা শোকখি। নোংমৈ কাপ্পা গার্দ ২ হাংখি। অল ইন্দিয়া ইন্সটিট্যুট ওফ মেডিকেল সাইন্সতা লাযেংবদা কনবা ঙমহোদে। শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধীনা লৈখিদবদা মণিপুরস্থ অরাবা ফোংখি।

নবেম্বর তাং ১ শগোলশেল নুমিৎ : নিত্যাইপাৎ চুথেক্তা মিনি বস ১ মনিং থংবা চাকা নাপ্তোক্তুনা শিংখি। পেসেঞ্জর খরা শোকখি।

তাং ৩ থাংজ নুমিৎ : নুংথিল পুং ৪দা দিল্লিগী রাজঘাট ( মহাত্মা গান্ধীগি মোংফম ) অমস্তুং শান্তি ভবন (পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুগী মোংফম) লোয়নবা মফমদা শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধীগি

ঙশিরা হকচাং সঙ্কার তৌখি। মণিপুরদগী মী-ৎম কয়াদা অরাবা ফোংখি। তুকানশিং থোং খিংখি। নুপী মীয়াম য়াওনা ইম্ফালদা সভা-যাত্রা চংখি।

(খ) লোক্তাক প্রোজেক্টতা লৈবা গুরুদ্বার মৈ থারম্বদা চি-লাওনা কনখি। মরম খংখিদে, কাং-লুপ মশেল থুংথোক্লবদা ওইরমগদ্রা হায়।

তাং ৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: ব্রহ্মপুর নহাবম-দা লৈবা শ্রীথোঙ্গাতাবম নর শর্ম্মগী য়ুমদা মরুপ ভিন্নরিভৈদা নোংমৈ পায়বা ৫মুক লাক্লগা লুপা ৩০,০০০ লৌখি।

তাং ৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: তোম্বীস্না হায় স্কুলগী থবক কারকপা ওজা আর: কে: স্না-জাওবা এসেমব্লী লম্বী হাইজিনকমদা সেক্যুরিটিগী মীওইনা ফুখি। ওজাশিং খুদক্তা নিন্দা তৌখি-বগা লোয়ননা স্কুলশিংদা নবেম্বর ৭ মাস কেজুয়েল লিভ লৌদুনা স্ত্রাইক চংশিন্নবা লাওথোকখি।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা লাংপা কৈথেল লাইরেম্বীগি নাতোন য়াওরমদে। কৈথেল নুপীশিংনা পেন্দবা ফোংখি।

তাং ৮ শগোলশেল নুমিৎ: থৌবাল হৈয়োল লৌবুক্তা মহম্মদ নুরখান কৌবা ১ কত্রি মেদ পী-স্তোল ২গা মরু ২গা কোম্বনা ফাখি।

তাং ৯ ঈরাই নুমিৎ: লৈখিদ্রবী শ্রীমতী ইন্দি-রা গান্ধীগি সংস্কারগী উৎ রাজ্যপাল জেনরেল কে: ভিঃ কৃষ্ণ রাও অমসুং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং

হৈকেশিং অমম্লুং অচৌ অশাং কয়া য়াওনা মীয়ায়া তুলিহল এরোপ্লেন তাকম ফাওবা থিন্দোকখি। ইম্ফালদা পুম্নকখিবা নুমিৎ ৪ নি শুখি হায়।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ: ফৌগী মমল য়াংখৎতুনা শংবাইদা লুপা ৮০ য়ৌখি। চেং অতাংবা য়াম্লগা চাবা ওয়খিদে। প্রজা কয়া হাকার লাওখি।

তাং ১১ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইম্ফালদা ইন্দিরা গান্ধীগি শ্রাদ্ধ শোনখি। মপাল কাংজৈংবুংদা লাইনিং লাইশোন তোঙান তোঙানবা কাংলুপ ৩২না শরুক য়াহুনা পাংথোকখি।

খ) ইম্ফালগী গান্ধী মেমোরিয়েল হোল মমাংদা জীপনা থোম্লম্বা কো-ওপরেটিভ দিপার্টমেন্টকী দিপুটি রেজিস্ট্রার শ্রীজুগেশ্বর সিংহ শি। উগ্রুলদগী থুংলবগা থৌদোক অসি থোকখিবনি হায়।

তাং ১২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: বেনিফিসরী ১০ মুক লৈবা কমিতি ১না থবক পায়খৎকদবা ঙারৌথেল এলঃ পীঃ স্কুল শানবা উরেপ উযুং তমখি। লুপা ৩৫,০০০ কায়খি হায়।

তাং ১৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: টেলিফোন মাইক্রোবেভ য়াদব ৌগীং হেনগৎপা কঞ্জুমারশিংনা নিন্দা তৌখি।

তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ভারতকী অহানবা প্রধান মন্ত্রি পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুগী ৯৫শুবা মপোক নুমিৎ পালন তৌখি।

তাং ১৫ শগোলশেন নুমিৎ: চুরাচান্দপুর

পুলিসকী কন্সটেবল ৩না ফাখিবা হেরোইন কে: জি: ১ গ্রাম ২০০ আটা ওল্লমই হায়দুনা অচৌবা য়াখোক থোকখি।

তাং ১৬ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা অমসুং লোক সভাগী মীখল লাকপদা রাজনিতি দলশিং চরাংলখি। এম: পী: পী:, সি: পী: আই অমসুং সি: পী: আই: (এম) চুংশিন্নগনি হায়।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ: থাঙবোক কেন্দ্রগী মসুং চনবা নেপ্রা কম্পেনিদা নৌনা শাবা বাইও গ্যাস প্লান্ট শঙ্গাখি। মণিপুরদা মশীং ৩ গুরে হায়

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : মীখলদা শী-জিন্নবা গারী ফাবদা গারী লোইবশিং যানিংদে। গারীশিং ইঞ্জিন শিথরগা থম্মবা যাওখি। গারী অচৌবশিংনা মমাংগী মীখলদা শীজিন্নখিবা গারী অরায়মল নিংথিনা পীদে হায়না য়ানিংদবা ফোংখি।

তাং ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : চিরাই খুল-দা প্রাইমারী হেলঠ সব-সেন্টর ১ হাংখি।

তাং ২১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুরদা তৌগ-দবা বিধান সভা অমসুং লোক সভাগী মীখলদা রাজনিতি দল চুংশিন্নবা হাইদোকখি। এম: পী: পী:না সি: পী: আই: নত্তবশিংগা শম্নরোই হায়না লাওথোখি।

তাং ২২ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুর ষ্টেট কো-ওপরেটিভ বেঙ্কগী কর্ম্মচারীশিংনা ষ্ট্রাইক তৌফমদা লাংপা মহাত্মা গান্ধীগি ফোটোদা

চুক্লট মথী কন্থে হায়রদুনা ভাইস প্রসিডেন্ট শ্রীজয়-কুমারগী মথক্তা রাখোক থোকখি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ : লম্মীদা থংলগা ভীপ অমম্মং হয়াগাদীশিং মীখলদা শীজিন্নবা কাখি। পাম্রী রার্কসোপশিংদা চেক তৌখি।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ : কংগ্রেস (আই) গী মীরেপ ওইগদবশিং মমিং লাওথোকপদা য়াও-রক্তবা এম: এল: এ: ১৪ দগ থাদোকখি। লৌউ-শিংউ মন্ত্রি শ্রীগুরদিংলেন অমসুং অধ্যক্ষ শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহ য়াওখি।

তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎ : কা ৩২ লৈগদ-বা মাররারী আরোগ্যা ভবন লক্সেলগী আর: এম: সী: কেম্পসতা উরেপ উযুং তমখি।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মীখলগী ঈরাং-দা ময়াই কাবা পোং শীজিন্নদনবা নিশা বন্দ নুপী সংস্থানশিংনা লাওথোকখি।

তাং ২৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : পী: দি: এ: না নাগা ভুরেলদা হুকান প্লোট পীদোরি হায়না লুপা ৪০,০০০ গী মথক্তা খোমজিনবা য়াওখি। ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটি অথোরিটিদা হংনখি। থংদে হায়।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : সরকারনা লৌ-শিনখিবা কলেজ ১২গী ওজাশিংনা দাবী তক্লহুনা চংশিনখিবা সিজ রার্ক স্ত্রাইকী মতুং তাবা ওইনা ইম্ফাল সহরদা রেলি চংখি।

তাং ২৯ শগোলশেল নুমিৎ : "কোইরেঙ্গ

মনাক্তা প্রিপাক্তী কম্মন্দায় ইন-চীফনি হায়বা শ্রীগম্ভীর সিংহ আর্মীনা কায় হায়।

তাং ৩০ ঙীরাই নুমিৎ : আসামগী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীহিটেশ্বর সাইকিয়াগা পাওমীশিংগা ইম্ফালগী অহানবা মণিপুর রাইফলসকী অফিসার মেছতা উনখি। বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী লোলগী মণিপুরী ককপা মহাক্কী সরকারগী উপাই লৈতে, কেন্দ্রগী হকনি হায়খি।

ডিসেম্বর

তাং ১ থাংজ নুমিৎ: ইম্সাজেন্সীগি ঈরাং লাকশিনবদা চাওনা থৌদাং লৌবগুম আর্মীনা মী ১৬,০০০ লায়েংবদা খুদোংচাবা পীখ্রে। শান্নবুং ৩৫০ শেমখি হায়না লাওথোকখি।

তাং ২ নোংমাইজিং নুমিৎ : অল ইন্দিয়া মেডিকেল ইনভিটেশন গেমস এণ্ড স্পোর্টস মীটতা আরঃ এমঃ সীঃ না মেদল ১২ সু ১, সিলভর ৬ অমস্তুং ব্রোঞ্জ ৫ ফংলকখি। হরাওবা ফোংখি হায়।

তাং ৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : বীর টিকেন্দ্রজিং পার্কতা পব্লিক মীতিং তৌদুনা সুসিঃ পীঃ আইঃ অমস্তুং এমঃ পীঃ পীঃ মীরেপশিংনা মীথল মতুংদা চোংথোক চোংশিন তৌরোই হায়না রাশকখি। মীথল অসিদা পুম্না নুপী ২ য়াওনা মীরেপ ৩৬৪না লম্বা থেংনগনি হায়।

তাং ৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : প্রধান মন্ত্রি শ্রীরাজিব গান্ধী ইম্ফালদা থুংলৈ। কংলাদা মীয়াম তিনবা মীতিন পাংথোক্লুনা রা ঙাংখি। মণিপুরী লোল ৮শুবা সেড্যুলদা চলহনবা রাকম

ভোং লোইরগা থম্নগনি হায় ।

তাং ৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: রীজনেল মেডিকেল কলেজদা ডাক্তর অমস্তুং নর্সনচিংবা কর্ম্মচারীশিং তলব পীথোক্নবা স্ত্রাইক হৌখি। অনাবশিং মকোক্তা মথুং হাপখি ।

তাং ৬ শগোলশেন নুমিৎ: প্রধান মন্ত্রি শ্রীরাজিব গান্ধী অথম্নবা এরোপ্লেন ১না মীজোরাম পাংখি ।

তাং ৭ ঈরাই নুমিৎ: ভোং খোম্বা মীতিং লৈকাই লৈকাইদা তৌখি। নুমিদাং অথেংবদা য়ু ৮াওবা ৫০ ইম্ফাল অমস্তুং অকোয়বা মফমদা ফাখি ।

তাং ৮ থাংজ নুমিৎ: কুংবারদা চৎখিবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীবিশাং কৈশিংগী স্কোর্টকা লৈশি য়োয়মদাইদা নাগা লালহৌবশিংগা নোংমৈ কাপ্নখি। ডিঃ আইঃ জিঃ (হীলস) পুবা শ্রীছন্দবিহারী সিংহ য়াওনা সেক্যুরিটিগী মীওই ৮ শোকখি। ৪ শিখি হায় ।

তাং ৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা ফোটো দুকান ক্যাইজ ফোটো সার্ভিস নুমিদাং পুং ৯ তাবদা মৈ চাকখি। লুপা লিশিং ১৪/১৫গী মাল-চাং মাংখি।

তাং ১০ নিংথৌকাবা নুমিৎ: পাওনা বাজারদা লৈবা বেবী কেঃ জিঃ ইংলিস স্কুলদা মশক খংদবা মীওই থরা চংলক্লগা লুপা ২,০০০ নোংমৈ মত্তোন্দা লৌখি হায়।

তাং ১১ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ ইষ্টর্ন কম্যাণ্ডগী কম্যান্দিং ইন চীফ লেফটিনেন্ট জেনরেল কেঃ চিমান সিংহ ইম্ফালদা থুংলে। রাজ্যপাল জেনরেল কেঃ ভিঃ কৃষ্ণ রাওগা উনখি। শান্তি রক্ষাগী বা থম্নখি হায়।

তাং ১২ মুমশকৈশা নুমিৎঃ মুপী লাল নিংশিং নুমিৎ পাংথোকখি। বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা পাংথোকপা থৌরমদা মুপী লুচিংবীশিংদা ঈকায় খুম্নবা উৎখি।

(খ) ইম্ফাল মোরে চেনবা বস এমঃ এনঃ পীঃ ৯৯৮১ মশক খংদবা ৩ মুক্তা কুন্দো লাইরেম্বী মনাক্তা থৎতুনা থাম্লগা পেসেঞ্জরশিংদগী লুপা ৬,০০০ লৌখি।

তাং ১৩ শগোলশেল নুমিৎ : শীংজমৈ সাপম লৈকাইদা শক্তিমান ১দগী ওন্থতুনা নোংথোম্নম রাজেন কৌবা ১ শি। শগোলমাং পুখাওদগী শ্রীহেরামনিনা পোকপনি হায়।

তাং ১৪ ঈরাই নুমিৎ : ময়ান য়ানবা অচা খাও চারুবদা খুঙ্গংগী লমশিংদা পূক য়েকপনচিংবা শন্দোরকখি। মী ৮ মুক লাইকন্নবা পুখৎলকখি হায়।

তাং ১৫ থাংজ নুমিৎ : অহিংদা ভোং খোম্বা হেনগৎখি। মাইক ওনশিন্নতুনা মীয়েপ ২/৩ গী ভোং খোম্বদা উরিপোক্তা খৎনবা থোক্তুনা খোংবান্দা গাড়ী ইম্বনখি।

তাং ১৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : ইম্ফাল

দ্রিষ্ট্রিক্টতা মী শিবা য়াবা খুংলাই পুবা থিংবদা লমহেনবা নহা ২ ৱাংখৈদা ফাখি।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ : সিঃ পীঃ আইঃ কংগ্রেস (আই) অমস্তুং বিঃ জেঃ পীঃ নচিংবা পার্টি স্নুচিংবশিং মণিপুরদা ভোৎ খোস্বা থুংলে। মণিপুরী লোলবু ৮শুবা সেড্যুলদা য়াওহন্নবা ৱাশক্তুনা মখোয় মখোয়গী মীরেপশিংবু শোগৎ-নবা হায়খি।

তাং ১৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেশন থবক পূমলেপ লেপখি। কর্ম্মচারীশিংনা দাবী পীনবা স্ট্রাইক তৌখি।

তাং ২০ শগোলশেন নুমিৎ : কংগ্রেস (আই)বু সরকার শেমহন্দনবা ইউনাইটেদ ইন্দিপেন্দেন্ট ব্লোকনা মীরেপ ৪৮ শোগৎখি।

তাং ২১ ঈরাই নুমিৎ : তেরা কৈথেলদা গাড়ীনা থোমদৎপা ১ শি মমিং ইবোহল কৌই হায়।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ : খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা খৃষ্টমাসকী পোৎ লৈবা মী হেন্না তিনখি। আলু গলিদা ফুরিংখাও চপ্পা জনাব কৌবা ১ ফাখি।

তাং ২৩ নোংমাইজিং নুমিৎ: থেঙ্গু চীংজিন্দা লৈবা কৈকোলদা প্লে গ্রাউণ্ড শঙ্গাখি। খুঙ্গাশিংনা য়ানিংদবা ফোংহুনা রেল্লি চৎখি।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নুংখিল পুং ৪ দা ভোৎ খোস্বা লোইশিনখি। অরোয়বা ওইনা অপুনবা মীতিংশিং চথনখি। বীঃ টিঃ পার্কত্তা কেঃ এনঃ ইউঃ অমস্তুং বীঃ জেঃ পীঃ না শীন-

মিন্নবা পল্লিক মীতিং তৌখি।

তাং ২৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : খৃষ্টমাসকী থৌরম চীং অমস্তুং তমগী মফমশিংদা পাংথোকখি। খৃষ্টানশিংগী লাইশঙদা লাইনিং-লাইশোন পাংথোক্লুনা ময়াম তিনখি।

তাং ২৭ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা অমস্তুং লোক সভা সিট ২গী ভোট থাদনখি। চহি ৭৫ শুরবী মমিং তাংলবী ১ চহি ১০১ শুরবী নুপী ১ ভোট থাদবা য়াওখি হায়।

তাং ২৮ ঈরাই নুমিৎ : মীখলগী ফল লাওথোকপা হৌখি। অধ্যক্ষ শ্রীয়ুমাম য়াইমা সিংহ ওইনাম কেন্দ্রদা কংগ্রেস (আই) মীরেপ শ্রীকে: বীর সিংহনা ভোট ১৬৪১ হেন্দুনা মায়থোখি হায়।

তাং ২৯ থাংজ নুমিৎ : চুরাচান্দপুর জিলাগী সিংহাট অমস্তুং সাইকোট কেন্দ্রদা লুংথুল অমস্তুং তুইনিং পোল্লিং বুট ভোট অমুক হন্না থাদনখি। মাও কেন্দ্রদা মাথেল কৈবীদা ভোট হনখি হায়।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ : স্পোর্ট মন্ত্রি মহম্মদ মহম্মুদিন ক্ষেত্রিগাও কেন্দ্রদা ভোট কারে হায়না লাওথোকখি। ডিপুটি কমিশনার ইম্ফালগী অফিস লম্ফেলপাংতা তিল্লহা মীয়াম্না ভোট হন্নবা লাওখি ঈরাং থোরকপদা নোংমৈ কাপখি।

তাং ৩১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : প্রধান মন্ত্রি শ্রীরাজিব গান্ধী অমস্তুং মহাক্কী কেবিনেট মন্ত্রি

১৫ অমম্ভুং রাজ্য মন্ত্রি ২৫ গা লোয়ননা রাশক লৌখি। মণিপুরগী রাজ্য সভা সদস্যা শ্রীরাজ-কুমার জয়চন্দ্র সিংহ রাজ্য মন্ত্রি ওইনা রাশক লোবা য়াওখি হায়না ইম্ফালদা হরাওবা ফোংনখি।

(খ) সেনাপতিগী ডিপুটি কমিশনার অফিস্তা কেন্দ্র ২ কাংপোকপী অমম্ভুং সাইকুল ভোং মশীং থিবদা বেল্লোট পেপর শেগায়বনচিংবা ঈরাং থোকখি। নোংমৈ কাপ্পদা মী ১ শিখি। ২০ শোকখি। ২৯ ফাখি।

জনুয়ারী

তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ১৯৮৫ হৌবা নুমিৎকী য়াইফ পাওজেল থানখি।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ইন্নর মণিপুর পার্লিয়ামেন্টরী মীখলদা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বা সিংহ কংগ্রেস (আই)না ভোট ১,০৩,৯৯১ ফংদুনা কাখি। সিঃ পীঃ আইঃ মীরেপ শ্রীভাঙোম মোহেন্দ্র সিংহনা ভোট ৭০,৫২০ ফংদুনা মহাক্কী লোক সভা সিট মাংখি।

তাং ৪ ঈরাই নুমিৎ: রাজ ভবন্দা রাজ্যপাল জেনরেল কেঃ ভিঃ কৃষ্ণ রাওনা শ্রীরিশাং কৈশিংবু মুখ্য মন্ত্রি ওইনা য়াশক লৌহনখি। কংগ্রেস (আই) প্রসিদেন্ট শ্রীলাইশোম ললিত সিংহসু কেবিনেট মন্ত্রি ওইনা য়াশক লৌহনখি।

(খ) সঙাইপ্রোদা লৈবা ওইল পম্প ১দগী নোংমৈ পায়বা খরনা লুপা লিশিং ২০ রোম লৌখি হায়।

(গ) শীংজমৈ চৌংঙা মখোংদা লৈবা দুকান ৫ মৈ চাকখি। শ্রীমতী শ্যামা দেবীগি চোইনা থাও য়োক্ষমদগী হৌরকপনি হায়।

তাং ৫ থাংজ নুমিৎ: মণিপুরী মচাশিংগী মরক্তা অহানবা কেন্দ্রগী স্পোর্ট অমসুং য়ুঠ এফিয়ারস রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহ ইম্ফালদা থুংলৈ। মুপা অমসুং মুপী কয়ানা তুলিহল এরোপ্লেন তাক্ষমদা ওকখি।

তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: স্পোর্ট অমসুং য়ুঠ এফিয়ারস (কেন্দ্র) রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহ মই দিল্লী পাংখি। মমাংদা ওল্ড

সেক্রেটরীয়েট কনফরেন্স হোলদা পাওমীশিংগা উনবদা মহৌশাগী ওইবা মশান্নশিং যোংখংনবা হায়খি।

(খ) শীংজমৈ পোষ্ট অফিস্তা মশক খংদবা ২ মুক্কা নোংমৈ উৎলগা লুপা ৪৩২ ০০ লৌখি হায়।

তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাগী সাইকুল অমস্তুং কাংপোকপী কেন্দ্র অনিদা ভোং হন্না থাদনখি। মীরেপ ৭/৭ লম্না থেংনখি।

তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভাগী সাদস্যা ৬০ খন্ননবা মীখলগী ভোং হনক লোইশিনখি। জনুয়ারী ৮দা ভোং হনখিবা সাইকুল অমস্তুং কাংপোকপী কেন্দ্র অনিদা শ্রহোলখোলেট খোংসাই অমস্তুং শ্রীকশ্বর থাম্বা কাখি। পুম্না কাখিবা মশীং কংগ্রেস (আই) ৩০ অমস্তুং ইন্দিপেন্দেন্ট ২৯ নি। লেমহৌবশিংনা অতৈ দলশিংনা ফংখি হায।

(খ) ওইনাম চুইদ্রোমগী থোং লান্ননবা হোংনবদা স্কুটর এক্সিদেন্ট থোক্কুনা এস: আইঃ ধনঞ্জয শি।

(গ। হৈরাঙ্গোযথোংদা লৈবা শ্রীরাজকুমার গোকুলপ্পাগী চাকশঙ মৈ চাকখি।

তাং ১০ শগোলশেন নুমিৎ: নুপী মীয়াম্ন' দাবী ৬ পীনবা ইন্ফাল সহরদা রেল্লি চংখি। মণিপুরী লোলবু ৮শুবা সেড্যুলদা চলহন্নবা ১স্তুং মীখলদা মায় পাক্কবা মীরেপ জেলদগী থাদোক্কবা

দাবী য়াওখি।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎ : থোংজু কেন্দ্রদা মীখল কারবা শ্রীএনঃ বিশেশ্বর সিংহ এডিসনেল এণ্ড সেসন জজ্‌না জামিন পীখি। চুরাচান্দপুর কেন্দ্রদা মীথল মায় পাক্লবা শ্রীজেঃ এঙ্কঃ রোংথালিয়া জেলদা লৈরি হায়।

তাং ১২ থাংজ নুমিৎ : চেং কেঃ জিঃ দা লুপা ৪.৫০ যোরে মমল হন্থহল্লু হায়না মুপী মীয়াম্না সরকারদা তক্লখি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : এসঃ ডিঃ ওঃ ইম্ফাল রেঞ্জকী কোর্টতা লৈবা কেস ১ সহি শারগা উইদ্রো তৌরম্লে হায়না শ্রীসোইবম যাইমা কৌবা ১ না চীফ সেক্রেটরীদা য়াকংখি হায়।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : রাজ ভবন্দা রাজ্যপাল জেনরেল কেঃ ভিঃ কৃষ্ণ রাওনা কেবিনেট ৮ অমস্তুং রাজ্য মন্ত্রি ৩ য়াশক লৌহনখি।

(খ) ইম্ফালগী বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা পব্লিক মীতিং তৌদুনা জনতা পার্টি, এমঃ পীঃ পীঃ অমস্তুং সিঃ পীঃ আইঃ চুংশিন্নরগা হন্দকী মণিপুর বিধান সভা মীখলদা 'রেগিং' অমস্তুং 'টেম্পরিং' তৌখি হায়না নিন্দা তৌখি।

তাং ১৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা কংগ্রেস (আই) মন্ত্রি মণ্ডলদা য়াওহৌদবশিং পেন্দবা কোংখি। দিল্লীদা হায় কম্মাণ্ড উনবা চংখি।

তাং ১৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : এমঃ এলঃ এঃ শ্রীমাইরেম্বম কোইরেং সিংহনা মণিপুরগী বিধান সভাগী প্রো-টেম স্পিকর ওয়াপখি।

তাং ১৭ শগোলশেন নুমিৎ : এদেদ ইলিমেণ্টরী স্কুল ওজাশিংনা দাবী তানবা আন্দোলোন অনৌবা খোংজং চংশিনবা ফিরেপ লৌদুনা সরকারনা খংহনখি। গোভর্নমেণ্ট পোলিটেক্নিক্কী কর্মচারীশিংসু রারম ৭ পীনবা তক্লখি।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎ : ডিঃ এমঃ কলেজ (সাইন্স)তা পীঃ ইউঃ পরিক্ষা থুগায়নবা হোৎনবদা ঈবাং থোকখি। ফত্তবা পাম্নে শাজিন্নবা মতেং পাংলুবদা অথিংবা পীরুবগী ঈবাং থোরুবা খরনা শীনখিবনি। পুলিস লাঞ্চনা থুগায়খি।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রিগী লৈফমদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা পাওমীশিং চানৌখি। রারী শানবদা খুমন লম্পাক্তা শগোল কাংজৈ শান্নফম ১ হান্না যাংতুনা লৈ হায়।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংবা ১৩ শুবা কুমওন নিংশিংখি।

(খ) মণিপুর বিধান সভাগী নৌনা কারকপা এমঃ এলঃ এঃ শিং প্রোটেম স্পিকর শ্রীমাইরেম্বম কোইরেং সিংহনা য়াশক লৌহনখি। জেলদা লৈবা শ্রীয়োথাংলিম্বা য়াওনা ৮ লাকখিদে।

তাং ২২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : চংখিবা থাংজ নুমিংতা খুমন পাল্লি য়োডতা এদভোকেট শ্রীরাজকুমার থম্বালসনা সিংহ লৈখিদবা

মীশি অহ মণিপুর বার এসোসিয়েশন্না নুপ্পাইজ-
বা ফোংখি। ইনক্কারী তৌনবা দাবী তৌখি।
তাং ২৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : পীঃ ইউঃ পরিক্ষা
থাক্ম ১ ওইরিবা জিঃ পীঃ উইমেন্স কলেজদা
'মাস কোপিং' থিংনবা চেক তৌবদা ছাত্রীদা
ওজা নুপানা কোয়শিল্লগা চেক তৌখি, অমসুং
থরায় য়াওশিল্লি হায়বা ৱাংথোক থোকখি।
তাং ২৪ শগোলশেল নুমিৎ : কংগ্রেস (আই)গী
শ্রীরাহেংবম অঙৌ সিংহবু মণিপুর বিধান সভাগী
অধ্যক্ষ খনখি।
(খ) পলেন পুলিস্তা রায় শিং-শেংবা শ্রীমতী
ইবেতোম্বী দেবী মতৈ মনাওনা থম্না পোকপী
মনাক্তা লুপা লাক্ষ ২ মুক্কী হিরা (নুং) খুল্লগা
পুলিস্তা শীন্নখি হায়।
তাং ২৫ ঈরাই নুমিৎ : তোটি ঈশিংদা তীল
মচা য়াওই হায়না মফম কয়াদা রা রা লাওখি।
সরকারগী নাকোং য়োৗখ।
তাং ২৬ থাংজ নুমিৎ : গনতন্ত্র দিবস পালন
তৌখি। ইম্ফালগী কংলাদা পাংথোকপা মাস
পাষ্টতা কন্টিজেন্ট ১৩৮ না শরুক য়াখি। রাজ্য-
পাল জেনরেল কেঃ ভিঃ কৃষ্ণ রাওনা সলামী
ওকখি। বন্দি ৪ থাদোকখি। মী হাংলুবগী
মরীদা মিরাং তাহুনা লৈরবা শ্রীমতী রাহেংবম
ওংবী মাইপাকপী দেবী চহি ৬৭ সাইকোটতা
লৈবী অসি থাদোকপা য়াওখি হায়।
তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ : ইম্ফালদা

লৈবা অহানবা মণিপুর রাইফলসকী শান্নবুংদা গনতন্ত্র নুমিৎকী থৌরমগা মরী লৈননা ফোল্ক ডান্স ফেষ্টীভেল্ল পাংথোকখি। মনা-মথুম যেন্থোকখি। লোস এঙ্গেলদা পাংথোকখিবা ওলেম্পিকতা শরুক য়ারুবা শ্রীপাওস্নম নিলকমল সিংহদা মনা লুপা ১০,০০০ পীখি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফাল হেড পোষ্ট অফিস মমাংদা স্কুটর ১গা টেম্পো। এম: এন: এস: ৮৯৮৪গা থেঙ্গায়নখি। মী ১ থীনা শোকখি।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ভারতকী মক্ষম পুম্নমক্কা তৌনবগুম মণিপুরদস্লু সহিদশিং নুমিৎ পালন তৌখি। মহাত্মা গান্ধী লৈখিদবা ৩৭শুবা কুমওল নিংশিংবা নুমিৎ অ'সদা মীয়াম্না গান্ধীজিগী মক্ষমদা শ্রাদ্ধঞ্জলি কংখি।

তাং ৩১ শগোলশেন নুমিৎ: বাক্রিবাল ইন্টরপ্রাইজেসকী স্কুটর এম: এন: পী: ৯দা হাপ্পগা থ্বাইরম্বন্দ কৈথেল লোমদা থৌবকপাদা মশক খংদবা শরনা ডি: এম: কলেজ হাইজিনক্ষম মনাক্কা থাম্নগা লুপা ১৮,৫০১ মুনখি।

ফেব্রুয়ারী

তাং ১ ঈরাই নুমিৎ: তাকয়েলদা লৈবা গোভর্ণমেন্ট পোলিটেক্নিক্কী কর্মচারীশিংদা য়েন্নবা তঙ্খবকী শেলক্ষম লুপা ৮৮,৩০২,০০ মশক খংদবা ৪ রোম্না নোংমৈ চীন্দোন্দা লৌখি। কেসিয়ার য়াওনা কর্মচারী ৪ হাং খোহংনবা ফাখি হায়।

তাং ২ থাংজ নুমিৎ: কিলোমিটর ১৮০০ খোংনা চংকদবা মণিপুর এক্সপিদিশনগী কাংবু

বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতগী খোংশানখি। মণিপুর মাউন্টেনিয়ারীং এণ্ড ট্রেকিং এসোসিযেশননা শীনখি হায়:

তাং 8 নিংথৌকাবা নুমিৎ: নিংথৌখোং ১সুং বিষ্ণুপুরদা কে. ভিঃ ১৩২ অমসুং ৩৩ গী পরার সব-ষ্টেশন ১/১ লি'নবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উযু্ ঙমখি।

তাং ৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ইম্ফালদা মোরেরোমদগী পুশিল্লকপা পোৎ যোনবা ওকান-শিং চেক তৌবদা লুপা ৬০,০০০ বোমগী ফি-বোল অমসুং অ'ত পোৎশিং ফাখি।

তাং ৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীআই. তোম্পোক সিংহনা মন্ত্রি ওইবগী অহানবা ওইনা পাওমীশিংগা উনখি। স্কুল ৩০০ গী শঙ পীগনি হায।

তাং ৭ শগোলশেন নুমিৎ: স্কুলশিংদা অমুবা লাইব্রিক যংদে। হাযনা ছাত্রশিংনা ক্লাস লৈ থোক্লখি। সরকারদা টেক্সবুক ফংহন্নবা অকনবা বা হায়খি।

তাং ৯ থাংজ নুমিৎ: ড্রগ যোনবা অমসুং শীজিন্নবা মী ১২ ইম্ফাল সহরদা থি ঙমখিবগা লোয়ননা যারগা শিং-নাম্না মরু কোকথোকখি। জেলদা থাজিনখি। সিনেমা টিকেট ব্লেক তৌবা ২০ থকসু ফাখি হায়।

তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইম্ফালদা সি-নেমা টিকেৎ ব্লেক চেনবা নুপী ১৪ য়াওনা মী

২০ ফাখি। লুপাশিং মরু কোকখি।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফাল সহর য়াওনা মফম কয়াদা ঈশিং ফংনদবনা হাকার লাওনখি। লৈকাই লায়া ঈশিং থিবা চৎপদা নোংমগী থবক শিংখি হায়।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: শেল অচোই-বা ফংনদবনা কর্ম্ম শোনবশিং পেন্দবা থম থেং-ঙখি। মরু ওইনা লুপা ১ চৎপী ফংনদে। শ্রাদ্ধ-নচিংবা লুপা ২/২ দক্ষিনা তৌনখি।

(খ) ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেলদা লৈবা এ: অরুন-কুমার সিংহ কৌবা ১ থৌরী য়াল্লগা শিখি। ম্রগ চাবগী মরালদা ফাখিবনি হায।

তাং ১৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: টিপাইমুখতা কাংনা চিক্কুনা মী য়ায়া নানৈ। মী ১ শিখি।

তাং ১৪ শগোলশেন নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাগী মীখলদা ক্ষেত্রিগাও কেন্দ্রদগী কারে হায়-না লাওথোকপ্রবা মহম্মদ মহম্মুদ্দিন সাহগী মা-যোক্কা শ্রীরাংথেম বসন্তকুমারনা গৌহাটি হায় কোর্টতা কেস তৌখি।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ : লম্ফেলদা লৈবা রীজ-নেল মেডিকেল কলেজ হোসপীতালগী ফেমেল সার্জিকেল ৱার্দতা লায়েংহুনা লৈবা শ্রীমতী এন: ইন্দ্রনি দেবী য়াংথৈদা গ্লুকোজ কাপকদবদা কে-বোসিন কাপশিল্লি হায়না ৱাথোক থোকখি। অনাবা ফিভম লূখি হায়।

(খ) মণিপুরগী ডমথৈদা লৈবা জুকু ভেলিদা

সর্ভে তৌবা চৎখিবা ইন্দিয়া ফোরেষ্ট সার্ভিসকী ডিপুটি কন্সর্ভেটর শ্রীকর্তিকনা লুচিংবা মী ১০ নাগালেণ্ডনা ফাখি।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ: এন: এস: এ: দা কারগা জেলদা লৈকবা শ্রীজে: এক: রোংথালিয়া এম: এল: এ: ওইনা অধ্যক্ষ শ্রীরাহেংবম অঙৌ সিংহনা এসেমব্লী কমিতি রুমদা রাশক লোইনখি

তাং ১৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: লুপা লাক্ষ ২২.০৬ চংনা রাস্তা শন্দংখোং, রাস্তা কৈথেল, রাস্তা ময়াই লৈকাই অমসুং থোবাল হাওখাদা পায়খৎপা ঈথৈ লোখোং স্কিম ৪ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি।

(খ) সেগা লম্বী কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা লৈবা শ্রীপুখ্রম্বম নরান অমসুং শ্রীরঞ্জিৎকী য়ুম ২ গ্যাস্তগী মৈ হৌরক্লুনা চাকখি। মৈ মুথৎপদা মিনিট ৪৫ চংখি হায়।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মণিপুর বিধান সভা মীফম ফম্বা হৌখি। রাজ্যপাল জেনরেল কে: ভি: কৃষ্ণ রাওনা ভাষন পীখি। অরোইবদা মণিপুরী লোলনা ঙাংখি।

(খ) মণিপুর বিধান সভা মীফমগা মরী লৈননা অকোয়বা মফমশিংদা সি: আর: পী: সি: ধারা ১৪৪ গী অথিংবা থমখি। লুহোংবা অমসুং অশি অনাগী সভাযাত্রা চৎপা হান্না অয়াবা লৌনবা লাওখোকখি।

(গ) উখ্রুল জিলাগী মনুং চনবা লিংশা অমসুং

লিংগী শমুবা লম্বীদা মশক খংদবা খরনা না-রোন্দা লাম্মারক্কুনা মীচম ১ য়াওনা সিফাই ১৩ হাংখি। ভিঃ ভিঃ এফঃ কী কম্যান্দিং অফিসার ১গা সিফাই ১গা শোকখি। নোংমৈ ১৫ পুখি হায়।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাগী উপ-অধ্যক্ষগী অমতা ভাইবা কং-গ্রেস (আই)গী মীরেপ শ্রীএচঃ সনায়াইমা সিংহ উপ-অধ্যক্ষ খনখি।

তাং ২০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: জেনরেল অফিসার কম্যান্দিং ইন-চীফ ইষ্টর্ন কম্যাণ্ড লেফটিনেন্ট জে-নরেল কেঃ চিমান সিংহ ইম্ফালদা থুংলে। লা-ন্মীগি মকোক থোংবশিংগা শান্তি রক্ষাগী বা তানখি। উখ্রুলদা চংডুনা লাণ্মীশিংগা উনখি।

(খ) নুমিদাং পুং ১০ দা উরিপোক খোইস্নাম লৈকাই মপাদা মণিপুর ষ্টেট রোড ট্রান্সপোর্ট কোর্পোরেশনগী বস ১না তক্কুনা নাগামপাল শীংজুবুং লৈরক্কা লৈবা এসঃ ব্রজকিশ্বর কৌবা ১ শি।

তাং ২১ শগোলশেল নুমিৎ: ইলিমেন্টরী স্কুলগী স্ত্রাইক চথরিবা ওজাশিংদা শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীআইঃ তোম্পোক সিংহনা শেল লৈতে, উপাই লৈতে হায়খি। স্ত্রাইক তৌবশিংনা কম থাদোক্লবা লাওখি।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎ : ড্রগ য়োনবা মুপী ৪ অমস্থং নহা ৫ মোরে অমস্থং ইম্ফালদা লোংউপ

ভান্দুনা ফাখি।
তাং ২৩ থাংজ নুমিৎ : মণিপুর ইউনিভর্সিটি-গী সো-কোল ইন্সপেক্সন টিম্না চৎথখিবা থবক পেন্দবা ফোংহনা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাসশিংগী পরিক্ষাদা কলেজ ওজাশিং য়াওহন্নবা দাবী তৌখি। ফেব্রুযারী ২৮ ফাওবদা দাবী পীরবদি মণিপুর ইউনিভর্সিটিনা লৌবা পরিক্ষাদা গোভর্নমেণ্ট কলেজ ওজাশিংনা বোযকোর্ট তৌগনি হায।
তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল ময়াইদা নুমিদাং কুনবা যন ১ মশক থং-হৌদবা গাড়ী ১না তকখি। যন ২না রাযখি।
তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বি-ধান সভানা ১৯৮৪-৮৫ গী সপ্লিমেন্টরী ডিমাণ্ড লুপা ৪৯,৪৮,৯৪,০০০ পাস তৌখি।
(খ) চুরাচান্দপুর ডিস্ত্রিক্টকী মনুং চনবা শিং-জোলদা যুম ৪৯ মৈ থাখি। ফেব্রুযারী ৫ ১স্নুং ৮ দা জোমী অমস্নুং পাইটে কাংবু ২ খুংথোক্লখি হায়।
তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : য়াইঙং-পোকপী শাবুংখোক চীংদোন্দা জালি নোট শা-রম্বা খুরাইদা লৈবা শ্রীইবোহলবী সিংহ ফাখি।
তাং ২৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : লম্ফেল, ইম্ফাল অমস্নুং পোরোম্পাৎতা লৈবা অফিসশিংদা কর্ম্মা-চারী থবক কাবা মশীং হস্লখি। থেংনা কাবা অমস্নুং ঙন্না কুম্বনা থবক নংহন্দ্রে হাযনা মথৌ লোইশিনবিদ্রবা প্রজাশিংনা ৱাকংনখি হায়।

তাং ২৮ শগোলশেল নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হায়, এক্সি-ক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ার ১ অমম্তুং সরকারগী দায়ীত্ব লৈবা মী য়াওনা ইলেক্ট্রিক কোংশিনবগী মরাল লৈরবা ৭০ জেলদা থমখি।

মার্চ তাং ১ ঈরাই নুমিৎ : ইম্ফালগী গান্ধী এভি-ন্যুদা লৈবা লক্ষ্মী ক্লিনিকতা লায়েংলবা তমেং-লোং অজুরামদা লৈবা শ্রীমতী গুইরোংমৈ হীদাক কাপ্পদা শি। ডাঃ এনঃ বিঃ রায় ফাখি।

তাং ২ থাংজ নুমিৎ : উখ্রুলগী বর্ম্মগা লোয়-বদা লৈবা ফুট ৯৩০৪ ৱাংবা মণিপুরগী খ্বাইদগী ৱাংবা ২শুবা চীংদোল মণিপুর এক্সপিদিশন টিমনা কাখি।

তাং ৩ নোংমাইজিং নুমিৎ : খুরাই সোইবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীকেঃ ঐচঃ গন্ধার সিংহগী য়ুমদা মশক খংদবা ৭মুক্তা চংলক্লগা নোংমৈ উংভুনা স্না ভুলা ১৩ হেনবা অমম্তুং শেল ওইনা লুপা ৩,৫০০ লৌখি হায়।

তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ফেব্রুয়ারী ২৪ দা নুংবা সব-ডিভিজনগী মনুং চনবা লৈশোক্তা মী-শক মীচু খংদবা খরনা য়ুম ৫ মৈ থাখিববু অৱাবা তারবশিংদা মতেং পাংবিনবা লৈরমদ্রে হায়না জেলিয়াংরোং ছাত্রশিংনা সরকারদা রাকংখি।

তাং ৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়া মপাদা শেল কায়-থোকলুরগা থোরকপদা লুপা ৫০,০০০ মশক

খংদবা খরনা লাক্নগা চেনখি হায়।

তাং ৭ শগোলশেল নুমিৎ: য়াওশঙগী শেল কায়বা লাকপা মীনা বেঙ্ক খুদিংমক্তা মীনা ইন্নচিক্নবা ওমদে। শেক্তোয় ফংনদে। বীল কায়হৌবা নংদবশিংনা অশাওবগা লোয়ননা নিন্দা তৌখি।

তাং ৮ ঈরাই নুমিৎ: য়াওশঙ হৌখি। লৈকাই লৈকাইদা শঙ শাক্নবা য়ৈ থাখি। নুমিদাংদা নাকা থেংবা চংনখি। হরি মন্দিরশিংদা লাইশোন চখনখি।

তাং ৯ থাংজ নুমিৎ: অয়ুক্তা নাকা থেংবা চংনখি। পিচকারী কুম্ভে পাংথোকখিবগা লোয়ননা লম্বীদা কি মুনখি।

তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎ: লম্বীদা শেল মুনবা অমম্মুং আবের তৈবদা অশোক-অপন থোকখি। খুরাইদা আবের তৈবা অঙাং ১ রিক্সোদা য়ানুবদা তাক্নবা মকোক কায়খি। বাংখৈদা চন্দ্রমনি কৌবা ১ শোকখি।

তাং ১১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: শগোলবন্দ বিজয় গোবিন্দগী মশাইকোন্দা হলক্কারগী থৌরম পাংথোকখি। সেনারোক্তা লৈশাবী মচাদা আবের তৈনবা তৌরুবা কহ্লাই কৌবা মী ৫/৬ চংহনা কুখি।

(খ) চঙৈঙ্গদা জীপ এম: এন: পী: ৫৬৭ না বায়রম্বা চাঙাঙ্গে জাওবুখোক্তা লৈবা নিঙোম্বম লবক্লোগী মচা দুপী চহি ৬শুরবী বিজয়া শি।

তাং ১২ লৈপ্লাকপোকপা নুমিৎ : নিপা কৈথেলদা অয়াবা যাওদনা থাও য়োনবা য়ুমস্ত ওইবা মকান ১ মৈ চাকখি। অঙাং অনি মৈনা বায়খি। শ্রীমতী শ্যামা দেবীগি থাও যোনফমদগী হোৎবা মৈনি হায়রি।

তাং ১৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : তেন্থা বাটর সপ্লাই স্কিমগী শীজিন্নবা পুখ্রিদা খুৎমান্নবা খরনা লুপা লিশিং ২০ রোমগী ঙা ফাক্কবগী চেন্নবা৩ শ্রীচাওবগা লোয়ননা ফাখি। সিঃ আরঃ পীঃ সিঃ থারা ১৪৪ গী অখিংবা থমখি।

তাং ১৪ শগোলশেল নুমিৎ : ১৯৮৪ মার্চ ১৪ দা হৈরাঙ্গোয়থোং ভোলিবোল শান্নবুংদা থোকখিবা মীহাৎ অহু নিংশিংবা 'নিংশিং য়ুম্বী' ১ য়ুংখি। লৈখিজবা মী ১৪ গী মমিং ইবগা লোয়ননা শিগ্রবা সিঃ আর পীঃ এফঃ জবান ১গী মমিংস্থ য়াওরি হায়।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ : ক্ষেত্রি লৈকাই নান্দেবম উকুদা মফম ২ থোক্লা থাবল চোংখি বোম পোকথায়রক্লুনা মী ৩ থিঙুজম কেন্দ্রমনি শীংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকাই, থিঙুজম পিশকমচা অমসুং কোইজম অশাবক্ত শিখি। ৭ শোকখি।

(খ) খোংজোম মনাক্তা গাডী এমঃ এনঃ পীঃ ৩৩৫৭ না তক্লুনা ল্লাংঙথেলদা লৈবা মোইরাংথেম কুঞ্জম শিখি।

(গ) লিলোং হৈনৌ খোংনেম্বীদা ইমুং ৩ থোক্লা লৈবা য়ুম ১ মৈ চাক্লুনা লুপা লিশিং ৭০ গী

মাল-চাং মাংহনখি। মহম্মদ সিরাজ, মহম্মদ রহম্মদ অমসুং তুম্নু বিবিগী যুমনি হায়।

(ঘ) মোটোর ভেহিকল ডাইরেক্টর শ্রীএস: কিপ-গেন ময়ুমদগী ভেজিলেন্সনা কাখি। মোটোর ভেহিকল টেক্সকী কারকপা লুপা ৮০,৭৪৫ মথোং থংহনখিদে হায়না মরাল শিখি হায়।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ: ইম্ফালদা লৈবা জোনষ্টোন স্কুলদা গেট থোং লোন্দুনা থেংনা কারকপা ওজা অমসুং ছাত্র ১ তা চংহনখিদে। ছুটি মতম রৌগ্রিবা কাওবা থোং হাংখিদে।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: থৌবাল দাম প্রোজেক্টকী মনাক্তা লৈবা মাকৌ কুকি খুলদা যুম ৩ মৈ চাকখি। যুম্নু মংখুলুম হাওকিপ, এল: ডম-জৈপৌ অমসুং এল: হেম কুকিগী মরল মথুম লুপা লাক্ষ ৩ রোম মাংহনখি।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মমাংগী অহিং-দা লেপ্তুবা নোং চুরকপনা ইম্ফালদা লৈবা সেক্রেটরীয়েট অমসুং অকোয়বদা ঈশিং চাওখি।

(খ) বারুনী চীং কানক্লবশিং ময়ুমদা হন্নখি। নোং চুবা অমসুং লেন্না থাবদা মী ১০০ হেন্না শোকখি। রাস্তনবা কয়া য়াওখি হায়।

তাং ২১ শগোলশেন নুমিৎ: শজিবু নোংমা পানবা মীতৈ/মৈতৈশিংনা চৈরাওবা থৌরম পাং-থোকখি। লাইনিংথৌ স্নামহীদা অনৌ-অপেন কৎনখি।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎ: কাংপোকপীদা ইলেক্ট্রিটি

অমস্তুং কো-ওপরেটিভ অফিস ১/১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হাংদোকখি।

তাং ২৩ থাংজ নুমিৎ : ইলেক্ট্রিসিটি লোয়-শঙদা কর্ম্মচারী অনৌবা লৌনবা ইন্টর্ভিয়্যু লেপ্পবা কর্ম্মচারীশিংনা আন্দলোন চংশিনখি। হায়না থবক ভৌরবা এদ হোক অমস্তুং মাষ্টররোল-শিংদা খুদোংচাবা পীনবা তক্লখি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : লেন য়াওবা নোং চুহ্না মফম অয়ায়দা মহৈ-মরোং মাংতাক-হনখি।

(খ) গান্ধী এভিন্যুদা টাটা গাড়ী মপোৎ হুরাল্লগা পুরকপা ২ অনন্দ অমস্তুং রোংমৈ গাইথুরুং ফাখি।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : চকপাকারোংদা নাগা লালহৌবশিংগী ঈরাং কনখৎপা লাক্লনবা চেকশিন থৌরাং তৌখি। মার্চ ১৩ দা ভিঃ ভিঃ এফঃ কী ওগেনাইজর ১ ময়ুমদা চংলক্লগা হাং-খি। এসঃ দিঃ ওঃ ওফিস্তা লাক্লগা লুপা ৪০০ লৌখি হায়।

(খ) ইম্ফালদা লৈবা পুলিস হেড ক্বাটরদা অহানবা মণিপুর রাইফলসকী রাইফলমেন ১ মথন্তা শিনা লৈরম্বা থেংনখি।

তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : রাংখৈ মচীনগী পাংকোম ওইনা তৌবা মফমদা মিনি বস এমঃ এনঃ পীঃ ৭৮৭ তাশিনখি সাইকল তোং-বা ১ দা হায়না থেংহুখি। শোক্লুনা লাইকয়নবা পুখি হায়।

তাং ২৮ শগোলশেল নুমিৎ : মার্চ ১৩ দা ময়ুম অমস্তুং কৌগে ছুম্না মৈ চাকপ্রবা অন্দ্রো অরাং লৈকাইদা লৈবা চিঙ্গাংবম গন্ধারদা সংস্থান শিংনা মতেং পীখ। শেল ওইনা লুপা ৫০০ অমস্তুং ১০০ পীরকখি হায়।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ : মোরেগী প্রেমনগরদা ওমথৈ লানশিন্দুনা চংলকপা বম্বীজ ১ শিরম্বা কংখি।

(খ) সেনাপতি জিলাগী ডিস্ট্রিক্ট ইন্দস্ট্রিয়েল সেন্টরগী জেনরেল মেনেজর মশক খংহৌদবা ওনা ফুখি। ফাহৌদে হায়।

তাং ৩১ নোংমাইজিং নুমিৎ : থৌবাল জিলাগী লম লৈজদবা মী ৮৭ তা পুন্না লম একর ১১২৫ অমস্তুং মীওই ৩২ দা শামতু লোয়বা মেছিনশিং রেভিন্যু মন্ত্রি শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহনা য়েন্থোকখি।

এপ্রিল

তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : এপ্রিল অহৌবা নুমিৎকী 'এপ্রিল ফুল' মী ১না ৴দা চৌলহায অমস্তুং ঠিটি থাদুনা পাংথোকনৈ।

(খ) নোংপোক কৈথেলমানবীবা নুংগী যুগকী মুংনা শাবা খুৎলাইশিং অমস্তুং চকু মথোং পানবনচিংবা আর্কোলোজি দিপার্টমেন্টনা ফংখি হায়।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : নাগা লালহৌবা মীওইশিংনা চান্দেলদা শেল খায়বা অমস্তুং মী লৌনবা পাও ফংখি। নুমিদাংদা কাক্‌চিং থমদুনা ফাগংনবা থবক লৌখংখি।

তাং ৩ যুমশকৈশা নুমিৎ: ত্রিপুরাগী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীনৃপেন চক্রবর্ত্তি ইম্ফালদা থুংল। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমস্তুং রাজ্যপাল জেনরেল কে: ভি: কৃষ্ণ রাওগা রারী শানগনি হায।

তাং ৪ শগোলসেন নুমিৎ : পাওগী সভা ১দা উদ্যোগ পুবা রাজ্য মন্ত্রি শ্রীপী: অচৌ সিংহনা উখ্রুলগী মিনি সিমেন্ট প্লান্ট অমস্তুং দাইং হাওস ১৯৮৫ ৮৬ডা থবক হৌগনি হায।

তাং ৫ ঈরাই নুমিৎ : ইম্ফালদা থুংহনা লৈবা ত্রিপুরাগী মুখ্য মন্ত্রি শ্রীনৃপেন চক্রবর্ত্তি শঞ্জেন-থোংদা লৈবা ষ্টেট গেষ্ট হাওসতা পাওমীশিংগা উন্নখি। মণিপুরী লোল অমস্তুং বিষ্ণুপ্রিয়া লোল অনিগী চয়েংনবা মহাক্কী রাজ দা লৈরবোই হায়-খি। মতু দা আগরতলা পাংখি।

নোংমাইজিং নুমিৎ : লম্ফেলপাংকী অফিসার ক্লবতা ত্রাইবশিংগী হেডমেন ২০০০গা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা উনখি। ফাইনান্স মন্ত্রি শ্রীলাইশোম ললিত অমস্তুং লৌউ-শিংড মন্ত্রি শ্রীসোসোলোরহোস্মু য়াওখি। চাংদা জঙ্গল নিং-থিনা থম্নবা অমস্তুং পাম্লৌ উবা তোক্লবা রাবা শানখি।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ইম্ফালগী নাগা তুরেল মনাক্তা শাবা কাস্তুরী থোংগাভী অমস্তুং মী লানবদা মিপাইখি। নোনা শাবা থোংনি সরকারদা রাকংনখি।

তাং ৯ নৈপাকপোকপা নুমিৎ : আই: টি:

আইঃ ছাত্রশিংনা ইন্সটিট্যুশন অসি মুখৎলু নত্রগা দাবী পীথোকউ আন্দলোনগী অনৌবা চংশিনখি।

তাং ১০ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ নোং চুবা চাং হেনগৎতুনা চয়োল অসিদা টেলিফোন মশীং যাম্না য়াখিদে। তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা ইলেক্ট্রিক তারা মৈ হৌবগী পেন্দবা লাকখি।

তাং ১১ শগোলশেল নুমিৎ : পুরাই লমলোং কৈথেলদা লৈবা শ্রীইবোহলবীগি স্না শাফম ডুকান্দা মশক খংদবা ৪ লাক্লগা স্না তুনা ৩৯ নোংমৈ উৎলগা লৌখি হায়।

তাং ১২ ঈরাই নুমিৎঃ মণিপুর, নাগালেণ্ড, মীজোরাম অমসুং ত্রিপুরাগী কোপস কম্যান্দর লেফটিনেন্ট জেনরেল বক্সি যোগিন্দর সিংহ ইম্ফালদা লাকখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশং অমসুং সেক্যুরিটিগী মকোক থোংবশিংগা শান্তি রক্ষাগী মতাংদা রারী শানখি।

(খ) বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরী ইডুকেশন মণিপুরনা লৌবা হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরিক্ষাদা মপিথেল হায় স্কুল ওজা ১না ছাত্র ১দা পাওখুম চে ইরস্নগী ফাখি।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎঃ চৈরাওবগী থৌরম পাংথোকখি। য়ুম য়ুমদা লাইনিংথৌ স্নামহীদা অনৌ-অপেন কংখি। য়েঙ্গাং মথেল থোংতুনা লানখি। নুংথিলদা চীং কাখি। থোকচোম যাত্রা খাঙবোকতা লৈবনা চৈ থাখি।

তাং ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : থৌবাল কৈ-বুংদা লৈবা মহম্মদ কসিমগী মচানুপী উমেরু বেগম এপ্রিল ৪দা শোয়াদা লৈবা সিরাজ অহম্মদ অমস্থুং কৈবুংদা লৈবা হবিবুলানা চিংখি। নুমিৎ ১১ নি শুখিবা নুমিৎতা শোয়া চৌংথক্লা শিনা কংখি। নাদা য়ানখিবা স্না ৯তা য়াওরমদে হায়।

(খ) উখ্রুল পুলিস ষ্টেশনদগী গন্জ ৫০০ রোম থাপ্লা উকোন ১দা নোংমৈ মরু ৮ পানবা অশিবা শুকচাং ১ কংখি।

(গ) অকনবা নোংলৈ-নুংশিং ১না জিরিবামদা যুম খরা মথক হুমদোকখি। ইন্দষ্ট্রি কমপ্লেক্সতা লৈবা ত্রেনিং হোল মথক পাইথোকখি হায়।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মোইরাংখোমদা লৈবা থাও য়োনফম সিংহ এণ্ড কোঃ গী বেঙ্কতা থম্মুনবা লুপা লিশিং ৯৩ গাড়ীদা হাপ্লবা হোংন-রিগুদা হান্না লুমহুনা লৈবা মশক খংদবা ১০মুক্রা লাকখি।

তাং ১৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : অঙাংশিং-দা লাইওং খংদবা লাইচৎ ১ শন্দোরকখি। অঙাং ১ থালোন্দা শিখি। অঙাং ১১ লায়েংবা হোৎনখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুরগী ৬মখৈ পরিং অমস্থুং তম্পাকী শরুকশিংদা কিলোমিটর ১৬০০ খোংনা চৎলুবা মণিপুর মাউন্টেনিয়ারীং এণ্ড ত্রেকিং এসোসিয়েশনগী কাংবুগা পাওমী-শিংগা উনবদা শিংজোলদা ডাক্তর লৈতবা

ডিসপেন্সরী ১ থেংনরকখি। ছংসিপ হায় স্কুলদা তলব লৌরগা ওজা কাদবা ফংনরফখি হায়।

তাং ১৮ শগোলশেল নুমিৎ: মণিপুরদা লে-প্রোসীনা নারবা মী ৮৫৯ লায়েংথ্রে হায়না সর-কারনা লাওথোকখি।

তাং ২০ থাংজ নুমিৎ: কংলাসিফাইদা আর্মী-না থি-ত্থবা চথরকপা নুমিৎ ২/৩ শুখি। পীঃ এলঃ এঃ গী শ্রীচিঃ ঐচঃ সনাবা কাখি।

তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎ: শীংজমৈ সো-রোখায়বম লৈকাইদা লৈবা মণিপুর সরকারগী ডিপুটি সেক্রেটরী (ডিঃ পীঃ) শ্রীদিজোবী সিংহগী য়ুমদা মশক খংদবা নহা থরা চংলক্লগা শেল ১ল্লুং স্না লুট তৌনবা হোংনবদা ঙমখিদে। লাওন-রক্লুনা শক খংদবা ৬ চেনখি নোংমে কাপ্পা মখোল ২রক তাখি হায়।

তাং ২৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: উপ-রাষ্ট্র-পতি শ্রীরাম স্বামী ভেনকটারমন ইম্ফালদা থুংলৈ খুমন লম্পাক্তা মী ১০০ চনগদবা মখোল ২গী মুক্ত হোষ্টেল ১ শানবা উরেপ উয়ুং তমখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী গোল্ডন জুবিলি থৌরম গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদা হৌদোকখি।

(খ) খেব চীংদা খোংজোম নুমিৎকী থৌরম পাংথোকখি। মেজর জেনরেল পাওনা ব্রজবাসি অমস্থং অথৌবশিংদা তপর্ন কংখি।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: উপ রাষ্ট্রপতি শ্রীআরঃ ভেনকটারমন শ্রীমতী জানকীগা

কোহিমাগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। পাওমীশিংগা উননবা তাঞ্জা লৈখিদে হায।

তাং ২৫ শগোলশেল নুমিৎ : খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা থাদোকপা যন ফাগৎতুনা লুপা ৩,৮৮৮ ইম্ফাল ম্যুনিসিপালদা কাখি হায়।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎঃ চহি ৫ কাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংশিংদা লাইকুপ শন্দোকখি। মেডিকেল দিপার্টমেন্টনা চেকশিন থৌরাং লৌথংখি। চেকশিন্নবা লাওথোকখি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ : রীজনেল মেডিকেল কলেজদা ছাত্রশিংনা প্রিন্সিপাল পুবা ডাক্তর অমরবু লৌথোক্কবা ১স্মুং অতৈ দাবীশিং তানবা আন্দলোন চংশিন্দুনা ওঃ পীঃ দিঃ নওবশিং থোংথিংখি।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : অল মণিপুর পোলো ক্লবনা শীন্দুনা চঙ্গরকপা পোলো টুর্নামেন্ট ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা লোইশিংখি। মৈতৈগী ওইবা মশান্নদা খুংথারম্বা শ্রীচাওবা. শ্রীতোম্বা অমস্মুং লৈখিদ্রবা মাইবম ইবোতোনগী নুপাদা ঈকায় খুম্নবা উৎতুনা খুদোল পোংপীখি।

তাং ৩০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : পোৎ-চৈ মমল তাংখৎহন্দনবা রাকৎনখি। রেট এণ্ড মেজর দিপার্টমেন্টনা অরুম্বা ওন্নবা নুং ১স্মুং সেরফালা থোক্কা-থাক্কা তৌবা ১১ ফাগৎতুনা ৬ দণ্ডি পীখি।

মে তাং ১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুরদস্থ মে ডে

পালন তৌনখি ।

তাং ২ শগোলশেল নুমিৎ : শ্রীএনঃ তোম্বী সিংহ এমঃ পীঃ গা পাওমীশিংগা উনখি । মণিপুরী লোল চঙবা সেড্যূলদা য়াওহনবা থৌরাং থাক নেম্না লৈরম্লে । আর্মীনা এক্সত্রিমিষ্টশিং থেংনবদা মরাল লৈতবা কয়া অরাবা নংলে হায়না লোক সভাদা থংহল্লম্লে হায়খি ।

তাং ৪ থাংজ নুমিৎ : উপচ্ছায়াদা চন্দ্রগ্রহন তৌখি । নুমিদাং পুং ১১ মিনিট ৪৬ সেকেণ্ড ২৪ দা লাকখি ।

তাং ৫ নোংমাইজিং নুমিৎ: কৌক্র কাবা মী লিশিং ১'য়ৌখি । মমাংগী নুমিৎশিংদা মী ১০০/২০০ কাখি হায় ।

তাং ৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নোংমৈবুংদা লৈবা সেণ্ট জোর্জ স্কুলদা চহি ১৪/১৫ শুরবা নিংদোলিন সিমটে কৌবা থাংলোন সিম্পু খুলদা লৈবা শ্রীত্রাউদে সিমটেগী মচা থৌরী য়ান্দুনা শি ।

(খ) নেপালী থোমজিল্লকপা থিংনবা অমস্তুং ত্রাইবেলশিংগী সেফ গার্ড ডাকুবা য়াওনা দাবীশিং তক্লবা কৌবা সদর হীলস বন্দ পাংযোকখি ।

তাং ৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুর ভম্পাক্কী লমদা লৈবা পঞ্চায়েটকী ৪শুবা সধারন মীথল পাংথোকখি । ভোটর ৪,০১,৫৫৩গী মনুংদা চাদা ৫০ থরা হেনবনা ভোং থাদনখি ।

তাং ৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : বিস্ণুপুর পুলিসকী এসঃ পীঃ অফিস মমাংদা পঞ্চায়েট মীথলগী

দিয়ুটি চৎলুবা মণিপুর রাইফলসকী ত্রক ১গা অভোপ্পা ত্রক ১গা থেঙ্গায়নবদা মী ৮/৭ শোকখি।

তাং ৯ শগোলশেল নুমিৎ : মে ৭ কী পঞ্চা-য়েট মীথলগী বেল্লোট বোক্স ২ পান ফুকান ১দগী ফাগৎখি। লৌক্রাকপম লৈকাই ইবোমচা বালিকা এল: পী: স্কুল পোল্লিং ষ্টেশন্দা শীজিন্ন-বা বেল্লোট বোক্সনি হায়।

তাং ১০ ঈরাই নুমিৎ : খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী লক্ষ্মী বাজারদা মশক থংদবা অত্তাওবী ১ লেকথ-বক্লুনা রাইকম্ননবা পুবদা লম্বীদা শিখি।

তাং ১১ থাংজ নুমিৎ : বাবুপডাদা লৈবা ফাই-নান্স মন্ত্রি শ্রীলাইশোম ললিতকী কাটর মনাক্তা এপ্রিল ২৯ দা ড্রাইভর ১ তাম্নরক্লগা ফুকবা পুলিসমেন ২ মসপেণ্ড তৌখি হায়।

(খ) লেলাই পাং নুংফৌ তুরেলদা অঙোমজাম্নম জুগে কৌবা ১ শিনা ফংখি।

(গ) উচেক্কোন চোঙবী লৈরক্তা লৈবা শ্রীশামু-রাইলাংপম ইবুংঙোগী মাগুম তুম্না মৈ চাকখি।

তাং ১২ মোংমাইজিং নুমিৎ : থাঙ্গাল বাজার-দা লৈবা পী: সি. জৈন এণ্ড কো: গী ২ শুবা য়ুমথক্তা লৈবা পোংশিং তাঙ্গোয় ওন্না মৈ চাকখি।

তাং ১৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টী ডিপুটি কমিশনার বাঙ্গলোদা মশক থংদবা খরনা নোংমৈনা কাপশিল্লকপদা সন্ত্রি তাবা ৬শুবা মণিপুর রাইফলসকী জবান এন: জি: ইবোহল সিংহ লিলোং হাওরৈবীদা লৈবা

শ্রীমিখুগী মচা শি । মীচম ১ শোকখি । ডিপুটি কমিশনার অমসুং এসঃ পীঃনা বারী শানরিভেদা নোংমৈ মরু ২০ রোম কাপ্লকখি হায় ।

তাং ১৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ রাজ্য ১১না শরুক য়াবা নেসনেল য়ুঠ বাস্কেট বোল চেম্পিয়নসিপ ইম্ফালদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হৌদোকখি । অহৌবা নুমিৎতা মণিপুরনা উত্তর প্রদেশপু ৬১-৫২ দা থোইখি ।

তাং ১৬ শগোলশেল নুমিৎ : উ য়াম্নোকপা অথিংবা লৌথোকউ নত্রগা হিংনবা লৌউ-শিংউ তৌনবা লম পীয়ু হায়না ভিলেজ চীফ ৬১ না মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংদা তকখি ।

তাং ১৭ ঈরাই নুমিৎঃ ইম্ফালগী নিউ চেকোন চঙাং এভিন্যুদা লৈবা শ্রীজোনি হায়বা ১গী য়ুম ভারাদা থিজিনবদা লুপা ৫০,২০০ রোমগী হে· রোইন ময়োম ৮ ১স্ং লুপা ১০০/১০০ চৎপীগি জালি নোট ফাখি ।

তাং ১৮ থাংজ নুমিৎ : অত্তে রাজ্যশিংদগী পুরকপা ভা য়োনবা থিংনবা সরকারদা রাকখি। মশা নাবা ভা য়োন্দুনা প্রজাদা মিপাইহল্লে হায় ।

তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিৎ : ইম্ফালদা চথরকপা তশুবা নেসনেল বাস্কেট বোল চেম্পিয়নসিপ লোইখি । মহারাষ্ট্রনা চেম্পিয়নসিপ লৌখি ।

তাং ২০ নিংথৌকাবা নুমিৎ : এন্দ-হোক ওজা ৪/৫ পা বা খরা কম্না ভাংনখি। খুৎথোক্রুহনা খোংউপনা কনবা অমসুং লাইচৈনা ফুখিবা

লৈতে হায়না শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা পাওমীশিংদা হাযখি। ছাত্রশিং য়াওনা মতীক চাদবা শিক্ষা মন্ত্রি লৌথোক্নবা দাবী তৌখি।

তাং ২১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ইরিগেশন এণ্ড ফ্লদ কন্ট্রোল দিপার্টমেন্টকী মাংখিবা ত্রক ১ শীংজমৈ সোরোকখাইবম লৈকাইদা ফংখি।

তাং ২২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : কেরোসিন মমল লিটর ১দা লুপা ৪ পীদুনা তাংখৎখি। লুপা ২.৫০ দগী লুপা ৩ য়োয়ক্তুনা তাংখৎখিবা খংহৌ-দে হায়।

তাং ২৩ শগোলশেল নুমিৎ : ইম্ফাল ডিস্ট্রিক হোসপীতালদা ডাক্তরশিংনা স্ত্রাইক চংশিনখি। ও: পি: দি: অমসুং কেজুয়েলিটি য়াওনা লায়েং-বা লেপখি।

তাং ২৪ ঈরাই নুমিৎ : ভোটি ঈশিং মনম চেনবগী রাকৎ লাক্লখি। নুমিৎ ৩ ৪ নি শুরে হায়।

তাং ২৫ থাংজ নুমিৎ : ডিমাপুরদগী লাকপা আটা পুবা ত্রক এম: এন: পী: ৪২৬৮ মন্ত্রি পুখ্রিদা লোংখি। মী শোকহৌদে হায়।

তাং ২৬ নোংমাইজিং নুমিৎ : নুমিৎ ৫ নি লেপ্তুনা নোং চুরকপনা ইম্ফাল অমসুং নম্বুল তুরেল ঈশিং পাথোকখি। ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ থংবা লৌনম্বাল কায়খি, ৪শুবা আসাম রাইফলস অমসুং রাজ ভাবন য়াওনা অকোয়বা

মফমদা ঈশিং চাওখি। নম্বুল তুরেলগী ঈশিংনা থ্বাইরম্বদ কৈথেল অকোয়বা থুমখি।

তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ওল্ড সেক্রেটরী-য়েট-কনফরেন্স হোলদা হেদ ওফ দিপার্টমেন্টশিং-গী অপুনবা মীতিন কৌখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা ঈশিং ঈচাওনা অৱাবা তারবশিংদা লৌখৎপা য়াবা থবক লৌখৎনবা ১ম্সুং পোৎ-চৈ মরাং কায়না ফংহনবা থংহনখি।

তাং ২৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: তুরেল ঈশিং চাওহুগা চেন্থখিবা কৈথেল মানবী থোং লানবা য়াদনা লৈখি। লম্বীদা গাড়ী অচৌবা চৎপা য়াখিদে।

তাং ৩০ শগোলশেন নুমিৎ: ইম্ফাল তুরেল অমসুং নম্বুল তুরেল কায়হুনা ঈশিং ঈচাও নং-খিবদা লুপা লাক্ষ ১০৭ কী অমাং-অতা থোকখি। ঈশিং থিংবদা লুপা লাক্ষ ১০ শীজিন্নখি হায়না আই: এক: সি: মন্ত্রি ডা: এল: চন্দ্রমনি সিংহনা পাওমীশিংদা হায়।

তাং ৩১ ঈরাই নুমিৎ: ইম্ফাল অমসুং মোই-রাংদা লুপা ৫ য়াওনা মীওই ২০ হেরোইন চার-স্বা অমসুং য়োম্নর্গগি ফাখি।

জুন তাং ১ থাংজ নুমিৎ: ঈশিং ঈচাওনা শোক হনখিবা মফমশিংদা মী ২৫৪০ অমসুং শা-ষনশিং হীদাক কাপখি। ভেটিরিনরী ডিপার্টমেন্টনা লাইচৎ শন্দোরক্তনবা থিগৎখি।

তাং ২ নোংমাইজিং নুমিৎ: নিত্যাইপাং

চুংশেক্তা ত্রক এম: এন: পী: ৪৯৫৯গা জীপ এম: এন: এস: ৭৫৮০ গা খোম্নবদা জীপ্তা তোংবা অহানবা মণিপুর রাইফলসকী হবিলদার রবা সিংহ বাংথৈদা লৈবা খুদক্তা শি। ৫ শোকখি।

তাং ৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ: বিষ্ণুপুর হেড কাটরদা সব-ট্রেজরী অফিস ১ ফাইনান্স মন্ত্রি শ্রীএল: ললিত সিংহনা হাংদোকখি।

তাং ৪ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: ভারত সরকারগী য়ুথ এফিয়ারস অমসুং স্পোর্টস রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহ ইম্ফালদা থুংলৈ। ওল্ড সেক্রেটরীয়েট কনফরেন্স হোলদা স্পোর্ট ওর্গেনাইজেশনশিংগী মীহুৎ য়াওবা মীফম ১ ফমহুনা রা খন্নখি।

(খ, খুরাই খুমিদোক্তা লৈবা মহম্মদ রশিদ মিয়াগী য়ুমদা মশক থংদবা থরা চংলক্লগা শেলগং লুপা ৩,০২৮ অমসুং কেমেরা ১ টেপরেকোর্দর ১ অমসুং ঘড়ী ১, লুট তৌখি হায়।

তাং ৬ শগোলশেল নুমিৎ: ডিষ্ট্রিক ইন্দষ্ট্রিয়েল সেন্টর ইম্ফালগী জেনরেল মেনেজর শ্রীরাজকুমার রাহল সিংহ, মেনেজর (মেছিনরী) শ্রী এল: যাত্রা সিংহ অমসুং মেনেজর (খাদি এণ্ড ভিলেজ) শ্রীআই: গোগো সিংহ ভেজিলেন্সনা ফাখি। লুপা লাক ৮৮ লাম্না শীক্তিন্নখোকই হায়।

তাং ৭ ঈরাই নুমিৎ: পাওনা বাজার কৈশাম্পাং মনাক্তা রিক্সো তরুম্বা জীপ এম: এন: পী:

৭৭৫৭ চাংমৈরোংদা ফাখি।

(খ) কুম্বী কৈথেলদা নৌনা শাবা কৈথেল শঙ শঙ্গাখি।

তাং ৮ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফালদগী কিলোমিটর ৬০ থাপ্পা তমেংলোং লম্বীদা চাং নাংখায়রুনা চথোক-চংশিন থিংখি। নুমিৎ ৬নি শুরে। চেম্বু খিবা যুম অমস্তুং চুকান মফম ইতাক তাক্লি-থোং ১ য়াওখি। শেমজিন্নবা প্রজা নুচিংব-শিংনা সরকারদা বাকংখি।

তাং ৯ নোংমাইজিং নুমিৎ : ঈশিং ঈচাও মমুংদা অকবা ঈশিং ফংবা বারে। ফংহল্লু হায়না মাইগৈ মাইগৈদা নিনখি।

তাং ১১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মণিপুরনা ইউনিয়ন টেরিতোরী ওইরিবদা লেফটিনেন্ট গভর্ণর ওইরম্বা বালেশ্বর প্রসাদ লৈখিদবগী ওল্ড সেক্রেটরীয়েট কনফরেন্স হোলদা অরাবা ফোংবা মীতিন ফমখি। সরকারগী লোয়শঙশিং ১স্তুং স্কুলশিং ছুটি তঙ্গায় থাখি।

তাং ১২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভাগী বজেট মীকম হৌখি। ১৯৪৮ দা মেম্বর ওইরম্বা লাইশ্রম চন্দ্রমনি সিংহ অমস্তুং অহানবা লেফটিনেন্ট গভর্ণর বালেশ্বর প্রসাদনা লৈখিদ-বদা অরাবা কোংখি।

তাং ১৩ শগোলশেন নুমিৎ : খোংহাম্পাংতা লাইচং ১না শা-যন নাবা হেনগংখি। যন ৪.৫ শিখি হায়।

(খ) পাওনা বাজারদা লৈবা দিলিপকুমার ইন্টর প্রাইজেসকী প্রোপাইটর শ্রীদিলিপকুমার পোৎশংবম ভেজিলেন্সনা ফাখি। ১৯৮৩ দা স্রাইক্লিং মেছিন ৮গী মচুংতা রাসিং মেছিন ৯ পীরম্মনি হায়।

তাং ১৫ থাংজ নুমিৎ: তোকপা নুতি চেক্লোংগী চহি ৭ চংবা মপোক নুমিৎ নিংশিংখি।

তাং ১৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: নোং চুবগী চাং হেনগৎতুনা নম্বুল তুরেল খুদোং থৌনিঙাই চাং য়ৌখি। ইম্ফাল তুরেল ঈশিং পাথোক্লদবা মীটর ১.২ খক্তং ওইখি। মী কয়া পাখৎনখি। ইরিগেশন এণ্ড ফ্লদ কন্ট্রোল দিপার্টমেন্টনা চেকশিন থোরাং লৌখৎতুনা শেম্নখি।

তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মপাওদা বারৌল তাংখুল কৌবা জুন ১দা হাংখিবগী মরীদা মীহাৎপা ৬ সিং আরঃ পীঃ এফঃ না ফারগা পুলিস্তা শীন্নখি।

তাং ১৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: চান্দেল জিলাগী লুচিংবশিং য়াওনা স্ত্রাইক তৌদুনা বস চেনবা লেপলিবা ত্রান্সপোর্ট ওপরেটরশিংগা মীতিং ফমদুনা য়ানবা পুরকখি। মতুংদা পুলিসনা অওং-অনৈ তৌদনবা আইঃ জিঃ পীঃদা তক্লনবা রারেপ লৌদুনা জুন ২০ দা বস চেনবা হৌগনি হায়।

তাং ২০ শগোলশেন নুমিৎ: কাং চিংখি। হরি মন্দিরশিংদা জগন্নাথ থুক্লম্নখি।

তাং ২১ ঈরাই নুমিৎ : খোংজু মমাং লৈকাই-দা লৈবা শ্রীককচিংতাবম লালহরী শর্ম্মগী জীপ লৈনবা শেল পুন্না চৎপা গাংমুমৈ কবুই মহা-বালি কবুই খুন্‌, কে: গোইনিংলুং অমসুং এ: খোইবা অহুমদগী মশক খংদবা একাগাংড়ী তোং-বা ৫না লম্বীদা থংলগা লুপা ১৪,৩০০ লাকখি।

(খ) খাবৈশোয় ঈশিং লৌ মপাদা লৈবা খোং-লম ১দা তাশিন্দুনা বস এম: এন: এস: ১৫১৬ শুজিনখি। পেসেঞ্জর ২৪ শোকখি।

তাং ২২ থাংজ নুমিৎ : চীংঙ্কা তেমখোকখিবা মফমদা সুপর মার্কেট শাদনবা অমসুং কম্যু-নিতি হোল ১ শানবা মীতৈ ঈনাং চৎপশিংনা সরকারদা হায়জখি।

(খ) চুরাচান্দপুর অমসুং থালোন চেনবা বস এম: এন: পী: ২৮৭৯ থংলগা মী ৩না নোংমৈ উংলগা লুপা ৩,৫০০ অমসুং পোৎ-চৈ লুট তৌখি।

তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লিলোংদা লৈবা মণিপুর রুরেল বেঙ্কতগী মশক খংদবা ৫না লুপা ২২,৪২৬ লাকখি।

(খ) মণিপুর সরকার অমসুং সেমি-গোভর্ণমেন্ট কর্ম্মচারীশিংনা স্ট্রাইক চংশিনখি। থবক লেপ্পা স্ট্রাইক অহুনা দাবী ১৮ পীমু হায়।

তাং ২৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ইম্ফাল অমসুং অকোয়বা মফমশিংদা লৈবা ফিয়ার প্রাইস সোপ ২২ থবক তৌত্রে হায়না সংস্থান-শিংনা রাকংখি। চেং অমসুং চিনি কংহন্দবগী

মরম থিদোকুবা তকুরকথি হায়।

তাং ২৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : য়াক্সিদা থমলুবা বন্দি ১২ ইম্ফালদা পুরকথি।

(খ) সপরমৈনাদা আর্মীগি পরেং লাকপা গাডী ১৪ গী ৪শুবা গাডীনা তক্লুনা মণিপুর পব্লিক স্কুল ছাত্র ভাংখোলান শি।

তাং ২৭ শগোলশেল নুমিৎ: সরকারগী লোয়-শঙ অমস্তুং সেমী গোভর্নমেন্ট কর্ম্মচারীশিংনা স্ট্রাইক চংশিনবদা পব্লিক হেল্‌ঠ দিপার্টমেন্টকী কর্ম্মচারীশিং য়াওশিনখি। মীয়ামদা ঈশিং কংখিদে।

তাং ২৮ ঈরাই নুমিৎ : মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগী মন্ত্রি মণ্ডলদা অহোংবা পাম্বা কংগ্রেস (আই) এম:এল:এ: ১৪ নই দিল্লিগীদমক ইম্ফাল থাদোকখি। শেল-থুম মন্ত্রি শ্রীএল: ললিত সিংহ শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীআই: তোম্পোক সিংহ অমস্তুং লৌউ-শিংউ মন্ত্রি শ্রীসোসো লোরহোনা প্রধান মন্ত্রি য়াজিব গান্ধীদা অনৌবা লুচিংবা থম্নবা তকুকনি হায়।

(খ) তুংলোইদা নাগালেণ্ড পুলিস অমস্তুং মীচম কয়ানা য়েঙ্গাং মনা-মশীং ফোইরগা পুখি। থুলগী লুচিংবা ২ ফাখি হায়।

তাং ২৯ থাংজ নুমিৎ : শীংজমৈ নাওরেম লৈকাইদা নাওবা কৌবা অভাং ১ কার এন: এল: জি: ২৭৭৪ না তক্লুনা কৈগলগী শক তেকখি।

(খ) লোক্তাক লিফ ইরিগেশন প্রোজেক্টতা ফমখিবা মীতিং ১দা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উ

ফজনা থাবশিংদা শেলগী মনা পীগনি লাওথোকখি।

তাং ৩০ নোংমাইজিং নুমিৎ : পাংশোইদা চেক তৌবা পুলিস কাংবু উবদা চেন্নবা হোংনবা অমম্মুং ভানকুবদা শিঙ্গেবাক্না কন্থরক্নুনা মণিপুর রাইফলসকী হবিলদার শান্তি কোবা ঃনা নোংমৈনা কাপখি। মু পুবা শ্রীনাওরেম মঙ্গী ওই থংবা মরেংবান্দা শোকখি হায়।

জুলাই

তাং ১ নিংথৌকাবা নুমিৎ : রাজনিতিগী চরাং খোইরাংনবা লৈরকপা অসিদা হায় কম্মাগুগা উনরুনবা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং নই দিল্লি পাংখি হায়।

তাং ২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : মন্ত্রিশিংনা ট্যুর চৎপদা লুপা ৬,১৫,৬১৭.৫৫ খরচ তৌখি : মন্ত্রি ৩ য়াওনা অফিসিয়েল ২৪৫ ভেলোরদা লায়েংখি হায়না মণিপুর বিধান সভাদা ফাইনান্স মন্ত্রি শ্রীললিত সিংহনা হায়।

তাং ৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মণিপুরদা থা ৩/৩ গী চেং মেত্রিক টোন ৯,০০০ পুশিন্নরুগা চেং তাংবা অমম্মুং এজেন্টশিংনা মতম চানা য়েন্থোকুবা মরম মণিপুর বিধান সভা মীফমদা থিগৎনখি।

তাং ৪ শগোলশেল নুমিৎ : এক্সট্রিমিষ্টকী সরেন্দর তৌরবা মীওইশিংদা খুদোংচাবা পীনবা কম ১০০ থাকই। এলঃ দিঃ সিঃ ৩৫ ১স্থুং ফোর গ্রেদ ৬৪নি। পীয়োন ৪৭ অমম্মুং এলঃ দিঃ সিঃ

৩৫ হাপ্তুনা মীওই ৮২দা খুদোংচাবা পীখ্রে হায়।

তাং ৫ ঈরাই নুমিৎঃ সিংহাট্রগী ইম্ফাল য়ৌগদবা বস ১ পাওদাই ফোরেষ্ট গেট্টা এক্সিদেন্ট থোক্লুনা মী ৭ শোকখি। কুবাল্লাদা লৈবা ড্রাইভর টি: অঙৌ শোকহৌদে হায়।

(খ) মোরে চেনবা বস এমঃ এনঃ এসঃ ৮৪৭ থমা পোকপীগি চীংচেপ্তা মশক খংদবা ৎমুক্লা থাম্লগা শেল অমস্থং পোংশিং লুট তৌখি।

তাং ৭ নোংমাইজিং নুমিৎঃ মুখ্য মন্ত্রিগী বঙ্গলোদা চুরাচান্দপুরদা হেড কাটর ওইবা সেলভেশন আর্মী কৌবা সংস্থান ১না শীল্লগা ঈচাওনা অমাং-অতা নংহল্লবা ইমুং ২২দা লুপা ৪১০/৪১০ য়েন্থোকখি।

তাং ৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ ঃ খাবৈশোয়দা গাড়ী এমঃ এনঃ পীঃ ৮২৩৯ না তকপা মনোজ খান কৌবা অঙাং ১ ইম্ফাল ডিস্ত্রিক হোসপীতালদা লাইকল্লনবা পুরকপদা শিখি।

তাং ৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ রাংথৈ কোঙ্গুং কম্পাউণ্ডদা লৈবা রাইথোম জন্ম' কৌবা চহি ৭১ রোম শুরবা ১গা হুই ১গা ইলেক্ত্রিক্লা চিংহুনা শি।

তাং ১০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ ঃ মণিপুর বিধান সভানা ডি মণিপুর পঞ্চায়েট রাজ্য (ফিভ এমেণ্ডমেণ্ট) বীল ১৯৮৫ ডি মণিপুর ম্যুনিসিপালিটিজ (৫শুবা এমেণ্ডমেণ্ট ) বীল ১৯৮৫ অমস্থং ডি দেঞ্জরস ড্রগস (মণিপুর এমেণ্ডমেণ্ট) বীল ১৯৮৫

পাস তৌখি।

তাং ১১ শগোলশেল নুমিৎ: মমাং থাগী ১২ দগী চৎথরকপা মণিপুর বিধান সভা মীকম লোই শিনখিবগা লোয়ননা মতম কক্তনা য়ৈথোকখি।

তাং ১৩ থাংজ নুমিৎ: জুলাই ১৪ দা ইম্ফালগী ভিনা সিনেমা হোলদা সিনেমা চেরিটি লৌনি হায়দুনা অশাবা টিকেৎ য়োল্লম্বা মী ২ ছাত্র-শিংনা ফাখি। শাংজমৈদা লৈবা কোইজম ভোসী অমগুং ওক্রম ভিস্মা কৌট হায়।

তাং ১৪ নোংমাইজিং নুমিৎ: নম্ফুদা ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্দ উথাইখি হায়বা মতাংদা কংগ্রেস (আই) মনুংদা চরাংনবা থোকখি। এল: এস: ভি: মন্ত্রি শ্রীরাধাবিনোদ কোইজমনা পাণ্ডগী সভা ১ শানখি। উথাইগ্রবা ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোদকী মীখল অথুবা মতমদা তৌগনি হায়।

তাং ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা কংগ্রেস (আই) গী মন্ত্রি মণ্ডল মনুংগী বাথোক য়েংশিন্নবা হায় কম্মাণ্ডগী মীহুৎ শ্রীএ: কে: এন্টোনী ইম্ফালদা থুংলে। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং অমসুং শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহনা লুচিং-বা এম: এল: এ: শিংগা তোখায় তোখায় বারী শাখি।

তাং ১৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: সরকারনা থনবা এজেন্টশিংদা য়োনবা হারশিং কৈথেলদা

মমল তাংনা য়োল্লি হায়বা বাকং লাকুখি।
পেন্দবা কোংনখি।

তাং ১৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : নই দিল্লিদা হনগনি তৌরম্বা শ্রীএঃ কেঃ এন্টোনী চৎখিদে। এমঃ পীঃ রাজেশ পাইলোট থুংলহুনা কংগ্রেস (আই) মপুংগী ঈরাং মওংদা মপুং ফুজিন্না য়েংশিনখি।

তাং ১৮ শগোলশেল নুমিৎ : ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল বোর্দ মুথৎখিবা য়ানিংদবা উৎতুনা মুপী মীয়াম্না মৈরা পায়রগা ইম্ফাল সহরদা সভাযাত্রা চৎখি।

তাং ১৯ ঈরাই নুমিৎ : কুম্বীদা লৈবা মণিপুর রুরেল বেঙ্কতগী নোংমৈ উংলগা মী ৪মুক্না লুপা ১,৪৯২,৫৫ লুট তৌখি। কর্ম্মচারীশিং শোকহল্লমদে হায়।

তাং ২০ থাংজ নুমিৎ : ককরা মাইবম লৈকাইদা লৈবা ডাঃ কোকিলগী য়ুমদা মশক খংদবা থরনা জুলাই ১২ সুমিদাংদা শেল লৌখিবা মতাংদা চিংনবা ২ নামৈরাকপম রোবিন্দ্র অমস্মুং মাইবম ইবোহল কাখি।

(খ) কৈশাম্পাৎ পার্কিংদা সুমিদাং মী ২ অমসুং ৫ গী থুংপু ২ রিভোলবর উংলগা উংখৎনখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিং শীল্লোই অমসুং শান্তি হায়বা মবৈ য়েংনখি। পুলিসনা মী ৫ কাখি হায়।

তাং ২১ নোংমাইজিং নুমিৎ : লমলাই এলঃ

পীঃ স্কুলদগী মাংখিবা সাইকল ১ হুরানবা মুতুম রজিৎ কাখি সাইকল মপূদা শীন্নখি। পুক্সোয়-দগী নহারোলশিংনা ফাবনি হায়।

তাং ২৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : থারসোম পোষ্ট অফিস মনাক্তা নাগা লালহৌবা মীওই খরগা রোং চংপা আর্মী কাংবু অমগা নোংমৈ কাপ্লখি।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ তমেংলোং জিলা-গী গ্রফক্ত অয়াম্বদা লৈবা স্কুলশিং মরু ওইনা তৌশেম অমস্তুং খোপুমদা ওজা কানখিদে। ছাত্র চাক্তা কাবা নুমিৎ ৪৫ ৪৬ নি শুখি হায়।

তাং ২৫ শগোলশেল নুমিৎঃ ওল্ড সেক্রেটরী-য়েট কনফরেন্স হোলদা রাজ্যপাল জেনরেল কেঃ ভিঃ কৃষ্ণ রাওনা অরাং নোংপোক লমদমগী আইঃ জিঃ পীঃ কনফরেন্স কৌদোকখি। শান্তি রক্ষাগী মতাং য়াওনা থন্ন-নৈনখি।

তাং ২৬ ঈরাই নুমিৎ : মুখ্যংগ্রবা ইম্ফাল ম্যু-নিসিপাল বোর্ডকী কমিশনারশিংনা অফিস পিকেটিং তৌবা নুমিৎ ৪নি শুখি। মী ৪ ফাখি।

তাং ২৭ থাংজ নুমিৎ : খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল কুমখিবা মুপা ১ মুপী ৭ পুথাও নহারুপ্তা হী তোংলগা ঈরিল তুরেল লাপ্লোকপদা হীরাক্লম্বনা শিখি। শদাং খুলদা লৈবা মীওইশিংনি, চহি ৭ কী অঙাং ১গা মমাগস্থ য়াওখি হায়।

তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎঃ নোং চানফুং চানফুং তৌরকপদা য়ুরেম্বম ইলেক্ট্রিসিটি

সব ষ্টেসন্দা কেবল বোক্স পোখাইখি। মৈ মমখি।

তাং ২৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লুপা ৩৪,০০০ গী জালিনোট লুপা ১০০/১০০ চংপী ফাগংখি। মী ৪ কোঙ্গ্‌্রাইলাংপম বীরচন্দ্র কৈরাও, লৌশং-বম থোইবা সিংহ ককরা মাইবম লৈকাই, অশেম শ্যাম চানম পুখ্রি মপাল অমসুং চীং তম প্রেসকী চানম্বম হেমচন্দ্র সিংহনি। হাম্না লুপা লাক্ষ ৭ হেম্না মোরেরোমদা শীজিন্নখি হায়।

তাং ৩০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : উখিপোক নাওরেমথোং খুলেম লৈকাইদা লৈবা শ্রীমতী ইবেতোম্বী দেবী চহি ৪১গুরবী ১ একাগাঙীনা তক্কুনা শি।

(খ) জুলাই ২৮ দা শঙ্গেনথোং মনাক্কী ইম্ফাল তুরেলদা লুপখিবা কুমারী লিভেন হাওকিপ নিউ লম্বুলেণ্ডদা লৈবী অসি লিলোং মনাক্তা ফংখি।

তাং ৩১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অয়াবা য়াওদনা লৈরম্বা বঙ্গালী রিফ্যুজি ৮০ ইম্ফালগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী ফাগংখি।

(খ) পুখাও ঈরিল তুরেলদা হৌরাক্লখিবা মী ৮গী মনুংদা ৭কী অশিবা হকচাং ফংখি। মোই-রাং কম্প্‌ অঙোম লৈকাই কৈবী হৈক মপাদা ফংখিবনি হায়।

আগষ্ট তাং ১ শগোলশেল নুমিৎ : ইলেক্ট্রিক খাজ-না তোনবা মৈ ককপা অমসুং অকনবা নোটিশ তৌহনা লুপা ১১,৭৯৪.৪০ কাখি। ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিদা লুপা লাক্ষ ৭ অমসুং সরকারগী

লোয়শঙশিংদা লুপা লাক্ষ ৩৫ হেনবা শেলকম খৌবা খোক্লগা লনাই মীওইদা অকনবা থবক লৌথৎপা পেন্নদবা কোংনখি।

তাং ২ ঈরাই নুমিৎ : ইম্ফালদা লৈবা সেক্রে-টরীয়েট্টা সল্লি তাবা এমঃ আয়ঃ জবান ১গা চৌকিদার ১গা খুংথোক্লবদা নোংমৈ কাপখি। পুলিসনা খিংখি।

তাং ৩ থাংজ নুমিৎ : মহাবালী খুলদা য়ুরে-ম্নম ইবোচৌ সিংহ মী থত্নবা হাংখি।

তাং ৪ নোংমাইজিং নুমিৎ : শজেনথোংগী অরাং থংবা শরুক অমম্বুং মিনুথোং কাওবদা লৈবা লম খোপচিন্নবা য়ুমশিং তানথায়খি।

তাং ৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ : সাইতোন্দা ডুকান কম্বা শ্রীস্তুরকুমার দেব কোবা ১দগী নোং-মৈ পায়বা মী ৫মুক্লা লুপা ২,০০০ মুনখি। কোই-রাও লাওবদগী ময়াম হোংতোরক্লনা তান্নবদা শেল লাকপা ৩ ফাখি।

(খ) থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা শঙ্গম হোটেলগা থংনবদা ভারা তৌহনা লৈবা শঙ্গোম য়োনবা শ্রীইন্দমনি শর্মা কোবা ১দগী মশক থংদবশিংনা লুপা ৩০,০০০ লৌখি।

তাং ৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : নিপা কৈথেল মনাক্তা ড্রাইভর অপাবী কোবা ১না থৌরকপা শক্তিমান ১না তক্লনা শগোলবন্দ মোইরাং-ময়ুম লৈরক্তা লৈবা রাজকুমার সঞ্জয় শিখি।

(খ) লাংথবাল কুরামথোংদা মীশক থংদবা ৩না

নো'মৈ উৎলগা স্কুটর ১ লাকখি।

তাং ৮ শগোলশেল নুমিৎ : নুমিদাং পুং ৭-৩০ অদুরাইদা চুলালেঙদা লৈবা হায়া ফাইনান্স মন্ত্রি ওইরম্বা শ্রীসোলোমোন মহাক্কা এমঃ এলঃএঃ শ্রীআইঃ দিঃ দিজোনাংগা রারী শানচুনা লৈরিবৈঙদা মশক খংদবা খরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাংখি।

(খ) মীজো নেসনেল ফ্রন্টকী মীওইনি থাজবা মোঙ্গু অরালা ১স্মুং লিয়াদ থাঙ্গা কৌবা ২ চুরাচান্দপুর কৈথেলদা শেল খায়রমচুনা ফাখি।

তাং ১০ থাংজ নুমিৎ : খুয়াথোং খুৎনিংথেক্কা শক্তিমান এমঃ এনঃ এঃ ৯১৯ না থোম্বদা স্কুটর এমঃ এনঃ বিঃ ১৮৩৩ তোংবা হৈক্রুজম স্মনিলমচা শি। খরোইজমদা লৈবা শ্রীতোম্বসী মচানি। স্কুটর তোংমিন্নবা ১ শোকখি। সাইকল তোংবা শ্রীঐচঃকালা নোংমৈবুংদা লৈবা থেংচুনা শোকখি।

(খ) আগষ্ট ৫দা একাগড়ী তোংবা ২ থেংজিন্দুনা লাইকন্নখিবা উরিপোক পোলেম লৈকাইদা লৈবা য়াম্বেম তোম্বা সিংহ (৪৫) আরঃ এমঃ সিঃ হোসপিতালদা শি। অতোপ্পা একাগাড়ী থৌবা নিউ চেক্কোন্দা লৈবা মধু সিংহ জেলদা থাজিনখি হায়।

তাং ১১ নোংমাইজিং নুমিৎ : তমেংলোং জিলাদা লৈবা মী চা কয়ামরুম চেং কংদবনা মাইরেল চাব্রগা হিংনবা হোংনৈ। সরকারনা চেং পীয়ু হায়না দাবী তৌখি। এসঃ ডিঃ ওঃ

অফিসশিংদা থুজা কয়া লাকখি হায়।

তাং ১৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ১৮৯১ দা মরৈবাকীদমক থবায় কৎথবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমস্থুং থাঙ্গাল জেলরেললচিংবা অথৌবশিং নিংশিং থৌরম পাংথোকখি। বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা লৈ-শু কৎতুনা অথৌবশিং নিংশিংখি।

(খ) ভোলোইদা রোং চৎপা আর্মী কাংবু ১দা নাগা লালহোবা থবনা এম্বুস তৌহনা জবান ৭ শিখি। ৬ শোকখি।

তাং ১৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অযুক ৩-৪৫ দা তমেংলোং হেড কাটরদগী খোংশাং লম্বীদা কিলোমিটর ৬ থাপ্না লৈবা খোংজোন পীছ কেম্প-তা নাগা লালহৌবশিংনা লান্দাখি। ৭৩ হাংখি।

তাং ১৫ শগোলশেন নুমিৎ : চকপীকারো কৈথেলদা লম্বী চৎপা ৫শুবা মণিপুর রাইফল-সর্গী জবান কে: বিজয় সিংহ ( ২৫ ) কৌবা ১ মশক খংদবা থবনা নোংমৈনা কাপ্তুনা মথৌরীদা শোকখি। মীচম ১ শিখি।

(খ) ঈরোইশেম্বদা শক্তিমান্না তকুনা লৌরেম্বম লৈকাইদা লৈবা সোরোখায়বম ইবোমচা কৌবা নহা ১ শি।

(গ) ৩৮ শুবা নিং-তম নুমিংকী থৌরম রাজ্য অসিদম্ব পাংথোকখি। লোয়শঙশিং অমস্থুং তুকান্নচিংবদা জাতিগী ফিরাল পাইহনখি, বাবুজি, পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনচিংবা নিং-তম্বগী লুচিংবশিংবু নিংশিংখি।

তাং ১৬ ঈরাই নুমিৎ : তেরাদা লৈবা কেবোল গার্ল'স হায় স্কুলদা এচঃ এসঃএলঃসিঃ পরিক্ষাগী অশাবা মার্কশিট পুরগা প্রোভিজনেল সার্টিফিকেট লৌনবা ছাত্রী অক্ষা দেবীবু পোকপা অশাংবম ইবোবী কৌবা ১ লাকখি। অয়ানবনি হায়বা খংনরকপগা পুলিস তাক্তুনা মিনুথোং হুট্রাদা লৈবা মহম্মদ মোনি কৌবা ১গা ২ ফাখি।

তাং ১৭ থাংজ নুমিৎ : মরামদা প্রাইমারী হেলথ সেন্টর ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হাংদোকখি। সেনাপতি জিলাদা হেলথ সেন্টর ৬ শুখি।

তাং ১৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : তুলিহল এয়ার পোর্টতা সেক্যুরিটি কাংবুনা চেক তৌবদা লুপা ৫৪.৯৫৫গী ডাইমণ্ড ফাখি। মোরেদা করবার তৌবা মোতিলাল শর্মা কৌবা ১না গৌহাটিদা পুনবা হোংনরম্নদগী কাবনি হায়।

তাং ১৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ : আর্মীগি মোটোর সাইক্লিষ্ট ৩৩না অহানবা ওইনা মথল মথেল্‌গী কুম্মৈ ৪৮ ইম্ফালদা লৈবা ৫শুবা আসাম রাইফলস কাংজেবুংদা উৎখি।

তাং ২১ যুমশকৈশা নুমিৎ : এসিষ্টেন্ট ইন্সপেক্টর ওফ স্কুল শ্রীএণ্ড্রিউ তাংখুল অশাবা সার্টিফিকেটনা থবক তৌরমই হায়না ভেজিলেন্স ডিপার্টমেন্টনা ফাখি।

তাং ২২ শগোলশেন নুমিৎ : খাইরম্বন্দ কৈথেল অমম্নুং অকোয়বা লম্বীদা খামজিনবা

১ম্নুং রান-রে শিংনবা গাড়ী ফাগংখি। জনুয়ারী-দগী হৌনা গাড়ী ৮৮৪ ফাখি।

(খ) এক্স এম: পী: শ্রীডাক্তোম তোম্পোক সিংহ থাংমৈবন্দ ডি: এম: কলেজ গেটতা লৈবা য়ুমদা শি।

তাং ২৩ ঈরাই নুমিৎ: লুনা মাংবা থিগৎপদা অতৈ হুখিবা পোৎশিংগী লিখুন খংবা ঙমখি। নিউ চেক্কোন্দা লৈবা মহম্মদ মনিরাজ সিরা ১ম্নুং মহম্মদ বোমচা ফাখি।

তাং ২৪ থাংজ নুমিৎ: নম্বুল তুরেলগী কৈ-শাম্পাৎ থোং অমম্নুং থোংনম্বোনবী ফাওবদা ঙা য়াম্না ফানখি। মীনা কুক কুক ইন্নখি। থুঁদ-না খোনবদা ঙা হেন্না লকখি হায।

তাং ২৫ নোংমাইজিং নুমিৎ: রেসনিং এজে-ন্টশিংনা সিভিল সপ্লাইগী চেং লৌনবা হোংনব-দা হুমাং অনপ্পী কাংনৈ। বেঙ্কতা নাম্মৎ য়াম্না শিংহল্লি হায়না রা খন্নখি। অথোরিটিশিংদা য়েংশিন্নবা অপীল তৌখি।

তাং ২৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ: লাইরিক ফোং-নবা পীবা শেলগী তেংবাং হস্তরকপনা লাইরিক ফোংবা মশাং তাহনখি। সাহিত্যগী ময়েং তাহ-ল্লে হায়না অইবা অমম্নুং অফোংবশিংনা সর-কারদা খংহনখি।

তাং ২৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: ওল্ড সেক্রে-টরীয়েট কনফরেন্স হোলদা ফাইনান্স মন্ত্রি শ্রীলাইশোম ললিত সিংহগা পাওমীশিংগা উনখি

ওয়াবা চহি ৫ থৌরাং লোইরকপদা লুপা ক্রোর ২৪'৭৭ পুথরুম্মু পুশক্রে হায়খি।

(খ) উখ্রুলগী মহাদেবদা ত্রক ১ ফুট ১৮০ হেন্না ওম্বা লোক ১দা ওক্কুরবা মী ১ শি।

তাং ২৯ শগোলশেন নুমিৎ : চৌং নিংথায়হনা ফাওনকুত্রবা ইম্ফাল জিল্লাগী লম্বী হাংখি।

তাং ৩০ ইরাই নুমিৎ : পাওনা বাজারদা লৈবা মু হাওস্তা মুনাগী থাও হাপ্লিংঙদা মোমবতিদগী মৈ হৌখি। ফায়ার ব্রিগেদনা মৈ কনখি।

তাং ৩১ থাংজ নুমিৎ : কাংবা চিকপদা চৈনা কনবা অমসুং ড্রেনশিংদা মথা মথা পোমথংপা কাং মখল শক্তোরকখি। তম্পাক্কী মফম কয়াদা পাংথংনহনবা অথুং অহেনশিং তানখি হায়।

সেপ্টেম্বর তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ : যাইরিপোক ভুলিহল মমাই থৈরাইদা রেসনীং এজেন্টনা কোটাদা চিনি ওন্নি হায়বা বাথোক থুকউ শেম্নখি। মমাং থাক্কী ২৬ তা রেসনীং এজেন্টশিংদা অয়েংপা পীরবা মহম্মদ অলিমউদ্দিন এক্স প্রধান, মহম্মদ হেলালউদ্দিন অমসুং মহম্মদ শাফি আলি পুলিস্তা মাইহনখি। বাথোক লোইখিদে হায়।

তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ : ইম্ফালগী ডিঃ এমঃ কলেজ কম্পাউণ্ডদা লৈবা এনঃ সিঃ সিঃ অফিস্তা কর্মচারীশিংগী তলব য়েনবা লুপা ৯,২০৩. ০০ পুরকপা থাক্কীদগী কুমথরবা নংদনা নোংমৈ মচোন্দা মশক খংদবা মনা লাকখি।

(খ) মৈতৈলোন (মণিপুরী)গু ওপসনেল সবজেক্ট

ওইহনবা দাবী তক্কহনা অল ট্রাইবেল ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নমা ক্লাস বোয়কোট চথখি।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: লক্ষেলদা লৈবা ইলেক্ট্রিসিটি কমপ্লেন্ট রুমদা দিয়ুটি তাবা কর্ম্মচারী ১ জীপ এম: এন: এস: ৫৬৩ তোংহনা লাকপা মী খরনা মৈ কংহন্দে হায়না আগষ্ট ২৮ দা কুরম্বা ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেন্টকী কর্ম্মচারী সংস্থামা পেন্দবা কোংখি।

তাং ৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: মণিপুরদা লৈবা টেলিগ্রাফ ইঞ্জিনিয়ারীং কর্ম্মচারীশিংনা দাবী ১২ তানবা নুমিৎ ৭ নিগী থারনা তৌখি।

তাং ৫ শগোলশেন নুমিৎ: ওজাগী নুমিৎ মহৈ তম্ফমশিংদা পাংথোকখি। শিক্ষা বিভাগনা শীনবা থৌরমদা ওজা ১০ দা লুপা ৫০০/৫০০ ১স্নুং ওজা ২০ দা কি পীখি।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎ: কৃষ্ণ জন্মাষ্টমীগি থৌরম পাংথোকখি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী আগ্রহদা ভক্ত-বৈষ্ণব চা কয়া তিনখি।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ: ৬াকুপ চাকবদা খোং হাম্বা মশীং হেনগংতুনা মফম অরাম্বদা লৈবা ডাক্তর খানাদা মী তিনবা হেনগংখি। নুমিৎ ৪/৫ নিদা হীদাক কংনদবা হেনগংখি হায়।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ: চংখিবা মীখলদা শীজিন্নবা গাড়ী অরায়মল থোহনা বস অমস্নুং ত্রক লেপ্পা স্ট্রাইক তৌখি।

তাং ১০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: সেপ্টেম্বর

১২ দা ইম্ফালদা থুংলগনি তৌরম্বা প্রধান মন্ত্রি শ্রীরাজিব গান্ধীগি খোংচৎ য়ৈথোকখি। ওকুবা থৌরাং তৌবগী মনুং চন্না লম্বীদা শম্বল থাবদা লুপা ৭০,০০০ খরচ তৌখি হায়।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ: কৈশাম্পাংত্তা লৈবা শ্রীমতী বালা দেবী চহি ২ দং ডাইরিবা মচা নুপা অতোনবা ১গা গুলা চাকুবদা পংথ-রক্লুনা শিখি। শ্রীথোকচোম ইবোমচাগী নুপী-নি হায়।

তাং ১৩ ঈরাই নুমিৎ: ছাত্র নহারোলশিংনা অরাং অপা তানবা নুমিৎ পাংথোকখি। আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পরার এক্ট লৌথোকুবা দাবী তৌখি। অল ইন্দিয়া য়ুঠ ফেদরেশন্না শীনখি হায়।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ: মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লুচিংবা কংগ্রেস (আই) মন্ত্রি মণ্ডলদা মন্ত্রি ১৭ শুখি। রাজ্য মন্ত্রি ৪ শ্রীময়াংলম্বম বাবু মহম্মদ অবদুল মতলিব, শ্রীটী' এচঃ থুঙম ১ম্নুং শ্রীএনঃ জিঃ লুইকাং রাজ ভবন্দা রাজ্যপাল জে-নরেল কেঃ ভিঃ কৃষ্ণ রাওনা রাশক লৌহনখি।

(খ) ডিমোক্রেটিক রি-পব্লিক ওফ কোরিয়াগী টেবল টেনিস কোচর ২ য়ুন শোংবোম অমস্তুং চুমুন দেক থুংলহনা মণিপুরগী শান্নরোয় ৩১দা কোচিং পীখি।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ: ইম্ফালদা লৈবা খোংউপ শেম্বশিংনা মমল তাংনা লৌই হায়বগী

রাংৈদা কাংজৈবুং মপান্দা কম্না মুক্তি খরগা থংন-চৈনবা থোকখি। নহারোলশিংনা পৈশা ৫০গী পোং চংনা লুপ্পা ৩/৪লোবা পেন্দবা কোংখি।

তাং ১৭ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ২১ শুবা আসাম রাইফলসকী জরান অনিনা চীংমী লৈ-শাবী রেপ তৌখি হায়দুনা ছাত্রশিংনা ময়ামদা রেল্লি চংখি।

(খ) চুরাচান্দপুর অমসুং টিপাইমুক লম্বীগি ফুতুরা খুল মপাদা গুকং চংতুনা মী ৩ শোকখি।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ইম্ফাল ইষ্টকী প্রমুখ খরবা মীখলগী কেম্প কনখংখি। য়াইরি-পোক্কী প্রধান শ্রীইন্দ্রমনি সিংহ মহাকী নুপীনা কিদনেপ তৌখ্রে হায়না রাকংপদগী মীরেপ ১ ওইরিবা শ্রীলোকেশ্বর সিংহ ফাখি।

তাং ১৯ শগোলশেন নুমিৎ : নম্বোল কোং-খামদা লৈবা শ্রীউদোয়না পুলিস নেক্তুনা লৌ খাওরীগীদা খুঙ্গা খরনা থিংখি। পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদা অঙোমজাম্বম কুমার কৌবা চহি ১৭ কী নহা ১ শি। শ্রীমুতুম রাধেশ্যাম কৌবা ১ শোকখি হায়।

(খ) শঙাইপ্রোদা লৈবা ওইল পম্প ১দগী মশক খংদবা ৩ লোয়না নোংমৈ উৎলগা লুপা ৪৭০.০০ লাকখি।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ : শন্দানখোংদা শ্রীলা-ইশ্রম ইবোহনবী মমাং শঙ্গোয় মৈ চাকপদা লৈকাইগী মীয়াম্না মতম চানা কনখি।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ : খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা সাইকল লাকপা লুমনৌ তাংখুল কোবা কাসোমদা লৈবা ১ ফাখি।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎ : ১০ শুবা সেনিয়ার নেসনেল উইমেন্স ফুটবোল টুর্নামেন্ট ইম্ফালদা হৌখি। মুপী শান্নরোয় টিম ১৯না শকক খাখি।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎ : লম্ফেলপাৎতা লৈবা আর: এম: সি: হোসপিতাল মনাক্তা নিশা খন্দ মুপীশিংনা খুথাং চরা হেনবা নুমিৎ ৪ নি শুখি। যুম্নোনবা দুকানশিং অমম্তুং অরোনবা ভি: দি: ও: কাপ্পা থিংনবা তক্লখি।

তাং ২৫ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : চুরাচান্দপুরদা লুপা লাক্ষ ১৭ রোম চংবা মল্টিপর্পজ কম্যুনিতি হোলগা কোন্নবা ইন্দোর স্টদিয়ম ১ মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা শঙ্গাখি।

তাং ২৬ শগোলশেল নুমিৎ : নুমিৎ হুম্নিগী খোংচৎতা ইম্ফালদা থুংলমি তৌরম্বা কেন্দ্র সরকারগী খুঙ্গং শেমগৎপা রাজ্য মন্ত্রি শ্রীচন্দ্‌লাল চন্দ্রাকর তুলিহল এরোপ্লেন তাফমদা ওাইহাক্তং পল্লম্লগা হনখি।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎ : খোংহাম্বা শন্দোরক্তুনা মী শিবা য়াওরে। ঈশিং, চান-থক্লবা পোংশিং চেকশিন্নবা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিনা লাওথোকখি।

তাং ৩০ নিংথৌকাবা নুমিৎ : সেকমাই মনাক্তা

সেক্যুরিটি ফোর্সকী গাড়ী ১ গা থেনেবদা মী ১ শিখি।

ওক্টোবর

তাং ১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহপা পাওমীশিংগা উনখি। ট্রাইবেল অমসুং মণিপুরী ডা'দবশিংদা ১৯৮৭ ফাওবদা মণিপুরীগি মহুত্তা ওপসনেল সবজেক্ট পীরগনি হায।

(খ) যুগী দুকান থিংনবা নিশা বন্দ নুপীশিংনা এক্সাইজ কমিশনারগী অফিস অযুক পুং ১০ দগী নুংথিল পুং ৩ ফাওবা ঘেরাও তৌখি।

(গ) মোটবুংদা লৈবা প্রসিদেন্সীযেল কলেজদা ইউঃ দিঃ সিঃ ওইবা শ্রীলালখোথাং সিদলহৌ। ভেজিলেন্সনা ফারগা কোর্টতা পুথোকখি। মেট্রিকী অশাধা সার্টিফিকেট পাযরম্বা ১না মশানা চংজখি, মমিং-শ্রীমতী নিংসি লৌবুঙ কৌই। কৈথেল মানবী হায স্কুলদা ওজা ওই হায।

(ঘ) রাবগাই লমখাইদা গুপ্ত চেনবা বস এমঃ এনঃ পীঃ ১২৯৭ লোংদুনা মী ১৮ শোকখি।

তাং ২ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অতত রাজ্যশিংদা পাংথোকপগুম মণিপুরদসু গান্ধী জয়ন্তী পালন তৌখি। মহৈ-তম্ফমশঙ অমসুং লোযশঙ, লৈকাই লৈকাইদা লম-তু লু-হেন্না শেংখি।

(খ) মণিপুর দিভেলোপমেন্ট সোসাইটি অমসুং মণিপুর সাইকলস কোপেরেশন অনিনা পায়খৎপা থাদা সাইকল ২৫০০ পুথোকদবা সেলস প্রমোসন ১ তাকয়েলদা হাংদোকখি।

তাং ৩ শগোলশেল নুমিৎ: চান্দেলদা চালটু রোথু কৌবা ১ লৈমিন্নবা রোংজু অলনাজাই অনাল কৌবা ১না থাংজৌনা য়াল্লগা হাংখি।
তাং ৪ ঈরাই নুমিৎ : মণিপুরী লোল শয়োই হাযবা বন্দ চথখি। ত্রাইবেল ছাত্রশিংগী খোং-জংদা নিংঙাই-শংদাইনহুনা খুং থোক্লখি। কক-চিং লমখায়দা বস ১ খামলুবদা পুলিসনা নোংমৈ কাপখি। মী ২০ হেন্না কাখি।
তাং ৫ থাংজ নুমিৎ: রাস্ত্রপতি শ্রীগ্যানি জৈল সিংহ নোংমগী খোংচত্তা ইম্ফালদা থুংলৈ। রাজ ভবন্দা মন্ত্রিশিংগা উনখি। সংস্কৃতিগী থৌরম য়েংখি। ইম্ফালদা লৈবা অহানবা মণিপুর রাইফল-সকী কাংজেবুংদা রাস্ত্রপতিনা মীয়ামদা ৱা ঙাংখি।
তাং ৬ নোংমাইজিং নুমিৎ: : রাস্ত্রপতি শ্রী গ্যানি জৈল সিংহ ইম্ফাল থাদোকখি। রাজভবনগী অরাং থংবা থোঙ্গালদা অল মণিপুর উইমেন্স সোসিয়েল রিফোর্মেশন এণ্ড দিভেলোপমেন্ট স-মাজগী নুপী মীয়াম্না থংলগা উনখি। দাবী পরেং য়াওবা মেমোরেণ্ডম ১ পীখি।
তাং ৭ নিংথৌকাবা নুমিৎ: ইম্ফালদা লৈবা অহানবা মণিপুর রাইফলস গ্রাউণ্ডদা সাইকল চুরানবা কাইরাং খাবেশোয়দা লৈবা মহম্মদ কা-রিম উদিন কাখি।
তাং ৮ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: চান্দেল জিলা-গী নাথুমদা লৈবা ভিঃভিঃএফঃ কেম্পতা মশক থং-দবা থয়না রাইফল ১৪, ষ্টেনগন ১ ১মুং নোংমৈ

মরু ১৩৫ লৌথি। কেঃ এনঃ অনাল কৌবা সন্ত্রি ১ নোংমৈগা কোয়না মফম থংখিদে হায়।

তাং ১০ শগোলশেল নুমিৎঃ পরিসিটি মন্ত্রি শ্রীটিঃ ফুংজাথংগা পাওমীশিংগা উনখি। মণিপুরী লোল (মৈতৈ লোল) তম্মোই হায়বা মতাংদ য়ানিংদবা ফোংখি। জিরিবাম অমস্তুং বর্ম্মগা লোয়বা শুমখৈ পরিংদা মেলেরিয়া য়ায়া কনবা মফমনি। লাইচৎ অসি লাকশিল্লে হায়।

(খ) লম্ফেলপাংকী কোম্বীরৈ কৈথেল মনাক্তা হৌবা পাংখোক্লা মরক্তা চহি ১৪/১৫ শুরবা লৈশাবী মচা ১ মখোং মথুং পুল্লগা মচীন প্লাষ্টর নপশিল্লগা শিনা হুন্দোক্লম্না ফংখি।

তাং ১১ ঈরাই নুমিৎঃ লম্ফেলপাংকী আরঃ এম.সীঃকেম্পসতা আটম ফেট পাংথো ক্লনা স্টোল ১৩ দা অরোনবা ফি মথলশিং উংখি।

তাং ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎঃ পাওনা রোডতা লৈবা গ্রাণ্ড হোটেলদা চাক চারুরগা থোকপা ২না ইবোমচা কৌবা ১ ফুদংখি। য়ুম্নাম খুনৌদা লৈবনি। ঈহিং নাহিং শাখি।

তাং ১৪ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ লৈখিদ্রবা মপুরোয়বগী মহুৎ শিন্দুনা চাওয়াইমা কৈন্যাহল হায় স্কুলদা চৌকিদার ওইবা শ্রীমতী মংসিদম নিঙোল অহনবী দেবী (৪০) মচা নুপা শ্রীকামেশ্বর অমস্তুং মচানুপী ১গা দ্রগ করবার তৌই হায়দুনা ময়ায়া ফারগা কোংপাল থোং ফাওবা হনগৎ-হন্দা পুথুনা থোঙ্গোয়নখি।

তাং ১৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ খুম্বিদোক্তা এক্সাইজগী কাংবু ১গা থূঙা ময়ামগা খুংথোক্লবদা পুলিসনা নোংমৈ রাউণ্ড ২০কাপথি। অদুগা কাংবু লাওনা লাওফমা ময়াম থোমজিন্দুনা এক্সাইজ কাংবুদা ফুখি। এক্সাইজনা তোংবা জীপ মৈ থাখি, ড্রাইভর লোংনা থিন্দুনা মথুং শোকখি।

তাং ১৬ মুমশকৈশা নুমিৎ: ওক্টোবর ১৬কী খুম্বিদোক্তা থোকপা মাথোক্তা চেন্নবা মুপী ২২ য়াওনা মী ৫২ জেলদা থমখি। এক্সাইজগী কাংবুদা মুপী কনসটেবল ১ য়াওনা ৭ শোকুনা লাইকখখি হায়।

তাং ১৭ শগোলশেল নুমিৎঃ থাঙ্গাল বাজারদা দুকান মরুমদা মোফিন কাপ্পা নহা ২ সজেনবম ইবোচৌ অমস্নুং থিয়াম ইমোশক ভখেল লৈকাই অমস্নুং কৈশাম্পাংতা লৈবা তান্নফুনা কাখি।

তাং ১৮ ঈরাই নুমিৎঃ কেন্দ্র সরকারগী কেমিকেল অমস্নুং পেত্রো কেমিকেল রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহ ইম্ফালদা থুংলৈ। উদ্যোগ বিভাগকী মাইতোংবশিংগা রা থমখি হায়।

তাং ১৯ থাংজ নুমিৎ : ইম্ফালগী মপাল কাংজৈবুদা থাম্লগা লৈবা স্কুটর ১দা কম্লিঙৈদা কমান এরিয়া ডিভেলোপমেন্ট সোসাইটিদা এঃ ইঃ ওইবা নাওরেম শামু সিংহ কোবা ককচিংদা লৈবা, জীপ এঃ এসঃ দব্লিউঃ ৩২৫৪ না চেন্থ্রুনা শি। জীপ থোবা শ্রীসের সাহ কাখি।

(খ) মীয়ামগী পুন্সিদা তং-তানা ১স্থুং শান্তি লৈনা হিংনবা ইম্ফাল জিলাদা থা ১গী ওইনা বম্বুলা কাপ্পা থিংবা হৌখি।

তাং ২০ লোংমাইজিং নুমিৎ: ষ্টেট গেষ্ট হাওস্তা পাওয়াশিংগা কেন্দ্রগী কেমিকেল ১স্থুং পেট্রোকেমিকেল রাজ্য মন্ত্রি শ্রীআর: কে: জয়-চন্দ্রগা উনখি। মণিপুরদা প্লাষ্টিক ইন্দষ্ট্রি লিংনবা অপাম্বা ফোংখি।

তাং ২১ নিংথৌকাবা নুমিৎ: বড নুমিৎকা মরী লৈননা হিয়াংথাং লাইরেম্বী খুরুম্বা চৎন-খি নহা অহল খাক্তনা মী লিশিং লিশিংনা অযুক অঙনবদগী ভিনখি।

তাং ২২ লৈপাকপোক্পা নুমিৎ: তমেংলোং হেড কাটরদা লৈবা এস: পী: অফিস মনাক্তা চৎলিঙেদা এসঃ আই: লিখিং লেকথরক্তনা শি।

তাং ২৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: কাংপোকপীদা লৈবা শ্রীসেথোজৈগী মচা সুপী মিস টি: থেনেবুং হেরোইন শীজিন্নবদগীনি হায়না মোরেদা শিনা ফংখি।

তাং ২৪ শগোলশেন নুমিৎ: লমশাং তখেল্লম্ম লৈকাইদা চহি ১৭ রোম গুরবী কুমারী এলাংবম ওয়েল দেবী তুম্ফম কাদা থোরী য়ান্দুনা শি।

তাং ২৫ ঈরাই নুমিৎ: নোংয়াই মতুং পুং ২ অহুরাইদা ইলেক্ট্রিক মৈ কৌহনা পাওনা বাজার-দা লৈবা পব্লিক ষ্টোর মৈ চাকখি।

তাং ২৭ নোংমাইজিং নুমিৎ মচেং পাংতা

মরাইবক থীরবা অদুগং খুন্দা লৈতাহন্নবা নগুবা তাঙ্কখৌ থোরাং লৌখৎখি। অদুগং ১০ দা এসো-সিয়েশন ফোর সোসিয়েল হেলথ মণিপুর ব্রাঞ্চনা পোংশৈ য়েনখি।

তাং ২৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মুপী নিশা বন্দ কাংবু নমুং নহারোলশিংনা মকম মকমদা য়ু ফাগংখি। নাওরেমথোংদা য়ুম্নাম দোরেন্দ্রনা পুরকপা য়ু ফারগা মৈ থাখি।

তাং ৩০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: চিংঙা মখোংদা জীপ এন: এস: কে: ৭২৭৭ না ট্রকান ৪ থোম-খি। য়ুম ১ ফক্লাং কক্তোকখি য়াই রপোক্তা কেস চংলুবা এদভোকেট শ্রীএস: তাংলৈ হাওনা থৌ-রকপনি, মকোক্তা শোকখি।

তাং ৩১ শগোলশেল নুমিৎ: প্রধান মন্ত্রি ওইরম্বা শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধী লৈথিদবা অহানবা কুমওল নিংশিং থোরম বীর টিকেন্দ্রজিৎ পাকতা পাংথোকখি। রাজ্যপাল জেনরেল কে: ভি: কৃষ্ণ রাওনা হিংসাগী পাম্বৈনা কৈদৌৱেদা হারম ১বু ফল তাহনবা উয়োট হায়খি।

নবেম্বর তাং ১ ঈরাই নুমিৎ: লৌরোক মতমদা ফৌ শংবাইদা লুপা ৬০, ৬৫ য়ৌখি। কবিগুম্বা মফমদা লুপা ৭০ য়োনখি হায়না তোঙান তোনবা মফম-শিংদা পেন্দবা লাক্লখি।

তাং ২ থাংজ নুমিৎ: মণিপুর অমসুং নাগা-লেণ্ডগী জি: ও: সি: লেফটিনেন্ট জেনরেল শ্রীভি: কে: নয়ার ইম্ফাংদা থুংখি। রাজ্যপাল জেনরেল

কেঃ ভিঃ কৃষ্ণ রাও অমস্তুং মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংগা উনখি। শান্তি রক্ষাগী মতাংদা রা থন্নখি।
তাং ৪ নিংথৌকাবা নুমিৎ : নোনে য়োরম-দাইদা মণিপুর রাইফলসকী জীপ ১ এক্সিদেন্ট থোকখি। এসিস্টেন্ট কম্মান্দেন্ট শ্রী অমুবগা লোয়ননা জরান ৬ শোকখি।
তাং ৫ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ফুট ২১,৩০০ রাংবা গঙ্গোত্রি (থ্রি) কাকুবা মণিপুরগী চীংকারোয় লুচিংবা মণিপুর এদভেঞ্চর এণ্ড এলাইদ স্পোর্টস ইন্সটিট্যুটকী শ্রীএর: জে: কে: সিংহগা পাওমীশিংগা উনখি। চীং নিংথায়রুনা শ্যামকিশুর শি। ওক্টোবর ২১ দা গঙ্গা তুরেল মপান্দা সংস্কার তৌখি হায়।
তাং ৬ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : অরাং এঃ ওঃ সিঃ অমস্তুং রাংখৈদা লগাও খাওবা ১৯ কোর্টতা পুথোকখি। জামিন থাখি হায়।
তাং ৭ শগোলশেল নুমিৎ : পীশুম নিঙোম লৈরক মপাদা ত্রক ১গা থেঙ্গায়নবদা মোটোর সাইকল এমঃ এনঃ পী ১০৬৭ তোংবা ময়েংবম রামগু শি। শুানপ্পী থোং মনাঙ্গা লৈবা শ্রীইবোতোম্বী সিংহগী মচানি হায়।
তাং ৯ থাংজ নুমিৎ: ললাম্বুং মখোং মপাদা রিক্সো তোংরুনা শ্রীতোংমাং কৌবা ১না শেম্নবা পুরকপা নোংমৈ দবল বেরেল ১ লাকখি।
তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎ : নিঙোম্বম খুলদা এসঃ এসঃ বীঃ না শীনবা কেম্প নুমিৎ ৬ নি

শুখি। কেম্পর ৮০ হেনবনা শরুক য়াবা কেম্প অসিদা হীদাক লাংথকশিং লেম্না য়েম্বোকখি।

তাং ১২ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : কবোরাক-চীংদা লৈবা ৭ শুবা মণিপুর রাইকলসকী আউট পোষ্টতা ত্রক ১দা লাকপা মশক খংদবা মীওই ৭/৮ মুক্কা নোংমৈ কাপখি। হন্দুনা নোংমৈ কাপ্ল-বদা সন্ত্রি শোকখি। মীশক খংদবা কাংবুগী আর: কে: তুলচন্দ্র সিংহ শিখি।

তাং ১৩ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : ইম্ফালগী ওল্ড সেক্রেটরীয়েট কনফরেন্স হোলদা ষ্টেট প্লানিং বোর্দ মীফম ফমখি, ১৯৮৬-৮৭ কীদমক মণিপুর না লুপা ক্রোর ১২২'২৪ প্রপোজ তৌখি।

(খ) চাংমী মরক্তা অহানবা মেট্রিককুলেট অমস্তং ডাক্তর তোড়ুল শি।

তাং ১৪ শগোলশেল নুমিৎ : অঙাংগী নুমিৎ পাংথোকখি মপুং ওইবা থৌরম ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা চথখি, স্কুল ২৫ হেনবগী ছাত্র-ছাত্রী-শিংনা শরুক য়াখি।

(খ) নিঙোলশিংবু মপামদা চাক কৌনখি। ফিস-রীজ ডাইরেক্টরেটনা পাংথোকপা ঙাগী মেলা অয়ুক ক্কাওবা লোইশিনখিদে হায়।

তাং ১৫ ঈরাই নুমিৎ : পাওনা বাজারদা মর-নাই লম খোপ্তুনা শাবা উপু চুকান ময়াম তক-থোকখি।

তাং ১৬ থাংজ নুমিৎ : অশোং খুলেন এল: পী: স্কুলগী হেড পণ্ডিত এ: এল: জোমী মেট্রিকী

সার্টিফিকেট অশাবা শীজিন্নরম্বগী-ফারগা জেলদা থমখি।

(খ) বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড অমস্থং পাওনা বাজার শমুকম লমলোং ৩ ফাংবদা জীপ এম: এন: এস: ৯৩৯৩, স্কুটর এম: এন: বী: ২৩৪৯ অমস্থং শক্তিমান এম: এন: পী: ৯৪১২ থেঙ্গায়নবদা স্কুটর থোবা ঐচ: বুধ শি।

তাং ১৭ নোংমাইজিং নুমিৎ: লুপা লাক ৩: চংনা শা-উচেক য়োকফম ১ লিংনবা নোনেদা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা উরেপ উয়ুং তমখি।

তাং ১৮ নিংথৌকাবা নুমিৎ: মচিন-মনাও খংনবদা মনাও নুপা নোংমাইথেম রঞ্জিৎ শি। ময়াম্বা নিদাস সিংহ ফাখি।

তাং ১৯ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: রোইকৈ-দা ব্রক এম: এল: এ: ১৫৫০ মথস্তা লোংখি। লম্বী চংপা সাইকল তোংবা ২ শোকখি।

(খ) এল: টি: লুপা ১,৮০,০০০ হৈনথোরম্বা কর্ম্মচারী ১৬ ফাখি কোর্টতা পুথোক্লনা জেলদা থমখি। ওজা ১৩, কেরানী ১ অমস্থং পিওন ১ য়াওখি।

তাং ২০ য়ুমশকৈশা নুমিৎ: কাকৈথেল সো-রোকথায়রম লৈকাইদা মোটোর সাইকল তোংবা ৩ না নহা ২ ফাখি ১ নাম্থোরকখি হায়।

(খ) কাংজবী লৈরক্তা লৈবা নোংমাইথেম জোম্বগী চাকশঙ গ্যাস সরিন্দর পোকথায়রতুনা মৈ চাকখি।

তাং ২১ শগোলশেল নুমিৎ : থোংজু লম্পাক্তা লাইশ্রম তম্ফাগী য়ুম মৈ চাকপা কনবা চৎপদা ঈকুম চাকপা ওইরমহনা হল্লকখি হায়।

তাং ২২ ঈরাই নুমিৎঃ পাওমাতা গোভর্ণমেন্ট হায় স্কুলগী ওজা শ্রীদনের মাও মেত্রিক্কী অশাবা সার্টিফিকেট শীজিন্নৈ হায়বগী মরালদা ফাখি।

তাং ২৪ নোংমাইজিং নুমিৎঃ ইম্ফাল তুরেল-গী নোংপোক থোং মনাক্তা অশিবা হকচাং ১ ফংখি। মনা হুৎতে, মশক খংদে হায়।

তাং ২৫ নিংথৌকাবা নুমিৎ ঃ ইম্ফালদা অহানবা ওইনা মথং চহিদা পাংথোকনি তৌর-ম্বা ইন্টর ষ্টেট এথলেটিক্স কম্পিটিশন আগর-তলাদা হোংনবা থোরাং লৈরকখি। শান্নরোয়-শিংনা রাজ্য সরকারদা পেন্দবা ফোংখি।

তাং ২৬ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : পোৎ চৈ মমল খংহেন হেনগংখি। অচাথাও টিন লুপা ২১০ পীবদা লুপা ১০ হেনগংখি। চুরুট উপুদা হান্না লুপা ৬ পীবনা লুপা ৭.৫০ য়ৌখি।

তাং ২৭ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : পাইটে নেসনেল কাওন্সীল ভেং ইউনিটকী শগুলেন চুরাচান্দপুর-দা হকশেল মন্ত্রি শ্রীটিঃ ফুঙ্গাংথাংনা শঙ্গাখি।

তাং ২৮ শগোলশেল নুমিৎ : মৈতৈ লোল (মণিপুরী লোল) তমজরোই হায়বা ত্রাইবেল ছাত্রশিংনা চথরকপা ইকোনোমীক ব্লোকেদ মহৈ য়ানখিদে। নবেম্বর ২৬ নোংমাইদা হৌখি পুং ১.৬৮ চথগনি হায়।

তাং ২৯ ঈরাই নুমিৎ : কৈথেলমানবীদা মিনি বস থরো থয়ো ওন্দুনা মমা মচা ৩ য়াওনা মী ৫ শোকখি। মোইদাংপোক্তা লৈবা খোংজম ইবোতোম্বীগি গাড়ীনি হায়।

(খ) ভারিয়ান চীঙ্গোক্পা এম: এস: আর: টি: সি:গী বস ১গা শক্তিমান এম:এন:পী: ৯২৯৬ গা থেঙ্গায়নখি। অশোক-অপন য়াওখি।

তাং ৩০ থাংজ নুমিৎ: ইম্ফালদা লৈবা সিনেমা হোলশিংদা টিকেৎ ব্লেক তৌবা মো ২ অমস্থুং নহা ৩ ফাখি।

ডিসেম্বর

তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎ: রাংজিং কৈথেল-দা লৈবা শ্রীলাইরিকয়েংবম ব্রোজেনকুমারনা হান্না লোরম্বা নুপী শ্রীমতী অকোইজম নিঙোল গোমতি দেবীবু নুপা ১গা চৎমিন্নরিঙেদা বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোডতা ফারগা মশম ককবা তৌখি। শোয়দুনা কাটীনা লুখমদা শোকখি হায়।

তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎ: তুলিহল এরো-প্লেন তাফমদা লৈবা সেন্ট্রেল পব্লিক ৱার্ক্স দিপা-পার্টমেন্টকী অফিস্তা মীশক থংদবা ৩/৪ জীপ ১দা লাক্লগা নোংমৈ উংতুনা লুপা ৩৬,০০০ লুট তৌখি।

(খ) লুপা লাক্ষ ২৪,৫০ চংবা শাবা লাইফ ইন-স্যুরেশন কোপেরেশনগী শঙ খুয়াথোংদা রাজ্য-পাল জেনরেল কে: ভি: কৃষ্ণ রাওনা শঙ্গাখি।

(গ) থৌবাল কৈথেলদা লৈবা চরোৎ হাবুং ১দা নোংমৈ মরু পানফম লৈবা অশিবা হকচাং

১ ফংখি। আর্মীনা ওপরেশন তৌবদা থেংনরক-পনি হায।

তাং ৩ লৈপাকপোকপা নুমিৎঃ শঞ্জেনথোংদা ঠেলা গাড়ী ইনবা কৈলাস মহেতা অমসুং ভারত মহেতা কৌবা ২ জীপ ১না রায়খি। ফিভম লুনা শোকখি জীপ ফাহৌদে হায।

তাং ৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ কাংখোং ১গী ইঞ্জিন পানবা গারী থৌবশিংনা হেডমিন্ট উপ্পবা গুকুম তৌখি। গারী ৩৮ ফাগংখি।

তাং ৫ শগোলশেল নুমিৎঃ মোইদাংপোক অরাং লৈকাইদা লৈবা লাইশ্রম শামুঙৌ সিংহগী পুম মৈ চাকপদা চরু য়াওনা লুপা ৮৬,০০০ কী অমাং-অতা থোকখি।

তাং ৬ ঈরাই নুমিৎ ঃ মণিপুর বন্দ মায পাকখিদে। হাম্না প্রোটিন নেসনেল ইউনিয়ননা বন্দ য়েথোক্লে লাওথোকখি। মণিপুর দরবার গোদেল কংলা কাওসীলদি ফিরেপ হোংখিদে হায।

তাং ৭ থাংজ নুমিৎঃ তেংনৌপল খোরমদাইদা মীচম তোংবা জীপ ১দগী নোংমে পাথবা মী ৪ ৫ না লুপা ১৪,০০০ লুট তৌখি।

(খ) মযাং ইম্ফালদা প্রাইমারী হেলথ সব সেন্টর ১ হকশেল মন্ত্রি ঞ্জ টিঃ ফুংজাথংনা শঙ্গাখি। সব সেন্টর ৭৬ অমসুং দিসপেন্সরী ৯ শুরে হায়।

(গ) মন্ত্রি পুখ্রিদা পরেং লাকপা গারী ৩ থেংজিন্নবদা ত্রক এমঃএনঃপীঃ ৮৮৩৩, জীপ এমঃ এনঃ এ: ৭১৩ মিনিবস এমঃ এনঃ এসঃ ৯৬৯৯

ৱাওরি ৱাওরি শোকখি।

(ঘ) নোংয়াই মমাং পুং ১:-৪০ চংলকপদা লমলাই পুলিস ষ্টেশন্দা মশক খ হৌদবা ৩ ৪ না নোংমৈ কাপ্লকুনা ৭শুবা মণিপুর রাইফলসকী সন্ত্রি তাবা জৱান এঃ তোম্বা সিংহ শোকখি।

তাং ৮ নোংমাইজিং নুমিৎ : খোংহাম্পাংতা শক্তিমান এমঃ এনঃ এঃ ৮১৪ না তক্লুনা অহল ১ শি। কাকৈথেলদা শক্তিমান এমঃ এনঃ পীঃ ৮৪৪১ গা স্কুটব এমঃ এনঃপীঃ ২৯০৩ গা থেংজিন্নবদা স্কুটব থৌবা তখেল্লম্মম দেবেন শি।

তাং ৯ নিংথৌকাবা নুমিৎ ঃ ইম্ফালগী পাওনা বাজার ১স্নুং নাগামপাল অতৈ মফমশিংদা লৈবা দুকান খরদা কষ্টমনা থিগৎতুনা লুপা লাক ১.৫০ মুক্তী মীরৈবাক্তী পোং ফাগংখি। থংহৌদনা ঈরাং থোকখি। শিলোংদগী কষ্টম্না শীজিন্নরকপা বস চাকা মৈ থাখি। ইন্সপেক্টর ২ শ্রীটিঃ সাইকিবা অমস্নুং শ্রীএসঃ লিম্বু শোকখি। সুপরিন্টেন্দেন্ট শ্রীএসঃ সমেং চানিংরোং লাইকন্নখি হায।

(খ) কৈশাম্পাং মুতুম লৈরক্তা লৈবা দুকানগা পুনবা য়ুম ১ কমুং মযাদা থানবা কেন্দলদগী মৈ হৌদুনা চাকখি।

তাং ১০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ : ৩২ শুবা সিঃ সিঃ মীট লোইখি। জুলন্দরগী বীঃএসঃএফঃ না চেম্পিয়নসিপ লৌখি। এসঃএসঃইউঃ না রনর্স অপ ফংখি। বীঃএসঃএফঃ কী শান্নরোয় শ্রীরাধেসশ্যামনা বেষ্ট প্লেয়ার ওইখি।

তাং ১১ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : মোইদাংপোক্পা হেড কাটর ওইবা ৭শুবা সিঃ আরঃ পীঃ এফঃ কী জৱান শ্রীশ্যাম সিংহ লম্ফেলদগী সিঃ আরঃ পীঃ কেম্প মনাক্তা মশক থংহৌদবা থৱনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি হায় ।

তাং ১২ শগোলশেল নুমিৎ : চেং-ক্ষৌ থাদোক্লনা চাক তাংবা থিংনবা ১৯৩৯ ডিসেম্বর ১২দা শোক্লখিবা মুপী লাল নিংশিং থৌরম সরকার অমম্বুং লনাই সংস্থানশিংনা পাংথোকখি ।

তাং ১৪ থাংজ নুমিৎ : নিঙ্যাইপাং চুখেক্তা বস এমঃ এনঃ এসঃ ৯৪৪৫ গা নম্বর য়াওদবা স্কুটর ১গা থোমগাযনবদা অশোক অপন থোকখি । গাড়ী ২মক ফাখি ।

তাং ১৫ নোংমাইজিং নুমিৎ: পুখ্রি ঈশিং কংনতুন। ঈশিং হৈনবা থৌরাং তৌনখি । অথাপ্পদা চৎলগা ঈশিং হোয়রুরগা লৈক্রক চৎপা পুখ্রিশিংদা হৈখি । ঈশিং শোকপা থাপ্পা চৎনখি হায় ।

তাং ১৬ নিংথৌকাবা নুমিৎ : মণিপুর বিধান সভা মীফম ফম্বা হৌখি । থা ১১ দা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা টুর চৎপদা লুপা ২.৫৯,৫৯২ খরচ তৌখি হায়না শেল-থুম মন্ত্রি শ্রীএলঃ ললিত সিংহনা সদস্য শ্রীজেন্সন হাওকিপকী পাওথুম পীখি । ডাঙোম তোম্পোক সিংহনা লৈখিদবদা অৱাবা ফোংখি ।

তাং ১৮ য়ুমশকৈশা নুমিৎ : লম খোপচিনবা উপ্ ডুকান ৫ পাওনা বাজারদা ভথোকখি ।

(খ) মণিপুর বিধান সভাদা মন্ত্রি ১৬ না দিল্লি হনগং-হন্দা চৎপগী শেলকম পুথোকখি। মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা লিঙ্ক ১ থমখি: পুন্না লুপা ৩,৪৯,০৫৭.৩০ অমসুং খ্বাইদগী হেন্না খরচ তৌবনা শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীইরেংবম তোম্পোক সিংহ রুপা ৮,৯৮১,৫০ নি হায়।

(গ) তমেংলোং জিলাগী মনুং চনবা অন্নাং খুলদা এক্সট্রিমিষ্টকী মীওই থরগা নোংমৈ কাপ্পবদা সেক্যুরিটি ফোর্সকী কেপ্টেন ১ অমসুং মীচম ১ শিখি।

তাং ১৯ শগোলশেল নুমিৎ: ডিসেম্বর ১৭ দা হেবোইন গ্রাম ১২০০ গা কোন্নবা লেখোট পাও কুকি কাংপোকপীদা লৈবা অমসুং তোমথাং নিউ লম্বুলেণ্ডদা লৈবা মোরেদা ফারগা ইম্ফাল জেলদা পুরকখি হায়।

তাং ২০ ঈরাই নুমিৎ: বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কপা সংস্থান ২৫ অমসুং সরকারগী লোয়শঙ ৩২ না শরুক য়াবা রাজ্যগী থাক্তা শীনবা মেলা মুখ্য মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হাংদোকখি।

তাং ২১ থাংজ নুমিৎ. বোম্বেদা ফমগদবা ইন্দিয়ান নেশনেল কংগ্রেসকী সেন্টিনরী থৌরম চাওনবা মণিপুরদগী কংগ্রেস (আই) কর্মী ৪৮০ রোম ডিসেম্বর ২১ দা ইম্ফাল থাদোকখি, জাগেলা (আসাম) দা বস ৯গী ১ এম: এন: এ: ,১৩৪ এক্সিদেন্ট থোক্লুনা কুমারী ইবেতোম্বী দেবী ওইনাম অমসুং শাড়ী মাপু টি: তোম্বী সিংহ

কাংঙবম লৈকাই শিখি। ইম্ফালদা পাও ফংবগা এমঃ এলঃ এঃ শ্রীঐচঃ লোখোন সিংহনা লুচিংবা কর্ম্মীশিং ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ২২ নোংমাইজিং নুমিৎঃ নিংথৌখোং কৈথেল এলঃ এসঃ জিঃ মন্ত্রি শ্রীরাধাবিনোদ কোইজমনা শঙ্গাখি।

(খ) ইম্ফালদা লাক্লম্বা কেন্দ্রগী কেমিকেল অমসুং পেত্রোকেমিল রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাজকুমার জয়চন্দ্র সিংহ উদ্যোগকী অফিসিয়েলগা য়ারী শানরম্নগা ইম্ফাল থাদোকখি।

তাং ২৩ নিংথৌকাবা নুমিৎঃ অরাং নোংপোক লমদমদা অহানবা ওইনা মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা কম্পুটর সেন্টর ১ মুখা মন্ত্রি শ্রীরিশাং কৈশিংনা হাংদোকখি।

তাং ২৪ য়ুমশকৈশা নুমিৎঃ চীংঙা মখোংদা আর্মী তোংবা শক্তিমান ১না লুনা এমঃ এনঃ পীঃ ৫৯৫৭ না থোম্বদা লিশম মেঘচন্দ্র সিংহ কৌবা খোংমন পাণ্ডুং লৈকাইদা লৈবা শ্রীমঙ্গীগি মচা শি। নাওরেম বোবী কৌবা মমান্নবা ৯ শোকখি হায।

তাং ২৬ শগোলশেল নুমিৎঃ চীংকাবদা মমিং লৈরবা শ্রীটেনজিং নোর্গে ইম্ফালদা থুংলে। হীমালয়ান মাউন্টেন্নিয়ারীং ইন্সটীট্যুটকী ডাইরেক্টর শ্রীনরাং গোম্বু লোয়নরকখি।

তাং ২৭ ঈরাই নুমিৎঃ লানশোনবী কৈথেল মনাক্তা লৈবা শ্রীচাবুংবম বীরমনি সিংহগী য়ুম

মৈ চাকখি।

তাং ২৮ থাংজ নুমিৎ: নোং হেন্না চুবনা ইলেক্ট্রিক ফংনখিদে। মাইক্রোরেভ বেরা তৌখি। এরোপ্লেন থুংলবা ঙমখিদে হায়।

(খ) নাওরেমখোং খুলেম লৈকাইদা লৈবা শ্রী চিঙ্গাংবম ইবোমচা সিংহগী য়ুমদা মীশক খংদবা ৬/৭ লাক্লগা নোংমৈ উংতুনা স্না তুলা ১ মথায় শেলগং লুপা ২০০ মুক্তা লৌখি হায়।

তাং ২৯ নোংমাইজিং নুমিৎ: খ্বাইরম্বন্দ কৈ-থেলদা ইলেক্ট্রিক মমহুনা উচান থানখি। মৈথূনা পুমম-মমখি। ইমা ইবেনশিংনা মতমগা চুনবা মওংদা মৈ ঙালহনবা থন্নখি।

তাং ৩১ লৈপাকপোকপা নুমিৎ: মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী মহুৎ শিন্দুনা অল ইন্দিয়া ইন্টর ইউনিভর্সিটী জিম্নাস্টিক চেম্পিয়নসিপ্তা য়াওরুবা ইম্ফাল কলেজ ছাত্র দরিউঃ ইনাওবীনা বেষ্ট জিম্নাস্টিক ওইরক্লনা গোল্ড মেডল ৩ লৌরকখি হায়।



১৯৭৯ চন্দ্রাব্দ ১১৯০ শকাব্দ ১৯০০

## JANUARY ৱাকচোং-ফাইরেন

| Sun নোংমাই | Mon নিংথৌ | Tue লৈপাক | Wed য়ুমশ | Thu শগোল | Fri ইরাই | Sat থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | 1 ৱাঃ ৩ | 2 ৱাঃ ৪ | 3 ৱাঃ ৫ | 4 ৱাঃ ৬ | 5 ৱাঃ ৭ | 6 ৱাঃ ৮ |
| 7 ৱাঃ ৯ | 8 ৱাঃ ১০ | 9 একাদশী | 10 ইমোইনু ইরাৎ থৌনি | 11 ৱাঃ ১৩ | 12 ৱাঃ ১৪ | পূর্ণিমা মাঘস্নান হোৰা |
| 14 ৱাঃ ১৬ | 15 ৱাঃ ১৭ | 16 ৱাঃ ১৮ | 17 ৱাঃ ১৯ | 18 ৱাঃ ২০ | 19 ৱাঃ ২১ | 20 ৱাঃ ২২ |
| 21 ৱাঃ ২৩ | 22 ৱাঃ ২৪ | 23 ৱাঃ ২৫ | 24 একাদশী | 25 ৱাঃ ২৭ | 26 রি-পব্লিক ডে | 27 ৱাঃ ২৯ |
| 28 ৱাঃ থাশি | 29 ফাঃ ১ | 30 মহাত্মা গান্ধী মৃতু | 31 ফাঃ ৪ গণেশ পূজা | | | |

## FEBRUARY ফাইরেন-লমদা

| Sun নোংমাই | Mon নিংথৌ | Tue লৈপাক | Wed য়ুমশ | Thu শগোল | Fri ইরাই | Sat থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | 1 সরস্বতী পূজা | 2 ফাঃ ৬ | 3 ফাঃ ৭ মাঘ সপ্তমী |
| 4 ফাঃ ৮ ভীষ্মাষ্টমী | 5 ফাঃ ৯ | 6 ফাঃ ১০ | একাঃ ফাঃ ১১ | 8 ফাঃ ১২ | 9 নিত্যানন্দ জন্ম | 10 ফাঃ ১৪ |
| 11 পূর্ণিমা | 12 মাঘস্নান লোইবা | 13 ফাঃ ১৬ | 14 ফাঃ ১৭ | 15 ফাঃ ১৮ | 16 ফাঃ ১৯ | 17 ফাঃ ২০ |
| 18 ফাঃ ২১ | 19 ফাঃ ২২ | 20 ফাঃ ২৩ | 21 ফাঃ ২৪ | 22 ফাঃ ২৫ | 23 ফাঃ ২৬।২৭ | 24 ফাঃ ২৮ |
| 25 শিব রাত্রি | 26 মৌণী | 27 লমঃ ১ | 28 লমঃ ২ | | | |

## MARCH লমদা—শজীবু

| Sun নোংমাই | Mon নিংথৌ | Tue লৈপাক | Wed য়ুমশ | Thu শগোল | Fri ঈরাই | Sat থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | 1 লমঃ ৩ | 2 লমঃ ৪ | 3 লমঃ ৫ |
| 4 লমঃ ৬ | 5 লমঃ ৭ | 6 লমঃ ৮ | 7 লমঃ ৯ | 8 লমঃ ১০ | 9 একাঃ | 10 লমঃ ১২ |
| 11 লমঃ ১৩ | 12 লমঃ ১৪ | 13 য়াওশং চন্দ্রগ্রহন পিচকারী | 14 লমঃ ১৬ | 15 লমঃ ১৭ | 16 লমঃ ১৮ | 17 লমঃ ১৯ |
| 18 হলঙ্কার | 19 লমঃ ২১ | 20 লমঃ ২২ | 21 লমঃ ২৩ | 22 লমঃ ২৪ | 23 লমঃ ২৫ | 24 একাঃ |
| 25 লমঃ ২৭ | 26 বারুণী | 27 লমঃ ২৯ | 28 অমাবস্যা | 29 শজিঃ ১/২ | 30 শজিঃ ৩ | 31 শজিঃ ৪ |

## APRIL শজীবু—কালেন

| Sun নোংমাই | Mon নিংথৌ | Tue লৈপাক | Wed য়ুমশ | Thu শগোল | Fri ঈরাই | Sat থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| 1 শজিঃ ৫ | 2 শজিঃ ৬ বসন্তী পূজা | 3 শজিঃ ৭ | 4 শজিঃ ৮ | 5 শজিঃ ৮ | 6 শজিঃ ৯ | 7 শজিঃ ১০ |
| 8 একাদশী | 9 শজিঃ ১২ | 10 শজিঃ ১৩ | 11 শজিঃ ১৪ | লক্ষমী পূজা পুর্নিমা বসন্ত রাস | 13 শজিঃ ১৬ গুড-ফ্রাইডে | 14 চৈরাওবা |
| 15 শজিঃ ১৮ | 16 শজিঃ ১৯ | 17 শজিঃ ২০ | 18 শজিঃ ২১ | 19 শজিঃ ২২ | 20 শজিঃ ২৩ | 21 শজিঃ ২৪/২৫ |
| 22 একাঃ | 23 শজিঃ ২৭ | 24 শজিঃ ২৮ | 25 শজিঃ ২৯ | 26 অমাবস্যা | 27 কাঃ ১ | 28 কাঃ ২ |
| 29 কাঃ ৩ | 30 কাঃ ৪ | | | | | |

## MAY — কালেন – ইঙা

| Sun<br>নোংমাই | Mon<br>নিংথৌ | Tue<br>লৈবাক | Wed<br>যুম্‌শ | Thu<br>শগোল | Fri<br>ঈরাই | Sat<br>থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | 1<br>কাঃ ৫ | 2<br>কাঃ ৬ | 3<br>কাঃ ৭ | 4<br>কাঃ ৭ | 5<br>কাঃ ৯ |
| 6<br>কাঃ ১০ | 7<br>একাঃ | 8<br>কাঃ ১২ | 9<br>কাঃ ১২ | 10<br>কাঃ ১৩ | 11<br>কাঃ ১৪ | পুর্ণিমা<br>জল কেলি |
| 13<br>কাঃ ১৬ | 14<br>কাঃ ১৭/১৮ | 15<br>কাঃ ১৯ | 16<br>কাঃ ২০ | 17<br>কাঃ ২১ | 18<br>কাঃ ২২ | 19<br>কাঃ ২৩ |
| 20<br>কাঃ ২৪ | 21<br>কাঃ ২৫ | 22<br>একাঃ | 23<br>কাঃ ২৭ | 24<br>কাঃ ২৮ | 25<br>সাবিত্রি ব্রত | অমাবস্যা<br>কাঃ ইঙা ১ |
| 27<br>ইঙা ২ | 28<br>ইঙা ২ | 29<br>ইঙা ৩ | 30<br>ইঙা ৪ | 31<br>ইঙা ৫ | | |

## JUNE — ইঙা-ইঙেন

| Sun<br>নোংমাই | Mon<br>নিংথৌ | Tue<br>লৈপাক | Wed<br>যুমশ | Thu<br>শগোল | Fri<br>ঈবাই | Sat<br>থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | | 1<br>ইঙা ৬ | 2<br>ইঙা ৭ |
| 3<br>ইঙা ৮ | 4<br>ইঙা ৯ | 5<br>ইঙা ১০ | 6<br>একাঃ | 7<br>ইঙা ১২ | 8<br>ইঙা ১৩ | 9<br>ইঙা ১৪ |
| পুর্ণিমা<br>স্নানযাত্রা | 11<br>ইঙা ১৬ | 12<br>ইঙা ১৭ | 13<br>ইঙা ১৮ | 14<br>ইঙা ১৯ | 15<br>ইঙা ২০ | 16<br>ইঙা ২১/২২ |
| 17<br>ইঙা ২৩ | 18<br>ইঙা ২৪ | 19<br>ইঙা ২৫ | 20<br>একাঃ | 21<br>ইঙা ২৭ | অম্বুবাচী<br>ইঙা ২৮ | 23<br>ইঙা ২৯ |
| অমাবস্যা<br>ইঙা ৩০ | 25<br>ইঙেঃ ১ | 26<br>রথ যাত্রা (কাং) | 27<br>ইঙেঃ ৩ | 28<br>ইঙেঃ ৪ | 29<br>ইঙেঃ ৫ | 30<br>নাওরিয়া ফুল্লো শিবা |

## JULY — ইঙেন – থরান

| Sun<br>নোংমাইজিং | Mon<br>নিংথৌকাবা | Tue<br>লৈপাকপোকপা | Wed<br>য়ুমশকৈশা | Thu<br>শগোলশেন | Fri<br>ইরাই | Sat<br>থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| 1 | 2 | 3 | 4 | 5 | 6 | 7 |
| ইঙে: ৭ | ইঙে: ৮ | ইঙে: ৮ | ইঙে: ৯ | কাংলেন | একা: | হরিশয়ন |
| 8 | 9 | 10 | 11 | 12 | 13 | 14 |
| ইঙে: ১৩/১৪ | পুর্ণিমা | ইঙে: ১৬ | ইঙে: ১৭ | ইঙে: ১৮ | ইঙে: ১৯ | ইঙে: ২০ |
| 15 | 16 | 17 | 18 | 19 | 20 | 21 |
| ইঙে: ২১ | ইঙে: ২২ | ইঙে: ২৩ | ইঙে: ২৪ | একা: | ইঙে: ২৭<br>একা: ব্রত | ইঙে: ২৮ |
| 22 | 23 | 24 | 25 | 26 | 27 | 28 |
| ইঙে: ২৯ | ইঙে: ২৯ | অমবাস্যা | থরান ১ | থরান ২ | থরান ৩ | থরান ৪ |
| 29 | 30 | 31 | | | | |
| থরান ৫ | থরান ৬ | থরান ৭ | | | | |

## AUGUST — থরান—লাংবন

| Sun<br>নোংমাইজিং | Mon<br>নিংথৌকাবা | Tue<br>লৈপাকপোকপা | Wed<br>য়ুমশকৈশা | Thu<br>শগোলশেন | Fri<br>ইরাই | Sat<br>থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | 1 | 2 | 3 | একা: |
| | | | থরান ৮ | থরান ৯ | থরান ১০ | ঝুলোন হৌবা |
| 5 | 6 | 7 | পুর্ণিমা | 9 | 10 | 11 |
| থরান ১২ | থরান ১৩ | থরান ১৪ | ঝুলোন লোইবা | থরান ১৬/১৭ | থরান ১৮ | থরান ১৯ |
| 12 | 13 | 14 | 15 | 16 | 17 | একা: |
| থরান ২০ | টিকেন্দ্রজিৎ মৃত্যু | থরান ২২ | কৃষ্ণ জন্ম স্বাধীন্তা | থরান ২৪ | থরান ২৫ | থরান ২৬ |
| 19 | 20 | 21 | 22 | 23 | 24 | 25 |
| থরান ২৭ | থরান ২৮ | থরান ২৯ | অমাবস্যা | লাং: ১ | লাং: ২ | লাং: ৩ |
| 26 | 27 | 28 | 29 | 30 | 31 | |
| লাং: ৪ | লাং: ৫ | লাং: ৫ | লাং: ৬ | লাং: ৭ | থোৌরানী জন্ম | |

## SEPTEMBER — লাংবন-মেরা

| Sun নোংমাই | Mon নিংথৌ | Tue লৈপাক | Wed য়ুমশ | Thu শগোল | Fri ঈরাই | Sat থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| 30 মেরা ৯ | | | | | | 1 লাং:১০ |
| একাদশী হৈগ্রু হি-দোংবা | 3 লাং:১২ বামন জন্ম | 4 লাং:১৩ | 5 লাং:১৪ | 6 পুনিমা | 7 তর্পন হৌবা | 8 লাং:১৭ |
| 9 লাং:১৮ | 10 লাং:১৯ | লাং: ২০/২১ | 12 লাং:২২ | 13 লাং:২৩ | 14 লাং:২৪ | 15 লাং:২৫ |
| একা-দশী | 17 একাদশী বিশ্বকর্ম্মা পূজা | 18 লাং:২৭ | 19 লাং:২৮ | 20 লাং::২৯ | অমাবস্যা তর্পন লোইবা | মেরা ১ চাওরেন হৌবা |
| 23 মেরা ২ | ভগ্য-চন্দ্র মং: | 25 মেরা ৪ | 26 মেরা ৫ | 27 দুর্গা ষষ্ঠি | 28 যুম চংবা | 29 বর যাত্রা |

## OCTOBER — মেরা-হিয়াঙ্গৈ

| Sun নোংমাই | Mon নিংথৌ | Tue লৈপাক | Wed য়ুমশ | Thu শগোল | Fri ঈরাই | Sat থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | 1 কাক যাত্রা | একাদশী গান্ধী জয়ন্তী | 3 মেরা ১২ | মেরা ১৩ ১৪ | পুনিমা ৱা য়ুংবা | 6 মেরা ১৬ |
| 7 মেরা ১৭ | 8 মেরা ১৮ | 9 মেরা ১৯ | 10 মেরা ২০ | 11 মেরা ২১ | 12 মেরা ২২ | রাধা কুণ্ডো মেলা |
| 14 মেরা ২৪ | 15 মেরা ২৫ | একা-দশী | 17 মেরা ২৭ | 18 মেরা ২৮ | যমদী-পদান | অমা-বস্যা |
| অমাবস্যা দীপ-নিতা | 22 গোবর্দ্ধন পূজা | 23 নিঙোল চাকৌবা | 24 হিয়াং:৩ | 25 হিয়াং:৪ | 26 হিয়াং:৫ | হিয়াং: ৬/৭ |
| হিয়াং:৮ পোষ্টাষ্টমী | 29 হি:৯ | 30 হিয়াং:১০ | একাদশী | | | |

## NOVEMBER — হিয়াঙ্গৈ-পোইনু

| Sun<br>নোংমাই | Mon<br>নিংথৌ | Tue<br>লৈপাক | Wed<br>য়ুমশা | Thu<br>শগোল | Fri<br>ইরাই | Sat<br>থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | হরি<br>উত্থান | 2<br>হী:১৩ | 3<br>হী:১৪ |
| পুর্নিমা<br>রাকুকপা | 5<br>হী:১৬ | 6<br>চুড়াচান্দ<br>মৃত্যু | 7<br>হী:১৮ | 8<br>হী:১৯ | 9<br>হী:২০ | 10<br>হী:২১ |
| 11<br>হী:২২ | 12<br>হী:২৩ | 13<br>হী:২৪ | 14<br>হী:২৫ | বোধচন্দ্র<br>মৃত্যু | 16<br>হী:২৭ | 17<br>হী:২৮ |
| 18<br>হী:২৯ | অমাবস্যা<br>মৌনী | 20<br>পো:১ | 21<br>পো:২ | 22<br>পো:৩ | 23<br>পো:৪ | 24<br>পো:৫ |
| 25<br>পো:৬ | 26<br>পো:৭ | 27<br>পো:৮ | 28<br>পো:৯ | একাদশী | একাদশী<br>ব্রত | |

## DECEMBER — পোইনু বাকচীং

| Sun<br>নোংমাই | Mon<br>নিংথৌ | Tue<br>লৈপাক | Wed<br>য়ুমশ | Thu<br>শগোল | Fri<br>ইরাই | Sat<br>থাংজ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| 30<br>বা: ১২ | 31<br>বা: ১৩ | | | | | 1<br>পো: ১৩ |
| 2<br>পো: ১৪ | পুর্ণিমা | 4<br>পো: ১৬ | 5<br>পো:১৭ | 6<br>পো:১৮ | 7<br>পো:.৯ | 8<br>পো:২০ |
| 9<br>পো: ২১ | 10<br>পো: ২২ | 11<br>পো: ২৩ | 12<br>পো: ২৩ | 13<br>পো: ২৪ | 14<br>পো: ২৫ | একা-<br>দশী |
| 16<br>পো:২৭ | 17<br>পো:২৮ | 18<br>পো: ২৯ | অমাবস্যা | 20<br>বা: ১ | 21<br>বা: ২ | 22<br>বা: ৩ |
| 23<br>বা: ৪ | 24<br>বা: ৫/৬ | 25<br>খৃষ্টমাস | 26<br>বা: ৮ | 27<br>বা: ৯ | 28<br>বা: ১০ | একাদশী |

